

# শীতলজিৎকী উপন্যাসশিং

- থাদোকপা
- ইমা
- রোহিণী
- নুংশি ৱাখৈবা

কোক্তদোকপা

**দুষরীগোপাল**




**A brief life sketch**

# R.K. SHITALJIT SINGH

**Monday, August 18, 1913 - Sunday, June 8, 2008**

* Born at Kangabam Leikai of Imphal City on Monday, the 18th August 1913. While I was 8 years old my mother died. Then I lived with maternal uncles at Keishamthong of Imphal city. All what is required to be done was done by my uncles for my maintenance including education etc.

* I passed class-II examination (called Lower Primary examination) from the Keishamthong Lower Primary School. Then I got admitted to class-III at Chingamakha Upper Primary School. After passing class-III annual examination I took a transfer certificate and got admitted to class-IV at Bengali Middle English School, Imphal. After passing the annual examination of class-VI examination I got admitted to class-VII at Johnstone High School. Then I passed the Matriculation examination in 1932 from the Calcutta University in the first division with letters in History and Sanskrit I was the first student of Manipur to secure letter in History.

* Then I went to Gauhati for admission to I.A. 1st year class in 1932. I passed the I.A. final in the 1st Division. Then I got admitted to B.A. 3rd year class. I had to appear in the B.A. final examination, 1936, but after the test exam. I fell ill from malaria and could not sit for the final exam., 1936. So I passed the B.A. examination in 1937 with second class Honours in History. I was the first Manipuri to get History Honours. Then due to poverty I stopped further studies. My main occupation in life is teaching in High Schools.

* (I) Before the B.A. results were out I could get a chance of teaching at Bengali High School for three months with pay. Then I work for one month at Tamphasana Girls' High School without pay. After I passed the B.A.

exam. I became the Assistant Head Master at Ram Lal Paul High School. Then in 1941 I took leave from the school to go to Ajmer with Maharajkumar Jaya Singh as his tutor guardian, there at Mayo College I acted as teacher of Manipuri language for the Maharajkumar.

* Just after my return to Manipur in April 1942 the Imphal town was bombarded. As the result of the bombardment by the Japanese army the town was left by all the people and all the institutions became defunct till the end of the war. During the war I left my home to be a refugee at outskirt of the town.

* After the war was over the Tamphasana Girls' High School was reopened. There I acted as an assistant teacher for six months. As the amount of the salary they paid very small and I had to leave the school. Afterward when the Johnstone High School and the Tamphasana High School were taken over by the Government the then Education Minister sent to me an appointment letter to serve at the Johnstone School. I accepted the appointment and served for more than 2 years. Then I became the Head Master of Ram Lal Paul High School till I retired at the age of 63.

* **OTHER ACTIVITIES** - Manipur had no Newspaper sale agency, I first acted as the Selling Agent of Amrita Bazar Patrika and also the Statesman.

* I acted as the Reporter of these papers and also of the Associated Press Before me nobody was to do the reporter's job.

* I was at first the editor of Lalit Manjuri Patrika, a monthly published by the Chitrangada Press at Imphal. Then I opened a Printing Press of my own and published a Manipuri daily called Manipur Matam.

* Then I acted as a Life Insurance Agent till the Life Insurance Corporation of India was established by the Govt.

* I acted as the secretary for the first Co-operative Society in Manipur established by the Manipuri shopkeepers before the Second World War. But I was paid for my service.

* I am also a writer on various subjects. The number of school text-books is more than 13 (thirteen) in English and Manipuri for all classes i.e. III to X.

* I have compiled two types of Anglo-Manipuri Dictionary one pocket and one big. The big one is named Friend's English to Manipuri Dictionary, now available. The pocket size one is named Friend's Pocket Dictionary. It is also available now.

* **AWARD RECEIVED** - Fellow of the State Kala Academy, National Teacher's Award from the President of India (1967), Doctorate (Honours course) from the Manipur University, Jogendrananda Giri Award of the Manipuri Sahitya Parishad, Thoibi Award, Scroll of Honour awarded by the Manipuri Sahitya Parishad, Award by the Manipuri Sahitya Parishad's Diamond Jubilee:

* **BOOKS OTHER THAN THOSE RELATED TO STUDENTS:**

**1) EMA, 2) THADOKPA, 3) ROHINI AND 4) NUNGSI WAKHEIBA.**

**SHORT STORIES - 1) LEIKONNUNGDA AND 2) LEINUNGSI**

**POETRY - 1) KETUKI, 2) VALMIKI, 3) EKHOWLANGBA, 4)SHAKUNTALA, 5) SHEIRANGBA AND 6) VAISHNAV-PADAVALI SHAYON SHEIKHAN.**

**LIFE STORY - NETAJI SUBHASCHANDRA BOSE AMASUNG AJAD HIND PHOUJ.**

**TRANSLATION WORKS - 1) SHRIMAD BHAGAVAD-GITA, 2) SHRI NAROTTAMA DASKI PRARTHANA, 3) SHRI CHAITANYA CHARITAMRITA - ADI LILA IN 9 VOLUMES, MADHYA LILA IN 19 VOLUMES AND ANTYA LILA IN 6 VOLUMES, 4) SHRIMAD BHAGAVAD GITA AS IT IS (PUBLISHED BY ISKCON) AND 5) SHRIMAD BHAGAVATAM CANTO I-IV (PUBLISHED BY ISKCON)**

* N.B. The translation work of the SHRIMAD BHAGAVATAM will be continued so long as I can before my death although I am 91 years.

* On some occasion during my lifetime I acted as Chief Guest, President etc. of some literary meetings and non-political meetings.

* I acted several times as one of the judges of Manipur Drama Festival as well as the Yatrawali or Sumang Leela Festival organized by Manipur State Kala Academy.

* I am a talker as well as reciter of poems of All India Radio and Imphal Doordarshan.

* On the Governing Bodies of Imphal College and Oriental College I acted as member to represent the Gauhati University and the Education Department of Manipur before the Colleges were converted.

* Since the opening of the Board of Secondary Education, Manipur, I was nominated as a member several times.

* As a representative of the Secondary Education Board I took part in a conference of Secondary Boards at Patna.

* I participated as a representative of the Education Directorate of Manipur in the Conference organized by the Centre at Madras (Chenai).

* While I was the Head Master of Ram Lal Paul High School I purchased many books on school administration, Child's psychology, technique of teaching etc. I read these books by several writers to help me in school administration. Assam Government's publication school manual was also studied well and it helped me much in conducting school administration.

* Although I was not a trained teacher I could run my school as by trained teachers.

* Before the war, Manipur saw the establishment of a public body called Nikhil Hindu Mahasabha of Manipur. I was the youngest member of the Executive Committee of that Sabha.

**Shitaljit**
31 October 2003

* **AWARD RECEIVED LATER ON:**

1) Naharol Sahitya Premi Samiti's Writer of the Year Award
2) Leikon's Basanta Bimola Award in 2006.
3) Memorial Charitable Trust's Irabot Award in 2006.
4) Manipur Sahitya Parishad's Sahitya Ratna Award in 2006.
5) The Cultural Forum Manipur's Huirem Amuba & Yaimabi Award, 2008.

* **BOOKS WRITTEN AND TRANSLATED LATER ON:**

a) Recently Gitikavya - Lyric Poetry, a lyric poem was published in 2006.

b) Completed the translation work of Srimad Bhagavatam Canto-V published by ISKCON (Now in the press) in 2007.

**Shitaljit**
8 June 2008

# শীতলজিৎকী উপন্যাসশিং

- থাদোকপা (১৯৪২ ইং)
- ইমা (১৯৪৭ ইং)
- রোহিণী (১৯৪৮ ইং)
- নুংশিং ব্রাখৈবা (১৯৫১ ইং)

[ স্বত্ব পুন্নমক ঙাক্লবা ]

মমল:

[redacted] )

লুপা ২০০/- ( অথাবা মখুম )

ফোঙদোকপা:-

**দুষরীগোপাল**

ইম্ফাল, মণিপুর।



অহানবা ফোঙবা - আগষ্ট ২০০৮ ইং

প্রিন্টর: সোভাগ্য প্রিন্টরস

এ-২৪, নরায়ণা ইন্দষ্ট্রিয়েল এরিয়া, ফেজ -II

নূয়া দিল্লী [redacted]২৮



আগষ্ট ১৮, ১৯১৩ ইং নিংথৌকাবা   জুন ৮, [illegible]৮ ইং লোংমাইজিং

# উৎসর্গ

শ্রীখোয়গী গুরুদেব - শীতলজিৎকী মফমদা স্মৃতিচিহ্ন ওইনা গুরুদেবনাখখুদোল তম্বীরম্লনা উপন্যাস মরি "১। থাদোকপা, ২। ইমা, ৩। রোহিণী, ৪। নুংশি বাখেনা" পুন্না ফোংজরগা উৎসর্গ তৌজরি।

নচাশিং :

১। মেঘজিৎ    ২। সুবাসিনী

৩। দুষরীগোপাল    ৪। সনাতোম্বা

# য়াওফম



* * *

# উৎসর্গ

----

ইয়াম্বগী নুংশিরবা

ꞏরাসবিহারী পাল্গী মখুত্তা
ইয়াম্বগী নুংশি-খুদোল
'থাদোকপা' অসি পিরবনি ।

# ৱা অমতং

থাদোকপা --অসি ১৯৪২ ইংগী এপ্রিলদা অহানবা ফোংবনি । বোম তাবক্লনা লাইরিক কোপি লোইনমক মাংখিদুনা অমাংবা কোঙ্গাইগী মরক্তা অচৌবা অমা ওইনা থোকখি । লাইবক থীবনা নহালমখৈ ছাপা অমুক নমদুনা ফোংবা ঙমলুদবে । হৌজিক অমুক নমদুনা ময়ামগী মমাংদা পুথোক্লবা তৌজরবনি । ইতি --

লাইরিক - লেংবা

# উপক্রমণিকা

* * *

ওঁ

## নমো ভগবতে বাসুদেবায় ।

মৈতৈগী ব্রাখলগী ইচেন্দা ইন্দ্র লাকপাট মকুইরে । ইমারোল চাওখৎপা নত্তনা জাতিনা জগৎকী চাওখৎপগী শরুক যাবা ব্রাগনি খণ্ডবনা তৌজীক্কী মীবোল তারবা মীপুম অয়াম্বনা মৈতৈ ইমারোলগী মপুং-মরৈ-ফাব্বী, নিংথিরবী লোনাশিংগী মরক্তা ফমফম অমত্তুং ফংলনবা লাক্লরকপা ফনা কুইশিল্লক্লে । থবক্লা পঞ্জাও ওইখিবগা, দেশ-কাল-পাত্র নগা খরদং অপনবা ওইবা হৌনবা ওইখিবগা ঙসি ফাওবা থবক পাঙথোকপা ঙমদ্র । খুৎমাবা খবনা মাগী মাগী মথৌদাং খর খরদং তৌকবগা, অপনবা পুম্নমক লাঙ্লোকপা ঙম্নগী মতিক চাবা ফীভম খরদং রাৎলপ তৌবনা মনিং হন্দুনা সোর পাবোৎ লোন্দুনা মতম অমসুং লম্না য়েংদুনা লৈনরক্লি । তাঙ্গা অসিদা মতিক চাববা পুকচেন অমা মাতৃ-সেবাগীদমক চোংশিল্লক্লে । মথাক্লা লাক্লুনা মাতৃ-সেবাগীদমক খুৎমারিবশিংগী মীশিংদা অমা কাখৎলে অমদি মখোয়গী খুৎকনবা খরা ঙেনগৎলে হায়বদা নওনা মপুং ফাবা দান অমশু কোন্নরক্লে । মাসিনা নিংহন-চারবা মীপৃমশিংগী লমজিং ওইগনি হায়বদা নত্তনা মৈতৈ সাহিত্য ভাণ্ডারগীশু নিংথিবা লৈরাং অমা ওইগনি ।

'থাদোকপা' ---অঙাং ওইবা কোলোমগী অহানবা খুথা ওইরবশু, অঙাং-ওইবা কোলোম মহাক্কী হৌনথা, জগৎনা হঞ্জিন-হঞ্জিন পাওদমজবনা নুঙঙাইবা অমদি অশিংবা থানরিবা, শাবী-শানৌ অনীগী, বাসন্ত্না লৈকোন্দা থেংনবা অহিংগী তাংলৌগী অমম্-অঙান অনীনা অরোৎ-অফোং শান্নবা মরক্তা, নুংশিনবা ইরাংগী থেব-খোইগী পাওদমজবা লৈতে । শিন্দম্নকপা তুবিগী অহানবা খুৎহাই ওইরবশু মালং ফৌরোই তুংইন জগোই শাবী লৈরাংগী নৎত্রগা ইনুংগী লিক্লা ফৃরবী শিঙেঙলগী শক্তম তমজরুবা লৈতে। শৈদম্নকপা খোঞ্জেলগী অহানবা খোন্থোক ওইরবশু লৈরাং লৈখোঙ য়ৈবা খোইমুগী নৎত্রগা বসন্ত-নোয়ীন চেক্লা কোকিলগী খোলহেক খোন্দা তমজরুবা লৈতে । পীরাংনা ব্রাখৈবা প্রেম, নিংবা-কায়বা সোর মপীনা পংখৈ-ওইবা নুঙঙাইবা-মফম অসিদা মনম চংদে।

'থাদোকপা' কর্ম্ম-গীতানি । মক্লবা তশেংবা নুঙঙাইবা ইখৌলাংলবা তেংবানগী কর্ম্মগী অচুম্বা লম্বী তাকপনা মহাক্কী উদ্দেশানি। নায়ক ওইবা সদানন্দগী ব্রাহৈ অমত্তুং থৌরম খুদিংমক্লা তত্তনা লাউরি । তেংবান' তশেংবা নুঙঙাইবা পামব্রা? পাম্বা থোক্লবদি কৈদৌনুংদসু নশাগীনি হায়না করিগুম্বা অমত্তা কঙ্কিনগনু; নংগী লৈজবা অপুম্বা অমদি নংগী থব্রাই, হকচাং, পুক্লিং হায়দুনা লৈরিবা পুম্নমক জগৎকী মফমদা মমল য়াওদনা য়েঙ্থোকউ---থক-খা অনীদা লেঙদবা নুঙঙাইবগী মপু ওইগনি । তেংবান, ইখেং-চাইদবা মেল কনা তোংনিঙিঙ, কনা লেঙদবা কোকথোন হাপনিঙিঙ'? জগৎকী অরানবা পুম্নমক ঙাকপিয়ু, পঙদুনা তৌবনি কনবিয়ু । অপম্বা লৈতবা উৎফুন ওইদুনা জগৎনা নখোঙ খোঙবী চুপকনি; ঈংনবা রাজ্যগী মপু ওইগনি । পাঙ্গন্না লৌবা লৈবাক্তি তত্তনা কায়বা নাইবনি; প্রেম্না লৌবা লৈবাক্তি মরা চুম্না তাবনি ।

খোঙথাঙ খুদিং মিৎয়েং লানবদনা মথৌদাং ওইরবা, কাউজন থীবতনা হৌনছা ওইরবা তেংবানগী কর্ম্মগী লম্বী তাক্নে নিংবনা কর্ম্ম লৈত্রবা ভগবান্না কর্ম্মগী অৱাফম পুদুনা মনাই অর্জ্জুন্দা তাকপিখিবা কর্ম্মতত্ত্ব খরাইগী ওইরবসু অপনবা কয়াগী মখা পোন্দুনা অয়াম্বনা ঙসি ফাওবদা মহাও থংবা ঙমদ্রি। ঙসি অদুম ওইব কর্ম্মতত্ত্বগী বিভূতি সদানন্দবু গ্রন্থকর্ত্তানা খরাইগী মফমদা পীনরে । তসেংবমক ঙসি জাতিগী য়াইফবা নুমিৎনি ।

নহা ওইবা কোলোম্না পুন্সি চূপ্পা পোথাদবা ওইসনু ।
জাতিগী সাহিত্য ভাণ্ডার নিংথিবা মণিনা ঙানসনু ।
মণি ওইবা 'থাদোকপা' চারা পোকপা ওইসনু ।
লম্মুক্করবা জাতি নিংথিবা লম্বী ফংবা ওইসনু।
প্রেমগী মসক ওইবা ভগবান কৃপা তৌবিবা ওইসনু ।
ওঁ শান্তি শান্তি শান্তি ।

**শ্রীমীনকেতন সিংহ ।**
খ্বাই ব্রহ্মপূব, ইম্ফাল।

(২)

লাইরিক অসিনা হৌজিক্কী মণিপুরগী সামাজিক অমসুং রাজনৈতিক্কী মরমদা সমাজগী অৱাবা, অৱাৎপা অমসুং অপাম্বা ৱাফম কয়ামরুম নিংথিনা য়েকই অমসুং খন্নে । মসিগা ইরোইননা মশাং শিংনা চৎলিবা ৱাফম অমনা হৌজিক কালগী সামাজিক মনস্তত্ত্বনি । সদানন্দ অসি লাইরিক অসিগী নায়কনি, মহাক অসি হৌজিক্কী মণিপুরগী জাতিবু নুংশিবা শিক্ষিত পাখং অমগী আদর্শ চরিত্রনি । মহাক্কী পব্লিক লাইফর্তদি দোষ থোইনা লৈতে; তৌইগুম্বসুং মহাক্কী প্রাইভেত লাইফতা মুখরাগী মমৈগী জীবনগা লৈনবা মরিদা খবা কনজার্ভেটিভ ওইনা উবসি মুখরানা মাগী শেলগী মরমগীদমক হন্দোক্লম্বদুনা, মানা পামজবা শেল অদু থা খুদিংগী শোইদনা পিদুনা, মুখরাবু লমন খুমগে হাইনা তৌবা তাই । মুখরানা নায়িকানি । মুখরাসি হিবম অতৈদদি খংদে, অপাম নুংশিবগী লমদদি অলট্রা মোডার্নিষ্টি ওইবী নুপী অমনি । মাঙোন্দা বোমান্স চংদে; নুংশিববুদি কুইশিল্লক্লগা শেলগী ৱাখন্না কনশিল্লকই হাইবা নুপীগী সাইকোলোজিগী স্বরূপ-নি । অদুন্নদি ওইরগা মহাক্কী মশাদা নোংচুপ্লোমগী নুপীনিপাগী সম্বন্ধবু চুম্নগী কন্ত্রাক্তকী থবক অমা ওইনা খনবদুদগী হেন্দোক্কুনা মোরালিটিগী ৱাখলসু চংই । মসিগী ৱাখন্দগী মশা মথন্দবু মক্লে হাইবসি খংজে অমসুং সদানন্দদা অমুক হঞ্জিন্দুনা মহাক্কী অঙকপা লিচৎ অদুগী মমিনা সদানন্দগী অবংবা ওর্থোদোক্স ওইবা লিচৎ অদুবু লুমশিন্নিংদ্রে। মসিনা মহাক্কী হৌখিবা লিচৎকী অনুতাপ অমা মপূকনুংদা লৈ হাইবা তাকই । লাইরিক অসিগী লোনগী মরমদদি মণিপুরগী খুল্লক ইরক্তা খ্বাইনা লোন্নরিবা লোনগা নব্যশিক্ষিত সমাজগী মনুংদা লাইরিক ইরকপদা শিজিন্নরিবা লোনগা অনীদুগী খেন্নবদু উবা ফংই ।

**শ্রীকৃষ্ণমোহনসিং, এম-এ, বি-এল**
ইম্ফাল ।

# থাদোকপা

--(০)--

১



দানন্দ লাইরবা মচা অমনি । মী ওইনা পানবগী অৱাবা ফংবদা লোইবা নাইদ্রবা নিপা অমদি ওইরগা বিদ্যাবুদ্ধিদা পিথোরকপা মী অমনি । নিম্নপ্রাইমারীদগীনা এম, এ, তম্বা ফাওবা বৃত্তি ফংদুনা অহল-লমনগী মতেং লৈত্রবসু লাইরিক য়াম্না নিংথিনা তম্বা ঙম্লকই ।

লাইরিক তম্না তম্না মচিন মনাও লৈতবনা অশোনবী কুম-লাইনা পুদুনা লৈরবী মমাগী মতেং পাংদুনা ইমুং-মনুংগী থবক ইনখাংনচিংবা তৌদুনা সদানন্দনা মতম পুন্নমক য়াম্না ৱানা লেল্লকপনি । অসোমদা এম, এ, পাশ তৌরবা ফাওবা মাগী অৱাবা লোইখিরমদে !

বি, এ, পাশ তৌরগা সদানন্দনা কলিকাতাদা এম, এ, তম্লিঙৈদা মপা লৈত্রে । অদুদগী মহাক্না মপাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম নবদ্বীপতা শোনগে নিংলম্মী । নবদ্বীপতা শোল্লবদি শেল খজিক্তনা ওক্কনি অমসুং মদুনা মখোইগুম্বা লাইরবশিংগীদি উপায় য়াম্না ওইগনি হাইনা মহাক্না অমসুং মমানা খল্লম্মী । মদুগীদমক ছুটি নিবদা কালেন ছুটি হৌবদু মাগী নিগদৌরিবা ছুটি-মতমগী মনুংদা তাবনা বৃত্তিগী নিয়ম কাইবদা ছুটি নুমিৎ খজিক্তমক পিগে হাইনা সিটি কলেজগী প্রিন্সিপালনা হাইবে ।

মহাক খনফম থোক্তরে । লাইরবা মচা অমনিনা বৃত্তিদুসু মাংহন্নিংলমদে ; অদুগা মপাগী শোরাৎসু শোন্দবা য়াদে । মমা লুখ্রা অশোনবীদুনসু শেল থোক্তবনিনা কর্ম্ম অসিদা করিমতা হাপ্পা ঢুম্নগী গতি উরমদে। অদুনা মহাক্কী বৃত্তিদগী খরা খরা তুংশঞ্জহৌবা শেল অদুনা শোবাৎ শোনগদৌরিবনি । খুদোং থিবগী মথক্তা খুদোং থিবা ঙাক্তা থোক্লম্মী ।

অসোমদনা কবম তৌবা? হোষ্টেলদা জাত অতোপ্পশিংগা লৈমিন্নে হাইদুনা সদানন্দবু ব্রহ্মসভানা মাংহই হাইবদগী মখোইগী ইমুংসু য়াওনা মাংলে । মহাক্না ছুটিদা থোরকপদা মপাগা মমাগানা অমতা ঙাইজবদা মচাবু করম্না তাম্বোক্কনি হাইদুনা মখোই অদুম লৈমিন্নবনা অদুম মাংমিন্নরবনি ।

অসুম্না লৈবাক্তা পুংজাও থিন্দুনা মাংহই হাইবনা লৈকাইসু, মরূপ মপাং লাইনবগী খরা লৈজবদুসু মাংলগনি হাইবা কিবদগী থোইদোক হেন্দোক্না প্রায়শ্চিত্ত তৌনবগী শেল লৈনদবদগী শ্রাদ্ধ য়াওবদি থমখ্রদুনা চুম্না অশিবা হংবা ফাওবা য়াওরদ্রে । ৱা অসিনসু নবদ্বীপতা মপাগী শ্রাদ্ধ শোন্নিংবগী মরু ওইবা মরম অমা ওইরম্মী ।

অদুবু বৃত্তিগী অকাইবা লৈবদুনা সদানন্দনা গতি লৈত্রদুনা মমাদা মাগী শেল খরা লৈবদু থাদোরক্তুনা অদুম পাংন-শানবা লাইদা সিধা অমা থিল্লগা শোরাৎ শোন্নবা লাইরিক ইরম্মী । থোকপা থোকপা কীভম-চাদবা ইমুংগী হৌনবা তৌদুনা শ্রাদ্ধ লোইরে ।

সদানন্দনা অসিগুম্বা অৱাববু অৱাবনি খন্দবা ঙম্লম্মী । মহাক্কী অখাংকনবা পুকচেলনা ভগবান্দা চংজদুনা শান্তি তাল্লম্মী ।

মমা লুখ্রাবীগী অৱাবা করি লৈরিদগে হাইবদু কাওশিন্নদুনা মমিৎ উইশনদুনা এম-এদগী পাশ ওইনবা হাইনা য়াম্না কন্না সদানন্দনা হোৎনরম্মী । চাবা-শেৎপা, তুম্বা-হিপ্পা কোঙ্গাইমা কাওথোক্তুনা হন্দক

শোইরবদি অমুক তমথনবা গতি লৈত্রবনি খন্দুনা য়াম্না কন্না লাইরিক তৌরম্মী।

মমান্নবশিংনা কুম্মৈ য়েংবা চৎসি হাইবদা মহাকপু ঙাকপিযু হায়না নুংশিরবা মেংলবা খোলনা হাইজদুনা কুম্মৈ-ফীওং য়েংবা শুকয়াও য়াওরমদে ।

মতৌ অসুম্না লৈবদগী মতম খরগী মতুংদা এম.এ. পাশ তৌদুনা ময়ুমদা সদানন্দ থুংলরে । মগুন্না মী পুন্নমক্কী মিত্তা মহাক অসি লুখ্রাবী মচা ওইনা ওইনা নত্তবগুম উরম্মী । মচানুপী লৈবা কাংবুনা মহাকপু মচাশিংগী মপুরোইবা ওইহন্নিংলম্মী ।

অচৌ অপিশক অঙম অথৌ মীচম্ পুম্বনা সদান্দদা মচা কৎকে হাইদুনা মমাদা মী থারক্কুনা অদুগা কোঙ্গাই অমনা মশা মশা লাক্কুনা হাইজরে । মমানা মখোয় পুন্নমকপু তরাম তরাম তৌদুনা মচাগা তান্নরগা পাও হল্লক্কে হাইনা থাদোক্লম্মী ।

নুপী খনবসি মমানা তৌগে হাইরবদা মমা ওইবগী ঙমদবা লৈতে অদুগা মচা সদানন্দনসু মমাদা লোইনা ইস্থোকপদুনা ধর্ম্মনি হায়না খনবসু খল্লম্মী। অদুম্নদি ওইরগা সদাগী মমানা মচানা নিংবা অপান্বা অমা খল্লগা মচানা নুংঙাইবদো অদুনা হেন্না পাল্লম্মী । মরম অসিনা মচাগা তান্নদুনা খন্নবা হাইবগা মমানা সদানন্দদা লোইনা ইস্থোক্কে লেপ্লম্মী ।

মমা-মচা খন্নবদা মখোইদগী হেনবা অঙম-অথৌগী মচানুপীশিংবু মশক মতৌ ফজবা, মরম ওকপা য়াওদুনসু মাপা চাদে হাইনা মখোই অনিমক চপ মান্ননা খল্লম্মী । মমা মচা ৱাখল তিন্নাবনা---ইনাক কৈরাক্তি অদুক য়াম্না খুন্দবা, মচিঙ্গাক্তি অদুক চাজবা অদুগা মখোইগদি মাপাচাবা অমসুং লাইরবগী অৱা-অনা খংগদবা ইমুং য়েংদুনা নিঙোম্বম বকুল কৌবা নিপা অমগী মচানুপী মুখরা কৌবী অমবু লৌগে হায়না লেপ্লম্লে ।

সদানন্দনা অসুম্না মাগা মাপা চাবা মী থিবদগী মুখরাবু খল্লম্বনি । মহাক্কবু পাল্লরদি মুখবাদি মহাক্কী য়ুম-লৈমা ওইবা ফংলমলোইদবনি । মুখবাগী মরাইবক্লা সদানন্দগী মরাইবক্লা অদুদি মখোই খংবা ঙম্লমদ্রে ।

সদানন্দনা এম.এ. পাশ তৌরগা থা অনিগী মতুংদা মুখরাগা লুহোংলে ।

অনৌবা অনৌবী অনিবু য়েংদুনা সদানন্দগী মমানা য়াম্না নুংঙাইনা মতম লেঞ্জরম্মী । মখোই অনিসু অমনা অমবু পুন্সিগী লোইনবনি খন্দুনা লৈরম্মী ।

লুহোংবা মতুং থা অমরোম লৈরগা সদানন্দগী মরাইবক্তা অরাবা অমুক তারম্মী। লুনা থমজরবী মমা অশোনবীদু নুমিৎ নিনি হিপ্পল্লগা তাইবংপাল থাদোক্নুনা মচা অমসুং মমৌ হুনদোক্লম্লগা চৎখ্রে ।

অৱাবা মশিং নাইদনা থেংনরক্লবা সদানন্দনা মমা লৈতবসিদসু অৱাবসি মাগী ফংফম থোকপা ফংলিবনি হাইনা মুখরাদা হাইরগা অদুম লৈনবা হোৎনরম্মী । নুংশিরবা মমা মপাবুঁ মখুত্তগী মুন্দুনা পুখিবগীদমক লাইদা দোষ তৌরমদে । মতৈ-মনাও চংদুনা সংসার অসি লেন্নবা তৌবা হাইবর্দুনি হাইনা লৈরম্মী ।

২

মুখরানা ফীরোল শাদুনা কৈথেলদা দোকান্দারশিংদা হারুরগা শেন্দোং খর খর ফংলকপা নুমিত্তা চেং অমসুং মনা-মশিং লৈদুনা চাই, ফংলক্তবা নুমিত্তনা ব্রত কৎলি ।

সদানন্দনা লৈকাইগী অঙাংমচাশিং ময়ুমদা লাইরিক তম্বিদুনা লেপ্লি । নুংথিল নুমিদাংৱাইরমদনা থবক ইনখাং থিবরোই হরা চাবরোই করিব্রোই তৌদুনা মহাক অসুম চৎথোকই। শেল থোক্লবা লম্বেল অমত্তা লৈরমদে । অঙাংশিং অদুনসু লাইরবা মচা ঙাক্তনিনা ওজাগীনি হাইদুনা পৈশা অমত্তা ফাওবা দক্ষিণা পিবা

ঙম্লমদে।

থবক থিবনি হাইনা মতমচুপ্পা কোইচৎ মচৎলি । অদুগা ফংবদি শুকলৈ লৈরমদে । মমান্নবা কয়ানা চাবা-শেৎপা নিং-থুংনা-থুংনমক থবক থিবনি হাইদুনা অঙম-অথৌশিংগী মনাক্তা কুনদুনা লৈনবা য়াম্না য়াওই । মদুদি সদানন্দদি মপুক্লিংদা য়াম্না পামজরমদে । মাবু অঙম-অথৌ খন্নবা কনাগুম্বা মাবু নুংশিবশিংনা হাইরগা মথৱাইনা পামজদবনিনা 'হোই' হাইবদি থমখ্রদুনা অসুম্না খুমদোকই---"ঐবু নুংশিবনা হাইবিরিবনি। অদুবু হান্না-গাড়ী দ্রাইভরনা গাড়ীমপু শাবগুম্না শারিবা অঙম-অথৌবু খল্লদুনা করি কান্নগদগে'? অঙম অথৌনি হাইদুনা লৈরিবসি প্রজাগী মনাইনি । মতিকচাবা মীবু মখোইনা থবক হাপফম থোকই । মদুদি নত্তনা মখোইদা খল্লবা মীবু মতিক চাই হাইরিবা অঙম-অথৌদি ঐহাক খঞ্জনিংদে । তলব চাদুনা লৈরবসু লৈত্রবসু পুক্লিংগী নুংঙাইবদি ঈশ্বরনা কনামতদা পিদবা লৈতে । ঐবুসু মতিক চাই হাইনা খল্লগা নোংমা মরাইনা ঐসু থবক মফংলগনি ।

মাগী ৱাসি তাবদা অঙম্বা অমতনা মাবু য়েংনিংবা লৈরমদে । অসুম্নদি ওইবগা মী খুদিংমক্কা সদানন্দবু ফত্তবা মী অমনি হাইনা নোংমতা হাইরমদে । অঙম অথৌনচিংবা মী পুম্নমক্কা মতাক্কী মফমদা পুক্লিংদা থাগৎপগা কিবগা লোইননা চৎলম্মী । মতুংদদা মাবু নুংশিদে হাইবদনি ।

অচৌ-অশাংদি খন্দে হাইববু শেল য়াওদনদি পানবা য়াদবনিনা থবক অমত্তং হাংলকপদা ময়ামগা লোইননা মাসু দরখাস্তদি মথারম্মী । থবক মচা ওইরবসু অচৌবা ওইরবসু অমত্তং ফংলবদি হাইনা তত্তনা নিংলম্মী ।

তৌইগুম্বসুং সদানন্দনা মতম খরদি থবক মচাসু অচৌবসু অমতা ফংলমদে । থবক মচাগীনা মাবু বিদ্যা লৈবনি হায়দুনা অদুগা অচৌবগীনা অচৌ-অশাং খনবা মী য়াম্না লৈদুনা মহাক অসি থবক ইফং ফংলমদে ।

মতৌ অসুম লৈবনা সদানন্দনা মুখরাগী মতেং পাই অমা ফাওবা পাংবা শুকঙম ঙমলমদে।

নোংমা মৱানা থবক ফংলবা য়াই হাইনা অমসুং মখোইনা ৱারিবসি মীওইবগী হৌনবা ওইরমাল্লে খন্দুনা মুখরাসু মতম খরদি ৱা ঙাংলমদে । মানা তাল্লিবা শেল অদুনা ওক্লবা শিন্দুনা মতম লেনগে নিংলম্মী।

নোংমদি মুখরাগী খাংবা-হৈবগী পাঙ্গল লোইরে । নুংথিল কোয়েৎ মচা য়োল্লবদা শেন্দোং ফংবদি হুন্দোকখ্রদুনা আনা অমা মাংনা য়োল্লদুনা ময়ুম য়ৌরকপদা কপ্লে ।

মুখরানা মখোং তিংথোক্লুনা ইমুং লময়াইদা তৌরম্বা ফিভমদু উবদা সদানন্দনা মপুক্লিংদা ঙক্লদুনা হংলকই—

"করি তৌরবগে, মুখরা, নংনা কপ্তুনা লৈরিবসিবো?" মুখরানা শাওবনে ৱাবনে অনিনা থুমহৎখিদুনা তাথি তাথিনা খুমলকই—

"করি কান্নবা হংবিরিবনো? ইপানা ইমানা পোক্লকপদগী অসুক য়াম্না ৱাবসি নংগা সঙ্গ তৌরুবদগীনি!"

সদানন্দনা নুপীগী ৱাদু তারগা শাওরমদে, ইতপ তপ্পা অমুক হংলকই—

"অদুবু করি তৌরবগে হাইয়ু । ঐগা সঙ্গ তৌবদগী ৱাবদি ঙসিদা নত্তে, মতম অসুক কুইরবসি ৱারক্লবনি। ঙসি করি করম্বা থোইদোক হেন্দোকপা অমা থোক্লবগে?"

মপুরোইবগী ৱা অসি তারগা মুখরানা মপুক্লিংদা খরদি নুংঙাইবম্মী । অদুম্নদি ওইরগা মখোইগী অৱাবসিদি মপুরোইবনা করিসু কোকহনবা ঙমলোই খল্লম্মী । অদুনা সদানন্দগী ৱাহং অদুগী পাওখুম খুমদ্রে । অদুগী মহুত্তা ৱা অমা হাইগে নিংদুনা মুখরানা মপি তৈথোক তৈথোক্লা হাইরকই—

"ইবুংঙো, হংদুনা করি কান্নগদগে? ঐ ব্রা অমতা হাইগে, নং য়াবিগদরা?"

সদানন্দদো মানা হংজবা মাগী পাওখুম পিদে হাইদুনা শাওবা তৌরমদে। মুখরানা ব্রা অমা হাইজগে হাইবদুদা তপ্না থেমজনবগী মওংদা হাইরকই—

"হাইয়ু! ঐনা ঙম্বদা নংনা হাইবা য়াদবা করম্বা লৈখ্রবগে ?"

মুখরাগী শাওবা য়াবা ব্রাদু তারগা সদানন্দনা শাওদবা অদু উবদা মুখরানা মাগী হাইনিংবা ব্রাদু পাক হাইদোকপা ঙমদদুনা ব্রাহৌদোক মচা অমনা মাং থারদুনা হাইরকই—

"মীনসু হাই, নংনসু হাই—নুপী নুজা ঐখোইগীদি মপুরোইবসি লাইনি ।"

"মানি, অদুবু কদৌরবগে?"

অদুম ওইনমক ইবুংঙো, ইপা ইমাগী ইচ্ছা অদুগা ঐগী ইচ্ছাসু ইপুরোইবা নংবু সেবা তৌরবগা নহাক্কী নপান চাজবনি । অদুবু নংগী সেবা তৌবসু ঙমশল্লক্রে। নপান চাগব্রা হাইববু চরাসু নোংমা নোংমগী হেল্লে। অদুনা ঐ ইপামদা নোংমা নিনিদং লৈরুখিগে হাইববু করি হাইগে ইবুংঙো?"

শাওবা লৈতবা সদানন্দ ব্রাসি তাবদা করিমতা শাওরমদে । অদুগা ইকাইসিরা হাইববু মানদি করিমতা ঙমদবনিনা ইকাইবা খাংবা মতারম্মী । অদুদগী নুংশিরবা খোন্দা মুখরাদা শুকথবা মিৎয়েংনা য়েংলদুনা হাইরকই ।

"মদুনা নংগী নুংঙাইবা ওইরবদি য়াম্না ফৈ, ঐ করিমতা হাইদে।"

মাগী নুংঙাইতবা মপুরোইবনা খনবা উরদুনা মুখরানা মপুক্লিং নুংঙাইরম্মী অমসুং সদানন্দনা গতি লৈতদুনা মাগী মতেং পাংবা ঙমদ্রিবনি হায়বসু খংলম্মী । অসুম মপুরোইবগা লৈরবসু চুন্নগী অব্রাবদা নত্তনা চরা হেনবগী অব্রাবসু নোংমা নোংমগী হেঞ্জল্লক্কদৌরি । অদুনা মানা হায়রকই—

"ইবুংঙো, নংসু চৎসিদনা? পাজিগা ইমাগদা নংনা থবক অমা তৌদুনা শেল থোক্লিফাওবা মখোইগীদা ঐখোইনি লৈখিগে হাইনা হাইজগে।"

সদানন্দ ব্রাফম অসিদা য়াম্না ইকাইবা য়াবনি অমসুং শাওফম থোকপনি । অদুবু শাওগে হাইরগা ইকাইগে হাইরগা শাওবা ইকাইবা য়াবা নত্তে হাইবা খংলিবনিনা মুখরাগী নিংবা থুংনবা হাইদুনা খুল্লকই —

"নখোয়গী অহল-লমন্নবু য়ারবদি ঐদি করিসু হাইদে ।"

"অদুদি হৌজিক চৎলসি।"

অসুম্না মখোই অনি ঙাংনদুনা মপোৎ মচৈ য়োমশন্নরে। মুখরানা পোৎ য়োমলিঙৈদা সদানন্দনা শনামহি কাচিন্দা চংলদুনা হাইরকই—

"য়ুম-লোইবা সনামহি ইবুংঙো, নংবু হুন্দোক্নুনা চৎলে হাইদুনা ননাইবু ব্রারৌবা তৌগনুকো। ননাই গতি লৈত্রদুনা তৌরবনি । পুন্সিনা লোইদ্রবদি নোংমতং ওইরবসু নংগী সেবা তৌজরখিনি, পল্লেম-পল্লৌগী খুভম য়াজরখিনি ।"

অসি হাইরগা মুখরারোমদা ওনশন্দুনা "মুখরা, নংগী পোৎ য়োম্বদু লোইরবরা, চৎসিদনা।"

"লোইরে, থোক্লসি ।"

মতৌ অসুম ঙাংনদুনা সদানন্দগা মুখরাগা মুখরাখোইগী য়ুম তান্না চৎখ্রে ।

৩

মুখরাগী মপা বকুল অসি করম্বা মীনো হাইবা মচানুপীগী শাজত্তগী পারিবা মী পুম্নমক্কা খরগী মখৈদি খংবা ঙম্লরিনি। তোকপনা হৌদোং পোকপদি য়াদে।

বকুলনা মুখরাসি থাজবা মতমদা খল্লম্বদি—সদানন্দসি লাইরিক য়াম্না হৈবনি, লমচৎ নিংথিনা ফজে, তলব চাওনা চাবা থবক অমা শোইদনা ফংগনি অমসুং মচানুপীসি য়াম্না নুংঙাইনা লৈবা ঙমগনি—অসিনি।

অদুবু লাইনদি অমা তমখিরম্মী। মদুগীদমক বকুলনা মমাকনিপা সদানন্দদা মরাল পীরম্মী অমসুং শাওরম্মী। মচানুপীনা ব্রারিবদু উরগা মহাকসু হৌজিক্তি করম তৌরগা মুখরাসি খাইনহনসিগে হাইনা খল্লক্লে। নুংদাং ফুঙ্গানাক্তা ফমদুনা মতু চাওবীগা ব্রারি শাবদা মচানুপীগী ব্রানা ব্রারি শাবগী হিরম অথোইবা ওইরক্লে। নোংমদি মহাক্লা মতুদা হাইরে—

"চাওবী, নচানুপীসি মথন্তা পোকচবনি হাইদুনা ঐখোই অনিনা লূনা য়োকচরকপনি। অদুবু লাইরবা পীতৎ-পাতৎপা মচা অমদা থাজরুদুনা কয়া ব্রারবনো।"

বকুলনা অসুম্না হাইবা তাবদা নুপী ওইবী চাওবীদু মথোই হেন্না কারক্লে। মঙোন্দদি মব্রানা হাইবদি ইরুজনিংবগা থোংগ্রা তেকপগা চপ মান্নরম্লে। অদুনা থৌনা ফনা চাওবীনা খুম্মকই—

"ঐদি নহান্না খল্লবনি। করম তৌরগা মখোই অনিসি খাইনহনসিগে হাইনা খল্লকপা ঐদি কুইরবা পোৎনি।"

মতৈ-মনাও মবুক্লিং তিম্নবা উরবদুদা বকুলনা ব্রা শাংথদুনা কান্নদে, শমদৎতুনা ব্রা লেপ্পরগা লোইরে হাইদুনা হাইরক্লে—

"অদু ওইরবদি হয়েংদু চৎতুনা ঐ ইচাদু লৌরুরগে। কান্নদে, মানা আঃ-দা লৈখ্রগা ঐখোইনা অসিদা চিন্তা তৌদৌগী শরুকপুদি মাবু হেক পুরকপনা হেন্না ফরে।"

মখোই অনিনা অসুম্না ঙাংনদুনা লৈরিঙৈদা সদানন্দগা মুখরাগা চংলক্তুনা খুরুম্লরে। সদানন্দনা খুরু-খুদক কুন্দুনা অদুম খুরুম্লম্বদগী হৌগৎতরে। মুখরানা মমাগী মনাক্তা চংদুনা ফমখ্রে।

অদুদগী বকুল মতৈ-মনাওনা 'করি থবক্কীনো অহিংদা' হাইদুনা হংলকই।

সদানন্দদি পাক খুমগদবদো ইকাইদুনা ঙাইহাক চিংনদুনা লৈরে। অদুদা মুখরানা খুম্লকই—

"ঐখোই অনি অসিদা লৈরগে হাইদুনা লাক্লবনি।"

বকুলদি হিদাক থক্তুনা মচাগী ব্রাদু অদুম তারম্মী। মচিন-য়াংবী চাওবীনা মুখরাগী ব্রাদু তাবদা হান্না খরগা শাওনিংদনা লৈরম্বনে শাওনা ময়ানিপারোমদা ওনশল্লদুনা চৈরকই।

"করিদৌনা লৈগদৌরিবনো? ঐনা হাইবদি কদৌনা লৈদৌরিনো হাইবা? নথিবোং পান্দ্রা, মীগী মচানা লাইরিকসু নখোইদৌনা হৈতে, অদুবু থবক অমা অমা হেক্তা ফংই। নখোইদি কদাই, অসুম লৈরগা লাইনা নয়াদা চাক মরু অমতা থাদবিরক্কদরা?"

সদানন্দদো মনেমবোক্কী খোল অথিবা তাবা লাকপদি নত্তে। অব্রাবা চরা হেনবা কোক্কদরা হাইদুনা লাকপনি। অদুবু শাওবদি খক তৌরমদে। ইতপ তপ্না সদানন্দনা হাইরকই—

"ঐগী লাইবক্লনি। ঐদি অদুম খাংবা মঙমজে। মহাক্তি ঙমদ্রে, য়ুমদা থিনবিরো হাইদুনা থিল্লকপনি। ঐবুসু মহাক্লা কোম্থুংদা লৈরুসি হাইবদনি। অদুনা ঐগীদি ঐগী ওইরে। ঐনসু মাবু মতেং পাংবা লাইবক থিবনা ঙমদ্রে। ঙমদ্রিব ফাওবসিদদি মহাকপু মসিদা থম্বিয়ু।"

ঙসাইমখৈ হিদাকপুদা পানবা ৱাগী তোংজৈ অদুমা চিংলচিংলদুনা বকুল অদো মখোই ময়াম্না ঙাংনরিবা ৱাদু অদুম তারম্মী । হৌজিক সদানন্দনা মনেম্বোক্তা খুল্লকপা ৱাহৈদা লৈখাই অমা তারে হাইদুনা মপুক্লিংদা নুংঙাইরে । মহাক্না সদানন্দবুদি মমাক ওইরবসু মুখরাবুদা খরা থম্বিহৌ· হাইবা তাবদা য়াম্না নুংঙাইরম্মী । অদুনা ৱা ঙাংবা য়াওরক্লে । অদুদা মীগী মমাংদা অদুক হংদবা চুমদে হাইবা মতাগুম বকুলনা মমাকনিপাদা হংলকই—

"নংদি করম তৌনা কদাইদা লৈরুগদৌরিবা ইবুংঙো?"

"ঐনা তম্বা ঙমদে । ঐদি তম্লম্বা অমা লাক্কনি ।"

অদুদগী চাওবীনা ৱা লোইনরে হাইবা খংলদুনা মপান খোমজল্লক্লে । সদানন্দরোমদা ওনশল্লদুনা চাওবীনা হাইরক্লে—

"ফরে, নুপীমচাদি থনল্লো।"

মুখরানা মৱা-মপুরোইববুসু মাগা লোইননা লৈহন্নিংলম্মী । অদুবু মপা মমানদি লৈনবা ৱাহৈ তৌদ্রবনিনা মহাকসু ৱা ঙাংবা ঙল্লমদ্রে । অদু ওইরগা সদানন্দগা লোইননা অমুক হনসিরা হাইবসু মমানা মাবু থনল্লো হাইবদুননে অমসুং হয়েং সদানন্দগীদা ৱারুগদৌবদুনে ৱাখল অনি অসিনা মহাক অমসু ঙমদা অমসু তৌনিংদা অদুম তুমিন্না লৈরে।

সদানন্দদি ৱা মখা তাফম লৈত্রবনা চৎপা নত্তনা করিসু তৌনিংঙাই উরমদ্রে। অদুনা মহাক্না মনেম-মকু খুরুল্লগা মুখরাদা—"নং অদুক নোংমা নিনি লৈহৌখো" হাইরল্লগা ময়ুম তান্না হৌগৎতুনা লাক্লে।

মহাক্না লাকপদা ময়ুমদু মল্লম্মী অদুগা য়ুম শগাইবদা চংলকপা থাবলগী মঙালনা থাওমৈ লৈত্রবসু খরদি উবা ফংলম্মী । থবকসু তৌনিঙাই লৈতবনে অদুগা চাক থোংদুনা চাগদবসু থেংখিবনে ফমুংদা চংদুনা হিপ্লে। হিপ্লিঙৈদা ৱাখল পোক্লক্লে।

অসুম্না খল্লম্মী—

"ঐদি শিগ্রবসু লাই ! নুপীমচা অমা ঐগীনি হাইদুনা লৈরগা মাগী মফমদা তৌগদবা ইথৌদি লোইরমদবা য়াদে । অদুবু! গতিদি লৈতে ! করম তৌনা থৌ অসি পাংথোকসিগে ?"

"হৌজিক্কী মতমদা শেল খরা প্রণামী কৎত্রবদি থবকসু ফংবা লৈত্রে । বিদ্যাগী মগুণসু ঙাকত্রে। মশা মশাগী খনবদগী মতিক চাবা মীবু নমথেক্লবা হাইদুনা উপায় ফৎত্রবা ঙাক্তা লাইরিক হৈবসু হৈতবসু লোইনা তৌনরক্লে । লাইরিক হৈবা মীনদুম শেল নৎত্রবদি কনামতবু মতিক চাই হাইনিংঙকত্রে । লাইরবা ঐগীদি করি লৈ? প্রণামী কৎনবা শেলদুবু লৈরবদি প্রণামী ওইনা কৎলুদ্রবসু মুখরাগা ঐখোই অনি চরা হেন্দবা ঙমগদবনি। লাইরবগী গতি লৈতে ।"

অসুম তৌদুনা অমুক খল্লি অদুগা ফমুংদা অমুক থরো থরো ওন্দুনা লৈ। মুখরাবু করম তৌনা মতেং পাংবা ঙমগদগে হাইনা খনবদা ৱাখলনা ৱামনখিদুনা মতম হৌখিরম্মী । কোম্থংদা থেংলবদা নুংশাম্বর মপি হোল্লদুনা অদুম তুমখ্রে ।

তৌইগুম্বসুং ৱাখল খন্না তুম্বনিনা মীকপ থুনা থোক্নুনা যাহৌ ঙল্লে ।

৪

নোংঙাল্লগা সদানন্দগী মরূপ ধর্ম্মানন্দ লাক্লে । মখোই অনিসি ক্লাস অমতদা বি-এ ফাওবা তম্মিন্নরকই। ধর্ম্মানন্দদি মপানা ইনাকখুনবা অমনিনা থবক অমা কোইনোম নোমদুনা ফংবনা লাইরিক মখা তমথরমদে।

মরক মরক্তা ধর্ম্মানন্দসি সদানন্দগীদা কোইরকই । অঙাং ওইরিঙৈগী ব্বারি ময়ামদু নিংশিংদুনা শানৈ। নোংমতসু সদানন্দনা মাগী অব্বাবগী ব্বা মাগী মরূপ-মপীজাদা হাইদে। হাইরুরগা মাগী অব্বাবদু মী অতৈ অমা য়াওনা ব্বাহনবা তাই খন্দুনা কদৌঙৈদসু শাদোক্তে । মতম পুম্নমক্তা ধর্ম্মানন্দনা মাগী মরূপ সদানন্দবু নুংঙাইবা মীনোকনা থল্লবা, লংলবা মাইথোংদা ঙাক্তা উই ।

মদুগী নুমিৎকী অয়ুক্তি সদানন্দগী মাইথোং খরা লাংশিন্না উই । মদু উবদা ধর্ম্মানন্দগী মপুকনিংদা চিংনরদুনা হংলকই—

"সদা, নংগী মাইথোংসি ঙসিদি চিন্তাগী মশক ওই, করি তৌরবগে?"

মরূপপ্না অব্বাবা কোকপিগে হাইবা মতাগুম নুংশিরবা খোলনা হংলকপদা সদানন্দনা খুম্নিং খুম্নিংদনা খুন্নকই—

"ধর্ম্ম, অসুক কুইরবসি নংঙোন্দা ঐগী অব্বাবগী ব্বারি অমতসু শাদ্রি । ঙসি শাদুনা নংবুসু অরেন্বদা অব্বাবা ফংহনবদি করি কান্নগনি ? ঐগী মাইথোংনা লোৎপা য়াদ্রবনিনা ঐ ব্বারে হাইবসিদি খংলো । অদুগা অসিদগী হেন্না করিগী ব্বারিবনো হাইবদুদি ঐ হাইররোই ।"

"হায়য়ু, করি তৌবগে! নংগী নতেংমক পাংবা ঙমদ্রবসু ব্বাদদি তানবা য়াই।"

ধর্ম্মানন্দনা অদুক য়াম্না নুংশিবগা লোইননা তকশিনবদুদা হাইদ্রবদি ফৎত্রে মহাক মথল্লাই নুংঙাইখিদবা তারে হাইদুনা অতোপ্পা অমবু শাওহন্নিংদবা সদানন্দনা হায়রকই ।—

"নংনা তকশিল্লবনিনা হাইবদা ঐগী দোষ করিমতা লৈত্রে । তাও হাইরগে। ঐ অসি লাইরৈ নংই হাইবদি নংনা হেন্না খংলিবদুমঙাই । লাইরববু নরকনি হাইনা লৌবদি ঐদি লৌবা ঙমদে । অদুবু মহাক্তি লৌদবা ঙমদে । মুখরা ময়ুমদা চৎখরে । অদুনা ঐগী চিন্তা হাইববু মাগী মফমদা মরা মপুরোইবা ওইবগী ঐনা তৌফম থোকপা ইথৌ অদু পাংথোকপা ঙমদ্রে । মাবু ঐনা থাকপা ঙমদ্রে ।"

সদানন্দগী ব্বাসি তারগা মী পুম্নমক্কী, থোইদোক হেন্দোক্লা মরূপ ওইবা ধর্ম্মানন্দগী মপুক্লিংদা নুংশিবা পোক্তবা ঙল্লমদে । হাইবদি কি অদুগা মরূপকী অব্বাবদি কোকহন্নিং ধর্ম্মানন্দনা তপ্না সদানন্দনা শাওখিনি হাইবগী মতাগুম হাইরকই—

"খংদে, সদা, নংগী লাইবক অসে । থবক অচৌবদি থমখ্রদুনা মচা মশু ফাওবা অমতা ফংদে । থবক তৌনিঙাইদি করিমতা লৈতে । ঐনা খনবদা উপায় অমদি মতম খরগীদমক্তি লৈ । নংনা তৌনিংলোইদরা অদুদি খংদে।"

ধর্ম্মানন্দনা হংলিবা ব্বাহং অসিদি সদানন্দদি অঙকপগা লোইননা তারম্মী । মাগী মশাদা অচৌবা অপিকপা থবক হাইনা খাইবসি কদৌঙৈদসু খাইজরমদে । অদুনা সদানন্দনা পাক্ খুন্নকই।

"করি ব্বানো ধর্ম্ম? ইপানা ইমানা পোক্লকপদগী থবক অচৌবা অমতা ফংলকত্রি? মচা ফাওবা ফংদ্রি। চাবা শেৎপদা অদুক য়াম্না কেথোক-মৌথোকপা তৌরকত্রি । অদুনা থবক্তা অচৌ অপিশক করিমতা খাইদে। ঐগীদি লুপা তরামরি মঙা লৈরগা লোইরে । হায়য়ু করি থবক্লো ?"

"ঐখোইগী ইনাওনুপা মনিদু য়ুমদা লাইরিক খরা খরা তাকপিয়ু । থাদা লুপা তরামঙা তরামঙাদং পিগে,

অদু ওইরবদি নংগী চাবদদি কোন্নবা য়াই।"

"য়াম্না ফৈ। ঙসিদগী হৌরোরা?"

"ফরে, ঙসিদগী হৌরো, নুংদাং নুংদাং তৌরো। ঐ হৌজিক চৎলগে, থবক অমগা চৎলুখিগে।"

সদানন্দসু 'ফরে চৎলো' হাইদুনা লৈহৌরে। ধর্ম্মানন্দ চৎখ্রগা মহাকসু কোল্লিক ৱাইরম তৌবা চংখ্রে।

মদুগী নুমিত্তগী হৌনা সদানন্দনা ইমুং-মনুংগী ৱাইরম্বচিংবা থবক তৌবা অমুক হৌরে। থবক অদু তৌরগা মপা মমা অমুক নিংশিংলকই, করিনা মানা নহা ওইরিঙৈদা থবকশিং অসি তৌরকপনিনা। অহল লমন নিংশিংলুরগা মপী তাখিবা খংহৌদে। অদুবু কপ্পদুনা করি তৌগনি হাইনা মথন্তমক থেমজন্দুনা মপী অদু তৈথোক্লুনা লৈরম্মী।

অদুম ৱাই তৈনা তৈনা মপুক্লিংদা ৱাখল অমা পোক্লক্লে। থবক ইনখাং লোইরগা মুখরাদা মণি লাইরিক তম্বিবগী পাও অসি হাইগে অমসুং য়ারবদি মাবুসু কৌরক্কে হাইদুনা নুপী-পাম তান্না চৎখিরম্মী।

৫

সদানন্দনা চিন্তা পুম্নমক থাদোক্লুনা হরাও হরাওনা নুপী-মপাম তান্না লাক্লম্মী। মানা কোম্থোং লাম্থোক্লুনা চংলকপদা মখোই ময়ামদুনা করিনো হাইনা ইঙক ঙক্লা য়েংলম্মী। মানা মাঙ্গোন য়ৌরবদা মকুবোক বকুলনা মাগী হরাওবা মিৎতা অদু উদুনা নোকমি নোকমি তৌরদুনা হংলকই—

"করিনো নহা নংনা লাকপবো? চেং লৈত্রবরা?"

মকুবোক্না করেম্নবোই ঙকপবোই হংবদু সদানন্দনা করেম্নবনি হাইনা লৌরমদে। চ্য়া নুংশিদুনা হংলিবা মাল্লে হাইদুনা সদানন্দনা মপুকচেল তিংবগী হৌনবা ইচম-চম্না খুন্নকই—

"ঙরাং চরা হেল্লবনিনা ঙসিগীদি চেং লৈহৌই। ঐহাক মুখরাবু কৌগে লাকপনি।"

বকুলনা ইঙক ঙক্লা—"করিগীনো? ঙরাংদি থমগনি হাইদুনা থনল্লগা ঙসি অমুক ঙস্তানা কৌররিবদি?"

"ঐহাক ধর্ম্মানন্দগী মনাও-নিপা মণিবু লাইরিক তম্বিয়ু হাইরে। থাদা লুপা তরামঙা ফংগনি। অদুনা ঐখোয় অনি লেনবদি ওক্কনি।"

"মদু চহি কুইরোই। মতম খরদগীনি। হয়েং লাইরিক তম্বিবদু তোক্লগা অমুক চারা হেনগদবা মরৈ। অদুনা পুখিনু। নংনা পুস্পিগী লেংদবা থবক অমা ফংলবা কালদুদা মুখরাবু পুখো।

মুখরাসু মখোই অনিনা ঙাংনরিবা ৱাদু তারম্মী। মাগী পুক্লিংদা য়াম্না কন্না থাঙবা অমা লৈরম্লে মদুদি সদানন্দগীদা লৈরগা মহাক অৱাবা নত্তনা করিমতা ফংলোই অসিনি। সদানন্দনা থবক চাওরবা অমা ফংদুনা তৌরবদি মনাই-মশলনে করিনে মহাক য়ুমগী মবেম্যা ওইদুনা য়াম্না লেম্না অমসুং নুংঙাইনা লৈজবা ফংগদবনি। অদু নৎত্রিবমখৈদি মহাক সদানন্দখোইদা অমুক চৎনিংলমদে। অদুনা মপানা ঙাংথোরকপা ৱাহৈনা মানা নিংবা থুংবনা অসুম্না মপুরোইবদা হাইরকই—

"পাজিনা হাইরিবা অসিনা ফৈ।"

"মুখরা, ঐনা তাল্লিবা শেল অসি ঐখোই অনিগীনি। ঐদি লুপা মঙারোমদমক লৈরগা ওকই। অরেম্বদু নংগী শরুক্লিনা নংঙোন্দা পিরগে। অদুগা নংনা লাক্লিংবা কালদা লাকউ, ঐ করিমতা হাইরোই।"

অসি হাইরম্লগা সদানন্দ ময়ুমদা হল্লক্লে।

থা অমগী মতুংদা। মণিবু লাইরিক তম্বিদুনা লুপা তরামঙাখক তলব ফংলদুনা মদু পুদুনা ময়ুম য়ৌদ্রিঙৈদা

মুখরাদা শেল পিবা সদানন্দ চৎলম্মী ।

মহাক্না থুংলবা কালদা মনেম-মকু, মুখরা—লোইনা লৈরম্মী । মদুগী নুমিত্তি বকুল অদু মমাক্লিপা উবদা অদুক য়াম্না করেম্নিনিংলমদ্রে । চুম্না মীখ্বাইদৌনা মচা-মমাক লাকপদা হংবা হৌনবগুম্না হংলম্মী—

"ইবুংঙো, করম করম তৌরি? ইকুখোইদি নহালমখৈ নরা নপাও অমতা হংবসু ঙমদ্রে অদুগা তাবসু ইফং ফংখিদ্রে ।"

সদানন্দনা মকুবোক্লা হংলিবদু থরাই য়াওনা হংলিবা মাল্লে হাইদুনা মহাকসু থরাই য়াওনা মরিক চুম্না খুন্নম্মী—

"নহালমখৈ ধর্ম্মানন্দনা ফৌপোৎ অমা পিরক্নুনা লেল্লকই। মদুগী মমলসু লৌ হাইবা য়াদে। ঙসি তলব ফংলদুনা মুখরাদা মাগী শরুক পিগে লাক্লিবনি ।"

"পিগনুদা। মাগীদি ইকুখোই লৈরিবনিনা করিমতা ব্রাদ্রি হৌজিক ফাওবদি। নংগী অরাৎ-অপা মেনশিন্নবা অদুম থমজিল্লু । য়ুম অমা পানবা হাইবসে অরাৎ-অপা মশিং নাইদবনি । ঐখোয়তনা মেনবা ঙমদবনি ।"

বকুলনা লৌরোই হাইরবদা সদানন্দনা যুক্তিগা হাইজবগা অনি পুন্না লুপাদু লৌহৌনবা হাইজরম্মী—

"ঐগী শরুক্তগী হেন্না ঐ শিজিন্ননিংদে । মদুনা ওক্লবা শিন্দ্রবদি হয়েং তুংদা অরাবা লাক্কনি। ঐনা শেল তাল্লিবসি অয়াম্বা মাগীদমক্লি । হৌজিক্তি ইকুবোকখোইনা মাবু থাকফম থোকত্রবনি। ঐনা নংবগী অদুক তৌবনি । অদুনা মাগী চাকহুল ওইনা য়ামদ্রবসু ইকুবোক্লা মসি লৌবিয়ু । লৈত্রবা কালদা লৌবিদ্রিবা অদুনা ঐগী লাইবক ফবনি।"

অসি হাইদুনা লুপা তরাখক থিদুনা মকুবোক্তা পিরে। বকুলনা "তৌনু তৌনু" হাইনা হাইনা অদুম থনল্লগা সদানন্দ খুরুম্লমদুনা ময়ুম পাংনা লাক্লে ।

মহাক চৎখ্রগা বকুল মতে-মনাওনে মচানুপী মুখরানে মখোই অহুম তিন্নদুনা "ঙাওবরা অসিবো" হাইরগা নোকমিন্নদুনা লৈহৌই ।

৬

মতৌ অসুম তৌনা সদানন্দ মতম লেনবা হৌরক্লে । মতুবু নুংশিদবরা হাইবসু নুংশি । অদুগা নুংশিরবদি মতুদু য়ানবা ঙাংনদুনা পুরক্লবসু তৌদে । মাগী ব্রাখল হাইববু লুহোংবসি ধর্ম্মগী তৌদবা য়াদবা থবক অমনি হাইদুনা তৌবনি । অদুনা মুখরানা ময়ুমদা অদুম লৈখিগে হাইবদা মহাক্কী নুংঙাইবা থুগাইবা ফত্তে হাইদুনা সদানন্দনা য়াদ্রেনা হাইদুনা হাইরমদে ।

অদুনা মুখরাসি লাক্লো হাইবা য়াদ্রেনা হাইদুনা অতোপ্পা নুপী অমা থিগে হাইবসু খল্লমদে। মরূপ মপাংশিংনা হাইরবসু মহাক্লা অসুম্না খুন্নম্মী—"ঐগী নুপী অমা লৈরি । নুপী লোনবদি ঙম্লোই । অমমকসু শেম্বা ঙমদদুনা লৈরিবা অসিদা অনীবু শেম্বা কদাইদগী ঙমগদগে ।"

মহাক্লা মুখরাবু মপামদা লৈথ্রবসু পুন্সিগী লোইনরবীনি হাইনা লৌরম্মী । মহাক্লা শেল তাল্লি খোৎলিবসি মহাক্কী নুংঙাইনবা কে-মৌনবা নত্তে, মুখরা মখোইনিগী পুন্সি অসি নংলবসু নংদ্রবসু লেনবা ঙল্লগা লোইরে হাইদুনা তৌরম্বনি ।

সদানন্দ অসি ইনাক খুনবা, অচৌবা ফম্নাইবা ওইবা পাল্লমদে। মদু ওইবা ফংলবসু পামদবদি নত্তে, হিংনবগীদমক পামজবদনি । অদুগা ফম অচৌবনা, লন-থুম্না পুন্সিগী তানগদবা পোৎনি হাইবদি মহাক

খল্লমদে । নংবনা মঙোন্দা করিমতা ফত্তবনি খন্দে । তুলসীদাস ঋষিগী অৱাবদনা হরিনাম নিংশিংবা ঙন্মী হাইবদু তত্তনা মরূপ-মপীজা পুম্নমক্তা হায়রম্মী ।

মুখরাগী চৎখিবগী মরম লৈকাইনা খংনরক্নে । লৈকাই ময়াম্না সদানন্দ করি তৌরগা মতেং পাংবা ঙমগদগে হাইনা খন্নরক্নে । লৈকাইগী অঙাং পুম্নমক মহাক্না লেম্না নিতিগী লাইরিক তম্বিরি। মরম অদুনা অঙাংশিংগী মপা-মমাশিংনা অসুম্না মশাগী কান্নবা থাদোক্নবা সদানন্দগী মতেং করি পাংবা ঙমগদগে অমসুং হৌনবগে হাইনা খন্দবা ঙল্লমদে।

মী অমনিনা হোৎনদুনা লৈকাই ময়াম নোংমদি তিন্নরে। সদানন্দদা লৈকাইনা করি তৌরগা পেনগদগে হাইবদু খন্ননবা হাইদুনা মহাকপুসু কৌরম্মী । নুপী অঙাং জাৎ শুনা তিনখৎলক্নবদা লৈকাইগী অহল অমনা ময়ামদা মখুৎ লোন্নদুনা হায়রকই—

"তাবিয়ু, ইপা-ইচা ইচিন-নাও পুম্নমক । সদানন্দনা লাইরিক অসুক য়াম্না হৈনা হৈনা মশাগী কান্নবা থাদোক্নুনা লৈকাইগী লাইরবা অঙাংশিংবু লাইরিক তম্বিরি। হৌজিক্তি মহাকসি থবক করিমতা শুদ্রবনিনা অদুগা মাবু খরা খরা য়েংলম্বা নুপীসু মপাম চৎখ্রবনিনা শেল থোকত্রে। অদুনা ঐখোয়গী লৈকাইগী স্কুল মচা অমা লিংখৎলসি, মসিদা মঙোন্দা ফৌ খরা খবা খাইনদুনা পিসি । ঐখোয়দি লাইরবা ঙাক্তেনিনা শেল ওইনা মঙোন্দা তলব পিবদি ঙমদেদো । মাসি সদানন্দনসু য়ামদে হাইদুনা শাওরোই ।"

অহল অসিনা হাইরিবসি ময়াম পুম্নমক য়ানিংলম্মী । সদানন্দগী মবুক্লিং খংনবা হাইদুনা মঙোন্দা লৈকাইনা হাইজরিবসি য়াগদরা য়ারোইদরা হাইনা হংলকই। মদুদা মহাক্না অসুম্না খুল্লকই—

"ঐদি করিমতা য়াদবা লৈতে । লাইরনা পোক্লকপা ঐগী লাইরনা পানবা যানবা জীবিকা খরা লৈজরবদি মীওইবগী সেবাদু নিংথিনা তৌজবা ঙমগনি । অদুনা য়াম্মী য়ামদেগী করিমতা বেডা লৈজদে । অদুগা হৌজিক্তি লাইগী কৃপাদগী ধর্ম্মানন্দগী মনাও তম্বিরিবমখৈ ঐগী অমসুং মুখরাগী চানবা ওকলি । মাবু তম্বিরিবা মতম-মখৈদি লৈকাইনা করিমতা পিবিদ্রবসু য়াগনি ।

সদানন্দনা লৈকাইনা খুমহন্নিংবা পাওখুম খুল্লকপদা মদুগী নুমিত্তা তিল্লিবা মী খুদিংমক্না মহাকপু রাখল-চাওবা, চম্বা-পাম্বা, ধর্ম্মচেনবা অমসুং মীওইবগী অৱাবা খংবা নিপানি হাইদুনা থাগৎলম্মী ।

অসিদগী ধর্ম্মানন্দগী মনাও তম্বিবগী তলবনে অদুগা মাগী ময়ুমদা অঙাংশিং অদু তম্বিদুনা লৈকাইদগী ফৌ খরা খরা খাইদুনা ফংবনে চরা হেন্নিং হেন্নিং তৌরম্বদগী চরাদি হেল্লক্তে। লৈকাইগী মী পুম্নমক্না মচা-মশুশিংগী মতিক চাবা ওঝা ফংবদা নুংঙাইমনখিদুনা মতু মচা থারক্নুনা ইমুং-মনুংগী কোল্লিক-ব্রাইরম শেংবা হৌরক্নে । সদানন্দনা মতম শংলবনিনা লাইরিক পাদুনা মাগী জ্ঞানগী পুকৈদু নোংম নোংমগী হেনগৎনবা তৌরক্নে । জ্ঞান তাল্ল-তাল্লগা মাগী চম্বা অমসুং মশাগী কান্নবা থাদোকপগী পুকচেলদু অসুম অসুম হেনগৎলকপগী খুদম লৈবাক্না ফংলম্মী ।

৭

পাবিরিবা মীশিংনা খনবিবা য়াই—বকুল-চাওবী মতৈ-মনাওনা মচানুপীদুবু অদুম লৈবদু য়ারিবরা, করি তৌরিবগে হাইনা ।

লোইদাম থাবুক কয়ামরুম লেল্লক্লবদা মখোই অনিনা খল্লক্নে, মচানুপীদো নুপা যুগোৎ চাবা অমদা লুহোংনবা হাইদুনা । অদুম্নদি ওইরগা অমুকসু খল্লম্মী—মখোইনদি মৱা নাইহল্লিংলগা মুখরানা মপু অনিগী

মনাই ওইনিংলল্লোইদরা হাইনা। অদুমকপু মখোইনা হাইবা মচানুপীনা ইন্দবা য়াবরা হাইনা লেপ্তুনা মুখরাগী মপুরোইবা অমা থিবা হৌরক্লে ।

বকুল অমসুং চাওবী মতে-মনাওগী নিংবা থুংউ হাইবদুনা চন্দ্রশেখর কৌবা লল্লোন-ইতিক তৌবা পাম্বা ওইদুনা লৈবা অহল অমা থেংনরে । পাম্বাসি নুপী শিখিবা কুইদ্রি। অহল ওইবনা নুপী অমুক থিররোই তৌববু মচা অপিশকশিংদু য়েংবিনবা হাইনা নুপী অমুক থিগে নিংলম্মী । অদুনা মানা নুপী কদাইদা লৈবগে হাইনা থিরকপদা বকুলনা থেংনরুরে ।

বকুলনা খনবনা—চন্দ্রশেখর অসি অহল ওইরবসু মচিঞ্জাক চাজে অদুগা হনুবনা নহা লৌবগী হৌনবা মচানুপী মুখরানা চন্দ্রশেখরবু লাকহৎপা ঙমগনি । মঙোন্দা মুখরানা লৈজরবদি চরা হেনবগী চিন্তাদি লাইরদুনা থবক ইনখাং ফাওবা করিমতা শুররোই অমসুং নুংঙাইনা অঙাং শাদুনা মানা তৌ হাইবদা তৌহন্দুনা লৈবা ঙমজগনি। অসিনা বকুলনা চন্দ্রশেখরবু পান্নম্মী ।

চন্দ্রশেখরনা নুপী অতে থিরমদবা অমসুং মুখরাবু পান্নগী মরমসু য়াম্না লৈ । মহাক্না খংজে, মুখরানা কেবা-মৌবা অমসুং লন-থুম অদুক য়াম্না পামদবা সদানন্দগা অমুক হঞ্জন্নিংলোই হাইবা। মহাক্না থোইদোক হেন্দোক্না মুখরাবু পান্নসি মরম য়াম্না চুম্বা অমা লৈরম্মী । মহাক্তি হনুরবনিনা লৈশাবী অমতনা পাম্ফম থোক্তে । অদুদা লৈশাবী লৌরুরগসু মচা-মশুশিং অসি য়েংবিয়ু হাইবা ঙল্লোই । মুখরাদি চপ-চাবা মহাক্কী থবক কান্নগদবা চহি-মতাংগী নুপী অমা ওইরম্মী । অদুগা সদানন্দনা অফবা মী অমনিনা মহাক্কী মথক্তা করিগুম্বা অমতা তৌরক্লোই হাইবসু চন্দ্রশেখরনা মুন্না খংলম্মী ।

মরম ময়ামসিনা বকুলগা চন্দ্রশেখরগা মখোই অনি য়ানদুনা ব্রা লোইনরে ।

তৌইগুম্বসুং মুখরাদি ব্রা অমতা তারমদে । অদু ওইরবসু মহাক্না সদানন্দগী ময়ুমদা অমুক হনগনি হয়বগী ব্রাখল থাদোক্লল্লে । সদানন্দ অসিনা ফয়াইবা অমা ওইদুনা চাওরক্তুনা মতুবু দালাল অমা শাবিরগা লৈহল্লগনি লিক-কোন শিহল্লগনি অদুগা মোটোর গাড়ীদা তোংদুনা সিনেমা থিয়েটার য়েংহল্লগনি হাইবসি কদৌঙেদসু থোক্লোই হাইবা মুখরানা মুন্না খংজরম্মী । ফীজেত্তা সংসারী ওইরবসু পুক্লিংদদি সন্ন্যাসী ওইরবনি হাইনা মহাক্না সদানন্দবু লৌরম্মী । অদুম্নদি ওইরগা মব্রা অমা নাইবগী ব্রাখলদি লৈরমদে । মপা মমানা তৌরবদা তৌগদবা মঙাই ।

নোংমা মহাক্না মমা-মচা ফমদুনা ব্রারি শারিঙৈদা বকুলনা চংলক্তুনা হাইররে।

"নখোই অনিমক তাও, ঐখোইগী লাইবক থিবনা ইমাক অমা ফংবসু তুররিংবা নিপা থোক্লুরে। মুখরাগী ব্রাবনা ঐহাক অহিং নুংথিল করিমতা মফম খংদরে। ঙসিদি নিপা অমা ফংলে। মহাক লল্লোন-ইতিক তৌদুনা ফীভম ফনা ফবা মীনি । চহিদবু খরা অহল ওইরে। ঐদি ব্রা লোইথোক্লল্লে । হৌজিক নখোই অনিনা ঐগী মাই ঙাক্কদবা মঙাইরে।"

ব্রাসি তাবদা চাউবীনা "ফৈ কদৌগে" হাইনা হাইরকই ।"

অদুগা মুখরাদি ব্রা খরা হংলম্মী, পাক য়ারমদে।

"পাজিখোইনা হাইবা ইনবনি হাইদুনা ঐহাক কয়া ব্রারুরে। হন্দক্তি পাজিখোইগী নিংবা থুংহনবা-ঙম্বা নিপা ফংলবরা?"

মুখরাগী ব্রাসি তাবদা মপানা হাইরকই—

"ইবেম্মা, মদুগীদমক নহাক চিন্তা তৌরুনু । ইচাগী ফনবা হাইদুনা ইপানা তৌবা ঙাক্তনি।"

মদুদগী মুখরানা অমুক হাইরকই—

"য়াম্না ফরে পাজি। অদুম্নদি ওইরগা মহাক্কী য়াথংদদি লৌখিগে।"

মুখরাগী হন্দক্কী ব্রাতাসিদি কাইগদৌরিবা মাল্লে হায়না পাখৎতুনা হাইরকই—

"মদুদি কদাইদগী য়াগদগে ইবেম্মা? মহাক্লা নংবুদি খাইনদ্রি অদুগা খাইসু খাইননিংদে। মহাক্লা করম্না য়াথং অদু পিরক্কদগে?"

"পাজি ঐগীদি মদু ইথৌনি। মহাক্লা য়াদ্রবসু অহল লমনগী য়াথং ইন্দবা য়াদ্রে হাইদুনা খংহল্লমগনি। অসিনা, মহাক হয়েং শেল থিনবা লাকপদা ঐহাক ব্রারমসি ব্রারি শাগে।"

বকুলনা পান্দদি মচানুপীনা হেক য়াথোকপা অদুনি। পুময়ামক য়াদ্রবসু খরদি য়ারে হাইবা খংলদুনা বকুল ব্রা ঙাংদ্রে; তুমিন্না লৈরে।

মতৌ অসুম তৌনা মুখরানা তংখাই অমদগী হেন্না মব্রা অনৌবা অমা নাইবদা য়ানিংলম্লে। মহাক্কী য়াবগী মরমসু—মাগী লেংগা নুপীশিংগী মরক্তা অয়াম্বনা য়ানগনবা মরম্নানি। মখোইগী হাইববু চাবা-শেৎপা অমসুং লিক-কোন শিবদা নুংঙাইবা অদুদনা পুন্সিগী অতম্নবা পোৎ অমা ওইরম্মী। মুখরাসু সদানন্দ কদৌঙৈ লাকপা হাইনা ঙাইদুনা লৈরম্মী।

৮

পয়লা তারিখ নুমিত্তা সদানন্দনা মাগী তলব পুদুনা মুখরাদা পিগে লাক্লম্মী। মুখরানা ঙাইদুনা লৈরম্বদু উবদা সদানন্দনা হংলকই—

"মুখরা, নং শেল য়াম্না চিল্লবরা, ঙসি ঙাইদুনা লৈরল্লিবদি করিগীনো?"

"শেল চিন্দুনা তৌবা নত্তে, ইবুঙো, শেল লৌবা তোকপা তারে হাইবা খংহনগে তৌবগীনি।"

"করি তৌরবগে?"

"ওন্থোক্লা ব্রানা ওন্থোকপা ব্রা অমা হাইবা তারে। নংগী য়াথং নত্তনদি তৌবা চুমদে খল্লি।"

"হাইয়ু করিমতা চিংনগনু।"

"পাজিখোইনা ঐ অসে নিপা অমদা লৈনবা থৌরাং লোইরে।"

মুখরানা সদানন্দগী য়াথং ঙাইরল্লিবসিনদি মশানদি শুকয়া য়ানিংদবা মপা-মমাদনা চক্রী তৌশিনবিবা তাই খন্দুনা সদানন্দনা হাইরকই—

"নখোইগী অহল-লমন্না হাইবনিদনা? নংদি মাদুদা য়ানিংদবা তাই, মরমদুনা ঐগী ব্রা ঙাইরল্লীবা নত্রা?"

"ঐগীদি য়ানিংবা য়ানিংদবা করিমতা লৈতে। অদুম্নদি ওইরগা ঐনা য়াবদি চুমদে। অদুবু অমুক অহল-লমনগী য়াথং হাইবসু লৈবসিদা ঐবু তৌফম খংদরে।"

"খংলে। ঐঙোন্দা ব্রা হাইবদি অদুক হাইদবা য়াদে হাইনা হাইবতনি। নংনা নিংবা অমা তৌখিবদা ঐনা নংগী নুংঙাইবদো করিমতা থুগাইরোই।"

"ইবুংঙো, ঐবু ব্রারৌগনু, নুপী ওইবী ঐখোই অসি নিং-তম্বা ঙমদে। মসিগী মরালদি সমাজগীনি।"

"ঐ করিমতা ব্রারৌদে। নংগী নুংঙাইনবা হাইদুনা খল্লিবা ঐহাক্তি। নংনা নুংঙাইনি হাইনা খনবা লম্বিদা ঐ করিমতা লেপ্তুনা থিংলোই। নংবু ঐনা করিমতা কাওরোই, নংগী লম্মন শিংবা লোইদ্রি। ঐনা হিংদুনা

লৈরিবমখৈ নংগী কান্নবা তৌবদা ঐহাক করিমতা হল্লোই । নংসু ঐবুদি কাওনুকো।"

"কদৌঙেদসু কাওবা ঙমলোই । নং-ঐগী লাইবক থিবনা থোক্লিবা ঙাক্তনি । হৌজিক্তি নংনা ঐঙোন্দা থাগী লুপা পিবসি তোক্লো ।"

"লুপানা থোক্লিবমখৈ নংগী লুপা পিবদি তোক্লোই । ঐনা নংবু শেম্বা ঙমদ্রদুনা ঐগী নুংশিরবী নংবু নুংঙাইহন্নবা হাইদুনা মীগী মখুত্তা শিন্নথোকখিবনি । অদুনা নংগীদমক হোৎনরিবা মী অদুদা ঐসু মতেং ঙম্বামখৈ পাংগনি । নং লুপা লৌদবা য়াদে।"

অদুদগী সদানন্দনা লুপা পিরগা 'চৎলগে' হাইদুনা চৎখ্রে। মুখরাসু সদানন্দগী পুকচেলমতাদু উবদা মপি তানা তানা খুরুমদুনা লৈহৌরে ।

লম্বেলদগী ময়ুম য়ৌরবা মতুং ফাওবা নুপী মীগী ওইখিগদৌরে হাইবগী ব্রাখল অদু খল্লম্মী। অসুম খনবদা মপুক্লিংদা অব্রাবসু পোক্লম্মী । অদুদগী মহাক্লা শেম্বা ঙমদ্রবদা মীনা শেম্বিদুনা মুখরা নুংঙাইগনিকো খনবদা অমুকসু নুংঙাইরম্মী ।

মহাক্লা অসুম্না অমুক নোক অমুক শুক্তোক তৌদুনা লৈরিঙৈদা মতম হৌখিদুনা থবক করিমতা তৌহৌদরে। অহিং থেংলকপনা ফমুংদা চংদুনা তুমথখরে । ব্রাখল খন্দুনা তুমখিবনা অহিং ময়াই চল্লকপা কালদা মং অমা মংলে ।

সদানন্দনা মংদুদি অসুম্না মংলম্মীঃ—জগৎ অসিদা মহাক্লা উখি-উখিবা খ্বাই পুম্নমক্তগী হেন্না ফজরবা মূর্ত্তি অমনা মহাক্কী মখুৎ পাইদুনা মী য়াম্না তিল্লবা মণ্ডপ অমদা মাবু পুরম্মী । মণ্ডপ অদুদা চন্দ্রশেখর অমসুং মুখরা ফমদুনা লৈরম্মী । মুখরানা লৈরা মাইকৈদা সদানন্দবু মূর্ত্তি অদুনা পুশল্লম্মী । মুখরাবু উবদা থব্রাই ব্রামনখিবনা অমুক-মুক পাখৎপদা মাবু পুরিবা নিপাদুনা মখুত্তা পাইরিবা বাঁশী অমখক খোংদুনা সদানন্দবু জ্ঞান তাহল্লম্মী । অদুদগী ঙাইহাক লৈরে হাইরগা বাঁশী-পাইবা মূর্ত্তি অদুনা সদানন্দগী ঙকশমদা মমাংঙৈগী মহাক্কী লুহোংবদা মুখরানা হুকখিবা লৈ-পরেং অদু হুকপিরগা হাইরকই—

"সদা, নংগী লুহোংবগী লৈ-পরেং অদু মুখরাদা হনখরো । অদুগা মুখরাবু পুশন্দুনা চন্দ্রশেখরদা কৎলুরো। অসিনি সংসারদা লৈনা লৈনা তৌবা ত্যাগ হাইবদু। নং দান অসি তৌবদা নপুক্লিংদা য়াম্না নুংঙাইগদবনি । নংগী করিমতা লৈতে । নং অসি করিগুম্বা অমতগী মপু ওইবা য়াদে । তাইবংপালগী মীওইবা খুদিংমকসু নংগুম্বনি । ঐ হৌজিক্তি চৎলগে, নংগী ননাক্তা মতম চানা অমুক লাকখিগনি।"

ব্রা অসি হাইরগা মূর্ত্তি অদু স্বাই মাংখিরম্মী । মদুদগী মীকপ থোরক্তুনা মিৎ পাংথোক্লকপদা ক্বাক খোংলমদুনা মহাক হৌগৎলে । মপুক্লিংদা মাগী পাওতাক অদু মহাক অদুম নিংশিংদুনা থম্লে ।

৯

হৌজিক মুখরা চন্দ্রশেখরগী ময়ুমদা লাক্লে । মুখরানা হেক লাকপা নোংঙালবগা দোকান্দগী ফীরোল ফজ ফজবা অমসুং সনাগী দোকান্দগী লিক্-কোন লূর লূরবা লৈরুদুনা মুখরাবু লৈতেংহল্লে । চন্দ্রশেখরগী মনাই-মশল য়াম্না লৈবা মরম্না মুখরা য়াথং পিবদগী হেন্না মখুৎনা থবক অমতা শুদ্রে। সদানন্দগীদা লৈরিঙৈদা কোয়েৎ-মচা য়োনবা চৎপদু হৌজিক্তি চন্দ্রশেখরগীদা শাব-ফাওবা শাদ্রে । মহাক্লা হৌজিক তৌদবা য়াদদুনা তৌবা হাইববু চন্দ্রশেখরগী চহি মরিদা ঙাইরিবা নিপামচা অমগা চহি তরুক শুরবী নুপীমচা অমগদা য়েংবদু মঙাইরে। অঙাং লংনদুনা চার-তুম্না তৌদুনা মতম লেনবনা মাগী মথৌ ওইরে।

অসুক য়াম্না নুংঙাইবা য়ুম্বান্দি সদানন্দগীদা পানবা ঙম্লক্তে । অদুগা খেন্নমনবনা সদানন্দবুসু মুখরানা কাওবা ঙম্লমদে । মরক মরক্তা মাগী মন্না নিংশিংলকই । তুররিংবা সদানন্দগী ব্রা নিংশিংলগা মুখরাগী মপুক্লিংদা নুংশিবা অমসু পোক্লকই।

নোংমা অহিং অথেংবদা অঙাং নুবী পুম্নমক তুম্নখ্রবা কালদা চন্দ্রশেখরনা মুখরাগা লোইননা সদানন্দগী মরমদা ব্রারি শারম্মী । চন্দ্রশেখরনা হাইরকই—

"মুখরা, ঐনা নং লৌবদি ঐগীদি নুপী লৈতবননি । অদুগা নংনা সদানন্দবু থাদোকপদি করি মরমগীনো?"

"ঐগীসু মরম লৈ।"

"করিনো?"

"মহাক অসিবু ঐনা য়াম্না নুংশি। অদুবু মবুক্লিংদা লপ্নোইবা অমা ওইবনা মায়াদা তাওদুনা লৈরিবা ঐখোইগদি তিন্নবা য়াদে। অদুননি। মহাক্না ঐগী ইফমদা মাগী তৌগদৌরিবা করিনো খংই। হৌজিক ফাওবা মহাক্না ঐগী নুংঙাইবতা খন্দুনা লৈ। অদুনা মাবু ঐনা কাওবা লৈতে।"

"মুখরা, ঐ খংই, সদানন্দ হাইবা নিপা অসি মী অমতগী মাংনবা নিংদে। মীগী নুংঙাইরগা মহাক্না নুংঙাই । মাগুম্বা নিপাসি ঐখোইগী দেশ অসিদা লৈরিবা লাইরিক হৈবশিংগী মরক্তা তাংই । মাগুম্বা বিদ্যা অসুক লৈরবা নিপানা থবক অচৌবা অমা তৌদুনা লৈগে হাইদে, নংগুম্বী মৌ-নহা মচাবু কৈথেলদা মীরৈবাক-মচা মরক্তা কোয়েৎ মচা য়োলহল্লি । অদুম্না লাইরবগী জীবন পুদুনা লেনবদা মহাক করিমতা নুংঙাইতবা তৌদে। অঙকপনি মাগী পুক্সি অসি। নং হৌজিক্তি মহাকপু কাওরো ইবেম্মা।"

অসুম হায়নদুনা মতৈ-মনাও অহিং থেংখরে হাইদুনা তুম্নখরে।

মুখরানা মং অমা মংলম্মী । মং অদুদা সদানন্দ লাকপা উরে। মুখরানা সদানন্দগোমদা মপী তানা তানা য়েংদুনা লৈবদা সদানন্দনা হাইরম্মী—

"নংগী দোষ নত্তে, ঐগী দোষসু নত্তে । নংগীগা ঐগীগা শিক্ষা-দীক্ষা মান্নদবননি। মরমদুনা নংনা অব্রাবা তারবা মতমদা ঐনা মতেং পাংবা ঙম্লবসু ঙমদ্রবসু ননাক্তা ইতৎ-তত্তনা লেপ্পগনি।"

মদুদগী অদুম মীকপ থোক্কুনা নোংঙাল্লদুনা মুখরা হৌগৎলে। মমংদা সদানন্দনা হাইরম্বা বচনদু মহাক্তি কাওবা লৈরমদে।

১০

সদানন্দনা মমংগী ব্রা কাওদবনা মাগী পুক্সিগী ইচেন্দা ইথক চাওরবা হৌখিবদু হৌখিদবা মতৌ লৌদুনা মপুক্লিং ফাজন্দুনা মতম লেনবা ঙম্লম্মী । নিতিগী মাগী তৌগদবদু মপুক্লিং নুংঙাইনা তৌদুনা অঙাং লাইরিক তম্বিদুনা লৈরম্মী । কনামতনা মহাকপু অব্রাবা ফীভমদা উবা ফংলমদে।

নোংমা ধর্ম্মানন্দগী য়ুমদা মনাও-নিপা মণিবু লাইরিক তম্বিরিঙৈদা সদানন্দদা ধর্ম্মানন্দনা হাইরকই—

"সদানন্দ, ঐহাক ঙসিদি নংগা ব্রারি অমতং শান্নিংঙিদা।" "ফৈ, শাসি।"

"অদু ওইরবদি মণিবু লাইরিক তাকপদু ঙাইহাক পোখাখো।"

সদানন্দনা "মণি ঙাইহাক্তং লেপখিসি" হাইনা হাইরগা ধর্ম্মানন্দগী কাদা ব্রারি শানবা চংলম্মী । মখোইনিগী ব্রারিদু য়াম্না চিকথনা শারম্মী ।

ধর্ম্মানন্দনা চুরুপ অমা চমখৎলদুনা অমুক্তং চিংলগা জটাগুম্বা মৈখু-মপুন অমা শাংনা কামথোক্কুনা

অঙকপা খোম্বাংদা হংলকই—

"সদা, মুখরাদুবু নংনা য়াদুনা বিদায় পিখিবনি হাইনরিবসি চুমব্রা?"

"চুম্মি ধর্ম্ম, মাগী নুংঙাইনবা লম্বেল ঐনা শেম্বা ঙমদ্রে, অদুনা পিখিবনি।"

"অদুগা নংনা হৌজিক নুপী-নহা অমুক হন্না লুহোংবগী ৱাখল করি খল্লিবা? নহাক্তি নহা ওইরিদো। অদুগী মথক্তা নয়ুমদা নংগী নতেং পাংনবা কনামতসু লৈতেদো।"

"ঐ নুপী থিররোই। মুখরাগী মফমদা ঐগী তৌগদৌবা ইথৌ তৌহৌদবদগী মহাক হৌজিক চৎখ্রিবসিনি। অদুনা মদুগী ৱাদু তোক্লো, ৱারি অতে অমা শাসি।"

সদানন্দগী ৱাসি তাবদা ইকাইদুনা হাইরিবা মাল্লে হাইনা ধর্ম্মানন্দনা খল্লম্মী। অদুগা করিগুম্বা মপুকচেল চপ-য়ুংনা লেপ্তুনা হাইরন্নবদি হাইনসু খন্দুনা থেমজনবা ৱাহৈনা ধর্ম্মানন্দনা খুন্নক্লম্মী—

"নংনবু পামদ্রবদি ঐবুদি অমুক নৌনা নুপী থিবগী ৱাদু হাইররোইদা। ঐনা নংবু নমদুনা লুহোংহনবসু য়াবা নত্তে। অদুবু সদা, নং অমুক্তা খন্দুনা য়েংউ, নং নথন্তা য়াম্না ৱাবা তারেনে।"

"মরূপকীদমক মরূপ অমনা খনবিবদো য়াম্না নুংঙাই। অদুগা ঐদি নংনা ৱানি হাইরিবদু করিসু ৱারোই হাইনা খল্লি। নংনা অৱাবা ওইনি খল্লিবদু ঐদি নহা ওইরিঙৈদগী ফংদুনা লাক্লবনিনা অদুম হৈনখ্রে। অদুম্না তৌদ্রগা থোইনা হেন্না নুংঙাইতবা অমদুম পোকই।"

ধর্ম্মানন্দনা সদানন্দগী মবুক্লিং ওলহনবা ঙমদ্রদুনা মুখরাগী মথক্তা শাওবা পোকহল্লগা সদানন্দদু মপুক্লিং ওনবা য়াগদরা হাইনা খল্লকই। অদুনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হাইরকই—

"ফরে, অদুদি সদা। মীনা হাইনৈ—নংনা মুখরাদা হৌজিক নিপা অমগী নুপী ওইখ্রবা ফাওবদা নংগী তানজবা লনগী শরুক পিরি হাইনা। মসি অচুম্বরা?"

"পিরি, মসি পিফম থোকই হাইনা খল্লি।"

"করিগী পিফম থোক্লুনি। হৌজিক্তি মহাক নিপা অতোপ্পা অমগী ওইখ্রে, মাগী য়েংবীনবা লৈরে; নংনা অমুক য়েংবিদ্রবসু য়াই। মপামদা লৈরিঙৈখে নংগীনি? মহাক্না নুংশিরবসু নুংশিদ্রবসু মহাক নংগী নত্তনা কনামতগী ওইরমদে। মীনসু করিনি হাইগনি নংবুদি মানা পামদ্রগা নংনা মাবু য়াম্না পামশনবা থোক্লোইদরা? কনামতনসু হৌজিক ফাওবসিগী মনুংদা নংনা তৌরিবা অসুয়া তৌবা য়াওদে। লৈবাক্লা চৎনদবা থবকপু নংনা তৌনি হাইদুনা তৌবসি ঐদি চুম্মি হাইনিংদে।"

অসি হাইরগা ধর্ম্মানন্দনা সদানন্দগী পাওখুম ঙাইদবমখৈ চুরুপ কন্না চিংদুনা লৈরম্মী। সদানন্দনসু করিমতা খুন্নমদে তুমিন্না লৈরম্মী।

অদুদগী ধর্ম্মানন্দনা হাইরকই—

"চুমব্রা, হাইয়ুনে, সদা। করিগীনো নংনা তুমিন্না লৈরিবো?"

তুমিন্না লৈজগে তৌরম্না সদানন্দদু মরূপ্পা তকশিনবা অদুদা মহাক্না নিংলম্না অদুদি খুম্বনা চুম্বা মাল্লে হাইদুনা খুন্নম্মী—

"ধর্ম্ম, অমরোমদনা নংনা হাইরিবদু চুম্মী। অমরোমদনা চুমদে।"

"করিগী চুমদ্রিবা।"

"করিনা হাইববো? মহাক অসি ঐগী থাঙৈশেংবা ওইরম্বনি। অদুবু ঐগী অনাংবনা মাবু মপুরোইবা অনি শুহল্লিবনি। ঐনা মাবু লৌবা মতমদা মশক খংনবা তৌহৌদবনা মানা নিংবা তৌবদা ঐ করিমতা

হাইফম থোক্তে। করিনা, ঐনসু লাইরবা অসি কোক্লবা হোৎনবদি থমগ্রদুনা কোক্তনবদুম থোইনা হোৎনৈ।"

"নংগী ৱাসি ঐ ভাব তাদ্রে, সদা!"

"তারোই ধর্ম্ম, নং-ঐগী পুক্নিগী লম্বেল তিন্নদে। ঐদি মুখরাগী লম্মন তোল্লি, মদু পুক্নিদা ঙল্লিবা মখৈদি শিংলমগনি।"

"অদুবু লুহোংলগা করি কাইবগে?"

"কাইবগী ৱা নত্তে। ঐতনা কাই খঞ্জবনি।"

"অদু ওইরবদি অমুক নৌনা লুহোংবগী ৱাখলদি লৈত্রেদনা?"

"মদু ঐদি পামদ্রে, ধর্ম্ম। মুখরাদা দোষ তৌরুদুনা কান্নদে। মাগা ঐগা শিক্ষা-দীক্ষা মান্নদবননি। মাবু ঐনা শাওবা ঙমব্রা? মপুদনা মাবু ৱারাকপা ঙম্মি, ঐগীদি ৱারাকপগী শক্তি লৈতে। ঐখোয়-খ্বাইগী মপু ওইরিবা মহাক্তনা ৱারাকপা য়াই। মতমদুদা মপুদুনা ৱারাকপা ইন্দে হাইদুনা শাওজবা য়াই, ঐ নংগী মী অমদা শাওনবা করি ইতিক লৈবগে?"

সদানন্দগী ৱা অসি তারগা য়াররোই খল্লদুনা ধর্ম্মানন্দদু মরম অসিদা মখা তাথনিংলমদ্রে। অদুনা মনাওনিপা মণিগী ৱা হৌদোক্লক্লে—

"ফরে, ঐগীদি অদুক নং ৱারগদরা হাইনা তৌবনি, অদুবু নংনা নিংবা অমা তৌবদা করিমতা বেড়া লৈতে। ঐখোইগী মণিসিবু করম তৌরিবগে?"

"মণিগী ৱাসি, ধর্ম্ম, হাইফম খংদে। বুদ্ধিদি ফনা ফৈ, তাক্লগা ভাব তাই। অদুবু খর তল্লি। মশাদা হৈনবা হাইবদু পোক- পোক্তে।"

"খংদ্রেনে মাসিনা তৌগদৌরিসিবো? থিনা চৈরে য়েরে মীনা নোক্লগদরা হাইনসু খল্লি। চৈদ্রে মানদি হনবা লৈতা।"

"খরা য়েংশিল্লু। ময়াম্বনা মনাও ৱারাকপদি দোষ লৌফম থোক্তে।"

অসুম হাইনরগা সদানন্দনা চৎলগে মণি লাইরিক তম্বিরুখিগে, ৱা ঙাংনবা লোইরেদনা হাইদুনা মণিগী লাইরিকশং তান্না চৎখ্রে। ধর্ম্মানন্দনা তুংদা অঙকপা মিৎযেংনা সদানন্দবু য়েংদুনা চুরুপ অমা চিং চিংদুনা লৈহৌই।

## ১১

ধর্ম্মানন্দনা হাইবতা নত্তনা লৈকাইগী মরূপ মপীজা পুন্নমক্না লাক্তুনা নুপী অমামুক থিনবা সদানন্দদা কয়া হাইররে কয়া থেন্নরে। মখোই পুন্নমক ধর্ম্মানন্দনা ফংলকপা পাওখুম অদুদগী অনৌবা অমতা ফংলমদে। সদানন্দগী মতৌদু উবদা খরা-অমনা নোক্তুনা চৎখিরম্মী, খরা-অমনা মমিত্তা পি শিন্থদুনা "মুন্না খল্লু" হাইরগা হনখিরম্মী। মথোৎ কারবী নৈশাবী কয়ানা সদানন্দনা মখোইগী অহল-লমনদা ৱা হাইরগদরা হাইরগদরা হাইনা ঙাইজববু অরেম্বদা ঙাইবা তারম্মী।

অমনা হাই য়াদা অমনা হাই তাদা অসুম লৈরক্লে। চহি অনিরোম অসি সদানন্দনা মাগী থোরকপা শেল অদুনা মুখরাদসু শরুক খাইদুনা পয়লা তারিখতা পিরম্মী। অঙাং লাইরিক তম্বিদুনা অমসুং মরন্নাই লাইরিক পাদুনা মতম লেল্লম্মী। পরোৱানশিংনা পালি নাইনদুনা সদানন্দগী সেবা তৌরম্মী। মহাকসু অঙাংশিংনা থবক তৌবদুদা অদুম য়াওরমই।

সদানন্দবু মহাক্কী পরোব্রানশিংনা লাইগুম ভক্তি তৌরম্মী । মহাক্কসু মখোইবু মচা মনাও হেক পোকপা পোকমিন্নবগুম্না নুংশিনা তৌরম্মী । পাদ্রি সাহেবনা মপামমা মশক খংদবা পীতৎ-পাতৎপা অঙাংশিংবু লুনা তৌবদু মঙাইরম্মী ।

মহাক্কী পরোব্রানশিংগী মরক্তা নুপীমচাসু য়াম্না য়াওরম্মী । মখোইদুগী মনুংদা কেতুকী কৌবী নুপীমচা অদু পুংকক চাওরম্লে । সদানন্দনা নুপীমচাশিং অসিবু নিপামচাশিংদা লুনা তৌবা হৌনবদু তৌরম্মী অদুগা নুপীমচাশিং অদুনসু ওঝাগী মফমদা ভক্তিগী মিৎয়েংনা য়েংবা য়াবা অদুদগী হেন্না অতোপ্পা ব্রাখল অমতা খল্লমদে। পুংকক চাওরবী লৈশাবী ফরবী কেতুকীনা ফাওবা মপাগুম্না লুনা তৌজরম্মী ।

সদানন্দগী লাইবক থিবগী ঙমখৈ লোইরমদ্রি । মী ফত্তবগী মশিং ব্রাৎলমদে । মতম খরগী মনুংদা কনাকানি ঙাংনরক্লে সদানন্দনা লৈশাবী কেতুকীদুগী মফমদা নত্তবা মিৎয়েং য়েংলে হায়না।

মীনা অসুম ঙাংনরকপনা কেতুকীগী মপা মমাসু তারক্লে । নোংমা মখোইগী মরূপ ওইরিবা চাওভল কৌবা চহি ৫০ রোম শুরবা নিপা অমনা অসুম্না হাইররে—

"নখোইগী কেতুকী অদুবু মশক্লদি লৈকাই অসিদা মাগুম্বা ফজবা অমতসু লৈত্রেদো। অদুদা মতুমচা লৈত্রবা সদানন্দনসু মী খ্বাইনা পাম্নবা শক অমা ওইরিদো। অদুনা মীনা কানাকানি ঙাংনরিবা অসিবু নখোই করিমতা তাদ্রবরা? ঐদি হাইরোই হাইনা তৌবনি । অদুবু তাকত্রগা নখোইনা শাওগদরা হাইরিবনি। থানাদা তাক্কুনা মাসি ফাহল্লুবা।"

ব্রা অসি তাবদগী কেতুকীগী মপামমানা চুম্বা মাল্লে হাইনা থানাদা তাক্লে । থানানা সদানন্দবু জামিন্দা থারে ।

অসিদগী মী পুম্নমক্কী থম্মোইদা য়াম্না থাজনা থনম্বা সদানন্দবু মী অয়াম্বনা চিংনবা মিৎয়েংনা য়েংবা হৌরক্লে । মতৌ অসুম্না বদনাম শন্দোক্লকপা হৌরবদা চন্দ্রশেখরসু চিংনরক্লে । সদানন্দনা তোইনা পয়লা তারিখ খুদিংগী মুখরা উনবা লাক্লিবসি ফত্তবা ব্রাখল অমা লৈবা যাই হাইনা চিংনরক্লে । তৌইগুম্বসুং চন্দ্রশেখরনা করিগুম্বা হাকথেংনবা প্রমাণ অমতা ফংদবনা করিমতা তৌগে নিংলমদে। অদুগা অচেংবা অমা পাইনবদি ঙাইদুনা লৈরম্মী । মুখরাগী মথক্তসু য়াম্না চেকশিন্না শেন্নদুনা লৈরম্মী । মঙোন্দা ফোংনা চিংনবগী ব্রাহে অমতা হাইরমদে।

কেতুকীনা মপা-মমানা মাগী ওজা মরাল লৈতবা সদানন্দবু অব্রাবদা তাহনগদৌরে হাইবসি খল্লুবদা মথব্রাই য়াম্না ব্রারম্লে । করম্বা উপায় তৌরগা মাগী ওজাবু কনসিগে খল্লক্লে । মপানা থানাদা তাক্লুবদগী নুমিৎ তরানিরোম লৈরগা মখোই লোইনমকপু জবান পিয়ু হাইনা কৌররে।

দারোগানা সদানন্দদা হংলকই—"সদানন্দ বাবু, কেতুকীগী মপানা হাইরিবসি চুমব্রা?"

"চুমদে। নত্তবা চৎপদি থমগ্রদুনা পুক্লিংদা ফাওবা খঞ্জদবা ব্রানি।"

"অদুদি কেতুকীনা চুম্মি হাইরবদি করম তৌগনি?"

"করম তৌনি? দারোগানা মদুগী মতিক ওকপা হৌনবী তৌবা হাইবদুনি।"

অদুদগী কেতুকীরোমদা ওনশন্দুনা দারোগানা হংলকই—

"ইবেম্মা কেতুকী, নং করি হাইনিংই?"

কেতুকীরোমদা ওনশল্লদুনা সদানন্দনা হাইরকই—

"কেতুকী! করিমতা কীরুগনু নংনা হাইনিংবা পুম্নমক চিংনদনা হাইদোকউ।"

কেতুকীনা মাগী ওজাগী ব্রাসি তাবদা মথব্রাইদা অমুক হেন্না থৌনা ফদুনা হাইরকই—

"বাবু, ওজানা ছাত্রীগী মফমদা, ছাত্রীনা ওজাগী মফমদা নত্তবা মিৎয়েং য়েংবদি কদৌঙৈদসু তাখিদরি মতুংদসু তারক্কনি হায়না নিংদে। হন্দক থোক্লিবা ব্রাহৌ অসি ইকাইদনা হাইরদুনা ঐবু লম্বি শেরাম্নবা পুগে হাইরম্বা রূপ অমসুং সনাতন অনিনা পাও অসি শন্দোকপনি। ঐ ব্রারম অসি য়াম্না মুন্না থিজরুরে। ওজানা ঐঙোন্দা নত্তবা করিগুম্বা ব্রাহে অমত্তা ঙসিফাওবা হাইবা তাদ্রি।"

কেতুকীগী মব্রা অসি তাবদা রূপ অমসুং সনাতনবু খুদক অদুদা কৌহল্লুরদুনা থুংলরে। মখোই অদু হেক থুংলবগা কেতুকীনা হাইরকই—

"তাদা নখোই অনি চুম্না হাইয়ু। নৎত্রবদি মরাল লৈত্রবা মী অনি বদনাম য়াম্না চাওনা লৈবা তাই। নখোইনা বদনাম শন্দোকপদা থৌনা ফবগুম অচুম্বা ঙাংদুনা বদনাম কোকনবা তৌবদসু থৌনা ফবা উৎলু।"

রূপ সনাতন অনিদু কেতুকীগী মব্রা তাবদা করি খল্লুরবনো মপুক্লিং ফত্তবদু হন্দোক্লুনা খুন্নকই—

"ঐখোইনা থাঙ্গেশেংনা অহানবদা শন্দোকপনি। ওঝা অমসুং কেতুকীগী মরাল লৈতে।"

অদুদগী দারোগা বাবুনা কেতুকীদা হাইরকই—"ইবেম্মা,নংনা হোৎনবনা অচুম্বা থোরক্লে। নংগী ওজাসু বদনাম কোক্লে।"

অসি হাইরগা সদানন্দরোমদা অমুক হংলকই—

"সদানন্দ বাবু, রূপ সনাতন অনিগী মথক্তা করি তৌনিংই।"

"করিসু তৌরোই ইনস্পেক্টর বাবু। মখোই অনিবু য়ুমদা মপুক্লিং লৈতানা হলহনবিখো। মখোইনিগী দোষনা অব্রাবদা তারুরবসু মখোইনিগী কৃপানা অমুক অব্রাবা কোক্লবনি।"

"মখোইদি ঐখোই ময়ামবু কীবদগী মচিন চুন্নকপসু ওইরম্বা য়াই। অদুনা মখোই মী ফত্তবদা ঐখোইনা ঙাকপিবা হৌনদে।"

"ঐহাকপু চানবিদুনা ননাই অনিসিবু ঙাকপিয়ু ইনস্পেক্টর বাবু। মখোইদি করিসু খংজবা নত্তে অঙাংনি।"

"ফৈ সদা বাবুনা পাম্বা অমা তৌবিয়ু।"

অসিদগী চৎলগে হাইদুনা মখোই ময়াম থোরক্লে। থানাগী লম্পাক্তা ধর্ম্মানন্দনচিংবা মরূপ-মপাং ঙাইদুনা লৈরম্বদুদা সদানন্দনা ব্রারি তৌবে। ব্রারিদু তারগা ধর্ম্মনা হাইরকই—

"করি ব্রানো, সদা? মখোইবু কনবিবদি শেরান্ননা থৌজাল হৈবা হাইবদুনি। মী পুম্নমক্না নংবু চিংনবা মিৎয়েংদা য়েংবা হৌরক্লিবসি মখোইগী থবক্লুনি। মখোইবু মতিক-ওকপা দণ্ডি পিনবা দরখাস্ত অমা থাসি।"

কেতুকীগী মপানসু ধর্ম্মানন্দগী ব্রাদু তারগা সদানন্দদা হাইরকই—

"ইবুংঙো, ইয়াম্বনা মুন্না থিজন্দবনা থোকপনি। ধর্ম্ম বাবুনা হাইরিবসি তৌসি। অদুদদা ঐসু পেনগনি। ইবুংঙোনা য়াদ্রবসু ঐদি ইচাগী বদনাম শন্দোকপগী লমন লৌগনি।"

"করি তৌরুনি তাদা? লাইনা উরগা অদু মঙাই। নুংঙাইনা নিংঙাইদনা লৈথোকপনা হেন্না ফৈ। তাদসু করিমতা তৌবিরুনু।"

সদানন্দনা ওন্ন-তৈননা খুন্নকপদা ধর্ম্মানন্দনা হাইরকই।

"সদা, করি ব্রাখলনো নংনা তৌরিসিবো। ফত্তববু মাংনবা তৌবদা দোষ করিমতা লৈতে। মদুদি মী খুদিংমক্কী মথৌদুম ওইরিবনি।"

অমনা হাই য়াদা অমনা হাই তাদা সদানন্দনা ময়াম পুম্নমক্তা হাইরকই—

"ময়াম্না ঐবু নুংশিবগী তাকপিরিবা ঙাক্নি। অদুবু লমন লৌবা হাইবসি মীওইবগী ধর্ম্ম নত্তে। খংদদুনা মী অমনা অমগী ফত্তবা তৌবনি। মদুদা ঙাকপিবদনা খ্বাইদগী হেনবা লমন্-খুম্বনি।

য়ামন্দ্রদুনা মখোইসু করিনো হাইরগতমক তুমিন্না লৈরে। অদুদগীদি মখোই মশেল য়ুম হল্লক্লে। কেতুকীগী মপাদি রূপ অমসুং সনাতন অনিগী মথক্তা দরখাস্ত থাহৌখিনি হাইদুনা খরা তপথহোঁই। মচানুপীনা খাম্না য়াহৌদে।

১২

থবক কোইথি থিদুনা মী পুম্নমক্তা ঙাওননা লৈনরম্মী । সদানন্দদি থবক থিবা তোক্লে। লৈকাইগী ওঝা ওইদুনা ফৌ খরা খরা ফংবদুনা পেন্দুনা লৈজনবা হোৎনজরম্লে। লাইরিক পাদুনা তম্বিদুনা লৈবনা য়াম্না নুংঙাইবা ফংলম্মী । লৈকাইগী অহল-লমন্নসু চানবা হেল্লক্লে।

অসুম্না মতম খরা লৈরগা ধর্ম্মানন্দ লাক্তুনা সদানন্দদা হাইররে—

"সদা নং তারবরা?"

"করিবো?"

"দরবার মেম্বর অমগী ফম হাংলে। মী মতিক চাবা লৈবরা হাইদুনা নোটিশ চৎলেদনা।"

"করি তৌরুনি তারগা?"

"নং দরখাস্ত থারোইদ্রা? থাদবা য়াদে। নংগী অসিদা ফৌ খরা খরা ফংবা অসিনা ওকপা পোৎ নত্তে।"

"ধর্ম্ম, ওকই, য়াম্না ফজনা ওকই।"

মাগী ৱাসি তাবদা ধর্ম্মানন্দনা ফাক ফাক নোক্লম্মী । মী খ্বাইনা লুপা চামা চামা ফংলবা ফাওবা ওক্তে হাইদুনা ৱারি । অদুগা সদানন্দদি ফৌ শংবাই অনি-হুম ফংলগা ওকই হাইরিবসি অঙকপনি হায়না মী খুদিংমক্কী খনফম্নি। ঙাইহাক নোকলুরগা শেলগীদমক মিহৌহনবা য়াররোই খল্লদুনা মরম অমা উৎতুনা সদানন্দবু দরখাস্তদি থাহনগে নিংলদুনা হাইরকই—

"সদা, চুম্মি, শেল হাইবসি ওক্কে হাইরগা ওকপনি ওক্লোই হাইরগা ওক্তবনি। শিজিন্নবদা লৈরে। অদুবু হন্দক্কী দরখাস্ত অসি থাদবা য়াদবা মরম অমা লৈরে। নং মদুদি খল্লিরোই।"

"করিনিনা?"

"মেম্বর ওইরগা তলব ফংবদুদি অরাইবনি। কনা কনাগুম্বনা তলবকী চিন্তা থাদোক্তুনা লৈবাক্কী প্রজা ময়াম নুংঙাইনবা করি তৌবা ঙমগদগে হাইদুনা খনবদগী থবক তৌবসু কোঙ্গাই অমা য়াওরি । নংসু মখোইদৌনা থাদবা য়াদ্রে।"

"জীবশিংগীদমক ঐনা করি তৌবা ঙমগনি? মপান্দা লৈরবসু ঐনা তৌবা ঙম্বা খরদি তৌবা য়াই ধর্ম্ম।"

"অদুবু সদা, দরবারদা লৈদুনা তৌবগা মপান্দা লৈদুনা তৌবগা মান্নরোই। অদুনা নং সোইতমক তৌবিয়ু, দরখাস্ত অদু ঐ কৎশল্লুগে।"

ধর্ম্মানন্দনা দরখাস্ত অমা টাইপ তৌদুনা পুবরক্লম্মী । মদু ফীরখাওদগী পুথোরক্তুনা সোই তৌ তৌ হাইনা তকশিল্লম্মী । মানা তকপা অদুদা হোই ফংগদৌবসু লৈতদুবু হাইদুনা সদানন্দনা মরূপকী থরাই নুংঙাইনবা হাইদুনা দরখাস্ত অদু সোই তৌরে। ধর্ম্মানন্দনা দরখাস্ত অদু থারুরে।

নোংঙাল্লগা অয়ুক ঙন্তাদা নিংথৌনা কারকউ হাইনা সদানন্দদু কোনুং কারম্মী । মহাকপু উবদা নিংথৌনা

হাইরকই—

"নশক্তি উখ্রে, অদুবু নংনি হাইবদি নহালমখৈ খংদে। নং অসিদি সদা, য়াম্না চন্না লৈবা মীনিনা। নহাকপু মেম্বরসি হাপকে নিংলে। নংগী চহি মতাংগী নিপা অমতা য়াওদে। অদুম্নদি ওইরগা মতিক চাবা মীদি য়াম্না য়াওই।"

'মহারাজাগী কৃপানি। ঐদি করিসু মতিক চাজবা নত্তে। অদুক লাইরবগী চিঙাক পুবা য়াগদ্রা হাইদুনা দরখাস্ত থাজবদনি।"

"সদা, নংনা মতিক চাদ্রবদি কনানা চাগনি? অদু নংবু হাপ্লগে, নং প্রণামী কয়া কৎকনি?"

নিংথৌগী ৱাদু তাবদা করি নুংগী ধর্ম্মানন্দনা সোই তৌ হাইবদা য়াজরুরবনো হাইনা খল্লম্মী। ঙাইহাক খন্দুনা লৈরে। পাওখুম খুমদবা উবদুদা নিংথৌনা অমুক হংলকই—

"হাইয়ুনে প্রণামী কয়ানোনে কৎকদৌরিববু?"

সদানন্দনা অসুক তোইনা হংলবদা খুমদ্রবদি ফৎত্রে হাইদুনা খুল্লকই—

"মহারাজ ! প্রণামী কৎপদি ঙমজরোই। মদু কৎনবা শেল লৈরবদি মীনাই ওইগে হাইদুনা দরখাস্ত থাজরোইদবনি।"

নিংথৌনা সদানন্দগী পাওখুম অদু তাবদা শাওরপ তৌনা হাইরকই—

"নং প্রণামী কৎনৈ হাইবসিদি খংদ্রা?"

"কৎনৈ হাইবা ননাই ঐহাক খংজে, অদুগা কৎফম থোকই থোক্তে হাইবসু খংজে। ননাই ঐগীদি কৎফম থোক্লবসু থোক্রবসু কৎনবা করিমতা লৈজদে। লৈজদবনিনা ওইদ্রগা তোকচবা হাইবদুনি।"

মাগী ৱাসি তাবদা নিংথৌ অদু য়াম্না শাওখ্রদুনা খোল য়াকলপ তৌনা হাইরকই—

"নং রাজব্যবহার খংদ্রা?"

খুম্মরোই হাইনা তৌবদা নিংথৌনা হন্না হন্না খংদ্রা হংবদা খুমদবা য়াদদুনা খুম্লে—

"ঐগ্যা ননাই ঐহাক রাজব্যবহার খংজে, ৱাপা ৱাপা চাবদি হংগৎতবা য়াদদুনা অদুক হংগৎপদনি। মীনম্বা ৱাহৈনা রাজব্যবহার ওইরবদি চিরোণ মখোং পানবা হাইবদু ওইবা তাই। মদুদি ননাই ঐহাক পামজদদুনা তৌবনি। মীনম্বনা অফবা ওইরকই হাইবসে ননাই ঐহাক করিগুম্বা মতমদা তাজরক্রি। য়াসু য়াজরক্রি। অদুগা হৌজিকসু য়াজবা ঙমজরোই।"

"প্রণামী কৎলোই হাইরবদি নংনা খ্বাইদগী হেন্না মতিকচাই হাইদুনসু নংবু ঐদি হাপ্পা ঙম্লোই। মদুদা হাপ্তে হাইদুনা কনামতনসু করিমতা ঐঙোন্দা তৌবা ঙম্লোই, মদু খংজৌ ইবো।"

"হাপ্লিদ্রবদা ঐহাক করিমতা নুংঙাইতবা তৌজরোই। অদুগা প্রণামীগী আশাদি ননাই ঐঙোন্দগী করিগুম্বা মতমদসু তৌবিদনবা হঙ্গৎচরি।"

নিংথৌদু ৱা ঙাংদ্রে, তুমিন্না লৈরে। সদানন্দসু অমদমুক অমদমুক কোইরপ কোইরপ য়েংদুনা লৈরে। নিংথৌবু সেবা তৌরিবা মীশিং অদুসু নিংথৌনা শাওবা উরদুনা কীবনা থক্ থক্ নিক্তুনা তুমিন তুমিন উন-ৱাইমুক চিক্লা লৈরম্মী। কনামতনা করিমতা হৌদোকপা ঙম্লমদ্রে নিংথৌনা হৌদোরকপা ঙাইদুনা লৈরম্লে। সদানন্দ অদুবু করি থোক্লগবা হাইনা মী পুম্নমক্না নিংথৌদা অমুক সদানন্দদা অমুক হঙ্গৎ-হন্দা য়েংদুনা লৈরম্মী।

নিংথৌনা সনাগী মচিন তোপ্লা তোংজে অৱাংবা অমা কন্না চিংদুনা খুদোং ঙাইহাক ফাল্লুরগা সদানন্দ

দরোমদা য়েংলদুনা হাইরকই—

"সদানন্দ, নংগী নতৌ য়েংগে তৌবনি। ঐ প্রণামী নমদুনা লৌবা মী নত্তে। অমুক্ত ফাওবা লৌরক্ত্রি। নংবু শোইদনা হাপ্পবনি মেম্বর অসি।"

ময়াম পুম্নমক সদানন্দসু য়াওনা নিংথৌনা শাওরম্বদগী ইফ-ফনা হাইদোরকপদুদা নুংঙাইরদুনা অকীবা থাদোক্তুনা মোমোন মোমোন নোক্লম্মী । সদানন্দনা হাইরকই—

"ভগবানগী কৃপাদগী মহারাজানা ঐবু চানবিবা ঐনা ফংজবনি। মহারাজাগী সেবা তৌবা ঙমজনবা হোৎনজগনি। ঈশ্বরগী থৌজাল লৈরবদি অচুম্বা লম্বিদা চৎতুনা মহারাজাগী সেবা তৌবা ঙমজগনি নিংজে।"

"দরবার মেম্বর হাইবসি ঐখোইগী লৈপাক্কীদি বিচারপতি অথোইবনি। হৌজিক্তি সদা, নংবু বিচারপতি অথোইবা হাপ্পবনিনা নংঙোন্দা ঐহাক্কা হাইগদবদি শেল চাদবা বিচার চুম্না তৌবা অসিনি। অদুগা নংনা থবক তৌরিবসি নংগী নবুক থন্নবগীদমক তৌরিবনি হাইনসু খল্লোইদবনি। প্রজাগী মফমদা প্রজাগী মনাই ওইনা তৌফম থোকপা নথৌ অমা লৈ হাইবসিসু করিগুম্বা মতমদা কাওরোইদবনি। ইচা মীচা অমা খাইবা য়াদে। নংঙোন্দা অমুক ঐনা শন্দোক্লা হাইফম থোক্তে, নশানা মসি পুম্নমক খংদুনা থবক তৌগে চোংথোক্লকবনি।"

সদানন্দনা হরাও হরাওনা—

"মহারাজা, স্নায়াথং ঙাক্লবা চৎচগনি। তলবকীদমক থবক তৌবা নত্তে। থবক্কীদমক তলব ফংজবনি হাইবা ননাই ঐহাক মতম পুম্নমক্তা কাওজরোই।"

নিংথৌগা সদানন্দগা মপু-মনাই অনিনা অসুম্না থৱাই তাননা অমসুং হরাওনা ৱা তেনশন্নবা উবদা মী পুম্নমক নুংঙাইরম্মী । সদানন্দনা লৈরকপসি কুইরে খল্লদুনা নিংথৌনা হাইরকই—

"সদানন্দ, নং ৱাররিনি। চৎলো নয়ুমদা পোখারুরো। হয়েংদগীদি থবক কাবা হৌরো।"

'ঐগ্যা' হাইনা হাইরগা সদানন্দনা খুরু-খুদক কুন্দুনা ফল্লম্মী । নোংমদোন-লোমদা য়েংখৎতুনা 'ঙসি ঐনা তৌরিসিবো করিনো' হাইনা খল্লদুনা মংলা-হারা হাইনা মথন্তা হাইজরম্মী। লম্পেলদা চৎপা মীশিংদু ৱাখলদা তাওখিবনা উরমদ্রে। য়াম্না থাজদবা থৌদোক অমা ওইনা মশাদা লৌরম্মী ।

## ১৩

সদানন্দনা বিদায় লৌদুনা কোনুংদগী কুম্নকপদা মরূপ-মপাং ময়াম পাও তাগদবগী ঙাইদুনা লৈরম্মী । ময়ামদুনা মহাকপু উবদা 'করম তৌরে, করম তৌরে' হাইদুনা হংনবনা মহাক্কী সুমাং মাঙ্গোল অদু ইনিল নিল্লম্মী । অঙাংমচা চহি মরি মঙাদা ঙাইরিবশিং অদুনা মখোইগী মপা-মপলশিংনা লাউনবা উবদা মখোইসু মরোল ইখং হেক খংদবমখৈ ময়াম লাউবদুদা ফন্-ফন্ চোংদুনা য়াওরম্মী । মখোই ময়ামগী থৌরাংবা অদু উবদা সদানন্দনা তৌবিমল খংবগী মীনোক্লা মোমোন মোমোন নোক্তুনা চংশিল্লক্লম্মী। অদুদগী সুমাং ময়াই য়ৌরবদা খুৎ হৎলদুনা ময়ামবু তুমিন্ লৈহল্লগা হাইরকই—

"মরূপ মপাং পুম্নমক ! নখোইগী তোল্লবা মরূপ অসিবু মহারাজানা দরবার মেম্বর ওইয়ু হয়েংদগী থবক কারো হাইনা হায়বিরক্লে। অদুনা হৌজিক্তি নখোই পুম্নমক্লা ঐঙোন্দা বর পিবিয়ু থবক নিংথিনা তৌবা ঙম্নবা।"

ময়াম্না য়াম্না নুংঙাইরদুনা লাউরকই—

"মতম পুন্নমক্তা ঈশ্বরনা ঐখোইগী মরূপ সদানন্দবু চানবিবা ওইশনু।"

অহলশিংনা নুংঙাইরে হাইনা লাওরম্মী অদুগা অঙাং-নরাশিংসু ভাবতি ইতা তাদবমখৈ নুংঙাইরে নুংঙাইরে হাইনা খংহাই খংহাই লাউবা য়াওরম্মী।

মখোই ময়াম অসুম্না নুংঙাইমিন্নরিঙৈ মতমদা বামোন মচা অমা ময়াম মরক্তুদগী থোরক্লুনা হাইরকই—"হৌজিক মেম্বর ওইবিরবনিনা তলব য়াম্না চাওনা ফংবিরগনি। অদুনা ঐহাক মেম্বরগী পুজারি চাকথোংবা ওইজরগে।"

ময়াম অদুনা চুম্মি চাকথোংনবা বামোন মচা অমা থমদ্রবদি য়াম্না ৱাগনি হাইনা হাইরম্মী। সদানন্দনা অদুদগী হাইরকই—

"ঐগ্যা, ননাই ঐগীদি মীনা চাক থোংহল্লোই। ঐহাক লাইরনা হৌরকপনি। মতা চারুবদগী ফম নাইবা ফংলগা ঐগী হৌরকফম ঐনা কাওনবা তৌনিংদে। মীনা ঐবু অচৌবনি, নুংঙাই-য়াইফবনি হাইনা খনবদি খঞ্জসনু। অদুগাঐনা ইথন্তবু অদুক য়াম্না থাংগৎচবদি পামজদে।"

"করি তৌবগে? বামোন লাইরবদা থবক মচাদুমা পিরগা লুপা মঙাদং থা অমদা চাদিং তৌবদা য়াম্না চিংনবিবা করিনো?"

"ঐগ্যানা ভাব শেরান্নবিরে! লুপাদুগী চিংনবা নত্তে। ঐ চাওফম থোক্তে হাইবদনি।"

য়ারোইদৌবা মতা অদু উরদুনা বামোন মচা অদুনা অমুক হাইরকই—

"লাই অমা লাৎলিবসি সেবা চৎপা ঙমজদরে। অদুনা মীগী চাক থোংদুনা শেল খবা ফংনবা হাইজবনি। লাই অসিগী ৱাখলসু খনবিয়ু। ঐনা হাইজরিবসি অমুক্তদি কদৌগে।"

লাইরোমদা থোংজন্দুনা হাইজরবদুদা সদানন্দনা বামোন মচা অদুগী উপায় অমতংদি তৌবনা চুম্বা মাল্লে খন্দুনা হাইরকই—

"ঐগ্যা, লাই সেবা চৎননবা লুপা মঙাদং পাম্বিরবদি কদৌগে ঐহাক থা থাগী লুপা মঙা অদু কৎচগে। মদু লৌবিরগা লাই সেবা তৌবিদুনা লাই অদুম নিংবিনবা তৌবিবদি ফৎলোইদরা ঐগ্যা?"

"মদুদি তানবা ফংদবনি। মহাধন্যনিদা মেম্বর! অসিগুম্না নিপাদি কদৌঙৈদসু উদ্রি।"

বামোনমচা অদুনা অদুম্না হাইবদুদা ময়াম অদুসু 'নুংশিদা নরাহৈ অদো' হাইদুনা সদানন্দরোমদা হাইরম্মী। বামোন মচা অদু মাগী ৱা লোইরদুনা বিদায় লৌদুনা চৎখ্রে।

ঙাইহাক লৈরগা ময়ামদি চৎনদ্রিঙৈগী মমাংদা ধৰ্ম্মানন্দ লাক্লে। সদানন্দগী পাও তাবদা য়াম্না নুংঙাইবা ফংলদুনা হাইরকই—

"ঙরাং ঐনা সই নমদুনা তৌহল্লমদ্রবদি অসি থোক্লোইদবনিদো সদা?"

"চুম্মি ঙরাং ঐনা শিখাং খাংলল্লবদি মরূপ মপাং ময়ামগা লোইননা হরাওমিন্নবা ফংলোইদৌবনি। মদুগীদমক ধৰ্ম্মদা ময়াম্না বর পিবিউ।"

অদুদগী সদানন্দরোমদা ওনশল্লদুনা হাইরকই—

"সদা, নহাক হৌজিক্তি অচৌবা মী অমা ওইরবনি। নংগী করিসু ৱাৎপা লৈররোইদবনি। অদুনা ননাই-নশল খরদি থমসিদনা?"

ধৰ্ম্মানন্দগী ৱাসি তাবদা সদানন্দনা য়ানিংদবা খোন্থাংদা বামোন মচাগী ৱারিদু লিরম্মী। ৱারিদু লোইরগা অমুকসু হাইরম্মী—

"ধর্ম্ম, নংনা হাইরিবদু ময়াম তৌনবগী হাইরুববদি য়াম্না চুম্মী। অদুম্নদি ওইরবদা ঙাখা-ঙারিগী হেঞ্জাং মথেল অমনা চাওদুনা লাক্লবা ঐহাক্না মীনাই-মীশল থন্নগা থবক পিনিঙাই লৈতদুনা অরেম্বদা থম্বা তাগনি।"

"করিনো নংনা খল্লিবা ব্রাখলদুবু? মখোইদু থন্নগা নংগী নশাগী নুংঙাইবা ব্রাইশংবা য়াম্না ফংগনি।"

"ইশাগী নুংঙাইবা ব্রাইশংবদি ধর্ম্ম ঐ য়াম্না ফংলিনা। মখোইগী মতেং নৎত্রবসু ইথন্তনা তৌবদা তৌশিত্তবা থবক্লি। করি কান্নগবনো?"

অসুম্না হেক হেক খেৎতোকপদুদা ধর্ম্মানন্দনা খল্লম্মী— সদানন্দ অসি দরবার মেম্বর অমা ওইদুনা লৈবাক্কী অচৌবা অঙম্বা ওইরবা ফাওবসিদা চাওথোক লাওথোকপগী ব্রাসি ইয়া য়াদ্রি। অদুনদি মরম অমরোমদা পুথোক্লুনা হাইবা তাই। অদুদগী মরু লুক্কুনা ঙাইহাক খল্লুরগা হাইরকই— "সদা, নংনা ব্রাখল অমরোমদা পংপুদা পুখরে। নংনা মী অমনিদং থন্নবদি মখোইগী মবুক অদো নংগী নপান্দগী থঞ্জগনি হাইবদুনি।

"মখোইগী মবুকপু থলহনবদা ঐনা পিবা লুপা মঙা তরুক অদুনা ওক্কদরা?"

"করিগী ওক্তনি। য়াম্না ফজনা ওক্কনি। চাবা হাইরা নংগা চামিন্নগনি। মখোইনা ফংবা শেল অদুদি মপা মমাদা মতেং ওইনা পিজগদবনি। য়েংউ, অদু ওইরবদি নংনা মবুক থলহনগদৌরিবসি মী কয়া য়ামখ্রবনো? অদুগা মসিদি নংনা তৌগে হাইরবদি হৌজিক্তি ইলাই লাইনা তৌবা ঙম্নগদবনি।"

"ফরে অদুদি নংনা হাইবগুম্না ঐ মী অম-নি থম্নগে। মাখোইগী থবক্তি ঐবু শংবদগী হেন্না থবক লৈগনি হাইবদি ঐ থাজদে।"

ময়াম অদুনা মী থমগনি হাইবা তাবদুদা য়াম্না নুংঙাইরদুনা 'অদুনিদনা, অদুনিদনা' হাইনা হাইরকই। অদুদগী ময়াম পুম্নমক সদানন্দদা থব্রাই মঙা য়াওনা বর পিরম্নগা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখরে।

মতুং নোংমা নিনি লৈরগা ধর্ম্মানন্দনা পুরক্কুনা যদু মধু কৌবা নিপামচা অনিখক তলব পিজদুনা থম্লে। মখোই অনিদু নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা নুংঙাইনা ফমদুনা লৈ হাইবা য়াই। মখোইনা তৌবা থবক হাইববু মখোই অহুম চাবগী কোললিক ব্রাইরম শেংবা অদুগা কৈথেলদা ঙাইহাক কোইবব্রোই হেঞ্জাং-নাপি লৈবাব্রোই নত্তনা করিমতা তৌরমদে। নিনি মরক হুম্নি মরক্তা ফী-রোন অদুক শুরম্বা হাইবদুমঙাই। লৈকাইগী পাখং ফাগি-জুগাই তৌগনবনা যদুগা মধুগবু সদানন্দবু শংলিবা চৌকিদারনি হাইনা লংনরম্মী।

সদানন্দদো হৌজিক্তি মেম্বর ওইরবনিনা লৈকাইগী স্কুল-ওঝা ওইবা তোক্লে। মাগী ছাত্র অমসুং ছাত্রীশিংনা মাগুম্বা নুংশিহৈবা ওঝা অমা থাদোক্লবগী ব্রাখল খল্লুবদা মথরাই য়াম্না নুংঙাইরমদে। অদুম্নদি ওইরগা মখোইগী ওঝাগী স্কুল থাদোক্লগা য়াইফবা হেনগৎপদুনা নুংঙাইতবা খরদি ফরম্মী। নোংমতা তিন্নরকপা মরূপ কাইনবদসু ব্রানরিবা মীওইবনি। অদুবু ঐখোই পুম্নমক্কী নিংবা কাইনা কাইনা চান্নরবা নুংশিরবা মী কাইনদবদি য়াদে।

সদানন্দনা লৈকাই অঙাংশিং অদু তম্বিরিঙৈদদি তলব ওইনা ফৌ খরা খরা ফংবদুনা অদুম য়ারম্মী। মহাক্কী মহুৎ মী অনৌবা অমা হাপ্পা অদুদি তলব পীদবা য়াদ্রে। ফৌ খরা খরা পিরগা মাগুম্বা মতিক চাবা মীসু ফংদ্রে। স্কুলগী ফীভম অদু খল্লুবদা অমুক লৈকাই পুম্নমক ব্রানরক্লে। কদাইদগী করি ফংদুনা স্কুল অদু লেপহনবা য়াগদগে হাইবসি ব্রাখল লাম্বা ফংনরমদরে।

অসুক য়াম্বা লুখ্রবা অব্রাবসি সদানন্দনা ইলাই লাইনা কোকহল্লম্মী। মহাক্কী থাদা লুপা চামঙা ফংলকপা অদুদগী তংখাই অমা স্কুলদা কৎলে। অদুনা ওঝা মতিকচাবা ফংবদা ব্রারমদে।

তলব তংখাই অমা চৎখ্রবসু মহাক্কী য়াম্না লেমহৌরি অমসুং য়াম্না কে-মৌনা লৈবা য়াবনি। তৌইগুম্বসুং

মহাক্তি মেম্বর ওইরে হাইদুনা লুপা ২৫ দগী হেন্না শিজিন্নরমদে। মসিদগী যদু মধুগী তলবসু পিরিবনি। অরেম্বা অদুনা মুখরাগী শরুক্কি হাইনা মুখরাদা পিবা লেপ্লম্লে।

সদানন্দনা মাগী খাংপোকশং অদুদা অদুম লৈদুনা মাগী নিতিগী শেৎলিবা ফৈজোম ফুরিৎ অদু শেৎতুনা অফিস কাই। অফিসতা মহাক্কী চৌকী অদুদা ফমদ্রিবা মখৈ মহাকপু শক খংদবা মীনা করি ব্বাথোক্লদুনা অফিস কারক্লিবনো হাইনা নিংনরম্মী । লমজাও চৎপা মতমদা মহৌশা মাবু খংদবা মীনা কনানো মীনা লাকচখিবা নিপা অসিবো হাইনা খল্লম্মী ।

কনাগুম্বা লৈকাইগী মী নত্তবনা সদানন্দগী ময়ুম্মি হাইদুনা মাগী থংনবা য়ুমজাও কা তরেৎ শাংবা অদুদা চংনবনা কোঙ্গাই অমা। করিগুম্বা মতমদা য়ুমলোন্নবা অদুনা সদানন্দদা শাওরম্মী। মহাক লৈকাই অদুদা সাইখোম চাওবা হাইদুনা লুচিংবা অমা ওইনা ফাওরিবা মীনি।

সদানন্দনা অফিসতগী কুপ্লকপদা চাওবনা ঙাইদুনা লৈরম্মী । করি থবক্কীনো হংবদা চাওবনা হাইরকই

"করিনো ইবুংঙো। লৈপাক্কী চাওরবা মেম্বর অমনি হাইদুনা লৈরে। অদুগা য়ুম শেগাইবা অসিদা অসুম লৈবসিবো ঐবু লংনগে তৌরিবরা?"

"করিগী লংনরুনি, তাদা চহি ৫০/৬০ শুরববু লংনদুনা ঐগী করি লেম্মী হাইবগে? অদুবু করি তৌরবগেনে ?"

"মেম্বরগী ময়ুমনি মেম্বরগী ময়ুমনি হাইদুনা ঐখোইগী য়ুমদা নোংঙানবদগীনা নুমিৎ তাবফাওবা ঙাইহাক্তা কাংবা লৈতে।"

"ঐগীদমক তাদনা য়াম্না ব্বাবিরে। ব্বারৌবিবা য়াদে। তাদা লৈরমদ্রবদি অতৈ অমা ওইরম্লবদি কনানা খংবনো ব্বা থোক্লরমগদবনি।"

"হোয়নে ইবুংঙো শোইদবনিনে।"

অসি হাইরগা সদানন্দসু ইমুংদা মফী হোংগে হাইনা চংখ্রে। থোরক্লগা চাওবনা হাইবকই—

"ইবুংঙো য়ুম অমদি শাসি, মী-পোং লাক্লগা য়েংবদা ফজদেদা।"

লৈকাইগী ময়াই কারিবা লুচিংবা অদুগা মরৈ য়েৎনদুনা কান্নদে হাইদুনা সদানন্দনা "ফৈ, তাদা ঐ অদুক খনখিগে" হাইরম্মী । সাইখোম চাওবসু 'হো: অদুম তৌদনা' হাইরম্লগা মুরুম মুরুম শোন্দুনা চৎখ্রে।

সাইখোম চাওবা চৎখ্রগা মধুনা সদানন্দগী মনাক্তা লাক্তুনা হাইরম্মী—

"তাদা, খুরা চাওবসি তাদা কুপ্লক্ত্রিঙৈদদি য়াম্না শাওরমখ্রবা পোৎনি।"

"করি হাইনা শাওরম্মী?"

"মহাকপু মেম্বরনি হাইদুনা খুরুম্বা অদুগা পোৎচৈ কৎনবা পুরকপদু মখোইগী ইমুংদা থমজম্লোকউ, মখোইগী নুপীশিংনদি মঙোন্দা চান্ননা কৎপা ওইরমাম্লে খনবা, কোম্লুংদা খংলগদি কৎলরিবা মীশিং অদুনা অমুক পীয়ু হাইসি হাইঙমদা ওম্লোক ওম্লোকপা লীলাসি মখোই ময়ুমদা নুমিৎ খুদিংগী শান্নে হাইয়ে।"

ফাগিগী মশক মানবা মধু অদুনা খরা শাথেক য়াওনা তম্বদুদা সদানন্দসু নোকপগী লোইখম্বা নাইরমদ্রে। মখোই অনি পংনোক্তা নোকমিন্নরম্মী ।

মফী মরোলদি য়াম্না লৈজদবনিনা আলমারী অমফাওবা সদানন্দনা থনমদে । তরং-উপু অমনবা মহাক্লা লাইরিক তম্বা চৎপদা পুনরম্বা অদুদমক লৈজরম্মী। অঙম্বা ইনাক-কৈরাক খুনবগী ইমুংদা থমগদবা পোৎ-চৈ নুংজৈ মমল য়াম্না-য়ান্নবদু থম্বা ঙম্মক মহাক করিমতা থমগে নিংলমদে।

খাংপোকশং অদুনগা থাঙ্গৈমক শেংবা খাংপোক্লি হাইবদা করিসু চিংনফম লৈতে। মিহুংথোংগী মহুক্তা ফক্লাংদা মফম অহুম মরিখক হুংলগা শক্তি চেনা থোংনা ওইনা তৌরম্মী । সদানন্দ লৈতবা মতমদদি কনাগুম্বনা মেম্বর লৈবরাগা হাইনা হুংলরবদি যদুগা মধুগনা খাংপোক শংবা মেম্বরবু থিবিরিবরা হাইনা মখোইনা অমুক হুংলম্মী । অতাবা মীনা ইঙক ওক্লা মখোইগী ব্রাহং অদু তারম্মী ।

লমজাও চংপদা মী অমতা সদানন্দগী মতুং ইন্দুনা থৌগল তৌরমদে। নোংমদি মধুনা যদুদা হাইরম্মী— "যদু, ঐখোইগী তাদা সদানন্দসি ঐখোইবু মনাই ওইনসু খন্দে । মা অসুক য়াম্না চাওখ্রবা অসিবু তাদা কৌ হাইরি। অদুবু মহাক মথক্তা লমজাওদা চংপসি ফত্তে, মী খ্বাইগীদি চৈ-পাইবা থাংমৈ-পাইবা মী অনি-অহুম ইল্লি। ঐখোইসু ঐখোইনিগী মরক্তা অমা ইনগে হাইসিদনা।"

"ফৈ হাইসি, অদুগা ইনবদি অয়াম্বা মতমদা ঐ ইনগে।"

"করিগীনো?"

"মহাকপুদি ঐখোইনা তাদা তাদা হাইনি। মী অউবনা মনাইনি হাইবিরোই, ঐবু মনাওনুপা ওইরমাল্লে হাইবসু মঙাই।"

"ঐখোই অনি অমুমুক চংমিন্নসিদা, নথক্তা চংকে হাইনু।"

"হোয়দা, মদুবুদি লাইরি। অদুবু মহাক্না য়াবিগদরা অদুদুম হান্না খন্দোকখো।"

মখোই অনিনা অসুম ঙাংনরিঙৈদা সদানন্দ চংলক্কুনা করি ব্রারি শারি ইনাওশা নখোইনিদি হাইরম্মী । মখোইনা মরোল পুন্নমক তল্লে। মদু তাবদা সদানন্দনা হাইরকই—

"নখোই ইনবিদ্রবসু ইখুৎ পাল্লি চৈ পাইনবা, অদুগা কনানসু করিসু ঐঙোন্দা য়েগে চৈগে তৌরোই।"

অসুম তৌদুনা যদু মধুনা য়াম্না হাইজ-খোৎচরবা ফাওবা সদানন্দনা করিমতা য়াবিরমদে। মনাই নিপা অনিনা তুং ইনগে য়াদে হাইদুনা কপ-কপ্পুনা লৈহৌই।

মহাক করিগুম্বা মফমদা সরকারগী থবক্তীদমক চংপদা মোটরসু রেল গাড়ীসু থার্ড-ক্লাসতা ঙাক্তা চংলি। মহাক্কুম্বা মেম্বরগী ফার্ষ্ট-ক্লাসকী শেল পিরিবনি। থার্ড-ক্লাসতা চংপনা নোংমতা ফার্ষ্ট-ক্লাসকী বিল শাদুনা শেল লৌথোক্কে। প্রজাগী শেল অরেম্বদা মাংহনবা চুমদে হাইনা খল্লম্মী ।

নোংমদি মাগী মতৌ খংদবা কেরাণী বাবু অমনা বিল অসি ফার্ষ্ট-ক্লাসতা শাসি, শেল অদু তোংগনি হাইনা হাইরম্বদা মহাক্না খুন্নম্মী—

"ঐগী ফনবা খল্লিবা বাবু, নংগী ব্রাখল অদুগী ফলদি অফবা ওইরোই। অওইবদা শাও।"

কেরাণী বাবুনা ইকাইবদগী মমাই ঙাংনা ঙাংনা ব্রা করিমতা হাইবা ঙল্লমদে। সদানন্দনা হাইবা মতুং ইন্না অদুম তৌরম্মী ।

মমান্নবা মেম্বর অতৈদগী চম্বদা, চাওথোকপা হৈজদবদা মহাক্না ইতোপ তোপ্পা উবদা চাওথোকপা চাওনিংবা কেবা-মৌবা পাম্বা জগৎনা মহাকপু অঙকপা মিৎয়েংনা য়েংলম্মী। কনাগুম্বনা মাগী মতৌ অসি তমজবা ঙল্লবদি হাইনা শোন্নবসু য়াওরম্মী । কনাগুম্বনা মাগুম্বঙাক্তা ঙাইরবদি লৈবাকসি নুংঙাইগদবনিকো হাইরম্মী। অমুক মীনোক-চাওবা কনানা মুখরা খাইনবগী মৈচাক্লা জগৎ পুন্নমক অসিবু করিসু ওইনা উখিদ্রবরা হাইনসু হাইনরম্মী । মা-মানা ঙম্বা ব্যাখ্যা পুথোক্কুনা সদানন্দগী অচম্বা শাজৎকী ব্রা ঙাংনদবা কনামতা য়াউরমদে।

সদানন্দসু মাবু থিনা ঙাংনবা ফজনা ঙাংনবা ইতত্তত্তনা তারম্মী । মীনা থাগৎলকই হাইবগী হরাওবসু

লৈতে, অদুগা মীনা থিনা ঙাংনরকই হাইবগী শাওবসু লৈতে। মাবু থিনা ঙাংনবগী ব্রা মরূপ-মপাং কনাগুম্বা অমনা তন্নরগা মহাক্না অসুম্না হাইদোকই—

"ঐবু থিনা হাইরকপদো ঐবু নুংশিবদগীনি। মখোইনা ঐগীদমক খনবিবদি ইপা-ইমাগী থবক তৌবিবনি। মরম অসিনা মখোইগী মফমদা ঐহাক লমন তোল্লবনি।"

১৪

সদানন্দনা থবক তৌবা থা অমা ফারগা পয়লা তারিখ নুমিত্তা চন্দ্রশেখরনা কোইথোক্কদবগী মাঙ্গোন্দা হিদাক থক্নুনা লৈরম্মী, মুখরানা উখোংদা মিংশেল অমা ঙারদুনা মশম হাৎলম্মী । মখোইনি তুমিন তুমিন অদুম লৈরম্মী । ঙাইহাক লৈরগা চন্দ্রশেখবনা ব্রা হৌদোক্লকই—

"মুখরা, ঐদি সদানন্দদু য়াম্না চিংনদুনা লৈরম্বনি। নংবু অমুক পুখিদরা হাইনদুম খল্লুরে। অদুবু কোম্থুংদদি চিংনবনা অরানবা ওইরল্লে।"

"অদুনিদনা হুরানবা মশক খংদবা মপুনা নরক তাই হাইবদুনি।"

"নুংশিখরেদা, মাগী মন্না তাবদা ঐদি নুংঙাইখ্রেদা।"

"অফবা মীবুদি নুংশিদবা কনা লৈবগেদো।"

"নংসু হাইনু, অফবা মীদুবু করিদৌনা হুন্দোক্লম্মী ।"

"ঐনা পংজবনা থোকপনি। হৌজিক্কা ওইয়ুদনা নংগুম্বা লিশিং য়াখৈ লাক্তুনসু ঐনা শম্না অমা ফাওবা মাগী মফমদগী চংথোকপা হাইয়ে।"

অদুদগী চন্দ্রশেখর অদু ব্রা অমতা খুল্লমদবমখৈ হিদাক থকপা লোইরদুনা লিচৈ অকোনবা অমা পাইরদুনা কোইবা থোকখ্রে। সদানন্দসু মুখরাগী শেল পিগে হাইদুনা মখোইরোমদা লাকপদা কোম্থোংদা চন্দ্রশেখরগা ওক্লরে। হেক উবদা মহাক্না সদানন্দদা খুরম্মী । মদুগী নুমিত্তা খুরম্বা অদুদা ঙক্লদুনা সদানন্দনা হংলকই—

"করিগীনো ঙসি ঐঙোন্দা খুরুম্লিবসিবো?"

"নংগুম্বা থৌনা ফবা, পুকচেল ফজবা, নশাগী কান্নবা থাদোকপা মীবু ঐনা লাইগী দূতনি লাইমক্লি হাইনা লৌদবা ঙমদে। অদুনা নংবু ঐনা খুরুম্বনি ইবুংঙো।"

"ঐদি থৌনা ফত্তেনা। তোল্লবা খিবিক্তগী তোল্লবনি হাইদুনা খংজবনি। ফরে, অদুদি অদু ওইখরে। হৌজিক য়ুমদা ঙাইহাক্তা লেংশনলুখিসি, ঐ মুখরাদা শেল খরা পিগে লাক্লিবনি।

তত্তনা চিংনরম্বা চন্দ্রশেখর অদু ঙসিদি করিগুম্বা অমতা চিংনদ্রবনিনা অসুম্না হাইরকই—

"ইবুংঙো, নং অদুম চংদুনা পিরু, ঐ করিমতা নংবু চিংনদে।

অমুক্তদি চংমিন্নরুখিসি। তম্বা ঙমদে মীওইবগী লাইবক । কনাগুম্বা অমনা শুগা শাগৎতুনা বদনাম তৌরবদা ইমিৎনা উহৌদুনা ইশানা সাক্ষী ওইহৌবা ঙন্নবদি চিংনবা কোক্কনি।"

"চুম্মি মদুগীবুদি। চৎসি লাও।"

অসুম্না হাইনদুনা সদানন্দগা চন্দ্রশেখরগা মখোই অনিদু চংমিন্নরক্লে। ইমুংদা মুখরাদু চংখিবদা ঙাইদুনা মখোই অনিসু ইমুংদা চংদুনা ফম্মিন্নরে। সদানন্দনা লুপা লাম্থোক্তুনা মুখরাদা মহৌশাগী মতৌগুম পিরগা চৎলগে হাইনা হৌগৎপদা চন্দ্রশেখরগা মুখরাগা অনিনা ঙাইহাক ব্রারি শাখিসি হাইদুনা খাল্লম্মী । সদানন্দসু ফৈ হাইদুনা ফমথদুনা মখোই অহুম ব্রারি শাই। অহানবদা অনা-অয়েক লৈবরা লৈতবরা হাইনা ব্রা হংনরগা মুখরানা সদানন্দদা হাইরকই—

"ইবুংঙো, নহাক্তি হৌজিক লৈবাক্কী চাউরবা দরবার মেম্বর ওইরে, লাইরিক তম্বা লোইদুনা থোরকপদদা অচৌ-অশাংগী মচা-মশু কয়াদা পিগে হাইরম্মী । হৌজিক্তি অমুক হেন্না পিগে হাইরগনি। ঐহাক্তি নংনা নুপী অমা থিরবদি নখোই অনিনা নুংঙাইবা সংসার অমা পানবদু উরগা য়াম্না পুক্নিং নুংঙাইজগনি।"

চন্দ্রশেখরনা মুখরাগী ব্রাসিদা অমুক নোৎশল্লকই—"চুম্মি, মহাক্না হাইরিবসি য়াম্না চুম্মি। নংগী হৌজিক্তি করি অব্রাৎপা?"

মখোই অনিগী ব্রা তারগা সদানন্দনা মোমোন মোমোন নোক্লম্মী । মখোই অনিনা সদানন্দগী পুকচেল অমদি মানা খঞ্জবা ব্রাখল অদু খংদদুনা হাইরিবনিকো হাইনা সদানন্দনা নোক্লম্বনি। সদানন্দনা মখোইগী ব্রা তারগা খল্লম্মী—অঙকপনিদা হে ঈশ্বর জগত্তা লৈরিবা মী অসুক য়ামখ্রবা অসি ব্রাখল অমমমগী ইচেলদা মমাই লৈদুনা চেল্লিবনি। কনামনা মপান নাইদ্রবা লন-থুমগী মথক্তা নেৎতুনা পানবা পাম্মী, কনামনা অসিগুম্বা নুংঙাইববু অরেম্বনি খল্লি, কনামনা মশাগী চাবা শেৎপা নুংঙাইরগা লোইরে হাই, কনামনা মীগী সেবা তৌরগদা নুংঙাইজে হাই, কনামনা মীগীসু খংদে মশাগীসু খংদে মানা নিংজরিবা ইষ্টদেব অদুদবু নিংজরগা লোইরে হাইরি। অসুক য়াম্না মচিন লোংবা পুক্নিং ময়াম অসি শেল্লকপা লাই অদুবু মপুক্নিংদা কৌরদুনা সদানন্দনা খুরুম্লম্মী। অদুদগী ফোংনা মুখরাগা চন্দ্রশেখরগদা খুম্লম্মী ।

"মীওইবা হাইবসি নিনিগীদমক্তনি। নহালব্রাই নংলিঙৈদা কনাসু ঐঙোন্দা মচা পিগে হাইদে। হৌজিক নুংঙাইরে হাইরিবা কাল অসিদা পিগে হাইরবা য়াই। অদুবু ঐনা নুংঙাইবসি কয়া কুইনি মফম খংবা নত্তে। লক্লিদা পোক্লকপা জীবননি, লক্লিদা পাল্লিবনি। অদুনা ঐনা হৌজিক কনামতগী মচাবু নুপী ওইনা লৌবা ঙম্লোই।"

চন্দ্রশেখরনা মাগী পাওখুম অসি তাবদা মথব্রাই নুংঙাইত্রদুনা হাইরকই—

"ঐতনা অকাইবনি। ঐবু ঙাকপিয়ু ইবুংঙো।"

মুখরানা মাগীসু মরাল লৈ হাইবা খন্দুনা মচিন থোক্লা অরানবা উৎচরক্তুনা হাইবকই—

"নখোই কনামতগী দোষ নত্তে ঐতগী দোষনি।"

চন্দশেখর অমসুং মুখরানা মথব্রাই শোক্লা হাইরকপা অদু তারগা সদানন্দনা থেমজিল্লম্মী—

"ঐখোয় কনামতগী দোষ নত্তে। ঐখোই লোইনমক চুম্মি। ঐখোইনা নুংঙাইবনি খল্লিবা পোৎ অসি নুংঙাইবা অশেংবা অমতা নত্তে। অদুনা মসি খংদবদি ঐখোইগী সমাজগী শিক্ষা-দীক্ষাননি। কনাবুসু দোষ পিরুদুনা কান্নদে।"

মুখরানা হাইরকই—"ইবুংঙো, নংবু ঐনা কাওবা ঙমজদে । ঐনা লন-থুমগী নুংঙাইববু নুংঙাইবনি খল্লুবনা ইবুংঙো নংগী অচুম্বা লম্বেল অদু খংবা ঙমজদবনি। ঐবু ঙাকপিয়ুকো।"

"নংবু ঐনা করিগী দোষ লৌরুনি। ঐঙোন্দা ঙাকপিয়ু হায়জবা য়াবা দোষ অমতসু নং তৌদ্রি। নংনা তৌবা থবক খুদিংমক ঐনা য়াদুনা তৌহনবা ঙাক্তনি।"

অদুদগী চন্দ্রশেখরনা সদানন্দদা হাইরম্মী—"ইবুংঙো, নংনা মুখরাদা পিরিবা লুপাসি ঐখোইনিগীদি য়াম্না কান্নে। অদুবু মসি পিবা তোক্লো।"

"মদু হাইবিগনু। ঐগী তৌফম থোকপা তৌবদা য়ৈখাইবনি। মদুদি নখোই অনিনা তৌবিগনু।"

"ঐখোই পাপ চেল্লবনা নংগী পুণ্যগী ফল ফংবা হৌনদে। অদুনা হায়জবনি ইবুংঙো।"

সদানন্দনা চন্দ্রশেখরগী মথব্রাইদা চাক্লিবা মৈ অদু কোক্লবা হাইদুনা অমুক খুম্লকই—

"খংনা খংনা কনানা পাপ লংজে? নখোই অনিবু ঐনা পাপ চেনবা ফত্তবনি হাইনা করিমতা লৌবা ঙম্লোই।"

সদানন্দনা ফজ-ফজবা, থুন্ন-থুন্নবা ৱাহৈনা মখোইবু থেমজনবদুদা চন্দ্রশেখরনা হাইরকই—

"ইবুংঙো, নংনা শাওবিদ্রবদি ৱা অমত্তা হাইগে।"

"ননাই মুখরা অসি য়ুম-লৈম ওইনা থমদ্রবসু মীনাইশংদা থম্নবা পুগে হায়রবসু পুম্নো হাইববু করি হাইবগে।"

মাসি হাইবা হেক লোইবগা মুখরানা য়েত্তুনা খুন্নকই—

"করি ৱানো নংনা হাইরিবদুবো? ঐহাক্না চৎতুনা মাগী শেংলবা য়ুম অদু মাংহনবা য়াব্রা? অদুগী শরুকপুদি তশেংলবী মীনা মনম লৌথিদ্রিবী লৈরাং অমনা মহাক্কী চরণ সেবা তৌনবদুম ঐখোই অনি চংদুনা থিসি।"

মখোই অনিনা হাইরিবদু সদানন্দনা করিমতা য়ানিংলমদে। মহাক্না য়ানিংদবদু উৎলগা মখোইনা মথৱাই নুংঙাইখিরোই হাইনা খন্দুনা য়াদবগী মরম পিদুনা থেমজনগে নিংলম্মী, অদুনা মখোই অনিমক্তা তম্না হাইরকই—

"নখোইনা ঐবু নুংশিদুনা হায়রিবদো তাবদা ঐ পুক্নিং য়াম্না নুংঙাই। অদুম্নদি ওইরগা নখোই অনিনা হাইরিবদো ঐ করিমতা তৌররোই। মদুগী মরমসু তাও—চন্দ্রশেখরনা মুখরা নংবু লৌবদি কামগী মনাই ওইদুনা লৌবা নত্তে, য়ুম পানবা ঙম্নবা লৌবনি। অদুনা চন্দ্রশেখরগী নুংঙাইবা থুগাইনবগী মশক ওইবা থবক ঐহাক তৌনিংদ্রে। অদুগা সমাজগী চৎনবীসু মুখরা নংনা ঙাক্তবা য়াদে। নৎত্রবদি, নহাক্না ঐগীদা অমুক হল্লক্লবদি নহাক্কী বদনাম লোইবা নাইরোই। ঐদি সমাজগী বদনাম করিমতা কাঁদে। অদুগা মুখরা নংনা ঐবু নুপী অমমুক থিনবা হাইবদো ঐ তৌরবোই। করিনা, নংবু ঐনা ঐখোইগী য়ুমদা লৈরিঙৈদা কয়া অৱাবা পিখি। অমুকসু অদু মঙাই নুপী অমা লাক্লগা অৱাবা ফংলোই হাইনিংঙাই লৈতে।"

চন্দ্রশেখরনা—"করিগী অৱাবা ফংলুনি? মুখরাগুম্বা পাপচেনবী অমা লাক্লবসু হৌজিক্তি মখোইনা নিংজবা লন-থুমগী নুংঙাইবা হাইবদু হৌজিক্তি ইরাই লাইনা ইবুংঙো নংনা পিবা ঙম্লগনি। মদুগী করি চিন্তা লৈ।"

"মুখরাগী মফমদা ঐগী তৌগদবা ইথৌ লোইদ্রিমখৈ ঐ অতৈ অতোপ্পা অমবু লৌবা ঙম্লোই। ঙসাইনা হাইখ্রে, ঐ ঙম্লরোই হাইনা। নখোই অমুক হন্না হাইরগনু। মসিগীদমক খল্লুরনু। নখোই লোইনা লৈরিঙৈদা ঐগী কনা ৱাৎপগে?"

চন্দ্রশেখরসু মুখরাসু করিমতা ঙাংদ্রে। তুমিন্না নুংশাস্বর মপি হোল্লদুনা লৈরে। ঙাইহাক লৈরগা সদানন্দনা 'ঐ হৌজিক থেংখরে চৎলগে' হাইরগা ময়ুম পাংনা লাক্লে। চন্দ্রশেখরগা মুখরাগনা মহাক্কী মতৌ অদু খল্লুবদা ইঙক ঙক্কুনা মখোই মশেল য়েংন য়েংনদুনা লৈহৌরে। অদুদগী মুখরানা হাইরকই —

"ঐদি নহালমখৈ মাগী পুকচেল খংলমদে। ঙসিদি মুন্না খংলে।"

"ঐসু ঙসিদমক খংই। কনাবুসু মহাক্না তাথিবা লৈতে; মী খুদিংমকপু মরম অমা-অমা পিদুনা মপুক্নিং পেন্ননবা তৌই।"

অসি হাইরগা চন্দ্রশেখরদো কোইথোকপা থোকত্রে, ফমুংদা চংদুনা নুংঙাইরবা ইংলবা মমাঙৈদা থোকখিদবা ৱাখল অমদা মপুক্নিং অদু লুপ্তুনা ফমুংদা মশা অদু তিংথোক্লদুনা পোথাখরে।

মুখরানা ইমুংগী থবক অমা তৌনবা চংখ্রে। ধুপ থাওমৈ পুথোরক্তুনা নাপী মকা অমতা তাদ্রবা সুমাং ময়াইদা মনা পুংনা হৌরবী বৃন্দাদেবীগী চবন্দা কৎতুনা খুরুম্লম্মী । বৃন্দাদেবীগী মখোংদা মপি ওরো ওরো শিন্থরদুনা কপ্পুনা শোল্লম্মী -

"কৃষ্ণ ফংবগী অথোইবা মতেং পিরিবী ইমা ইবেম্মা বৃন্দাদেবী, ঙসি ঐনা শিন্থরিবা পাপকী পি অসিনা শেংলবা নখোং অসি মাংহল্লে হাইদুনা ৱারৌবিগনুকো। মসি ঐগী পাপকী প্রায়শ্চিত্ত ওইজগেকো। থম্মোইনুংদা কৃষ্ণগী চরণ ফংজবা পিনবিয়ুকো ইবেম্মা।"

অসি হাইদুনা ওঃ খোংনা কপ্পুনা অতৎপা লৈতবা মন্দাকিনীগী ইচেনগুম পি শিন্থরদুনা বৃন্দাদেবী মখোংদা তুদুনা লৈখরে। চন্দ্রশেখরনা মাগী কপ্পা মখোলদু তারগা কপশনু মাসু য়াওনা কপকনি, অদুম্মা কপ্পগা মুখরা মবানিগী প্রায়শ্চিত্ত ওইশনু হায়না ফমুংদা থরো থরো ওন্দুনা কপ্লম্মী ।

১৫

সদানন্দনা চন্দ্রশেখরখোইদগী ময়ুম পাংনা হল্লকপদা মকুবোক হাইবদি মুখরাগী মপা বকুলদু লম্বেলদা ওক্লরে। মকুবোক্না মমাই পুবা ঙমদদুনা মহাক্না উননিংদবদগী লৈথোক্তুনা উশনদনা চৎকে তৌবদা মী হাংমনখ্রদুনা লৈথোকপা য়ারমদ্রে। মকুবোক উবদা সদানন্দনা তরাম তরাম্না খুরুম্লম্মী । মকুবোকসু খুরুম্বদু ওক্লদুনা হংলম্মী—

"ইবুংঙো, কদাই চৎলুই?"

"ঐহাক মুখরাখোইদা শেল থিল্লুবদগী হল্লক্লিবনি।"

"ঐখোয়দা চৎলুখিসি, ঙাইহাক ফমলুখিসি" হাইদুনা সদানন্দদু মকুবোক্না লোইননা লাক্লে। বকুলনা ময়ুম য়ৌরগা মমাক নিপাদুবু ফমহল্লদুনা ৱারি শারম্মী । অসুম ৱারী শাবদা বকুলনা হায়রকই—

"ইবুংঙো, নংদি তলব কয়া ফংই?"

"তলবতি লুপা চামঙানি ঐনা ফংজবা।"

"থাদা কয়া যাম্না লেম্মি?"

"করিসু লেমদে হাইবা য়াইমা !"

তলব অদুক য়াম্না ফংলগা করিমতা লেমদে হাইবদুদা ঙক্লদুনা বকুলনা হংলকই—

"স্কুলদা তংখাই অমা পিথোকই হাইবা তাই। অদুগা অবেম্বদু খরদমক নংগী থাক্লগা মুখরাদা লোইনা পিথোকখ্রবরা?"

"অদুনি হোই!"

"খংদ্রেনে নংগী নতৌ অসি। মুখরাদু নংগা শম্নবদগী কয়া নুংঙাইরে। অদুবু নংগী খরচা মতৌদুদি মীনা নোক্লবা য়াবা মতৌনি।"

বকুলনা অসুম্না হাইরিঙৈদা চাওবী থোরক্তুনা মখোইনিনা ঙাংনরিবা অদু তারম্মী । মৱানা ঙাংবা হেক লোইবগা চাওবীনা হাইরকই—

"ঐখোইনা পংদুনা তৌবনি। ইচানুপীদু হৌজিক ফাওবা সদানন্দদা লৈজরম্নবদি চাবা শেংপা ৱাৎতবদা নত্তুনা লৈবাক্কী ইবুংঙো-ইবেম্মশিংগী মবক্তা অমা ওইজরমগদবনি।"

চাওবীনা অসুম মথৱাইদা নুংঙাইতদুনা হাইজবসিদা বকুলনা খুম্নকই—

"করি ব্রানোনে হায় নুপী, নংনা খংদ্রবনিনে। নংগী নয়ানুপা সদানন্দ অসিদি মীওং অমনিনে। মহাক্লা হৌজিক ফাওবা মুখরাবু লৌরল্লবদি নখোইগী নচানুপী অসিদি নুংঙাইবা হাইয়ে! ছি: কৈদগী ! মাগী তলব অদুনা মী অতৈদা দান অদুগা নচানুপীনা ফদি-ফরা শেৎতুনা মীরৈবাক মচাদা কোয়েৎ মচা য়োনবা অসি নত্তনা করি ওইগনি। হৌজিক য়েংউ, মী অতোপ্পা অমদা লৈবদগী নচানুপীনা লুপা চনি চহুম লেম্মা ফংজবা ঙল্লিবনি।

সদানন্দনা বকুলগা চাওবীগী ব্রা অদু অদুম তারম্মী, কাঁরমতা খুন্নমদে। চাওবীনা বকুলগী মব্রাদু তারগা খুলম্মী—

"হোয়দা ! অদুবুদি নংনা হাইবদুনা য়াম্মা চুল্লিবনি।" অদুদগী সদানন্দরোমদা য়েংদুনা হায়রকই—

"ইবুংঙো, নশা নউ ফনা ফরি, না-য়েকপদি তৌদমাল্লেদনা।"

"অহোই অদুক য়াম্মা লৈতে।"

"করি চানি ঐখোইগীদা নংনা ঙসি লাকপসিদি? ঐখোইদি অনংবনিনা নংগুম্বা মীগী সেবা তৌবা ঙম্বা পোৎ নত্তে।"

"পুম্মোক ওকচরে! করিমতা চাজরোই। হৌজিক হল্লগা চাক চারুরনি।"

"খংদে, ইকুখোইসু লল্লোন-ইতিক খরা তৌবসু করিমতা কান্নবা ফংদ্রে। নংবদি নোংমা নোংমগী হেঞ্জল্লক, করি অমুক হাইরুনি।"

"অমুক নং অমুক নুংঙাই হাইবসিদি মীওইবা পুন্সিগী পথাপনি হাইবদাইদো। লল্লোনবসি অমুক মাং অমুক তোং হাইবদুনি। ঐহাক ঙসিদি হঞ্জরগে, নোংমা অমুক ইকুবোকখোই খুরুম্বা লাকচগে। ঐবু কাওবিনু। ঐগী হাইববু ইকুবোকখোই ইনেমবোকখোই নত্তনা মী কনামতা লৈজবা নত্তে।"

"এঃ এঃ, করি ব্রানো নংবু ঐখোইনা কাওবা ঙমব্রা?" হাইনা বকুলগা চাওবীগনা খুন্নগা হাইরকই—

"চৎলো থেংখ্রে। নোংমা মুখরাখোইদা চৎপা নুমিত্তা ঐখোইসিদা চংলকউ। রারি-ব্রাতাই শাসি।"

অদুদগী সদানন্দ থোরক্তুনা ময়ুম থুংলরে। বকুলগা চাওবীগসু 'মসিগী মতৌসিদি করিনো' হাইনদুনা লৈহৌরে।

সদানন্দনা ময়ুম য়ৌরগা যদুগা মধুগবু কৌবদা মখোই অমতা ময়ুমদা লৈরমদ্রে। ঙাইহাক লৈরগা গোপাল কৌবা পাখং মচা অমগা লোইমিন্নদুনা মখোই অহুম মরি মরি লাক্লম্মী । সদানন্দনা কদাইদা চৎলুই হাইনা হংবদা চাক থোংবা লোইরদুনা থাবল ফবদা কোইনিংদুনা ঙাইহাক গোপালগা লম্পাক্তা ব্রারি শারুবনি হাইনা খুন্নম্মী । সদানন্দনা য়ুমদি মথন্তা হুন্দোক্লিবা করিগীনো হাইনা হংলকপা য়াই হাইদুনা হংদ্রিঙৈদা হান্ননা মধুনা খুন্নকই—

"ঐখোইগী য়ুম অসিসু হুরানবনা পাম্বা করিমতা লৈতবনা গোপাল লাকপদুদা অনৌবা সঙ্গ অমা ফংলে হাইদুনা তৌবনি।"

সদানন্দ য়ুম শংদে হাইবগী করিমতা শাওবা লৈতে, অদুনা মদুগীদমক্তি করিমতা চৈরমদে। গোপাল হাইবদু কনানো হাইনা হংলম্মী । মধুনা নোক্ল নোক্লদুনা হাইরকই—

"গোপাল হাইবদি হন্দক মেট্রিক থারুবা নহালমুক তাদা উনবা লাক্লম্বদুনি।"

• "উম । ইবুংঙো গোপাল নংদি পরীক্ষা ঙল্লবরা?"

"ঙমজরে। বৃত্তিদি ফংদরে। অদু থবক মচা অমতং মেম্বরনা চানবিদুনা পিবিরবদি হাইনা খঞ্জগে লাকপনি।"

"ঐদি থবক হাপ্পা ঙমলোইবো। নংনা মতিক চারবদি করিগী ওইদনি। দরখাস্ত অমা কদাইদনো নংনা তৌনিংবা মফম অমদা থাজল্লু।"

"মেম্বরনা তৌবিগে হাইরবদি ইলাই লাইনা ঙম্মী । অমতংদদি কৃপা তৌবিউ। অনংবা মচানিনা অতৈ উপায় লৈত্রবনি।"

গোপালনা অসি হাইরগা যদুনা সদানন্দদা হায়জরকই—

"তাদা, নংগুম্বা মেম্বরদি মী শেম্বা কয়া ঙম্মি। নংসু করিগী ঙমদনি। ঐখোই পুম্নমক্কী মাই ওইনি, গোপালসিদদি শেম্বিশিবা।"

সদানন্দনা মাগী ৱাসি তারগা নোক্ল নোক্লদুনা হাইরকই—

"ইবুংঙো গোপাল নংসু তাও, অদুগা যদুগা মধুগা নখোইনিসু তাও । ঐ করিসু লৈতবনা মীবু শেম্বা ঙমদে। মীবু শেমগদবদি ঈশ্বরতনি। মহাক্কী মতিক-চাবা জীব অমা ওইনবা হোৎনৌ, অদু ওইরবদি ঐঙোন্দা খনবদগী মদুনা হেন্না থুনা কান্নবা মহৈ ফংগনি। মতিক চাবা অমা ওইবা ঙমদ্রবদি ঐনা লক্ষা নুংশিদুনসু লৈবাক্কী থবক্তা ঐহাক্লা করিমতা তৌফম থোক্কে অদুগা তৌবসু ঙল্লোই।"

অঙাংনি হাইদে মখোই অহুম লৈরম্লিবদু চুম্বোইনা চুম্বোইনা হাইদুনা ময়া কা কাদুনা লৈরম্মী। গোপালদু চৎলগে হইজদুনা মখোং থাংদোক্কে তৌবদা সদানন্দনা চাক চাবগা চৎখো হাইনা খাল্লম্মী, অদুগা হাইরকই—

"মধুগী মখুৎ চাদ্রা নংবু ইবুংঙো ?"

গোপালনা চাজে অদুবু ঙসিদি চাজরোই হাইনা হাইরবদা চাদবা য়াদে অসুক থেংথ্রবদবো হাইদুনা মখুৎ প্লাইদুনা সদানন্দনা চিংশন্দুনা মখোই মরি চাক চামিন্নরগা গোপালবু থাদোক্লম্মী । গোপালনা মী খনবা হাইবসি মতিক চাদবা মীদনা খনবা হৌনবোইরে হাইদুনা খন্না খন্না চৎখিরম্মী।

মখোই অহুম তুম্লদুনা অহিং নোংয়াই মতুং পুং অহুম্লোম তাবগী অদুৱাইদা তোক তোক লাউবা মখোল অমা তাই । যদু মধু অনিদু তুমিন্না তাদুনা লৈরম্মী । মিনিট মঙা তরুক লৈরগা মমাই মমিৎ খুমজল্লদুনা নিপা অমা শনামহি কাচিন্দগী থোরক্লুনা থোং হাংদোক্লম্মী । থোং অদু হাংলগা নিপা মাইখুম্না তরুক খক চংলক্লুনা মখুত্তা থাংশাং অমমম পাইদুনা সদানন্দগী ফমুংলোমদা চংলকই। মখোইনা তুমিন্না চংলকপনা যদুগা মধুগা নাখোক্লুনা অদুম তুম্লম্মী ।

নিপাশিংদুদগী অমখক্লা সদানন্দদা নোমদুনা হৌদোক্কে হাইদুনা মখুৎ তিংথোক্লককপদা সদানন্দনা হাইরকই—

"কনানো, করম্বা বিচারদা ঐনা লানবা য়াওরল্লে, নখোইনা থাংশাং অমমম পাইদুনা লাক্লিবদি?"

"বিচারগী ৱা নত্তে। শেল অরৈবমখৈ লাম্থোক্লকউ, নৎত্রবদি থৱাই থাগদবনি।"

"অদুদি নখোই লুট তৌবা লাক্লিবোইরে?"

"মানি! থুরো, নোংঙান্দৌরে প্রৎ প্রৎ তৌরো।"

"করিমতা কিগনু! ঐনা নখোইগী নিংবা ঙম্লমখৈ থুংহনগনি। অদুবু ৱা অমতংদি হংগে।"

"হংউ!"

"নখোইনা মীগী মপোৎ অরেম্বদা অসুক য়াম্না পাম্লিবসি করিগীনো?"

"চানিংঙাই লৈতে ঐখোয়দি অনংবনি। থবকসু শুনিঙাই লৈতে। খাজনা থিবা ফাওবা ঙমদরে। অদুনা নখোই ইনাকখুনবদগী অসুম্না লৌদ্রবদি কদাইদগী য়াগদগেদো?"

"ঐসু নখোইগুম্বা নংবনি। খেন্নবা হাইববু ঐহাকনা মীগী মপোৎ নখোইদৌনা লৌদে। অসিতনি।"

অদুদগী হুয়ানবদুনা মেম্বর অমা ওইরগা করিগী নংলিবা হাইদুনা সদানন্দদা হংলকই। সদানন্দনা মাগী তলব কদাইদা চৎলি হাইবদু তাক্লম্মী । অদু তারগা হুয়ানবশিং অদুনা য়ুম মচা অদুগী অকোইবদা কোইয়েং য়েংবদা তরং-উপু-মচা অমদগী হেন্না করিমতা উরমদবদুদা মখোইগী সর্দ্দার অদুনা করিসু লৈতেদো হাইদুনা হাইরকই, মখোইনা চৎলগে তৌরবদা সদানন্দনা হাইরকই—

"তরং-উপু অসিদা ঐগী ফীরোন লৈবনি। অদুগা থা অসিমগী চানবা শেল লুপা মরিখক্কা লৈরিবনি। ঐগী শেৎনবা ফৈজোম অমগা লিৎনবা ফুরিৎ অমগা থনম্মু। অতে অসি য়োন্নবা, অদুগা লুপা অদুসু পুখ্রো। অদুগা ৱা অমগা হাইগে। চাবা শেৎপদনা মী ওইবা নত্তে। হুরান্দুনা পাপকী কর্ম্ম তৌববুদি চারা হেন্দুনা শিবনা হেন্না ফবনি। বাল্মিকী মুনিনা মী হাৎতুনা মীগী মপোৎ মুল্লগা মপা-মমা মতু-মচা থাকপবু মখোই অমতনা মহাক্কী পাপকী শরুক পুবিয়ু য়াখিদে।"

"অদুদি করিগী ঐখোইদা পোৎ পুখ্রো হাইরি?"

"ঐঙোন্দা তাকত্রবদি হুয়ানবগী পাপ ওইগনি। অদুনা ঐনা ইশানা পিনিং পিনিংনা পিরবদি নখোইগী পাপ লৈররোই হাইদুনা পু হাইরিবনি। মপুনা পিবা লৌবদি নখোইগী দোষ লৈত্রে। খরা লৈরিবসি পুখ্রো, নচা নশু চরা হেন্দুনা লৈ হাইরিবদো চখোম অমমমদং পিজনবা তৌরুরো।"

সদানন্দগী থুন্নবা মৱাহে অদো তাবদা মপুক্লিং ওল্লদুনা কপ্না কপ্না মখোই তরেৎমক লৈরম্মী। মখোইগী সর্দ্দার অদুনা থাং থাদরল্লগা সদানন্দগী মখোংদা হোৎচন্দুনা মপি শিন্থদুনা খুরল্লম্মী অদুগা হাইজরকই—

"ইবুংঙো, নংনা ঐখোইবু অমুক পোকপিরবনি। ঙসিদগী হৌনা ননাই ওইজরবনি।"

"তৌনু তৌনু, খোং পাইহৈদে। ভগবানগী সৃষ্টি অথোইবনি নখোইদি। নখোইবু চানবিবগীদমক ঈশ্বরদা তৌবিমল খংবা উৎতুনা খুরম্মু।"

মখোই তরেৎমক হোৎচন্দুনা সদানন্দদা খুরল্লে অমসুং মাইখুম লৌথোক্তুনা মশক তাক্লে। মখোইনা কপ্পগী মখোলনা য়াম্না কন্না তুল্লম্বা যদুগা মধুগদু হৌরক্লে। য়েংথোকখিবদা থাংশাং তাদুনা লৈরিদুনে নিপাশিং অদুনে উবদা সদানন্দবু করি তৌবিরবনো হাইদুনা অফিং অফাই করি তৌরিনো হাইনা লাউরকই। মখোই লোইনমক যদুগা মধুগদা য়েংলম্মী । সদানন্দনা নোক্ল নোক্লদুনা তপ্না হায়রকই—

"মখোই অসি ঐখোইগুম্বা লাইরবনি। চানিঙাই লৈত্রে হাইয়ে। ঐখোইগী লৈজবা পুম্নমক পুথোক্লক্লো, মচা মশু চারা হেনবশিং পিজরুনবা।"

যদুগা মধুগনা অদুদগী হাইরকই—"ঐখোইগী তলব ফংবদগী থাকহৌবা লুপা নিফুরোম লৈ। লোইনা পুথোক্লকউরা?"

হুয়ানবশিংনা "ওক্লে ওক্লে নখোই অহুমগী পুকচেল অমসুং ৱাহে অদুতনা অমৃত ওইরদুনা ঐখোই লোইনমক্কী অমসুং ইচা-ইশুশিংগী পুক লোইনা থল্লগনি।" হাইনা হাইরকই। অদুদগী মখোই লোইনা চৎখরে। সদানন্দনা অমম অঙাল কৌবা লাইদা খুরুমদুনা হুয়ানবশিংদুগী মঙ্গল পিনবিউ হাইনা নিদুনা লৈহৌই।

১৬

সদানন্দগী ৱা অসি লৈকাইদদা নত্তনা লৈবাক শিন্না থোইদোক হেন্দোক্লা কোনুংদা নিংথৌগা অতৈগা ৱারি শান্নে। মহাকসু মরক মরক্তা কোনুং কাদুনা ইরাং য়েংই। মহাক্লা মাগী তলব অদু ক্ষুলদা অদুগা মুখরাদা

পিথোকই মাগীদি করিমতা খাক্তে, ফীরোন ইচম চম্না অফিশ কা-লাকই হায়বসি নিংথৌসু তারম্মী। অদুনা নোংমা মহাক লাকপদা নিংথৌনা হংলম্মী—

"সদা, নংদি তলব য়াম্না লেপ্লে হাইনা? স্কুলদা অদুগা মৱা নাইগ্রবা নুপীদা পীদুনদমক তোক্লে হাইনা, চুমব্রা?"

"চুম্মি, ঐগ্যা। ননাই ঐগী শিজিন্নবদগী অরেম্বদু মখোইদা পিথোকচে।"

"স্কুলদা পিবা য়াম্না ফবা ৱানি। অদুগা মৱা মপুরোইবা হুন্দোক্তুনা নুংঙাইবা থিগ্রবা নুপীদা পিবদি চুমদে। অদুনা মঙোন্দা পিবা শরুক অদুমখৈ তলবতগী কক্লগে। লৈবাক্কী তোংজবা ওইগনি।"

"করিমতা বেড়া লৈজদে। স্নাপুক্লিংদা তৌবিগে হাইবা অমা তৌবিয়ু।"

"কদাইদগীনোদা সদা!ঐনা অদুক ফাগি তৌবনি। নহাক নুপী অমদি থিরোদনা? ঐগী ইচানুপী অমা পিগে।"

"মজা-বেম্মবু ঐনা নুপী ওইনা লৌবগী শক্তি লৈজদে। অচম্বী নুপী মচা অমা ফাওবা লোইননা পানবা ঙমদদুনা খাইনগ্রবদা মদুগী ৱাদি ননাই ঐঙোন্দা অমুক স্নায়াথং তাওথবিরগনু।"

"নংগী তলব অদুনা ওক্লবা শিল্লবদা ঐগী ইচানুপীনা নংঙোন্দা করিমতা চক্রি তৌহল্লোইদা। মদুদা মানা চক্রি তৌরবদি ঐ লৈদনা।"

"ননাই ঐগী তলবতগী লুপা কুন্-মঙাখক লেমদুনা মদুনা হৌজিক চা-শেৎপগী খবচা তৌনজরি। অদুনা নজা-বেম্মা অমগী সেবা ওকপা নত্তে।"

"নং অদু ওইরবদি নুপী থিররোইদরা?"

"মহারাজ, ননাই ঐহাক তৌরোই হাইনা নিংজরে।"

"ঐ নিংথৌনি, ঐগী য়াথং ইল্লোইদরা?"

নিংথৌনা শাওরদুনা হাইরকপদুদা খুমফম খংদ্রদুনা লৈরম্মী। অদুবু অসুম তকশিল্লবদুদা অফিং অফাই ওইনা সদানন্দনা হাইরকই—

"ঐগ্যা, সমাজ অমসুং ধর্ম্মগী মরিদদি নিংথৌগী লৈফম থোকপা শক্তিগী মনুং চনবা মখৈ স্নায়াথং ইগ্গগনি। নত্তবদদি স্নায়াথং তাকপিগনু।"

"ঐনা তৌগে হাইনা নিংলবদা নংনা তৌদবা ঙমগদরা?"

"তৌফম থোকপা থবক তৌজগনি, অদু নত্তবদি ঐগী আত্মানা য়ারম্বা ঙমজরোই।"

"নং তৌদবা য়াদে, সদা।"

"তাকপিগনু ননাই তোল্লবদা, মহারাজ ইবুংঙো।"

"নৎত্রবদি দণ্ডি অরুম্বা ফংগনি।"

"সনা-বুদ্ধি তৌবিউ, মহারাজ। মীওইবা অমনা নিংথৌ ওইদুনসু কনাগুম্বা অমগী আত্মাবু দণ্ডি পিবা ঙমদে। মাংবা নাইবা হকচাং অসি দণ্ডি পিবা য়াই। অদুনা অমর আত্মাবু পিদ্রিবমখৈ ননাই ঐনা দণ্ডি ওইনা নিংবা ঙমজদে।"

নিংথৌনা অকীবগী শক লৌরদুনা ঙাংলম্লগা ঙাইহাক তুমিন্না লৈদুনা কোইয়েং য়েংই। অদুদগী অমুক হাইরকই—

"ধন্যনি, সদা। নংগুম্বা থৌনাফবা, চিরোণ লৈতবা মী অসি য়াম্না তাংখরে। মী খুদিংমক্লা নংগুম্বা ঙাক্তা

ওইরন্নবদি ঐগী লৈবাক অসি হিরম খুদিংমক্তা চাওখৎপা অমসুং নুংঙাইবা ওইরমগদবনি। ফরে, হৌজিক্তি নং চৎলো। অদুগা ঐঙোন্দা নপুকচেল শেংবগীদমক নংবু অথোইবা মন্ত্রী হাপ্পবনি।"

"তৌবিনু, মহারাজ। ঐগী ইথক্তা লৈরিবা মেম্বরশিংগী মথং মনাও কাফম থোকপদু কাহনবিউ।"

"ঐ লোইনা চাং য়েংলে। মখোই অমতা অফবা য়াওদে। নংদনি ঐনা পুক্লিং তাবা। অদুনা নংবু হাপ্পবনি। অসিদগীদি নংগী ব্রা তাদ্রবদি মখোই ময়াম্মা অমা ওইখ্রবসু ঐনা করিগুম্বা অমতা হান্না তৌথোক্লোই। চিরোণ মখোং-পানবশিং অসি ঐগী নাক্তা অমতা চংহল্লরোই। মখোইনা ঐগী নাকোংদা ওইদবদা নুমিৎ চুপ্পা তাহন্দুনা ঐগী অমাংবদা ওইরবনি।"

নিংথৌনা চিরোণ- তৌবা মীশিংবু অসুম্না তাথিনা তৌবসিদা ইকোই কোইনা লৈরম্মা চিরোণ- মপীশিং অদো থক থক নিক্লম্মী। নিংথৌনা মখোইবুসু মুন্না মশক খংই। করিগুম্বা মতমদা মী অতোপ্পা অমগী ফনবা মখোইনা হাইদে। করি হাইনি, নিংথৌগী মজা-ইবুংঙো মজাবেম্মশিংগী মথক্তা ফাওবা হুঞ্জনবা ঙম্বা চিরোণ তৌবশিং অদু নিংথৌনা মখোইদা শংত্রিক শংত্রিক শংনা কোইরৈ লৈনা য়েংলকপদুদা 'ঐখোইবু কদাইদনো' হাইবা ব্রাখলনা মপুক্লিং লাংতক্লরম্মী। চেনশি চেনঙমদা খুমশি খুমঙমদা নিংথৌবুসু কিবনা থক্ থক্ নিক্ অদুগা সদানন্দগী মমাংদসু ইকাই অমদা অমুক অমদা অমুক কোইরুপ কোইরুপ য়েংদুনা লৈরম্মী। মদু উবদা শাওরম্বা নিংথৌদুসু নোক্লিং নোক্লিং তৌদুনা লৈরম্মী।

ঙাইহাক্তং তুমিন্না লৈরগা অমুক নিংথৌনা হাইরকই—

"চিরোণ মখোংশিং অসি অমতা ঐ চংহল্লোইদবনি।"

অদুদগী সদানন্দনা নিংথৌগী শাওবা ফনবা হাইদুনা হাইরকই—

"চংহনবিউ, মহারাজ। মখোইবু নুংশিবিবনা চুম্মি। মখোইগী চিরোণ অদু লৌবিদে খংলবা কালদা অচুম্বা লম্বেলদা অদুম ইঞ্জরক্কনি। মর্ত্তাদা পোক্লগা মখোই মশা মশাবু অমর অমমগ্নি খনবদগী থোকপনি।"

"চুম্মি সদা! ঐনা মখোইগী মশাগী য়েংবা মীগী মাংনবদা হাইবা ব্রাদু হেক লৌবিদ্রবদি মখোই অদুম মশা মশানা করিসু তোংজফম লৈত্রবোইরে হাইনা থাপথোকচখিনি।"

অদুদগী নিংথৌনা বিদায় পিদুনা সদানন্দনা খুরুম্লগা ময়ুম কুম্লক্লে। যদু মধুদা মহাক্কী ফমথোন কাবগী ব্রারি শারম্মী। অদুদগী কদোমদা লিৎথোকখিবনো খংহৌদে মধুনা লৈকাইমচাশিংদো খোমদুনা সদানন্দগী মনাক্তা কোইশল্লম্মী। ময়াম অমসু অমসু ইরাং লাংনা য়াম্না নুংঙাইরে নুংঙাইরে হাইনা মপুক্লিং ফোংদোক্লম্মী। করম করম তৌবদগী ফমথোন কারিবনো হাইনা হংবদা সদানন্দনা নিংথৌগা ব্রারি শারকপদু লোইনা লিরম্মী। ময়াম্না মহাকপু থাগৎতুনা নুংঙাইবা ফোংদোক্লম্মী।

মখোই ময়াম অসুম ব্রারি নুংঙাইনা শাবিঙৈদা চন্দ্রশেখরসু কদাইদগীনো কোইরুই হাইদুনা ফুৎ ফাওরকই। সদানন্দনা হরাও হরাওনা তরাম্না কৌশন্দুনা ফমহল্লম্মী। ময়ামদু তিল্লম্লিবা করিগীনো হাইনা হংবদা নিপা অমনা ফমথোন কাবগী ব্রানচিংবা ব্রারি শাবা তারগা হাইরকই—

"ইবুংঙো নংনবু ফমথোন কাদবদি কনা লৈ মতিক চাবা? মহারাজনা নংবু থাজদ্রবদি কনাবু থাজগনি? নুংঙাইরে নপাও তাবদা ইবুংঙো।"

অসি হাইরগা চন্দ্রশেখরনা হিক হিক লাওনা কপখৎলক্লম্মী। ময়াম অতৈদু অসুক য়াম্না নুংঙাইবা নুমিত্তা করিগী কপ্লিবনো হাইনা ইঙক ঙক্লা মঙোল্লোমদা য়েংশল্লম্মী। অহল ওইরপ তৌবা নিপা অমনা হংলকই—

"তাদা, করিগীনো কপ্লিববো? ঐখোই ময়ামদি নুংঙাইবনা লোইরে। অদুগা তাদদি করিগী?"

মপী তৈথোক তৈথোক্লা চন্দ্রশেখরনা হাইরকই

"নখোইদা ঐনা করিমুক নৌনা হাইগনি? সদানন্দখোইগী তাদনা মথন্তা পোকচবনি হাইদুনা ণংনা ণংনা মাগী লাইরিক তম্নবা কয়াদা কন্না হোৎনজরকই। অদুদগী মমা লুখ্রাবীনা মচাগী মহৈ চাদুনা মাগী মশক য়েংলগা নোংগাগ্রবা মপুরোইবগী থাইন-মৈচাক কাওদুনা লৈগনি নিংজরম্মী। মসি মখোই অনিমক লৈরবদি কয়াদা নুংঙাইখ্রদৌনো?"

লৈকাইগী ময়াম অদুনা চন্দ্রশেখরগী ৱাসি তারগা শুকথরদুনা লৈরম্মী । মখোই পুম্নমক্কী সদানন্দবু নুংশিদুনা শুকথবা মাইথোংদু উরগা সদানন্দনা হাইরকই---

"আশা থুংবা লৈবা হৌনদে, থুংগদৌবোইদা নিংবনি।"

মাগী পাওতাক্লা থল্লবা ৱাহৈসি তারগা ময়ামগী চিনবান্দা মোমোন মোমোন নোক্কুনা অৱাবা কাওবগী ফীভম উৎপা হৌরম্মী । ঙাইহাক্তং লোইনমক ৱা অমতা ঙাংনরমদে। সদানন্দসু অসুম্না তুমিন্না লৈরম্মি। অদুদগী লৈকাইগী অহল অমনা হাইবকই --

"মুখরাদুগী খল্লুবদা নুংশিরকইদা ! মহাক্লা মপা-মমানা হাইবা ইনবনি হাইদুনা চৎখিবদগী ইবুংঙো নংনা অসুম অসুম ফগৎলক্লিবসি মহাক্তি য়াওবা ফংদ্রেদো!"

চন্দ্রশেখরসু অহল অসিনা হেক হাইবগা "অওইবনি, মহাক অসি মরাইবক অমরোমদদি থি হাইনা হাইদবা য়ারোই। চহি মতাংদসু ফম নাইধদসু মিংচৎতসু মরম খুদিংমক্তা তগৎ তগৎ ফুগাইরক্লিবা নিপা অসিগী সেবা ফংজবা মুখরাদি ফংজদ্রবনি। অমরোমদনা ঐগী লাইবক কয়া ফখরে! মুখরাগী মপান্না সদানন্দগী পুকচেল-দগী চেন্থবকপা অমৃত থক্কুনা শিদবা উপাল করিগীনো হাইবা খংজরবনি।"

মখোই ময়াম থম্মোইগী পীনা পুকচেলশিংদু শেংদোক্কুনা তমঙমদ্রবা নুংঙাইবা অমগী ইথক্তা তাওমিন্নদুনা ৱারি শাবম্নগা মহৈ মহৈ কাইনরম্লে। চেন্দ্রশেখরগা সদানন্দগদমক ঙাইহৌরে। চন্দ্রশেখরনা অদুদগী হাইবকই---

"ইবুংঙো নংদি মিংগৌনা য়াদ্রবসু ঐগীদি ইনাওগুম্বনি। অদুম্নদি ওইরগা নংগা ঐগা চাং য়েংনরুরবদি সমুদ্রগা লাংখোংগা পাবনি। নংগীদি লৈবাক পুম্নমক নিংথৌ য়াওনা লেপ্পুনা লৈরিবনিনা করিসু ৱাত্তে। অদুমকপু মতম পুম্নমক্তা ঐসু ননাই অথোইবা অমা ওইনা নংগী কাদা লেপ্পুনা লৈজগনি। ঐ করিসু হাইনিঙাই লৈতে, ঐগী হাইববু অমম অঙাল উরিবা নিপাদুনা নংগী মঙ্গল পিনবিবা অদু খুবম্না ঙমজে।"

"করিনো, ঐগী হাইববু নখোই নত্তনা কনা লৈ তাদা।"

অসি হায়নরগা চন্দ্রশেখরদু হল্লগে হাইনা চৎখরে। সদানন্দনা ইরু-মাইথজদুনা চাক চানবা থৌরাং তৌরে।

চাক চাবা লোইরগা মপুক্লিংদা নিংথৌনা মাগী ৱা তাদ্রবদি করিমতা হান্না তৌরোই হাইবদু নিংশিংলম্মী। মহাক্লা নিংথৌগী মতিক চাবা লম্বেল উৎপা করম্না ঙমগদগে খন্দুনা মনু-সংহিতা ফাক্তুনা তরেৎশুবা অধ্যায় অদু পারম্মী । অধ্যায় অদুদা য়াওরিবা নিংথৌগা প্রজাগা লৈনবা মরি অদু মুন্না পারগা খল্লম্মী নিংথৌ হাইবসিদি মীওইবগী মনুংদা চাওবদগী চাওবনি অদুগা প্রজাশিংনা হাইজবদা ঙম্মোই হাইবসি মহাক্তনা ইকোন কোন্না হাইগদবনি হাইনা। 'ওস্তোকপনিদা হে ঈশ্বর, অসুক য়াম্না লূমখ্রবা থবক অসিবু তৌবদা য়াওরিবা অসিবু' হাইদুনা নুংশা স্বর শাংনা হোল্লদুনা নোংথক্তা য়েংখৎতুনা লৈরম্মী। যদু মধুনা মহাক্লা ফমথোন কারকপদুদা নুংঙাইদুনা ইলাং লাংলম্মী।

১৭

সদানন্দনা মন্ত্রী অমা ওইদুনা চহি তরারোম নিংথৌনা চানবা·নিপা অমা ওইবদা নত্তনা লৈবাক্লসু চানবীবা মী অমা ওইদুনা লৈরক্লে। মতম পুম্নমক্তা ইচম চম্না লৈরম্মী কনাগুম্বা অমতবু মাবু খনবা লাকপদা খলহন্দুনা থনমদে।

কনাগুম্বা মী অমবু থবক হাপ্পমদাইদা নিংথৌনা সদানন্দগী মন্না তারগা মনুং ফংনা পরীক্ষা তৌরগা হাপ্লম্মী। মী পোং অমতবু নিংথৌনা মহাকপু খনবা চংহল্লমদ্রে, অসুম চুম্না চংজবদি চংজবনি। নিংথৌ খনবদি তুমিৎ কাংফাওবা পাইবা য়ারমদ্রে।

অসুম্না নোংমা নোংমগী সদানন্দনা নোনবা হেল্লক্লে। মরম অসিনা মহাকপু প্রজানা নুংশিরম্মী। কনামতনা মাবু নুংশিদে য়েংনিংদে হাইনা শোনবা তারমদে। মহাকপু কয়ামুক য়াম্না নুংশিবগে হাইববু মহাক্না হাইরবদি করিগুম্বা য়ানিংদবা লৈরবসু অদু মাবু নুংশিবদগী য়ারম্মী।

প্রজাশিংনা খল্লম্মী, মখোইনা নুংশিবা নিংথৌ মখোইনা নুংশিবা মন্ত্রী লৈরবনিনা মখোইগী মন্না তাবিদুনা অমুক হেন্না নুংশিহন্নবা তৌরিবনি হাইনা । মরম অসিনা চহি তরা সদানন্দনা মন্ত্রী ওইরক্লবা কাল অসিদা প্রজাশিংনা মখোইগী নিংজবা অমা থুংহনবিউ হাইনা ব্লাকৎলরে। ব্লাদি—নিংথৌ অমসুং মন্ত্রী খরনা লৈবাক ঙাক্লিবসি প্রজানা লন্নাই ওইনা খঞ্জবা মীসু য়াওহন্দুনা আইন-সভা অমা শেম্বিউ হায়না ব্লাকৎপনি।

ব্লাসি য়ৌরক্লবদা মং ফাওবা মংলমদ্রিবনিনা নিংথৌনা মহাক্কী অমাংবা অচৌবা অমা ওইরগদরা নিংলম্মী। সদানন্দগা তিন্নবদগী য়োৎনা সনা ওনবগুম লৈরক্লবনিনা অমুক য়োৎ ওন্থরকপসু করিনো খল্লম্মী । তৌফম খংদদুনা সদানন্দদা অদুক তান্নদুনা য়েংগে খল্লম্মী । অদুনা মী থাদুনা সদানন্দবু কৌকরগা হাইরকই—

"সদা, প্রজাগী ব্লাসি য়াম্না অরুবা অমনি। অদুনা মুন্না খল্লু।"

"ননাই ঐনা করম হাইনা খনগনি। মহারাজনা করি খনবিরি মদুদুম ননাই ঐঙোন্দা অমুক্তা শ্রীচরন্না কৃপা তৌবিয়ু।"

"করি হায়রুনি, সদা! মখোই অপংবনা হাইবা ব্লাবু তাবা য়াবরা? ঐগী প্রজাশিং অসিদি করিসু খংজদবা য়াম্না পংনা লৈজরিবনি। মখোইনা ঐগী মাংনবা করিমতা তৌনিংলম্মোই। মখোইগী লুচিংবদনা মখোইবু অরানবা ব্লাখলদা পুরিবনি। অদুনা লুচিংবশিং অদুবু ফাদুনা অরুম্বা দণ্ডি পিগে নিংই।"

"মহারাজনা স্না-বুদ্ধি মুন্না খন্থবিদ্রবনানি। মখোইগী ব্লা অসিনা মহারাজগী মাংনবা করিমতা তৌগে হাইবা পোৎ নত্তে। ব্লা অমত্তা হঙ্গচ্চগে হাইববু চরন্না থৌজালবিগদরা?"

"করি য়াদনি হাইয়ু, নংনা হাইনিংবা হাইবদা অপনবা লৈগনু।"

"কৃপা তৌবিরবনিনা হংগচ্চরগে। নিংথৌনা নিংথৌ ওইবদি প্রজাগী নুংঙাইনবগীদমক্লি। অব্লাৎ-অপা থুংনবা হোৎনবিগে হাইবদি লৈবিদনা মখোইবু অব্লাবা পিগে হাইবিবদি করম্বা স্নাবুদ্ধিনো? প্রজাগী মফমদা চৎকদবা লমচত্তি মদু নত্তে।"

মসি তাবদা নিংথৌনা অঙকপগা শাওনিংবগা য়ান্নবা খোন্থাংদা হাইরকই—

"সদানন্দ নংদি অঙাংনি। নংনা ঐঙোন্দা নিংথৌগী থবক্তা করি তাকফম লৈ?"

"অঙাংনি চুম্মি মহারাজ। অঙাংনা খঞ্জবা ব্লাখলদু হংগচ্চবদনি। ইনবিগে ইনবিরোই মহারাজগী ইচ্ছানি।"

মাগী মখুম অসি তারগা অমুক হেন্না শাওনা নিংথৌনা হাইরকই—

'ঐদি, সদা, নংনা হাইরিবদো ইল্লোই।"

"স্নাবুদ্ধি ফগদৌবা য়েংদুনা তৌবিউ। করিদি তৌবিগে নিংবিরি?"

"ঐনা নিংববো? অহানবদদি ফাদোক্তমক পিগে খল্লম্মী। করিগুম্না মখোইনা ইহন হুল্লক্রবদি রাজদ্রোহ তৌই হাইদুনা গুলিনা কাপ্পুনা মথৱাই লৌগনি। করিগী মখোইনা উ-উসিত্তবা য়াবরা?"

"মখোইনা হাইজরিবদুদি রাজদ্রোহগী ৱা নত্তেনা, ননাই ঐনা খঙ্গবদদি।"

"করিগী নত্তনি, ঐনা তৌবদা থিংবা য়ানবা লম্বেল পীয়ু হাইববো?"

"লম্বেল পীয়ু হাইবদনি। পিদ্রগা লাল-হৌদুনা মুন্দুনা লৌগে হাইবদি নত্তেদনা।"

"নংনা হাইরিবদো ঐ য়ানিংদে।"

"মহারাজ, ননাই ঐনা মহারাজবু থিংবা ইতিক নৎচদে। অদুগা মদু তৌবিগদবা লৈরবদি তৌদ্রিঙেদা ননাই ঐহাক স্না-থৌগল থাদোকচরগে।"

"নংনা থাদোক্লগা ঐগী নিংবদি থুংঙোইদৌবা লৈতে। নংনা করিগীনো অদুবু নখোই ঐখোইগী নুংঙাইবা মাংনবা খুজিল শিল্লিববো?"

"মহারাজ, ননাই ঐহাক নুংঙাইনবা শিনজবনি। অদুদা ননাই ঐনা খল্লিবা নুংঙাইবসিগা মহারাজনা স্নাবুদ্ধি তৌবিরিবা অদুগা মান্নদবদনি। মীওইবা হাইবসে মা-মানা নিংবা মতুং ইন্না চৎলগা নুংঙাইবোই নিংনবনি। অদুনা মহারাজনা স্নাবুদ্ধি তৌবিরিবদো নুংঙাইবনি হাইনা হাইবিবদা, মহারাজগী করিসু লানফম থোক্তে। অদুন্নদি ওইরগা মদুবু ননাই ঐনদি থৱাইদা অফবা নুংঙাইবনি হাইনা খঙ্গবা ঙমদবনা করিসু পামজদে।"

সদানন্দগী ৱাসি তারগা মিকুপমুক্তং লুকথদুনা খম্বরগা মহারাজনা হাইরকই—

"সদা, নং থাঙ্গেমক শেংনা নবুকচেল তিংলবরা? প্রজাশিংগী ৱাসি তাবিদ্রবদি অদুদা নত্তনা মখোইবু মতিক ওকপা দণ্ডি পিরবদি নহাক চান্ননা ঐবু থাদোক্কদরা?"

"মহারাজবু থাদোকপদি তৌজরোই, অদুগা মেম্বর অমা ওইদুনা প্রজাগী মচেং চারগা প্রজাগী নুংশিদবা অমা ওইবদি ঙমজরোই।"

"অদু ওইরবদি ঐবু করি তৌ হাইবগে?"

"ননাইবু হংগৎচৌ তাকপিরিবরা?"

"উম হাইয়ু, করিমতা অকিবা লৈতনা হাইয়ু সদা।"

সদানন্দনা নিংথৌরোমদা মুন্না য়েংলদুনা ৱাদি ঙাংদ্রগা মিৎয়েংতনা য়াথং লৌবগুম তৌরগা তপ্না তপ্না হাইরম্মী—

"স্নায়াথং হাইজৌ হাইরবনিনা হঙ্গৎচরগে মহারাজ। ঐনা পামজবদি অতে করিসু নত্তে, মখোইনা পামজরিবা আইনসভাসি থুনা পিরগনি হাইনা লাওথোকপীবা।"

'করম্না লাওথোকসি হাইবগে?"

"মহারাজা, হয়েং অসি প্রজাশিংগী নেতাশিংবু স্নায়াথং থাদুনা কৌখৎপিরো, অদুগা মখোইবু থাদুনা প্রজা ময়াম হংচিং অসিদা কৌহনবিরগা দরবার অমা ফম্বিউ।"

"দরবার নুমিত্তা ঐনা করি হাইনা লাউথোকপা?"

"মদুসু ননাইনা পামজবা হংগৎচৌ তাকপিরিবরা?"

"সদা, তাকউ, নংনা ফগনি হাইবদুতাঐনা অমতা চিংথদনা তৌগনি, ঐগী থৱাই ফাওবা করিমতা

খাক্লোই।”

“নিংথৌগী মফমদা প্রজানা নোনবগুম মহারাজ, নিংথৌসু প্রজাগী মফমদা মতিক-চাবা ব্যবহার হনবনা চুম্মি। মখোই পুম্নমক মখোইগী মপা মমা শক্তুনা লৈবিরিবা মহারাজাগী চরন্দা ভিক্ষা নিবা লাক্কদৌরিবনি। অসিগুম্বা ভিখারি লাইরবশিংসিবু লাইরবা নারায়ণনি হাইরিবনি। মখোইগী মফমদা নো-লূক্লা মখোইবু থব্রাই হকচাং য়াওনা পূজা তৌবিবনা পামজে।”

“ফৈ খংলে। ঐনা ঐগী নুংশিরবা প্রজাবু তরাম তরাম্না নংনা য়েংউ হাইরিবা মিৎয়েংনা য়েংগনি। অদুবু হংচিৎকী অসিবু করি হায়না লাওথোকসিগে?”

“মাদুদি মহারাজা ননাই ঐহাক ঙসি অহিংদদি খঞ্জরুগে। অদুগা হয়েং অসি স্নাচারণদা হঙ্গৎচরগে।”

“ফৈ অদুম তৌ।”

অসুম্না মপু মনাই অনি পুক্লিং থিংজন্না ব্রা তানরগা সদানন্দ ময়ুমদা কুমখরে। নিংথৌসু পোথাদুনা সদানন্দনা করি হারয়গবা হাইদুনা লৈহৌরে।

১৮

প্রজাশিংগী লুচিংবশিংনা প্রজা পুম্নমক পাও চেল্লদুনা অয়ুক পুং ৯ রোম তাবা অদুদা কোনুং তান্না কানরক্লে। মী খুদিংমক্কী মচিনবান্দা নুংঙাইবগী নোকপা নত্তনা অব্রাবগী খুদম অমতা ফংলমদে। হনুবা হনুবীনা চৈশু শুদুনা অঙাং নুবীশিংনা লাইগী নির্ংথিবা কোলোই শক-শোন্দুনা খুল খুন্দগী মপৈ মপৈ কোনুং পাংনা লাকপদি অয়েংবা মীগী অঙকপা হাইববু খমথেংনা ওইরম্বা নত্তনা ফজবগী মপা লৈরমদে। খুল অমনা পুং কোর্তান য়েদুনা নিংথৌগী য়াইফবা নিদুনা লাইগী নাম শোল্লদুনা চৎলম্মী, খুল অমনা নিংথৌগী স্না মিংবু পল্লগা জয় ধ্বনি লাউর লাউরদুনা অরৈবা খোঞ্জেল থাদোক্লম্মী ।

অসুম তৌদুনা সোড়োক অপুম্বা থেল্লম্লগা দরবার শং তান্ন থুংলরে। কোনুং অদু ইনিলনিল্লম্মী। মীনা ফীঙৌ ফৌবগুম ফৌরবা মতমদা সিংহাসন মথক্তগী লেংখৎলদুনা খুৎ লোন্ননা লু-লুক্লা প্রজা ময়াম কৌরগা মহারাজনা লাওথোক্লম্মী—

“ঐগী নুংশিরবা প্রজাশা, ঐবু নখোইনা নিংজবগী উপাল অমনি হাইনা খনবদা ঐনা নুংঙাইবগী পন্দোন-লোমখরে। হনুবা হনুবী খোঙতেক মিত্তাঙ পুম্নমক ঐগী ইচিন্দগী থোরকপা ব্রাহৈ খরদং তারগা পেনবা ওইগে হাইনা তিল্লরিবা নখোইগী নফমদা ঐহাক্কী পুক্লিংগী মপান নাইদ্রবা নুংঙাইবসি ফোংদোকচরি।

মতম অসুক কুইরক্লবসি নিংথৌ ঐনা খঞ্জবদা প্রজাগী নুংঙাইনবতা তৌজরক্লি। হৌজিকসু প্রজানা হাইবা মতুং ইন্না প্রজাগী মপী-মপা ওইনা লৈফম থোক্লিবা অমসুং লৈরিবা নিংথৌ ঐনা করিমতা তৌদবা তৌরোই।

নিংথৌ ঐনা লৈবদি প্রজা নখোইগী নুংঙাইনবা নিংবা-থুংনবা লৈবনি। নখোইগী সেবাবু মতোল লোম্লবদি নিংথৌ ওইবগী মহৈ ফংগদৌবনি। নখোইগী অব্রাৎ-অপা করিনো হাইবা খংলগদা লৈবাক ঙাকপগী লম্বেল অচুম্বা চৎকদৌরিবনি। মদু খংনবা খ্বাইদগী হেনবা উপায়দি প্রজাগী মীহুৎ খর শাসন্দা য়াওহল্লগা ওইগদবনি। অদুনা নখোইনা পাল্লিবদু করিনো লুচিংবা অম-অনি চংঙক্তুনা হায়ররো।”

নিংথৌগী য়াথং অসি তাবদা নুংঙাইমনখিদুনা প্রজা ময়াম্না জয়ধ্বনি লাউরকই। জয়ধ্বনিগী মরক্তগী মশা তনাপ তনাপ লাউবা, ব্রাংচাওরবা নিপা অনিনা প্রজাগী ওইনা নিংথৌগী স্নাখুত্তা চে অমা কৎশিল্লি।

মদুদা ঙাইহাক স্নামিয়েং তারগা নিংথৌনা নোক্ল-নোক্লদুনা স্নায়াথং অমুক তাওথরম্মী। মী পুম্নমক অদু তুমিন তুমিন লৈরম্মী, মীনিল অদুক য়াম্না নিল্লম্বদো উন-ব্লাইমুক চিক্লম্মী।

"নুংশিরবা প্রজাশা, নখোইনা নিরিবদি আইনসভা অমা থুনমক লিংখৎপা অদুদা প্রজাগী মীহুৎ য়াংখৈখক য়াওহনবা অসিনি। প্রজা পুম্নমক য়ারবরা?"

য়ারে য়ারে হাইবা খোল্লাওনা ইনিল নিল্লম্বদুগী মরক্তা নিংথৌনা ইঙ্গিত পিদুনা তুমিন্না লৈহল্লগা হাইরম্মী "নখোইনা মী য়াংখৈ হাইরিবসিদগী ঐহাক্তা মী য়াংখৈ অমমুক হাপকৎপীরগনি। অদুনা মী চামনা শাবা আইনসভা অমা থুনমক লিংখৎলগনি। অদুগা মদুগী নিয়ম শেম্নবা চয়োন অমতং মতম পিবিউ। মতম অসি নিজবগীদমক ঐঙোন্দা প্রজাশিংনা ক্ষমা তৌবিগনি নিংই।"

ময়াম অপুম্বা জয়ধ্বনি তৌরদুনা নুংঙাইবা ফোংদোক্লম্মী অদুগা নিংথৌগী য়াইফনবা ঈশ্বরগী খুয়াদা নিজরম্মী। মখোইগী লুচিংবা ওইরিবা চৈতন্যনা থোরক্তুনা প্রজাগী ওইনা নিংথৌদা ব্লাহে অমনিদং থৌগল্লম্মী—

"ধর্ম্মগী অবতার! ঈশ্বরগী অংশাবতার ওইরিবা রাজাধিরাজ মহারাজানা ঙসি স্নায়াথং তাকপিবা অসি ননাই ঐখোইনা মপোক কোটি কোটিদা পুণ্য তৌরকপনা ফংজবনি। চয়োন অমতা নত্তনা অনিসু ঙাইজগনি। প্রজাগী মপী মপা শক্লবা মহারাজানা ঐখোইবু চানবিবসি মপোকসিমগী কাওজবা ঙন্নরোই।" প্রজাময়াম অদুদগী মহারাজাদা খুরম্নগা জয়ধ্বনি লাওদুনা মহারাজাগী নিংথিবা কোলোই লৈসি-লৈথোন থন্না হাপ্তুনা শক-শোন্দুনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখিরম্মী। সদানন্দগা নিংথৌগা চরা হেনবমখৈ নিয়ম শেমগনি হাইদুনা স্না মাঙ্গোনদা পাংলম্মী।

মহে মহে কলম অমমম পাইদুনা লৈরবা কালদা নিংথৌনা সদানন্দদা হাইরকই—

"সদা কেবিনেট শেম্নসিদি করম্না তৌগনি?"

"মহারাজ, প্রজাগী মীহুৎ চামাদুগী খন্নগনি।"

"মীশিংদি কয়ানো?"

"নিপান্না ফগনি।"

"সদা, মদুগী মনুংদা অথোইবা মন্ত্রী ওইনবা মীদি ঐনা লন্নাই প্রজাগী মীহুৎ অদুদগী নত্তবা অমা খনবনা ফৎলোইদরা? মদু ওইরবদি নহাক মতম পুম্নমক্তা শিদ্রিমখৈদি তলব চাদুনা লৈবা ফংগনিদো। প্রজানা খনবা হাইবদুদি মফম খংবা পোৎ নত্তে।"

"স্না কৃপা তাকপিবা য়াম্না নুংঙাইজে অদুগা ননাই ঐদি প্রজাতন্ত্র চৎলবদা মদুম্না মন্ত্রী ওইবদি মন্ত্রী অথোইবা ওইদুনসু পামজদে। প্রজানা পান্নগা খঞ্জসনু পামদ্রগা তোকসনু। মখোইগী নুংঙাইনবা পামজবা মী খঞ্জসনু; মদুনা ফগদবমাল্লে ঐগ্যা।"

"নংবু তৌনুদা। তলব ফংদ্রবদি মুখরাদা পিনবা লৈরোই। মদুদি লাইরদুনা স্কুলগী শেলসু পিনিংঙাই লৈরোই।"

"মুখরাগীদি ঐনা লৈরবা কালদদা পিবনি, পিদ্রবসু য়াই। অদুগা স্কুলগীদি মহারাজানা পিবিরবা হায়বদুনি।"

"ঐ মদু ঙল্লোই। ঐগী খরচামকসু ওক্তদুনা লৈরিবসিদা নংগী স্কুলগীদমক শেল পিবা হাইয়ে।"

"অদু ওইরগা মহারাজা তলব পিদুনা থমলিবা ওজাদু তোকপা হাইবদুনি। ঐসু শংলগদবনিনা ওজা ঐনা ওইবা হাইবদুমঙাইরে। লৈকাইনা ফৌ খরা খরা খাইনদুনা পিজবা হাইবদুনি।"

"ফরে, অদুম কেবিনেট মন্ত্রী পুম্নমক প্রজানা খঞ্জবশিং অদুনা ওইজবা হাইবদুনি। নংগী স্কুলগী অমসুং চানবগী চিন্তাদি ঐ লৈরিবমখৈ করিমতা তৌরুনু। নংনা স্কুলদা পিরম্বা শেল অদুগী শরুক অনি হেন্না স্কুলদা পিগনি। মতম খরগী মনুংদা সরকারগী স্কুল ওইবসু য়াইমা।"

"মহারাজাগী কৃপানি।"

অসুম্না ঙাংন ঙাংননা অমসুং মরৈসু মরক মরক্তা য়েৎন য়েৎনদুনা নিংথৌগা সদানন্দগা শাসনতন্ত্রগী নিয়ম শেমদুনা চয়োন অমরোম লৈরম্মী । মতম সুরবদা লৈবাক পুংজাও থিন্দুনা আইনসভা লিংখৎপগী ব্রা হৌদোক্লম্মী ।

ফত্তবগী পাও থুনা শন্দোকপগুম অফবগীসু য়াম্না থুনা শন্দোকই। হন্দক প্রজাগী মবুক্লিং থুংজবসি নিংথৌদনা নত্তে সদানন্দ মপু-মনাই অনিগী থবক্লি, মরু ওইনা সদানন্দগী অফবা পাওতাক্লনি হাইবা লৈবাক পুম্নমক খংনরম্মী। মরম অসিনা নিংথৌ অমসুং সদানন্দ অনিগী মফমদা তৌবিমল খংবা উৎনবা লৈবাক পুম্নমক তিন্দুনা সভা অদুদা নিংথৌ সদানন্দ য়েৎলোম ওইরোম ফম্মিন্নদুনা প্রজাগী লুচিংবা চৈতন্যানা চে অমা পারম্মী । মদুদা নিংথৌ অমসুং সদানন্দগী মফমদা নুংঙাইবা ফোংদোক্লম্মী অমসুং প্রজানা পামজবা ব্রা খবা প্রজাগী ওইনা লাউথোক্লগা নিংথৌদা হংগৎলম্মী—

"মহারাজা, ননাই ঐখোই প্রজাগী নিংবা থুংহনবিবসি নপু ননাই অনিনা প্রজাবু নুংশিবগী লংলবা খুদম্নি। নিয়মদা য়াওদ্রবসু ননাই ঐখোইনা নিবগী নিজবা অমসুং মতম পুম্নমক্তা নিদুনদা লাক্লিবা অদুনা নিদুনদা লৈগদৌরিবা করিগুম্বা অমতগা চরণখাদা নিজখিগে। নুংশিবিগনি চানবিগনি হাইবগী আশাদি ননাই ঐখোইগী লোইবা নাইদে। মন্ত্রী নিপাল হাপ্পসিগী মনুংদা মী অমতসু মহারাজানা লন্নাই খনবা য়াওরোই হাইরি। অদু ওইদুনসু হৌজিক ফাওবা ওইরকলিবা অথোইবা মন্ত্রিসে—মহাক্না শিদ্রিবমখৈ—নিযম্না য়াদ্রবসু অদুম ওইদুনা লৈনবা স্নায়াথং অমতংদি নিজরি। মসিদা মন্ত্রিনসু য়াবিগনি নিংজে।"

সদানন্দরোমদা ওনশন্দুনা নিংথৌনা হাইরকই—"সদা, ঐনা নহালনা হাইদবা! হৌজিক নংবু ঐগী অমসুং প্রজাগী নিংবসি থুংহনগে হাইরিববা?"

"মহারাজ, নিংথৌগা প্রজাগনা অমতা ওইনা তাকপিবা য়াথং অদু হিকতোকচরোই। ঐবু অসুম্না চানবিবগীদমক ননাইনা মহারাজাগী অমসুং প্রজাগী মফমদা থব্রাই হকচাং য়াওনা ইশাবু কৎথোকচরবনি।"

প্রজা ময়াম্না নুংঙাইরদুনা জয়ধ্বনি লাউর লাউরদুনা নিংথৌবু কোনুং তান্না থিনগৎলল্লগা ময়ুম ময়ুম হননরম্মী ।

১৯

হৌজিক্তি সদানন্দনা ময়াম পুম্নমক্কী নুংশিবা ওইদুনা লৈরে। মুখরা-চন্দ্রশেখরসু মহাক্কী মী ওইদুনা মমাংগী অব্রাবা নুংঙাইতবা পুম্নমক কাওথোক্লরে। শিদ্রিবা ফাওবা মুখরাবু মতেং পাংবা তোক্লমদে।

মতম খরা লৈরগা সদানন্দদু কন্না নাদুনা তুরবদা চন্দ্রশেখবনা মুখরাদা হাইবকই—

"মুখরা, সদানন্দ কন্না নারে। মী পুম্নমক অনাবা হংবা চৎনরে। ঐখোইসু চৎসিদনা।"

"হৈ।"

মখোই অনি অসুম হাইনদুনা সদানন্দগী য়ুম তান্না চৎলম্মী । মখোইনা য়ৌদুনা য়েংবদা মরূপ মপাং পুম্নমক অনাবগী মনাক্তা ফমদুনা লৈরম্মী । মৈতৈ মাইবা অমনা পুক শুদুনা লৈরম্মী। অদুগা সদানন্দনা

ময়াম্লোমদা য়েংলগা ৱা হাইরম্মী ।

অন্তকাল য়ৌরবদা মী পুম্নমক্তা অয়োল-অৱান পুম্নমক ঙাকপিয়ু হাইদুনা খুরুম্লম্মী । মতম অদুদা মধু লাক্কুনা সদানন্দদা হাইরে—

"তাদা, ইতৈমা মুখরাখোই লাকই, কৌশিল্লকউরা?"

"কৌশিল্লকউ।"

মধুনা মপান থোকখ্রগা চন্দ্রশেখরগা মুখরাগা চংলক্কুনা সদানন্দগী মনাক্তা ফম্লে। সদানন্দনা ৱা ঙাংলকই—

"নখোই লাকপা য়াম্না নুংঙাইরে। ঐ ঙসিদি নখোই পুম্নমকপু থাদোক্কুনা চৎকদরা হাইনা য়াম্না চিংনরে।"

মুখরানা ৱাদু তাবদা মমিত্তা পি শিন্থদুনা হিক্ হিক্ কপ্লম্মী । চন্দ্রশেখরসু ফীজিনা মপি তৈথোক্লম্মী । অদুদগী সদানন্দনা চন্দ্রশেখরদা ওনশন্দুনা হাইরকই—

"নংগী নখুত্তা মুখরা শিন্নখিবা কুইরবনি। ঙসিসু ৱা অসিমতা ঙাকপিউকো।"

চন্দ্রশেখরনা ৱাদু তাবদা হিক হিক কপ্লদুনা খুম্লম্মী—

"ইবুংঙো, নংগী মুখরাবু য়েংগনি, লুনা তৌগনি। করিমতা চিংনগনু।"

মখোই অনিনা ঙাংনরিবা ৱাদু মুখরানা তারগা পীগী ইরা থিংবা ঙম্লমদে। সদানন্দগী মখোংদা তুথরদুনা হাইবকই—

"ইবুংঙো, ঐহাকপু ঙাকপিগদরা?"

নহালমখৈ ঙাক্কুনা লাক্লি, সদানন্দনা মুখরাবু ঙসি থোইদোক হেন্দোক্লা চৎলমদাইদা ঙাক্কবা ঙম্লমদে। অদুনা মহাক্লা মুখরাবু কৌশিল্লদুনা মকোক্তা কংলবা খুৎ অদুনা নাল্ল-নাল্লদুনা হাইরকই—

"মুখরা, নংগী দোষ করিমতা লৈতে; লৈ হাইনা নংনা খল্লবসু দোষ অদু নংনা লংজবা নত্তে। মদুগীদমক করিমতা খনগনু। নংবু খংবদগীনা অন্তকাল অসিফাওবা ঐনা নুংশিবা ঙমজবগীদমক ঐখোই অনি চংদুনা ঈশ্বরগী খুয়াদা খুরুমসি। নং ৱা অমতদি হাইগে, ঐগী যদু মধু অনিসি ঐগী তুংদা নখোইনা খরা য়েংবিহৌ।"

মুখরানা কপ্লা নত্তনা করিমতা তৌবা ঙম্লমদে। মরূপ-মপাং পুম্নমক্কী থম্মোই-নুংদগী থোবকপা শেংলবা পীগী ইরা মথক্তা অরোইবী 'মু-খ-রা' হাইনা কৌরম্লগা মাগী আত্মাদু তাওদুনা তাইবং-পান থাদোকখিরম্মী।

* * *

# ইমা

লাইরিক লেংবা

**শীতলজিৎ**

১বা ফোঙবা জুন - ১৯৪৭ ইং
২শুবা ফোঙবা - ২০০৭ ইং

ফোংজবা:
**দুশরীগোপাল**
কৈশামথোং, তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

৺সরোজিনী দেবী পাল —

ইমাশকপী ইন্দোন-ইবেন্মগী

খুয়াখাদা নচাগী 'ইমা' অসি কচ্চরি।

# ইমা

১

নুমিৎনা ময়ুম চংখরবা কাল-অদুগা য়ুম খুদিংগী মৈ-রা হৌগৎনরকপা মতম-মরমওকপী লাইনিং-চৎন খংলবী য়ুমগোনবীশিংনা সুমাং-থেলোং ঙাল্লিবী বৃন্দাদেবী মখোংদা ধুপ-থাওমৈ থান্দুনা তাইবংশেম্বা মবুঙো শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিংনরকপা— মন্দির মন্দির খুদিংদা সন্ধারতিগী পুং-শেন অমদি কাংসিগী গোং-গোংনা ভক্তশিংগী থম্মোই হুনরক্লবা — খ্বাইরম্বল কৈথেল-না ঙুং ঙুং তিনখৎলক্লবা মতমনি।

য়ুমদা কুম্বনা কুম্বা হৌনরবা অদুগা কানরকপনা কারকপা-কৈথেলগী অকা-অকুমতনা লম্বেল সোড়োক পুম্বা মীনা থনগৎলকপা মতমনি।

পোৎলৈবা লোইরদুনা নিপা মতৈ-মনাও অমনা পোৎ নম্বো অমমম মনমদা পোনরদুনা ময়ুম কুমলম্মী। লাইরনা পানবা য়ুম্বানগী অব্রাবা কোঙ্গাই লৈরবসু মদু লোইনা কাউথোক্তুনা মেঘচন্দ্রগা রাধাগা মতৈ-মনাও অনিসি মাইখোং মকা লাম্না ব্বারি শার-শারদুনা লাক্লম্মী।

'' য়েঃ, ঐদি কাওবু কাউই, ঙসাই তাদা চাওবখোইগী মমাগী ফীরোইগী বার্ত্তোন তৌরম্মী।'' অসি হাইনা রাধানা ব্বা হৌদোক্লকই।

মেঘচন্দ্রনা অদুদগী হংলম্মী -

কৈদৌঙে থোকলিবা?

হয়েং ওইরমাল্লে। অদুসু চৎতবা য়াদে। ঐখোয়গী থোকপা মতমদদি তাদদুনা অব্রা-অনা খংদবমখৈ নোম্মী।

ঐখোয়নিমক্কী তৌরকপরা বার্ত্তোনদি?

ইমুং হুপ্লা হাইরম্মীনেদো। ঐদি ঙন্তা হৌদুনা ইমুংগী থবক-ইনখাং লোইরত্রগা হেঞ্জাং-নাপী শেম-খোৎপা য়াওরুবা তাই।

ঐবুসু ঙন্তা হৌদোক্লকউ। ঐসু খরা ঙন্তা চৎপনা ফৈ পেমা।

মখোই অনিনা অসুম্না ব্বারি শার-শারদুনা লাকপদা তাল-লক অমা থোক্তুনা লমজাও অদুদা মী-পোং অতোপ্পা অমতা চৎলমদে। পাকচাওরবা লম্বী অদু মখোয়নিতগী ওইনা লাইনা শেম্লম্বগুম মনিংমখা তমনা ব্বারি শাবা ঙম্রম্মী।

অসুম লাকপনা কাংঙবম লৈরক মাপা য়ৌরকলে। উরুমদগী চহি অনিরোম শুরবা অঙাং অমা কাফে কাফে চৎ লম্বা উই। মরুমদগী থোরকপা অঙাংদুনগা মতম চাদবমথৈ লৈরম্বদুদা মেঘগা রাধাগা অনিদো লাইর-করিনো হাইনা মধুকনিং থুক লাওরম্মী।

অঙাং অদুনা রাধাবু উবদুদা ইমা-ইমা হাইনা কৌরদুনা হোৎচল্লক্লম্মী। অদুদা তাইবংমী ওইরমাল্লে হাইনা মখোই অনিদু মীহুন হুন্নরম্মী।

রাধানা অঙাংদু কোনশল্লম্মী।

লৌখৎতুনা পন্নগা রাধানা হাইরকই-করি তৌরম্মী নংদি'সিদা?

অঙাংদুনা মরোল ইখোই খোইনা ময়েকতি শেংদবমথৈ অসুম্না খুন্নম্মী -ইমা, ঐ অসিতা তুমইঃ।

মতম ইচা চাদনা অঙাং অসিনা লমবেলদা করিগী তুমফম থোকই। মপা-মমানা ফমুংদা শুমবদগী হৌরক্লগা জ্ঞান মাংলদুনা লমজাওদা চেম্বোক্লকলিবরা? নৎত্রগা কনাগুম্বা অমনা পোদুনা পুথোরক্লগা অঙাংশিবু অদুবাইদা থনম্নগা মনাক্তা চেল্লিবা তুরেলদা কুমদুনা অমাং-অশোই তৌখিবরা? অসি পুম্নমক নৎত্রগা কনাগুমবা অমনা মফম-মরাং খংদনা উখাদা অঙাংশি তুম্রিঙৈদা হুন্দোক্লমবরা?

করম্না অঙাংদুনা মফমদুদা লৈফম থোকপগে হাইবসি মখোইগী মবুক্লিংদা ইথক হৌবগুম্না থুনা থুনা মওন-মওন খল্লম্মী।

পোলেপ-ফম খংলমদে।

মখোয় অনি ঙাইহাক লৈনরগা কাঙবম লৈকাইগী মী অম-অনিদা অঙাংদুগী মরম হংউসি হাইদুনা য়ুমলক্তা চংলম্মী। কোইহং হংবদা লৈকাইদুগী কনামতনা অঙাংদুবু মচানি মনাওনি হাইবা লৈতরে।

মফম খংদ্রবদুদা মেঘগা রাধাগনা অঙাংদু পুদুনা চৎলগে হাইরকই। অদুম্না মখোয়নি অমুক লমজাও তারক্লে খরা চৎলগা কৈশামপাৎ থোং য়ৌরবা মতমদা মেঘচন্দ্রনা হাইরম্মী -

ঐখোয় থানাদা পাও অসি পিরুবনা ফৈ। নং য়ুম হনখরো। ঐ থানা য়ৌরুখিগে।

অসি হাইরম্নগা মেঘচন্দ্রদু অঙাংদুবু পুদুনা থোং লাল্লগা থানা তান্না চৎখরে। রাধানা য়ুম তান্না প্রৎ-প্রৎ লাক্লম্মী।

থানা য়ৌরে। দারোগা বাবু অমনা থোরক্লুনা বা হংলম্মী - করিগীনো? কদাইদগীনো?

বাবু, অঙাং অসি কাংঙবম লৈরক মপাদা মথন্তা লৈরম্মী। লৈকাইদা হংবদসু মপা-মমা অমতা চোংথোক্লক্তরে।

দারোগা বাবুনা ইমুংদা অমুক চংখরগা চে-কলম পাইদুনা থোরক্লগা অঙাংগী মীওই মুর্তি ইরম্মী।

লোইরগা অসুম্না হাইরকই-

তাদগী মিংদি করি কৌই, কদাইদা লৈবনো?

মেঘচন্দ্রনা মমিং-মথা তাক্লম্মী। দারোগা বাবুনা চৎলো হায়দুনা অঙাংদু পম্নদুনা ময়ুম পাংনা লাক্লম্মী।

রাধানা মপুরোইবদুবু করম তৌরিগবা হাইদুনা বাখল খন্দুনা লৈরম্মী। মেঘ লাকপদুদা মথবাই নুংঙাইরদুনা করম তৌরে হাইনা হংলম্মী। হংনা হংনা অঙাং অদু লৌদুনা পম্নম্মী অদুগা মনাক্তেগী পোৎ থোক্লুনা কবোক খরা অঙাংদুদা পিজরম্মী।

মেঘনা খুন্নম্মী - থানানা নোটিশ তৌদুনা অঙাং অমা খুল্লে হাইনা লাওথোক্কনি। মপা-মমানা থিরক্লগা পাও পিরগনি।

অদুদগী অঙাং অদু লৌরদুনা মতমবাক্তা পল্লগা মেঘনা হাইরম্মী - রাধা, ঐখোয় অনিগী ইচা লৈতে হাইবা উরদুনা লাইনা পিরক্লবনি। য়েংউ অঙাং অসি মশক কয়া ফজরিবনো, মশানা কয়া ফরিবা!

মেঘগী ৱা অদুদা মখোইনিমক নোকমিন্নরম্মী য়াম্না হরাওনা। অদুবু নুপী ওইবনিনা রাধাদি অদুকয়ৌনা থাজবা ঙন্নমদে। মপা-মমা লৈরবদবু কনানা মচাবু অসুম্না থাদোকপা ঙমগনি? কনাগুম্বা ফত্তবা মী অমনা পুদুনা হুন্দোক্লম্লবসু মমা ওইরিবী অদুনা শোইদনা ইচা মাংখ্রে হাইনা লৈবাক পুংজাও থিন্দুনা থিরকখিনি - অসি হাইনা রাধানা খল্লম্মী।

অদুনা অসুম্না মেঘদা হাইরম্মী -

হয়েং অয়ুকতু মপা-মমা লাক্লুনা লৌথোকখ্রবদি ইচা ফংলে হরাওবদি লাইরদুনা অঙাং শুরাল্লে হাইদুনদুম তোক্কনি।

হে রাধে ইবোশা, নংনা হাইরিসিবো! থানাদা তাক্লম্লেদনা - কৈথেল কুম্নকপদা খুনবনি হাইনা। কনানবু করি তৌরগবনো, লাম্দ্রগা লোইরে, লাই লৈদনা!

হোই লাইখুদি লৈ! ঐখোয়গী ওইজবা হাইনা কন্না খুরুম্মু।

মোমোন মোমোন তৌরদুনা মেঘচন্দ্রনা অঙাংদুদা মমাই ওনশল্লদুনা হংলম্মী -

ইবুংঙো ইপা ৱা হাইগে তাউসে।

মাগী ৱাদু তাবদা অঙাংদুনা তঙক-তঙক য়েংদুনা কবোক শাইরম্মী। মাগী ৱাদু তারি অদুগা মখাসু তাগে হাইবা মতৌগুম য়েংদুনা লৈরম্মী।

মেঘচন্দ্রনা নোকমি-নোকমি তৌরদুনা ৱা হংলম্মী - অদুগা রাধাসু মখোয়নিগী মতৌদু মিৎ কুপ্পবখৈ য়েংদুনা তারম্মী।

মেঘচন্দ্রনা হাইরম্মী -

নমিং করি কৌই ইবুংঙো নংদি!

কৌদে, কৌদে - অসুম হাইনা অঙাংদুনা খুন্নম্মী -

অঙাংদুগী পাওখুম তাবদা রাধানা হাইরকই -

মমিং থোন্দ্রিমাল্লেদা! নত্রগা মমিং হাইবা ঙমদবা তাই। কয়াদা নুংশিখরবা মিৎতানো। মমা-মপা থাদোক্লে হাইবগী করিমতা কপ্পা লৈতে।

অঙাংসিদি য়াম্না ফগদৌরিবনি। মসিবু পোকপা মমা-মপাদি শোইদনা ৱারগনি। অদুগা রাধা, ফংজবা ঐখোইগীদি লাইবক ফবনি। নন্দ-যশোদা অনিগী লাইবকতু ঐখোইগী ওইরমাল্লে!

মদুদা ওইবা লাই খুরুমশি।

মাগী মমিং অসিদি ঐখোইবু থোল্লু হাইনা লাইনা শিল্লক্লবনি। ফৈ, হয়েং ফাওবদা য়েংখিসি। কনামতনা লৌরদ্রবদি ঐখোয়গী ওইয়ু হাইনা তম্লেদনা।

অদু ওইরবদি করি মিং থোনগে হাইরিবা?

ঐনা নিংলিববু? হৌজিক হাইদোকলো হাইরবরা? হুঁ, ঙাইখিসিদা!

করি তৌই হাইবগে, হান্না হাইদোকপগী করি কাইবা লৈবগে! মদু থোন্দোকলে হাইদুনা করি দখি অরুম্বা ফংগদবা লৈবগে!

অদুবু রাধা, ষণ লৈদ্রিঙৈদা হৌদোং হাৎপা তাগদরা হাইনি।

ঙসাইদি কদৌনা হাইরি অদুগা ?

করি হাইখ্রবগে ঐনা ?

মাগী মিংদি ঐখোয়বু খোল্লু হাইনা তন্নমাম্লে হাইখিদুদি?

মোমোন-মোমোন নোক্লদুনা মেঘচন্দ্রনা হাইরকই -

করি তৌগে, অদুবুদি খোল্লসি।

করি মিং খোল্লগে হাইরিবা?

নং অদুক হাইয়ু করি খোন-নিংই?

কদাইদগীনো নুপী ঐখোয়না মিং ফজবা মশক খংপোৎলা !

নুপী নখোয়গী লৈতেংদি নচানা ওইরিবনি। অদুগা করিগী খোনবা হৈতগনি ?

অদুবু ঐখোয়গী লৈবাকসিদদি নুপীনা মচা নুংশিজখ্রবদুগী মমিংদুদা খোনজহন্দেনে। অদুনা ঐসু হৈত-শিংদা চল্লেনে।

মেঘচন্দ্রনা রাধাগী বাদু তারগা মঙোন্দমুক অঙাংদুদমুক শংত্রিক-শংত্রিক শংনা য়েংলগা মোমোন মোমোন নোক্লম্মী অদুগা অমুক হাইরকই —

অদুদি রাধা, মাগী মমিংসি খোল্লগেদো ?

হাইরো অমুক্তা তাশিনে।

ইচাগী মমিংদি রনজিৎ কৌগেকো ইপানা !

অসি হাইরগা অঙাং অদুবু মচিনবান তান্না পুখৎতুনা চুপ-চুপ চুপ্লম্মী । অদুগা রাধারোমদা য়েংখোক্লম্মী।

রাধানা মমিং অদু তাবদা হংলম্মী -

করি অর্থ লৈবগে মিংদুগীবু ?

মি য়াম্না ফজখরবা মিংনি, লান্দা ঙম্না হাইরিবনি রণজিৎ হাইবদি ।

লাই খুরুমশি তৌরু-তৌরুবা খুদিংদা ঙম্নকপদা ওইবা ইচানা।

অদুগা রাধা, অসিমগা লাই নিংউ—য়াম্না কন্না নিংগদবনি ।

করিনিনা ?

অঙাং অসিগী মমা মপা লৈরমদবা, করিগুম্বা লৈরম্রবসু লাকপিদবা ।

মখোই অনি হরাওবদা নোকমিন্নরগা মেঘচন্দ্রনা অঙাংদু লৌহৌরে অদুগা রাধানা চাক-ঈশিং খোংবা চৎখরে।

২

নোংঙাল্লগা !

থানানা লৈবাক পুংজাও থিন্দুনা পাও কোইচেল চেল্লে।

কনাসু অঙাং অদুগী মমানি মপানি হাইনা খোরক্লে।

নুমিৎ মরি-মঙানি লেনশল্লকলে।

মেঘচন্দ্রগা রাধাগা মখোইনিদি নোংমা নোংমা নুংঙাইশিল্লকলে। লাই কন্না নিংলম্মী - অঙাং অসিদা মখোইনিগী ওইজবা হাইনা।

অঙাংদুবু নুংশিদবা নত্তে, মমা-মপাবুসু নুংশিদবা নত্তে। মমা-মপা অদুনা মচা উজবা ফংলগা হরাওজগদবদো খংদবা নত্তে। মখোইগী হরাওবদু উরগা হেননা মেঘ-রাধানা নুংঙাইনি হাইনা খঞ্জবনি।

মচা লৈতবগীঙাকসু অঙাংদু পামলুবা নত্তে। অঙাংদুগী মতৌ উবদুদা মখোইনিগী থম্মোই অদু পুংলুপ হেকতা লুপশিনরম্বদনি।

মতৌ অসুম ঙাইদুনা লৈরকলে।

তরুকনি শুবগী নুমিৎ জুরি কুম্লবা কালদা মেঘচন্দ্রগা রাধাগা চাক তোকপগী রণজিৎকা লোইননা মাঙোম্দা লৈরম্মী। মেঘচন্দ্রনা হিদাক থক্তুনা লৈরম্মী, অদুগা রাধানা উথোকতেনদা ফমদুনা পান্না তপ্লম্মী।

অদুম তৌরিঙৈ তাঞ্জাদা কোয়েৎ অঙাংবা য়েৎপা থানাগী মী অমা লাক্তুনা মখোইগী কোম্মোং কানশল্লক্লম্মী। মদু উবদা মেঘচন্দ্রগা রাধাগা বা অমতা হাইনদবমখৈ মরোল তাক্লবগুম্না পুকচেন অনিদু অমতা ওইনা থোক ওল্লম্মী।

অঙাং পিয়ু হাইরগদৌবরা ?

পিদবসু য়ারোই, মবুক্তগী থোকপা নত্তে। অদু খংনা খংনা করি করম্বা মন্ত্রনা শুমহৎতুনা অঙাং খাইনগনি হাইনা রারিবনো, অঙকপনি, মীওইবগী মায়া!

কোয়েৎ অঙাংবা থুংলরে। মেঘচন্দ্রগী য়ুম অসিরা হাইনা হংলকই।

মখোয় অনিমক চপমান্ননা মানি হাইনা খুম্লম্মী।

জুরি তাফমদা লেপতুনা থানাগী মীদুনা অসুম্না হাইরম্মী -

নহাল অঙাং অমা খুনবদু ঐখোয়না কোইহং হংবদা মমা-মপা অমতগী মখোং-মরি লিবা ঙমদরে।

মেঘচন্দ্রগা রাধাগা থুগাৎলম্বদু খর হম্বরম্মী। অদুগা থানাগী মীদুনা করি হাইথরকখিগদগে হাইনা না থাংগৎতুনা তারম্মী।

লাক্লিবা মীদুনা অসুম্না মখা তারম্মী -

দারোগা বাবুনা হাইরকই - অঙাং অদু তাদখোইনা অদুম য়োক্কে হাইবা য়াগনি। য়োক্কোই হাইরগা ঐনা হৌজিক পুখ্রগনি। সরকারনা মাবু য়োক্লবা থৌরাং তৌগনি।

মাগী বাসি তাবদা হরাওমনখরদুনা রাধানা অসুম হাইনা হাইরম্মী - ইবুংঙো, ঐখোয় য়োকচগে, মদুদা হাইবিরবা হাইনা লাই খুরুমদুনা লৈরবা পোৎনি।

ফরে অদুদি ঐ চৎলগে ।

অসি হাইরগা চৎলগে তৌরম্মী। মেঘচন্দ্রনা অদুদগী মীদুদা হাইরম্মী -

ইবুংঙো, অমুক্তা লেংশল্লকখো। হিদাক ঙাম্বক অমতা থকপিখো। ঐখোয়না ঙমজবা সেবা খজিক্তা তৌজখিগে।

মেঘচন্দ্রনা খল্লম্বদি বকশিষ খরা পিগে খন্দুনা খামলম্বনি। সরকারগী থবক তৌবদা বকশিষ নৎত্রগা শেল চাবদি লাইরদুনা হিদাক-পানা চাদুনা তৌবা হৌনদে হাইনা খল্লিবা নিপা ওইরম্মদুনা থানাগী ইয়াম্বা কোয়েৎ অঙাংবদু খাম্বগা য়ারমদ্রে। থবক অমা চৎকদবা লৈ হিদাক থক্কুনা লৈথোকপগী মতম লৈতরে হাইদুনা মহাক খোংশানখিরম্মী।

নুংঙাইবগী ঈপাকতা মেঘচন্দ্রগা রাধাগা তাউদুনা লৈহৌই।

মখোইনিনা অঙাং অদুবু খুনবা নুমিত্তগী নিংজরকপা লাইদা খুরুমজরকপা অদু থুংজরবদুদা রাধানা হাইরকই-

ঐখোয়না লাইদা কন্না খুরুমজবগী মপান চাজরেদো! অঙাং অসিগী নহাল খোনখিবা মিং অদু হৌজিক্তি চান্নবা কৌবা য়ারেদনা।

য়ারে, হৌজিক্তি রাধা। থবাই পেন্না কৌরনি।

অসি হাইদুনা মেঘচন্দ্রনা অঙাংদু লৌখৎতুনা মতমবাক্তা থন্নগা মখদাং অপিশক অদু পাইদুনা য়েৎ-ওই ইল্লগা হাইরকই -

ইপাগী ইবুংঙো, নংবু ইপানা রণজিৎ হাইনা নমিং থোল্লবনি। লাই হাইবসিদি মীগী নিংজবা থুংহন্দবা লৈতে।

অদুদি শোইদবনি, চেৎনবু থাজদুনা নিংলবদি থুংবা ঙাক্তনি।

রাধানা পানা মতপ অম-অনি মেঘচন্দ্রদা লানশল্লগা মহাক্না অমা তপ্পুনা চারম্মী। পানা চাবগী ময়াইনা মাগী নাপ অনি ঙাংলিবদু পুকনিং তুজুং হরাওবনা অমুক হেন্না মঙান অমা তানা ঙাংলম্মী।

ঙসিদি মখোয়গী নুমিৎ হাইদু ওইরে হাইনা মখোই অনিনা খল্লম্মী।

অসুক নুংঙাইবদি মখোইনিদুগী কনামতগী পুন্সিদা অমুক্তা ফংখিদরি হাইবা য়াই হাইনা খনজরম্মী। নুংঙাইরিবসিনা তাইবংপানবগী অৱা-অনা মচেৎ অমফাওববু
পুম্নমক নমথেকখ্রমাল্লে হাইনা খল্লম্মী।

মচা ফংদবা মীশিংনা মীচাপোক অমবু মচা ওইনা য়োকচরগা অসুক য়াম্না নুংঙাইবদি মচা থাঙ্গেশেংবা লৈবদুদি করি অমুক হাইরুগনি।

সনা-লুপা মণি-মুক্তানা করি তৌগনি? নিংথৌগী শজিকলোই ওইনবা পোক্লকপা মচাদুবু মমাগী মফমদদি নিংথৌদুদগী হেনবা নিংথৌরেলনি হাইনরি!

মেঘচন্দ্রগা রাধাগদু পুংফম-খেন্দা অসিদদি লাইরৈপাক্তগী খিকথরকপা অমৃত থকপগুন্নম্মী।

৩

মতৌ অসুম্মা মেঘচন্দ্রগা রাধাগনা মপা-মমা মশক খংদবা অঙাং অদুবু মখোইগী পোকচবা মচাগুম যোক্তুনা লৈরক্নে। মখোইগী মখুত্তগী মপা নত্রগা মমা লাক্তুনা অঙাং অদু মুল্লগনি হাইবগী চিন্তা মচেৎ অমফাওবা নোংমতস্সু তৌরমদে।

রণজিৎনসু মাবু পোকপা মমা-মপাদি রাধাগা মেঘচন্দ্রগা নত্তনা অতৈ অমা লৈরমগনি হাইবসি খংদে।

লৈকাইগী মীনসু কনামতনা রণজিৎতা মাগী হৌরকফমগী ৱারি শাবিরমদে। মী পুম্ন-মক মাগী মাগী নিতিগী তৌগদবা মখৌ তৌদুনা লেল্লম্মী। মীগী মৱা ঙাংনবদি লাইনা অচৌবা অমনি হাইদুনা লৈকাই অদুনা কনামতগী অফবসু ফত্তবসু ঙাংনরমদে। অদুম মখোইগী মরক্তা রণজিৎপু কুম্মৈ-ফীওং থোকপদা মখোই মখোইগী মচা-মশুদৌগুম্না অদুম য়াওহল্লম্মী।

নোংম-নোংমগী রণজিৎতু চাওশল্লকলে। রাধানা মেঘচন্দ্রগগী মচা ফংজবনা নুংঙাইবদুসু অসুম-অসুম হেনজিল্লকলে। স্কুল তমদুনা নাকলদা লাইরিক য়েপ্পুনা মমান্নবশিংগা লাইরিক তম্বা কাবদু উরগা রাধাগী মথৱাই হরাওজবা নত্তনা কপ্পবগী ৱাখল অমতা ঈশ্বরনা ঙসিফাওবা পিরদ্রি।

যশোদাগা নন্দরাজগনা শ্রীকৃষ্ণবু য়োকপদি ষনশেনবা চৎহল্লম্মী। যশোদানা অদুমকপু থারোইদৌবগী য়ারিবমখৈ তৌরম্মী। কৃষ্ণতনা জগৎকী মপু ওইবনা ৱাহৈ থুম্নবা ঙাক্তা ঙাংদুনা মমা যশোদাদগী ষনশেনবা চৎপগী য়াথং লৌরম্মী।

রাধাগা মেঘচন্দ্রগনা রণজিৎপু করিমতা তৌহল্লমদে। মখোয়গী পুন্সিগী আশা পুম্বা রণজিৎতা থমদুনা মাবু মী ওইনবদা হোন্দনরম্মী। ৱাহৈ থুম্নবা ঙাংবদি লাইরদুনা মবুক্তা ফাওবা খনবা হৈজেদবা রণজিৎপু রাধানা মনাক্তগী করিগুম্বা মতমদা লাইরিক তম্বা কাবা নত্তনা কদাইদসু অমতা থাদোক্লমদে। অসুক য়াম্না লুনা তৌজরম্মী অখুনবা মচাদুবু ! অঙাং অদু চহি তরাহুমদোই চংলকলে। মেট্রিক পাশ তৌরে। অদুদগী মখাদি মীরৈবাকতা তম্বা তাবনা কলিকাতাদা চৎলম্মী।

শেলগীদমক করিমতা ৱারমদে। সরকারগী বৃত্তি ফংবনা শেলগী অৱাবা খংদবমখৈ লাইরিক তমবা ঙম্রম্মী।

রাধানা অদুদা মমা ওইবগী মেংলবা থম্মোইনা রণজিৎপু লম অথাপ্পদা থাদোকপদু য়াম্না ৱানা খল্লম্মী।

মেঘচন্দ্রনা মচাবু লাইরিক হৈহন্দুনা জ্ঞানীশিংগী মরক্তা তিনবা ফংলবদি হাইনা খজ্ঞরম্মী। অদুগা রাধানা খল্লম্বনা অসিনি- লাইরিক্লা কদৌগবনো!

নোংমা রাধাগা মেঘচন্দ্রগা রণজিৎকী লাইরিক তম্বা চৎপসিগী মরমদা খল্লরিঙৈদা হাওনুবী অমনা করিগী লাওনরিবনো হায়না হংলম্মী।

হাওনুবীশি নিতিগী হাইবদি ইতৎ-তৎতনা মখোইগীদা ৱাইকুপ নৎত্রগা হেজ্ঞাং-নাপিনচিংবা হেকপা লাকই। মানা হংবদুদা রাধানা ৱারি লোইনা লিরম্মী।

লাইপু-তিনবু ওইনা তৌবী হাওতোম্বী অদুনা নুংশাম্বর মপী অমা হোল্লদুনা হাইরকই-
নখোই অনিগী নচা অদু মশক অমুক্তা য়েংগেবা।
রাধানা মচাদু মুনখিগদৌবা মতাগুম হাইরকই -

করিগীনো হাওতোম্বী নংনা ঐখোয়গী ইচাবু মশক য়েংগে হাইবদি ?

হাওতোম্বীনা মপী শিম্বরদুনা খুম্নকই -

ইবেম্মা, ঐগীসু ইচানিপা অমা লৈজরম্মী। মাবু ঐনা য়াম্না লুনা তৌজে। মতম লৈবা খিবিক্তা মাবু য়েংদুনদা লৈবনি, অদুবু ঐগী পেনবদি মরাখলি। অদুক লুনা তৌজবা ইচাদো তমখিরবা মতম কৌবা লাইনা মুন্দুনা থৎপিখ্রে। মাগীদমক ভাওবনা হৌজিক কোইচৎ চৎতু না লৈরবনি। অমুক্ত য়েংজগেবা। নচাদু উরগা লৈখিদ্রবা ইচাদু অমুক ফংজবগুম নুংঙাইবা ওম্বরা য়েংগে।

করি তৌগে, য়েংউ।

অসি হাইদুনা রাধানা রণজিৎপু ইমুংদগী কৌথোক্লুনা হাওতোম্বীগী মনাক্তা লৈহল্লম্মী।

হাওতোম্বীনা মুম্না য়েংলগা হাইরকই -

ইবুংঙো, নখুবাক অদু তিংথোরকউ, ইমা য়েংগে।

অদুদা রণজিৎনা হংলম্মী -

ইমা নং খুবাক ময়ি য়েংবা হৈবরা ?

খরা খরা হৈ, ইবুংঙো !

রনজিৎনা অদুদগী খুবাক য়েংহল্লম্মী । হাওতোম্বীনা মখুৎ অদু য়েংলগা রাধারোমদা ওনশন্দুনা হাইরকই -

নংগী নচাশি লাইরিক য়াম্না হৈগনি। নখোইনা লক্ষ্মা ফাদুনা থম্বা য়ারোই। কৈনো অমা তৌদুনা মহাক লাইরিক তম্বা চৎখিগনি। অদুগী শরুকপুদি নখোইনা নশানা য়াদুনা থাদোকখিবনা হেন্না ফৈ ।

মাগী রাসি তাবদা রণজিৎ অদু মোমোন নোক্লুনা মথরাই নুংঙাইবা ফোংদোক্লম্মী।

অদুগা রাধাদি থগৎলদুনা হংলম্মী —

ইচে নংনা হাইরিবসি শোইদ্রবরা ?

শোইদ্রপোৎনি ইবেম্মা, ঐনা হাইবসি থাজৌ ।

অদুদি ইচে শোইদনা থারগনি।

অদুম হাইনদুনা রণজিৎকলিকাতাদা লাইরিক তম্বা চৎপা ফংলম্মী । মতমদুদা মেঘচন্দ্রদু হাওতোম্বীনা মাবু রাধাগী মখুত্তগী কনবিরে হাইনা নুংঙাইজরম্মী। মখোইময়ামদুগী মরক্তা হাওতোম্বীসু নোক্ল-নোক্লদুনা মখোইনা মথরাই নুংঙাইবদুদা নংঙাইমিন্নরদুনা ময়ুম হনখিরম্মী।

৪

রণজিৎনা লাইরিক তমগনি হাইরগা হাওতোম্বীনা নুংঙাইবদি মবুকফম্বী অমা ওইদুনা মীগী য়াইফবা ওইরগদা নুংঙাইবগীদমক ঙাক নত্তে ।

হাওতোম্বী হাইবীসি রণজিৎপু থা তরা নাওপুবী মমানি । হাওবম নিতাই হাইবদুগী মপোক-মপোক খুদিংদা পোকমিন্নসি হাওপান্নসি হাইদুনা ৱাশক্লবী — শক্লা লম-য়ৌবী - কুচুনা লমহেন্না ফজরবী হাওতোম্বীনি।

মমিংনা থম্বালনি ।

মখোইগী লৈকাইদা কৃষ্ণচন্দ্র হাইবা বিচারপতি অমা ওইদুনা লৈরম্মী। কৃষ্ণচন্দ্র হাইবা নিপাসি শেলজ া-থুমজাদা মমিং ওখাক চৎচরম্বা নিপানি। মঙোন্দা আইন হাইবসি মথিবোং পান্দে। মানা ওইহননিংবদা ওইবা আইন জাত্তাদু মাগী ওইনা তৌরম্মী। করিগুম্বা বিচার অমা তৌবা তারক্লবদা বাদী বিবাদী অনিদগী শেল লৌশল্লগা অরানবা মীগী শেল হন্দোকপসুময়াওই, অদুগা হন্দোক্লবসু অসুম তোকপা য়াবদুনা শেনশি চাববু মরৌশিংগী চাজবনি হাইনা খনগনবা মীনি।

ঐগী-মীগী ইচা-মীচা হাইবা ৱাহৈদা মহাকথক্তগী লৈবাক্লা খংনবা ওইনা থোকখিরম্মী।

অসুগুম্বা য়াব-মখৈ ফৎখিদ্রবা কৃষ্ণচন্দ্র অসিগী মনাওনিপা গৌরহরি কৌবা অমা লৈরম্মী। মহাক্লা ওক্তবদি করি হাইরুনি! জুয়ার মশিং থিনরে মহাক্লা মকোক হেক্তা ওইরম্মী। ময়াম্বনা জুয়ার শান্নবদুদা তোকলো হাইবদা যুধিষ্ঠির মহারাজগী মতৌ তন্নিবনি হাইনা খন্দোকপা ঙম্রম্মী।

নুপী-নহাদা হাইরে নিপা-নহা লৈরিবনি লৈতবনি বিচার অমতা লৈজরমদে গৌরহরি অদু। মথৱাইদনবু পান্নবদি হিমালয় চিংশাং খুদোম্বীনা ফুক্কু হায়রবসু ফুক্কে হাইবা গৌরহরিনি।

মহাক্লা রাহু ওইরদুনা পূর্ণিমাগী থাজ মানবী থম্বালদু উম্মগে হাইনা গৌরহরি মপুক্লিং চপ-য়ুংলম্মী।

ইনাকখুনবা মচাগী মচা-মনাই ৱাৎলমদে। নোংমা অহিং অমা মহাক্কী মশা-মউ খাক্তুনা থম্বা মরুপ-মপাং কয়ামুক খুৎলাই পাইদুনা গৌরহরিগী য়াথং পাংথোকপা লাক্লম্মী নিতাইগী ময়ুমদা।

অহিং তাংলৌ থেংজল্লক্লে। থাশিগী শুক্ল মস্রবা মতমনি। মীচিক মীরাওখোল অমতা তাখিরমদরে।

মতম তাঙ্গা অসিদা নিতাইগী ইমুং চংদুনা থম্বালগী মপুরোইবা ওইবগী দণ্ডি নিতাইদা পিবা হৌরম্মী।

চৈতুপ চাওর-চাওরবা অদুনা ঙাক্রা-ঙমু হাৎপগুম নিতাইগী য়াইবী-থৱাই লৌথোকলে।

থম্বালবুনা - মচিন মেনশল্লদুনা কৃষ্ণচন্দ্রগী ময়ুম তান্না পুরকলে।

মনাও ফত্তে খংনমক কৈথেলদা লৈবা ফংবা নত্তেকো হাইদুনা কৃষ্ণচন্দ্র মেম্বরনা অহিং অদুদা তম্না চত্তুনা লৈকাই মচিন মেল্লম্মী। অরান-অশুই মশক খংদবা অঙম্বা অচৌবনা তৌরিববু হাইনবা মীতা ঙাক্তনা খুল্লিংবা লৈকাই ওইনা তৌরম্মী।

মঙাকনদুনা শিরে হাইদুনা নিতাইগী মশাদু পোলোইরগা থৌজাল হৈবা শাদুনা লাইরবগী শ্রাদ্ধ-কর্ম্মবু ইনাকখুনবা অঙম্বা কৃষ্ণচন্দ্র মেম্বরনা শোন্দোকপিরম্মী।

শোরাৎ নিংথিনা শোনবনা লৈকাইগী মীপুম খুদিংমক মচিন চপ মান্নবা শোরাৎফজনা শোনখি হাইনা থাগৎখি।

পাঙ্গল লৈজদ্রবী ৱাখল-থেল্লবী থম্বাল নুজানা পি-ইরা শিল্পবা নত্তনা অতৈ তৌরমদে। মচা অপিশাক অদুবু পন্নগা শিঙমদনা শিথ্রবা মপুরোইবগীদমক্তি পী-না তর্পণ শোল্লম্মী।

মীরেক-সন্ত্রী খাংদুনা থম্বালদু কৈশুমশংগী বন্দিনী অমগুম মতম ৱানা লেল্লম্মী।

কৃষ্ণচন্দ্র মেম্বরসু মনাওনুপা গৌরহরিসু অনিমক চংদুনা মখোইগী নিংবা থুংনবা মখোইনা হাইবা ইল্লো হাইনা থম্বালদা হাইরম্মী।

মথাদা কোল্লিবা অঙাং-নাৱাদু য়েংলগা মপোকসিমদি লাইরদুনা মপোক মপোক খুদিংদা মপুরোইবা নিতাইগী নত্তনা কনামতগী নুপী ওইগে হাইনা নিংলমদে।

থম্বালনা ময়ারক্রুবদুদা কাইনথংদা গৌরহরিদু অসুম্না খল্লম্মী। মচা অসি লৈত্রবদি থম্বালগী মপুক ওল্লবা য়াই। অসুম্না লেপ্রদুনা অঙাং অদু মুল্লগা লমজাওদা হুন্দোক্লম্বনি। অদুদগী মেঘচন্দ্রগা রাধাগনা অঙাং অদু খুন্দুনা রণজিৎ হাইনা য়োকখিবনি।

থৱাইগী মণি—থৱাই ওইজরিবা মচাদু কাইনবগী মৈচাক্লা খাংবা ঙম্মক্রুদুনা থম্বালনা অহিং অমা গৌরহরিনা তুমলিঙৈদা থাংনা থিন্দুনা হাৎলম্নগা লোম্না ফীজেৎ হোংদুনা চৎখিরম্মী।

নিতাইগী দশা তাবগুম গৌরহরিগী তারম্মী। মনাও শিরে হাইবগী ৱায়েনশংদা মশা-মক্লা বিচারপতি ওইন ওইনমক কৃষ্ণচন্দ্র মেম্বরনা ৱাকৎচবা ঙমখিদে।

অঙাং খুল্লে হাইনা পাওজেনবা অদু লৈবাক পুম্নমক খংনবনিনা থম্বালনা কোইনা থিজরকপদা মচাবু য়োকপিবা মফমদু খংজরম্মী। মরম অসিনা তোইনা তোইনা মচা উনিংবগী ময়াইনা মেঘচন্দ্রখোইগী মযুমদা ৱাইকুপ থিজন্নদুনা থম্বালনা হাওতোম্বী শাদুনা চৎলম্মী।

মচা চাওবফাওবদি হিংখিগে হাইনা লেপ্লম্মী। মচানা জ্ঞান তারক্লবা মতমদা শক-তাক্রুনা ৱারি লোইনা লিরগা শিবা ফংজরদিকো হাইনা অহিং-নুংথিল অনিমক্তা লাইগী খুয়াদা ভক্তি কত্তুনা মতম লেল্লম্মী।

৫

চহি খরা লৈরগা রণজিৎ অদু লাইরিক তম্বা লোইদুনা ময়ুম হল্লক্লম্মী। মানা পরীক্ষা ঙম্লকপদি চুম্নগী মরক-ময়াদা ওইরমদে। খ্বাইগী মকোক ওইরম্মী।

মানা হল্লকপা মতমদা মহাক চহি ২২ দমক ঙাইরম্মী। মহৈতো নত্তনা মখোল কারকপা অদুনা কামদেবগী তুংজফম ওইরম্মী। অউবা মী খুদিংনা মহাকপু মচা-মমাক ওইনিংদবা য়াওরমদে।

চেকশিন্না লুনা থমজরবী লৈরাং-নুজা কয়ানা খোইহি চুপ্পা অমুক্তা লেংবিরক্লবদিকো হাইদুনা মপুক-মনুংদা থক থক নিক্লা ঙাইরম্মী।

মেঘচন্দ্রগা রাধাগা অনিগী থম্মোই অতিয়াদদি পূর্ণিমাগী থাজগুম রণজিৎসিংহনা ঙাল্লরে।

মপা-মমা ওইবগী মচাগী মফমদা তোল্লিবা লমন লোইনবা হাইনা রাধাগা মপুরোইবগনা চিক্ল-চিক্ল ব্রা-তানরম্মী। নুংশিরবা মচাগী মতিকচাবী মমৌ কদাইদা ফংগদগে হাইনা খোইরেল মশা পাইবমখৈ কোইথি-খিবা হৌরম্মী।

মখোইনা অসুম খল্লকপদা অচৌ-অশাং ইমুংগী মচা-মশু লৌনিংলম্মী। অদুনা রাধানা কৃষ্ণচন্দ্র জজগী মচানুপীদু হাইনিংলম্মী।

মেঘচন্দ্রদু হাইরিবা নুপীমচাশিবু পাম্বদি পাম্লগা মহাক্লা ফমনাই-ফনাইদবা মী অমনিনা কৃষ্ণচন্দ্রনা খাবিরক্কদরা হাইনা মপুক্লিংদা চিংনরম্মী।

নুপীমচা মণি হাইবীসি অঙম-অথৌবা অমগী মচা ওইবদা নত্তনা মশাগী মতিক-মগুণসু লৈজবী অমনি। লাইরিক লাইশু-সু ফনা নিংথিনা হৈরম্মী।

মেঘচন্দ্রনা চিংনজবদুসু লাদ্দে। মখোই মী-মচানা অচৌবা ইমুংদগী নুপী অমা পাক হাইবসি হঙোইবা যাবা থবক অমনি।

অদুবু মচাগীদমক চাওখোকচবদি মপাবুদি মমা ওইবীশিংনা খরা হেল্লি। অদুনা রাধানা কৃষ্ণচন্দ্রগী মচানুপীসি হাইক্লরগে হাইনা চপ-যুংনা লেপ্পম্মী।

মতমদুদা কৃষ্ণচন্দ্রদি অহল ওইরক্লনা থবক তোক্লগে তৌরম্লে। রণজিৎনা মাগী মফম অদু ওইনবা দরখাস্থ থারম্মী। মরম অসিনা কৃষ্ণচন্দ্রনা রণজিৎকী মতিক-মগুণ লোইনা তারম্মী।

রাধানা চৎতুনা হাইরুবা মতমদা কৃষ্ণচন্দ্র অদু হরাও-হরাওনা মচানুপী মণিবু রণজিৎতা কৎকে হাইনা য়ারকই। কৃষ্ণচন্দ্রসু মমাক মতিকচাবা অমদা মচা থাজবা ফংবগীদমক হরাওবদা ঙমখৈ লৈরমদরে।

অসুম্না লুহোংবগী ব্রা লেপ্পবা নুমিৎমক্তদা রনজিৎপু জজ হাপ্পগী পরোব্রানা থুংলরে।

নুংঙাইবগী মথক্তা নুংঙাইবনি!

মতমসিদা অব্রাবগী ব্রাখল মচেৎ অমফাওবা পোকপা ঙম্বা নত্তে। লাইরবা অসুম চৎখোক চৎশিন তৌদুনা চাজরম্বা মেঘচন্দ্র-রাধা অনিগী লাইবক অহিং অমতদা রণজিৎকা তিন্নরুবদগী পুমওন ওনখরে!

অমরোমদা চাওরবা ইমুংগী ফজরবী নুপী অমবু মমৌ ওইনা ফংবা অদুগা অমরোমদনা মচানা চাওরবা ফম অমা ফংবা - মখোই অনিগী মরাইবক্তা চংনা থা লাম্বা ফংবগুম খোকখ্রে। শামু-ময়ানা খিদ্দোক্লবদা কনানা খিংবা ঙমগনি।

নুংঙাইবা পাও অনিসি ফংদুনা রাধা মতৈ-মনাও য়াম্না নুংঙাইনা লৈরিঙৈদা ডাক-পিয়ন লাক্লুনা চিঠি অমা থুংলরে।

মীওইবগী পুন্সি তমফম খংদে।

থাবন্না ফজনা ঙাল্লবা অতিয়াবু ইখঙ-খঙহৌদনা নোংনা হেক কুপশিনখিবগুম রাধা মতৈ-মনাওগী মচিনবান্দা মোমোন মোমোন নোকচরম্বদু অঙৌবা ফীজংদা তুরি অমা হাইরগা মচু অমুবা তৈশিনবগুম চিনবান অনিদু পুন্মু মুশাল্লম্মী।

রণজিৎনা মখোইগীদা লৈরকপসি চহি কুনলোম শুরনি। অসুক কুইরবসি নোংমগী নুমিৎ অমতা খল্লম্বা লৈতে - চিঠি অদুদা হাইরিবা ৱারম অদুগুম্বা অমা লাক্কনি হাইবা।

অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু ঈশ্বরনা মখোইগীনি হাইনা তন্নকপা শরুক অদুদি লৌশন্দবা য়াদবনা করি থোক্লগবা হাইনা অদুম খন্দোকপা মতারম্মী।

নুপী ওইবগী পুকচেলনিনা রাধাদি করম্বা মতমদা রণজিৎকা মাগা মমা-মচা কাইনগদগে হাইনা অকীবা ৱাখল অমনা মাগী থম্মোই লকা-নুংদা লোত্তুনা লৈবদু উরম্মী।

হৌজিক্কী চিঠিদু কনানা ইরকপনো হাইবা খংনবা মমিং মথা অমতা য়াওরমদে। মরোলদি -

রাধা,

ভগবান-না থারকপা চারবু নংনা য়োক্লুনা চাওহনবগী মহৈদি নংনা চাগনি। অদুগা রণজিৎপু নখোইগী গোত্রদা পানবদি য়ারোই। নখোইগী গোত্র পান্দুনা লুহোংবদা শোনবা-লাকপা তৌহনগনু, মদু তৌরবদি পাপ চাওরবা অমা লাক্কনি। খংদ্রিঙৈনা খংদ্রিঙৈনি! অঙাং অদু হাওবম মচানি, মপানা নিতাই কৌই। ঐনা হাইরিবসি শোইদনা তৌ! নৎত্রবদি নচা মশক উবা ফংদবসু য়াই। ইতি -

চিঠি অসি রণজিৎ উথ্রবদি মথৱাই য়াম্না নুংঙাইতবা তারে হাইদুনা লোৎশন্দুনা থমগে নিংলম্মী। মেঘচন্দ্রগা রাধাগা মখোইনি ঙাইহাক ৱামিন্নরগা কান্নদে অসুম তৌদুনা হাইরম্মী। অদুদগী মখোই থবক ইনখাং তৌরুসি হাইনা চৎকে তৌবদা রণজিৎসু থুংলরে।

রণজিৎনা মাগী ফম নাইবা ফংবগী পাও মপা-মমাগদা তমগে হাইদুনা মমারোমদা ওনশল্লম্মী। পাওদি মানা তমদ্রবসু মী অম-অমদগী ঙসাইনা তানরম্রবনি।

মপাগা মমাগসু মচাদা লুহোংবগী ৱা লোইনরকলে হাইনা তমগে নিংলম্মী।

অদুবু রণজিৎ -তু মমাগী মথবাক্তা লোৎপা চিঠিদুগী মচিন খর লিৎথোক্লম্বদু উবা ফংলদুনা হংলম্মী।

ইমা করিগী চেনো অদুদি ?

ইবুংঙো, করিসু নত্তে, ইমানা ঙসাই পাঞ্জি য়েংলুবগী চেজেৎনি।

পাঞ্জিনা করি হাইরকই ইমা ?

পাঞ্জিনা হাইরকপদু — মণি অসি লৌরবদি নং য়াম্না নুংঙাইনি। নখোইনি পুকচেল খোইজেল তিম্নদুনা লৈমিন্নগনি। নখোইনি য়াম্না পক্লখরে হাইরকই।

অদু ইরকপগীরা চে অদু ইমা ?

লুহোংবগী পুংফমগসু ইরকই।

অমুক্তা য়েংগে অদুদি।

করি কান্নবা, চাকতুম চানবা তৌরুখো। সিদি হয়েং নংগী পাজিনা মতম শিন্নবদা নুংঙাইনবা অদুক তৌরকপনি। হোয়েন চাক চাবা লোইরগা ইরেঞ্জনা পোত্থা-পোত্থানা পাবসু য়াবা পোৎনি।

অসি হাইরগা রাধানা মেঘচন্দ্ররোমদা য়েংলম্মী। মানা য়েংলিবা মিৎয়েং মতাদু য়েংলগা মেঘচন্দ্রনা অর্থ খংলম্মী। অদুগা হাইরকই -

চাক চানবদুম তৌরুরো ইবুংঙো। নং কোইচৎ চৎলুবগী ফনদুম বাররিনি।

রনজিৎ অদু মপাদা হঙ্গৎনা ঙাংবা কীরম্মী। অদুনা করিমতা হাইরমদরে। অদুম ইমুংদা চংখরগা মফী-মরোল হোংদোকপা লাক্লরম্মী।

মেঘচন্দ্রগা রাধাগনা হিংহৌরে হাইনা নুংশা-ন্থরমপী অমা শাংনা হোল্লদুনা লৈহৌই।

অদুদগী মখোইগী চাক-ঈশিং চানবা মহৈ-মহৈ থৌরাং তৌনরম্মী।

৬

লুহোংগদবা নোংমতা ঙাইরে।

হাওতোম্বীদু রনজিৎকীদমক ফৈজোম অমা অদুগা লাক্কদৌরিবা মৌ অদুগীনা ফনেক অমা পুরক্লুনা লাক্লম্মী।

মদুগী নুমিত্তি মী য়াম্না তিল্লম্মী। মহৈ-মহৈ লুহোংবগী থবক নোম্নদুনা য়াম্না লাংলম্মী।

মবমদুনা হাওতোম্বীদু সঙ্গোই মচিদা মাগী শম অদু থন্নগা রাধা খোরকপা ঙাইদুনা লৈরম্মী।

বাধাদু অরাংফমদা অমুক চং অমদমুক চৎ—অসুম তৌদুনা লৈবদগী য়েংথোকখিবদা হাওতোম্বীনা ফম্নদ্দু উরম্মী। মাবু উবদা ইচে হাওতোম্বী লাকলিবরা হাইনা হংলম্মী।

হাওতোম্বীসু হোই ঐ লাকলি হাইরম্মী। অদুদগী মখা তাথরম্মী —

ইবেম্মা, ইচে রা অমতা হাইনিংই। শংবা মতমদা ঙাইহাক্তা খোরকউ।

হোই-হোই ইচে ঐ খোরক্কে। ঙাইহাক্তদি ফমখো।

মাঙ্গোন্দা লৈরিবা মীশিং অদুনা করিসু খৌশারমদে। মখোইগী থবক অদুম তৌদুনা লৈরম্মী। মী অচৌ-অশাং অমা ওইরম্লবদি মখোইসু ঙাইহাক হাওতোম্বীবু য়েংদুনমক থবক লেপ্পমগদবনি।

রাধানা থবক ঙাইহাক শংলকপা তাঞ্জা খোক্লুনা পানা মতপ অমা—অনিখক পুবদুনা হাওতোম্বীদা পিজরম্মী অদুগা হাইরম্মী —

ইচে ঙসিদি হয়েং লুহোংবগীনি হাইদুনা ঐ চিনবা হাইদুবু হাইদুনা কান্নদে। নং নয়ুমদা হনবা থিনখ্রগনি হাইদুনা ঐনা খোরকপনি। করিসু লৈতেদনা ?

করিসু খোইদোকপা লৈতে। অদু -

অসি হাইরগা মখুৎ য়েংথংবদুনা শম মনুংদা থিংজল্লগা ইকাই-হঙ্গোই য়ান্নবা মিৎতানা মানা তৌরিসিবু করম্নো হাইবা চিংনবা মওংদা য়েংদুনা লৈরম্মী। মখুৎ অদুনা ফী অনিখক্তু পুখোরকপা পাক ঙম্রমদে।

মাগী মতৌ অদু উবদা ঙক্কদুনা রাধানা হংলম্মী —

করিনো ইচে নংনা শমদা খুৎথিজল্লগা য়েংদুনা লৈরিবসিবো? কবি তৌরবগে? ঐদি থবক য়াম্না লৈরিবা পোৎনি। করিনো নংনা হাইদৌবা প্রপ-প্রপ হাইবোসে।

মবৈ-লোমদবী হাওতোম্বীনা হাইদোকপা ঙমদদুনা মরৈ লোম্বদৌনা রাদু তপ্পা তপ্পা ঙাংলম্মী, ঐ-ঐনা নচাগা, আ-আ, নচাগা নমৌগগীদমক ফী-ফত্তি ফত্তে- অদুবু নুংশিবগী ঐনা ঙম্বা - অমমমদা পুরকপনিনে ইচেনা ইবেম্মা।

রাধানা নোক্লগা হাইরকই —

অদুগী ওইরেসে নংনা অদুক য়াম্না হঙ্গোইনা তৌরিবা। কনা কীরিবনো কনাবু ইকাইরিবনো? কদাই য়েংগে পুদুম পুখোক্লকলো।

হাওতোম্বীনা অদুদগী পুখোক্লক্লুনা হাইরম্মী -

সে অসি লৌ, ফৈজোম অসিনা নচাদা পিয়ু অদুগা অমসিনা নমৌদা পিয়ু। মীগী মমাংদগা পিরুনুকো। ফীনদি অফবা নত্তবনিনা ইকাইদুনা লৌ হাইবা য়ারোই। তুমিন্না মী-পোং অমতা উদ্রবা কালদা পিয়ুকো।

হেরা কৈদৌশিল্লে হাইদুনা! ফদুম ফমল্লে। অসুক য়াম্না ফরিবসিবু মরাইনা হরাওজগনি। ঐদি অতৈদি লাইরিনে। করি তৌনবা ইচে নংনা অসুক মমল চংনা লৈরুরিবা!

মমল কৈসু চংবা নত্তে। ঐদি ইকাইবনা, ফীন খরা ফরবদি ফৈ। অদুসু নত্তা-ওহোক্লা ইকাইখ্রে। মীমাংদগা পুখোক্কনু। লোম্না নাকলদা হেক য়েপশিল্লগা পুশনখো। ঐগীসু ইচাদু লৈরম্রবদি নখোইগীগুম্না ইমৌ ফংদুনা নুমিৎকা থাগা ঙানবগুম ঙানগদবনি। অদুবু লাইবক থিবনা!

অসি হাইরগা মমিত্তগী মপী মতুম-মতুম শিঙ্গরম্মী। মাগী বাদু তারগা রাধাসু অসুম্না খুম্রম্মী -

ইচে হাওতোম্বী! কনা খংবনো! ঐসু নংগী লাইবক্তু ফংবরা? লাইদুম খুরুমশি, মদু থোক্তবা ওইসনু! ফীসি নচাগা নমৌগদা পিগনি - ঐনা ইখুৎমক্লা।

ইবেম্মা, ইচেদি লুহোংবা য়াওবা য়াদেদা। য়াওনিংই হাইদুনসু য়াওবা ফংলরোই। অদুনা ঐগী বরদি ঙসি পিরম্রবনিকো।

নচা উনখোদনা ইচে! ঙাইখো ঙাইহাক ফমখো। ঐ রনজিৎ কৌখিগে।

অসি হাইদুনা রাধানা মচানুপা রণজিৎপু কৌখোক্লম্মী। মমানা কৌবা তাবদুদা রণজিৎসু তম্না থোক্লকই। রাধানা অসুম হাইরম্মী -

ইবুংঙো, নমা হাওতোম্বীনা নংগীগা মমৌগীগনি হাইদুনা ফী পুরকই। হয়েং য়াওরোইদবনিনা ঙসি বর পিরম্রগে হাইরি। নখোই নমা-নচা বারি শাহৌখো। ঐ অমুক্তা চংলুখিগে।

অসি হাইরম্রগা রাধাদু চংখরে।

রণজিৎনা হাওতোম্বীগী পুকচেল মতাদু উবদা হাইরকই - নংবু জাৎ তিন্নদবনা ঐগা তিন্ননা লৈবদি য়াদে। অদুবু ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদগী নংনা নিতিগী লাক্কুনা ঐগীনি হাইদুনা উহৈ অমতং পুরকপা তোকখিদে। নচা শিখ্রবা নিংশিংদুনা কয়া লুনা ঐবু তৌরকপা, অদু পুম্বা ঐ কাওদেকো! মদুগী লমনদি করম্না শিংগনি? ঙসিসু স্বর্গগী লাইরেম্বীগুম বর পিগে লাকলি। লমন শিংবদি অসুম্না শিংজগেকো - ইমা হাইনা অমুক্তা কৌজগেকো।

অসি হাইরগা ইমা-ইমা হাইনা রনজিৎনা তোম্বীবু কৌরম্মী।

ইমাগী ইবুংঙো — অসি হাইনা হাওতোম্বীনা পী শিঙ্গ-শিঙ্গনা লৈরম্মী।

মতৌ অসুম তৌদুনা মপী-গা মপী-গা থম্মোই-নুংগী তিন্ন-লৈকোন্দা ওন-থোইমীন্নরগা হাওতোম্বীদু ময়ুম হল্লগে হাইনা হনখরে।

রনজিৎসু হাওতোম্বীনা চৎখিবা মাইকৈদা ওল্লদুনা য়েং-য়েংদুনা লৈহৌই।

৭

লুহোংবা নুমিৎনি।

লৈকাইগী মরুপ-মপাং পুম্নমক ফীজেৎ-লৈতেং লৈজ-লৈজবা শেৎচারদুনা বর যাত্রা হৌরে। মতমচানা ময়াম নুপী ময়ুমদা থুংলুরে।

মণ্ডপ ময়োম্দা লুহোংফাম্দা ফমদুনা বরগা কন্যাগা অনিনা লৈবদু অউ-উদা অখং-খংদা পুম্নমক্কী মিৎকী লৈতেং ওইনা ঙান-থোইরম্মী। ইনাকখুনবগী ইমুংদা থোকপা থৌদোক্কী হৌনবা পানা-হৈনানা মরাং কাইনা য়েন্নরকলে। ময়াম্না হরাওবনা নুংঙাইবনা বর-কন্যাগী ইমুং অনিগী মীনা নুংঙাইবগা চপ-মান্নগুম উরম্মী।

পুরীত ঠাকুরনা বর মনাক্তা ফমদুনা শোনবা হৌগৎলকলে। লাইশ্রম রনজিৎ হাইবগী মহুত্তা হাওবম রণজিৎ হাইনা পুরীতনা শোল্লম্মী। মদু তাবদা রণজিৎতি করি মতৌনো হাইনা হমাং কাংলম্মী।

মহাকতি লাইশ্রম মচানি হাইনা মতম অসুক কুইরকপসি খংনরকলিবনি। অদুগা ঙসিদি মাগী য়ুম্নাক হোংবদুদা ঙকফম থোকই। কনামতনা অসিগী মমাঙদা মাবু হাওবম মচানি লাইশ্রমনা য়োকপনি হাইবদি হাইবিরক্তি।

ঙকপদা নত্তে, মপুক্লিংসু নোংমৈশিংজংনা পানবগা মান্ননা নুংঙাইতে। নুংশিত্নবী মমা রাধা, নুংশিত্নবা মপা মেঘচন্দ্র অনিসিদনা মাগী পুন্সিগী লাইনিংফম ওইরক্লিবনি। মথোইগা মহাক্কা থৌরি কোঙ্গোই শম্নবগুম শম্নরম্বা অদু মহাক্না ইলাই-লাইনা খংলম্মী। অদুনা ব্রাদবা নুংঙাইতবা ঙম্রমদে।

নোংথাং কুপ্লগুম্না নুংঙাইতবদুনা থুনমক লাকশল্লকপনা খাংবা ঙম্রক্রদুনা পুরীত-তা হংলকই।

ঐগ্যা, কদাইদগীনো ঐগী য়ুম্নাক হাওবম হাইবা অমা লাক্লিবদুনা ?

ইবুংঙো, মদুগী ব্রাদু হোরেন লোইরগা খন্নসি। হৌজিক পূজা অসি থুগাইবা চুমদ্রে। মরম লৈরমগনি। ঐদি অদুক য়াম্না খংবা নত্তে। অহলশিংনা তাকপা মতুংইন্না তৌবতনি। হোরেন কোন্না মরমদু খিবিয়ু।

মহাক্না অঙাংমক নত্রবনিনা মথৱাই নুংঙাইত্রবসু মপুক্লিং ফাজম্দুনা লৈরম্মী রণজিৎ অদু।

পুরীতকা মথোইনি মুরুম-মুরুম শোন্নবদু মরোলমক্তি তাদ্রগা করিনো ৱা অমা ঙাংনখি হাইবদি ময়াম পুম্নমক খংনরম্মী। অদুনা ভাবোক ময়াম অদুনা অমগা অমগা মহৈ-মহৈ অমুক করিনো ঙাংনখিবদুবু হাইদুনা মুরুম-মুরুম অমুক থোম্বাং য়ৈবগুম ঙংবা হৌরকলে।

অদুদগী লুহোংবদু তেক্ত-কাইদনা মতোল লোমখিরম্মী।

নুপী খিল্লকপগী অমুক মেঘচন্দ্রগী ময়ুমদা ময়াম তিম্দুনা কবোক হৈবোক চাবা হৌনরে। দক্ষিণা লাক্লবা মতুংদদি ভাবোক ময়াম হৌগৎনরম্মী।

অসুম্না অমা চৎখি অনি চৎখি মীয়াম অমতা লৈতরে, মেঘচন্দ্রগী ইমুংগী মী ঙাক্তা ঙাইহৌরে।

ঙাইহাক লৈরগা মরুপ অম-অনিগা লোইননা রণজিৎ ময়ুম হঞ্জল্লম্মী। চাক-চা হৈজাবা মতম ওইরদুনা মরুপশিংসু ময়ুম হনখরে। রণজিৎ মতোমতা মাগী কাদা লৈরম্মী।

লুহোংবা নুমিত্তি মপান্দা অদুক তৌশন্নরবসু মপুক মনুংদদি পাখং শানৌশিংগী হরাওজবদু মপান নাইবা নত্তে।

অদুবু !!

রণজিৎকীদি মনুং-মপান চপ-মান্নরমলে। মাগী মাইথোংদু অউবা মীনা তৌশন্নবনি হাইবা ঙম্রমদে। য়ুম কা অদুদা মথৱাই পান্দবা পোৎখরা লৈবদু নত্তনা কনাগুম্বা জীব অমতা লৈরমদে। ময়ুমগী ফকলাং অকোইবদু নহালমখৈদি মাগী থম্মোইগা অমতা ওইবগী ৱাখল অমা লৈরম্মী।

ঙসিদি !

কন্জা পানবা পোৎনা কন্জা নাম্বোক্তুনা শম্নরিবা পোৎঅনিগী তোথাই-তোথাই তাবদা মখোইনি অমতা ওইরবোই নিংলম্মী - নত্রেদো-হাইবগুম্না মাগীনি হাইনা মাগী থম্মোইগা ফক্লাং মরিদুগী থম্মোইগা তোঙান-তোঙানবা পোৎনি হাইনা খল্লম্মী।

মাগীনি হাইনা লৈজরম্বদু ঐগী ওইদ্রে হাইরকপদা রণজিৎকী পুক্নিংদু নুংদুম য়ানব-গুম্না পুবা-থাংবা ঙমদবমখৈ লুমখরে। থম্মোইগী ৱা মতাং লাক্লবদি ফনা জ্ঞান তাদুনসু মীওইবা হাইবসি পংথবা ঙাক্তনি।

ঙসিদি রণজিৎসু অসুম অসুম খন্থরকপা অদুনা মপাগা মমাগবু ফংলরোইদরা হাইনা খল্লকলে। মেঘচন্দ্রনা কনানো মাগী-ৱাখল অসিনি মাবু ওৎলম্লীবা। মেঘচন্দ্রবু মানা নহালমখৈ ওইহল্লক্লিবা অদু ওইবা য়াদ্রবনিকো হাইনা খনবা হৌরকলে। মাগী মফমদা মেঘচন্দ্রনা অপোকপা মপা ওইজরকপনি। অদুবু করি অতোপ্পা ওইগনি হাইবগী নুংনাংবনা তাইবংপাল পুম্নমক মাগী মমিৎতা পুম্মম মমখরে।

মতৌ অসুম লৈরিঙৈদা রাধানা মচাগী মনাক্তা হরাও-হরাও চাক চাররো হাইদুনা চংশিল্লক্লম্মী। মচা চিন্তা পুদুনা লৈরম্বা শক্তু উবদা হংলম্মী -

করি তৌরবগে নংবু, নশা ঙমদরা, ইতুক-তুকথরদুনা লৈরিবু ?

মমারোমদা মমাই থাঙ্গৎলদুনা ইতুক-তুকথনা হাইরকই -

ইমা, ৱা অমতা হাইগে।

করিনো, হাইয়ু।

ইমাখোই পাজিখোই খংদ্রা, ঙসি পুরীতনা হাওবম মচা রণজিৎ হাইনা শোনখিবদো করিগীনো ? ঐবু ইপা-ইমা লৈজদবা পীতৎ-পাতৎপা হাইদুরা। য়াম্না তোল্লবা কনা লৈত্রবরা? ৱারি অচুম্বা করি লৈবগে ? ইমা হাইয়ুগবা নচাদা।

মানা ঙাংবা হৌবদগী রাধাদু কপ্পা হৌরম্নবনি, মখোনদনি থোক্তবা। মচানা হংবদুদা মহাকসু খুমদবা য়াদবনা খুম্নকই -

ইমাগী ইবুংঙো, নং ঐখোইগী অপোকপা ইচা নত্তে, অয়োকপা ইচানি।

অদুদি কনানো ঐবু পোকপা পম্নৌ পল্লেমদি?

রাধাদি কপ্পনা হাকমনখ্রদুনা ৱা ঙাংবা ঙম্রমদে। মমাগী মতৌদু উবদা মাসু হিক-হিক কপ্পম্মী। মখোইনিনা কপ্পা মখোলদু তারগা মেঘচন্দ্রনা চংশল্লক্তুনা য়েংলরে অদুগা হংলকই-

করি তৌরবগে নমা-নচানা তৌরিসিবো ?

রাধাদি অদুম কপ্পম্মী। মসিগী ৱারিসি মচিন-মরৈনা পম্বোকপদি লাইরদুনা মপুকতা চুম্না খঞ্জবফাওবা ঙম্রমদে - কীবনা থক-থক নিক্লম্মী - মচা পাম্মুবদো মীনা মুনখিগনি মতাগুম।

রণজিৎনা মপাগী ৱা তাবদুদা খুম্লম্মী —

পাজি, ঐবু পাজিখোইনা পোকপা নত্তরা ?

ইবুংঙো, থাঙ্গেশেংবনি, ঐখোই নংবু পোকপা নপা-নমা অমতা নত্তে, নংনা পিশক পিক্লিঙৈদা নুংদাং অমা খুল্লকপনি।

ঐবু পোকপা ইমা-ইপানা হুন্দোকলমগদরা?

মদু ইপাদি থাজদে । মচা নুংশিখ্রবা অসিবু ইরাই-লাইনা লমহাং-লমজাওদা হুন্দোকপা ঙম্বা হৌনদে। কনাগুম্বা অমনা তৌরম্বসু য়াই।

পাজিদি মদুগী মরম অমতা খংদবা ?

ইপাদি নংবু পোকপা পল্লেম-পম্বৌগী মরি-মখোং অমতা খংদে। ঐনা খংবা হাইববু নংবু ইপানা নমাগনা খুল্লকই অসিদনি। ঙসিফাওবা কনামতনা নংবু মচানি হাইদুনা হাইরবা লৈতে। মফম ইখং-খংহৌদবমখৈ নহাল চিঠি অমা থুংলৈ। নমানা মদু পাজিগী চেনি হাইদুনা লোৎশনখিবদুনি। মদুদদা ঐখোইসু খংই নংবু হাওবম মচানি হাইনা। ইপানা খনবদি, নংবু খংবা অমদি নংগী মরিমতা নত্রগা নপা-নমামক লৈরমখিগদরা নিংই। অদুবু ইপানা থিবা খংগদরা খংদে।

মথৱাই ৱারম্বদু অমুক হেনজিল্লক্লে, করিনা হৌজিক্তি চাননা খংলে মহাক রাধাগী মচা নত্তে হাইবা। অদুগা অমুকসু-থিবা খংগদরা খংদে হাইনা মেঘচন্দ্রনা মমৈদা হাইবা তাবদুদা অমুক হেন্না পাখৎখরে। মহাকনা মপাগা মমাগবু নুংশিরক্তুনা রাধাগা মেঘচন্দ্রগবু থাদোকনিংলমদে। মপা-মমা অপোকপদি শকসু খংহৌদে অদুগা পুন্সিচুপ্পা অয়োকপা মপা-মমাদবু মাগীদি লোইরবনি হাইনা লৈরম্মী।

মরমদুনা পাখৎমনখিদুনা রণজিৎনা অঙাংমচা অপিশক অমগুম্না কপ্লদুনা রাধাগা মেঘচন্দ্রগগী মখোং কোল্লদুনা হাইরকই -

অমা ওইরবসু অমা ওইরবসু নখোইনা ঐগী ইমা-ইপানি, ঐবু মতম পুম্নমক্তা থাদোকপিগনুকো, ইমাগা পাজিগনা।

অদুদগী মেঘচন্দ্র মতৈ-মনাও অনিনা অয়োকপা রণজিৎপু মকোক্তা নাল্লদুনা হাইরকই-

মপোকসিমগী নং ঐখোইগীনি, ঐখোয় নংগীনি।

৮

রণজিৎনা মেঘচন্দ্রগা রাধাগবু মপা-মমা তশেংবা নত্তে খংনমক মখোইনা মাবু মচানি হান্নগী মতৌগুম্না লৈগনি হাইবদুনা মথৱাই অৱাবা কোক্লকলে। মপা লৈতে হাইরম্বা মমা লৈতে খল্লম্বা ৱাখল অদু মাংখ্রে - নোংজুথাদা নোংনা কন্না মংখিদুনা পুম্নম মম্নম্বা অতিয়াদা ইখং খংহৌদনা কোরৌহনবা নুমিৎনা ফুং ঙাম্নোকলকপগুম।

মপা-মমা অপোকপশিংগী মখোং-মরি খিনিংবগী ৱাখলদি থম্বু থমখ্রদুনা মখোই লৈরমখিনি হাইবা ৱাখলদু ফাওবা খনজনিংলমদরে।

অদুবু !!

মতমগী খুজিলদি মীনা খংবা ঙম্বা পোৎনত্তে। মতমগী খোংলৈ লৈরকপগা লোইন-লোইননা মী পুম্নমক অমগা অমগা ঙাংনরকপা হৌরকলে - রণজিৎ অসি মপা মমা মশক খংদবা খুল্লকপা অঙাংনি, রাধাগা মেঘচন্দ্রগনা য়োকপনি হাইনা। নাকোং অমদগী নাকোং অমা য়ৌনরম্মী। অখংবা অহলশিংসু কাউরুবগুম লৈরুবদগী ময়াম্না ঙাংনবদু য়াওরকলে। চুম্মি, হাইনরকলে।

রনাজিৎতি ময়াম্না মুশুক মুশুক ঙাংনবসি তারগা করিসু নাচুংবিরমদে। মাগী অওইবা ৱা ঙাংনজবতনি। মাগী হাইববু রাধাগা মেঘচন্দ্রগা অনিদবু থানদ্রগা লোইরে। অদুনা অদুম তুমিন লৈরম্মী।

কনানো মসিদা মথৱাই শোক্লন্নিবদি ? রণজিৎকী মকুবোক কৃষ্ণচন্দ্রনি। মহাক্তি ফম্না-ইবা অঙথা ওইরন্নিবনি। লৈবাক্কী অচৌ-অশাং মরক্তা য়াওজরিবনি। মতম লৈবা খিবিক্তা চাওথোকনিংবা নিপা অমসু ওইজরিবনি। মাগী মমাকনিপানবু মখোং-মরি মশক খংদবা নিপা ওইর্বদি মহাক পামজদে। জাৎনাইদবা মৈতৈরা পাঙ্গলরা অদুসু খংদে।

মহাক্না খল্লম্বদি মেঘচন্দ্রমক্না পোকপা মচানি হাইনা খল্লম্বনি। পীতৎ-পাতৎপা মচা অমবু মচা পোকপা ফংজদ্রবা মতৈ-মনাওনা মখোইমক্কী মচানি হাইদুনা তৌবদু মঙোম্দা লৌনম তৌবনি হাইনসু খল্লকলে। মদুগীদমক লাকচৈদা হাইনা তকশি শোল্লক্রে।

হে অকাওবা কৌবা লাই ! মেঘচন্দ্রনা অঙাং অমা খুন্দুনা য়োকখি হাইবদু কৃষ্ণচন্দ্রনা ইলাই-লাইনা কাউখিদো হৌজিক্তা নিংশিংলক্রে। অদুগা অঙাংদুদি মনাওনিপানা হাৎখিবা হাওবম নিতাইনা পোকপনি হাইবদু খংলমদে।

অঙাংদু হুন্দোকপা কালদা কদাইদা হুন্দোকখি হাইবফাওবা হাইরম্বা নংদবম্বখে মনাওনিপাদি থম্বালগী মখুত্তা য়াইবী-থৱাই মাংথোকখ্রে। খুনবা মতমদা খুল্লিবা মী মেঘচন্দ্র অসিবু তশেংনা খংবা লৈখিদে।

অসুম্না অকাও-লাংদা থুদুনা কৃষ্ণচন্দ্র অদু রণজিৎপু মশক খংলমদে। মহাক্না তৌরম্ববু পাখৎমনখিদুনা নুংঙাইমন্দবনা রণজিৎতু লাইগ্রম মচা নত্তে হাইবদি করমনা খংই হাইবা ফাওবা মেঘচন্দ্রদসু রণজিৎতসু হংগে হাইবা লৈতে। মদু হংলবদি হাওবম মচানি হাইবা খম্ববা ঙম্নমগদবনি। অদুমক্তবু তৌবা লৈখিদরে অকাউ-লাই চুখিবনা ।

চাবা থকপা তুম্বা হিপ্পা করিমতা চংলমদ্রে। মহাক্তি চারে রণজিৎকী ৱা, তুমলে রণজিৎকী মং, কোইরে মমাকনিপা হৌরকফম খংদবগী ৱাদ ঙাং-শক্তুনা মরৈরম্মী। মাগুম্বগী মম্মাক্কবু শকনাইদবা জাৎনাইদবা ওইবদি - অসিতনা মাগী চাওথোকচনিংবা চাউজবা মপু-ক্লিংদুদা বজ্র-শিংজং তাবগুম শোকখরে।

মথৰাই -ৰামনখিবনা অদুগা চাদ-থক্তবনা দেহে অদু পুবা য়ারক্রদুনা লোংমদি কুম্বরে। মহাক নাদুনা লৈরে হাইবা তারদুনা রণজিৎকা মণিগা অনাবা হংবা চৎখিরম্মী। মখোই হেক থুংবদা কৃষ্ণচন্দ্রনা মচানুপী মণিবু কোল্লদুনা কপ্পা কপ্পা হাইরম্মী -

ইপাগী ইবেম্মা, লাইবকথিবী ইচা লাক্লবরা? ইপা লাক্লেকো, ইপাবু নং-ৰারৌগনুকো।

অসি হাইরগা মঙ্কাকনিপারোমদা ওনশন্দুনা হাইরকই- ইবুংঙো রণজিৎ, নং অসি নশক ফজে য়েংবদা অশোইবা অমতা য়াওদে, অদুগা লৈবাক্কীসু চাওরবা অঙৱা অমা ওইরি। অদুবু ইবুংঙো, অহল-লমন মশক খংদবনা নংবু মৈতৈরা পাঙল্লা চিংনবনা ইকুদি য়াম্না ৰারে।

মাগী ৰাসি তারগা রণজিৎনা কপ্পা-কপ্পদুনা হাইরকই -

ইকুবোকপু, ঐনা মণিবু মফম খংদ্রবা মপান নাইদ্রবা ইপাক -ইয়াই অমদা পুবি। করম্বা মতমদা অৱাবসি কোক্লগবা হাইনা ঐসু হোৎনরকলি। ঐহাক হাও- পাঙলমক্তি নত্তবামাল্লে হাইনা পাজিগা ইমাগগী মচিন্দ থোকলি। অদুমকপু ইকুবোকনা অদুক থৱাই শোকপিরবদি ঐগী তাংদাংবা অমা খংনবা খিজনি।

মপুরোইবগা মপাগগী ঙাংনরিবা ৰাদু তারগা মণিনা নোক্ল নোক্লদুনা খুল্লকই।

পাজিনা করিগী ৰারিবনো ? পাজিখোই ইমাখোইগীদি করিসু মাংবা লৈতে। ঐগীদা মাংজবনি। অদুবু ঐহাক্কা অমাংবা নত্তে অতোংবনি হাইনা খনবা ঙমলিবা মখৈ কবিগী ৰাফম থোকপগে ?

অদুদগী মণিনা মপুরোইবা রোমদা ওনশল্লগা অমুক থেমজল্লকই—ইবুংঙো, করিগীনো অদুক ৰানা পারি-পুবি থিবিগে হাইববু। ইবুংঙোগী চাওবা পবিচয অমা ঐ খংই, মদুদি ইবুংঙো মীনিনে, নহাক ঐহাক্কী ইফমদা দেবতানি -ঐগী পুন্সি অসিগী হিনাওশাবনি

মণিগী ৰাদু তারগা কৃষ্ণচন্দ্রনা খুল্লমই

ইবেম্মা, লৈবাক্কী চৎনবি হাইবা অমা লৈ। মীনা ইপাবু করিনি হাইনি ?

পাজি, চৎনবী হাইবসি মীওইবা ঐখোইগী খুৎশেমনি- লাইশেম নত্তে। ঐখোই ঐখোইগী ফীভম মতুং ইন্না চৎপা হাইবদুনি। চৎনবী কীবনা থৱাই ৰানবগী মবম নত্তনা কবিসু ওইবা য়ারোই।

ৰা ঙাংনরিবা মখোই অহমগী খ্বাইদগী নহা ওইরিবা মণিনা খ্বাইদগী শিংবা ৰা হাইবদুদা অহল ওইরবা কৃষ্ণচন্দ্র অদুগা লাইরিক হৈবা, লৈবাক্কী হৈ- শিংলবা বিচারপতি বণজিৎ - অনিমক ৰা ঙাংফম খংলমদ্রে, তুমিন তুমিন লৈরমলে।

অদুদগী মণিগী মমা পদ্মানা হাইরম্মী -

ইচানা হাইরিবা অচুম্বনি। করি কান্ননি ঐখোইনা ৰারুদুনা। রণজিৎনা মতিক চাদবা নিপানি হাইবসু নত্তে। মাগুম্বা মফম-মরাং খংদবা কযানা জগৎকী শিংথানবদা য়াওবা মী ওইরি।

নুপীগী ৰাদু তারগা কৃষ্ণচন্দ্রনা তপ্পা তপ্পা হাইরকই-

ইচানা হাইরিবসি চুম্মী। অদুবু-তশেংবা অমা খংবদি ফৈদনা মীগী মমাংদা চোপতেদনা। মীনোক চংবা হাইবসি ফত্তেদা! ফরে, হৌজিক্তি নখোইনি যুম হল্লো। ইপাসু পুক্লিং খরা হংলে। নাবা ফরগনি হাইনা নিংলে।

অদুদগী রনজিৎকা মণিগসু অহল-লমন খুরুম্লগা ময়ুম হল্লকলে। কৃষ্ণচন্দসু পোত্থাদুনা লৈহৌরে।

৯

রনজিৎকা মণিগা ময়ুম য়ৌরবদা রাধানা হংলম্মী -

অনাবদি করম তৌহৌরে, করি ওইনা নাই ?

মণিদি হাইবা হঙ্গোইরম্মী। মদু খংদুনা রণজিৎনা খুম্মকই -

অতৈ করিসু নত্তে ইমা, ঐগী মরমগী নুংঙাইতবদগী নারিবনি।

মচাগী বাদু তাবদা পাখৎলদুনা রাধানা হাইরকই -

কবি হাইনা, নংগী মরিগী নুংঙাইতবা ? নংনা করি তৌরুদুনা ? মণি, ইবেম্মা, নংঙোন্দা রনজিৎনা করি তৌখ্রদুনা নংনা নয়ুমদা পাও তম্নুরিবরা ?

রাধাগী পাখৎপদু উবদা মণিদি বা খুম্বরা হাইববু কীবনা মহাকশু থক্-থক্ নিক্লম্মী। রণজিৎনা নোক্ল-নোক্লদুনা মখোইনিবু তপথহন্নবা মমাদা হাইরকই-

ইমা, ঐনা করিসু তৌদে, মণিসু করিমতা তম্মুবা লৈতে। ইকুবোক্কা ঐ অসি কনানো শক খংদবদুদা মণিবু কনাদা পিরিবনো হাইনা খনবদগীনি।

রাধানা বাদু লোইনা ভাব তারমদ্রে, অদুনা অমুক্সু হংলকই-নংবু কনানো শক খংদবা হাইবদি ইবুংঙো ?

ঐ অসি লাইশ্রম মচা নত্তে হাইবদি থাঙ্গে শেংলে, অদুগা মৈতৈবা হাওরা হাইবদি ময়েক শেংদ্রি। অদুননি শক খংদবা হাইবদি ইমা।

বাধানা তুমিন্না নুংশাম্বব মপী অমা হোল্লগা হাইরম্মী- উম, খংলে। মণিদি করি হাইবি?

বণজিৎনা খুমগে তৌবদা তৌরকপদা মণিনা মাগী বা হংলিবনি হাইদুনা মখোন নিক্লা নিক্লা খুম্লকই -

অখোক, ঐনা করি হাইনি? ঐগীদি ইপুরোইবনিনা- চণ্ডাল, হবি, নাপেত ওইগে ওইসনু, ঐগীদি লাইনি, লাৎনফমনি-নিংনফমনি।

মাগী পাওখুম তাবদা রাধাগী থবাই নুংঙাইরম্মী। মপান নাইদনা পেল্লমলে মহাক। মাগী থনুংদা ফুং লাওনা হৌরকপা ইথক্তু মপান থুনা খোকখিরম্বা মরম্না অসুম্না হাইবকই -

সতীদনা অদুম্না হাইবা লেম্মী। সতী নংবু ইমৌ ওইনা ফংজবদি নহাল মপোক কয়ারক্তা ইনেম্না কর্ম্ম ফরকপননি। লাইবক ফৈদা ঐহাকসে, ইনেমগী ইবেম্মা।

অসি হাইরগা মচারোমদা মিৎয়েং অমা তৌনা য়েংলম্মী। মদুগী হাইরিবা অর্থদি মমৌনুপীবু করিগুম্বা মরম অমগীদমক থাদোকপা য়াদে হাইবগী ইঙ্গিত তৌবগুম্বা অর্থনি।

বনজিৎসু অহোই হাইবগুম্না মমাই মাইথোং অদুদা হাইফেৎ উৎলম্লগা ইমুংদা চংখিরম্মী। মণিসু মপুরোইবা চংখিবদুদা থৌনা ফনা মনেম্বোক থাদোক্তুনা অদুম ইমুংদা চংখিরম্মী। রাধানা মাঙ্গোন্দা ফমদুনা বাখলগী ইপাক্তা তাউদুনা লৈহৌই।

লাইরবনা শেল ফংনিংই। ফংদ্রিঙৈদা ফংনবা হাইদুনা বাই, ফংলগা অদু মাংদনবা করি তৌগদগে হাইনা বাখল পোকপা হৌই। হরান-চিঙ্বিবা কয়া লাকই, অদুদগী ইফোং-ফোংনা লৌগে পিয়ু হাইরগা লৌবা মীসু কয়া লাকই। মখোই ময়ামদুদগী নাম্বোক্লবা হাইদুনা লাইররিঙৈ মতমদা ঙাংলক-শরুক্তুবা মীনম-শোরিবা কয়া ঙাংই, মপান নাইদে। খোংকাপ অমতং কানখোরকপদা হাম্বনা লোল্লম্লবা খোং লুক্ অদু লোল্লমদ্রিবরা কবিনো হাইনা

পুক্লিংদা চিংনবা হৌই। অহিং নুংখিল অনিমক্তা মাগী শেল অদু কদাইদা করম্না মাবু থাদোক্লমগদগে হাইবগী চিংনবনা মপুক্লিং-খোইদৌ লৈতাবা হাইবদু ৱাখলি। লুনা তাঞ্জবা লুনা থমজবা পোৎমাংখিগনি হাইবগীদমক কয়ামুক মপান নাইদনা ৱাই।

মতৌ অসুম্না মচা কৌবা লন অদু লৈতদুনা লাইররবী ৱাধানা রণজিৎপু ফংজরে। ফংলকপা মতমদা মাগী ওইদুনতা লৈগদৌবোই নিংই। অদুবু হৌজিক্তি ৱা অমা অমা তারকপদগী মাগী ফীজিগী লন ওইজরিবা রণজিৎপু করম্বা মতমদা মখুত্তগী শৎখিগদগে হাইনা চিংনদুনা মতম লেন্দবা য়ারমদে।

ৱাধানা ৱাখল অমুক তৌই, অমুক হিক্ল-হিক্ল কপ্লি। মীনা মথৱাইগী লন মাংখরগা কপ্লি, মহাক্তা মাংখিগদরা হাইবগী-মাংদনবা করম হাইনা থমগদগে হাইনা খনবদগী কপ্লি। মকপ অনিসি কপ্পা মতম তিম্নদ্রবসু মরমদি অমতনি।

মমানা কপ্পদু তারগা রণজিৎনা মথৱাই নুংঙাইমনখিদ্রদুনা থোরক্তুনা মমাগী মনাক্তা খুক-খুদক কুপ্লদুনা মমিত্তা মপি শিহ্নদুনা হাইরকই-

ইমা, করিগী কপ্লি? নচাবু শোকই হাইদুনা কপ্লিবরা? ঐঙোন্দা কনামতনা করিসু তৌদে।

মপী তৈথোক তৈথোক্লা ৱাধানা মচাদা হাইরম্মী -

ইমাই-বুংঙো, নংবু মীনা করি তৌই হাইদুনা কপ্পা নত্তে । নংবু ........

অসি হাইরগা খক পল্লি, মথা তাথবা ঙম্রমদে। মাগী মবুকনিংদা লৈরিবদু হাইদোক্লগা মচাগী থৱাই ৱাখিগদরা হাইনা খল্লম্মী। হাইদোক্লগে খল্লি, মচা নুংশিবগী মফমদা ৱা লোৎপা হৌনদে নিংই। অদুবু অমুক অমুক কিবনা থক-থক নিক্লম্মী। মানদি মচাগী মফমদা থুপ্পা হৌনদে হাইনা তৌবগা ৱা অদুনা মচাগী মেংলে হাইনা মমা ওইরিবী মানা খনজবা অদুগুম্না মচাগী থম্মোইদা তাশোন্না থিব্বগুম তৌখ্রবদি হাইনা অমুকসু খল্লি। মিকুপ-মিকুপ্তা ৱাখল ময়ামসি অমগী মথংদা অমা পোক্লত্তুনা বাধাগী থম্মোই অদু সুরু-সুরু নৈহৎলম্মী।

মচাগী মাইকৈরোমদা অমুক য়েং-অমুক কুইনা য়েংবা ঙমদদুনা মমাই লুকথবম্মী।

মমাগী কোইচেল কোইচেল চেনবা মাইথোং অদু উরগা রণজিৎকী নুংঙাইতবা লাং তক্লবা অমুক হেল্লম্মী। মমানা কপ্লিবা করিগীনো হাইবা মুম্না অদুগা থুনা খংনিংলম্মী। অদুবু মমাগী মতৌদু উবদা ইমা হাইরো হাইনা পাক্-পাক্ হাইবসু ঙম্রমদে। মমাগী মিৎলু অনিদগী শিম্বরকপা পী-ইরা অদু উরগা মাগী মিৎলুদসু তুবেলগী ইহৌরকপগুম মপী মতুম মতুম তারম্মী। মপী মতুম অমমমবু মমানা মুক্তা মতুম ওইনা নিংলম্মী।

মমা-মচা অনিগী মতৌ অসি উবদা নুং ফাওবা মহী চেন্দবা ঙম্রি খন্দে। রণজিৎনা ঙাইহাক লৈরগা হাইরম্মী-

ইমা, হাইযুগবা, নপুক্লিং লোইনা তেংথোকউবা। করিগী হাইনিংদ্রিবনো? নংনা ৱারগা ইমা নচাদি থোইনা ৱারে।

মচাগী ৱাহৈ অসি তাবগা মচাগী মাইকৈরোমদা শংত্রিক-শংনা ৱাধানা য়েংলম্মী। শংতোকমনখিবনা মচা ফাওবা উরমদরে। মপান্দা করি থোকলি হাইবফাওবা খংলমদরে, থৱাই য়াওদবা হকচাংগুম যাদু-মন্ত্র অমনা উচুক অমা খিনবগুম ইলেং-লেংদনা লৈরম্মী। মদুম তৌদ্রিঙৈগী মমাংদা মশা পুম্বদু থক্-থক্ নিক্লম্মী। অয়েংবা মীগী মমিত্তা করিসু ওইনা উদ্রবসু

রাধাগী মশাদদি য়ুহরাবদা পৃথিবী অসি থোক-থোক লাউনা য়াম্না বন্না নিকপগুম নিক্লম্মী। অদুদগী খংলেপ লেপখিবদুনা মপুক্লিংগা মপানগী করিমতগা মরি লৈনরমদ্রে।

মমাগী মতৌদু উবদা রণজিৎঙাইহাক শংত্রিক য়েংলম্লগা মশাঁ পাইদুনা ইমা-ইমা হাইনা নোম্লক্লে। অদুদগী বাম্বরুবদগী হৌগৎলকপগুম তঙক-তঙক য়েংদুনা লৈরম্মী। রণজিৎনা হাইরকই -

ইমা নংনা ঙসি তৌরিবা মতৌসি করিনো, ঐবু হাইফম খংদ্রেনে ইমা! নচাদা শেংনা হাইয়ুবা।

জ্ঞান মাংলুরবা রাধাদু মপুকতা থৌনা অমা ফংলক্লে। মানা বারগা মচাসু বাগনি নিংলকলে । মচাগীদমক মাগী অবাবা কোঙ্গাই আ ঃ থাপ্না হুন্দোকখরগে খল্লকই।
কংশল্লবা চিবান অনিদুদা মোমোন মচা অমা তৌরম্মী। মম্না শুক্লবা অহিংদা মফম খংহৌদবমখৈ থাবল ফরকপগুম্বনি । মহাক রণজিৎকীদমক শিনিংলম্বনি হৌজিক্তি রণজিৎকীদমক হিংনিংলকলে, অদুম খল্লক্তুনা মানা হাইরকই।

ইমাগী রনজিৎ! ইমানা শেরান্নবা খল্লুরে! নংবু ঐগী ফীজিদগী কিসি লৌথোক্তুনা কনাগুম্বা অমনা পুখিদরা খল্লুরে - অদু কীবদগী কল্লনিনে ইমানা।

মমাগী পুকচেল খংলদুনা রণজিৎনা মমাগী মন্দাকিনীগী ইচেলগুম্না চেম্বরক্লিবা মপী অদু খক্লবা হাইদুনা হাইরকই -

ইমাবু থাদোক্তুনা কদাই চৎলুনি, করিনো অঙাওবীদৌনা লোল্লিবসিবো? শিদ্রিফাওবা ইম্য, ঐ নংগীনি।

মমা-মচানা অদুম্না তেংথা-নাওইনরিঙৈগী মতমদা হাওতোম্বীসু লাক্লম্মী। মনমদা শম অমা পোরকই। মানা পরপ-পরপ চংলদুনা হাইরম্মী -

করি তৌরে ইবেম্মা রাধা নংনা অসুক য়াম্না কপ্লিববু হায়বা, ইবুংঙো, নমা-নচা অনিমক কপ্লিবরা? নমা-নচাবু করি নুংঙাইতবা য়াওরবগে ?

মমা-মচা মশেল নুংশিনজবগী বাদু অতোপ্পা অমদা শারুদুনা কান্নদে হাইবা খংই। অদুবু রাধানা হাওতোম্বীবু মখোইগী ইমুং-মনুংগুম লৌই, মানসু মদুগী মতিক-থোকপা নুংশিবা মতৌনা বা হংলকই। মরমদুনা তুমিন্না লৈথোকপা ঙম্ন-মদে রাধাদু। অদুনা রাধানা অসুম্না হাইরকই -

ইচে তোম্বী, নচা রণজিৎ অসি ঐখোয়না পোকচবা নত্তেদো। অসুক কুইরক্লবসি নন্দ-যশোদানা মপারি কৃষ্ণ য়োকপগুম লুনা তৌজরক্লবা ইচানি। অদুবু কনানা খংগনি - দেবকী বসুদেব থোরক্তুনা যশোমতীগী কোকথক্তা বজ্র তাখিবগুম ঐগী ইরাইবক্তসু থোক্লবদি? য়াম্না চিংনরে ইচে ঐদি। রণজিৎ চৎখিগদ্রা হাইবসিনা ঐগী থম্মোই অসি পুবা ঙমদে হাইনরম্রিবনি।

বা অসি হাইরগা রাধা মথবাই-মঙা য়াওনা অমুক রণজিৎ লোমদা য়েংলম্মী। মাগী মফমদদি তারানি-পানবগী থাজ মাল্লবা মাইথোং অদু য়েংবগী ওকপা নাইরমদে।

মতৌ অসি উবদা হাওতোম্বীনা নুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংলম্মী। মাসু নুংঙাইত্রদুনা শক হনজল্লগা রণজিৎতা হংলকই -

ইবুংঙো, নমানা চিংনরিবসিদি নংনা কোকহনবা ইলাই-লাইনা ঙম্মী। অদুবু পল্লেম-পম্ভৌ অপোকপনা কল্লি হাইরিবরা ?

হাইরোই, ইমা তোম্বী। ঙসাইদগী ইমাদা মদু হাইদুনা লাক্লিবনি।

অদুবু ইবুংঙো, মখোইনা নংবু পুদ্রবদি লৈবা ঙস্মোই হাইরবদি করম তৌগনি?

ইমা তোম্বী, জগৎপুষনা অমতা ওইখ্রবসু ইমাবু থাদোক্লুনা ঐহাক শিদ্রিবা ফাওবা কদাইদসু চৎলোই।

নুংশিদা, নব্রাহে তাবদা, ইবুংঙো!

অদুদগী হাওতোম্বীনা রাধারোমদা ওনশন্দুনা অমুক হাইরকই -

ইবেম্মা, ব্রারনু করি তৌনি? নং ঐনা তম্বা ঙম্বা নত্তে। নচানা নংবু শিবফাওবা থাদোকপা ঙমলোই!

মখোইনিগী ব্রা তাবদা রাধাদু মীপাইবদি য়াম্না হম্বরম্রে। অদুম্নদি ওইরগা মবুক্লিংগী চিংনবদি কোক্তবনা হাইরকই -

ইচে, রনজিৎনা ঐবু থাদোক্কনি হাইবগী চিংনবা নত্তেনে, মাবু চিংদুনা পুথিনি হাইবগী খনবনিনে।

রাধাগী চোইরোল অদু তাবা ওক্রদুনা হাওতোম্বীনা হাইরকই -

ইবেম্মা রাধা, নংনা অদুক য়াম্না চিংনরিববু করিগীনো ?

চহি কুল্লোম অসিগী মনুংদা নচানসু মতিক চারবা মী অমা ওইরদুনা লৈরবা অসিফাওবা থোরক্রুবা মমা-মপাদুনা হৌজিক অমুক কদাইদগী থোরক্কদৌরিবনো? তানিংদেদা নং অসিনা তৌজ-শাববু! তৌবগীবুদি নচা নুংশিজবগী ময়ায়না ঙাওরদুনা মতৌবা-অদুগা ঐখোয়না অসুম খনবদদি মহাকপু পোকপা পলেম-পদৌদি থোরক্কনি হাইবা হন্দক মপোক অসিদা থাজদেকো। মরি-মতানা খংবা য়াওরম্রগা অদুক লাক্কদবা হাইদু মঙাইরে। মখোইনবুদি করি তৌজবা ঙমগবনো!

মমাবু থেমজন্নবা হাওতোম্বীনা ঙাংলকপা ব্রাহে ময়ামসি তারগা রণজিৎনা মখব্রাই খরা নুংঙাইরম্মী। অসুম্না হাওতোম্বীদা হাইরকই -

ঐবু খংবা মরিমতা কনাসু লৈরম্ররোই। লৈরবসু ঐবু কনানা মুনবা ঙম্রগদগে?

মাগী ব্রাসি তারগা হাওতোম্বীনা মবুক্লিংদা নোক্লিংলম্মী। অদুগা মমা অয়োকপীবু নুংশিরিবদুগী খল্লুরগসু রণজিৎপু হাওতোম্বীনা নুংশিরম্মী। নোক্লিংঙি হাইদুনা পাক নোকথোকপসু য়াদবনা অদুগা থনুংদগী হৌরকপা নোক্লিংবগী ইহুন অদুসু পুমথিং-থিংবা ঙমদবনা নোকমি নোকমি তৌরদুনা হাওতোম্বীনা অসুম্না হাইরম্মী -

লৈবাক্কী বিচারপতিসু নহাক্লি। নংগী নফমদা কনানা করি তৌজরগনি ?

খংদ্রেদা ইমা!

মতৌ অসুম তৌদুনা মখোই অহুম ঙাংনরগা রণজিৎতু ইমুংদা চংখ্রে। ফমুংদা ফমদুনা চুরুপ অমা চিংলদুনা ব্রাখল তৌরম্মী।

হাওতোম্বীসু ব্রারুনু, দেহে মম্নবনি হাইরম্রগা চৎখ্রে।

রাধাদি ?

কপ্পমথৈ কপ্পগা ইমুংদা চংখিরম্মী।

## তরা

রণজিৎ অদু নুমিৎ মরি-মঙানি লৈরগা মপা-মমা মশক খংনবা থৌরাং হৌরকলে। মহাক করিমতা মপা-মমাগী মরি-মথোং খিজন্নিংলমদবনি। খিনিংদবসি রাধাখোইগা থাদোক্লগনি হাইবগী ওাকসু নত্তে অদুগা মহাকমক্লা মপা-মমা অপোকপশিংদুবু শুকনুংমক নুংশিদবগী ৱাসু নত্তে। অসুম চুম্না খিরুদুনা ফংগনি শোইররোই হাইবসু ঙমদবা থবক অদুগীদমক মানা অদুক থৌ-ৱা শাজদবদনি। অপোকপা মমা-মপাবু নুংশিবা হৈত্রবদি করম্না অয়োকপা মমা-মপাবু নুংশিবা হৈগদৌরিবা ?

মহাক্কীদমক মকুবোক্লা চিংনরিবা অসিসু মরু ওইবা মরমনি। মপুরোইবা-নিংবী সতী মণিবু শেন্দ-কাইনহনবা ঙমদবগীদমক কৃষ্ণচন্দ্রনা ৱারিবা অদুগা রণজিৎনা নচা লৌজখরো হাইনা পিথোক্কে হাইরবসু শিৎথোকখ্রবা তিন হনজনবা য়াদবগুম য়াদবা - মরম ময়াম অসিনা রণজিৎ অদু মাবু পোকপা পলেম-পহৌগী মথোং-মরি খিবা হৌবনি।

মহাক হাওরা-পাঙল্লা মশক খংনিংলম্রে।

মরম অসি মমা রাধাদা হাইরম্মী। তৌইগুম্বসুং রাধানা ৱাবা হেল্লম্মী।

মবুক্লিংদা থাজরম্মী- শোইদনা রণজিৎকী মমা-মপা খোরক্লবদি মাবু পুগে হাইগনি। অদুদা মহাক কপ্পা নত্তনা করিসু তৌফম লৈরোই হাইবা রাধানা তরংনা খংজে।

অদুবু রাধানা রনজিৎতা মপা-মমা খিবদু তৌরুগনু হাইবসু ঙম্রমদে। হাইরুরগা মদুনা হেন্না ৱাবা ওইগনি, করিনা নুংশিখ্রবা মচাগী নিংবা খিংবদি মাগী থম্মোইনা ঙম্রমদে। অসুম নুং অনিগী মরক্তা হা ওন্দুনা রাধাসু কপ্পতনা পাম্বৈ ওইরম্মী।

নিতিমক্কী রণজিৎনা য়ুম হনজিল্লকপদা মমা রাধাগা মণিগনা করি পাও তারকপগে হাইনা ৱা হংলম্মী।

মহাক্লা পলেম-পহৌগী পাও তারকপগে হাইনা ৱা হংলম্মী। মহাক্লা পলেম-পহৌগী থোঙ্গুল লীবদু ফংগদৌবগুম আশা লৈনা পাও-তম্বা নুমিৎতদি পাও অদুনা রাধাগী মফমদদি বজ্র-শিংজং তারকপগুম থোক্লম্মী। অদুগা মণিদি নুংঙাইরম্মী, করিনা মহাক্তি মনেম্লোক রাধানা চিংনরিবদুম্না চিংনরমদে।

মেঘচন্দ্রদি ?

মহাক্তি নিপানিনা খাংবা ঙম্রম্মী। লাইনা নোংদম্বা অমা তম্রকপা হাইবদুনি হাইনা খন্দোকপা ঙম্রম্মী। মবুক্লিংদদমক ৱাজরবসু অদুক য়াম্না রাধাগুম্না মখোল থোক্লমদে। পাওদি অদুম তারম্মী।

নোংমগী কৌরৌ শিংবুম অমতা পাও হংবা রাধাদি লেপ্পমদে। ৱারবসু মতমসিদগী হৌদুনা রণজিৎকী মনাক্তা কপ-লাওবদি তোক্লমলে। মরম অদুনা রণজিৎসু থৌনা ফনা মরম খংলকপা পুম্নমক অমতা চিৎথদবমখৈ মমাদা তম্রম্মী। রাধানা মচাগী মমাংদা কপ-লাউবা তোকলে হাইবগী ওাকসু নত্তে, মমাগী মফমদা করিগুম্বা অমতা থুপচনিংলমদে।

কৃষ্ণচন্দ্রগা পদ্মাগনা করম তৌরম্মী? মমাকনিপানা মাগী হৌরকফম খংনবা খিরি তাবদা অৱা-নুংঙাই য়াম্লনা মাগী তুলসী পত্র কৎতুনা বর নিরকলে। হন্দক রণজিৎনা চৎলিবা থোংচৎ অসি মঙ্গল ওইহনবিয়ু হাইনা খুরুম্রম্মী। অহিং-নুংখিল পুংজা খুদিংমক্তা মথোইনিগী থনুংদগী থোরকপা খোঙ্গেল অদুনা কন্না শিৎ-হুম্বা নোংলৈ-নুংশিৎকা লোইননা মাইগৈ-শলাই শুনা চৎতুনা ভগবান-না লৈবা লমদম পাংলক্লে।

রণজিৎসু থরাই-হকচাং য়াওনা পারি-পুরি থিবা হৌরকলে। মাগী থবকসি পাংথোকহনবিয়ু হাইদুনা মথৱাই মঙামক ঈশ্বরদা কৎলম্মী।

অসোমদনা কমদৌরি অমুক ?

রাধাগা মেঘগা অনিনা করম্মো হাইনা থম্মোই থক্ থক্ নিকপমথে লাই নিংলম্মী। মথোইনা খল্লি - রণজিৎনা শোইদনা মথোইগী মনাক্তগী চৎথরগনি। মদু থোক্লবদি মহাক কাইনবগী মৈচাক খাংবা ৱাগনি, অদুনা মহাক্না পলেম-পম্বৌ থিবা ফংদ্রিঙৈগী মমাংদা লাই-খুয়া তানবা ফংজবা - অসিতা দিবানিশিদা খন্দুনা লৈরম্মী।

মথোই ময়াম্মক অসিগী চংজফমদি অমতনি। অমতা অদুনা কনাগী মাইকৈদা লেপ্পগনি হাইবা মথোই কনামতনা খংবা ঙম্বদি লাইরদুনা মং-ফাওবা মংলমদে।

ঙসি ফংগবরা মফংদা, হয়েং ফংগদরা মফংদা রনজিৎ অদু মপুক্লিংদি হনবা তৌরমদে। নোংম-নোংমগী থিবগী থবক অদু কনশিল্লক্রম্মী। ওফিসতগী ছুটি থা অমগী লৌরকলে।

মানা ঙমজবা লৌশিংসু পুথোকচরে, অদুগা চান্নবা মরুপ-মপাংশিংগী লৌবা য়াবা মতেং লৌরদুনা মমা-মপাগী মথোং-মরি থিবা হৌরকলে।

অসুম্না কন্না থিরবা ফাওবদা লংলা-লংজিল অমতা ফংথিদ্রদুনা লৈবদগী নুংথিল অমদি চাক-চাবা তোকপদগী ৱারদুনা পোখাগে হাইদুনা ফমুংদা চংখিরম্মী।

অসুম হিপ্পদগী থোক তুমথোকখিরম্মী। পুং অমরোম তুম্নবগী মতুংদা মমং অমা মংলম্মী। মং অদুদা কনানো নুপী-ওই করি-ওই তৌবা অমনা মঙোন্দা হাইরম্মী -

রণজিৎ, বিচার-বুদ্ধিনা লাইগী থৌরম-খংবা ঙম্বা নত্তে। অদুম ওইনমক ঈশ্বরনা লংজিল অমদি শোইদনা পিবিরগনি।

রণজিৎনা শোইরোইদরা হাইনা হংজগে তৌবদা মী অদু শ্বাই মাংথোকখরে। রণজিৎসু মীকপ খংথোক থোক্লম্মী।

অদুদগী হৌগৎলেগা রাধাদা হোৎচন্দুনা অফিং-অফাই হাইরম্মী -

ইমা, ইমা, মংদা হাইরম্মী - লাইনা লংজিন পিগনি হাইনা ।

মচানা নোক্ল-নোক্ল পাও তম্বদুদা মচাগী মথৱাই নুংঙাইবদু কাইহম্লিংদবা

মরম্না মচিনবান্দা মোমোন তৌনা তৌনা মচাগী পাও তম্বদু তারম্মী।

অদুম্না মমা-মচা অনিদু নোকমিন্নরিঙৈদা হাওতোম্বী লাক্তুনা হেক থুংলৈ। হৈনৌ অমুনবা অমা পিরদুনা হাইরকই -

হো ঃ অদুনিদনা ! ঐনা লাকপা মতমদা নখোইনা নোক্তুনা লৈরম্নবদি য়াম্না নুংঙাই। নমা-নচা করি ঙাংনরম্মী ?

রাধানা মোড়া অমা থারগা হাওতোম্বীদা ফম্মু হাইরম্মী। অদুদগী অসুম্না হংলকই -

কদাই চৎলুই ইচে নংদি ?

ঙসিদি নখোইবু উননিংবনা অসিদা লাকপনি। থবক করিসু লৈতে। চুম্না নখোইতবু উনিংবগীনি।

রাধানা অদুদগী মচানা মমংগী ৱা তম্নম্বদু হাওতোম্বীদা তম্নম্মী। অতে থোইদোকপা ৱা নত্তে মংগী ৱা ঙাংনরম্বনি হাইনা হাইরম্মী।

মমাগী ৱা লোইরগা রণজিৎনা হাওতোম্বীদা হাইরম্মী -

ইমা হাওতোম্বী, ঙসিদি লীলা য়েংলুসিদনা। করি থবক লৈ ? হোরেল অহিংদি ঐখোয়দা লেকখ্রো, নয়ুমদা চৎপা কিরবসু।

রণজিৎনা লীলাগী ৱা হাইবা তাবদা মণি অদু ইমুংদগী খোরক্তুনা হাইরম্মী -
অবোক তোম্বী, ঐখোইগী অবোকসু ঐসু চৎকনি, নংসু ঙসিদি চৎলুসি।

রাধাদো চৎচনিংদবনি। মচানা চৎলুসি হাইনা হাইবগীদমক চৎকে তৌরম্বনি। করিনা মহাক্কী মশাদা কুম্মৈ য়েংবদি লাইরদুনা চাবা থকপা ফাওবা চংদ্রবনি। অদুবু মচানা মথৱাই নুংঙাইখিদ্রবদি হাইবগীনে অদুগা মহাক্কী অৱাবদু মচাদা থোইনা খংহন্নিংদবগীনে চৎসি হাইবদা য়ারম্বনি। মমৌনা হাওতোম্বীদা ৱা হাইবা হেক লোইবগা অসুম্না রাধানা হাইরকই -

নখোইদি চৎসি হাইরি। অদুবু করি লীলানো তৌগদৌরিববু ?

রণজিৎনা অদুদগী খুম্লকই -

গৌরলীলানি !

করি মতাংনো শাম্নদৌরিবদি ?

রণজিৎনা মহাপ্রভুনা সন্ন্যাস-ধর্ম্ম চৎপগী মতাংদু ওইরমাম্লে হাইনা খুম্লম্মী।

অদুদগী রাধানা হাওতোম্বীরোমদা ওনশন্দুনা হাইরম্মী -

ইচে, চৎলুসি, নং ঙসিদি ঐখোয়দা লৈখরো। শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী -ৱারিনী;
নংদি ৱারি খংলিরোই, অদুনা খংহৌ। য়াম্না নুংশিবা ৱারিনী।

রাধাগী ৱাসি তারগা হাওতোম্বীনা নোক্লিলম্মী। অদুবু মপান খোক্না মপুক্কিংগী ৱাখল অদু ফংগাইরমদে। অদুম তুমিন্না লৈরগা মখোই ময়াম্না হাইবদুদা ফৈ হাইনা হাইরম্মী।

অদুদগী হংলম্মী -

লীলাদি কদাইৱাইদা শাম্নদৌরিবা ?

মণিনা খুম্লকই -

ঐখোয়গী লৈকাই মচাশিংনা শাম্নগদৌরিবনিদা। অফ-অফবা মীসু নেকলুদুনা য়াম্না য়াওরি হাইয়ে।

রণজিৎনা অদুদগী অমুকসু নোৎশাল্লম্মী-

ইমা তোম্বী, ঐবুসু য়াও হাইরম্মী। অদুদা ঐনা থবক চিনমনখ্রদুনা তোকহৌরবনি।

অদুম্না ঙাংনরগা রণজিৎনা টিকেট লৌনবা খৌরাং তৌখরে, অদুগা মখোই অতৈনা থবক অমা-অমা তৌবা চংদুনা লীলা য়েংবা নংনবা হোৎনরম্মী।

১১

নুংমিদাংবাইরম য়ৌরবদা চাক-ইশিং লোইরদুনা রণজিৎখোই মমা-মচা মখোই মরি লীলা য়েংবা চৎলম্মী। হাওতোম্বীদু রাধাগী মফি-মরোল লৌরগা নিংথিনা শেৎহল্লম্মী।

মখোইনা থুংলগা খ্বাইগী মমাংদা মখোইগীদমক কাইথোক্লুনা থম্লা মফমদা মখোই মরি ফমলুরে। কনামতনা হাওতোম্বীবু হাওনি হাইবা খংলমদে। মহাক চন্দন খিন্দে হাইবদু মঙাই। তৌইগুম্বসুং হৌজিক কালদা চন্দন খিনবসি অদুক য়াম্না থৌশানদ্রবনিনা মাবু হাওনি হাইনা অমুক হেন্না খল্লমদ্রে।

লৈকাই মচা ময়াম শান্নবা লীলা ওইরবসু মীরৈকাই মচা য়াম্না লাক্লুনা য়েংলবনা শং অদু বিক পারম্মী। হাও পাঙল মৈতৈ শুনা য়েংলম্মী। ভাবোক ময়ামদুগী হাইরবদি লীলাদু নুংঙাইফম থোকই হাইবা য়াই। অদুগা নুংসু নুংঙাইরম্মী।

নিমাই সন্ন্যাস লীলা হৌগৎলকপদা নিমাইনা অঙাং ওইরিঙৈগী লীলা মতেক অমা উৎলম্মী। শচী দেবীনা মচা নিমাইবু লুনা তৌবা মতাং অদুদা মখোইনিনা ঙাংনবা বাদু তারগা রাধাগী থম্মোইদা রণজিৎনা অঙাং ওইরিঙৈদা তৌখিবা থবকশিং অদু নিংশিংলম্মী। মরম অদুনা মিৎত মপী মতুম মতুম তান-তানা লীলাগী নিমাইদা অমুক রণজিৎকী মাইকৈদা অমুক তোইনা তোইনা য়েংলম্মী। য়েংবদা নিংথিজে নিমাই শারিবা অঙাংদুসু ! তনৌ-তনৌবা শক অদুনা মমা ওইবী খিবিক্কী থম্মোইদা নুংঙাইবগী ইথক অমা ইহৌহল্লম্মী। পাখং অচৌবা ফারবা মচানিপা রণজিৎপু রাধাগী মমিৎতা লীলাগী নিমাই শারিবা অঙাং মচা অদুগুম্না উরম্মী।

নুংঙাইবগী মতুংদা অবাবা, অবাবগী মতুংদা নুংঙাইবা লাকপগুম রাধাগী নহালমখৈ বারম্বা থবাই অদু শচী শাবী অদুগা নিমাই শাবা অদুনগা হৈমনবনা নুংঙাইরম্মী। মহাক লীলাগী শচীনা নোকপগা লোইননা নোক্লম্মী অদুগা মচা রণজিৎপুনা নিমাই শারিবা অঙাং অদুনা নোকপগুম্না নোকইনি হাইনা খল্লম্মী। ওহোকপনি মীওইবগী বাখল !

মতাং অসি লোইবগা রাধানা হাওতোম্বীদা য়েংলম্মী। হাওতোম্বীদো মপী শিম্বদুনা লৈরম্মী। রাধানা খল্লম্বদি মহাক্লুম্না হাওতোম্বীসু মথবাই নুংঙাইনা নোক্লমগনি অসিনি। মীওইবগী হৌনশানি - মানা নুংঙাইরমগা তাইবংপান পুম্বা কনাগী অচৎ-চত্তা অমতা খাক্তবমখৈ মহাক্কী নুংঙাইবদুদা য়াওগনি, অদুগা মহাক্না বারগনা লোইনমক বারিনি অসিনি। অদুগা নুংঙাইদুনা নোক্লমগদ্রা খল্লুরগা কপ্পুনা লৈরম্বদুদা রাধানা অসুম্না হাইরকই -

করিগীনো ইচে, অসুক য়াম্না নুংঙাইগ্রবা মতাং অসি উরগা নংনা কপলিবদি?

হাওতোম্বীনা ফীজিনা মপী তৈথোক্লগা হাইরকই -

ইবেম্মা, ইচাদু লৈরক্রবদি শচীগা নিমাইগা তৌরিবা মতাং অসি য়াম্না নুংঙাইনা পেন্না নংগুম নোক্লুনা য়েংজগদবনি। অদুবু নং-ঐ লাইবক তিম্নদেদো, অদুনা লীলা ময়েংসু মান্নদবনি।

রাধানা অদুম য়েংদুনা লৈরম্মী। হাওতোম্বীগী মিত্তগী থোরকপা পী অদু মনিল ওইদুনা সমুদ্রগী ঈশিং মনিম্ন নোং ওইদুনা নোংদোন অতিয়া কুপখিবগুম রাধাগী মিৎলু-নোংদোন অদুসু কুপ্লম্মী। অদুবু রাধাগী অসিদি শরৎ ঋতুদা পাইবা লশিং-মফোন মানবা নোংগুম্লম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা অসুম অসুম শান্নরকপনা লীলাগী নিমাইনা লম্বোইরগা ময়ুম থাদোকপা অদুগা শচীনা মচা মাংখ্রে হাইদুনা নিমাই-নিমাই হাইনা কৌদুনা তেংথারকপা মতাং য়ৌরকলে।

ৱারিদনা অৱাবগী ৱারি ওইবদা নত্তনা শচী শারিবী অদুনগা কয়া হৈখরে। অয়েংবা মীগী মমিত্তা শচী শারিবনি হাইনা থোকলমদে, নবদ্বীপতা ময়ুম্মক্তদা শচীনা কপ-লাউবা অদুমক ওইরবোই খন্নহল্লম্মী ।

মরম অসিনা ভাবোক খুদিংমক্না মাগী অৱাবদুদা অদুম লুপ্লম্মী। থোইদোক হেন্দোক্না থমোই অমেংবদনা মরল ওইজরিবী নুপীশিংগীদি করি অমুক হাইরুগনি?

ৱাধাদু মমিত্তগী পী মতুম-মতুম নোংজুথাগী মতৌগুম অতৎপা লৈতনা ইহৌ-কন্না শিঙ্গরম্মী। মানা খল্লম্মী - জগৎকী অবতার অমা ওইরবা নিমাইমক্কী অপোকপী মমা শচীনা অসিগুম্না লাইবক থিবদি মীওইবা করিসু লৈত্রবা ৱাধাগীসু থোকলোই হাইনিংঙাই লৈতে।

ৱাখলসি খন্দবা সুকঙম ঙম্মমদে। নিমাই শাবদু চাওরবা পাখং অমনি - রণজিৎকুম্না চাওরমলে। মখোই অনিদুগী অবয়ব মূর্ত্তিদা খেন্নবা লৈতে হাইবা য়ারম্মী।

অদুনা ৱাধানা লীলাদমুক মচানিপা রণজিৎতমুক য়েংদুনা মকোকতা কোকচাওবী ফুং-ফুং কারম্মী অদুগা মিৎলু অনিদগী মপান নাইদ্রবা পীগী ইচেন অমা শিঙ্গরম্মী। ৱাধাগী জ্ঞান মাংবা হৌরকলে, শচী দেবীনা লৈমাইথক্তা হা-নিমাই, হা-নিমাই, ইমাগী নিমাই, হাইনা থরো থরো ওল্লম্মী, ৱাধানা মকোক থক্-থক্ নিকপমথৈ য়েৎ-ওই হাই-হুম্রম্মী।

কনাগুম্বা ভাবোকশিংনা কপ-খোৎপা তৌরগা লোন্না-লোন্না পী তৈথোক্তুনা মীবু খংহল্লোইদৌবগী তৌনবা য়াওই। ৱাধাদি মীনা উখি-লাকখিনি হাইবগী ৱাখল মচেৎ অমা ফাওবা লৈরমদ্রে। অদুম ইফোং-ফোংনা শচীগী অৱাবদা য়াওবদু মনুং-মপান চপ-মান্ননা উৎলম্মী।

মমানা তৌরিবা মতৌদু রণজিৎনসু উরমলে। মমৌ মণিসু অদুগা হাওতোম্বীসু ৱাধানা তৌরিবা মতৌদু উরম্মী। করিগুম্বা না-য়েকপা মতমদা তৌবা থৌদৌ ওইরবদি মখোই ময়াম্মক করিনো করিনো হাইনা হাইনগদবনি। অদুবু লীলাগী রসতা লুপ্তুনা তৌরিমাল্লে হাইদুনা কনা-মতনা য়েংবদগী হেন্না ৱাধাদা ৱা-লাং অমতা হংলমদে।

মণিনা হাওতোম্বীদদুম হংলম্মী -

অবোক তোম্বী নংদি করিদৌরে কপত্রবদি? ঙসাই নুংঙাইবা মতমদদি কপতুনা লৈবদাই ?

মোমোন নোক্তুনা হাওতোম্বীনা মণিদা য়েংলম্মী, ঙাইহাক লৈরগা ৱা হাইরকই-

ঐনা কপ্তববু হাইরিবরা ইবেম্মা ?

মানিনে অবোক, মী খ্বাইনা কপ্পবা মতাং অসিদা - হাইবনি ?

ইবেম্মা, ইনেমদগী লাইবক নত্তে, ঈশ্বরগী মমা শচী-দেবী ফাওবা মচা খাইনবগী অৱাবা ফংই - অসি খল্লুবদা ইনেমগী পুক্নিং অসি তপথবা য়াইনে, নুংঙাইবা পোকইনে, অদুননি ইনেম্না কপ্তবদি।

মণিনা নোকফেৎ তৌরগা মনেম অনিগী ফীভম খল্লুদুনা অসুম্না অমুক হাওতোম্বীদা হাইরকই -

অবোক, মীওইবা হাইবসি পোৎনাক অমতবু মিৎয়েং চপ-মান্ননা য়েংবা ঙমদে। মাগী মাগী ৱাখল মতুং ইন্না চৎপা ৱা ওইরে।

লীলাগী ইচেনসু অদুম চেল্লম্মী। অসুম অসুম শান্নরকপনা লীলাদু মতাং কদাই য়ৌশল্লক্লবগে হাইববু নিমাইনা লম্বোইরগা মমা শচীদেবী খুরম্বা মতাং অদু য়ৌরকলে।

মফম-মরাং খংদবমখৈ মচা কাইনবগী মৈনা কন্না চাক্তুনা লৈরবা থম্মোই পুদুনা লৈরম্বী শচীনা মচা নিমাই অমুক হন্না উবা ফংলে হাইদুনা মৈচাক পুন্নমক মুৎখিদুনা নুংঙাইরম্বা অদুনা নোক্ক-নোক্কদুনা মচা নিমাইবু কোল্লদুনা তৌবদু-উবদা রাধাগী থম্মোই মনুং তান্না শচীদেবীগী নুংঙাইবদু ফাওরম্মী। মদুগী খুদমদি রাধাগী মচিনবান্দা য়াম্না তাংনা ফংলবা মোমোন-মীনোক অমতং উবা ফংলম্মী। রাধানা খঞ্জরম্মী - রণজিৎপু মাগী মখুত্তগী মুনম্ববসু অমুক হল্লক্তুনা ইমা, ঐ লাক্কে হাইরগনিকো হাইনা।

ওয়োকপনি!

নোংপোক্তা নুমিৎ থোক্লগা নোংচুপ্তা অদুগা নোংচুপ্তা থোক্লগা নোংপোক্তা উবা ফংদবগুম রাধাগী মচিনবান্দা নুমিৎ থোকপগুম্না মোমোন -নোকপা মনোক অমনা ঙাল্লগা হাওতোম্বীগী মাইথোংদা নোংনা কুপ্নগুম পীনা থল্লবা মিৎলু অনিদুগী মতেং খ্রক-খ্রক কংলবা চিনবান্না পাংলম্মী।

হে অমম-অঙাল! অনিনা অমতা ওইবা, ফজৈদা নখোইনিগী লীলা! নখোইনিগী মশক তাকপদা খোর্জে পাইবা ঙম্বা কবি অদুগা তুরি হাইবা ঙম্বা লাইয়েকপদু মপোক মহৈ য়ানজরবনি!

মণিনা মদু পুন্নমক উরম্মী, মপুক্লিংদা লোইনমক হানজল্লম্মী, লৌশিং মৈ ইক্লম্মী!

রণজিৎসু উরম্মী। মানা নিংবা থুংলম্মী। মমা রাধানা মাগা কাইনগনি হাইদুনা দিবানিশিদা খন্দুনা লৈরিবদু ভগবান-না তমখ্রবদা মীনা থিংবা ঙম্বা নত্তে - অদুনদি ব্রাক্রদুনা কান্নদে হাইবা ব্রাখল অসি মমা রাধাগী পুক্লিংদা শোইদনা থল্লরিনি হাইনা নিংলম্মী।

কপ্পা-নোকপা, নোকপা-কপ্পা, রাধা-হাওতোম্বী, হাওতোম্বী-রাধা! ফজনা শিল্লম্মীদা মীওইবগী পুন্সি!

অসুম হাইনা খল্লদুনা রণজিৎনা লীলা লোইরবদা মখোই ময়ামগা লোইনদুনা মযুম হল্লক্লম্মী।

যুম য়ৌরগা রাধাগা হাওতোম্বীগা মাঙ্গোন্দা খোং-খুৎ হাম্না-হাম্না ব্রারি শারম্মী। হাওতোম্বীনা হাইরকই -

ইবেম্মা, নং ঐনা ব্রাক্রদুনা কান্নদে, লাইনা তম্বনি।

রাধানা খুন্নকই -

ইচে, চুম্মীদা। শচীনা মচা নিমাইবু কয়া লুনা তৌজখ্রবা! অদুবু তমখিরবা মতম্না পৎ থত্তুনা নিমাইবু পুদুনা চৎখি। ঐখোইসু অদু মঙাই। ইচে নংনা হাইগুম্না ব্রাক্রদুনা কান্নদে!

মখোই অনি অসুম্না হাইনরগা মাগী মাগী মফমদা তুম্বা চংনখরে।

১২

নুমিৎ মরি-মঙানি চৎখরে।

অদুগী তুংদা নোংমা কৃষ্ণচন্দ্রনা মমাকনিপা রণজিৎপু মী থারক্লুনা কৌরম্মী। রণজিৎসু মকুবোক্কী মনাক তান্না চৎতু না থুংলুই। মহাক্না ফমদুনা ঙাইহাক লৈরবা তুংদা কৃষ্ণচন্দ্রনা হাইরকই -

ইবুংঙো, ইকু থব়াই য়াম্না নুংঙাইরে, নংনা অহল-লমণগী মখোং-মরি থিরি হাইবসি ওহোক্না নুংঙাইখরে! অদুবু পারা কদাই য়ৌরে।

করি খুম্নি হাইবা মফম খংলমদে। করিমতা মফম খংদে হাইরবসু নাদুনা লৈরিবা মকুবোকতুগী থব়াই নুংঙাইরোইদৌরি। মানদি কোইথি থিবদি তৌজরবসু লংলা-লংজিল অমফাওবা ফংবা লৈত্রি। অওইবা ঙাংলুরবসু মকুবোক্কী অনাবা হেনজনগদৌরি। মীনম্বা ওইরবসু মকুবোক্কী নুংঙাইনবা হাইদুনা অসুম্না শোম-শাদুনা খুম্লম্মী -

পারা তংখাই অমা য়ৌশল্লক্কে। খর লৈরগদি ফংগদ্রা হাইনা নিংজে।

মাগী পাওখুম অসি তাবদা য়াম্না নুংঙাইরম্মী, মাগী আশা থুংজগনি হাইনা নিংলম্মী। অদুনা অসুম্না হাইরম্মী -

কন্না থিজল্লু।

অসি হাইরগা মাগী নুপী পদ্মানা ওনশল্লদুনা হাইরকই -

নকুনা হাইরিবসি চুম্মী ইবুংঙো! অদুক য়াম্না চাওবা অঙম্বা অমা ওইনা লৈরগা মীনা পীতৎ-পাতৎপা মচানি হাইদুনা থিনা ঙাংনবদু ইনেমখোইদি তাবা ঙমদে।

মখোই অনিগী চাওথোকচনিংবা পুকচেল অদু উবদা রণজিৎনা করিসু খল্লমদে। পীতৎ-পাতৎপা মচা অমনা নিংথৌ ফাওবা ওইবা য়াই হাইবদি রণজিৎনা খংদবা নত্তে। অদুম ওইনমক মখোইগী মতৌদুদা মানা হরাওবসু তৌরমদে, শাওবসু তৌরমদে।

থোইনা মখোইগী ব়াতা অদুনা থৌগৎপসু ফংলমদে। করিনা হৌজিক ফাওবা লংলা-লংজিন অমা ফাওবা ফংবা ঙমদ্রি। থৌগৎপদনা কান্নবা নত্তে। লংলা-লংজিন পিবা ঙম্বা মী অদুতনা মাবু থৌগৎপা য়াগদবনি। অদুমকপু মনেম-মকুগী থব়াই ব়াহল্লুবা কান্নদে খন্দুনা অসুম্না হাইরম্মী —

য়াম্না নুংঙাইরে ইকুবোকখোইগী ব়া তাবদা। মফম-মরাং খংদবা মচা অমনি হাইদুনা কনামতনা ঐবু ব্যবহার তৌবিরোইদৌবনি। অদুমক্না ঐনা কন্না থিবা লাক্ল- জরিবনি।

কৃষ্ণচন্দ্রদু মমাকনিপাগী ব়া তাবদা নুংঙাইরবসু মশাদু ঙমদবা মরম্না হেঃ হোঃ হাইদুনা নাহেদুনা ঙাইহাক লৈরম্মী। পদ্মানা মপুরোইবগী মশা নাল-নাম্দুনা নাহেরিবদুদা য়েংলম্মী। রণজিৎসু নাহেরিবা মকুবোক্তা মুন্না য়েংদুনা শকফম হনজম্না ফল্লম্মী।

মতম তাঞ্জা অসিদা মণিনা হাথু-হাথু চংলক্লুনা চিঠি অমা রণজিৎতা পিররে।

চিঠি অদু মণিদি পারদুনা মরোল খংলদুনা হায়রকই — ব়া পুম্বা হাওতোম্বীদা লৈরে। মা উনরগা থবক লোইনা থোক্কনি।

কৃষ্ণচন্দ্রগা পদ্মাগনা -হাঃ করি হাইবা- হাইরগা হাইরকই - পাও পাও চিঠিদু অদুক তাসি।

রণজিৎনা চিঠি অদু ফাকতোক্তুনা তফিং-তফিং পারম্মী, মনেম-মকুসু তফিং-তফিং তারম্মী। মণিনা নুংশা-মপী ফী-ফী কামদুনা লেপতুনা মখোইনা তৌরিবা মতৌদু য়েংলম্মী।

চিঠিগী মরোলদি ঃ-

ইবুংঙো রণজিৎ,

নংনা ঝানা খিবদা করিমতা ফংদ্রবা মাল্লে, নংনা পলেম-পম্বৌ অনিগী মখোং-মরি খিরি হাইবা তাবা কুইরে । অদুবু নংগী বিচারপতিগী বুদ্ধিনা থোকপা ওম্বরা য়েংগে হাইনা মতম অসুক কুইবসি ঙাইরক্লিবনি। নংনা খিদ্রিঙেনা নহাল-না তাক্লগদবনি। অদুবু ৱাধানা অমদি মেঘচন্দ্রনা ৱাগনি খনবদগী তাক্তবনি। মরোল পুন্নমক খংগে হাইরবদি হাওতোম্বীবু চপতুনা হংউ। মহাক্না তাকউ য়াদ্রবদি নংগী উপায় লৈত্রে। ইতি

নংবু মতেং পাংবা মী অমা।

চিঠি অসি হেক তাবদা কৃষ্ণচন্দ্র অদু আশাগী উফে-থক্তা তোংলম্মী। অদুনা তফিং-তফিং হাইরকই -

খিল্লে, হৌজিকমক। চৎলু হাওতোম্বীদু খিয়ু। মহাক ফংলগা ৱা পুন্নমক খংলগনি।

হাওতোম্বীনা শোইদনা খংলমগনি হাইনা কৃষ্ণচন্দ্রনা লৌরিবা করিগীনো ? কনাগুম্বা অমনা রণজিৎপু লংনগে হাইদুনা তৌরম্রবদি করম তৌগনি হাইবা মহাক খল্লবা ঙম্রমদে। চিঠিগী মরোল তাবদগী হেক্তা হাইরম্মী— হাওতোম্বী ফংলগা ৱা
পুন্নমক খংগনি। মানা খংলমদ্রবদি খংই হাইয়ু হাইদবা য়াদে হাইদুনা থানাগী ৱাহংদৌনা ফুদুনা হংগদরা? হাওতোম্বীনা রণজিৎকী মপা-মমাগী ৱা খংগনি হাইবসিবু চিঠি অসি নত্তবা অতৈ করিমা লৈরি হাইনগা মহাক খল্লদবা করিগীনো ?

খংনিংবগী ময়াইনা থুংলবা উপায় অমবু খ্বাইদগী অখোইবা শোইদবা উপায়নি হায়না লৌবদগী কৃষ্ণচন্দ্রনা চিঠি অদুবু য়াম্না থাজরম্মী।

পদ্মাসু চিঠিগী ৱাদু মপুরোইবদৌনা য়াম্না থাজরম্মী। অদুনা অসুম্না হাইরকই -

হাওতোম্বীগী ময়ুম খংদরা নখোইদি ?

রণজিৎনা খংই হাইনা হাইরম্মী।

কৃষ্ণচন্দ্র অদু নুংঙাইবনা লোইরমলে । মহাক্না নারম্বদি মমাকনিপাগীদমকনি। অদুনা মানা নিংবা শোইদনা থুংলগনি হাইবদগী নুংঙাইখিবনা মশাদু শোল্লি হাইবা কাউখরে, অনাবা ফরদুনা অকনবা অমগুম্না তৌরকলে। হাওতোম্বীবু খিরুনবা রণজিৎতবু থাম্বগা পাও তাগে হাইনা ঙাইদুনা লৈবগা পাম্মমদরে। ঙাই-ঙমদ্রদুনা ফমুংদা হৌগত্তুনা ফম্লগা হাইরকই -

চৎসি খিল্লনু । ঐসু য়াওনা নখোইদা য়ৌরসি !

অসি হাইদুনা পদ্মাদা ফীরোল পুথোক্লক্লবা য়াথং থারম্মী। পদ্মাসু খামগে-লাককে নিংলমদরে। মানা হেন্না খৌরাংলমলে। মখোই অনিমক চত্তুনা মেঘচন্দ্রগা রাধাগা হৌরগা হাওতোম্বীবু খিবা চৎনিংলমলে। মরম অসিনা মপুরোইবনা হাইরকপগা যুক্ হৌগত্তুনা ফীরোল পুথোরক্লে, মহাকসু মফী-মরোল হোংলুরে।

অসুম তৌদুনা মখোই মরি থুনা য়াংনা রণজিৎখোইগী য়ুম পাংলকলে।

১৩

মখোই ময়াম হাথু-হাথু লাক্লম্মী। ৱাখল অমনা মখোই পুম্নমক মুনখিবদা লম্বেল তেন্না থোকখিরম্মী। পরৎ-পরৎ লাক্লুনা রণজিৎখোইগী মাঙোল-চিদাই হেক য়ৌবদা রাধানা ঙক্লদুনা ৱা হংলম্মী, ফীদা থাদুনা হান্নবা কৌশল-লাকশনগে হাইরমদে।

মহাক্না হংবদি অসুম্না হংলম্মী -

করিগীনো ময়াম হাথু-হাথু নুংশা ম্বর হোন্দমখৈ তৌরিবসিবো?

কনামতা ৱা ঙাংলমদে, রণজিৎনা মমাদা ওনশন্দুনা হাইরকই -

মণিনা পুরকপা চিঠি অসিগী মরোল খংলবরা ইমাদি?

খংলে।

অদুদি ইমা হাওতোম্বীবু কৌদুনা ৱা হংবনা চুমদ্রা?

লন্নাই ওইনরা, বিচারপতি ওইনরা ?

লন্নাই ওইনা কৌগদবনি ইমা।

রনজিৎকী পাওখুমদু মকুবোক কৃষ্ণচন্দ্রদি তাবদা পেল্লমদে, অদুনা অসুম্না হাইরকই।

করিগী লন্নাই ওইনা হংলুনি। দারোগা থাদুনা লৈরম্বা মফমদগী ফাদুনা হৌজিকমক পুরক্লবা তৌগদবনি।

মাগী য়াক্লবা খোন্দা অসি কনাগুম্বা অমতগী থোইদোক হেন্দোক্না রনজিৎ-মমাগী নাকোংদা নোংমৈ-শিংজংনা থাক্লকপগুম থোক্লম্মী। তমখিরবা ৱাহৈ ময়ামসি হেক তাবগা রাধানা খুম্নম্মী -

মদুম্না তমখিনা তৌবা য়াবা হাওতোম্বী নত্তে মাদি।

লাইরবগী অৱাবা খংবা, কপ্পা মতমদা কপমিন্নরিবী ইচেনি। হাও ওইনা পোক্লবসু ঐগীদি পোকমিন্নবী ইচেগুম, রণজিৎকীদি অয়োকপী মমাগুম লৈজরিবী নুপীনি! মদুম্নগা তৌয়াপোৎনত্তে। ইমাই-বুংঙো! নকুবোক্না য়াদ্রগা মরম্নাই ওইনা থানাদা তাকচরুশনু। নংদি য়াদে!

পুকচেল চাওবী রাধাগী মৱা মুন্না তারম্মী কৃষ্ণচন্দ্রদু অদুগা নাপল তৌরম্বা ফনজরম্বা অদুদা ইকাইমনখিবদুনা মরু লুকথদুনা ঙাইহাক লৈরম্মী। কনামতা ৱা ঙাংনরমদে, ঙাইহাক অদু উন-ৱাইমুক চিকলম্মী। অদুদগী ইকাইখাংদগী কৃষ্ণচন্দ্রনা হাইরকই -

করম তৌনা কৌগনি অদুদি ইবেম্মা রাধা ? চেল্লাকখ্রবদি করম তৌ-নি ?

রাধানা মোমোন নোক্লুনা খুম্নকই -

মহাক্লবু ৱাফম অসি খংলবদবু নহালমখৈ করিগী তাকলোই ? ঐখোইগী কাদবু মানা তুমিন্না লৈবিগদরা, করিগীসু চেলগনি?

রণজিৎনা অদুদগী খুম্নকই -

মহাক্লবু চেনখ্রবদি দারোগা থাদুনা ফাবদা ঐখোইগী দোষ লৈত্রে। চেন্দ্রিঙৈ অসিদবু হাইবনি!

ৱাধাদু তুমিন্না অদুম লৈরম্মী, করিমতা খুম্নমদে। মরক অসিদা মেঘচন্দ্রদু থোরক্লম্মী অদুগা মখোই ময়াম্না ঙাংনরমলিবা ৱাদু লোইনা তারম্মী। ঙসাইমখৈ করিমতা ঙাংদনা লৈরম্বদগী মতাং অসি য়ৌরক্লবদুদা ৱা ঙাংবা হৌরকই অদুগা অসুম্না হাইরকই —

করিদৌনা হাওতোম্বীগীদমক অদুক য়াম্না ৱানা খন্নরিবনো? মহাক হয়েং কোইরক্কনি হাইরম্মী। হয়েং ফাওবদি ঙাইখো। লাক্রগা ইপা চত্তুনা কৌরুগে। মহাক্তি লংখবান্দা লৈবনি, ইনক-নকপনি! করিসু ৱাবা নত্তে।

ইংনা তপ্না মেঘচন্দ্রনা হাইরকপা ৱাদু রণজিৎতি য়ানিংলম্মী। করিনা-হাওতোম্বীদি নিতিমক্কী নৎত্রবসু তোইনা তোইনা লাকপনি। ঙসি নৎত্রে হয়েং হয়েং নৎত্রে হংচিৎ শোইদনা লাকপা য়ারিবনি। অসি পুম্নমক খংবনিনা রণজিৎনা মপাগী ৱাদু য়ানিংলম্মী। অদুনা মকুবোকলোমদা য়েংলগা হাইরকই -

ফরে, মদুম তৌরবা হাইদুনি ইকুবোকপু, পাজিনা হাইরিবা অসিনা খ্বাইদগী ফবনি হাইনা খল্লি।

য়াম্না থুনা হাওতোম্বীদা ৱা হংবদু কৃষ্ণচন্দ্রদি পামজবনি। মরমদুনা ফমুংদগী হৌগত্তুনা মেঘচন্দ্রগী য়ুম তাম্না ৱানা ৱানা লাকপনি। মখোই মশানা চাওথোকপসু হৈজবা শাওবসু হৈজবনিনা কৃষ্ণচন্দ্রনা নাপল-না মাংওইনরদুনা অসুম্না হাইরকই —

মেঘ, নংনা করি খংই, বিচারগী ৱা নংনা করিসু খংবা নত্তে। ঐনা হাইরিবসি তৌ। নচানা নংবু কীবদগী নংগী ৱাদু য়ারিবনি। নৎত্রবদি ঐনা হাইরিবসি মহাক শোইদনা তৌগদবনি। নখোইনা খংবা নত্তে মেঘচন্দ্র!

ৱা ময়াম অসি তাবদা মেঘচন্দ্রদা নত্তনা রণজিৎ ফাওবা শাওফম থোকই। অদুবু মেঘচন্দ্রদি করিমতা খুমলমদে। মানা খুমদ্রিঙৈগী মমাংদ রণজিৎনা ৱাদু তাপ ওক্তুনা হাইরকই-

ইকুবোকতা হাইজরিবসিনি। মচাগী মমাংদা মপাবু ইকাইবা পীবদি মচাগী থম্মোইনা ঙাকপা ঙমদে। অদুবু ইকুবোক ওইরম্বগী তুমিন লৈরবনি।

মীগী মপাবু থীনা চৈরুবগীদমক খোন অশাবা তাবগী হৌনবা কৃষ্ণচন্দ্র অদু ৱাদি ঙাংদ্রগা মমাইদি ফুং-ফুং লাউনা ইচপমুক ঙাংলম্মী। মেঘচন্দ্রনা মচাগী কল্লপ থাবা ৱাহৈশিংদু তারগা খামজল্লদুনা হাইরকই -

ইবুংঙো, তুমিন্না লৈয়ু, অদুক য়াম্না হাবা হৌনদে। অমরোমদা নংদি লাইরিক হৈবনি অমুকসু বিচারপতি অমনি। অদুম্নদি ওইরগা নং অসে লাইরবা মমা-মপানা পোকপা অদুগা লাইরবা মমা-মপানা য়োকপা মচানি। লাইরবগী মীঙোন অমদা তস্-কুস্ হাইদবা পুকচেল অদু মতম পুম্নমক্তা উৎকদবনি।

কৃষ্ণচন্দ্র অদু শাওবা হম্বরমদে। মেঘচন্দ্রগী ৱা অসিদি মচেক্লা য়ৈরগা ময়ানা থাবা ওইরম্মী। অদুনা মাগী নুপী পদ্মাদা কৃষ্ণচন্দ্রনা অসুম্না হাইরকই -

পদ্মা, মখোইনা থোকপা তৌজহৌরশনু, ঐখোইনি চৎসি লাকলো। অসি হাইদুনা মখোই অনি চৎকে হাইদুনা মমাই ওম্বোরকপদা শম্ অমা মনমদা পোরদুনা হাওতোম্বীদু লাক্লম্মী। ইশৈ অমা শক্র শক্র চংলক্লম্মী। মাগী চিনবান অনিদু মোমোন মোমোন তৌরম্মী। মা চংলকপা উবদা মেঘচন্দ্রনা হাইরকই -

আঃ, লাক্রুম লাক্রে।

অদুদগী কৃষ্ণচন্দ্র মতৈ মনাও অমুক হজ্জন্দুনা ঙাইদুনা লৈরে। মখোইমক্তি অদুম চৎলগে তৌরম্মী। অদুদা মেঘচন্দ্রনা খান্নম্মী।

হাওতোম্বীনা শব্রুকপা ইশৈদু মৈতৈরোন্দনি। অদুনা মখোই লোইনমক অর্থ লৌবা ঙম্নম্মী। ইশৈদি অসিনি ঃ-

খুৎশেম্না অমনি লাইশেম্না অমনি
করিসু মান্নবা নত্তে।
থোইনদি খেন্নদে লোইনদি মান্নদে
মান্নবসু ঙম্বা নত্তে ।
ৱানা ফংনি খনবা ফংলোইদরা নিংবা
ইলাইবু লাইনা ফংবনি।
তাল্লগদা ফংবরা তান্দ্রবদি ফংদরা
তমখ্রবদি হেক্ ফংবনি।

ময়াম অদুনা মাবু ঙাইদুনা লৈরম্মী, ইশৈসু তারম্মী। মখোই ময়ামদুগী মিৎ ময়ামদু হাওতোম্বীবু চাথোক্কদবমখৈ য়েংদুনা লৈরম্মী। মাগী ইশৈদু তাদুনসু ইশৈদা কনাসু অমতা পুকনিং চংলম্বা নত্তে। অদুবু মানা য়ৌরকপগা ৱাধারোমদা ওনশন্দুনা হাইরম্মী—

ইশৈ নুংঙাইবরা ?

কনাসু করিসু খুমদে। মহাক্সু অদুম জুরিদা চপ লেপতুনা লৈরম্মী। মাগী পাওখুম পিগনি হাইবগী করিমতা থৌশাবা লৈতবমখৈ রণজিৎনা খুদক অদুমক্তদা মখুৎ লোন্নরদুনা খুরু-খুদুপ শানা কুল্লগা খুরুম্মী। মহাক্কী মমিত্তা হাওতোম্বীবু মালেমগী মীনি হাইনা খল্লমদে, লাইরৈপাক্তগী কুমথরকপা দেবী অমা ওইনা মমিত্তা উরম্মী, অদুনা খংহৌদনা মহাক্কী থম্মোই-নুংদগী অরৈবা ভক্তিগী ইফুৎমখৈ লোইনা ফুদোক্লম্মী।

য়াম্না ভক্তি লৈনা হাওতোম্বীদা হাইজরম্মী -

ইমা শক্লবী। পিক্লিঙৈদগী লোইনরকলবনি! হাইবিউ, ঐগী ইমা-ইপা কদাইদা লৈবগে?

খংহৌদে, মাগী ৱাহং মাগী মতৌ অসি উবদা হাওতোম্বীগী মমিত্তা নোংজুখাদা লাইজ পানা ইহৌরকপা গঙ্গা তুরেলগুম পীগী ইরা শিন্নরম্মী। অদুগা অসুম্না হংলকই-

নুংশিদা ইচাদি! কনানা হাই ঐনা অদু হাইবা ঙমগনি হাইবদি ?

ৱাহং অসি তাবদা কৃষ্ণচন্দ্রদু চিংনরকলে - হাওতোম্বীনা মচিন লোৎখিবা তারে হাইনা। মরম অসিনা থুনমক হাইরকই -

হাওনুবীসিগা, হাইয়ু হাইরগা হেক্ মহাইয়ু। মানমুক ৱা হং-লাক্তুনা তৌরিসিবো। মীনা ভক্তি তৌনা ইরেঞ্জনা হাইরিঙৈদা য়াদ্রবদি য়োহিলং চন্দুনা জেলদা লৈবা পান্নরা?

মাগী অয়াকপা খোল অসিনা তাশোল ওইরম্বদি হাওতোম্বীদদা নত্তে ৱাধাদসুনি। ৱাধানা তাবগা হেক খুমগে তৌরকই। মদুদা হাওতোম্বীনা খুৎ হত্তুনা খাম্নম্মী অদুগা অসুম্না কৃষ্ণচন্দ্ররোমদা হাইরম্মী -

হে অঙম্বা, অয়াকপা খোল অদু পোকপদগী য়াওরকপরা, অঙম্বা ওইঙৈদগীরা? নংদি হৌজিক্তি বিচারপতি ওইবা তোকলে, করি নতিক লৈদুনা ঐঙোন্দগী ৱা নমদুনা লৌথোক্কনি? চাওখোকচগনু, চাং তাজগনি! নবুংঙো অসিনা ঐঙোন্দা চংজরিবসি উরবরা ? নং ঐগীতগী নত্তে, লৈবাক্কী পুম্নমক্কী মবুংঙোনি। অদুমকপু করিসু লৈত্রবী হাওনুবী ঐঙোন্দা নোল্লুক্না ৱা ঙাংলিবসি উরবরা ?

কৃষ্ণচন্দ্রগী চোঙ্গগী মশিং নাইরমদরে। মহাক্কী মখাথোংবনি খনবা মী ময়ামশিগী মমাংদা অমুক্সু হাওতোম্বীনা ইলাই-লাইনা পাইথোকখরে। অসিদা পু-থাংবা ঙমদ্রদুনা চপ-মান্নবা ওনশন্দুনা খন্নগে নিংলম্মী অদুগা বা হাইগদবগী মচিন কাংবা হৌরম্মী। অদুবু হেক হৌরকপদা মেঘচন্দ্রনা খামজল্লম্মী অদুগা হাইরম্মী -

খরা তপথবিয়ু, নুপীমচা অমগা চিন্দা-পৌদানদুনা খন্নে হাইবসি অদুক য়াম্না লেম্বা নত্তে।

মাগী ৱাসি তাবদা হন্থরম্মী। অদুদগী রণজিৎনা তোম্বীদা চিঠিগী মরোল হাইরম্মী, অদুদগী খংবনি হাইরম্মী-

রণজিৎকী মরোল তারবা তুংদা হাওতোম্বীনা মাগী মকোকতা নাল্ল-নাল্লদুনা হাইরকই-

ইবুংঙো, নংগী মরিদা লাকপা চিঠি পুম্নমক ঐনা ইবনি ।

ইমাশকপী, নহালমখে হাইদবদি করিগীনো ?

ইবুংঙো, নমা রাধানা মথৱাই ৱাগনি হাইদুনা ৱা অমতা তাকথোকতবনি। তৌদবা য়াদবা কালদদা তাকপনি। হৌজিকসু তাকলিবসি নহাক্না চাদ-থক্তনা অহল-লমন খিবা উবদুদা ঐনা নুংঙাইত্রদুনা চিঠি অদু পিখিবনি।

ঐবু পোকপা পহৌদি কদাইদা লৈ ইমাশকপী ?

লাইরৈপাক্তা লৈখরে ইবুংঙো!

পাওখুম অসি তাবদা রণজিৎকী মশা পুম্নমক য়ুহারাবদা পৃথিবী পুম্বা নিকপদৌনা থক্-থক্ নিক্লম্মী। মখা হংনিংলমদরে। মমাসু লাইরৈপাক তাম্না চন্দ্লম্লবদি! মদুগী ৱাদু মনাকোংদা চংহনবগী থৌনা মচেৎ অমা ফাওবা লৈররোই হাইনা খল্লকই। মপী কন্না তারম্মী। পলেম মমাগী ৱাবু হংসিরা হাইনা খনবদা নুং অনিগী মরক্তা হা ওনবগুম্লম্মী। অদুবু থৌনা লৈজবা পুম্নমক খোমজল্লগা হংগে হাইনা মপী তৈথোকপা হৌরকলে । অদুদগী মখোন তনিক্-তনিক্লা হংলকই-

পলেম ইমাদি লৈরিবরা ?

লৈরি ।

লৈরি। লৈরি হাইবা ঐবু পোকপী পলেমবু!

লৈরি ইবুংঙো লৈরি। অদুবু .................

করিদৌরবা ?

মহাক পাক থোক্লককলোই, মতম চানা লাক্কনি!

করিগী পলেমনা লোৎখিবনো, ইমাশকপী ?

নোকফেৎ তৌনা হাওতোম্বীনা নোক্লম্মী । অদুগা হাইরকই -

ইবুংঙো, ৱারি য়াম্না শাংই । ঐ লিগে তাও ।

হাইবিয়ু ইমা!

মখোই অনিনা ঙাংনবসি তাবদা রাধাগা মেঘচন্দ্রগা অনিদু মখোয়গা লোইননা পী মতুম মতুম শিন্থরম্মী । অদুগা মখোই লোইনমক নুংঙাইবা ইন্নন অমনা থং থং য়ৈরম্মী।

নহালমথে রণজিৎকী মপা-মমা থাঙ্গেশেংবা লাক্তুনা রণজিৎপু পুগে হাইরবদি হাইনা রাধাখোইনা রারম্বদু ঙসিদি ইখং খংহৌদনা মদুগী রাখলদু কোকখিরম্মী। রাধানা খল্লম্বদি রণজিৎকী মমা অপোকপীদু মমা-মচা উনবগী নুংঙাইবদু ফংবা পাম্লম্মী। মানদুম থুনা খংনিংলকলে। অদুনা মীহুন তিং-তিং চোংদুনা ঙাইদুনা লৈরম্মী।

হাওতোম্বীনা রণজিৎতা য়েংল-য়েংলদুনা রারি লিখবা হৌরকলে। অসুম্না হাইরকই-

ইবুংঙো, নংবু পোকপা পৎহৌদি নমাংদা লেপলিবা - নংগী নকুবোক - কৃষ্ণচন্দ্র হাইবসিগী মনাওনুপা গৌরহরিনা হাত্তুনা শিখিবনি হাইনা নমানা।

কৃষ্ণচন্দ্র অদু লৈবা য়ারক্রে, মমাই ইচপমুক ঙাংলক্রে। মতম কুইনা কাওখ্রবা রাবু ইনৌ-নৌনা হৌদোক্লকপা অসিদা হাওতোম্বীবু শংত্রিক শংনা য়েংলম্মী। মহাক্না খল্লম্মী, করম্না হাওনুবী অসিনা মহাকপু মীমাং ফমহল্লিবনো হাইনা। শাওনিংবনে ইকাইবনে অনি য়ান্নদুনা খংলাও লাওরকই -

করি পাপী হাওনুবীসিগা।

রণজিৎনা ইতপ-তপ্না হাইরকই -

ইবুংবোকপু রা লোইনা অমুক্তা তাজখিগে!

অদুদগী হাওতোম্বীদা ওনশম্দুনা হাইরকই -

মখা করম তৌরবা ইমা শকপী ?

ইবুংঙো, নংগী পলেমগী মফমদা নত্তবা লম্বী চৎপা য়ানবা হাইদুনা গৌরহরিগা নকুবোক্না অনিনা নমাবু কীহন্দুনা মখোইগী য়ুম অমদা থম্মী।

কৃষ্ণচন্দ্রগা পদ্মাগা অনিমক হাওতোম্বীবু মশক খংলকলে। অদুনা মখোই অমতা মচিন কাংবা ঙম্রমদরে, তুমিন্না করি থোক্লগবা হাইদুনা ঙাইদুনা লৈরম্মী। হাওতোম্বীনা হাইথরকই —

অদুদগী ইবুংঙো নপাবু লাইয়ে চত্তুনা শিবনি হাইনা লৈকাইদা শন্দোকলে। লৈকাইগী কনাগুম্বনা ঙসাইদা লৈরম্ববু হাইনা হাইবদগী হেন্না কৃষ্ণচন্দ্রবু কীবদগী রা কাংথোকপা ঙম্রমদে।

রাদু তাবদা রণজিৎনা মমিৎ শংত্রিক শংনা মকুবোকলোমদা য়েংলগা হাওতোম্বীদা অমুক ওনশন্দুনা মখুৎ লোম্নদুনা হংলকই -

অদুদগী ইমা, করম তৌরে ?

অদুদগী ইবুংঙো, নমাবু মখোইদা পুরগা নপাগী শোরাৎতি মখোইনা শোল্লে। নমাবুনা মীগী খিনা ঙাংনফম ওইনা মখোইগীদা থমলে।

মদু তাবাদা রণজিৎকী মমিত্তগী পী তাখিবা মফম খংহৌদে। কপ্না কপ্না হাওতোম্বীদা হাইরকই-

ইমা, লিরো; অমতা খাক্লগনু।

ইবুংঙো, নমানা বদনাম ফংনা ফংনা নংগী চেংলৌ য়েংদুনা অরাবা কোঙ্গাই, ইকাইবা কোঙ্গাই কাওনবা হোৎ নরম্মী। নংবুদা চাওনবা য়োক্লগা মতুংদা লমন শিংগে হাইনা নমানা খাংলম্মী।

অদুদগী ইমা, নংদি কপকনু, কপ্লবদি রা তম্বা য়ারোই।

ফৈ, ইবুংঙো, ঐ কপলোই, নংগী নিংবা থুংনবতা তৌগনি। অদুদগী নোংমা নংবু তুমদুনা লৈঙৈরিদা পুখ্রগা হুন্দোকলুরে। হন্নক্রগা গৌরহরিনা নমাদা হাইরে। নমাবুনা কিহন্দুনা থনম্মী। নকুবোক্লা উশন্নরমদে।

রণজিৎথবাই পুবা য়ারমদ্রে। ইংনা লৈগে তপকে খল্লম্বনি। অসুম অসুম খল্লুরগা লৈবা য়ারকত্রদুনা মনাই নিপা শামুবু কৌরগা হাইরকই -

শামু, ইকুবোকপু খৌরিনা পুন্দুনা থম্মু।

শামুসু রণজিৎকী য়াথং লৈপাক তাহনখিদে, থুনমক কৃষ্ণচন্দ্রবু মখুৎ পুল্লম্মী। কৃষ্ণচন্দ্র করিমতা হাইরমদে। অদুদগী রণজিৎনা হাওতোম্বীদা হাইরকই -

ইমাশকপী নুংশিবী, হাইয়ু করম তৌরে অদুদগী ?

নমানা নংবু উদবদা নুংঙাইখিদ্রদুনা গৌরহরিবু থাংনা খিলহত্তুনা অহিংদা হাৎলম্নগা উমং রামংদা হৌজিকফাওবা লোত্তুনা লৈ। কৃষ্ণচন্দ্রনা নপা হাৎপগী বিচারদি খিংলগা মনাওনিপা হাৎপগীদি রায়েনশংদা রাকৎকে নিংই। মশানা বিচারপতি ওইনা ওইনা নমাবু মীহাৎপীনি খংনা খংনা করিমতা তৌবা ঙমখিদ্রে।

অদুদি ঐবু পোকপী পলেমদি হৌজিকফাওবা লৈরিদনা ?

লৈরি, মতম চানা ফোঙলক্কনি।

ইমাগী মিংদি করি কৌই ?

নমাদি থম্বাল কৌই ইবুংঙো।

কদাইদা লৈ তাকপা ঙমবিগদ্রা ইমাশকপী।

ঙমগনি ইবুংঙো।

করম্বা মতমদা ইমাবু উনবা ফংগদগে খংব্রা?

অদুসু খংই ঐ লোইনমক।

অদুদি করম্বা মতমদা ?

নমাদি নংগী রাশক মতুং ইন্না অদুগা রাধাগী য়াথং মতুং ইন্না লাক্কনি। মদু নত্রবদি-

রা অসি লোইফাৎত্রিঙৈদা রণজিৎনা রাধাগা মেঘচন্দ্রগদা করিগুম্বা অমা নিজবগী মিৎয়েংনা য়েংলম্মী। মদু উবদা মেঘচন্দ্রনা রাধারোমদা পিখ্রো হাইবা শকয়েংনা ইঙ্গিত তৌরম্মী। রাধানা মদু পুম্নমক উরদুনা হাইরকই -

ঐমক্লা নংবু ঙাইহাক্তং উদবদা অসুক রারবদা নংগী পলেম্নদি কয়া রানা লৈরম্রগনি! থুনমক উননবা তৌ।

রাধাগী য়াথং ফংলবদা রণজিৎনা হাওতোম্বীদা হাইরকই -

হৌজিক্তি ইমাগী য়াথং ফংলে, ঐগী রাশকপদা মঙাইরে। করম্না শক্রগা ইমানা য়াগদৌরিবা ?

নমানা পাম্বদি অসিনি -

হাইয়ু।

নমাদি মীহাৎপীনি, নংনা বিচারপতিনি। বিচারপতিনা মীহাৎপী নমাবু কল্লোই হাইনা রাশক্রবদি নমা লাক্কনি হাই ইবুংঙো।

করিগীনো অদুক য়াম্না কনবা রাশকতি ?

কৃষ্ণচন্দ্রগী মথক্তা লমন লৌবগীদমকনি।

মরাল লৈত্রবী ইমাবু ওৎপগী লমনবু অদুরা ?

মানি ! নমানা পাম্বদি কৃষ্ণচন্দ্রদা করিমতা তৌদবা।

হৌজিক কৃষ্ণচন্দ্রবু পুল্লিবসি থাদোক্লবদি নমানা তারগা য়াম্না নুংঙাইগনি। কৃষ্ণচন্দ্রনা লৈবাক্কী অঙম্বা ওইরগা মচা-মনাও কনগদবগী হোৎনবা-অদুগা নংনা অচুম্বা লম্বেলগীদমক নমাফাওবা কন্দবা। অদুতনা কৃষ্ণচন্দ্রবু লমন লৌবা হাইবদু নমাগী ওইগনি ইবুংঙো।

হাওতোম্বীগী কল্লবা ৱাহৈ অসি তারগা পাখৎলদুনা রাধা ইফিং ফিংনা হাইরকই—

ইচে তোম্বী, করিনো নংনা হাইরিবদো?

ইবেম্মা, ঐনা করি তৌবা ঙম্মী ? রণজিৎকী মমানা পাম্বদা হাইবনি। মচাগী ধর্ম্মদি মমানা ঙাকনিংঙি।

রণজিৎনা মকুবোকপু পুল্লিবদো থাদোক্লম্মী অদুদগী পুরোন তরেৎ য়েংনা ৱাশক্লগা হাইরকই -

ইমাশকপী, পুরোন তরেৎ পন্দুনা ৱাশক্লবনি ইমানা নিংবা থুংগনি।

রাধাগা মেঘচন্দ্রগদদি বজ্র তাবগা চপ মান্নরম্রে। অদুনা মখোইনিমক চপমান্ননা ৱাখ্রদুনা হাইরকই -

করিনো ইবুংঙো, নমা লাঞ্জদবীদুবু ?

রণজিৎকী মিৎলু অনিদগী পীগী ইরা শিঙ্গরম্মী, মচিনবান্দদি মোমোন নোক্লগা খুম্রকই-হৌরকপদদি ইমাদো লাল্লমদে। থৱাই লৌবগী থৱাই পিবা হাইবদুদি তোকপা য়ারোই।

ৱাহৈ অসি তাবদা মখোই অমুক হেন্না ৱারম্মী অদুগা হাওতোম্বীদি মোমোন মোমোন তৌরম্মী। অদুদগী রণজিৎনা হাইরকই -

হাইরো ইমা তোম্বী, ঐবু পোকপী পলেমদো কদাইদা চৎলগা ফংগনি ?

ইবুংঙো, নমাগী মফম তাকত্রিঙৈদা ঐনা নিংবা অমতদি থুংহল্লু। নংনা নিংবদি অসুক য়াম্না থুংহল্লে।

হাইয়ু ইমাশকপী, ইমা অপোকপী নত্তে হাইবদনি নংনা হাইবদা থৱাই ফাওবা কৎকদবনি।

অদুদি নমা মীহাৎপীগী মতেং পাংবীনি হাইদুনা ঐবু হাতকড়া চন্দুনা জেলদা থম্মু।

ঙম্মোই অদুদি ইমাশকপী।

ঙমদবা য়াদে, নহাক বিচারপতিনি।

মমিত্তগী পী শিঙ্গরদুনা রণজিৎনা ৱাশক্লম্মী। অদুদগী তুমিন্না অদুম লৈথোকখরে। রাধানা হাইরকই।

হাইরোদনা ইচেতোম্বী হৌজিক্তি।

রণজিৎলোমদা ওনশাল্লদুনা হাওতোম্বীনা হাইরকই—

নুংশিবা পারি-ও, নমা-নিংবা নহাক্না নমা ফংদবা হৌনবরা? নমাদি নমাংদা লেপ্লিবসিনি।

অদু তাবদা রাধানা অফিং-অফাই ওইনা হাইরকই —

ইচে, নচাদা বর পিয়ু, মতম পুম্নমকতা নংবু সেবা তৌবা ঙম্বা হাইনা।

য়ারোই ইবেম্মা; হাওতোম্বীগী য়ুগ লোইরে। নচা রণজিৎকী ৱাশক কাইহনগনু।

ইচে-ইচে।

রণজিৎ কপ্পা কপ্পা হাইরকই।

ইমা-ইমা ! নক্লা লাপ্পশ্বী ইমা ! ঐনা যৌবা ঙমদনা লাপ্পগে হাইরবোইকো !

ইমাগী ইবুংঙো, খুৎ-পুল্লরো।

রণজিৎ য়েংদুনা লৈরম্মী, অদুদগী হোৎচন্দুনা মমাগী মখোং অনিদু চেজেৎনা কোনশিন্দুনা মপীনা মমাগী মখোং শেংদোক্লম্মী অদুগা থরো থরো ওন্দুনা ইমা, ইমা হায়না কপ্পম্মী।

থম্বালদি থম্মোইনুংদদা কপ্পম্মী অদুগা মচিনবান্দদি মপুংফানা শাৎকাইরবা লৈরাংগী মতৌগুম নোক্লম্মী। মচাগী মতৌ ঙাইহাক য়েংলগা হাইরকই -

পুল্লরোনে ইমাগী ইবুংঙো, নংবু ঐনা ৱাশক অনিনা পুল্লবনিনে। ইমাবুসু পুল্লরো।

বিধি বিধাতাগী নোংদম্নি ! মমানা মচা চাওবা ঙাইজরকপদি মচাগী মখাই শোকপা থবক পাংথোক্লবগী ওইখরে। ৱায়েনশং লৈতেংলুবদি মমাগী মরালবু খিনবা ৱায়েল-কাটি পাইনবা ওইরেকো হাইনা খন্দুনা তপ্প তপ্পা মমাগী মেংলবা খুদাং অনিদু পুল্লদুনা মিৎলুদগী তপ্ - তপ্ তারকপা মপী মরিক অনিনা বিধিগী সাক্ষি ওইখিরম্মী।

থম্বালদি পোকচমল মহৈ চাজরে শিরবসু পেল্লে হাইনা নোক্লা নোক্লা মখুৎ পুল্লিবা খোরিদুবু কক্সংগী রক্ষাকবচ শিবগুম্না মপুক্লিংদা খঞ্জরম্মী। রণজিৎকী মনাইনিপা শামুনা থম্বালবু পুদুনা থানা তাম্না চৎখরে। রণজিৎকা ৱাধাগা মমা মচা অনিনা কোম্নদুনা ওন-থোইনা কপহৌই। য়েংহৌরিবা মীপুম খুদিংনা মরৈ-খৎপা থোকখিদে, পীগী ইরাতনা থম্বালদা বিদায় পিখিরম্মী।

১৪

রণজিৎকী ছুটি নুমিৎ লোইরে।

মমা-মচা ৱাশক্লবদু লৈবাক শরা শন্না খংনখরে। মচি মচি খুদিংদা মখোইনিগী ৱাদমক ঙাংনখরে। ৱায়েল চুন্না রণজিৎনি, মমানি হাইদুনা কনবিগদৌবা লৈতে; অদুম-ক্লবু মমা-মচা ৱাশকখিবনি- অসুম্না শোন্নরম্মী- মমাগী হাত্তক উরোক-ল ৱাক-ল শোইদনা খংনগনি। ৱাকনা মচু অঙৌবা শংদুনসু খোংলকপা মতমদা কদৌঙেদসু উরোক্লম খোংউ য়াবা নত্তে।

রণজিৎতি করম্না খল্লি।

মালেম থক্তা তারকপা নুমিৎতা য়াইবী-থৱাই কন্নবা খোল্লাং-অমৃত ইনবিখিবা মমাগী মফমদা থম্মোই কন্নিংবা নিপা অমদি ওইরমদে। অদুগা মশামকসু খংই, মমাদু মরাল লৈতে হাইবা য়াই হাইবা। মচা কৌবগী নুংশি-হৈবা পুকচেলদু রণজিৎকী করিমতা ৱাৎচরমদে।

অমরোমদা মমাবু কন্দুনা মচাগী তৌফম থোকপা - অমরোমদনা অমুক মমানা তৌহন্নিংবা তৌদুনা মমাগী য়াথং ইল্লগা মচাগী তৌফম থোকপা।

কবুই কৈওইবা ননিং-নমাং হোত্রোং-হো হাইবা দশাদু রণজিৎকী ওইররে।

অসুম্না তৌফম খংদবা কৌবা ৱাখলগী পাক-চাওরবা ইপাক্তা তাওফিং লৈবনা লোইদাম থাবুম অমগা মখাই হৌখরে।

রাধানা মচাবু কৌরদুনা হাইরকই —ইমাগী ইবুংঙো, করি খল্লি? নমাবু কল্লরোইদরা? 'মমাগী ৱাসি তাবদা করি খুমগদগে হাইবা রণজিৎকী বুদ্ধিনা লাম-খোৎপা ঙম্রমদে।·তুমিন্না তঙক-তঙক য়েংদুনা লৈরম্মী।

রাধানা মমিত্তগী পী শিন্থরদুনা মচাগী মকশিল্লবা মাইথোং অদু য়েংদুনা লৈবদা খাংবা ঙম্রক্রদুনা অমুক হন্না হংলকই —

হাইয়ুনে ইবুংঙো, ইমানা হংবা খুমদ্রিববু করি তৌরবগেনে?

ঙসিদি রাধাদু ৱানোম্বা হৌরকলে। মচানা বিচারপতি ওইবা নুমিত্তগী ঙসিফাওবা অসিদা কনামতগীদমক ৱানোম্বা হাইবদু তৌরক্ত্রি। মীনা নোমহন্দবা নত্তে। মশানা তৌজনিংদবা মরম্মনি।

অদুবু!

জগৎকী চক্র মথক-মখা ওনখরে! রাধা তুমিন্না লৈবা ঙম্রক্তরে। রণজিৎকী মমা ওইবগী ঙাকসু নৎলমদে- থম্বাল অদু রাধাগীদি থৱাই ওইনা লৈরক্লবনি।

রণজিৎনা করিমতা খুম্রমদে, তুমিন্না অদুম লৈরম্মী। অদুদা অমুকসু হন্না রাধানা হংলম্মী-

নংনা করিমতা খুমদববু কল্লরোই হাইরিবরা ইবুংঙো?

মমানা ফুইনা ফুইনা হংজল্লক্লবদুদা লৈবা য়ারক্ত্রদুনা রণজিৎনা অসুম্না খুম্লকই -

ইমা ঐসু খংদ্রে। নহান্না বিচার লোইবা য়ারবনি! অদুদা ৱাশকখিবদুনা ইমাদু মশা কন্নবা ৱা অমতা হায়য়ু হাইবা য়াগনি থাজদবনা ঐসু খনজানদুনা লৈরবনি।

নমাদুদি করিসু লান্দে নিংইনা ইমাদি!

মঙোন্দা তৌরকপা মীগী মরাল অদুদি ইমানা ৱাকৎলোইদৌরি।

নমানা তৌদ্রবসু নহাক্না মচানি, মচানা মমাগীদমক ব্রাকৎপা য়াদ্রা। মদুসু য়ারনু। নংবু পোকপা পল্লেম পম্বৌ হাৎপগী ব্রাদি মচা মহাক্না পুখোকপদি করিগী য়াবোই ?

রণজিৎ অদু বাধাগী আইন-বুদ্ধি অদু উবদা মোমোন নোক্লকই। অদুগা হাইরকই-

ইমা, ঐনা মদুগী ব্রাদু পুখোকলুদুনা করি কান্নগনি ? ইপাবু হাৎপা মীদুদি শিখবে, মাগী মহুৎ শিন্দুনা কনানা দণ্ডি ফংবিগনি?

নমাবু ফাদুনা পুখিবগী দোষদি কবম তৌরবা ?

ইমাবু মখোইনা ফাদুনা অব্রাবা পিবদুদি ইমা মশানা ব্রায়েলশংদা ব্রাকৎচগদবনি। ইমা লৈনা লৈনা ঐনা করি তৌবা ঙমগনি ?

নংবু লমজাউদা হুন্দোকপদুগী মরালদি ইবুংঙো ?

ঐনা করি তৌগনি, গৌরহবিনা হুন্দোকপনি ?

নংবু হুন্দোকলুই হাইবগীদমক নমানা গৌবহবিবু হাৎপা নত্তরা ?

মানি। অদুবু -

অদুবু হাইবদি ?

ইমাদি বিচারপতি নত্তে, মখুৎনা আইন শিজিন্নবা য়াদে।

উম খংলে ইবুংঙো। নমা-নচা।

অসুম্না মখোই অনি ব্রাবি শাবিঙৈদা জেলদগী চাপবাসী অমা লাক্লম্মী অদুগা থম্বালনা বণজিৎপু অমুক্তা উন্নসি হাইবকই হাইনা পাও তন্নম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা বাধাগা মেঘচন্দ্রগা লোইননা রণজিৎ জেলদা মমা উনবা চৎখিবম্মী।

রাধানা থম্বালদা হাইজবম্মী। থম্বালদি করিমতা তাবমদে। মোমোন মোমোন নোক্লদুনা হাইবকই-

রাধা অপংবী, শিগদবা ঐনদি ব্রাদ্রদুনা নংনা অদুক য়াম্না ব্রাবিবা কবিগীনো? শিবা হাইবসি লমন ওইনা তোন্দুনা লৈববনি হাইবা নংসু খংলিবনি। মিংচৎ থিবগা নহাক নুংঙাইগদ্রা? ঐদি মদু ঙম্মোই। অদু পুম্নমক্কী মথক্তা ঐদি কৃষ্ণচন্দ্রগী মথক্তা লমন খুন্নমদবা য়াদে। নখোই ঐনা নিংবসি কাইহনগনু।

অদুদগী রণজিৎপু কৌবগা হাইবকই

ইমাগী ইবুংঙো, নংবু কৌবদি অতৈ করিগীসু নত্তে। ইমাগী বিচাব লোইবো হাইগে তৌবনি। অসিদা অসুম লৈবসি ইমাদি পামদবে।

ইমা, ইমা।

ব্রাহে অতৈ অমা থোক্লমদে। মমাবু কৌবদগী হেন্না কবিমতা ঙাংবা ঙন্নমদবে।

মতৌদু উবগা থম্বাল-না অমুক হাইবকই -

ইমাগী ইবুংঙো, নুপীগী থম্মোইদগী নিপা ওইবা নখোইগী থম্মোইনা হেন্না কনবা নত্তে। নংনা ব্রাবিবদো অবেম্বনি। অতোপ্পা মীহাৎপা অমগী বিচাববু নংনা য়ৈথোক্তুনা থম্বরা? ঐগীদি নমানি হাইদুনরা ? নংদি ইমাগীদমক লৈবা বিচাবপতি নত্তে মী পুম্নমক্কীনি। মখোই পুম্নমক্কী মনাইনি নংদি। ঐবু নংনা চান্না তৌবগা মীনা কবি হাইগনি? নংগা ঐগদি হৌজিক বিচাবপতিগা আসামীগা লৈবিবা মরিদুনি, ইমা-ইচানি হাইনা খনবা য়াবা মতম নত্তরে। ইবুংঙো, ইমানা নংবু নুংশিবসে ময়েং তাহনগনুকো!

ময়েং তাহনগনুকো — ৱাহৈ অনিসি থনুংদা থুং পাল্লম্মী। খোল্লাং অমৃত থকপা ফংলকই হাইবদুঙাই, মমাবু মশক মুন্না খংবা ঙমজরক্রুবা রণজিৎনি। মমা পোক্তবীবু পোক্তবীনি হাইনা খংবা নুমিত্তগী ঙসি ফাওবা নুংশিবা মচেৎ অমা ফাওবা হৃয়রক্রিবনি। অদুগুম্বা রণজিৎনা মমা অপোকপীবু নুংশিদবা কদৌঙৈদসু ওইররোই।

মপাগী ৱাশকপা ঙাক্লবা হাইদুনা শ্রীরামচন্দ্রনা মপা নুংশিববু মথৱাই থাহনখিবদি রণজিৎনা পুন্সিগী ফীদমনি হাইনা খল্লম্মী। জগৎকী মপু শ্রীরামচন্দ্রনা বনদা চৎলরোই হাইরবদা কনানা খিংবিগদগে? অদুবু ৱাশক কাইবা মপানা নরক কুণ্ডদা তৌরুবগী শরুকপুদি মচা কাইনবগী মৈচাক ঙাইহাক ফংলগা থৱাই থাবনা হেন্না ফৈ হাইবদু শ্রীরামচন্দ্রনা খন্দোকখি অদুগা বনদা চৎপগী অৱাবদা নত্তনা মপাবুংগা কাইনবগী মৈচাক অদু খাংদুনা নুংশিবগী থোইরবা খুদম উৎখি।

মতৌ অসুম্না নুংশিবা মনুংশি অদু থম্বালনা মচা রণজিৎতগী পামজরম্মী। মসি খংলদুনা রণজিৎনা খুন্নম্মী -

ইমা, ইমাগী য়াথং শোইদনা ইনজগনি।

মাগী পাওখুম অসি তাবদা রাধাগা মেঘচন্দ্রগনা করিনো বণজিৎহাইনা লাওরম্মী।

থম্বালনা নুংঙাইবনা মখোল ৱাংনা নোক্লম্মী ।

১৫

থম্বালগী বিচার নুমিৎনি।

লৈপাক প্রজা অপুম্বা কারক্তুনা নিনখরে। করি রায় তারগবা হাইনা খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈনরম্মী।

রনজিৎ অদু মমাগী বিচারনি হাইবগী মপুক মনুংদা ব্বারবসু মপাম্বোংদা অব্বাবগী খুদম মচেৎ অমফাওবা উৎলমদে। মহৌশাগী মতৌগুম মমাই মকা লাম্না মোমোন তৌনা নোকপা মনোক মচা অমনা মচিনবান্দা তোংদুনা শাথৌহল্লম্মী। অউবা খিবিক্না ঙক্না য়েংলম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা থম্বালবু বিচারগীদমক পুথোরক্লে। মমাবু উবদা বণজিৎকী থম্মোইদা থুক লাওবা অমা তৌরম্মী, অদুবু মপাম্বোংদা উৎতবা ঙম্রম্মী।

করিগীসু ব্বাদফম থোকই! মমানি, পুন্সি অসিমগী উবা অমুক ফংলরোইদৌবনি। অদুসু তোক্লো, মমাবু নুংশিদবা জীব কনা অমা লৈরি? রণজিৎনা মমাবু নুংশিবদি শিংনা নুংশিজবদনি, অতৈনা পংনা নুংশিবনি।

চীং লেম্না ফম্লদুনা মখুত্তা চেৎনা কলম পাইরম্মী, মমাংদা চে মুক থনম্মী। অর্জ্জুন-না গাণ্ডীব থাদোক্লোই ব্বাশকপগুম্বনি। মমাংদা লেপ্লিবী নুপী অদু য়েংলদুনা হংলকই -

নুপী নহাক থম্বাল হাইবদুরা?

মানি ঐগ্যা!

ফরিয়াদীসু নহাক্না ওইরি হাইবা চুম্বরা?

চুম্মী ঐগ্যা।

আসামীসু নহাক?

ঐগ্যা।

আসামীনা ফরিয়াদী ওইবদি হাৎলুরিবা মীদুগী কনামতা লৈত্রবরা?

লৈবিনি, অদুবু মখোইনা ব্বাকৎচদবনি।

মখোইনা ব্বাকৎত্রবদি আসামী ওইদৌরিবা নংগী নথৌ করি লৈ?

বুদ্ধি চোইরবরা অঙম্ববু?

কবিগী?

শিরিবা মীদুগী মরিমতানা চোংথোরকপা চোংথোরক্তবা করি ঙাইফম থোকপগে। লৈপাক্কী প্রজা অমবু অমনা হাৎলবদি মীহাৎপা অদুবু ফাদুনা ব্বায়েলশংদা বিচার তৌরগা শাস্তি পিবদি লৈবাক ঙাকপা মীগী মথৌ নত্তরা? মখোয়না পাও অসি তাদ্রিঙৈগীদি তাদ্রিঙৈনি, তারবদি মখোয়না ফরিয়াদী ওইদুনা বিচার লৌখৎকদবা নত্রা? অদু ওইরবদি আসামী ঐনা ফরিয়াদী ওইবা ওইদবগী করি অমুক খন্নফম লৈরিবগে?

ফরে অদুদি! করিগী হাৎলুরিবনো?

ঐগী ইচা হুন্দোকপিখিবা অদুদা মমা ওইবগী নুংঙাইতদুনা হাৎলুবনি ঐগ্যা।

থব্বাইগী মহুত্তি থব্বাই ওইগনি হাইবসি খংদ্রা নংদি?

খংই, খংনা খংনা হাৎলিবনি।

করি হাইনিংবা লৈরি?

করিমতা লৈজদ্রে ঐগ্যা !

করিমতা হাইররোই ? নশা কন্নবা ৱাহে অমফাওবা হাইররোই ?

লৈখোমনা শাবা ইশা অসিবু কন্নবা তুক্কচন্নবা থবক অমতা তৌজররোই ঐহাক্তি।

নংগী সাক্ষী কনা কনা লৈরি ।

সাক্ষী অমতা লৈজদে। সাক্ষী হংবিদুনা করি কান্নগনি, মখোইনা ঐগী থৱাই কনবসু ঙমলোইদৌবদা !

নশানা জ্ঞান তানা মীহাৎলি হাইবা য়াৱবনিনা মতিক ওকপা দণ্ডি পিবদা নংগী করিসু আপত্তি লৈত্রেদনা ?

করিমতা লৈজদ্রে ননাই ঐহাক্কী ! ননাই ঐনা মতিক ওকপা শাস্তি ফংদ্রবদি জগৎকী মমাংদা ইচা নিপাগী মফমদা লমন অমা তোনবা তারে! ইচা নিপাদুবু ৱাশকহনখিবদু ঐনা অমদি ইবুংঙো অঙম্বনা থুগাইবা তারে, অদুনা মতিক চাবা দণ্ডি অমা বিচারপতিনা কৃপা তৌবিরবদি ইচাগীসু ঐগীসু বিচারপতিগীসু স্বৰ্গ ফংগনি।

ফরে অদুদি, নুপী, ঐগী রায় হাইরগে। নহাক মী অমা নংগী খুসীনা হাৎপগীদমক মরম অফবগী ওইরবসু মী হাৎপা হাইবদু থোকলে। নংগী মতিকচাবা শাস্তিদি ফাঁসীনি।

মীয়াম পুম্নমক শুকথনা রায় অদু তারম্মী। তুমিন-তুমিন উন-ৱাইমুক চিকলম্মী। থম্বাল-না অচিকপসু থুগাইদুনা হাইরকই -

য়াম্না হরাওনা শাস্তি অদু ফীগাও শানা য়াজরি ঐগ্যা! ঐনা থৱাই মঙা থাগদৌরিবসিনা জগৎকী ইতিহাসতা ঐনা অমতা পোকচবা ইচাগী অচুম্বা চৎপদু লংলবা মযেক্লা ইদুনা লৈহৌরগদবনি।

অদুদগী থম্বালবু জেলদা পুশনখরে। লৈপাক প্রজা তিল্লম্বা অপুম্বা ঙক্লা ঙক্লা রণজিৎকী রায় অদু নিংশিং-নিংশিংদুনা মযুম হন্নখি।

১৬

রণজিৎ ময়ুমদা হল্লকলে। অসোমদা মথৌ পাংথোক্লমলে—মমাগী যাথং ঙাকপা অদুগা বিচারপতিগী বিচার । নুংঙাইফম থোকই । মীনা থাগৎকনি হাইবগী ঙাক নত্তে, মমাবু নুংশিবনা য়াথং ইনবগীসুনি ।

থাঙ্গশেংবমক্তি নুংঙাইবা অসিমতনা মাগী থরাই-হকচাং পুম্বদু পুমশিন শিল্লন্নববা ?

মদুমক্তি থোক্লমদরে।

মীওইবগী মশাদা খাইন-মৈচাক অমা চাকফম থোকপদুদি রণজিৎকীদি তোকপিয়ু হায়বা য়াবম্বরা?

য়াফম থোক্তে, কবম্না য়াগনি ? মাদি মী নত্তরা?

শ্রীরামচন্দ্রনা মপাবু থাদোক্তুনা চৎপবু খাইনমৈচাক লাংদবা য়াখিদে। মহাক্না প্রজাগী পেন্নবা তৌবদি নিংথৌগী মথৌনি হাইদুনা সীতাবু বনদা থাখববসু সীতাগী খাইন-মৈচাক অদুনা লম্মৈ চাকপগুম্না হৌদুনা শ্রীরামগী থম্মোই পুম্বা চাকপদুদি তোকউ হাইবা য়াখিদবনি।

অদুগা রণজিৎতি মমা নুংশিরবীবু শিজরুরো হাইনা থাদোকপদি কবি-কবম্বা শক্তি অমা লৈদুনা মমা খাইনবগী মৈচাক অদু খাংবা ঙমগদগে?

চুম্না মপুন্সি লোইরদুনা শিখিবা ফাওবদা মচা কৌবা মী খুদিংমক্না মমাগী মৈচাক খাংবা ঙমদে। বণজিৎকীদি কদাই ? মচিনমক্না শিবগী য়াথং থাবা।

রামনখিবনা মশা অদু পুবা ঙম্মক্রদুনা শোরো শোবো চিংদুনা ময়ুমদা য়ৌবা য়ানবা হোৎনরম্মী। তাইবং শাৎনা ঙাম্নোইরবা কোরৌহনবা নুমিৎকী মঙান্না পুমঙান ঙাল্লবা পাকচাওরবা লম্বেল অদুবু শুক্না মল্লবা লমহাং ওইনা তৌখিরম্মী। মম্বদা নত্তনা নাকোং ফাওবা পংশল্লম্বগুম তৌরম্মী। লম্বেলদা থেংনবা মীশিং অদুনা মখোন থোকনা রা ঙাংনববু করিমতা তাদবগুম তৌরম্মী।

কবিমতা উখিদ্রবা তাখিদ্রবা অদুগী মবক্তা মমাগী শকফম অদুদা উবম্মী, মমাগী খোম্লাং অদুতা তারম্মী। মমাগী মুর্তিগা খোনগনা মাগী থরাই হকচাং পুম্বা চিংশিনখিবনা হকচাং পুবিবা ইদ্রিশিং অদু মখোই মখোইগী মথৌ কাওথোকখিবগুম তৌবম্মী।

মীওইবা পুম্নমক শিগদবনি খংনা খংনা মমা নুংশিবগী মৈচাক্না খংখিদবা রণজিৎ অদু য়াম্না রানা ময়ুম থুংজররে।

বাধানা মচাবু উবদা 'ইবুংঙো' হাইনা কপ্পা হৌরম্মী। মাদি ঙসাইনা বিচারগী রা তারম্রে। অদুনা পাও তাবদগী হাম্নসু লৈজবমখৈ কপ্লন্নবনি। মচা উবদুদা অমুক হন্না মপী অদু থেমজনবা ঙন্নমদরে।

মমা রাধাগী শকফম অদু উবদা রণজিৎতু অমুক হেন্না থরাই পুবা য়ারমদরে। অরাবগী মথক্তা অরাবা মরোল মরোল হাপচল্লকপদুনা মশাদু পুবা য়ারক্রদুনা ফমুং তান্না চংলদুনা ইদ্রি পুম্নমক শিথরবা য়ু-থকপা মীগুম মফম মরাং খংদবমখৈ ফমুংদা মশাদু থাদবম্মী।

পুক্নিংনা চোইববদা ইদ্রি পুম্বা শিথবকলে। জ্ঞান পুম্বা মাংশল্লকলে।

হৌজিক্তা ইকন কন্না লৈরন্বা রণজিৎ ইখং-খংহৌদনা শোম্বখিবনা অনাবা হাইবদু ওইখরে। উতুপ অমা তাবগুম তারম্মী। অউবা মীনা ফীভম অসিদি য়ৌরে হাইনা হাইনরক্লে।

খোইয়েন মশা পাইবমখৈ মেঘচন্দ্রগা কৃষ্ণচন্দ্রগা অনিনা মাইবা মাইবী থিবা কোইচেল চেন্নরক্লে।

রণজিৎতি করম তৌরি?

জ্ঞান অমুক মাংই, জ্ঞান অমুক হন্নরকই। হন্নরকপা কালদা মমিৎ অনি অদু কোইনা কোইনা য়েংলকই, কনাগুম্বা অমবু খৌরাংনা উনিংবগুম য়েংবা মিথয়েংনি।

অদুদগী লৈত্রে হাইরবরা কবিনো খংদে অমুক মিৎ অনিদু উইশিল্লম্মী! ময়ামদনা মিৎ উইশিনবনি অদুগা মঙোম্দদি জ্ঞান মাংদুনা তৌরম্বনি।

রাধানা খুদক অদুমক্তদা মিৎ উইশিনখিবসি জ্ঞান মাংবরা হাইনা খংনবা হাইদুনা ইবুংঙো রণজিৎ হাইনা কৌবম্মী। পাওখুম অমফাওবা লাকপিদে, তাইবং-মালংদা নুংঙাইনা তুমজরিবা মচাদুগী নাকোং য়ৌবা য়াবা খোনদি রাধানা পুখোকপা ঙম্বা নৎলমদরে।

মতৌ অসুম্না নুমিৎ শিংবুম তবেৎনি শুজল্লকলে। মাইবা মাইবী খুদিংমক্লা হিদাক থাবদা মহৈ অমতা য়াঞ্জদরে। মখোই লোইনমক চপ মান্নবা হাইরে, অনাবগী হিদাকতি মমা থম্বালতনা ওইগনি।

মমা থম্বাল।

অনাবগী হিদাক। করম্না ফংগনি ? জেলগী মনুংদা থোং-শো কন্না লোম্দুনা সন্ত্রি থমদুনা মখুৎমক্লা পুখোকপা য়াদবমখৈ থমজিল্লত্রবা থম্বালবু রণজিৎনা করম্না উবা ফংগনি ? কনানা মাবু যমনা ঙাইদুনা লৈরিবা লম্বিদুদগী নমাই ওল্লো হাইবা ঙমগদৌরিবা ?

অসুক তাংখরবা হিদাক অসিমতং নত্রবদি ডাক্তর মাইবনা গতি লৈজদ্রবা? লৈনা অসিগী অরুম্ববু পুবা ঙমদ্রদুনা রণজিৎনা থরাই য়াওদ্রবা উতুপকুম তাদুনা লৈবা অসিবু শ্রীবিষ্ণু লেংলক্তুনা মাগী কমণ্ডলুদগী গঙ্গাজল চাইরদুনা হৌগৎহনবা নত্তনা উপায় অমতা উনখিদরে।

মপুরোইবগী দশা উরবা মণিনা থরাই রাবদগী হেন্না করিমতা ঙমজরমদে। মানা অদুক তৌরম্বা হাইববু লাইদা তুলসী পত্র কৎতু না মপুরোইববু নিজবা নত্তনা করিমতা তৌনিংঙাই লৈজরমদে।

লৈপাক পুম্নমক অমতা ওইনা ঙাংনখরে, বণজিৎতি মমানা ফাঁসীগী কৈরাক কাদ্রিঙৈগী মমাংদা মমাগী মাং থাদুনা চৎলগনি।

মরুপ-মপাং কয়া লাকই, অনাবদুবু য়েংলগা অদুম হনখি। কনাগুম্বা অমতনা মাগী মাগী মরুপ অসি হিংবা য়াইনা হাইদুনা হনখিবা য়াওদে।

অনাবনা করম তৌরি ? চাংজৎ অমতদা তাওদুনা লৈরি। জ্ঞান অমুক হন্নরকই, অমুক থুনা মাংই। হন্নবগা মাংবগা মাংবনা মতম হাইনিংঙাই লৈতনা শাংলম্মী।

মরক অসিদা কৃষ্ণচন্দ্রনা করম তৌবি?

মানা শিনবনা মমাকনিপাগী দশা তারিবনি হাইনা খল্লম্মী। অদুনা মমাকনিপাগী মাইবা শাগে নিংখৎলক্তুনা মমাক্কী অনাবা নিনি চনবদগী হৌনা থম্বালবু কন্নবা হোৎনরম্মী। মহাকনা আপীল তৌজরম্মী।

থম্বালবু শিবদগী কনবা ঙম্বা য়াই, অদুগা মীহাৎপীবু জেলদগী খালাস ওইহনবদি ঙমবসু য়াই ঙমদবসু য়াই।

রাধাখোই মেঘখোই পুম্নমক্না মহাক্না হোৎনরিবদু খংই। অদুবু আশাদি লোইনা থাদোক্লম্মী। করিগুম্বা আপীলনা ঙম্লবসু মচানিপানা তাইবংপাল থাদোকখরবা মতুংদা থোক্লবদি মচাগী থবাইদি কনবা ঙম্লরোই হাইদুনা চিংনজরম্মী।

অসুম্না খুৎ থাদুনা লৈরবা অদুগা অশিবগী মমিনা মুনা মুনা য়েংবা হৌরক্লবা মতমনি। রাধাগা মণিগনা থম্মোইনুংদা কল্লদনা পাঙ্গল ওইরবা তাঙ্গানি।

নুমিৎ য়ুংবা মতুংনি। রণজিৎ অদু কোরৌহনবগী য়াক্লবা নুংশানা নম্বগী মথক্তা অমুক হেন্না নমলুবদগী জ্ঞান মতেক অমা তারম্মী। মিৎ অনিদু থাদক্কী অঙাংনা য়েংবগুম পাংদুনা লৈরম্মী অদুদগী অমুক কোইয়েং য়েংবা হৌরকই। কোইয়েং য়েংলুরগা অমুক তুমিন্না য়েংদুনা লৈরগা ইমা, ইমা, হাইনা শোল্লবা মীরবা খোঞ্জেলদা কৌরকই। মনাক্তা ফন্নিবা রাধানা ইমাগী ইবুংঙো হাইনা খুন্নম্মী।

অদুদগী অমুক তুমিন্না লৈরম্মী। মফম মরাং খংহৌদনা মঙাল অমা উবগুম তৌরম্মী। স্বর্গদগী লাকপা মঙালগুম্বনি। মচিনবান্দা নোকপগী মতৌগুম্লদুনা রাধাগী মাইকৈদা মাগী মিৎ অনিদু থম্বগুম তৌদুনা লৈরম্মী।

ঙসিদি মচাগী মীহুন হম্বরক্তুনা মখোই পুম্ববু অবাবদগী কল্লগদৌবগুম নিংলম্মী। রণজিৎনা শোল্লপ্না হাইরকই -

ইমা, ইমাদুবু উরম্মী, মিৎ পাংথোক্লপদা লৈরমদরে, কদাইদা চৎখরবগে ?

রাধানা খুমফম খংলমদে। মচাগী চোইরোল অদু তাবদা মথবাইদি পুবা ঙম্লমদে। কবি হাইনা খুমগদগে খংলমদরে।

তঙক তঙক য়েংদুনা লৈরম্মী। মানদুম নুংগী মুর্তি ওইরমলে। মমা-মচাগী ফীভম অসি য়েংবদা মখোয় অনিমক চৎমিন্নখিদৌরিবরা হাইনা খল্লকলে।

মতম তাঙ্গা অসিদা মশম মনা ইফা ফারদুনা থম্বাল অদু প্রৎ প্রৎ চংশিল্লকই। মচাগী মনাক্তা লেপ্তুনা ঙাইহাক মচাগী মতৌদু য়েংলগা মমিত্তগী পীগী ইরা খংহৌদনা শিম্বরম্মী।

অদুদগী মচাগী মনাক্তা ফন্নগা ইমাগী ইবুংঙো হাইদুনা মরাইবক অদু মখুৎনা নাল্লম্মী। মমাগী খুৎকা খেংনবদুদা জ্ঞান মাংলুবা পুম্নমক নোংথাংগী পাঙ্গলনা চিংশনবগুম পুংহন হঞ্জল্লম্মী অদুগা হরাওবনা চিংনা চিংনা কৌরকই —

ইমা, ইমা!

রাধাসু জ্ঞান হম্বরকলে।

অমুক -

রাধা - থম্বাল - রণজিৎ মমা-মচা অহুমমক নুংঙাইবগী তাইবংদা পান্নখিসি হাইনখি।

# রোহিণী

শ্রীতলজিৎ

১ বা ফোঙবা
জুলাই ১৯৪৮ ইং
২শুবা ফোঙবা
অগষ্ট ২০০৮

৺নিংথৌজম কামিনীকুমার সিংহ —

'অচুম্বদা চৎলু
ওম্বদি মীনা ওমজখিসনু'
তাক্লম্বা পাওমেলগী লমন
'রোহিণী' অসিনা শিংজরগে ।

## ৱাহৌদোক

ঐগী রোহিণী কৌবা উপন্যাস অসি ইং শোক ১৯৪১-৪২ দা ইজবনি। বোমা তাদুনা লৈবাক কাইনখিংবদগী ফোংবা ওমদদুনা লৈরম্লবনি। মরুপ-মপাং ময়ামা ঐগী লাইরিক অতৈ পাবিরগা পিবিরকপা উৎসাহদগী লাইরিক অসিমসু ফোংবা ওমজরি। হন্দকমুকসু ময়ামা হান্নদগী পিবিরকপা উৎসাহ অদু ফংজগনি হায়না আশা তৌজরি। ইতি —

নোম্মুক্তা
শীতলজিৎসিং
তাং ১০/৭/৪৮ ইং

# খুনবা

১


হ্মপুত্রনা পাক চাওরদুনা ইবৈ কন্না চেল্লি, মপান অনিদা জাহাজ ষ্টেশনগী থাউমৈনা য়াম্না লংনা ঙাল্লি; ইশিং মনুংদা থৱানমিচাক অমমমমুক চাওনা থাউমৈশিং অদুগী মমি তাবি। মী ময়াম্না পরেং পরেং থোং শাবিবা অদুদা লাল্লগা জাহাজ মনুংদা কুলিশিংনা মবক মরক্তা য়েপ্পুনা চৎলি। কনাগুম্না কনাগুম্বী অঙাং যাওবা জাৎনা অঙাংশিং অদুবু মাংখিনি হাইদুনা মখুৎ শম্-শমদুনা চৎলি। কুলিশিংগী মরক্তা থুনা চৎনিংবা মীনা মমাং থারিবা, তপ্না চৎলিবা যাত্রিকশিংদুদা চৎথোকউ লম্বি পিউ হাইনা লাউবসু য়াওই।

জাহাজ কারগা মাগী মাগী তোংফমদা কুলিশিংনা পোৎ থাবগা যাত্রিকশিং অদুনা লেপ্পসু যাওই ফম্বসু যাওই। অদুক য়াম্না চিন্না হোৎনরিঙৈ তাঞ্জা অদুদা ফীযোনবা মীশিংনা ফী লৈগেবা হাইদুনা মবেংবান্দা ফী যান্দুনা যাত্রিকশিংদা হংলম্মী ।

গোপালসু মাগী পোৎ থম্বদু মফম চানা থমদুনা ঙাইহাক লেপ্পুনা লৈরগা পুলিশ অফিসার অমখক্তা মতম কযা লৈবগা জাহাজ অদু থাগনি হাইনা হংলম্মী । মিনিট তরাবোম লৈবগা থাবগনি হাইনা মখুদাং-ঘড়ি য়েংদুনা হাইবম্মী ।

পুলিশ অফিসাব অদু গোপালগা মহৌশা খংনবা নিপা অমা ওইবম্লে। অদুদগী অফিসার অদুনা হংলম্মী—

"কদাই চৎকদৌবিবনো গোপাল বাবু?"

"মণিপুব চৎকদৌবিবনি, কলিকাতাদা থবক অমা চৎলুই।" অসি হাইনা খুম্বদুদা পুলিশ অফিসারদুনা নোক্লদুনা ফন্ লাউনা চোংলদুনা হাইবকই --

"অদুদি য়াম্না নুংঙাইবে, থবক অমা তৌবিবা তারে।"

"কবিনিনা বাবু?"

"মণিপুব থোক্কদবা লৈশাবী অচা অমা পুথোকখিবা তাবে। মৌপ্পা চহি অনিদা ঙাইবিবা অমগা য়াওই। খোংবু অমতা লৈবোইদৌরে। ঐদি সবকাবগী থবক অমা তৌদবা য়াদবে, অসিদা লৈহৌবা তাবে।"

গোপালনা ইতপ তপ্না হাইবম্মী— "ফৈ, করিদৌগে, ঐগা খোংবু ওইদুনা চৎখিনি। মখোইদি কদাইদা লৈ?"

অদুদগী পুলিশ অফিসাব অদুনা গোপালগী য়েৎলোমদা লম অনিরোম থাপ্না ফম্লম্বা নুপীমচা অমদা খুদোম্বীনা থিন্দুনা তাক্লম্মী । ঙাইহাক লৈবগা অফিসার অদুনা হাইবকই—

"মখোই অনিসি মরাইবক থিরবনি য়াম্না। মপা-মমা কনামতা লৈত্রে, মখোই অনিদা ঙাইরে। মখোইগী মপাদু ঐগী মরূপ অমনি। ঐ গৌহাটী ফাওবা থিল্লগা লৈহৌগে তৌরিবনি। মণিপুর য়ৌগদবদা ছুটি ফংদ্রে। মীনাই হাইবসি ওম্থোক্লা ৱাইচিনখবে।"

গোপালনা মাগী ৱাদু তারগা অমুক হংলম্মী— "করি তৌবম্মী অঙাংশিং অসিগী মপাদি?"

"ঠিকাদার ওইরম্মী । মখোইনা আসামদা লৈরকর্পসি মীরোন মঙা তকক শুরে। হৌজিক লোইনা লৈত্রে। মীরৈবাক্তা মখোই অঙাং ঙাক্তা লৈবদি য়াদবনা মণিপুবদা চৎপনা ফরে হাইদুনা চৎলবনি। ঐগীদা

লৈয়্,ঐ মখোইবু যেংগে হাইববু মণিপুরদা চৎলগে হাই।"

"মণিপুরদদি মখোইগী কনা কনা লৈরি ?"

"কনাসু —" অসি হাইফাৎত্রিঙৈনা হুইশল খোংলক্লুনা – পুলিশ অফিসারদ চৎলগে নুপীমচাদুদা ব্রা হাইর্কখিগে হাইদুনা চৎখিবন্মী । গোপালদু ভুং ইল্লকউ হাইদুনা ইল্লন্মী।

পুলিশ অফিসার অদুনা নুপীমচা অদুদা ক্টৌদুনা হাইবন্মী —"রোহিণী, নংগী খোংবু অমা লৈরে। নহা ওইরবঙৈদা লাইবিক তম্মিন্নবকপা মরুপশিন। মণিপুর তান্না চৎকদবনি। মহাক্কী মনাক্তা ফম্লুরো।"

রোহিণী অদু ব্রা অমতা ঙাংদবমখৈ ভুমিন্না হৌগত্লুনা মৌপ্বা নিপাদু পল্লদুনা লৈবন্মী । অফিসার অদুগা গোপালগনা পোৎচৈশিং অদু থাংলদুনা চৎলন্মী । রোহিণীসু মখোইগী মতুং ইল্লর্ম্মী । অদুদগী ফম্লগা অঙাং অদু পল্লদুনা রোহিণীনা অফিসারদুদা হাইলকই--

'তাদা, অঙাং চানবা কবিনো অমতা লৌরবকউ।"

অফিসারদু অচাপোৎ লৈবা চৎখরে, গোপালনা নুংশিবা মিৎযেংনা যেংলদুনা হাইবন্মী –

"ইবেম্মা, কাবমতা চিন্তা তৌগনু। ঐনা নখোইবু যুম তাম্না থিন্গনি।"

চহি তবামঙাদা ঙাইরিবী রোহিণীনা মমিৎ ইতুক তুকথদুনা লৈবম্বদগী গোপালগী বাদু তাবগা কপ্লিং কপ্লিং তৌবা মিৎযেংদা লৈবন্মী । গোপালদি মদু উবমদে, কবিনা রোহিণী অদু শাডী অমা শেংলন্মী। মকোক অদু মিৎপান ফাওবা খুমজিল্লন্মী । মহাক্লা কপ্লিংলিবদি 'যুম' হাইবা ব্রাহৈ অদুদগীনি। মাগীদি মণিপুরদা যুম লৈজবা নত্তে।

গোপালনা হাইবা ব্রাদু অদুম তাবন্মী, কবিমতা খুল্লমদে। গোপালনসু শাওবমদে, ইকাইদুনা তৌরিবা মাল্লে হাইনা খল্লন্মী।

ঙাইহাক লৈবগা পুলিশ অফিসার অদ্ তল খবগা শঙ্গোম খবগা লৈদুনা পুরক্লে। অঙাং অদু লৌবদুনা মতম্বাক্তা পল্লগা তলগাদু পিজগে তৌবন্মী । গোপালনা অঙাংদু মুল্লদুনা হাইবকই – বাবু, নং চৎপা থেংলগান, জাহাজ থাগদবা মিনিট অমা ফাদ্রে। ঐ পিজহৌগে।

অঙাংদু গোপালদা পিবগা অফিসার অদুনা অঙাংদুবু চুপ্লগা হাইবকই "ইয়াম্লদি চৎলগেকো, নং হযেং চাওবগা ঐবু কাওনুকো।"

অদুদগী রোহিণীরোমদা যেংলগা কপ্লিং কপ্লিং তৌদুনা হাইবন্মী — "রোহিণী চৎলোকো। ঐসু ছুটি নিবা ফংলগা নং উনবা লাক্কেকো। মণিপুর হেক যৌবগা চিঠি পিবকউ। ননম্মনা চিঠি হাইবদু কাউনুকো।"

অতৈ মতমদা ওইরবদি লৈশাবী রোহিণীনা ব্রা ঙাংলম্লোইদবনি, অদুম যেংদুনা মরৈনমগদবনি, অদুবু সংসারদা অঙাং ওইনা অহল ওইরবী অমনিনা রোহিণীনা অফিসারদুদা ব্রা হাইবন্মী– "তাদা, কাইনা তাবে। অসিদগী শক উনবা ফংববা ফংদববা মফম খংলোইদৌরে। ইনম্মদা খুকম্লকউ হাইনা হাইবিউকো।

অদুদগী অফিসারদুদা খুকমলন্মী । অফিসার অদুসু হুইসল খোংলকপা তাবদুনা গোপাল বাবু চৎলগে হাইদুনা মখোই অনি খুৎ লোয়্নদুনা বিদায় লৌনবন্মী । ঙাইহাক লৈবগা ষ্টেসনগা জাহাজগা শম্নবিবা থোং অদু লৌথোক্লুনা জাহাজ অদু আমিনগাঁও থাদোকতুনা পাণ্ডু পাংলন্মী ।

গোপালনা অঙাং অদু তল অমুক সঙ্গোম অমুক ইল্লদুনা মচা-মনাওগী মতৌ গুম্না তৌবন্মী । রোহিণীনা অদুম যেংদুনা লৈবন্মী, ব্রা অমতা হাইবমদে।

কনাগুম্বা পাবিবা পাবিবীশিংগী মরক্তা রোহিণীগী শকওং সদাগী মরম খবা খংনিংলম্বসু য়াই। অদুনা ব্রাহৈ অমনিদংদি মাগী রূপগুণগী মরমদা ইজগে।

কুচুবোমদা হাইবগদি বোহিণী অসি পুলৈ কুচু তাবনি। লাইবক অদু কোইবপ তাবদুনা মাইতাদি খবা শাংলপ তৌই। লাইবক ব্রাংই, নাকোং অনিদু চাওসু চাওদে পিকসু পিক্তে, মাইতাদুগা চপ চানা চাওই, নাতোন অদু অদুক যাম্নদি ব্রাংদ্রগা মী খ্বাইগী অনম্বা নাতোন্দি নত্তে। শমদু ফনা শাংবনি হাইবা যাই। মখোইগী অহল লমন্নদি ইনাক-কৈবাক খুনবা মী ওইবম্বনা শমজি অদুনা নিংজোল ফাওবা যৌনবা মনম নুংশিবা থাও অমদি তত্তনা শিজন্নবা মতৌ মাল্লি। পিশুম মপা অদুদা বাশি মতেক অমা ওইনা লৈবা লক্ষণ উই। খদাং মথক ওইবপ তৌনা পাববা চিনবান অনিদুগী মখাবোমদা য়েৎলোমদা শমব্রু মচা অমা বাশি লৈবীনি হাইবা তাকই।

বোহিণী অসি মশা ফনা ফবীনি অদুনা মযাং কংবনি হাইবসু য়াদবা য়াম্না কন্না নোইবনি হায়বসু যাদবা মপোপ মতাং চাববা শওং শদা অমগী মপুনি। মপাম্বোম অনিদুনা শামু মযাগুম অদুগা শাংলবা মখুৎ অনিদুদা খুদোন তাবা অদুনা তুম্না থিন্দোবকপদুদি কনাগুম্বা লাইশাবা অমনা নিংথিজনা লোইদাম থাবুম কযানিবোম চংনা খল্লগা অমুক কযানিবোম চংনা মেংলবা পাইজনা ইৎল-ইৎলদুনা শাবমক হেক মাল্লি।

শাবান অদুনা কবম তৌবি থবাক অপাকপদু অমৃত-তুংফম অনিনা ফজনা খিল্লবা চিংদুমগুম লৈতেংলগা অসুম অসুম লোইবৈ লোইবৈ হস্তবকপনা মযাই য়ৌবকপদা নোংশা অমোমগী খ্বাংদা তাবগুম্না পিকশল্লি।

খুবোম অনিদুসু অদুমঙাই, মথক্কী শাবান অদুগা চানা লফু নেত্রাগুম লোইবৈ পিকথবক্তুনা হুমাং নাপ নাপ তাবা খোংগা অমত্তা ওইদুনা জগৎকী ফজবা মশক তাক্লম্মী ।

ফজবা মযাম অসি শজি মিৎতা তাবা মিৎ অনিদুনা কদাইদা শোইখিগদগে মতাগুম যেং যেংদুনা লৈবক্লিবনি।

অসুক নিংথিজগুবী লন লৈববী মথোন কাববী চহি তাবামঙাদা ঙাইবিবী নুপীমচা অসিবু বিধিনা মপা মমা মবি মতা অমত্তা থম্বিদবমখৈ মৌপ্বা চহি অনিদা ঙাইবিবা অদুগা হুন্দোকপিবিবা অসি ওম্থোক্লা নুংশিফম অমনি।

গোপালনা অঙাংদু কবি কবি পিজবা লোইবগা জাহাজসু পাণ্ডুঘাট্টা থেংলুদুনা লেপখবে। অদুদগী কুলি মযাম লাক্তুনা পোৎ পুদুনা মখোই অহুম বেলগাড়ী কাখৎলে।

গোপালনা অঙাংদু বোহিণীদা পিবগা মখোই অনিগী ফমুং অমমম থাবে অদুগা অঙাংদু লৌশল্লদুনা মহাক্কা ফম্মিন্নবে।

অদুদা বোহিণীনা হাইবকই—

"তাদা, অঙাংদু ঐঙোন্দা পিবিউ। হোবেন তাদা চেপ্পা কাইবগনি।"

অদু তাবগা গোপালনা নোকমি নোকমি তৌবদুনা হাইবকই—

"ইবেম্মা, নহোই নুপীদি ইপাই ফত্তবনি, নুংদাং তুমদ্রগা নকোক ঙাওগনি। ঐদি অসুম তৌনা গাডীদা চৎপসি যাম্না তোইববনিনা তুমদবা ঙম্লে। নৌপুব্রাসি অসুম ঐগী নাক্তা লৈশনু।"

"তাদা হোবেন ব্রাগনিনে। মপান ইপান থোক্কে লাক্কে হাইবগা যাম্না ব্রাই চিনগনি।"

"ইবেম্মা অদুদা চিনগে হাইদুনা নখোইগী খোংবু ওইগে হাইনা দাবোগা বাবুদা হাইবল্লীবনি। মদুগী চিন্তা তৌক্নু। নংদুম নিংথিনা তুমজৌ।"

অসি হাইবগা গোপালনা অঙাংদুগী মকোক্তা অমসুং মনমদা নাল্লদুনা য়েংলম্মী অদুগা হংলম্মী— ইবুংঙো, নংগী মিং কবিনো?

অঙাং অদুনা হঙ্গৎনা গোপাল্লোমদা য়েংলগা পিক্লবা মখুৎ মচাদুনা মমিৎ নামা নোইব নোইবদুনা হাইবম্মী— ঐগী মিংবো?

'অং অং।'

"মোহন কৌই।"

"নংগী মিংদি য়াম্না ফজেনা।"

অদুদগী গোপালনা অঙাং অদু তুম্মু হাইদুনা মোন মচা অমা ফীনা কোনশল্লগা হিপহল্লে। মোহন্না মহাক্না হাইবিবা মখে ইল্লম্মী। মতৌদু উবদা যাম্না ফবা অঙাং অমা মাল্লম্মী।

ঙাইহাক লৈবগা গাডী থাবে। গাডী থাববদুদা নুংশিৎ যাম্না চংলক্কনি হাইদুনা গোপালনা হৌগৎলগা গাডীগী থোং অমা থিংলম্মী। রোহিণীনা থোং অদুদা ঙাবদুনা গোপালগা মাইযোক্নুনা ফম্লম্মী।

অদুদগী রোহিণীবোমদা মমাই অদু খবা ওনশল্লগা হংলম্মী—

"ইবেম্মা, নখোইগীদি মণিপুরদা কনা কনা লৈরি।"

"তাদা কনামতা লৈত্রে, ঐগী মরূপ পানবী হাইবী অমা লৈ। হাকুম ঐখোইদা লৈবম্মী। মহাক নত্তনা— অদুগা ঙসি তাদা— খংনবিবা অসি নত্তনা কনামতা খংনবা লৈত্রে।"

"শাগৈ অমা ফাওবা লৈত্রবা?"

"তাদা ঐখোইগী খুৎতি লোইনা লৈতবে হাইনা পাজিনা হাইবম্মী। ইমা হাইবা মপা মমা লৈত্রবী লাইববী মচা অমা ওইদুনা লৈবম্বদগী ঐখোইগী ইমা ওইখিবনি।"

"মবি মতাদি মবৈবমগনি। অদুদা নখোইনদি মীবৈবাক্তা ঙাক্তা লৈবদুদা নখোইনসু মখোইবু— মখোইনসু নখোইবু খংদ্রবনি। নখোইদি কযুম্লো?"

"তাদা, ঐখোই নিংঙোম্বম্নি।"

"নিংঙোম্বম কদম্নাইদগীনি হাইবম্মী পাজিখোইনা?"

"মদুগাদি হাইবমদ্রে অদুগা ঐনসু হংহৌদ্রে।"

"পানবী হাইবীদুদি নংগী যাম্না চান্নবী মরূপ্না?"

"চান্নবনি হাইবসু যাই। ঐখোইগীদা চা-থক্নুনা নুমিৎ মবি মঙানি লৈবম্মী। মখোইগী অহল-লমন্নসু ঐবু শক খংই।"

অদুদগী গোপাল অদু নুংশাম্বব মপি অমা হোল্লদুনা লৈবে, ব্রা অমতা ঙাংদবে। চুরুপ অমা লৌথোক্নুনা চমখৎলে। অমুক অনিবক চুরুপ্তু চিংলগা হাইবকই——

"ইবেম্মা নংদি ঙসি নুংদাংগীদি চাক চাববরা?"

"চাদ্রি তাদা, চাববোই।"

"অদুদি হোবেন গৌহাটীদা তল লৈদুনা চাসি।"

চুরুপ অমুক চিংই। অদুদগী মমাইদু মখুৎ ওইনা নাল্লগা রোহিণীদা হাইবকই—

"ইবেম্মা,পানবীখোইদদি কযা কুইনা লৈবা য়াগনি।"

"খংদে তাদা, মখোইনা যাবিবা মখে লৈবা হাইবদুনি।"

"ফৈ, মখোইগীদা লৈযু, য়াদ্রগা ঐখোইদা লৈসি। ঐখোইগীদি ননম্মগা ঐগর্দানি। ইবুংনা ঙল্লিবা মখে নখোইনিবু য়েংলগনি। চখোম অমতা চাববসু য়েন্নদুনা চাগনি।"

"তাদনা ঐখোইবু চানবিরিবসি নুংঙাইখ্রেদা!"

রোহিণীগী ৱাসি তাবদা কনা কনাগুম্বা মাবু মশক খংদবনদি লিখৎলে শোইদনা হাইগদৌবনি। লিখৎচনিংদুনা লিখৎপা নত্তে, য়াদদুনা অহল শারবনি।

অদুদগী গৌহাটী য়ৌগদবা মিনিট অমবোম ঙাইরবা অদুৱাইদা গোপালনা অমুক হাইরকই—

"ইবেম্মা—, নংগী পানবী হাইবদুসু মরূপ য়াম্না লুনা তিন্নবা নত্তে। ঐখোইগীদা অদুম লৈরুরসি। ঐগীসু ইচন লৈজদে ইনাও লৈজদে। মখোই অনিবু ইচিন-ইনাও ওইনা থমদুনা লৈরগে। নং করি হাইগে?"

"তাদা ঐখোইদি কনাসু লৈতবগী হাইকববদি তাদনা হাইরিবদো ঐদি য়াম্না হরাওজখ্রবা পোৎনি। অদুবু তাদা, মতুংদা ৱাই পংচিল চিল্লক্লবদি তাম্থোকপসু য়াদা তাদদা য়াম্না নুংঙাইতবা অমা শোইদনা ওইরগদবনি। ঐগীদি বেরা লৈতে, তাদদুম অমুক্তম খম্থবিখো। ইনম্মগসু তানবনা ফগদরা নিংই।"

"ননম্মগী ৱাদি করিসু খল্লুনু। ঐনা তৌবদা মহাক্লা থিংবা ঙম্বা নত্তে। মাগী ময়ুম নত্তে, ঐগী ইয়ুমদা ঐনা মী থমজবদা মহাক্লা করি তৌবা য়াগনি?"

অদুদগী গৌহাটি ষ্টেশন্দা গাড়ীদু লেপ্লে। গোপালনা অঙাংদু য়েংলম্মু হাইনা রোহিণীদা শিন্নরম্লগা অচা-অথক লৈনবা কুমথরম্মী। রোহিণীনা হাইরকই—

"তাদা, শেল অসি পুবিখো।"

"ইবেম্মা,ঐগীদা যাওরে, পিদ্রবসু যাবনি।"

অসি হাইদুনা গোপালদু থুনা চৎখিরম্মী অদুগা পুরি শাক খরা সন্দেশ খরা লৈদুনা গাড়ীদা অমুক কাখৎলকই। মখোই অনি য়েন্নদুনা চাবম্মী। মোহনবুসু খরা পিজসি তৌবদা তুমখ্রদুনা হৌদোক্লদরে।

------

২

তন- খরা চাবা লোইরগা মখোই অনি ফমদুনা ৱারি অমুক শাবা হৌরে। গোপালনা চুকপ অমা চন্নদুনা থক্লম্মী—, রোহিণীনা পানা মতপ অমা চাবম্মী।

পানদু শাইনা শাইনা রোহিণীনা খল্লম্মী—"ইমানা পোকঙৈগী উনদ্রিবা নিপাসিনা ঐখোইবু অসুক য়াম্না লুনা তৌরিবসি করিগীনো।"

রোহিণীদা নত্তনা কনা কনাগুম্বা অতোপ্পনসু অসুম্না খনবা য়াই মণিপুর ফাওবা খোংবু খরা ওইমিন্নবিয়ু হাইরগা ময়ুমদা লৈসি হাইরক্লিবা অসিবো? পাখং ওইবগী নুংশি-লাংদা হাথু হাথু থুবা হাইবদুরা? মদু পুম্ন মক্তু গোপালনা তৌরকপা শাজৎ মতুং ইন্না খন্নবা হাইবদুনি।

গোপাল হাইবসিদি শক্তা করম তৌই? করম্বা ফীভমগী মীনো? শক অদুক য়াম্না ফজখ্রবী রোহিণীবু পীতৎ-পাতৎপা মচানি হাইনা লাইনা ফংগনি হাইনা গোপালনা খনববা? মহাকীদি মগুণ করিমতা লৈত্ৰবরা?

ৱাহং ময়ামসি হংলগা ঐখোইনা ফংগদবা পাওখুমদি অসিনি। গোপাল অসি মপা মপু কৈরাক থাবা ইমুংদা পোকপনি, লাইরিক য়াম্না হৈবনি অদুগা মশাসু তলব থাদা লুপা ২৫০ রোম চাজদুনা সরকারগী থবক অমা তৌরিবনি।

শক্লোমদা য়েংলুরে পাখং শানৌ মথোন কারবনি, কুচু য়েংলে শেংই, মপোপ মতাং করিমতা কাইদে, মখোং তেক্তে মখুৎ তেক্তে। মাইতা তারকপনা লাইশাবীশিংগী নুংশি-লাং অচৌবা অমা ওইনা লৈরিবনি।

বোহিণীবু মহাক্কা মপুক্কিং ওলহনগে হাইববদা অদুক যাম্না লুনা থোক্লমদে। বোহিণীনা পী-তৎত্রবসু পা-তৎত্রবসু গোপালনা মাগী পুক্কিং হুগে নিংলবদি ওইথোক্তবা অমা খক ওইবোই। অদুক যাম্না ফজে, লেম্মী গোপাল অদু!

অদু ওইববদি থাঙ্গেমকহেক শেংনা গোপালনা বোহিণীবু মাগী যুম-লৈমা ওইবগে নিংববা ! মশা নহা ওইবিবনিনা অউবা মী খুদিংমক্কা মদু চিংনবা যাই, অদুগা চিংনবদগী হেন্না অচুম্বনি চুমদবনি হাইবদি হৌজিক ফাওবদি ঐখোই কনামতা হাইবা ঙল্লোই। মহাক্কা হাইবি মচন মচাগুম থমগনি হাইদুনা —। ঙাইবিয়ু মাগী ব্রাহে অসি কবম্না কালদা ওল্লগদগে ওল্লবোই হাইবা।

বোহিণীদি গোপালবু পুন্সিগী লোইনবা অমা ওইনা মাগী মখোংদা প্রেমগী লৈবাং কৎনিংদবা ? কৎনিংলম্বসু যাই কৎনিংলমদবসু যাই।

যাম্না ফজববা ফজববী অনিনা বেলগাড়ী মনুংদা মখোই মখোইগী কাবক্কিবা মথোন অদু পুবদুনা ইখং খংহৌদনা উনবদগী অসি যৌশল্লক্কদুনা চামিন থকমিন্নবদুনা মীগী মমিত্তা নুপী-নিপা অনিগী ফীভম ওইনা ফমদুনা লৈবে। অউবা ঐখোইদনা মখোইনিবু মপুবোইবগা মনাই নুপীগবা হাইজননি, মখোইদি অমনা অমবু অদুম্না খঞ্জবগী লাইবক অদু ফংজর্দাব।

মখোইগা গাডীদা তোংমিন্নবিবা মীশিং অদুনা মখোইবোমদা তোইনা তোইনা যেংলম্মী । অতৈ মবমগী নত্তে, মখোইগী পুক্কিং হুববা শক অনিদুবু যেংবনি।

মযামদুগী মবক্তা মখোই অনিনা নৌনা খংনবগী ফীভমদা অমনা অমবু লুনা তৌবদ্ মযামদুদা কবি হাযনা খল্লম্মী? মখোইনা খল্লম্বদি—মখোইগী মপু-মনাই অসি যাম্না চান্ননা তৌখ্রেদা অসিনি।

পানা শাইব শাইবদুনা বোহিণীনা গোপালদা হাইবকই –

'তাদা, ব্রাবেদা য়াম্না, ঐদি লমনশিংবা ঙম্ববা ঙমদববা খংদে।'

'লম্মন পাম্বা মী যাম্না লৈ তাইবংপাল অসিদা। মদুম্না পামদবা মীবু অপংবনি বুদুনি হাইনা মী অযাম্বনা মিংথোন পী। অদুগা পামদবা অদুনা হেল্লি হাইবসিদি মখোই পুম্নমক যাদবা লৈতে। অদুনা ইবেম্মা, নংঙোং দা ঐনা অদুক যাম্না তাক্কদুনা কান্নদে। ঐগী লম্মন শিংবগী বাদি সুখন খল্লনু। ঐসু ঐনা ঙম্বা খবর্দনি তৌবিবা, অদুগা তৌগে হাইবিবা। অদুবু নংনা কবি হাইবিবা ঐখোইগীদা লৈসি হাইসিবো?"

"তাদা, মদু ঐ ঙসাইমখে খল্লক্কির্বনি। নোংমা নিনির্দি পানবীখোইদা লৈবনা ফগদবা মাল্লে। অদুদগী অদুম থোক্কবা অমা তৌবনা ফৈ। মখোইনা লৈহন্নিংদ্রবদি তাদখোই নত্তনা ঐগী খংনবা কনা লৈ?"

"ফৈ-ফৈ, নংনা থোকপা ফগদবা অমা তৌ। অদুগা ঐগী মতেং কান্নগদবা কালদা নং হেক্তা হাইবকউ, কবিমতা হঙ্গোইগনু।"

মখোই অনিনা ঙাংনবিবা ব্রাশি যাম্না চানশন্নবা মওং ওইবক্লে। অসুম্না ঙাংনবিঔদা গাডী থাবক্তুনা গৌহাটি তুংওইনা হুন্দোক্কল্লে। গাডীনা লেপ্তুবগা লোইননা মখোই অনিগী ব্রাখলসু লেপ্পমদে।

গোপালনা বোহিণীগী মবমদা থব্রাই যাওশনবসি অসুম হেনগৎলক্লে। মহাক্কা ঙসাই থক্কম্বা চুবপ অদু অমুক্তং কন্না চিংলগা খোংউপনা নেৎথৎতুনা মুৎথৎলে। অদুদগী অমুক শক হঞ্জন্দুনা মিংকুপ মঙা-তকক লৈবগা গোপালনা ব্রা হৌদোক্কক্লে—

'পুং ৯দি তাখবে, তুম্নিংলবদি তুল্লো। হযেং অযুক লোবী তোংবদা ব্রাগনি।'

'মণিপুবগী লম্বেলদু কোণা য়াম্না লৈ হাইবা চুম্না, তাদা?"

'যাম্না লৈ, খুদোং থিখ্র-থিখ্রবা মফম যাম্না লৈ। ডিমাপ্পুরগী লম্বেলসিদি লিলগী শাথেক্লি। খোইদ্রিং খোইদ্রাংঙদনা ---অকিবগী মশক্লি।"

"ড্রাইভাব যু-থকপদি যাওদবা?"

"খংদেদা ইবেম্মা, যাওই হাইবসু হাইনৈ। ঐখোইদি উরুদবনিনা হাইফম খংদে।"

"আসামদদি যাম্না থক্লুখবে। তাদদুম চেপ্পীবো। ঐদি তুম্নিংদ্রি। তাদদি কলিকাতাদগী লাকপনিনা যাম্না বাববিনি।"

"ঐদি ব্রাদে। নংসু তুমখিবোই হাইবর্বদি ঐ ব্রা অমা হাইগে তাও। কবিমতা ইকাইগনু, নবুংগুম নবুংমক্লি খল্লু। নখোইগী অহল লমন্না আসামদা লৈবকপগী বাবি অদু অমুক্তা লিউ।"

"ঐ লোইনদি খংদে। ঐনা খবা খংবদ্ হাইজগে তাবিযু।"

অসি হাইদুনা বোহিণীদু মখোইগী পারিচয পিবা হৌবক্লে। গোপাল চুকপ অমখক চমখৎলদুনা ইচম্ চম্বা শকওংদা তাবম্মী। মবক মবক্তা মযা অদু কবিমতা যাওদনা কবিগুম্বা অমা শাইবগুম অনিরক অহুম্লক মচিন চপ চপ শাইবম্মী।

বোহিণীনা লিবম্না ব্রাবিদি অসিনি

মখোইগী মপাগী মমিংদি শেখবসিং কৌই, আসাম চা বগান অমদা ঠিকাদাব অচৌবা অমা ওইদুনা লৈবম্মী। মখোইগী ঠিকা অসি শেখবসিংগী মপুবু পোকপা মপুধৌ-পুবেন নাককপদগী হৌনা তৌবক্লবনি। ঠিকাদা শেল যাম্না ফংলদুনা অদুগা বাগানগী শাহেবনস্ যাম্না চাল্লদুনা মণিপুর থোক্তুব মখে অদুম মযুম লকে শাদুনা লৈবে। মখোইগী মবি মতা খবা লৈজবদু শেখবসিংগী হাকতর্ক্কদি লোইনা কাওনখবে। কনানা কনানো মফম খংদবে।

মতৌ অসুম তৌনা লৈবকপদা মণিপুবদা মখোইগীনি হাইবা মী অমতা লৈখিদবে অদুগা লৈববসু লৈ হাইবা খংখিদবে।

মখোইগী মমাদুস্ কনামতা লৈত্রবী নুপামচা অমা ওইনা বোহিণীগুম বাগান্দা কুলি অমনা যোক্নুনা লৈবম্লদগী শেখবসিংনা অহানবা নুপী অদু শিখ্রদুনা বোহিণীগী মমাসিবু লুহোংদুনা লৌবনি।

অদুদগী মমানা হান্ননা চহি অনিবোমগী মমাংদা শিবে। মোহন অদু বোহিণীগী মপা মচা চংদুনা যোক্লক্লে। অদদগী থা মবিবোমগী মমাংদা শেখবসিংদুসু পুকচত্তুনা শিখবে।

কনামতা লৈত্রবদুদা মীবৈবাক্তা লৈবা ঙম্বা পোৎ নত্তে হাইদুনা যুম কৈ পুম্নমক যোন্তোক্তুনা লুপা লাখ অমা মখাই পুদুনা লাক্লিবনি।

ব্রাবিসি তাবগা গোপালনা হাইবকই --"ইবেম্মা নংদি যাম্না ইনাক খুল্লিবীনি। নংগী কবিসু ব্রাত্তে। ইংখোল লৈদুনা যুম অমা শাবগা নিংথিনা মোহনবু যোকপা যাবিবা পোৎনি।"

"য়াইনে তাদা, মদুনি তাদা বমেশনা (ঙসাই মখোইব্ শিন্নবম্বা দাবোগাদুবুনি) অদুম লৈযু, মহাক ঐখোইগী অশোই অঙাম পুম্নমক যেংবিগে হাইবা।"

"কদৌই অদুদি?"

"অদুদা তাদা, মণিপুবদা লৈনিংবা অমা কন্না তৌখবে। অদুর্ননি।"

"ফৈ, ইচনসিদি নংনা মণিপুবদা লৈনিংবদু অদুম লৈক। ঐনা অনিশুবা বমেশ ওইদুনা নংবু যেংগনি ইবেম্মা।"

"তাদা, হয়েং অসি কয়া থেং-ঙন্না ডিমাপুর য়ৌগনি'?

"হয়েং অসিদি পুংদি হাইবা ঙমদরে, অদুগা ঙন্তাদি থুংগনি।"

"লোড়ীগা ঙাংনবদী তাদনা ঐখোই অহুম তোংনবা ঙাংনবিবা তাই। ঐদি করিমতা মফম খংজদে।"

গোপালনা হিঃ-হিঃ হাইনা নোক্লগা হাইরম্মী—"মদুগীদমক করি চিন্তা তৌরুরিবনো? পানবী-খোই ফাওবা ঐনা থিনগনি। মখোইদা নখোইনিবু থিঞ্জল্লগা ঐ য়ুমদা চৎকদবনি।"

"ঙসি অহিং অসিমদি গাড়ীদা অসুম লৈবা তারেদো।"

"উম, অসিদা অসুম লেনবা তারে। নং নিংথিনা তুম্মু। নপোৎ নচৈসু মোহনসু ঐনা সংগনি।"

অদুদগী রোহিণীনা মকোক খরা খরা ঙাওই হাইদুনা হিপথগে হাইরে। মহাক্কী শেনগাও অদু গোপালদা পিরে। গোপালনা লৌরগা হংই—

"শেলদি কয়া য়াওরি?"

"লাখ অমা-মখাই রোমদনি।"

"থাঙ্গেশেংবা কয়ানো? হোরেন করিগুম্বা কাওদুনা মশিং ব্রাৎলে হাইরবসু ঐ ইকাইবা ফংগনি।"

"ঐদি করিসু হাইরোই। তাদনা কিরগা খরা থিবিউ থাঙ্গেশেংবা ঐদি খংদ্রে।"

গোপালনা শক হঞ্জন্দুনা অমুক হাইরকই—"ঐনা থিরগা য়াবা পোৎলা—, ঐখোইনি থিমিন্নগদবনি।

অদুদগী মখোই অনি চংলদুনা শেল থিমিন্নরে। লুপা থিবা লোইরগা রোহিণীদু হিপথরগা গোপালগী মপুকচেল অদু য়েংবদা ঙক্লদুনা লৈরম্মী । ঙাইহাক্তং য়েংলগা হাইরকই—

"তাদা, তাদদি মণিপুরদা করি লৈকাইদা লৈ, করি থবক তৌবিরি?"

"ইবেম্মা ঐদি কৈশামপাক্তা লৈ, থবক্তি গতি লৈতবনিনা মীনাই ওইরি।"

"করি থবকনোনে?"

"করি ওইনি ইবেম্মা—, সরকারগী থবক্লিদা।"

"করি ওইবিরিবগে অদুবু ?"

"ষ্টেট অফিসতা হেড ক্লার্ক ওইরি।"

"তলবতি কয়ানো তাদনা ফংবিরিবদি?"

"লুপা ২৫০ দনি ইবেম্মা।"

অদুদগী ঙাইহাক তুমিন্না মখোইনিমক লৈরে। অমুক —রোহিণীনা হংলম্মী—

"তাদা, ব্রারৌবিগনু। ঙসাইমখে তাদগী য়ুম্নাক্তি খংজদ্রি।"

"ইবেম্মা,ঐগী য়ুম্নাক্তি কৈশাম্নি।"

মখোই অনি অসুম্না ঙাইহাক ব্রারি শামিন্নরগা রোহিণীবু তুম্নবা হাইদুনা গোপালনা ফুরিৎখাওদগী চুরুপ অমা লৌথোক্লুনা লৈরে। রোহিণীসু তুম্নবা হোৎনথরে।

ঙাইহাক লৈরগা মোহন অদু মিৎকপ থোরক্লে। গাড়ী মথক্তা তুম্বা হাইবসি কুইনা তুম্বা য়াদে। মোহন্না হৌরকপদা মচে তুমদুনা লৈ হাইবা খংদবনা 'ইচে, ইচে,' হাইনা কৌরম্মী। গোপালনা ইচেদি তুম্লি হাইদুনা মোহনবু মতম্বাক্তা লৌখৎলম্মী । মোহন্না মমিৎ নোইরগা কোইয়েং য়েংলম্মী । অদুদগী গোপালনা হংলম্মী—

"করি তৌগেগে হাইয়ুদনা।"

মোহন্না মপান থোক্কে হাইদুনা মপান থোকফমদা পুদুনা থোকহল্লে অদুগা অমুক হংলকই— "করি চানিংই ইবুংঙো?"

মোহন্না চানিংদে হাইরগা য়াম্না অফবা অঙাংদৌনা তুমিন্না লৈবম্মী। মপা মমা লৈত্রবনি মাগী চক্রী তাবিনিঙাই মচেম অদুমতং নত্তনা কনা লৈত্রবনি খংদুনা তৌবা মতৌ মাল্লি। তৌইগুম্বসুং মোহন হাইবদুদি মপা মমা লৈরবসু মী খ্বাইগী চক্রি- ফত্তবা অঙাং নৎলমদে।

গোপালনা মোহনগনা তৌনরিবদু রোহিণীনা মশেং-মরাংব্রোই তারম্মী। অদুবু মাসু তুম্নীংবনা আমোন চনখিদুনা করিমতা হৌগৎপা ঙমলমদে। তুমনিংবা পুরিবী লাইবেম্বীনা মহুৎ শিনবীনীংঙাই অমা লৈরে পোৎথাজশনু হাইবা মতৌগুল্লম্মী।

গোপালনা চহি অনিদা ঙাইরিবা মোহনবু মচা অপোকপগুম নুংশিবা মিয়েংনা য়েংলদুনা মাগী মাইকৈ মরিদা থোক্লিবা ময়ামদু কাওথোকপা ঙমলম্মী। করি হাইনি, বোহিণী লোইনরকই হাইবা ফাওবা কাওরম্মী।

ঈশ্বরনা মখোই মচিন মৌপুব্রা অনিগী মখুত্তগী মপাগা-মমাগবু লৌশনবিখরে অদুগা অমুক মপা মমা লৈত্রবা পাখং মচা অমবু মখোইগী মপাগুম মবুংগুম য়েংবিনবা পিবিবরি। থৌজাল হৈতেসু করম্না হাইসিগে ঈশ্বরবু। মাগী থবক পাংথোক্লবগী লম্বিদা থৌজাল উৎফম চানা চানা উৎপা নত্তনা করিনি হাইসিবা।

চহি ২৫ তা ঙাইরিবা গোপালনা মোহনবু মচানি হাইনা লৌবা য়াই অদুগা রোহিণীবুদি মচন্নি হাইনা লৌবদগী অতে করি গতি লৈবি। অদুগা মহাক্লা নুপীলোনগে নিংলগা অমসুং রোহিণীনা তু-রোন্নবী অমা ওইনা লৈগে য়ারগা মহাকপু গোপালনা অতোনবী ওইনা লৌগে হাইবা অমা ময়াই।

তৌইগুম্বসুং মোহনবু মহাক্লা রেলগাডী মথক অদুদা মচাগুম লুনা তৌবদু উরগা ঐখোই পুম্নমক্লা মচামক ওইরবা মাল্লে হাইনিংগনি।

মোহন অদু অসুম গোপালগী তম্পাক্তা ফম্নম্বদগী উইবদুনা থোক থোক হাইদরক্লে। অদুগা গোপালনা নিংথিনা ফমুংদা থমদুনা হিপহল্লে। গোপালদি মিৎশেল খাংদুনা লৈরে।

অসুম তৌনা অহিং অদু লেল্লকপদগী ডিমাপুর য়ৌরমদাই ষ্টেশন মরি মঙা ব্রাৎলিঙৈ অদুব্রাইদা রোহিণীনা ঙহাক পোৎথাবনা ফগনি হাইদুনা ফম্না ফম্না ফৈরাদা ঙাদুনা গোপালদু ঙাইহাক তুম্লম্মী।

----

৩

ডিমাপুর ষ্টেশন্দা মফি-মরোল হোংদোক্লগা মোহনবু হোটেলদগী করি করি খন্না লৈদুনা পিজরগা গোপালনা রোহিণীদা হাইরম্মী—

"ইবেম্মা, অঙাং অসি ঙাইহাক্তং য়েংলম্মু। ঐহাক লোড়ী অমতং বন্দোবস্ত তৌরুগে।"

"য়াম্না ফগনি তাদা —।"

অদুদগী গোপালনা ঙাইহাক চৎলুরগা তন্না হল্লক্লুনা হাইররে—

"ইবেম্মা, ঐদি কাওরম্লে, শেল অসি লৌশলহৌ।"

অসি হাইদুনা গোপালনা শেনগাও অদু পুথোক্লুনা থিবা হৌগদৌবগী তৌরম্মী। মদু উবদা রোহিণীনা গোপালগী মখুৎ অদু পাইরদুনা হাইরম্মী—

"শেল অদু ঐঙোন্দা অমুক পিদ্রবসু তাদনা অদুম শেম্নবিবগী শেন্নবিবা পাইশিনবিয়ু। করি কান্নগবনো

অমুক থি-লাক্লুনা তাদা?"

"ঐনা লোড়ি থীবা চৎখ্রিঙৈদা নংনা ঐবু চিংনদুনা তৌগদবা হাইনা তৌর্বনি। নহাক্না অদুম্না থাজববদি ঐগীদি কবিসু হাইদে।"

"কবি রানো তাদা, চিংনববদি ঙবাংদগী হৌনা চিংনগদবনি। তাদা বমেশনা অদুক যাম্না থাজবদুদা ঐসু থাজদবা ঙমদে। ঐনা তাদবু থাজদ্রবদি লুপা পাইহনবদি থমখ্রদুনা লুপা যাওবক্লি হাইবা ফাওবা তাক্লোইদবনি।"

রাদু তাবগা গোপালনা মপুক্লিংদা হবাওবগা হবাওদবা শাদুনা মোমোন মোমোন নোকপগুম নোক্লুনা মখুৎ ওইনা ফুবিৎখাও হুন্নদুনা যেৎনা চুবা নাল্লদুনা লৈবম্মী ।

মখোই অনিনা ঙাংনবিবদু মখোই অহুমদগী হেন্না কনামতা তাবমদে। কবিনা মদুগী নুমিত্তা সেকেণ্ড ক্লাসগী পোত্থাফম কাদুদা অতোপ্পা য়াত্রিক যাওবমদে। অমনা অমবু নুংশিবা থাজনবা মিৎযেং অনিদু চানবদুনা নুংঙাইববা ইপাক অমদা মখোইনিগী মথবাইদু তাওবম্মী। অঙাং ওইবিবা মোহন্না অর্থদি খংদ মখোইনিগী মতৌদু তল মচেৎ অমা চিক্ল চিক্লদুনা মমাই থাঙ্গত্তুনা যেংদুনা লৈবম্মী।

অদুদগী গোপালনা শেল অদু অমুক লৌশল্লগা পুবগে অদুদি হাইনা হাইবগা লোড়ি থীবা চৎখিবম্মী।

ঙাইহাক লৈবগা লোড়ি অদু পুবক্লুনা রোহিণীখোই লৈবিবা লম অদুদা গোপাল থংলবে। কুলি কৌদুনা মখোইগী মপোৎ মচৈশিংদু হাপকৎলে।

অদুদগী ড্রাইভাব অদুনা গোপালদা ওনশিন্দুনা হাইনকই- "ঐখোই গাড়ী অাস থাও খঞ্জিঙং হাপচরুখিঘে, ভাড়া ঐনা ঙসাই হাইবদু খন্নবিবমখো।"

অদুদগী গোপাল চংদুনা গাড়ী ঙাইদুনা ফল্লবে। রোহিণীনা ঙাইহাক অমক মোংদা অমুক গোপালদা যেংলগা হাইবম্মী—

"গাড়ী ভাড়া হাইববু কবিনো তাদা?"

গোপালনা হাইসি ইকাই অদুগা হংলকপদুদা হাইদ্রে তর্কশিল্লক্কদবা লৈ ঙাইহাক্কং থুইংক এনঙক চাদুনা লৈবগা খুন্নম্মী—

"অতৈ কৈসু নত্তেদা, ঐনা ঐখোইদমক তোংগে মী অতৈ তোংহনগনু হাইবনিমা।"

"অদুদা কবিদৌবা?"

"অদুদা শেল যাম্না পিযু, ঐনা খবা তাও হাইবর্দনি।"

"কয়া পিযু হাইবিবনো।"

"মাল অতোপ্পসু হাপত্রে মীসু অতৈ তোংদ্রে, অদুনা থাও মমলর্দদি হঞ্জন্নবা পীযু হাইজবিবনিদা।"

"অদুবু কযানো?"

"লুপা কুনথক্ পিযু হাইবিনিমা, ঐনা তবামঙা পিগে হাইবিবা।"

"মী অতৈদি কয়া কয়া পিনৈ?"

"অতৈদি বোবা মথক্ত-ও কবিও পংফম ফল্লগা লুপা অমগাদমক পিবিবনিমা।"

"কুনদুহেক পিথোকপিখিবনা ফবোইদ্রা?"

"ফৈ, পিখিসি।"

অসি হাইবদুনা চুকপ অমা লৌথোক্লুনা চমগে তৌবিঙৈদা লোড়ীনা পো-পো হাইদুনা কৌববে। অদুদগী গোপালনা চুকপ অদু চমদুনা থোকখ্রগা ড্রাইভব অদুবু কৌশল্লে।

গোপালনা চৌকি অমদা ফল্লদুনা ড্রাইভরদুদা হাইরকই—

"ড্রাইভর, নংগী লুপা পীরগে, অদুগা ঐখোইসু য়ুম-য়ুমদা থিনগদবনিকো !"

"থিঞ্জগনি, সাহেব। কদাই কদাইদনো?"

"ঐনা কৈশামপাত্তা, অদুগা—"

অসি হাইরগা রোহিণীবোমদা হংগে হাইদুনা মাই ওনশল্লকপদা রোহিণীনা খুল্লকই—

"ঐনা ব্রাহেংবম লৈকাইদনি।"

"য়াম্না ফগনি।" হাইনা ড্রাইভরদুনা হাইবম্মী।

অদুদগী গোপালনা লুপা ২০ খক মাগী শউনগী শেনগাওদগী লৌথোক্লুনা থিবগা পিগে তৌবম্মী। অদুদা রোহিণীনা হাইরকই—

"কবিগী তাদদগী পিগদৌবিবনো? ঐনা পিগনি।"

ড্রাইভরদুনা ঙক্লদুনা ব্রাদি হাইবা য়াদা য়েংদুনা লৈবম্মী। শেল অসুক য়াম্নবু পাখং অমগা লৈশাবী অমগনা ইজৎ তৌনবির্বসিবু হাইনসু ড্রাইভবনা খল্লম্মী।

গোপালনা বোহিণীদা হাইবম্মী –

"ঐনবু পিববসু ইবেম্মা নংনবু পিরবসু কোন্না তৌনসি। ড্রাইভবগীদি পিথোকখিবনা ফৈ।"

অসি হাইরদুনা গোপালনা শেলদু পিবর্ম্মী অদুগা ড্রাইভরনা মপান থোক্লুনা ঙাইদুনা লৈরম্মী। ড্রাইভরদুসু ফনা ব্যবহাব ফজবম্মী। মৈতৈ ওইরবস্ গোপালখোইদু সেকেণ্ড-ক্লাশকী যাত্রিক ওইদুনা তৌঘবা করিননো খংদে। মমান্নবা অমনিদি মখোই মখোইগী গাডীদা তোংগদবা পেশেঞ্জরশিংদু বোবা-খাও মথক্তা নমশন্দুনা ডিমাপুব কৈথেল মচাদু কোইপু পুদুনা অনিবক অহুল্লক্তং কোইহৌনবা হাইদুনা গাড়ী থৌদুনা চৎখিরম্মী।

মদু উবদা বোহিণীনা গোপালদা হংলম্মী। "তাদা, ঐখোইবুসু ড্রাইভরসিনা চৎসি হাইনিংলরিনি?"

"হাইবোই, ঙসিদি পুং তাদ্রিবা ফাওবা মহাক ঐখোইবু ঙাইদুনা লৈগনি। ঙাইহাক পোথাখিসি তৌবনি। চৎনিংলববা?"

"তাদা য়ৌনিংবনা লোইবে। করিগুম্বা পানবী খোইদো য়ুম হোংলমদুনা ব্রাহেংবম লৈকাইদা লৈরমদ্রবদি লৈফম অমা-অমা থিহৌগনি।"

"ঐখোয়দা লৈবদি লৈনিংদ্রনে ইবেম্মা?"

"তাদখোইদবু ওইরবসু ঙন্তা থুংলুববদি নুংঙাইদনা।"

"চুমমি। অদুবু মদুগীদি কবিমতা চিন্তা তৌরুনু। ইবুংনা শোইদনবা শিনগনি।"

মখোই অনিমক তুমিন লৈদুনা ঙাইহাক পোথারে। অদুদগী রোহিণীনা মোহনলোমদা য়েংলদুনা মৌপ্বা নিপানা তৌরিবদু নুংশিরবা মিৎয়েংনা য়েংদুনা লৈরম্মী। ঙাইহাক য়েংলগা অমুক গোপালদা য়েংলম্মী। অদুদগী মমিত্তগী পি তাখিবা খংহৌদে।

পি পংতা তাবা য়াবা নত্তে। মরম যাম্না নুংশিবা অমা লৈবম্মী। অঙাং অদু মহাক নুপীমচানা নিংথিনা য়োকপা ঙমগদরা ঙমমোইদরা, গোপালগুম্না লাইবিক-লাইশু তমহনবা ঙমগদরা ঙমলোইদরা হাইনা খল্লুবদগীনি।—

মহাক্কী পিনা চোৎলবা মিৎলু অনিদুবু তাক্লিবা মাইথোং অদু উবগা গোপালনা হংলম্মী—

"করি তৌরে ইবেম্মা, পি মাংহল্লিবদি?"

"তাদা, ঐগী শিন্থরিবা পি অসি অবেন্বদা মাংহল্লিবা নত্তে। ঐগী পুন্সিগী চাওববা ৱাখল অমগীদমক্তি।"

"কবিনিনা, ঐঙোন্দা হাইযুদনা?"

"হাইবগীদি হাইনি তাদা অদুদা ঐনা নিংজবিবসি থুংগদবা থুংলোইদবা খংদবেনে।"

"অদু ওইববসু ইবুংদা হাইযু। ঐসু তানিংই। নোংমা-নিনিদা ওইরবসু ঐ অসি নখোইগীনি হাইনা লৈরবনিনা নংনা কপ্লদু উবগা নুংঙাইতে।"

অদুদগী রোহিণীনা মোহনগী লাইবিক লাইশু তন্বগীনি হাইনা হাইরবদা গোপালনা হাইরকই—

"মদুগীদমক কপ্লদি কপফম থোকই। অদুগা ঐহাক্না তাইবংপাল অসি থাদোকত্রিবা ফাওবদি মোহনগীদমক কবিমতা ৱারুনু।"

"তাদা, ইচিন-ইরৈ অসিনা খৎপা ঙমদ্রে। তাদনা ঐখোইগীদমক তৌবিগদৌবিবসি যামখ্রেদা।"

"ইবেম্মা, য়ামশনু। ঐনা ঙম্বদা কবিমতা চিংনগনু, লোইনা হাইযু।"

"তাদনা লুপাদু ডাকঘরদা থম্বিরগা শেন্দোই অদুনা মোহনগী লাইরিক তম্নবা থৌবাং তৌবিযুকো। অদুদগী অরেম্বা খরদুনা ঐগী চানবা থা খুদিংগী ঐঙোন্দা পিবিবকউ।"

"হয়েং মণিপুর যৌরগা ঙাংনগদবা ৱাদো হৌজিক্না কবি কান্নবা খল্লিবা?"

অসুম তৌনা গোপালনা রোহিণীবু থেমজিল্লম্মী। মোহন্না মচেমদু কপ্পা উবদুদা মমিৎ মচা অনিদু তুক তুকথরদুনা মচেমদা অমুক গোপালদা অমুক য়েং য়েংদুনা লৈবম্মী। অঙাংদুগী মতৌদু য়েংবা নুংঙাইত্রদুনা গোপালনা মোহনবু মতম্বাক্তা পন্নদুনা নোকমি নোকমি তৌবদুনা লংনরম্মী--

"মোহন বাবু, নংসু কপতৌরবরা? নংদি কপ্পা য়াদে; নিপাগী থৌনাফবা পুকচেলদু চোবা লাক্লগদবনি।"

অদুদগী গোপালনা মখুদাং ঘডি য়েংলদুনা হাইরম্মী—

"মতম ওইরে, চৎসি হৌগৎলো ইবেম্মা।"

"মোহনদু ঐ পমগে তাদা, ঐঙোন্দা পিবিবকউ।"

"যে: য়ে:, হৌজিক নংনা অঙাং পম্বগা যাবা নত্তে। গাডী তোংবদা অঙাং শেন্নববা হাইববু নশামকপু শেন্নবা ঙম্বা নত্তে।"

অসুম্না রোহিণীনা মচিন মৌপ্পা অনিবু গোপালগী মখুত্তা পুমশিল শিন্নবদুনা লোডী তোংদুনা মণিপুব পাংলম্মী।

৪

লিলগী শাথেক্না খোইবিবী ডিমাপুব লম্বেলদা গোপালখোইগী লোড়ীদু উং উং লাউনা থৌরদুনা মাও য়ৌররে। মাও অসিদা পুং অমা পোখাগনি চা-থক্কদবা লোইনা তৌবা য়ারগনি হাইনা গাডী লেপ্লে। গোপালনা ড্রাইভর অদুদা হাইরকই—

"ড্রাইভর, আনা অসিমত্তংগী চাক হেঞ্জাং খরা লৈবিবকউ। মী লৈত্রে। অঙাং অসি চাক লাল্লরিনি।"

ড্রাইভর চৎখরে। রোহিণীনা গোপালদা হাইরকই—"তাদদুম হোটেল চংদুনা চাক চাবিকরো। ঐ মোহন অসি চাক পিজহৌগে।"

গোপালনা নোক্লদুনা হাইরকই—"রোহিণী নংনা করিগীনো ঐগীদমক অদুক য়াম্না ব্লারিবা। নখোইনি ঐগী অতিথিনি ঙসিদি। ঙসিদগী নত্তে মপোকসিমগীনি হাইনা লৌরবনি, নখোইনা ওইরোই হাইবগীদি খংদে। নখোইগী সেবা লোইদ্রিবা ফাওবা ঐ করিমতা ব্লাদে। নংসু খবা চাবনদি ফৈ হাইববু ইরু মাইথজবদা খুদোং চাররোই হাইনা খল্লি।"

"তাদা ঐগীদি চাদ্রবসু অদু মঙাই। তাদগী শোইদনবদুম তৌবিরু।"

মখোই অনি অসুম্না ঙাংনদুনা লৈরিঙৈ অদুদা দারোগা অমা লাক্লুনা গোপালদা ব্লা হংলৈ। দারোগাদু অনৌবা ওইদুনা গোপালবু মশক খংলমদে। অদুনা অসুম্না হাইবকই—

"ইবেম্মসি অদোম্না পুবিরকপরা?"

গোপালনা মানি হাইনা খুল্লবদা দারোগা অদুনা পেন্দ্রববা করিনো অমুকসু ব্লা খরা হংলম্মী—

"কদাইব্লাইদগী থোকপিরক্লিবনো?"

"আসামদগীনি!"

অদু হাইবদুদা অদুগা রোহিণীনা শাড়ী শেৎপদুদা জগোইশাবী ওইরবোই নিংদুনা দারোগাদুদা হংলম্মী—

"করি তৌবা চৎপিরুরিবনো।"

"থবক অমগীনি।"

মদু হাইবদুদা অমুকহেন্না দারোগাদুনা চিংনরে। রোহিণীনা ইঙক ঙক্লদুনা কবি মতৌনো হাইনা য়েংদুনা লৈরম্মী। অদুদগী দারোগাদুনা মাগী চিংনবদু প্রমাণ ওইবা য়ানবা হাইদুনা ইচম চম্না লাকচরিবা গোপালদুদা অমুক হংলম্মী—

"ব্লা চবেৎ চবেৎ হংলে হাইদুনা ব্লাবৌবিবা য়াদে। ঐখোইগীদি ইথৌনিনা খরা পেৎনা হংজবা তারে।"

"য়ে: য়ে: হংবিয়ু, করিমতা বেরা লৈজদে।"

"অদোমগা ইবেম্মা অসিগা করি থোক্লবিবগে?"

করিসু থোক্লদবনিনা গোপালনা থোক্লদে হাইনা খুল্লবদা দারোগাদুনা মাগী চিংনবদু প্রমাণ ওইগদৌরে হাইদুনা মচিনবান্দা জয় ওইবগী মোমোন তৌবা মনোক অমা নোক্লদুনা হাইবকই—

"করিসু থোক্লদ্রবদি করিগীদমক আসামদা লৈশাবী অমা পুদুনা চৎপিরুবিবা?"

"পুদুনা চৎলুদে, পুদুনা লাকপনি।"

ব্লাসি মকোই মকোই তৌরদুনা নুংঙাইবোইদৌরি হাইনা দারোগানা হাইবম্মী—

"ব্লাসি শেংনা ঙাংনবনা নুংঙাইবা তাবে। জগোই শাবা চৎপিরুবা নৎত্রা?"

মদুদা গোপাল অসি নোক্লিংবনা লোইরবসু নোক্লি নোক্লি দমক্তা তৌরগা খুল্লম্মী—

"করি ব্লানো বাবুনা হাইবিরিবা অদুবু? কদাইদগী জগোই শাবা চৎলুগবনো। থবক অমা লৈদুনা চৎলুবনি, অদুদা লমখাংদা ইবেম্মাসি ঐগী মরুপ অমনা শিন্নরক্লুনা পুবকপনি। বাবুনা হাইবিবসি ব্লাঁ অমরোম্দা চৎখ্রেনা।"

দারোগাদুনা গোপালগী ব্লাঙাংসি তারগা অমুক হেন্না চিংনরে। অদুগা মথন্তা জবান লৌবা নুংঙাইত্রে হাইদুনা কোয়েৎ অঙাংবা পুলিশ অমদা মমিৎ খত্তুনা কৌরগা হাইরম্মী—

"ঐ গাড়ী অতৈ য়েংগদবা থেংখ্রে, নং অমুক্তং ঙাংনরম্মুসে।"

অসি হাইরগা দারোগা চৎখ্রে, পুলিশ অদুনা বাবুগী হুকুম ফংলবনি হাইদুনা খোন্দাদু চম চম্না গোপালদা হংলম্মী—

"থাঙ্গেশেংবা হেক্তা হাইযুদা, হোবেন আঃ থানা যৌবগা পুংশেং শেংদোবক্কনি। কবিসু কান্নদবদা মৈতে মচাসিমা।"

গোপালনা ব্যবহাব যাওদবা ব্রাঙাংদু তাবগা শাওগে হাইবদি লৈবমদে অদুগা ইতপ তপ্না হাইবম্মী—

"ইযাম্বা কোযেৎ অঙাংবা, নত্তবসু মানি হাইদুনা পংচপ চপ্পা তৌবগনু। অঙাং অসি চাক খজিক্তুং পিজখিগে। কবিগুম্বা অদোম্মা থাজদ্রগা ঐখোই লোন্নদি চেনবা ওম্বা নত্তে। গাড়ী নম্বব ফাজনবিযু।"

মহাক্কী অতপ্পদু উবদুদা লংখৎপা য়াদ্রদুনা পুলিশ অদুনা তপ্না হাইবকই— "অদুদি ওসি উপুদা লৈবিবা তাবে, মবোল শেংদ্রিবা ফাওবা।"

মদু হাইবা তাবদুদা বোহিণীনা ওক্লদুনা খল্লম্মী। গোপালসিবু মণিপুবগী সবকাবগী থবক তৌবিবা নিপা অমনি হাইবদু নৎত্রববা হাইনসু চিংনবক্লে। খল্লুবগা মহাক্কা অদুম গোপালগী পবিচযদু হাযদোকসিবা নিংলম্মী। অদুবু নুপীনিনা পুলিশ অমগা ব্রা পাক ঙাংনবদি ফত্তে হাইদুনা অদুম তুমিন্না কুম্মে য়েংদুনা লৈবম্মী।

পুলিশকী ব্রাদো তাবদা গোপালনা কবিমতা খুল্লমদে অদুম মোহনবু চাক পিজদুনা লৈবম্মী। অদুদগী ঙাইহাক লৈবগা দাবোগা ঙসাইগীদু লাক্লে অদুগা ড্রাইভবদুসু লাক্লে। ড্রাইভবনা গোপালদা হাইবম্মী — প্রোসাদ তৌগদবগা তৌবিকবো মিনিট কুনমুক্তা ঙাইশল্লক্লে গাডী থাগদবা।"

"ঐখোইদি চাববোই। ইকু-মাইথজবা যুগোৎ চাববোই।"

দাবোগানা মখোইনা ঙাংনবিবা ব্রাদু তাবগা হাইবম্মী

"ব্রা অশেংবা তাক্তুববা, কবম তৌবে?"

ড্রাইভবনা ইঙক ওক্লা তাবম্মী অদুদগী দাবোগাদা ওনশন্দুনা হংলম্মী—

"কবি তৌববগে বাবু?"

দাবোগানা খুল্লমদে, পুলিশনা খুল্লম্মী —"জগোই শাবী পুদুনা লাক্লগা কবি তৌববগে হাই শাবিযে। নংদুম ঙাওবববনে হাই ড্রাইভব।"

ড্রাইভবদুনা মাগী খোন্দাদু নুংশিদ্রদুনা খবা কল্লপ তৌনা হাইবম্মী—"ঐ কবিগী ঙাওকনি হাইগে? অদোমবু মিৎ য়ুবববা? লৈশাবী খুদিংমক জগোইশাবী ঙাক্তা ওইবগদবা?"

গোপালনা মখোইনা ঙাংনবিবদু মুন্না তাদে, মোহন চাক পিজদুনা অদুম লৈবম্মী। অদুদগী মাগী শেনগাও অদু পুথোবক্লগা শিকি অমা পিদুনা ড্রাইভববু চুকপ লৈকচো হাইনা থাবম্মী। অদুম্মা শেনগাও পুথোবকপদা বোহিণীগী শেনগাও অচৌবদুনা মহাক্কী শেনগাওদু নল্লমদুনা অচৌবদুসু লৌথোক্তবা যাদদুনা লৌথোক্লম্মী। অদুদা দাবোগাদুনা পুলিশতা মনমদা পেন্সিলনা থিন্দুনা ইঙ্গিত পিবল্লগা চৎখ্রে। পুলিশতুনা মথন্তা ঙাইববদুদা ব্রাই শংলদুনা হাইবকই—

"ব্রাবৌনু ইবুংঙো, ইযাম্বা ব্রা অমা হাইগে। হোবেন র্জবি-নুংলি তৌখ্রগদি খুদোং চাবোই, অদুগী শরুকপুদি বাবুসিদা ঙা অমা হৈ অমা চানবা খবা তৌবল্লগা থোক চৎখিবনা ফৈ।"

মাগী ব্রাসি তাবদুদা গোপালদু নোক্লম্মী অদুগা বোহিণীসু নোক্লম্মী। নোকপগী মবমদি তিন্নবমদ্রে। বোহিণীনা খনবনা তৌ শাবিসে হাইবা অসিনি। বোহিণীনা গোপালদা হাইবম্মী—

"শেল অদু খবা পিথোক্কখসি তাদা।"

"কবিগী পিকনি ইবেম্মা? মখোইনা ধমকা পংতৌ তৌবগা ঐনা যাগদবা? মখোইসু ঙম্বমখৈ তৌসনু, ঐসু........।"

অসি হাইবগা গোপালনা মোহন অদু র্মচন তেংবিবমই। ঙসাইগী দাবোগা অদুনা দাবোগা অমা উনবে। অকোনবদুদা হংলকই—

"কদাইদনো বাবু।"

"অসিদা ঐগী মকুপ অমা লাকই হাইয়ে উনকখিগে।"

"ব্রা অমা হাইখিগেনে। জগোইশাবী পৃবা নিপা অমা শেল যাম্না পুথোক্তুনা লাক্লেনে।"

"তুমিন লৈযুদা। নখোইসিমা নমাই পান্দবনা। নখোই অমনি যাওবদগী ঐখোই পুন্নমক চেস্তবে। নত্তে অসিব্রাইফাওবা চৎলুখিসি, ঐগী মকুপ্তুসু খংনহৌ। যাম্না ফবা মীনি।"

অসি হাইদুনা অহানবা দাবোগাদুনা মমাই ঙাংলি-ঙাংলি তৌদুনা মথক থোংবা দাবোগাদুগী মতুং ইন্দনা লাক্লম্মী। মখোই অনি গোপালখোইগা অদুব্রাই যৌববদা অকোনবদুনা খংলেপ লেপ্লম্মী। অহানবা দাবোগাদুসু লেপ্লম্মী অদুগা মহাকতৌনা অমদুসু গোপালবু ফাগনি হাইনা তৌবিবা মাল্লে খল্লম্মী। অদুবু অকোনবা দাবোগানা লেপ্তুনা যেংলম্বদি মিৎযেং অমা ওইবল্লে। গোপাল অদুনি মাগী মকুপ্তি। গোপালনা মকুপ লুকথদুনা মম্যাই নাকল অমবোমদা লৈথোক্তুনা মোহনগী মফী মবোল লোইশনবিলম্মী। অদুদা মাগী ল্খমদু মানবগুমসু তৌবনা গোপাল ওইনিগদবা হাইনা খল্লম্লন। অদুদগী হোৎচল্লদুনা চংলম্মী, অহানবা দাবোগাদুনা মথবাই নুংঙাইবদুনা নোক্ল-নোক্লদুনা চংলম্মী। চংলগা যেংবদা গোপালনি হাইবা থাঙ্গৈশেংবা খংলদুনা দাবোগাদুনা কৌবম্মী- -

"গোপাল বাবু লোম্না চেনগে তৌবল্লীববা?"

অদু হাইবা তাবদা বোহিণীদি যাম্না থগৎলম্মী অদুগা গোপালনা যেংথোকখিবদা দাবোগাদুবু মশক খংলদুনা নোক্ল নোক্লদুনা হাইবম্মী-

"বাবু, কবি তৌনি, জগোই শাবা চৎলুবনিনা লোম্না বাবুখোই উনদবমখৈ চেনখিগে তৌবম্মী।"

বাদ্ হেক তাবদুদা ভাব তাবদুনা দাবোগাদুনা মহাক্লা লোইনবক্লিবা দাবোগাদুদা শর্ত্রেক শংনা যেংলগা গোপাললোমদা অমুক হাইবকই -

"ঙসিদি জগোই শাবী পুবকপগী ঐখোইগীদা লৈখিবা তাবে মাওগী হেঞ্জাং অহাওবমখৈ তৌগনি। লাও, লাও কুমথবক্লো।"

অসি হাইদুনা গোপালগী মখুৎ পাইদুনা চিংথবম্মী অদুগা মোহনবুনা গোপালগী মচাবা হাইনা হংলগা দাবোগাদুনা পম্লম্মী অদুদগী বোহিণীদা হাইবকই—

"ইবেম্মা, লাকউ, লুক হার্কখিসি, অদুগা নিংথিনা নুংঙাইনা লেংউ। নৎত্রবদি হোবেন নুমিৎ তাবা ফাওবা চাক যাম্না লাম্না লাম্না চৎপা তাই।"

মখোইনা অসুম তৌনবিঙৈদা দ্রাইভব অদু প্রৎ প্রৎ ফাববা কবিনো হাইনা চিংনদুনা লাক্লম্মী। গোপালগী মকুপ দাবোগাদুনা দ্রাইভবদা হাইবম্মী---

"নং কদৌই ঙসাইনা ঐঙোন্দা পুশল্লকপদি। নং খবা ঙাইবা তাবে ময়াম্না চাক চাবা লোইদ্রিবা ফাওবা।"

অসি হাইদুনা মখোই ময়াম চৎখবে অদুগা ঙসাইগী দাবোগাদুগা পুলিশকদুনা মমাই ঙাংলি ঙাংলি তৌবদুনা মখোইনা থোকপা লম্বিদা অদুম চৎখিবম্মী।

গোপালগী মকুপ দাবোগাদুনা অসুম চৎনা চৎনা হাইবম্মী—

"গোপাল বাবু ঐবু কাওদুনা চৎকে তৌবম্বগী শেল চাবিগে তৌবল্লেদো।"

"করি দৌনি ঐসু পিগে হাইদুনা তৌবনি।"

মখোই লোইনা চাবা থকপা লোইরগা গাড়ী তোংদুনা মণিপুর থুংলরে। কৈথেল মরক্তা চংলদুনা মীয়াম অদু উবদা রোহিণীনা 'চাওখরেদা কৈথেলসিদি' হাইনা হাইরম্মী। গোপালনা অদুদগী খুল্লম্মী—

"ইবেম্মা ব্রাহেংবম লৈকাই হাইবদু কৈথেলসিগী মনাক্তনি। নংগী থুংফমদি য়ৌরে। নং পানবীখোইদা হাইবদু চংগদৌরিবরা?"

"তাদা চংউবনা ফগদরা নিংই।"

অসি হাইদুনা বোড়া য়োনবী অমদা পানবী খোইগী য়ুম হংলদুনা কোম্বোংদা গাড়ী থারম্মী।

-----

৫

পানবী হাইবা নুপীমচাদু ব্রাহেংবম নিঙোন্নি। মপানা ললোন-ইতিক তৌবা অমনি। মপাগী মমিং চাওম্না কৌই। মখোইগী ময়ুম অদু কা তরেৎ শাংবা ইনা খন্-খন্দুনা কুপ্পা য়ুমজাও অমনি। মাঙ্গোল অদু মাইকৈ অহুম্মক্তা লাই ফজ-ফজরবা থেৎলম্মী। মরক মরক্তা অঙাংনি হাইগদরা ভক্তিনি হাইগদরা চাওম্নানা লং ময়োমদা হাপ্পকপা লাই মচা মচা কৃষ্ণগী রাধাগী অদুগা গণেশকীনা তারামুক মরক খৎতুনা অয়েংবা মীগী মমিত্তা চংখোনবা খরা ব্রাৎলম্মী।

সুমাংনা নানবদি করি হাইনি। রোহিণীনা চংখিবদা বৃন্দাদেবীগী অকোইবদু ফজনা ব্রাই তৈরম্মী। সুমাং অদুদা তিংথৌ মরা অমফাওবা তাবা ঙম্লমদে।

মাঙ্গোলগী মখাথংবা চিথেক্তা পিথ্রাই শমুক অমদা ফরাংজি মোন্দুম অমা থারদুনা ফনেক অমা লোন্দুনা পানবীদু লৈরম্মী। অদুগা মনাক্তা ফমফম-ফক্তা ফম্লদুনা চাওম্নানা রবরগী তোংজৈ অমা চিংলদুনা হিদাক থক্তুনা পোত্থারম্মী।

পানবীনা কুইনা উনখিদ্রবা রোহিণীবু উবদা মথব্রাই নুংঙাইবোই থগৎপোই য়েত্তুম থাদরদুনা মখুৎ য়েৎনা মোন্দুমদা ফুরগা হাইরকই—

"হাইমা, ইতা নংদি ঐখোইদা লাক্কনিসু হাইরক্তে। কনাগা লাকই। পাজিদি য়াওরক্ত্রা।"

চাওম্নানা কনানো হাইনা য়েংখিবদা রোহিণীনি হাইবা মশক খংলদুনা হাইরকই—

"ইবেম্মা নংদি নথন্তা লাকপরা, পাজিদি লাক্ত্রা?"

রোহিণীনা মপা পনবদুনা মথব্রাই নুংঙাইরমদ্রবসু মখোইনা নোক্তুনা লৈবদু কাইহন্নিংদ্রদুনা মহাকসু নোকসিন্নরদুনা হাইরম্মী—

"ঐ ইথন্তা লাকই, পাজিখোই ইমাখোইদি য়াওরক্তে।"

মোহন অদু গোপালনা পমলম্বদগী রোহিণীনা লৌরগা মাঙ্গোল কারম্মী অদুগা গোপালদসু ঙাইহাক চংলকখো হাইরম্মী। মোহনবু উবদুদা রোহিণীগী মচা ওইরমাল্লে হাইদুনা পানবীনা হাইরকই—

"অঙাং অসিদি কনানো হংভা, নচারা?"

চাওম্নানা কৌশল্লদুনা পানবীগী মনাক্তা রোহিণী ফম্লরে। গোপালনা অব্রাংলোমদা লাইখন-ফক অমদা চংদুনা ফম্লম্মী। পানবীনা অমুক হংলকই—

"অঙাং অসিবু কনানোনে, য়াম্না নুংশিদা নং মাল্লিনে ফনদুম।"

"ইতা, ইচাগুম্না য়োক্কদৌরিবনি, ইচাদি নত্তে।"

অদুদগী চাওম্নানা হংলকই—

"ইবেম্মা নখোইদি কদাইদা লৈগদৌবি?"

রোহিণীনা খুম্বা ইকাইরদুনা লৈরম্মী, অদুনা গোপালনা হাইরম্মী—

"ইবেম্মাসিদি অসিদা লৈগনি হাইদুনা লাক্লিবনি।"

মদু তাবদা পানবীনা নোক্লদুনা হাইরকই—"ঐখোইদা লৈতদি কদাইদা লৈনি হাইগে। চাক্তি চারবরা?"

"চাবে" হাইনা রোহিণীনা খুম্লম্মী। চাওম্নানা অদুদগী হাইবকই—

"কয়া কুইনা লৈগদৌরি মণিপুরদদি?"

মসিগী পাওখুম অমরোমদদি য়াম্না লাই অদুগা ব্রাখল অমরোমদনা য়াম্না লুনা থোক্লম্মী। রোহিণীনা পাক খুম্বা ঙম্লমদে, করিনা মহাক চাওম্নাখোইগীদা পুক্সি চুপ্পা য়াববদি নৎত্রগা লৈফম চাফম মফম খংদ্রিবমখেদি লৈগে নিংলম্মী। অদুবু খুমদবদি যাদবনা বোহিণীনা ইতপ তপ্না খুম্লম্মী—

"ঐহাক পুক্সি চুপ্পা লৈগদৌরিবনি।"

"কবিনো, পাজিখোই ইমাখোইগা খৎনবক্লবরা?"

"খৎনদে।"

"অদুদি?"

মতাং অসি য়ৌবকপদা হাইদোকপা ঙমদ্রবী রোহিণীগী ফীবম অদু উরদুনা গোপালনা হাইরকই—

"খুবা, ইবেম্মাখোইগী অহল-লমল অমত্তা লৈত্রে। য়ুম-কৈ লোইনা যোম্থোক্লুনা ইবৈবাক্তা লৈগে লাক্লিবনি।"

"এঃ লৈত্রবোইরে। ওম্থোকপনিদা ঐখোইদি তাদেদনা।"

অদুদগী অহল-লমল খাইনবা কয়া কুইবে হাইনা চাওম্নানা মবম অতৈ অতৈ মরূপ মপাং শিবগী হংবা হৌনবা ব্রা হংলগা হাইরকই—

"ইবেম্মা, রোহিণী, খুবা ব্রা অমা হাইগে। শেংনা শেংনা হাইনহৌবনা ফৈ, থবক হাইবসি তুংদা অকাইবা কয়া লাক্কনি লাক্লোই মফম খংবা নত্তে।"

রোহিণীনা ইতপ তপ্না খুম্লম্মী—

"হাইবীয়ু খুরানা হাইবিরিবদু য়াম্না চুম্মি।"

"ঐগী য়ুম অসিনদি চিনবনিনা অদুগা নহাক্কীদমক য়ুম মচা অমতং অদুক ঐনা শা-খোৎনবা শক্তিসু লৈতেদো। অদুনা থামুক করিমুক্তি ঐগী অসিদা অসুম লৈবগা মফম জুগোৎ চাবা অমা থিনবা তৌসি। ঐসু য়াওনা থিগনি। (গোপাল্লোমদা ওনশন্দুনা) করি হাইগে ইবুংঙো, ঐনা হাইরিবসি লাল্লব্রা?"

গোপালনা ব্রাতাদু তাবদা নুংশিরমদে। অদুবু মপান্দা মাগী পুক্লিং নুংঙাইতবদু উৎলমদে। ঙাইহাক্তং তিল য়োৎশল্লগা হাইরম্মী—

"চুম্মী, খুরানা হাইরিবদুসু। অদুগা ইবেম্মা রোহিণীনা মরন্নাই হিংখোল অমা লৈবা য়ুম অমা শাবা হাইবদু করিসু লৈতবনি। অদুবু নুপীমচা মথন্তা কনামতা য়াওদনা লৈববুদি খুরাখোই অসিদা লৈবনা ফগদবা হাইনা খল্লি।"

বোহিণীনা গোপালবু থাজদবা ওইববর্দি ব্রা অসি তাবদা ব্রাখল শেবান্নবা অমা খন্দুনা—গোপালবুসু চাওম্নাবুসু অনিমকপু থাদোক্তুনা ধর্ম্মশালাদা হেক লৈনিংগদবনি। অদুদা গোপালনা হাইবিবসিদি বোহিণীগী অফবা ব্রাখলদগী হাইবনিনা বোহিণীনা হাইবকই—

"খুবানা হাইবিবদুসু চুম্মি, অদুগা তাদনা হাইবিবসু চুম্মি। খুবাখোইগী অাসদা জুগোৎ চাবোইদৌবা লৈববদি—ঐগীদি কবিমতা খনিবকনু। তাদনা ঙবাংদগী হৌনা তাদখোইদা লৈর্কাস হাইবক্লিবনি। তাদখোইদা অদুম লৈকগে ঐহাক —। ইতা অদুদি ঐ চৎলগে।"

পানবীবোমদা অসি হাইদুনা বোহিণীনা মোহনবু পন্নগা হৌগৎলম্মী। পানবীদু ব্রা কবিমতা হাইবা ঙল্লমদে। ইকাইবনা মমাই পুবা যাদ্রদুনা লৈবম্মী। গোপালসু চৎলগে হাইনা চাওম্নাদা তাক্লম্নগা বোহিণীগী মতুং ইল্লক্লে। পানবীসু থিন্দোকপা থোবক্লম্মী। কোম্থোং যৌববদা পানবীনা হাইবকই—

"ইতা ঐবু ব্রাবৌগনু, ঐ ওম্থোক্লা ইকাইবে, ঐসু ঐনা ঙম্বা কালদা নংগী নত্তেং পাংগানিকো।"

"কবিমতা ব্রাবৌদে, নংনা ঙম্বা নত্তে। অদুগা খুবানসু খুদোং চাদবা অদুদা তৌবির্বনি, ঐবু নুংশিদদুনা তৌবা নত্তে। ঐ কবিমতা ব্রাবৌদে।"

গোপালসু ইতপ তপ্লা থেমজনবা খোম্থাংদা হাইবম্মী—"খুদোং চাদদুনা তৌবিবা পোৎনি। খুদোং চাববদবু কদাইদগীনো ! ইবেম্মা পানবী লৈহৌবো, ঐখোই চৎলগে।"

অদুদগী মখোই গাডী তোংদুনা গোপালখোইগী মযুমদা লাক্লে। মখোইগী কোম্থোং অদু চাওনা শের্ম্বনিনা গাডীদু সুমাং যৌনা থৌজল্লম্মী। হান্নাদগী মখোই মযাম কুমথবদুনা গোপালনা মোহনবু পন্নদুনা মাঙ্গোন্দা থনম্মী অদুগা পোৎচৈ থাংথবা অমুক চৎখিবম্মী; বোহিণীনা মোহনগী মনাক্তা লেপ্লুনা লৈবম্মী।

ইমুংদগী গোপালগী নুপী ইবেমহলনা মপুবোইবা লাক্লে হাইদুনা মপান্দা থোবকপদা থোর্ংজিল মপাল যৌবমদাইদা বোহিণীবু উবদা ইঙক ঙক্লম্মী। মপুক্লিংদা চিংনবা পোকপদি পোক্লম্মী হাইববু মবম খংদর্নদি হাইদুনা অদুম তুমিন্না—গোপালনা পোৎ থাংজনবদু যেংদুনা লৈবম্মী। অদুদগী নোংগণীবোমদা হাইফেৎ যেংলম্নগা পোৎ থাংজনবদু যাওবম্মী ।

অদুদগী গোপালনা ইবেম্মলদা হাইবম্মী। "অঙাং অনিসি চাক লান্নবির্গনি চাক খবা থোংলুবো ইবেমহল।"

বোহিণীনা লামদে হাইনা হাইবম্মী। গোপালনা মখোই অনিবু পুশন্দুনা ইমুংদা ফমগল্লে। মফী মবোল হোংদোকপা লোইবগা গোপালনা ইশিং অশাবা লুন্নদুনা মোহনবু ইকজথোকপিবম্মী অদুগা বোহিণীদা খোং খুৎ হামদোকউ হাইনা হাইবম্মী।

ইবেমহলনা চাক থোংনা থোংনা বোহিণীখোইদা অমুক যেং অদুগা গোপালনা মোহনবু লুনা তৌবদু অমুক কবিগীনো হাইনা খল্লদুনা লৈবম্মী। অদুদগী ঙাইহাক লৈবগা গোপাল্লোমদা যেংলদুনা হাইবম্মী—

"ইবেম্মসিদি কনানো?"

গোপালনা যাম্লা চিং লেম্না খুন্নম্মী— "আসামদগীনি। ইবেম্মসিনা বোহিণী কৌই অদুগা নিপামচাসিনা মোহন কৌই।"

"অঙাংসিদি ইবেম্মনা পোকপবা?"

"নত্তে, মহাক্তি লৈশাবী অঙাংনি। মাগী মৌপ্‌বানি।"

অদুদগী ইবেমহলনা হেঞ্জাংদা খাবৈনা ওৎলম্মী অদুগা অমুক হংলম্মী--

"অহল লমনদি কবি থবক তৌবি?"

গোপালনা লৈত্রে হাইনা খুল্লম্মী। বোহিণীনা অদুদগী হাইরকই—

"ইনম্মা, ঐখোই অনিসি মপী লৈত্রবা শনাওনি। তাদনা যোক্কনি হাইদুনা লাক্লিবনি। ইনম্মনা খুদোং চারোই হাইরবসু পুক্লিং শেংনা হাইদোকপিযু, ঐ করিমতা শাওজবোই।"

"ইবেম্মা ঐগীদি করি হাইকনি। নংগী তাদনা য়াবগা লোইবে। ঐদি নং অমা ফংবদি মতেং যাম্না ওইগদৌরিবনি।"

ইবেমহলগী ৱাদু তাবদা গোপালনা যাম্না হরাওরদুনা মোমোন মোমোন নোক্লম্মী।

চাক লোইরগা মখোই অহুমবু ইবেমহলনা য়াম্না থরাই যাওনা পিজবদুনা সেবা নিংথিনা তৌবম্মী। অদুদগী ফমুং-ফানুং থাগে হাইদুনা তৌবিঙৈদা অদুক য়াম্না ৱানা তৌরিঙৈদা বোহিণীনা হাইববে—

"ইনম্মনা কবিগীনো অদুক য়াম্না ৱানা তৌবিবসিবো? তৌহৈদেদা ঐনা ইরন্নাই তৌজনি।"

অসি হাইদুনা বোহিণীনা ফীবোলদু মুল্লদুনা ফমুং থারম্মী। মোহনবু তুমহল্লন্লগা গোপালগা ইবেমহলগা ফুঙ্গানাক্তা ফম্লিবদুদা চংঙক্লনা ৱাবি শাবা বোহিণীসু য়াওবরে। গোপালনা রোহিণীবু কবম তৌনা মাগী মখুত্তা শিন্নবকপা অমসুং পারি-পুবি হৌবকফম পুম্নমক ইবেমহলদা লিবম্মী। ইবেমহলনা শুকথবদুনা অৱাবনা থল্লবা বোহিণীগী ৱাবিদো তাবম্মী । মতৌ অসুম তৌনা ৱাবি শাবগা ইবেমহলনা হংলম্মী।—

"ইবেম্মা নংদি ঐখোইগী অসিদা লৈবা হৈনগদরা? ঐখোইদি নখোইদৌনা ইনাক-কৈবাক খুনবা নত্তবনিনা নুঙাইনা লৈবকপা ঙম্বা পোৎ নত্তে। অদুম ঐখোইগী ফীভম মতুং ইন্না লৈবা হৈনবা হোৎনবা হাইবর্দুনিদো ইবেম্মা।"

মাগী ৱাদু বোহিণীনা মোমোনদমক নোক্লম্মী, ৱাদি অমতা হাইবমদে। অদুগা গোপালনা হাইবম্মী—

"কবিগী ঐখোইদৌনা লৈকনি। ইবেম্মা, নয়ুমদা লৈরকপা অদুম্না নুংঙাইনা ফম্না, চাদুনদা লৈযু, কবিমতা ৱাকনু।"

মতম অতৈ ওইববদি ইবেমহলদো ৱা খবা খুন্নমগদবনি। অদুদা থুংলবদা ঙাইবিবা নুপীমচাদুগী মমাংদা মাগী মবমদা খৎনবা হৌবা চুমদে হাইদুনা তুমিন্না লৈরম্মী। অদুগা পুক্লিংদদি ইবেমহল অদু শাওনিংলম্মী। মহাক্কী শাওনিংবা অসিনা কৰি থোক্লগদগে হাইবদুদি পাবিবা মী পুম্নমক্লা ঙাইদুনা লৈবিযু।

-----

# চিংনবা

## ১

নোঙাল্লগা লৈকাই পুম্নমক বোহিণী পুবকপগী ৱানা শবা শল্লে। কনামনা কনাগুু লৈজদ্রবী বোহিণীবু যোকপিনি হাইবগীদমক গোপালবু থাগৎলম্মী। কনামনা শেল যাম্না লৈবী অমা ওইবদুদা বোহিণীবু গোপালনা য়োক্কে য়ারিবনি হাইনা ইলাই লাইনা ঙাংথোকপসু য়াওবম্মী। অদুগা কনা কনানা অমুক নুপী ওইনা লৌগদবগী পুবক্লিবনি হাইনা থিনা থিনা হাইবসু য়াওবম্মী। মখোইসিনা ইবেন্মলগা বোহিণীগা তুবোন্নবগী তৌনরকপা কুমমৈদু নুঙাইনা য়েংগে হাইরম্মী। অসুম তৌনা ঙাংনবা মীগী মশিংনা হেল্লম্মী।

অফবা ফত্তবা অনিগী মরক্তা ফত্তবা মাইগৈ য়েংবা হৈবদুনা অশিংবনি হাইনা লৈকাইদুদা শিংথানরম্মী। নিপাশিংসু ফনা ঙাংনৈদি হাইববু নুপী মৌনহাশিংনা গোপালগী মবমদা ঙাংনবসি মথরাই খরা শোনবা মীনা

থিনা হাইবদা খাংবা ঙমদবা মীদি যাম্না কন্না তাশোলনা থিনবমুক ঙাংনবম্মী। মীনম্বনা অচুম্বা শাদুনা মুন্নদি খংদবা, খংদনা খংবা শাবদা থৌনা ফববী মৌনহাশিংগী কবেম্নবদা নত্তনা চান্ননা গোপাল সহস্রনাম্ থিবগুম ইবেম্মলগী নাকোংদা অসুম ঙংলবদি নহা ওইবিবী অপংবী ইবেম্মলনা মতম কযা কুইনা তাদবা ঙমগনি?

গোপালদি উনবা খুদিংগী মী পুম্নমক্তা বোহিণী অসি মহাক্না যোকচর্বিবনি কনাসু লৈএবীনি হাইনা হাইবম্মী। মহাক্না অফিস কাবদা কনা কনাগুম্বা মন্দপ মপাংশিংনা নুপী লোনবসিবো নুংঙাইব্রা হাইনা লংনবম্মী। কনানা হার্ইবিবা ব্রানো হাইনা হংলমদে, অদুম মোমোন নোক্কুনা গোপালনা মখোই মযামগী ফাগি-জোগাইদু অদুম তাবম্মী, খাংলম্মী।

নোংমা অযুক্তা গোপালনা মাগী ফম্ফম ফক্তা ফমদুনা লাইবিক লাইশু যেংলিঙৈদা পানবা কৌবী বোহিণীগী মতাদু লাক্লম্মী। মহাকপু নিংথিনা কৌশন্দুনা গোপালনা ফমহল্লম্মী অদুগা বোহিণাব কৌথোক্কুনা পানবী লাক্লে হাইনা তাক্লম্মী। বোহিণীনা ইমুংদা হিদাক হাল্লিঙৈদা পানবীনা গোপালদা হাইবনই -

"তাদা, ঐখোইগী ইতাসি পুসিনবদি ইনম্মানা মপুক্লিংদা চিংনদ্রা?"

"খংদেদা ইবেম্মা, চিংনফমদি থোক্কে, কবিনা ঐর্নদি ......"

অসুম্না হাইবা লোইফাৎত্রিঙৈদা পানবীনা প্রৎ প্রৎ হাইজল্লম্মী—

"তাদবু পুকচেল মাংই হাইবা নত্তেদা, অদুদা মী পুম্নমক্কদি পংঙাংদা ঙাংনবা তাবগা হাইবনি।"

"ইবেম্মা, মীগী মচিন পাইদুনা মেন্সিল্লবদি যাদেদো।"

অদুম্না ঙাংনবিঙৈদা বোহিণীনা হিদাক হান্দুনা পুথোক্লগা পানবীদা পিবম্মী, মহাকসু অদুম লৈবে, গোপালনা মাগী লাইবিক লাইশু তৌবিবদুদা পুক্লিং থিংজিন্দুনা লৈবম্মী। ঙাইহাক লৈবগা ইবেম্মল থোবক্কুনা পানবীবু কনানো হংলম্মী। বোহিণীনা মশক তাক্লগা হাইবম্মী -

"মণিপুবদা লৈ হাইবদু মঙাই, ইতাগা ইনম্মাগদি খংনবমদেনা।"

ইবেম্মলনা মখোইনিগী মনাক্তা ফমদুনা লৈবম্মী অদুগা বাবি ব্রাতাই শাবা যাওবম্মী। অসুম ব্রাবি শানদা হাইবম্মী—

"ইবেম্মা পানবী, নংদি নযুমগা পাল লাকপগী ব্রাদি কবম তৌবি?"

"খংদেদা, ইনম্মা?"

"ইকাইগনু হেক্তা হাইযু, ইকাইগদবা কনাসু লৈতে।"

"সত্য অওইবা, খংদে। পাজিখোইনা কনাদা পিগে হার্ইবিবা ঐ কবিমতা খংদে।"

মচিনবান্দা খোইকম তৌনা নোক্লগা ইবেম্মলনা হাইবম্মী—

"খংদেনে, ঐখোইগীসু হৌজিক্তি লৈশাবী মপুং ফাবর্বী অমা লৈববনিনা নিপা জুগোৎ চাগদবা অমা থিবা তাবি।"

গোপালনা অদুদা খুন্নম্মী—

"লাইনা তম্বা অমা লাকপা হাইবদুনি। ঐখোইনা তম্বা ঙম্বা পোৎ নত্তে।"

পানবীনা নোকমি নোকমি তৌবদুনা হাইবকই—"ইতা বোহিণীগীদমক্তি কবি গ্রাকুগবনো! মী পুম্নমক্না নিপা লৈবে হাইনা অসুক য়াম্না ঙাংনবিবসিদা!"

ইবেম্মলনা ইঙক ঙক্কদুনা পানবীবোমদা মুন্না যেংলগা হাইবম্মী—"কবম্না ইবেম্মা ঐখোইনদি খংদ্রদুনা?"

বোহিণী ইকাইখ্নুনি হাইদুনা গোপালনা হাইবম্মী—

"ওক্কে, তোক্কো। হোবেন কোন্না ঐ হাইগে। ৱাবি অতে অতৈদুম শাও।"

পানবীসু গোপালনা অদুম্না হাইবদুদা ফবে তোক্লসি হাইদুনা অদুম তোক্কে। ইবেঙ্কলসু মখা তাথবা ঙল্লমদে। ৱোহিণীনা মমাই ঙাংলি ঙাংলি তৌবদুনা মক্ন লুকথদুনা লৈবন্মী। মখোই মযাম ৱাবি অতে অতে শাবগা পানবীদু চৎখ্রে। গোপালনা ৱোহিণীদা কৌশল্লগা হাইবন্মী-- -

"ইবেম্মা ৱোহিণী, খংলেদনা, পানবী হাইবী নতাসি নহা লৈশাবীনি। মথন্তা অসি তান্না লাক্লিবসি। মশাদা লৈশাবী ওইবগী কবিমতা ইকাইবা লৈতবনি। মহাক্লা ঙাংনিংবদা ঙাংলম্মী। অদুগা ননম্মা অসিনগা সবলা ওইবনে, মী লৈশাবীদুদা যুম পানবগী ৱা হংলুবিবসে। অদুবু খবা খবা মখাংউ।"

ৱোহিণীনা ৱা অমতা ঙাংলমদে; মক্ন লুকথবদুনা শিষ্যনা গুরুগী মফমদা পাওতাক তাবগুম অদুম তাদুনা লৈবন্মী। ইবেঙ্কলনা মপুৱোইবনা মাবু সবলা হাই হাইদুনা শাওবপ তৌনা হাইবন্মী—

"কদৌই হাইবগে, ৱা অদু হংববু? মার্নদি লৈশাবী ওইবগা মী অমতসু লোইননা লাক্কবদা ইকাইদ্রগা?"

"ফবে, ফবে, ইবেঙ্কল। মীনা ইকাইদ্রে হাইদুনা নংসু ইকাইবা মপান থোক্লবিৱোইবে। মীনা তৌবদি যাদবা, নশানা তৌবদি যাবা। মীনা ফত্তবা তৌবগা মদু নশানা পামদ্রবদি নংনা ফজবা অদুদা উৎকদবনি। নুপী অপংবী, নংনদি শিংজবে হাইনা চৎলি, কবি কান্নগদগে, নংবু নখোইগী অহল লমন্না লাইবিক হৈহল্লকপবু। ইপাগী ইবেম্মা লাইবিক হৈবী হাইবদগী হেল্লৱোইদৰ্বনি।"

ইবেঙ্কলনা বাহৈ অকনবদু তাবদা ইকাইবগা অশাওবগা যান্নদুনা মপি খবা খবা শিন্থবদুনা ইমুংদা চংখিবন্মী। ৱোহিণীসু মাগী মতুং ইন্দুনা চংখিবন্মী।

মখোইনা চংখিবদা মোহন অদু মখুৎনা চাক হুকপা হৈবগুম হৈতবগুম চাবন্মী। ইবেঙ্কলনা কপ্লি কপ্লি তৌবদুনা অঙাংদুগী মনাক্তা চংদুনা চাক ইনাৰবন্মী।

গোপালনা অদুক যাম্না থিনা হাইদ্রবসু যাবনি। অদুদা ইবেঙ্কল অসিবু মহাক্লা মহৌশাদগী হৌনা খবা তুমিন্না লৈহনবা পাল্লম্মী। অদুবু মীগী মহৌশা হৈনখ্রবা শাজৎ হাইবসি হোংবা যাদৰ্বনিনা ইবেঙ্কলনা মী-পোং লাকপদা দোবো-দোবো লাওবসি খক তোক্লমদে।

গোপালসু দোবো-দোবো লাউবা পামদবা নত্তে। অদুদা মহাক্কা মাগী নুপীগা অনিসিগী মবক্তা মান্নদবা অমা লৈবন্মী। মহাক্লা ঙাংদবা যাদবা মবমগীদমক্তি ঙাংনীংই, অদুগা ইবেঙ্কলনা হেঞ্জিল্লি।

মখোই অনি ইমুংদা চংখ্রবা মতুংদা গোপালনা চে-নুং পুন্নমক লোইশল্লম্লগা অসুম মক্নপ-মপাংশিংগীদা কোইথোকপা চৎখিবন্মী।

-------

২

চান্দম কাহাই কৌবা নিপা অমা গোপালগা য়াম্না চান্নে। মখোই অনি অসি অমনা অমগীদা কোইথোক কোইশিন তৌনবা, ঙাইহাক মতম শংলকপদা ৱাবি শামিন্নবা অদুগা নুংদাইৱাইবম ঙাইহাক শংলকপদা লম্বেল অচৌবদা হান্না চামিন্নবা মীনি।

কান্হাই অসি গোপালদগী চহি মবি মঙা হল্লম্মী। গোপালনা ৱা তান্নবমদাইদা কান্হাইদনা মহাক্কী খাইদগী থাজবা নিপা অমা ওইবন্মী, মখোই অনিসি চুম্না চান্নবদা নত্তনা অৱা-অনা অমা তাবক্লবদা অমনা অমগী

অরাববু মশা মশাগীনি হাইনা লৌনবম্মী। অমনা অমগী মফমদা রা অথুপ্পনি হাইদুনা কবিমতা লোৎপা তৌনবমদে।

গোপালনা কাহ্নাইখোইদা চৎখিবদা কাহ্নাইদু মাঙ্গোন্দা হিদাক থক্কুনা পোথাবম্মী। গোপালবু উবদা নোকমি নোকমি তৌবদুনা চংলকউ হাইনা হাইবম্মী। মহৌশাদি মচিন্দা খোইকম খোইকম তৌনা কাহ্নাইনা খক নোক্লমদে। মদুগী নুমিত্তা নোকপদুদা গোপালনা ইঙক ঙক্লম্মী। কাহ্নাইগী মনাক্তা চংদুনা ফন্নগা গোপালনা হাইবম্মী—

"কবিগীনো তাদা, নংনা ঙসি ঐবু উবগা অর্থ লৈবা মনোক অমা নোকপদি?"

কাহ্নাইনা অমুকসু নোক্লগা পাওখুম খুমগে হাইবা লৈবমদে, হিদাক অদু চিংদুনা লৈবম্মী। কাহ্নাইনা অদুম্না লৈথোকপদু মী অতৈনা ওইববদি গোপালসু মপুক্লিংদা শাওনিংবা যাবনি, অদুবু কাহ্নাইবুদি মফ্দপ চান্নথোইববা অমনি খনবনা কবিমতা শাওনিংলমদে। শাওনিংদ্রবসু মবমদি খংনিংবনা গোপালনা নোক্ল নোক্লদুনা অমুকসু হংলম্মী—

"কবি তৌববগে হাইয়ুনে তাদা?"

"কবিসু নত্তেদা।"

"মবম ইবে লৈতনা পংনোক নোকপা যাববা? নিত্তিগীদি অদুম্না তৌদ্রগা? হাইয়ু হাইনি।"

"হাইয়ুবনে?"

"উম্, হাইয়ুনে।"

কাহ্নাইনা হিদাক্তু কন্না অমুক্তং চিংলগা হাইবকই

হে বাধে, ওস্তোক্লা নোক্লিংখ্রবা রানিদা। ঐদি অসুম তাবগা মখোইনা তৌশাবিসে হাইনা নোক্লিংবনা লোইখ্রবা পোৎনি।"

"অদুবু কনানা কবি হাইববগে প্রৎ প্রৎ হাইয়ুনে।"

"নংগী রোহিণী অদু নংগী নুপী অতোম্বীনি হাইনা মখোই মযাম থৌনাইদবা ঙাক্তনা ঙাংনবিবনিদা। ওইদবনা অওইবা শাদুনা ঙাংনবা অদুদা নোক্লিংলিবা পোৎনিদা।"

"কবম তৌনি তাদা, মীগী মচিন মচিন্দু পাইদুনা মেনশনবদি যাদবনিনা খবা ঙাংনজবা হাইবদুনি।"

"হোইনে, মথৌদি লৈত্রেদো, নুমিৎ চুপ্পা নোংঙালবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা রাবেমদা ঙাংদুনা লৈবেদো। ঐহাকসু মখোইনা অসুম রাবি শাবিঙৈদা ঙাইহাক তাশল্লুবে। অদুদা ঐনবু হাইবিবনি, মীগী মপা মমা কনামতা লৈত্রদুনা লাকপদগী মফ্দপ অমনা শিন্নবক্তুনা য়োকপদনি। অদুবু মখোই ময়াম্না শেবান-তুবান ঙাংলিবসিবো হাইদুনা হাইবনি। মখোইনা তাবিবগা লৈবা পোৎ নত্তে।"

গোপালনা অদুম রা অমতা ঙাংদবমখৈ নোক্ল-নোক্লদুনা তাবম্মী। অদুম্না তৌবিঙৈদা কাহ্নাইগী নুপী যুবতী কৌবী অদুনা হিদাক ঙাস্থক অমা হাপ্পদুনা পুথোবক্লগা মচিন্দা মোমোন মোমোন খোইকম খোইকম তৌদুনা নোক্লগা গোপাল্লোমদা য়েংদুনা হাইবম্মী—

"ইবুংঙোদি অমুক নৌবে হাইনা?"

"নৌবে হোই। ইতৈমাখোইদি লাইবক ফৈদকো!"

"কবয়া?"

"ননাওনুপী য়াম্না ফংলেদনা!"

"হোই হোই, চুম্মি চুম্মি। অদুবু ঐখোইগীসিদা নোংমতবু থাবক্তেনে। মচেম-মপোক অমা লৈ হাইবগী ব্যবহাব মতেক অমতং উৎনবা তৌগে হাইবসু লৈতা কবব্বা নুপীনোনে অদুবু?"

অসুম্মা যুবতীনা নোক্ল-নোক্লদুনা ফাগি তৌবদু মপুবোইবা কাহ্নাইনা থৱাই তানা নোক্লুনা তাবম্মী। গোপালসু হিদাক চিংনা চিংনা ফাগি অদু তাবম্মী। যুবতীনা অদুদগী মাগী ফাগিদু মপান খোপচন্নবা ৱাহৈ খবসি হাইবগা চৎখিবম্মী।—

"হে বাধে, ইতৈমনা ফাগি তৌবনিদা। অদুবু লৈকাইসি থৌনাইদবা থৌনাইদবীশিংনদি লোইববা পোৎনি ইবুংঙো। ঐনা কযা হাই, মী মচন ওইনা যোক্লিবনি, মচন ওইনা নিপা মতিকচাবা অমদা থাজগদৌবিবনি হাইনা। অদুদা কনাগুম্বী মচিন-যাংবীনা হাইবসু যাওই, 'নখোইদি গোপালগী মব্দপনিনা কবিমতা তাবোইদবনি।' মখোইনা অসুম্মা ঙাংর্বাশনা ঐদি থৌওইনা খৎনবর্বনি। খংদে লৈকাই অসিনা তৌগদৌবিবর্বসিবো?"

"ইতৈমা, ঐখোইগী লৈকাইদ নত্তেনে মীৱা ঙাংনবা পাম্বসি, লৈকাই পুম্নমক্লিনে।"

গোপালগী ৱাসি তাবগা যুবতীদু ইমুংদা চংখবে। কাহ্নাইনা অদুদগী গোপালদা হাইবম্মী—

"নুপীমচাদুদি ইবুংঙো ফনা উই। মাগী মৌপুৱা অঙাংর্দুনি যোকপদা য়াম্না ৱাগদৌবিববা।"

"খংদেনে, তাদা, ঐদি মখোইগী মবল মথুম যাম্না লৈর্বনিনা লাইবিক লাইশু নির্থনা তমহনগে হাইনা নিংই। অদুগা লাইবিক তম্বা লোইবগা মখোইগী লুপা অসিনা লল্লোন-ইতিক তৌহনগে নিংবনি।"

"অদুদি মাগী লাইবিক তম্বদি নংনা শেল পুথোক্কে হাইবিববা?"

"ঐনা যোক্লুর্বনিনা পুথোকপা তাইদনা।"

কাহ্নাইনা ৱা অমবোমদা ফৈবদুনা অমুক হংলম্মী—

"লুপাদি লৈবে। অদুবু নংগী মোহনদুবু সবকাবগী থর্বাক্ত তৌহল্লোইদ্রা?"

"খংদেদা তাদা, মাগী হযেং খুসিনি। মর্দুদি মতম মতমদুগী ৱা লাকপদা লেপ্পবা হাইবদুনি। অদুগা তাদা, ওস্থোক্লা তুক্কচপ্রেদা মাগী মখাদা থবক তৌবা হাইবসি। অফিস অমগী মকোক ওইদুনা তৌববদি খবা মফদৌবনি। মবক মযাগী মীসিদি ৱা ঙাংঙি মথক থোংবদা তাকপা হৈ শাবদুনা হাইবা অদুগা ঙাংদ্রে মসিদি বুদুনি কবিমতা খংবা নত্তে মহাইবা, মকোক্তা লৈবিবা মীদুগা চিন্দা পৌদাননা ৱা ঙাংনবসু যাদবা, ঐখোইনা অখংবদুসু খংদবা ওইবে, অদুগা খংদবগীসু খমথেংনা থাইনা শম-শার্ংলিঙৈগী অদুম্না লৈবে। অদুনা সবকাবগী থবকসি অমবোমদা যাম্না পামখিদবে। প্রজা অপংবা খবর্নদি অফিসকী বাবুনি হাইদুনা ব্যবহাব তৌবিবা শাই, অদুগা মখোই অমুক্তং অফিসতা চংদুনা ঐখোইনা লৌবিবা ফীভম অসি য়েংলর্বদি মখোইদি নোকপগী লোই খম্বা নাইবোই। তাদনা হেন্না খংলিবদু মঙাই, 'অহোই, ঐগ্যা' হাইবনা ঐখোইগী পুন্সি ওইববনি।

গোপালনা মথৱাই মঙামক যাওনা তৌজবা বক্তৃতাদু তাবগা কাহ্নাইনা মমিত্তগী পি তাবা খংহৌদে। মহাকসু গোপালখোইগী অফিসতা লুপা ৫০/- বোম চাবা কেবাণী মচা অমা ওইবিবর্নি। গোপালনা হাইবিবা ৱাশিংদু অযাম্বদি মখোই তলব য়াম্না চাদবা কেবাণী মচা মচাশিং অসিগী নিতিগী থোক্লিবা থৌদোক্লি। মহাক্লা মপি তাবা উবদুদা মথৱাই নুঙাইত্রদুনা গোপালনা থেমজনবগী খোস্থাংদা হাইবর্ম্মী —

"তাদা কপ্পিবা কবিগীনো। মসি পুম্নমক অসি ঈশ্বরগী লীলানি। ঐখোই মী মচা অসিনা অখাং-কনবগী মখোই অচৌবনা অদুক নিনিদং তাইবং ইযাই অসিদা কোঙ্গোলগুম উৎলন্নগা তাকচবা ফংজবিবনি।"

"চুম্মি অদুগীবুদি ঐখোইনা মখোইগী মফমদা উপকাব তৌবিবনিমা। ইযাম্বদি নংগী মোহনগী ৱাদুম

কাওথোক্লুবে কপুনা লৈথোক্লুবে।"

"তাদা, মীনদি পংঙাং ঙাংনবে, মদুসু মঙাংনজসনু।"

"ইবুংঙো, অদু মখোই মযাম্না ঙাংনবসি তোক্লুবদি থুনমক নিপা অমা থিদুনা বোহিণীবু পিথোকখিবনা ফৎলোইদবা?"

"কবি তৌনি তাদা, থিবগা পংফং ফংবসু ঙমদে। অদুগা মীনা ঙাংনবা কীবদগী হাথু হাথু থিকুবসু ফত্তেদা। ননাওগী ব্রাখল অমা লৈ।"

"কবিনিনা?"

"ঐখোই অসি মীগীদমক লৈবনি, অদুবু ফত্তবশিংগীদমক্তি নত্তে।"

"ইবুংঙো, চুম্মি, মদু যাম্না। তাইবংপাল অসিদা ফত্তবা মীশিংনা কবিগুম্বা থবক অমতবু ফজনা যেংবা ঙমদে, ফত্তবা অমা হেক্তা পুথোবকই।"

"মখোইনা ঐবু ফৈ হাইনবা ঙাক্তা ঙাইকুববদি থবক অমতা পাংথোকপা ঙমদে। উগদবা যেংগদবা মথক্তা লৈবিবা নোংদম্বা নিপা অদুমতনা উবগা খংলগা লোইবে তাদা।"

"মদুনি ইবুংঙো, মখোইনা ঙাংবা তাকদুনা কান্নদে। ঙাংগে হাইবমখৈ ঙাংশনু, নংগী নথৌদুদা পুকচেল শেংনা পাংথোক্লুবা হোৎনৌ।"

অদুদগী গোপালনা ব্রাবি নুঙাইনা শাবদুদা মথব্রাই নুঙাইবদুনা মমাই মকা লাগ্লম্মী। ফুবিৎখাওদগী চুকপ পুথোক্লুনা কাহ্নাইদা অমা পিবগা মহাক্লা অমা চন্লম্মী। চুকপ অদু চন্লগা অফিস কাবগী চাক ঈশিং চানবা মতম ওইরে হাইদুনা গোপালনা টৌগৎলে। কাহ্নাইনা 'চৎলো, ইবুংঙো, মীনা ঙাংবগা অবেম্বনি, নংনা অযোকপনি হাইবিবদু অদুদা দিবানিশিদা কাওগনু। মসিনা মন্ত্র অথোইবনি' হাইনা হাইবম্মী। গোপালসু 'হোই তাদা, মদুদনি।' হাইবগা মযুম পাংনা চৎখ্রে।

----

৩

বোহিণীনা গোপালগী মযুমদা লৈবকপা থা অমবোমদা থবক ইনখাং অমতা শুদনা ইবেম্মান্না মহাকপু থনম্মী। অঙাং মচা মোহনবু য়েংবসু ইবেম্মায়া অদুম যেংলম্মী। থোইদোক হেন্দোক্লা গোপালনা বোহিণীবু থবক ইনখাং অমোৎপা ইমুং মনুংগী কবিমতা তৌহন্নিংলমদে। অদুনা ইবেম্মান্না মীগী মচা বোহিণীবু লুনা যোকই হাইদুনা গোপালনা মথব্রাই নুঙাইজবম্মী।

গোপালনা বোহিণীবু থবক শুহন্নিংদবগী মরমদি ইনাকখুনবা মনাই মশল লৈবা ইমুংদগী লাকপনি হাইদুনা তৌবনি। ইবেম্মান্না মশানা খংনা বোহিণীবু চাবগা ফমহনবদা থংবদুদা ব্রাখংবী নুপীনি হাইদুনা গোপালনা মহাকপু মপুক্লিংদা থাগৎলম্মী। অদুনা অমুক বোহিণীবু কবম্না থমগদগে হাইবগী মবমদা ইবেম্মালদা নৌনা হাইরমদে, অদুগা হাইফমসু থোক্লে হাইনা গোপালনা খল্লম্মী।

মোহনবু গোপালগা ইবেম্মালগনা লুনা তৌবদুদা মপা-মমা লৈত্রবনি হাইদুনা মৌপুব্রাবু রোহিণীনা খল্লমদ্রে। মহাকসু মোহনগী কবি ব্রাৎলি কবি পাম্মি হাইবগী ব্রাখল তৌদনা লৈথোকপা যাবম্লে।

চান্দম কাহ্নাইগা মাগী নুপী যুবতীগনা লাক্লুনা য়েংবদা গোপালগা ইবেম্মালগনা কবিসু থোক্লদ্রবা অঙাং

অনিবু যোক্লিবা মযোকসিদি হাইনা মপুক্লিংদা গোপালখোইবু থাগৎলম্মী। লৈকাইগী কনা কনাগুম্বনদি শেলগীদমক অদুগা রোহিণীবু গোপালনা পাম্বদগী, অদুগা ইবেম্মালনা শেলগীদমক রোহিণীবু মাগী তুবোন্নবী ওইনা লুনা তৌবিবনি হাইবা ব্যাখ্যাদুদগী অতৈ অতোপ্পা রাখল ফজবা অমতা মখোইগী মবুদ্ধিদগী পুথোকপা ঙম্লমদ্রে।

অসুম তৌনা থা অমবোম লৈবক্লবা মতুংদা নোংমদি অহিং তুম্নবমদাইদা রোহিণীগা মোহনগনা তুম্বা চংখ্রবদা ইবেম্মালনা মপুরোইবদা রা হংলম্মী। মদুগী নুমিত্তা মখোই অনি ফুঙ্গানাক্তা শাংমা বাংমদা ফম্লম্মী। গোপালনা চুকপ অমা চিংলদুনা মমিং উইকম উইকম তৌবদুনা অযুক নুংথিল থবক শুবগী অরাবনা মশাদু অম্বোল চল্লদুনা লৈবম্মী। ইবেম্মালনা শিং যাংশল্লদুনা রাই পৌনিবদুদগী মখুৎ ওইনা নাই মকুপ মকুপ মৈনুংদা কাপশল্লদুনা মঙক পৈবপ তৌবদুনা গোপালদা যেংলগা হাইবকই—

" রোহিণীসিবু ঐখোইনা থা অমা হেল্লক্লে থবক ইনখাং অমতা শুদমখৈ থমর্লাক্লবা। অসুম চাবা ফম্লা তৌদুনা লৈবিবা।"

"লৈশনু কদৌগে? ঐদি শুদবনা পম্মীনা।"

"মীগী মচা যোকপদি চুম্মি অদুম্না থমগদবনি। অদুদা ঐগী ইতেং খবা খবা ওইহনবসু মঙোন্দা কবিসু কাইবোই মীনসু থিনা হাইবোই।"

"মাগীদমক কীবা নত্তে। মহাক্তি শুবা হৈবা মী নত্তেনে। অদুননিনে ঐনা শুদসনা হাইবদি।"

"রোহিণীদি তত্তনা কোল্লিক বাইবম শেংবা যাওগে হাইবিবনি। ঐদনা 'মখোইগী তাদনা শাওনি, মাগী যাথং যাওদনা ঐনা নংবু থবক শুহনবা ঙমলোই' হাইদুনা তোক্লিবনি।"

"মহাক্তি ইকাইবদগী শুগে হাইবির্বানি। মযুমদা কবিমতা হৈবকপা মী নত্তে। মনাই মশল থমদুনা যাম্না নুংঙাইনা থম্লক্লিবনি, ইবেম্মাল।"

অদুদগী গোপালগী মোত খংলবদুদা ইবেম্মালনা লৌশিং অমুক তৌবম্মী। অমুক হাইবক্লে —

"ঐখোইগী অসিদদি থবক শুদ্রবসু ফৈ। অদুদা হযেং মবা মযুমদা কবিমতা হৈতে ঐখোইনা তম্বিবক্তবা হাইদুনা শোইদনা হাইগদবনি। ঐখোইগী বদনামদুসু মখাংলসি। অদুদা রোহিণী মশামকপু যাম্না রাকুগনি হাইবনি।"

গোপালনা কবিমতা খুম্লমদে, মক লৃকথদুনা রাখল খন্দনা লৈবম্মী। অদুদগী মবাই হনগৎলক্লুনা মচিন্দু নাক-যেৎ পেৎথোক্লুনা শান্নবগা চুকপু চিংলম্মী অদুগা ইবেম্মাল্লোমদা যেংলম্মী। ইবেম্মালসু 'অওইবনিনে, শোইদনা রাকুগদবনি' হাইদুনা মোমোন মচা অমা মচিনবান্দা ঙান্থোইহল্লম্মী। মদুদা গোপালসু 'নুংশিবী' হাইদুনা মেংলবা খোঞ্জেল্লা কৌবম্মী।

মখোই অনিনা ঙাংনবিবদু রোহিণীনা লোইনা তাবম্মী। মহাক্লা হিপলিবা কাদুগা ফুঙ্গানাক্কী কাদুগা থংনবনিনা মখোইগী রাদু যাম্না শেংনা তাবম্মী। অদুদগী ইবেম্মালনা ঙাংবদা গোপালনা 'নুংশিবী' হাইবগী মতুংদা রোহিণীনা হৌগৎলগা মখোইগী মনাক্তা ফম্লবে। তুম্বা যাদ্রববা হাইনা গোপালনা হংলম্মী, অদুগা ইবেম্মালনা 'ঙম্লি মৈ তিক্লখো' হাইনা হাইবম্মী। মদুদা রোহিণীনা ফম্লগা হাইবম্মী

"তাদাগা ইনম্মগদা ঐ রা অমতং হাইজগে ঙসিদি। অমুক্ত পুক্লিং চংনা তাবিউ। গোপালনা 'কবিনো হাইযু' হাইবম্মী। 'ঙসি ঐগী মবমদা রা ঙাংনবদু ঐ তাবদা নুংঙাইতবা পোক্লে। যুমদা থবক শুবক্তে হাইবিবসি তাদনা নুংশিদুনা হাইবা পোৎনি। যাম্না শুবকই। অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা ইমাগী মতেং পাংদুনা লাক্লিবনি।

অদুদগী ইমা লৈত্রবদা ঐদনা থবক পুম্নমক মোহনবু যোকপসু কবিসু তৌবক্লিবনি। ইনমমনা হাইরিবসি অচুম্বনি। হয়েং মীগী ময়ুমদা চৎখিবদা যাম্না ৱাবা হাইবদু শোইদবনি।"

ইবেম্মান্না অদুদগী গোপাল্লোমদা ওনশল্লগা হাইরম্মী—

"নংনা ঙসাই হৈতে হাইবদাই। হৌজিক অসুম তনখ্রবদি ফত্তে হাইবনি। মহাক লৈত্রিঙৈদা ঐ ইথন্তা অদুম তৌই। হৌজিক মহাক লৈরবনিনা ঐসু খরা খরা পোখানি হাইবদনি।"

গোপালনা নোক্ল-নোক্লদুনা খুন্নম্মী—

"নখোই অনিনা হাইরিবদু য়াম্না চুম্মি, অদুবু ঐদি পামদে। হয়েং লুহোংলবা মতুংদা মীনাই শাগে হাইবসু শারু নুংঙাইনা লৈগে হাইবসু লৈরু, নখোইনা থোকপা তৌক। অদুগা ঐগী যুমদদি করিগুম্বা অমতা তৌবা য়ারোই। নুংঙাইনা চাবা ফম্ল তৌদুনা লৈগদবনি। মীনা নংবু মীনাই শানা থম্মা হাইগদবগী শরুকপুদি মীনা নংবু নিংথিনা য়োকইদা হাইবদুনা হেন্না পাম্মী। ইবেম্মা বোহিণী, ইবুংবু নুংশিযু, ইবুংগী বদনাম ওইহনগনু। ইবেম্মাল, নংসু তাও, নংগা ঐগা লৈমিন্নবসি ঙবাংদগী নত্তে। অদুগা নংনা ঐবু হৌজিক ফাওবা শক খংদ্রিবা? শক্তি খংলগা নুংশিদববা? ঐদি নংবুদি য়াম্না নুংশিনা?"

অদুদগী গোপালনা মখোই অনিবু তুম্মুবো হাইরবদা বোহিণী চৎখ্রে। গোপালসু মাগী ফমুংদা চংখ্রে। ইবেম্মালনা পোৎ-চৈ লোইশল্লগা ফমুংদা চংখ্রে।

ফমুংদা হেক চংবগা তুম্বদি যাদবনিনা বাখল খন্দুনা ইবেম্মাল অদু লৈরম্মী। লৈকাইনা বোহিণীগী মবমদা ঙাংনবা খোৎনবা পুম্নমক মহাকসু তাবম্মী। মপুক্লিংদা চিংনগে চিংনগে তৌবদা গোপালনদি নুপী নিংবা নিপা অমনিনা পাক চিংনবা ঙম্নমদে। থা অমতসু ঙাইরিঙৈনা কবম্না রোহিণীবু লুহোংথোকখিবা য়াবগে হাইনা মপুক্লিং থেমজল্লম্মী। অমা লাকই রোহিণীসি মহাক্কী লোন্নবীনি হাইনা হেক হাইবদুদা ইবেম্মালগী পুক্লিং অদু লেপফম খংদ্রদুনা লৈবিঙৈদা ঙসি নুংদাং বোহিণীবু থবক শুহল্লোই হাইবা অদুগা বোহিণীনা মশানা ফমুংদগী হৌগৎলক্তুনা মহাক্কী মীচং চংলবদু তৌশন্নবিববা গোপালগা তান্নদুনা তৌবিববা হাইনসু খল্লম্মী। অদুবু ইবেমহলসু গোপালবু গোপালনা মাবু নিংবগুম নুংশিবগুম নিংলিবনি নুংশিবিবনি। অদুনা পোবেপফম খংদ্রদুনা অদুম খনবদগী তুমথরম্মী।

------

৪

ইবেম্মালনা রোহিণীবু থবক শুহন্নিংলবসু গোপালনা যাদবনা রোহিণীদু কবিমতা শুদ্রে। অফিশতগী হল্লক্লগা গোপালগা রোহিণীগা তাস শান্নদুনা নৎত্রগা ৱারি শাদুনা লৈরম্মী। রোহিণীদু লাইবিক খরদি আসামদা তম্লকই হাইববু ইংরেজীদি হৈরমদে। অদুনা গোপালনা হাইবম্মী- হৌজিক কালদা ইংবেজী খরা হৈতনদি য়াদ্রে, ননম্মা ফাওবা তম্লক্লিবনি। অসি হাইদুনা অয়ুক্তা অদুগা নুংদাং চাক ঙাইরিঙৈদা গোপালনা রোহিণীবু লাইবিক তম্বিরম্মী। পরা পরা মতাং মতাংগী মতুং ইন্না গোপালনা ওজাগা পোরৱানগগী ভাবতা লাইরিক তাক্লম্মী অদুগা রোহিণীনসু মদুগী ভাবতা অদুম তারম্মী, কনাগুম্বা অতাবা অমনা তাববদি পাখং অমগা লৈশাবী অমগা শানরিবা ৱারি মতাসিবু হাইদুনা ঙকপসু মযাওগদবনি। ইবেম্মালদি ঙক্লমদ্রা? মাদি ঙক্তে, অদুম্নদি ওইরগা মখোই অনিসি তুংদা অমতা ওইখিদুনা গোপালনা মহাকপু থাদোক্লবসু য়াই হাইনা খল্লমই। অদুনা মহাক্লা মখোইগী ৱারী শারিবা অদোমদা পুক্লিং থিংজল্লমদে।

অযুক অমা গোপালনা বোহিণীবু লাইবিক তন্বিবিঙৈদা কাহ্নাইদু কোইবা লাক্লম্মী। মখোইগী মনাক্তা ফমদুনা হিদাক থক্লুনা গোপালনা লাইবিক তাকপদু তাবম্মী। ইবেম্মালনা মাঙ্গোল উখোকতেন্দা ঙাবদুনা ফী অমা ফোৎলম্মী। গোপালনা লাইবিক তাকপা তোক্লদুনা ব্রাবি শাগে তৌবৰদা বোহিণীদু ইমুংদা চংখিবম্মী। মখোই অহুমদা ঙাইববা মতমদুদা কাহ্নাইনা হাইবম্মী—

"বোহিণী অসিনা, ইবুংঙো গোপাল, নংগী ননাক্তা ফর্ম্বাদ শিব দুর্গা অনিনা ঙাম্মোইবা মানগ্রেদা। ইবেম্মালনা শাওবোইদবা লৈববদি বোহিণীসি য়ুমলৈমা ওইনা লৌশল্লোবা।"

গোপালনা ফাগিনি হাইদুনা অদুম নোক্লুনা তাবম্মী, কবিমতা হাইবমদে। ইবেম্মালসু অদুম তুমিন্না লৈবম্মী। অদুগা কাহ্নাইনা চান্ননা হাইজল্লবর্দি গোপালগী মপুক্লিং ওনবা তাই হাইনা যাম্না কন্না লৌবম্মী। গোপালগা কাহ্নাইগদি নিতিগী তিন্নবিবনিনা কাহ্নাইনা হাইজনবা যাই হাইনসু খল্লম্মী। অদুবু মহাক কবিমতা হাইবমদে, তুমিন্না ফী ফোৎতুনা লৈবম্মী।

কাহ্নাইনা অমুক হাইবম্মী—

"কৈনো নোক্লিবসিবু" ঐনা হার্যবিসি ফাগি নত্তেনে। মী খ্বাইনসু লৌববনি হাইনা নহালনা হাইনবে। হৌজিক নংনা বোহিণীবু লৌবদা কনানসু কবিসু হাইবোইদৌবনি।"

"কদাইদগীনোদা তাদসিনা হেক ঙাংবব?" অসি গোপালনা নোক্ল নোক্লদুনা হাইবম্মী।

কাহ্নাইনা অমুক হাইবম্মী—

"নংনা তৌবোই হাইবগীদি খংদবে, অদুগা মদু ওইববদি ঐখোইসু যেংবদা নুংঙাইদনা।"

"তাদা, হাইবিবদু চান্ননা হাইবিববা?"

গোপালনা নোক্লা নোক্লা হংলম্মী, কাহ্নাইনা নোক্লা নোক্লা চান্নবনি হাইনা খুন্নম্মী। অদুদা গোপালনা হাইবম্মী –

"তাদা, থাঙ্গৈশেংনা হাইবিবনি, ঐগী নুপীসি যাম্না নুংশি। মহাক নত্তনা কনামতবু নুপী ওইনা লৌবা ঙমলোইবো।"

"অদুবু মাদি মচাসু পোক্তে, অঙাং পোক্তবদি ফত্তে। নুপী অমমুক থিবনা ফৎলোইদবা?"

অসি হাইবগা ইবেম্মাল্লোমদা ওনশল্লদুনা কাহ্নাইনা অমুক হাইবম্মী—

"ইবেম্মাল শাওনু, ঐনা হাইবিবসি। নংবু হুন্দোকউ হাইবা নত্তে। নংসু লৈগনি, অমসু থিগনি। মী পুম্নমক তৌনবিবনি। নপুবোইবগী ফনবা খল্লিবীনি নংদি। অঙাং পোক্লবদি পুৎ হাইবা নবক্তগী নখোইবু কনবিনবা লৈবোই। ধম্মগী মবমদসু যেংশল্লুববদি ঐনা হার্ইবসে কবিমতা কাইবা নত্তে।"

ইবেম্মালনা ৱাদু তাবদা খুন্নম্মী —

"ঐঙোন্দা হাইদুনা কৈদৌনি। নিপানা তৌগে তৌবোই খুসিনি। ঐখোই নুপী ওইবগী কবি উপায লৈ মৈতে লৈবাক অসিদা। ঐখোই অসিদি থব্রাই পাম্লি হাইবদনি, শল-হুই লোইবগুম মপু মপুদুগী অনিংবা মতুং ইনবনি।"

অদুদগী কাহ্নাইদু হিদাক থক্লুনা নোক্লুনা লৈবে, কবিমতা হাইদ্রে। গোপালনা ইবেম্মালদা হাইবকই—

"ইবেম্মাল, নংবুদি ঐনা শা-শলগুম থম্মোই। ঐ নংগী মপুনি অদুগা নংসু ঐগী মপুনি।"

ফী ফোৎনা ফোৎনা ইবেম্মালনা অদুম তাদুনা লৈবম্মী। ঙসিদি মপুবোইবনা থুন্নবা বাহে অম-নি হাইবদু মথব্রাইদা যাম্না নুংঙাইনা তাবম্মী অদুগা চিংনবদি কোক্লমদে। মহাকপু অদুম্না মথব্রাই হুবাওহল্লগা নংত্রগা

ফাগি তৌনিংদুনা তৌবগা বোহিণীবু গোপালনা লৌগদৌবিববা হাইবসি য়াম্না কন্না খল্লম্মী।

কাহাইনা চৎলমদাইদা হাইবম্মী—

"ঐ হৌজিক্তি চৎলগে। ইবেম্মল ঐবু ব্রাবৌগনু হাই। নখোই অনিনা বোহিণীবু যাম্না লুনা তৌবা উবদুদা হাইবা যাইনা হাইদুনা হাইবনি। মদুগী ব্রাদো অমুক হল্লবোই।"

অসি হাইবল্লগা কাহাই চৎখিবম্মী। গোপালসু ইকুজনবা থৌবাং তৌবম্মী। ইবেম্মলনা কাহাইগী চৎলমদাইদা হাইবম্বা ব্রাদো থাজবা ঙম্লমদে।

অসুম্না চিংনদুনা লৈবিঙৈদা ইবেম্মলখোইগী মমা জাহ্নবীদু মচা উনদবা কুইবে হাইদুনা লাক্লম্মী। মচানুপীগী মনাক্তা ফমদুনা বোহিণীনা হিদাক হাল্লক্কুনা থক্লম্মী। হিদাক থক্লা থক্লা জাহ্নবীনা হংলম্মী —

"ইবেম্মসিবা, নখোইদা লৈ হাইবদো?"

"মানি।"

"মমিং কবি কৌই?"

"বোহিণী কৌই।"

"নুংশিদা ফনা তপ্পদনা, মশক্লা মশক ফজবিবা।"

বোহিণীনা মখোইনা ঙাংনবদু তাবগা ইমুংদা চৎখিবম্মী, গোপালনা চাক চাবদু যেংদুনা লৈবম্মী। মদু জাহ্নবীনা হিদাক থক্লা থক্লা উবম্মী। মদোমদা অমুক যেং, মচানা ফী ফোৎলিবদুদা অমক যেংদুনা হিদাক অদু চিংলম্মী। মহাক্লা মীনা ঙাংনবা ব্রাদগী চিংনবকপদু অমুক তেল্লা কর্নশিল্লম্মী। ব্রা অতে অতে ঙাংনদুনা মতম লেল্লগা গোপালনা অফিস কাবা চৎখিঙৈদা জাহ্নবীনা মচানুপীদা ব্রা হাইবম্মী—

"ইবেম্মা,নংবু যাম্না ব্রাববা অসিদা লৈবসিবো? মীনগা শোবি শোবি শোনবনে ঐহাক্তি কবিমতা মেন তাফম খংদ্রে।"

"কবি কবি ঙাংনবগে ইমা?"

"নুপীমচাসিমা পান্নদুনা লৈবে হাইনা নহোই ঐখোইবু খংবা মীনা হংবনা ইমাদি খ্যফম খংদবে। ঐনদুম কদাইদগীনোদা হাইনা কনথোকপনি। অদুবু মীনা অসুম তোইনা মহাইনববদি ইমসু কদাইনো হাইদবা ঙমলক্রে।"

"ইমা ঐসু চিংনবা অমদি তৌবি। অদুদা ঐগা মযামগা খেন্নবা অমা লৌবনে।"

"কবিনিনা?"

"হৌজিক ফাওবদি বোহিণীবু অতোম্বী ওইনা পান্নবে হাইবগী প্রমাণ অমতা ফংদ্রি। অদুদা ঐনা চিংনবদি নিপাসিনা মহাকপু লুনা তৌবা মতৌনে অদুগা কাহাইখোইনগা লৌশল্লো হাইবনে অসিদা মতুংদা বোহিণীসিবু ঐগী লোন্নবী ওইবগদৌবিববা হাইনা চিংনবনিনে।"

"এ: এ: শোইদ্রবনি। নুংশিৎ শিৎতনা উনা লেংবা হৌনদে। মীনা ঙাংনববা হাইবসি যাম্না লুবনিদা ইবেম্মা নংবুদি কীবনা নংগী নফমদদি যাম্না চেকশন্না চৎপা ওইবমগনি। অদুননি নংনা ভাব তাদ্রিবা। ইমাখোইনা উবক্লিবসি যামখ্রেদা, হাইদুনা কান্নদে। নখোইদিনে খংঙব্রা— নখোইদিনে অঙাংনি, কবিসু উবা নত্তে খংবা নত্তে। ইমানা হাইবা অসুম তাশল্লু, হযেং তুংদা চুম্মকই চুম্মক্তে হাইবা মবাইনা খংজবক্কনি।"

"খংদ্রেনে ঐনা তৌগদৌবিবসি?" অসি হাইবগা যেত্তুমদা লং লেংনবা লংজিন অদু মচিন্না চিক্লদুনা লৈবম্মী।

অদুদগী জাহ্নবীনা মখুৎ য়েৎনা হাই হুল্লদুনা মঙকশম অদু হঙ্গৎ হন্দা লৈবদুনা খবা শুগৎলদুনা চহি যাংখৈ শুরবী মূর্ত্তিনা হাইরম্মী—

"ঐ অদুদা হাইগে লাক্লিবনি। ইচাসিদি মাগীসিদা লৈত্রগা চাবা হেনগদবা লৈববা? মণিপুবদবু নখোই নহাদি তরাগী মবেম্মা-নি। মহাক্লা অদুম্না তৌ লাক্লবদি হেক্তা চেল্লকউ। করিদৌনবা মাগী মনাই শাদুনা ইচা নহাবু লৈজকদগে? ঐনা নহালনা হাইজহৌবিবনি ঐখোইগী ইচাদি লুনা তৌ-লাক্তবা য়াবা নত্তে। মাগুম্বনা ইনাক খুনবী পাম্লগা লৌজশনু। ঐখোইসু চবা নামা চাদুনা লৈথোক্কনি। কবিগী লাইবৈ হাইদুনবু মহাক্লা পংলাক লাকচবা য়াববা? হোবেনদু হংউ, অওইববা ওইদববা হাইনা। তাবিববা ইবেঙ্কল, নং তাবিববা? ইমানা হাইবিসে মুন্না খল্লুকো নং। নংগী নুংঙাইনবা হাইবির্দনি।"

অদু হাইবগা হিদাক্তু অমুক থক্তুনা ঙাইহাক পোখাবম্মী। ইবেঙ্কলনা মমানা ঙাংলিবদুসু তাবম্মী ফীসু ফোৎলম্মী। বোহিণীনা ইমুংদা মোহনগা শান্নমিন্নদুনা মখোই মমা-মচানা ঙাংর্নাবিবদু মশেন মবাং ওই কবিবোই তাবম্মী। অদুদা মাগীদমক শাওবিবনি হাইবদি খংদবনা মহাক কবিমতা খল্লমদে। ইবেঙ্কলনা বোহিণীবু কৌবগা হাইবম্মী।

"ইবেম্মা ইমাগী হিদাক অসি অমুক্তা ওল্লকউ।"

বোহিণীনা ওল্লদুনা পুবক্লগা মখোইগী মনাক্তা ফল্লবে। জাহ্নবীনা মহাকপু মখোইগী নাক্তা ফমহন্নিংলমদে। তাম্বোকপদি যাদবনা অদুম ফমদুনা লৈবম্মী। ইবেঙ্কলনা অদুদগী মমাদা হাইবম্মী--

"ইমা, বোহিণীগী শেৎনবা ফীগে ফনেক অমতা অফবা যাম্না ফবা যেংবিবকউ।"

ৱাসি তাবদুদা জাহ্নবীনা হান্নগা যেংনিংদদুনা লৈবনে অমুক হেন্না নুংশিবমদ্রে। অদুনা অসুম্না-হাইরকই—

"খংদেদা, হৌজিক ফীগে ফনেক পংফং ফংদবে। নংসু নখোং পাল্লিবনি চত্তুনা লৈক—হনুবী ঐঙোন্দা অমুক হাইদ্রবসু।"

মহাক্কী খোন্দাদুদা ঙক্লদুনা ইবেঙ্কলগা বোহিণীগা মঙোল্লোমদা যেংখত্তুনা লৈবম্মী।

ইবেঙ্কলনা অদুদগী হাইবম্মী—

"হোই, হোই, তোকপিবো। ঐ হেক যেংদুনা লৈজকগে।"

"কবিগীনোনে নংনা অদুক যাম্না ৱাবিগদৌবিববো? তৈ-পা শাবদুনা?"

মমাগী ৱাদুদা বোহিণীনা ৱাবৌখিবা যাই হাইদুনা তুমিন্না লৈবম্মী। জাহ্নবীনা চৎলগে হাইদুনা মফি-মবোল খোমজল্লিঙৈদো জাহ্নবীনা অমুক হাইবম্মী—

"হোবেন খংদোক্লম্মু। ঐ হযেংদো অমুক লাক্কে। কবিসু কান্নদবদা ৱাদুনদা তোক্কদবনি। ইমানা হাইবা মুন্না খল্লুকো। ঐখোইসু ফনা ফবিবনি। অদুদা মতৌ-মওং যেংনিংদবা হাইবনি। শেলনা তাইবংপাল অসি পানবগুম তৌবসিদি ঐখোইদি অদুক যাম্না চোপ্লা মী নত্তে। তিন্নজবা ঙমজরোই।"

অসুম্না হাইরল্লগা জাহ্নবীদু মচানুপীগা ময়ুমদগী খোংশানখিবম্মী। রোহিণীনা মাগী অশাওবা মতৌদু উবদা কবিগীনো হাইনা হংলম্মী। ইবেঙ্কলনা কোন্না হাইগে হাইদুনা তোক্লম্মী।

মমানা থিদরম্বা বুলি ময়ামদুনা ইবেঙ্কলগী থবাইদা হৌখিবা চিংনবগী পার্শ্বীদু মহৈ যাল্লে। হৌজিক মহাক চিংনবসিদগী লাম্বোক্লবা উপায় অমতা ঙাইবে হাইনা লেপ্পম্মী। মহাক্লা খল্লম্মী, মদুদি মমানা কদৌঙৈদসু মচাগী ফত্তনবা তৌবা হৌনদে অদুগা থাঙ্গৈশেংবা অখংবা অমা য়াওদ্রবদি মমানা অদুক যাম্না কন্না শাওবা হৌনদে। মহাক্লা হৌজিক চৎকে নিংলম্বা লম্বিদি বোহিণীগা মপুবোইবগদা মীনা ঙাংননিবা ৱাসি চুমব্রা লানব্রা হাইনা হংবা অসিনি।

মখোই অনি চাক চানবা ইরু মাইথজকসি হাইদুনা হৌগৎলম্মী।

----

৫

ইবেম্চালগা রোহিণীগদু চাক চাবনি হাইদুনা চংলগা চাক ইচং চংলমদে। ইবেমহলনা মমানা হাইরম্বা ব্রাদুদা খন্দুনা লৈরম্মী। অদুগা রোহিণীনা কবম্মা হংসিগে হাইনসু খল্লম্মী। অদুদা অমুক্তা খল্লম্বনা অশেংবা ব্রা তাকপিবক্কদরা অসিনি। ব্রাখল ময়ামসি খনবদগী চাক চাবা যাবমদবনি।

অদুগা বোহিণীনা খল্লম্বনা ইমুংসিদা মবাং অমা হৌবে, কবি ওইগদৌবিবা গোপালগা ইবেম্চালগা পুকচেল তিন্নদবগী ব্রাতা অমা ওইনা তৌইসে হাইনা খনবনি। লৈমিন্নবা কৌববনিনা ইমুংদুগী দশাসু মঙোন দা খবদি শোক্লবা যাই হাইনা খনবনা মপুক্লিং ইলাং লাংতক্লবম্মী। অসুম্মা খনবদা বোহিণীদু চাক হুকপা য়াবমদ্রে। ইবেম্চালদা কবি তৌববগে ঙসাই হাইনি হাইবদু হাইবোদনা হাইনা হংগে তৌবসু ইবেম্চালগী লাংতক্লবা পুক্লিংবু তাকলিবা মাইথোংদু উবদা করিমতা থৌনা ফবা ঙম্লমদ্রে।

মবক অসিদা অমুক ইবেম্চালনা খল্লম্মী বোহিণীসি মখোই মমা মচানা ঙাংনখিবা মবমদু খংলববা কবিনো চাবা থকপদা লে-লেথোকপগুম তৌবির্বাসিবো হাইনা। মহাক্লা পাক হংগে তৌবদা ঙমদ্রদুনা অসুম কোইনা হংগে তৌদুনা হাইবম্মী—

"বোহিণী, কবি দৌরে চাক ইচা চাদ্রবদি?"

"করিসু তৌদে, খংদে ইচা চানিংদ্রে ঙসিদি।"

"কনানা কবি হাইরবগেনে, নথব্রাই ইনুং নুংঙাইতনা উববু?"

"কনামতনা করিসু হাইদে।"

"খংদেনে ঐসু ঙসিদি চাবা শুকয়া য়াদ্রে। ঙসিদি ঐখোই অনিগী চানিংদবা নুমিৎ হাইবদু ওইববা মাল্লে।"

"হোই অদুম্মা লৌবা হাইবদুনি ইনম্মা।"

ইবেম্চালনা চাক চখোম অমা হুক্লগা হাইবম্মী

"ঙাইখো রোহিণী, ইনম্মা ব্রা অমা হংগে, নং শেংনা খুমগদবা?"

"খুম্নি ইনম্মা—।"

"য়েংওই, নংবুদি ঐখোইনা যাম্না নুংশি। নং ঐখোইবু নুংশিব্রা?"

"করিদৌনা নুংশিবোই। মী অমনা তৌববু মী অমনা কাওবা হৌনব্রা?"

"নং হৌজিক জগৎ অসিদা নুংশির্বাসি নখোইগী তাদবুনা মহেন্দ্র?"

"হেল্লি ইনম্মা। অদুগী মথংদা ইনম্মাবু।"

"ঐনা কবিগুম্বা তরানি মঙানি য়ুর্মশি থাদোক্লবদি নং নংগী তাদগী সেবা নুংশিনা তৌগদবা?"

"কবিগী তৌদনি ইনম্মা।"

"মদুদা নংগী তাদনা নংগী সেবাদা পেনখিদুনা—ঐগা মতম খবা কাইনবগী নুংঙাইতবদু কোকহন্নবা হোৎনগদরা?"

"হোৎনগনি, যাম্না কন্না হোৎনগনি।"

"নংগী তাদসি ঐ শিখ্রবদি নুপী থিবোই হাইদুনা মমাংঙৈদা নং লাক্লিঙৈদা ব্রাশকখি। মদুদা মহাক্লা ব্রানা লৈবদু নংনা কোকহনবা ঙমগদরা?"

"ঐনা তাদবু নুংশিবা অদুগা তাদনা ঐবু নুংশিবগী ব্রা খল্লুববদি মতম পুম্নমক্তা নৎত্রবসু অয়াম্বা মতমদা কোকহনবা ঙমগনি নিংই। কোক্লবসু ঐনা ঙম্বমখৈ হোৎনগনি।"

"মদুদা নংগী তাদনা অৱাবা কোক্কনি হাইনা নং খনব্রা ?"

"ঐবু তাদনা নুংশিবগী হাইকববদি কোক্কনি নিংই।"

"উম চুম্মি, মী ওইবা হাইবসি নুংশিবা অমা খাইনবগী মৈচাক্তু নুংশিবা অমা লৈবগা কোকপনি। মপা শিখ্রগা মমানা মচাগী চেংলৌ যেংদুনা, মমা শিখ্রগা মপানা মচাগী চেংলৌ যেংদুনা অৱাবা লক্ষা কাওননবিবনি। অদুগুমদুনা নংনা......................"

অসি হাইবগা ইবেম্মালদু মমিত্তগী পী মতুম মতুম শিন্থবম্মী, মখোন্দি থোক্লমদে। নুপী হাইবসিদি অযাম্বনা অমনা কপ্পা উবগা কপমিন্নদবা ঙমদবনিনা বোহিণীসু মপি তাবম্মী। ইবেম্মালনা কপ্পগী মবমদি বোহিণীনা গোপালগী নুংশিববী নুপী অমা ওইবনি শোইদ্রে হাইনা চিংনবদু প্রমাণ ওইবে খনবদগীনি। বোহিণীনা কপ্পাল্লিবনা ইবেম্মালদু শিবগী ৱাখলনা হযেং মাগী নুংশি-মৈচাক্কী কবি ওইদৌবি হাইনা খল্লুবনা মথৱাই ৱাদুনা কপ্লিবা মাল্লে হাইবদগীনি। শিদ্রিঙৈনা শিবগী ৱাখল খল্লুদুনা শিবগা কপকদবদু হৌজিক্লা কপ্পদি কনা কনাগুম্বী নুংশিহৈবী মপুবোইবা নিংবীগী এফমদা ওইথোক্তবা নত্তে। মবমসিনা বোহিণীনা মপীদু মখুৎ ওইনা তৈথোক্লদুনা ইবেম্মালদা হাইবম্মী—

"ইনম্মা, শিবগী ৱাখলবু হৌজিক্লা খল্লবা কবিগীনো ?"

নুংশিনা হংজবিবা বোহিণীদুবু ফাগি তৌবিবা মাল্লে লংনবিবা মাল্লে হাইদুনা ইবেম্মালনা মপুক্লিংদা বাবৌবম্মী। ৱাহৈ থিনা হাইগে তৌবদা পাক হাইকববদি ফত্তে হাইদুনা অদুম খাংদুনা লৈবল্লে। ৱাহৈ অথিবগী মহুত্তা অতপ্পা বাহৈ শিজন্নদুনা ইবেম্মালনা খুন্নম্মী -

"ইবেম্মা, খন্দবদি চুম্মি, অদুবু খন্দবা ঙমদেনে।"

"ঐদি অঙাংনি, অদুবু ৱা অমা হাইগে ইনম্মা।"

"হাইযু।"

"অশিবা নংবা অৱাবা নংবসি ঐনা তোইববনি। হৌজিক্তা ইনম্মাখোইগী শেগাদা লৈদুনা খবা কাওবা ঙল্লবনি। খল্লদুনা অবেম্বনি হাইবসি ঐ হৌজিক্তা লৌববনি।"

মাগী বাসি তাবগা ইবেম্মালনা অমুক হেন্না শাওনিংলম্মী। মীগী মপুবোইবা নুংশিনা থমজবিববু মুল্লগা নুংঙাইতবা খাংদোক্তুনা লৈযু হাইবিবা মাল্লে হাইদুনা ইবেম্মালনা খল্লম্মী । অসিসু খল্লম্মী ওন্থোক্লা হৈ-শিংখ্রেদা, মীবৈবাক মচাশিংগা তিন্নবক্তুনা মখোইগী লৌশিং অদু শিজন্নবিবোইবে হাইনা। ইবেম্মালনা মথন্তদা হাইজবম্মী—

"ঐ অসিসু লাইবিক লাইশু তমদুনা ইমান্নবশিংগী মবক্তা হৈ শিংলে হাইবিবনি। অদুবু বোহিণীনা হেন্না শিংলিনেসে। লক্ষা হাইদুনসু ইপুবোইবদি ঐগী ওইদুনা থমগনি, কনামতগী ওইহল্লোই। মহাক্লা বোহিণীবু লৌগে হাইববসু ঐসু মতিক-ওকপা তৌগনি।"

অদুম্লা ঙাইহাক খল্লুবগা মপী তৈথোক্তুনা মখোই অনি চাক চাবা তোক্তুনা পোত্থানখ্রে।

----

৬

পুং তকক তাবা মতমদা নুমিৎনা নোংচুপ থংবা চিংযা পাংলবা অদুৱাইদা পুং মঙাবোম ফমদুনা ৱাখলগী থবক তৌকবগী মচিনবান কংদুনা গোপাল অদু মযুমলোমদা পোত্থাকবনি হাইবগী নুংঙাইবা বাখলনা হবাও-

হবাওবা মাইতাদা লাক্লম্মী। মহাক্লা মাঙ্গোন্দা কাখৎলকপদা ইবেম্মালগা বোহিণীগদু হেঞ্জাং শেমদুনা লৈবম্মী। ইবেম্মালনা মবোই শোইবম্মী অদুগা বোহিণীনা হঙ্গাম মল্লম্মী। মদু উবদা গোপালনা হাইবকই—

"খুৎ মোৎনবা কবিগীনো হঙ্গাম মল্লিবা? ইবেম্মাল নংসু নচনসিবু যাওহনদ্রবদি য়াদ্রববা?"

ইবেম্মালনা ব্রাতাসি তাবদা মমাংঙৈগুম্বা ওইববদি শাওবম্লোইদবনি, অদুবু মদুগী নুমিত্তি ব্রাহৈদুনা মাগী হান্ননা শাওনিংদুনা লৈবম্বা মৈদুদা ঘী থাকপদু মঙাইখবে। অদুবু মাগী অশাওবনা ইনশনবা অকনবা ব্রাহৈশিং অদু মপুক মনুংদগী থোবক্লগা চিনবান যৌববা কালদা মপান থোবকপা ঙমখিবমদে। কবিনা অফিশতগী ব্রানা হল্লক্লিবা মপুবোইবগা চিন্দান পাওদান্নদুনা লাউনবা মতম চাদে হাইবা ব্রাখল ফববা অমনা শাজে পাইদুনা শাওনিংবা ব্রাহৈশিংদুবু তানশল্লম্মী। বোহিণীনা হেঞ্জাং শেম্বা যাওবম্বদুসু মশানা যাওনিংদুনা যাওজবম্বনি, ইবেম্মালনা যাওহনবা নৎলমদে। মবম অসি খল্লুববদি অদুগা ইবেম্মালগী শাওনিংবদুগা খল্লুববদি "ঐনা মাবু যাও হাইদুনা থেমজববা" হাইনা হাইনিংলম্বনি। অদুবু তোক্কুনা অসুম্না বোহিণীদা হাইবম্মী

"ইবেম্মা, হঙ্গামদু থনমখো; নংগী ভাদগী পাওজেল চেগাদু পানবা তৌকখো।"

গোপালনা অফিসতগী হল্লকপদা মফী মবোল হোংদোক্লে হাইবগা পাওজেল চে পাদুনা বোহিণীদা ব্রাবি লিদুনা মতম নুমিৎ খুদিংগী লেল্লি। অদুনা বোহিণীগী নিতিগী তৌগদবা থবক্ত তৌহন্দুনা ইবেম্মালনা মথব্রাইদা চাক্লিবা মৈদো পুম্মুত্তি মুৎথৎপা ঙমদ্রগা উৎনা কুপশনবগুম লোৎতুনা দানম্মী।

বোহিণীনা হৌগৎতুনা গোপালগী মনাক্তা চংদুনা পাওজেল-চে পামিন্নখবে; ইবেম্মালনা হেঞ্জাং শেমদুনা লৈহৌবে। মপুক্লিংদা শাওনিংবনদি ইবেম্মালদু লোইবম্লে। মপুবোইবদা ব্রা হংসিবা খৎনসিবা হাইনা তৌবদা অদুম ঙাইবগী ঙাইবা গোপালগী মপুক্লিং নুংঙাইনা ঙাইহাক পোত্থাবিবদু থুগাইকবা অসর্ত্তাগী থবক্লি হাইনা অখাংকনবা উৎলম্মী।

গোপালনগা বোহিণীগনা পাও পাব পাবদুনা অর্থ নৈনদুনা নোক্লি। তৌইগুম্নসুং মখোইনিনা নোক খেবিবদু খেনম নম্নবনি হাইবদি মখোই কনামতা খংলমদে, কবি হাইনি ইবেম্মাল ফাওবা খল্লমদে। অদবু কপ্পা নোকপা মচিন মনাওনি হাইনা লাইগুল্লবা মৈতৈ অহলশিংনা হাইবম্বদু শোইবা যাদবনা চাক ইশিং চানদুনা অহিং তুম্বা চংনববা কালদা ইবেম্মালনা তাঞ্জা মতম চাবে হাইদুনা ঙসাইমখে ভুমদুনা লৈকবিবা অশাওবদু হৌদোক্কুনা গোপালগী মফমদা উৎলম্মী। গোপালনা কবিগী শাওবিবনো হাইবা অমতা খংলমদে, অদুনা মবম হংলম্মী। বোহিণীখোইদি তুমখিবনা নাখোকপা হৌবক্লে। অসুম তৌনবিঙৈদুদা ইবেম্মালনা হাইবম্মী—

"ইবুংঙো, ঐ ব্রা অমা হংগে ঙসিদি।"

"হংউ হংউ।"

"ঐনা ঙসি হংগদৌবিবা ব্রাসি নংগী ওইবকঙৈদগী হংদ্রিবা ব্রানি, অদুনা শেংনা খুম্বিউকো।"

"খুমগনি, ইবেম্মাল খুমগনি।"

মসি গোপালনা হাইববদুদা থৌনা ফবদুনা লোংনা হিপ্পুনা লৈবম্বদগী ইবেম্মালদু ফমাংদা হিপ্লিবা গোপাল্লোমদা ওনশল্লদুনা চেপ্পা হিপ্লগা হাইবম্মী—

"জগৎ অসিদা হৌজিক হৌজিক হিংদুনা লৈবিবা নুপীশিংগী ইমাসু, ইচাসু নুপী-নহা লোইনমক্কী মনুংদা কনানা হেন্না মনুংশিবে।"

ব্রাসি হংবদা গোপালদু হিক হিক নোক্লম্মী। অদুদগী ইবেম্মালনা অমুক হাইবম্মী—

"ইবুংঙো, থাঙ্গৈশেংবা হাইবিবনি। নোক্কুনা ঙম্মি হাইদুনা পাওখুম পিদবা তৌবিগনু।"

অদুদগী গোপালনা অমুকসু হিক হিক নোক্লগা খুল্লম্মী- -

"ইবেন্মাল, নংগী ব্রাসি খুমদবা যাদ্রবা?"

"খুমহন্নিংই।"

"ওন্থোকপনিদা, ঐনা যাম্না কন্না লোৎত্নুনা মীনা হুবার্নখিনি মতাগুম চেৎনা থম্লিবা ব্রাহৈ অমা ঙসি হাইদোকপা তাবে।"

"যাম্না চেৎনা থম্বদুমক্কি ঐনা যাম্না কয়া খংনিংলিবা।"

"ইবেন্মাল, নংনা মতক্লবনিনা হাইনগে। অদুগা ব্রাহৈ অসিবু ঐঙোন্দা ঐগী ওইজৌ হাইনা পিবক্লিবা ঈশ্বরদুগী নাম অমুক্তদি শোর্নখিগে।"

অসি হাইবগা গোপালনা 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' হাইনা শোল্লগা হাইবকই—

"ইবেন্মাল, ঐনা খ্বাইদগী নুংশিবিবা মীদি রোহিণীগা নংগনি নৎত্রগা নংগা রোহিণীগনি।"

ইবেন্মালনা "ও খংলে।" হাইবম্মী অদুগা অমুক হংলম্মী --

"ঐখোই অনিগী মবক্তা অমা কাইনবগা অমদুনা ইবুংঙো নংবু খাইন-মৈচাক্তগী কোকহনবা ঙমগদবা?"

"ঙমগনি, ঐগী ইফমর্দদি নখোইনিগী শক্তিদু চপ মান্নে, নখোইনিসি আত্মা অমনা শক অনি লৌবনি।"

বা অসি তাবগা ইবেন্মালদু তুমিন্না লৈবল্লে। গোপালনা ব্রা হংগদবা লোইববা হাইনা হংলম্মী। ইবেন্মালনা খল্লম্মী, কবিমতা খুল্লমদে। মহাক্না চিংনবম্বদু মপুক্লিংদা প্রমাণ ওইবে হাইনা লৌবম্মী। নুপী ওইবা হাইবসিনা পাইজবা মন্ত্রদি নিপা খুদিংমক্না মাগী মাগী নুপীদুবদনি খ্বাইদগী হেন্না নুংশিবদি অসিনি। অদুনু গোপালনদি রোহিণী মখোইনিবু চপ মান্ননা নুংশি হাইবিবনিনা রোহিণীসি মশাক্কী লোন্নবী ওইববনি হাইনা কল্লক-কনজাওবা হাইবা তিনদুনা ইবেন্মালগী থম্মোই শোল্লবদুদা কন্না চিকপা হৌবল্লে। গোপালনা কবি হংখান হাইবদুদা অমুক হায়বম্মী

"লোইবে, তুম্নবা তৌবসি।"

অসি হাইনবগা মখোই মহৈ মহৈ তুম্নবা হৌখবে। অদুনু কল্লকপা কৌবা লাইদুনা ইবেন্মালবুদি তুম্বা যাদে অহিং অচিকপা অসিদা কবি লমন লৌগনি হাইবগীদমক ব্রা তান্নসি হাইদুনা তুম্নিংবগী লাইবেম্বীবু বিদায় পিবম্মী।

কল্লকপনা হাইবকই—ইবেন্মাল, ঐনা নংবু কয়া লুনা তৌবিবা নুংশিবিনা। ঐনা হাইবদা শম্মা খুবৈ অমা ফাওবা লেংবা যাদে। নংগী ফননবদা খনগে তৌগে হাইদুনা লাক্লবনি। নখোই নুপী ওইবগী অশোনবা পুকচেল থাদোক্কদবনি। নুপী ওইববসু থবক পাংথোক্কে হাইনা নিংলবদি ভৈববী মুর্তি লৌদুনা চৎকদবনি।"

"কবি ব্রানো ঐবু তৌ হাইবিববো হাইবিবো।"

"হেঃ হেঃ (নোক্লদুনা) হিগাইব্রা, হিগাইব্রা।"

"কনাদগী ফংগনি অদুদি?"

"কবিগী ব্রাকবি, নংগীদমক্তা অহিং নুংথিল পুম্বদা লুনা থমজববা পী মতুম মতুম শিন্থবদুনা লৈবিবী নমা ইবেন্মদা হংউ। মানা খংদ্রবসু মবাইনা থিজবক্কনি।"

"অদুদগী কবম তৌবা?" "হিগাইব্রাদুনা রোহিণীবু হাৎতোক্কে হাইবসু যাই গোপালনা মাবু নুংশিহল্লোই হাইবসু যাই।"

"হাৎপদি ফত্তে! নুংশিহন্দবনা ফৈ।"

"অদু তৌগে হাইবগা তৌ; মদু ওইববদি গোপালনা থম্মোই অকনবা লৌবদুনা যাক্লবা থিববা খোলনা বোহিণী লৈশাবী লৈগুম নৌববীসি নুংশিৎ অকনবনা হুমদোকপগুম মবাইনা তান্থোকখিনি। অদুগা নংনা যুমশিগী অনিশুদ্রবী অমত্তা ঙাইবী মবেম্মা ওইদুনা লৈহৌর্গনি।"

"মদুদি ঙম্লোই। ঐগী নুংশিববা ইপুবোইবগী মচিন্দগী অযাকপা ব্রাহে থোবকপদো ঐদি তাবা ঙমজবোই। মহাক্লা অমেংবা মখোলনা তানখিগে হাইববদি তানশনু, নৎত্রগা মহাক্লা ইতান তান্দবমখৈ বোহিণীনা মথন্তা যুমসি থাদোক্কনা চৎচখিসনু।"

"ঐনা হাইবদি তৌববোই হাইববা?"

"তৌগদৌবি অদুদা থবক মওং মান্নদবদনি।"

"ফবে নংনা নিংবা মতুং ইন্না তৌবো। অদুগা হযেংমক থবক পাইখৎলো।"

"হে কল্লকপা কৌবা লাই, নংনা ঐবু চানবিবসে কবম হাইনা লমন শিংগনি। অদব হযেংমক নৎত্রবসু থুনমক তৌবগনি।"

"তুমহৌবো সতী, ঐ হল্লগে, অমুক নংনা কৌবকপা মতমদা থুনা হেক্তা লাক্কনি।"

----

## মিংচৎথিবা

### ১

থা অমবোমদু ইবেন্দ্রলনা মমাগা ব্রা তান্নবা হৌবক্লে। কবি তৌগদগে হাইদুনা অসুম তান্নবকপদা লৈকাইগী মী অমনিগী মফমদা বোহিণীবু ফত্ত ফত্তবা ব্রাহৈনা ঙাং-শক্লদুনা বদনাম শন্দোকপা হাইনা লেপ্ল বে। মাগী পুন্সিগী চাওববা থবক অমনি হাইদুনা বোহিণী ইযাও যাওদনা থৌবী চিংনবম্মী। মবম অদুনা লৈকাইগী মীশিংনসু মানা হাইবদা থাজদবা ঙল্লমদে। থাজবদগী মখোইসু থৌনা ফনা বোহিণা লৈশাবীগী বা ঙাংবা হৌবক্লে।

নোংমা কাহ্নাইগী নুপী যুবতীখোইদা চৎতুনা ইবেন্দ্রলনা বাবি যাম্না শাবম্মী। মতমদুদা কাহ্নাইসু অফিসতা লৈবনিনা মখোই অনি কপ্ল ও নোকপ-ও অনি তিল্লদুনা থম্মোইগী লৈজবা অব্রা নুংশি যান্নববা ব্রাবি যাম্না শাবম্মী। যুবতীনা পানা তপ্লগা ইবেন্দ্রলগী ব্রাবিদু অসুম তাবম্মী। ইবেন্দ্রলনা হাইবম্মী—

"ইচে, তৌবিবসে কবম্লো! ঐখোইগা লৈকাইগী মী পুম্নমক্লা ঙাংনবে, ঐখোইগী নিপাসিগা বোহিণীগা পান্নবে হাইনা। ঐনসু মখোইনিদা ব্রা হংবদা চিংনবা প্রমাণ কযা ফংলে। নিপানি হাইদুনা লৌবে হাইনা পাক লাউথোকপসু ঙমদে; অমুকসু ঐবু কীদুনা লৌবি। অদুগা বোহিণী হাইবিসিনা লৈশাবী শাবদুনা সতী শক্কদবগী মপান্দদি ঐঙোন্দা মনম্মাদৌনা চৎপা শাবি। কবি হাইগনি, মী পুম্নমকসি মমিৎ চাংবা মনা পংবা ঙাক্তা ওইনা উখবে মাগী মমিত্তা।"

যুবতীনা ইবেম্মালদা পানা মতপ অমা তপ্লগা পিদুনা হাইবম্মী—

"ইনাওসিদি, লুপ্লবনি মৰ্ব্বাক মচা হাইবসি ঠাথা যাবা নত্তে।"

"যাবা নত্তে, যাবা নত্তে। ঐদি লাকপদগী খংলবনি। মাগা ঐগা লৈমিন্নবক্লিবসি থা অনিহুম শুবেদনা ইচে। কবিগী খংদনি হাইবগে মানা চৎপা শাজৎপু।"

"ইবুংঙোনদি কবি হাইবী?"

মতাং অসিদা ইবেম্মালনা নোক্লদুনা খুল্লম্মী—

"ওম্থোক্লা নোকচনিংখ্রবা পোৎনি। হাইববু হঙ্গোইদা।"

"অদুবু কবিবু হাইগেনে?" অসি হাইবগা যুবতীদু পানা শাইবম্মী। ইবেম্মালনা মচিনবানদু মখুৎনা নাম্থোক্কুনা হাইবম্মী

"হাইযুবনে!"

"হাইযু কদৌগে?"

"হে বাধে, ঐগা বোহিণীগবু চপ মান্ননা নুংশি হাইনে। ব্রাতাসিনদি ইচে, শোইদ্রবা পোৎনি চহি অমমুক্লা লৈবগদি বোহিণীসি লৌবে হাইদুনা লাউথোক্লক্কদৌবিবনি; মদুদনি ঐনা ফীকক খুম খুমদুনা চৎকদৌবিবা। মীনা হৌজিক ঙাংনবিবসিদা শোইদনা পোপ তাবগদবনি; অদুদনা হেন্না লংনবা ঙাংনবা হেল্লক্কদবনি। ইকাইজেদা ইচে। ঐখোই নুপী হাইবিসি জাৎ তোনখ্রেদা। অমবু হুন্দোক্কুনা অমমুক নাইবা যাববদি ফগদবনি। অদুসু যাবা নত্তবনিনা অসুম ব্রানা ব্রানা খাংগদৌবিনি।"

"ইনাওসিদি কবিগী ব্রাৰ্কবিবনো। মানা মবমচৎ ফজদ্রগা থোক খাইনথোকপা হাইবদুনি। অমামুক নাইথোকপসু মঙাইদনা!"

"ইচেসিমা, মদুসু মীনা তৌনৈ হাইদুনা নহোই ঐখোইনা হেক তৌবা যাববদো?"

"অদু নৎত্রগা অদুম বোহিণীগা লোয়ৌদনা।"

"মদুসু ঙম্মোইনে ইচে। ব্রাখলদু হেক খনবদা কল্লক-খম্বনবগী মৈনা ইশা পুম্বসি হেক্তা চাকইনে।"

"ঐ গোপালদা হাইগেদনা?"

"কবি হাযগে হাযবিবা?"

"কবিদৌনি, বোহিণীবু নিপা অফবা অমা য়েংদুনা থাজখো। অসিনিদনা।"

"কদাইদগী তাবিগবনো। মদুগুম্বা ব্রাদা নাচুংবিবা পোৎ নত্তে। ঐনা ঙসাইনা হাইখ্রে, বোহিণীবু থাদোকপা ঙল্লোই হাই হাইনা।"

অদুদগী যুবতীসু শাওবা যাওবক্কুনা কবিসু দোষ লৈত্রবী বোহিণীদুদা চৈবা হৌবক্লে। চৈবদু বোহিণীনা তাবম্লবদি মথব্রাই কযা নুংশিগবনো। মবাইবক ফবনা মখোইনিগী মবক্তা বোহিণী য়াওবমদ্রে। যুবতীনা অসুম্না হাইবম্মী—

"কবিগীনোনে মহাক্লা মীগী মযুমদা লৈবিববগা যুম্বু তাম্থোক্কুনা মানা যুম্বু শাবিগে হাইববিবো? ইকাইনাইদবীদুবু! লৈশাবীনি হাইবগা ইকাইবা মনা অমফাওবা লৈতবীদুবু। ঐখোইদি ইপামদা লৈবিঙেদা নিপা অমতগা ব্রা ঙাংনজবক্তে।"

অসি হাইবদুনা পানা অমুক তপ্পুনা ইবেম্মালদা পিবম্মী, মহাকসু অমা চাবম্মী। ইবেম্মালনা পানদু লৌবগা মখুৎনা পাইদুনা থনম্মী, ব্রা ঙাংগদবগী পানদু হুক্লমদে। যুবতীগী ব্রাপা চাদুনা মহাকসু বোহিণীবু অসুম্না

চৈবস্মী- -

"ভৌবিমলবু কবিমতা খংদেনে। মৌপবানপা চহি অনিদা মন্থানবসি ঐনা শেন্নবিবা, মগাকপু কবিমতদা যাওহনবা নত্তেনে। ইচা পোন্ত্রবনিনা কযা হঙ্গোইজে। অদবু কনাগু লৈএবা মচাগা। মচেনি হাইদুনা লৌববদুনা লৈশাবীনা অশাংনিকো হাইদুনা এনা লাক্লবিবা' হৌজিকসে ইচে, মাগা চৌবিগল খংবা কনামতা লৈত্তেদা।"

যুবতীনা অদুদগী অমুক ইত্তপ ৩প্পা হাইবস্মী—

"অদুদা নংনা নুপীমচাদুদদা পংশাও শাওবসু চুমদ্রিনে। ঐনা হাইবিবসি মাগী লাচ, চংবা লত্তে। মাচং চংবগীবু হাইকুববদি নংগী চংদনা মপা কনাগী চংজকুগবনো। অদদা ইচেনা হাইবাদ না এনামা। নিপাসিনাদি হৌব বিনিদো। মহাক্লা হেক থাদোক্লবদি নুপাচাসিসু কবিসু চৌজবোইদৌবা!"

"চুম্মিনে অদুস ইচে, অদুদা নিপা হাইবসি ইকাই-ঠাক থাদোক্লনা ভাওনাবিব' থাক্লনা। নুপী মহাক্লা শিখাং খাংলবদি নিপাদসু খবা মহনগদবা' অদুনি ঐনা হাইলববসি।"

মখোইনি অসুম্না অমুক নেমথৈ, অমক বাংখৎলি অমক কপামনে। অমুক নোকামনদনা বা ভাংবদুনা পুং মবি তাবা ফাওবা ভাংনবস্মী। অদুদগী মপুবোইবশিং হন্নবকপা মতম ওইবে হাইনা ইবেম্মালদু ময়ুমদা চৎখবে।

- - -

২

নুমিৎ মবি মঙানিবোম লৈবগা বোহিণাদু মোহনবু পম্নদনা যুবতীখোইদা কোইনা চৎলস্মী। যুবতীনা তবাম তবাম কৌশন্দুনা মগাকপু ফমহল্লস্মী। মোহনবু মচেমগা তম্পাক্তগী লৌনদা কবোক ইনবিনস্মী। বোহিণীবু হিদাক থকপবা হাইনা যুবতীনা হংলস্মী। থক্তে হাইববদা অচাপোৎ খবা পিজবগা হাইবস্মী

"ইবেম্মা ইনম্মাখোইগীদি কবিসু চানভাই লৈত্তে। হাওবসু হাওত্রবসু ইবুংগো গোপালনা শাওগনা হাইদুনা অবৈবা খর্বসি পির্জবিবনি।"

অসি হাইবগা যুবতীদো মচিনবান্দা খবা খবা নোক্লস্মী। কবিগীদমক নোক্লিননো হাইবদি বোহিণীদি ভাব তাবমদে, অদুগা মনোক অদুদি অর্থ অমা লৈবে হাইবাসদি মহাক খল্লস্মী। অদুগা মহাক্লা যুবতীদা হংলস্মী-

"কবিগানো ইনম্মনা নোক্লিববো?"

"অসুম চুম্না নোকপনিদা।"

বোহিণীনা নোকপগী মবম হংবসিনদি গোপালগা বোহিণীগবু নুংশিনৈ লৌনাগদৌবে নংত্রগা লৌনবে হাইবগী মবমদা যুবতীদু অমুক হেন্না চিংনবা হৌবস্মী। তাংদাংবা অমা খংদোক্লগে হাইদুনা যুবতীনা বা হংলস্মী - -

"ইবেম্মা বোহিণী, ঐবু হঙ্গোইনা খনগনু। ঐখোইগী ইমুংগা নখোইগী ইমুংগা অনির্সি অমত্তনি। নংসু খংলবিনি। ঐ বা অমা হংগে শেংনা খুম্মু সোৎকনুকো।"

"কবিগী লোৎলদগে ইনম্মা" হাইনা বোহিণীনা হাইবস্মী -।

যুবতীনা মোহনবু কবোক ইনবি-ইনবিদুনা হংলস্মী- -

"ঐখোইগী মবিমতা থোকপা নিপা অমা লৈ। লাইবিক লাইশু ফনা হৈ। মবম ওকই। মহাক্কীদমক নংবু হাইনিযু হাইনা মপা মমা লাক্কুনা হাইবৈ। নংনা কবি হাইবগে?"

ব্রাসি তাবদা বোহিণীদু পাক খুন্না ঙল্লমদে। মমাই ঙাংলদুনা ইকাইবা উৎলম্মী। মতৌদু উবদুনা যুবতীনা হাইবম্মী —

"কবিদৌনা ইকাইবিবনো? ঐঙোন্দস্ ইকাইববদি নংনা ইকাইবোইদৌবা মীসে ফনা তাংই। হাইযুনে বোহিণী, নপুক্লিংগী ব্রা থুপকনু। নশানা যাই যাদে খংদ্রবদি ঐস্ ইবেম্মালখোইদা নুপী হাইবগী ব্রা পল্লিংদে।"

বোহিণীনা ইকাইবদুনা মবৈ লৎ লৎ লাউনা খুল্লম্মী- --

"অদুবো, ইনম্মা, তাদনা যাবগা লোইবে ঐগীদি, মহাক্কা যাদ্রবদি ঐনা পান্না পামদবা কবিমতা খনবা ঙমদে।"

মাগীদি মবুং পোকমিন্নবদৌনা লৈর্জাববা গোপালদু নত্তনা কবিগুন্না অমত্তা তৌনংলমদে। অদুদা জগৎ অসিদা ব্রাহৈ অমত্তবু অর্থ অনি থোক্কা লৌবদি কযা তোইখ্রে। বোহিণীনা পুকচেল শেংনা মাব্ যোকপিবিবা মাদুগী যাথংদা ঙাইজবা অদুগা যুবতীনদি বোহিণীসে গোপালগী নুপী ওইদুনা লৈনে হাইনা খল্লম্মী। অদুনা যুবতীগী চিংনবা হাইবদু প্রমাণ অসুম কন্না কন্না ওইশল্লম্লে। অদুদগী অমুক হংলম্মা -

"ইবেম্মা বোহিণী, নংনবু যাববদি ইবুংঙো গোপালদি কবিগী যাদনি। নংগী তাদদা ঙাক্তা ইম্বোক্কনু। অবা নুংঙাই যান্নবা ফংলুগদৌবিবদি নহাক্লি। গোপালনা কবিস্ যাওববোই।"

"ইনম্মা অমবু ওইববসু অমবু ওইববস্ তাদগী যাথং মতৃং ইন্না চৎকনি। ঐনা তৌজিক মথোক কাববী নহাক হাইদনস কনামতবু ইপুবোইবা ওইনা ঐগী খুসীনা লৈকবা ঙল্লোই।

অদুদগী যুবতীসু ব্রা ঙাংলমদ্রে, মোহনবু কবোক পিজদুনা লৈবম্মী। বোহিণীস্ পানা চাদুনা অঙাং কবোক পিজবদু যেংলম্মী।

যুবতীনা খনবা বাখল অমা লৈবম্মী। নুপীমচা মথোক কাববীশিংনা নুংশি-নুংঙনগা বা হাইবদা তবাই তবাইনা অহল লমলগী যাথং ঙাইবসি যান্না তাংবনি। নুংশিবগী বা হেক পনবদা লৈশাবী খুদিংমক্কা হবাওবনা মখোল তনিক তনিক্কদুনা 'অওইববনে' হাইদুনা হংনবিবনি। বোহিণীনা গোপালগী ব্রা ঙাইবসে অতৈ মবমগী নত্তে, মযান্না চিংনবিবা, গোপালগা বোহিণীগবু পুল্লি হাইববা নুংশিবদুগীদমক্কি হাইনা যুবতীনা খল্লম্মী। মবমদুনা যুবতীনা হাইবকই- —

"ইবেম্মা বোহিণী, লৌথুপ-লৌকোই তৌদুনা কান্নদে। ঐনা ঙসাইমখৈ হংলবসি মবম অমা চিংনদুনা হংলম্বনি।"

"কবিনিনা ইনম্মা?"

"ঐদি চুম্না খংনিংদুনা হংবনি, মীঙোন্দনা ব্রাবি শাদোকপা যাদেকো। নংবু গোপালনা লৌগদৌবে হাইনা মী পুম্নমক্কা শবা শল্লে; অসিবু চুমব্রা?"

ব্রাসি হেক তাবদা বজ্রনা থাদুনা চাকথেকপদি ঙমদ্রগা পৎথদুনা লৈবা তনৌবব্বা লৈবাংগুম বোহিণীদু ইপৎ-পৎথবম্মী। মাদু-উবদা যুবতীদি মানা চিংনবিবদু চুমগদৌবিবা মাল্লে হাইনা খল্লম্মী। বোহিণীনা পংথখিবদুগী মবমদি মহাক্কা লোন্না তৌবম্মা থবক ফোংদোক্কবে হাইবগীদমক্কি হাইদুনা যুবতীনা খল্লম্মী। মদুদি নৎলমদে। মংদা ফাওবা উদ্রবা মচিন্দা নোংমতা পনবদি লাইবদুনা মপুক্লিংদা ফাওবা গোপালগী নুপী ওইগে হাইনা খঞ্জবা ঙল্লমদবী বোহিণীনি। মচন অমনা মনুংস্ নুংশিবা, মচা অমনা মপাব্ লুনা তৌজবা

নিংজবা অদুগুম্বা বোহিণীনা গোপালবু নুংশিবম্মী নিংজবম্মী। অদুদা যুবতীদি মাগী ব্রাখল শেবান্নবদুনা পুখিদুনা ব্রা ঙাংবা ঙমদ্রবী বোহিণীদা মহাক্কী পাওখুম ঙাইদবমখৈ বদং বদং হাইজল্লম্মী

"ইবেম্মলনা কবিসু থোক্কদ্রবসু নহাকপু মচাগুম মচনগুম লুনা তৌই, অদুগা নংনা মাগী মকাদা য়েংপদি হৌনব্রা ইবেম্ম? মীগী তৌবিমল খংদবা মানগনি হাইবা ইনমমনা হাইবদি। গোপাল মহাক্না লক্কা হাইদুনসু নংনা খাংবা হৌনৈদনা। মাগা চপ মান্নবদি চুমদে। নহাকসু নহানি হাইবদনি। অব্রা অনা যাম্না নংলক্কুনা ফনা শিংবা য়াববনি। ঐখোই নুপী হাইবসিদি চহি তবামঙাবু শুববদি কুন কুম্লাগী বুদ্ধি লৌশিং হাল্লবনি।"

মদু তাবদা বোহিণীদু ইকাইবনা মমাই উং উং লাওবম্মী। অওইবনা ওইববসু ওইদবনা ওইববসু ব্রাতা অসিগুম্বা তাবদি মাগুম্বা ইকাইথিবী বোহিণীদি থমদুনা মমাই থাববা নিপা ফাওবা ইকাইগদবনি। ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈকবগা যুবতীনা অমুক হাইবম্মী--

"হাইযুনে ইবেম্মা, অচুম্ববা? অচুম্বা ওইবগা থাদোক্কদৌবিববা?"

বোহিণীদু মমাই ঙাংবদা নত্তুনা মমিত্তগী পি চদুম চদুম তাবক্লে অদুগা হাইবম্মী --

মা, অমতা চুমদে। তাদনসু অদুগুম্বা ব্রা অমতা ঙসি ফাওবা তাহন্দ্রি, ঐনসু মঙোন্দা হাইদ্রি। হাইববাদ থমখ্রদুনা খনবা ফাওবা খন্দ্রি।"

"মীনদি লোইববদা' নংনা চেন্দুনা হিংবা পোৎলা। থৌনা হেক্তা ফদোকউ।"

অসি নোক নোক্কুনা যুবতীনা হাইবম্মী। বোহিণীনা অমুক হংলম্মী—

"ইনম্মা ব্রাসিদি কনাদগী তাকবিবনো?"

"নং খৎনকুগে হাইববা?"

"খৎনবোই অসুম খংনিংবদনি।"

"নখোইগী ননম্মা ইবেম্মলনসু হাই, মী অতৈনসু হাই।"

"ইনম্মানা কবম্না —"

ননম্মনা যাম্না শাওবমখ্রবা পোৎনি। মহাক্তি প্রমাণ ফংলবনি। মঙোন্দদি ঐনা অসুম্না হাই হাইদুনা হাইদোক্লনু। নংগী বুদ্ধি লৌশিং ওইনবা ইনম্মনা খবা ঙাংবনি। নংবুসু কনা লৈত্রবীনি হাইদ্না নুংশি; অদুনা অদুগুম্বা ফত্তবা থবক্তু ইনম্মনা তৌহন্নিংদবনা হাইবনি।"

বোহিণীদু ব্রাখল অকন্না অমনা নন্দুনা লৈবক্লে। মশাদু মথন্ত পুজবা ঙমদ্রদুনা নির্ংথনা ফমজবা ঙল্লমদ্রে; যাববদি মানা ফন্নিবা ফক অদুদা অদুম তাইশিন্নখিদুনা শ্রু শ্রু তুমদুনা মাংখ্রবদি নুংঙাইগনি হাইনা নিংলম্মী। অদুদগী যুবতীদা কপ্প কপ্পদুনা হাইবম্মী—

"ইনম্মা, ঐখোইগী ইনম্মনা যাম্না কন্না মহাইবল্লববা?"

"হাইবম্মীনেদো।"

"ঙসিদি ইনম্মদা হাইবিবসিনি, ঐহাক অসি মদুগুম্বা তৌবা মী মাল্লিনি। অদুবু তৌবদি তৌদ্রি। ঐখোইগী ইনম্মদা কনানা কবি হাইববে হাইবগে?"

"কনানা ওইগনি; গোপালনা হাইবনিদনা।"

"কবিগী? ঐঙোন্দদি মদুগুম্বা ব্রা অমতসু হাইদ্রগা... "

"তাও, বোহিণী, ইনম্মা ব্রা হাইগে। নখোই নহাদি খংবা পোৎ নত্তে। সংসাব অসি পাক চাওখ্রবনি। মসিদা তৌনবিবা মওং-মতৌ পুম্নমকসি ঐখোই অমমমগী পুন্সি লিশিংনা খংবা ঙল্লবোইদবা ঙাক্তনি। নংঙো

দদি গোপালনা হাইবমদবা যাই, মদু ঐসু থাজে। নখোইগী তাদসি য়াম্না চেকশিনবা মী অমনি। হান্নন্না নম্মগী মপুক্লিং ওলহল্লগা নংবুদি ব্রাহে অমনা লোইবনিনা ইবাই লাইনা খনবনি। ঐনা ইবাই লাইনা খনবনি হাইবসিদা নংনা ভাব ফত্তবা খনগনু। নংবু মদুনা কবিসু লৈত্রবী অচম্বী নুপীনি হাইবা নত্তে: নংনা গোপালবু লুনা নিংবা অদুগা নবুং ওইনবু ওইববসু অমবু ওইনা ওইববসু যাম্না নুংশিবদুনা মহাক্না নঙোন্দা ব্রা অমতং হাইবদা নংনা তৌবিমল খংবী অমনিনা মদু শোইদনা ঙাক্কনি হাইবনি। মবম মযামসিনা নম্মদদি হাইবমগনি, নংঙোন্দা হৌজিক ফাওবা হাইদ্রবসু। হৌজিক কবিগুম্বা হাইবক্লবদি নংনা গোপালগী মমাই ঙাক্কদবা নৎত্রগা নম্মগী নুংঙাইবা থুগাইবোইদ্রা?"

"ইনম্মা, কবম্না মদুবু তাদনা ঐঙোন্দা হাইবক্কনি? হাইববসু ঐনা মদুবু কবম্না যাফম থোকই। মহাক্তি ঐগী নুংশিববা ইবুংনি, মহাক্না লম্বেল অবানবদা চৎকে হাইদুনা কবিগুম্বা মতমদা কাওদুনা তৌবক্লবসু ঐনা মচন অশেংবী ওইববদি কবম্না লম্বেল অবানবদা চৎহনগনি ?"

মসি হাইনা হাইনা বোহিণীদু কপ্লম্মী, যুবতীনা থেমজল্লদুনা হাইবম্মী।

"কপকনু বোহিণী, নংগী নপুকচেল অদুদা লেপ্পু। লাইনা নখোইগী ইমুংগী নুংঙাইতবদু শোইদনা কোকহনগনি।"

অদুদগী বোহিণীদু মোহনদুবু পল্লদুনা মযুমলোমদা হল্লক্লম্মী।

- - -

৩

অসুম লৈবক্তা অঙাং অদু পল্লদুনা বোহিণীনা অৰুম্বা ব্রাখল অমদা তাওদুনা লাক্লম্মী। অঙাংদুনা মচেনা মমাই মকশিল্লিবদু কবিগীনো হাইবসু খংদা অদুগা কবিগীনো হাইনা হংবসু ঙমদা তুমিন্নদি লৈবগা মচেমগী মমাইবোমদা শুকথনা যেং-যেংদুনা লৈবম্মী। মদু পুম্নমক বোহিণীদি উবমদে। লম্বেলদা চৎলিবদু মখোং থাংব্রা থাংদ্রা হাইবা ফাওবা খংলমদে, অদুম মহৌশা তৌখিবা পোৎনা পুক্লিং চংদ্রবসু অদুম তৌবা যাবগুম্না মখোংদুসু থাংজবদনি; অদুগা মোহনদুনা উকক অমনা কন্না ফাজন্দুনা থল্লগা লেংদবগুম্না অদুম মখুৎতুনা পাইবম্বদনি। মশম মনা ফাবম্বদু তাশন খোৎচনগনি হাইবা লৈবমদে, মহাক্না ঙসাই থোকবপদুগী শক্কা খেন্নে হাইবসি মহাক খংলমদ্রে।

মাগী হন্দক্কী ব্রাখলসি যাম্না লুমখ্রে। মীনা তাববদি মহাক্কী ব্রাসি তৌবিমল খংদবা অদুগা হৌন খংদবা অমা ওইনা লৌবগনি, বদনাম অসিদগী কবি কবম হাইনা কোক্লবা তৌসিগে অসিনি। মণিপুবদা মাগীনি হাইবা মী অতোপ্পা অমা লৈত্রে, গোপালনা মপা ইবেম্মালনা মমা ওইদুনা লৈবে। অদুগা হৌজিক্তি মহাক্না মখোইনিগী ইংনা নুংঙাইনা পাঙ্গবা সংসাব কাইনবগী মবম অথোইবা অমা ওইবে। মখোইগীদমক মখোইবু হুন্দোক্কুনা চৎসি কদাই চৎকনি, হুন্দোকত্রে মখোইগী অকাইবা ওইদৌবে, কবম হাইনা গোপালগা ইবেম্মালগদা ব্রা অসি চম্নথোক্কুনা পুকচেল খোইজেল তিন্ননা লৈবা ঙমগনি, মহাক্না হাইবগা ইবেম্মালনা থাজবিগদবা, গোপালনা মহাকপু নুপীওইনা লৌগে নিংলি হাইবিবা ব্রাখলসি থাদোক্কদবা—অসিনচিংবা ব্রাখলদা তাওদুনা চৎলিঙৈদা যাম্না নুংঙাইনা তুমলুবগা মং অকীবা অমা কন্না মংলিঙৈদা যাম্না মেংখ্রবা নুংশিববা খোল অমনা মীকপ থোবকপগুম গোপালখোইগী মমাং হেক থংবদা লৈবা চহি যাংখৈবোম শুববা বৈষ্ণব অমনা লালসা শক্লকপদুদা বোহিণীগী ব্রাখলদু থাদোক্লম্মী, ঈশৈ অদুদা মপুক্লিং থিংজন্দুনা অমুক

তাদুনা তন্ময ওইদুনা লৈবম্মী। মহাক্লা তাবম্বা মতাংদি অসিনি—

"অনিতা এ দেহ ধবি আপন আপন কবি
পাছে পাছে শমনেব ভয।"

ইশৈ অসে বাংলা লোন ওইববসু অদুগা বোহিণীনা লালসানচিংবা ভক্তিগী মথমদা কবিমতা চংউদ্রিবী লৈশাবী মচা অমা ওইববসু আসামদা মীপোল তাদুনা লৈবক্লবীনিনা অর্থ খংলম্মী। মথমদুনা তাইবংপাল অসি অবেম্বনি হাইনা খল্লুদুনা বৈষ্ণবতুগী পুংশিববা থুল্লবা পোল অদুদা শক্লকপা ঈশৈ মসি তাদুনা কোম্থোং যৌববা মক্তদা মযুম চংগে হাইবদি লৈত্রদুনা চপ লেপ্তুনা তাবম্মী। বৈষ্ণবসিনা নৃতিগী লালসা শক্লকপদা বোহিণীগী মনাকোং যৌবিবনি, অদুবু মদুগী নুমিত্তি ঈশৈদু মাগীদমক শকপিবা ওইনা থোক্লম্মী। মোহন্না অদুম তুমিন্না লৈদুনা মচেম্মা তৌবিবদু যেংলম্মী, কবিমতা হাইবমদে। মখোইনিনা অদুম্না ঈশৈ তাদুনা লৈবিঙৈদা ইবেম্মালনা মাঙ্গোল থোবকপদা উবদুনা ইগুক ঙক্লা যেংলম্মী। মহাক্লা ঙকপগী মথমদি মচিন মপ্‌বা অনিদা নত্তনা মী অতৈ অমত্তা লৈবমদে, বোহিণীনা উচুক অমা যৃংবগুম মশম্মনা ইফা মানা থাদোক্তুনা শুকথবা মাইথোদা লৈবম্বদুননি। ইবেম্মালসু ঙাইহাক ঙকলুবগা নোকমি নোকমি তৌবদনা হংলবই –

"কবিনো, নখোইনা তৌবিবদুবো, কবি যেংলি।"

ইবেম্মালগী মখোলদু তাবদা মমাই থোক লৈথোক্লক্তুনা বোহিণীদু প্রৎ প্রৎ কোম্থাং লানশল্লম্মী অদুগা হাইবম্মী—

"কবিসু তৌদে, অসিদা বৈষ্ণবসিনা ঈশৈ শক্লিবসি তাবম্লনি।"

"নশম ননা ইফা ফাবদুনা বৈষ্ণবকী ঈশৈ তাকবিবদি লম্নোইবগেবা নহা ওইনা।"

বোহিণীনা কবিসু হাইবমদে, অদুম প্রৎ প্রৎ চংদুনা মোহনবু মাঙ্গোন্দা ফক অমদা থনশগা ইমুং চংদুনা মিংশেল যেংলম্মী। মিংশেল যেংবদা মাগী ফীভমদু উবদুনা মশম্মনা হাৎথোক্লে অদগা মমিৎকা মচিনগদা নোকপা ঔবাইবম্মী। ফীভম হঞ্জল্লবদা মপান থোবক্তুনা মোহনাগী মনাক্তা ফম্লম্মী। ইবেম্মালনা মাঙ্গোলদু রাই শিৎল শিৎলদুনা হংলম্মী—

"কবিগীনো বোহিণী নংনা ঙসি নমাই ইমক-মকশিন্না লাকপবু কনানা কবি হাইনক্লে?"

"কনাসু কবিমতা হাইদে। আ: বৈষ্ণবকী ইশৈ তাবদা অসুম খঞ্জল্লুবগা কপনিংচকপনিমা, অদুদা মাইসি মকশিনবা ওইবিনি।"

"কবি ঈশৈনোনে, নংবু অর্থ খংত্রা? ঐখোইদি মখোইগী মীবোল অসিদদি কবিমতা ভাব তাদবনা কপ্প চংবদি লাইবদুনা মহাক্লা ঈশৈ শক্লকপগা নোং খোংলে বজ্র তাবক্কনি হাইবা মতাংগুম নাকোং মেনশিন্দুনা লৈবিবনি। নং অঙাং অদুক যাম্না ওইনা ওইনা ...."

"খবা খবা খংই ইনম্মা।"

"অর্থদু অমুক্তা হাইযু তাসিদনা। নংনা অদুক যাম্না মথবাই শোকপা ঈশৈদি কবি ওইবিগবা ইনম্মসু তানিংই।"

"অসিনিদা ইনম্মা। ঐখোই মীওইবশিনা মাংগদবা তুং কোইবোইদবা হকচাং অসি পুবদুনা ঐগী ঐগী হাইদুনা লৈবে অদুগা শিগনি হাইদুনসু অমুক কিবি।"

ঈশৈগী অর্থসি তাবগা ইবেম্মালদু বৈষ্ণবী ওইগদ্রা হাইনা হাইববু চিংনবা অমদম পোক্লম্মী। অদুনা হংলম্মী—

"ঐখোইগী অসিদা লৈবসি নথরাই নুংঙাইত্রববা ননিং থংদ্রববা কবিনো, নংনা ইশেদু তাবগা নপুক্লিং নুংঙাইতবা উৎলিবদি?"

"কবিদৌনা নুংঙাইতনি? ইনম্মাখোইনা ঐখোইবু লনা থম্বিবিবা অসিদি ঙপা ইমামক ফাওবা অসুম্না তৌবক্তে। অদুদা ঐখোই মীওইবা হাইবসিনা তৌবিবাস হাইনা খল্লুবর্দনি।"

"ঐনা হাইবদি ঐনা নখোইবু যোকপাসিদা অকাইবা কাব লৈববগে হাইবনি।"

"কবিসু লৈতে ইনম্মা।"

অদুদগী ইবেম্মালদু হন্তবক্লুনা অমুক হাইবর্ম্মী—

"চুম্মী, ঐখোই মীওইবা হাইবসে ইশা ইশাগীদা খল্লি। লোংমা শিবগা ইহে হাইদুনা তোক্কদবনি। অদুবু ইবেম্মা, হিংলিঙৈদা ঐখোইনা অদুম্না খনাবা ঙম্লবদি ফগদর্বনি। উনা উনা হু চাবা হাইবদু ঐখোইগী পুক্সি থর্সিনি। কনামনা মীগী মরা মপুবোইববু মহাক্কী ওইগে লাক্লে, কনামনা ওইহল্লোহদৌবগী হোৎনৈ। অদুবু মখোই অমতনা নিপাদু মখোই কনামতগী ওইবোই হাইবসে খংদে। অসিনি মীওইবগী পংথবিবা।"

ইঙ্গিত অসি বোহিণীনা খংলর্ম্মী। অদুবু পাক হাইদোকর্পদি ঙম্লমদে। মহাক্কী হাইদোক্লবা মতম লাকখিগনি হাইনা লৈবর্ম্মী। অদুনা অসুম্না হাইবকই

"ইনম্মা, খংদেনে ঐদি অসুম অসুম খল্লুবগা ঈশৈ অসিদা হাইবিবা বাসি চুম্বা মাল্লে হাইনা যাম্না লৌনিংলে। অদুবু তাইবংপাল অসি থাদোক্লুনা লম্বোইখনগে হাইবসু অঙাংমচাসিগী খল্লুবদা ঙমদবে। ঙম্লোক্লা বাখবেদা।"

মহাক্কী বাসি তাবদা ইবেম্মালদো মপুক্লি দা শাওনিংলর্ম্মী অদুগা বোহিণীবু তাৎথৈবা লৌনমচাওবী নুপীমচা ওর্মনি হাইনা খল্লর্ম্মী। অদুনা হাইবকই

"ইবেম্মা, কাবিগী অদুক যাম্না নহা ওইনা নংনা লম্বোইকগদগে? অদুগা মোহনগীদি নং লৈত্রবসু নং লৈত্রগা হেন্না ঐখোইনা লুনা তৌগনি। মাবুদি মী ওইনবা যোক্কনি। অদুদা নংবু লম্বোইযু হাইর্বদি ঐখোইনা কবম্না হাইগনি? খল্লনু মদুগী ৱাখল অদো।"

মহাক্কী ৱাসি অর্থ লৌদি হাইববু বোহিণাবু অর্থদু খংশনু হাইনদি খল্লমদে। তৌই'শম্বসুং বোহিণীদি অর্থদু খংদবা ঙম্লমদে, অদুগা খংলবসু খংই হাইনা তাকপগী শক্তিসু বোহিণীগী লৈজবমদে। ইবেম্মালনা ৱাইশিংপা লোইবদুনা ইমুংদা শুমজিৎ থমগে হাইনা চংখবে। ঙাইহাক লৈবগা চাইশেল অমা পাইবদুনা মাঙ্গোন্দু ৱাইশিংপগী ঈশিং চাইথোক্লর্ম্মী। মহাক্লা অদুম্না তৌবিঙৈদা গোপালসু অফিসতগী থুংলবে। অদুদগী বোহিণীনা গোপালগী নাক্তা চংখবে অদুগা মোহন-বনা ইবেম্মালনা চাবা বাম্লুসি হাইদুনা পুশনখবে।

----

৪

গোপালগা বোহিণীগা পাওজেল-চে পাবদুনা ৱাবি শান্নবর্ম্মী; ইবেম্মালনা অদামদা মীচিনা ফাওবা যেংলমদে। বোহিণীদু ৱাখলনা লুম্লবসু গোপালবুদি খংহল্লোই হাইবা শাবদুনা তৌশন্নবা অমা ওইবর্ম্মী। নিতিগী অদুগুম্না নোক-লাক্লুনা লৈবর্ম্মী। মথৱাইদা অবাবগী চাবা হৌববসু মাইথোংদা কবিগুম্বা খুদম অমতং উৎতুনা গোপালগী নুংঙাইবা থুগাইবমদে।

রোহিণীসি কনাগুম্বা লীলা শান্নবিবা কাংবু অমনা ফংজববদি মহাক য়াওবা লীলা পুম্নমক ভাবোকপু সুমহৎকদবনি। অদুক য়াম্না কন্না ৱাববী, কবি হাইনি মাগুম্বী লৈশাবী অমনা ফংবা যাবদগী হেন্দোক্লা ইকাইবা৷ ফংলবী অদুনা কবিমতা ইতৌ তৌদবা শাবদুনা লৈবম্বদি হৌশিংলবা গোপাল অদুগা মহাক্কী হৈশিংলবী নুপীনা ফাওবা রোহিণীগী পুক্লিংগী ৱাদো মচেৎ অমতা খংবা ঙল্লমদে।

মবম অসিনা গোপালসু মহৌশাগুম লাইবিক লাইশু তৌমিন্নদুনা লৈবম্মী। অদুগী মথক্তা ইবেন্দ্ৰলনা মোহনবু লুনা তৌবদু হান্নদৌনা অদুম তৌবম্মী। ইমুং অদুদা মনুং মনুংদা মৈ হৌবা যাবা ৱাখল পোক্লবসু মপাম্বোংদা মশক উবা ফংলমদে।

মখোই অনি অদুম্না লাইবিক তৌবিঙেদা মোহনদু চাবা বানবা লোইবদুনা ইবেন্দ্ৰলনা মখোইনিগী মনাক্তা থনম্মী। গোপালনা অঙাংদুবু লৌবগা হংলম্মী—

"মোহন সাহেব, নং লাইবিক তমগদবা?"

মোহন্না মবোল থোকপগুম থোক্তবগুম তমগনি হাইনা খুম্লম্মী। অদুদা মচে রোহিণীনা মথৱাই নুংঙাইবদুনা নোক্লম্মী। গোপালনা 'তমনিযে' হাইবগা ফাক ফাক নোক্লম্মী। অদুদগী অমুক হংলম্মী—

"কযা যাম্না তমগনি।"

অঙাংদুনা মখুৎ অনি থাঙ্গৎলদুনা খুম্লম্মী—

"সুক যাম্না তম্নি।"

অসি হাইবগা মখোই অহুম হবাওনা নোক্লম্মী। গোপালনা মোহনগী খজাইদা খুদোনবীনা কাপ্লগা "যাম্না তমগদবা, যাম্না তমগদবা" হাইনা হংলম্মী।

অদুদগী গোপালনা রেহিণীবোমদা ওনশল্লগা হাইবম্মী–

"রোহিণী অঙাংসি লাইবিক যাম্না তমহন্দবা যাদে।"

"তমহন্নিংই তাদা।" অসি হাইবগা রোহিণীনা ৱাখলগী মং অমা মংলম্মী। অর্দ্দি অসিনি:—

মোহন্না লাইবিক য়াম্না হৈবদুনা পাখং ফাববা কালদা মাগী নুপীনা সেবা তৌবা, মহাক্লা সবকাবগী নৎত্ৰবসু কবিগুম্বা থবক অমা তৌববসু মী পুম্নমকনা নুংশিনা ব্যবহাব তৌবা, মহাক্লা মচেগীনি হাইদুনা ফীবোন শেৎন চানবা কৈথেলদগী লৈবকতুনা থোনবা, চাওথোকফম ওইববা মৌপ্‌বা অমা লৈবে হাইদুনা রোহিণীনা মৌপ্‌বাবু ফজববা ফীজেৎনা লৈতেংদুনা কোম্বোং থোকখিবদা মাঙ্গোন্দা লেপ্তুনা যেংবা অসিনচিংবা নুংঙাই নুংঙাইববা ৱাখলনি। মসিদা মথৱাই অদু লুপ্তুনা লৈবম্মী; মোহনগা গোপালগা মনাক্তা লৈ হাযবা কাওবম্মী।

গোপালনা অদু উবদুনা রোহিণী। কবি খল্লিবনো? ঐদি মোহন্না লাইবিক তম্বগী ৱা হাইবদা নুংঙাইবে, অদুগা নংদি কবি চিন্তা তৌবি হাইনা হংলম্মী। রোহিণীনা খুম্লম্মী—

"তাদা, ঐসু নুংঙাইবগী ৱাখল খল্লিবনি। অদুদা তাদা ঐখোইনা হৈহন্নিংবগা মানা হৈবক্তববদি হাইনসু অদুক খল্লক্তবা ঙমদে।"

"হৌনবনি, অফ-ফত্ত অনিমক খনবদি মীওইবা ঐখোইগী হৌনসানি। ৱা অমা হংগে, নং অদুক হাইয়ু।"

"কবিনিনা তাদা।"

"ঐদি মোহনসি হয়েং চাওবগা সবকাবগী নোকবী তৌহন্নিংদে; লল্লোন-ইতিক তৌদুনা লৈহন্নিংই। অদুবু নং অদুক হাইয়ু নংনা কবি পাম্বা।"

"তাদা? ঐনা কবি খংগনি, তাদনা অসুম ফৈ হাইবদুদা তৌহন্নি। ঐগী হাইববু মানা মী ওইদুনা ঐখোই মযামবু অহল ওইবক্লবদা যেংবা ঙম্না অদুর্দনি।"

অদুদগী গোপাল অদু কোইথোক্কনি হাইদুনা চৎখবে।

------

# ইকাইবা

১

মিংচৎ অথিবনা লৈবাক ফাওবদে অফবা ফত্তবা মী পুম্নমক্না পাম্বা নত্তে। হুবানববু হুবানবা হাইবগা শাওনবিবা সংসাবনি। অদুবু হুবানবশিংদুনা ফত্তবা থবক অসিদসু তোক্লগে হাম্না নিংদ্রবসু মীগী মচিন্দা মখোইগী ফত্তবা থবক অদুগী মবমদা ব্রা ঙাংনবদি তোকহনগে হাইনা নিংবা ঙাক্তনি। তৌই শুম্বসুং বোহিণীদি থাঙ্গেশেংবা বদনাম তৌবা যাবা মী নত্তবদা নত্তনা মীনা থীনা ঙাংনবা খাংবা ঙম্বা নুপীসু নৎলমদে। মহাক্লা খাংগে হাইদুনা কযা তৌদুনসু কযা কুইগনি?

যুবতীখোইগীদা চৎলুবা থা মঙাবোম লৈবগা মহাক্লা খাংবা ঙল্লকত্রদুনা মথক-মখা থোক থোক হাইবল্লে। অদুবু ইকাইবর্দি মচেৎ অমফাওবা মাবু থার্দোকউ হাইবা যাবকত্রে। অদুবু মোহনগী খন্দুনা ইকাইবা খাংসিবা তৌর্বসু ইবেক্ষলগী নুংঙাইবা কাইবগনি হাইবা ব্রাখলনা তৌগদবা অমা লেপ্তুবা যাবমদবে। মোহন্দুনা মোহনগী থোকপা হাইদুনা খন্দবা ঙল্লমদে।

থাশিং অসুক যাম্না খাংলক্লবদা ইকাইবনদি অসুম শাজে পাইদুনা থৌবক্লবদা থবক অমা তৌগে নিংলক্লে।

মোহন যাওবমদ্রবদি বোহিণীদু যাম্না বাই শংজবমগদৌবনি। অদুদি থোকত্রবনা মৌপ্পা পিশক মথক্তা অমতা পোকত্রবা মখাদসু অমতা তাদ্রবা অদুগীদমক গোপালগা ব্রা ইবেঞ্জনা হাইনবগা মখোই চিন্তা যাওদনা লৈবা যাবা থৌবাং খল্লক্লে।

অদুদা অমুকসু চিংনবা পোক্লম্মী গোপালনা শেংনা তাকপিদ্রবদি কবম তৌগনি হাইনা। অদুবু মোহনগীদমক চাং অহানবসি যেংলগা গোপালনা শেংনা তাকপিদ্রবা কালদা থোক্লবা অমা লাক্কনি হাইনা খল্লম্মী।

মবমসিনা নোংমা গোপালনা অফিসতগী কুম্লক্তুনা মাগা তাস শান্নসি হাইদুনা তৌবিঙৈদা বোহিণীনা মমাই মক-মকশিন্না গোপালগী যাথং ইন্দুনা চংশিল্লম্মী। গোপালনা মহাক্কী শুকথববা মাইথোং অদু উবদা ঙক্লদুনা হংলম্মী—

"বোহিণী কবিদৌবে ঙসিদি নথব্রাই নুংঙাইতনা উববো?"

"কবিসু তৌদে, তাদা।"

অসুম্না পাক হাইদোকপা ঙমদদুনা মপুক্লিংগী ব্রাদু মপুক মনুংদা ফুমদুনা লৈবিঙৈদা গোপালনা অমুকসু হংলম্মী—

"কবিসু তৌদে হাইববু! ইতৌ তৌদনা নমাই মকশিন্দুনা লৈবা যাববা? ননম্মগা খৎনবববা?"

"খৎনদে, তাদা ইনম্মনা ঐঙোন্দা কবিমতা হাইদে।"

গোপালনা খংনিংবনা হংবা তোক্লমদে— "হাইয়ু বোহিণী। ইবুংনা নখোংই নচিন-নৌপ্পা অনিবু থম্বদা

মতম পুম্নমক্তা নথৰাই নুংঙাইনা থম্লিংবদু ঙসিদি কাইবে। ঐহাক মবম খংদবা যাদে। ঐখোইনা নখোইবু নুংশিবগুম নখোইনা ঐখোইবুসু নুংশিববদি নপুক্লিংগী ৱা কবিমতা থুপ্লোইদবনি।"

বোহিণীদো হাইনিংবনা লোইববসু ইকাইবদগী ৱা হাইদোকপা ঙমদনা লৈবম্লবদগী গোপালনা তকশিনবদুদা থৌনা ফবল্লে। মমিত্তা পি শিন্তুবদুনা গোপাল্লোমদা কন্নদি যেংদ্রগা নমৎ লুকলপ তৌবদুনা হাইবম্মী—

"তাদা, ঐগী অৱা নুংঙাই পুম্নমক্কী ৱা তাদদা কবিমতা খাল্লকত্রি। অদুদা হন্দক্কীসি তাদগী ৱা ওইবসিদা ইবৈ অসি খংপা ঙমদ্রে।"

মদু তাবদা গোপালনা অমুক হেন্না তানিংবা অমা যাওনা হাইবম্মী—

"বোহিণী, কবিগী চিংনবি, ঐখোইগী বাদুমক্লি ঐনা তানিংলিবা। নংগীদমক নংগা অমানা কোকনবগীদমক ঐগী থৱাই অসি থাগদৌবিবনি। হাইযু, কাবমতা হঙ্গোইগনু।"

মপি তৈথোক-তৈথোক্লা বোহিণীনা হাইবম্মী—

"অদুদি হাইবগেদো তাদা।"

"হাইযুনে ইবেম্মা।"

অদুদগী বোহিণীনা যুবতীদগী তাবকপা বাবিশিংদু গোপালদা লিবগা হাইবম্মী-

"তাদা, অসিবু চুম্ববা?"

গোপালনা নোক্ল নোক্লদুনা হাইবম্মী —

"বিষ্ণু, বিষ্ণু, কবি ৱানো, ইবেম্মা? ঐদি নংবু ইচনগী ৱাখলদগী অতোপ্পা অমা ওইনা খল্দে। ঐগী ননম্মসি পুন্সিসিগী নুংশিববী ওইবদি কনামতনা মহৎশিনবা য়াবোই হাইবসে ঐগী খংই; মসি ননম্মা ফাওবা থাজদে, মী অতৈনদি কবম্মা থাজগনি? মীনা ঙাংবদি ঐসু তাই, থওইনা তানিদে। নংসু অদুম্মা তাক্নু।"

অদু তাববদা বোহিণীনা গোপালগী মখোংদা হোৎচল্লদুনা খুকুম্লম্মী অদুগা গোপালনা মকোক্তা নাল্ল নাল্লদুনা ৱা তাবম্মী। বোহিণীনা হাইবম্বদি অসিনি—

"তাদা, খোং পাইদুনা হাইজবিবসিনি, কবিগুম্বা তাদনা মতুংদা ৱাখল অসি তৌবিবক্লোই হাইনা নিংজৈ। ঐনা খঞ্জবম্বদু লাল্লমদ্রে। তাদা, ঐবু ৱাবৌগনু, মীগী মচিন্দগী পংতা তাবকপদুনা বা শেংদোকচগে হাইদুনা তৌবনি।"

"কবিমতা খল্লুনু, ননম্মনা ৱাখল ফত্তবদু খল্লম্লবসু ঐখোই অনি চংদুনা চুমথোরনি।"

অসি হাইবগা গোপালনা মুয়া যেংদুনা লৈবম্মী। বোহিণীনা হিক-হিক কপ্পদুনা অদুম তুদুনা লৈবম্মী। ইবেম্মালনা মোহন চাক পিজবম্বদু লোইবদুনা থোবকপদা মখোইনিনা তৌবিবা ফিভমদু উবে। হান্ননা চিংনদুনা লৈবম্বী ইবেম্মালনা বোহিণীগী মকোক নাল্লদুনা লৈবিবা মপুবোইবৰু অমুক হেন্না চিংনবম্মী। অদুদগী নহালমখৈ মপুক মনুংদা উৎনা কুপ্পুনা থম্বগুম থর্নাল্লিবা অশাউবগী মৈজাওদু ফুং হৌবক্লনা ঙাইহাক ঙক্লা যেংলগা প্রৎ প্রৎ হোৎচন্দুনা বোহিণীবু মশা লাক্লুনা চিংথোক্লগা খুদোনবীনে কাবনে উৎতুনা হাইবম্মী—

"ঐনা নহালমখৈ চিংনবম্বদু শোইদ্রে। হিংচাবী, তৌঙম্না, ইকাইনাইদবী। কাবি ভুমদুনা তৌজ শাবিবা। মীগী মরা মপুবোইবৰু চংমুন মুন্নি হাইদুনা তৌবল্লী।"

গোপালনা মখুৎ হৎতুনা খাল্লম্মী অদগা হাইবকই-

"ইবেম্মাল, তৌগনু অদুম্না। মবাল লৈতবী নুপীমচানি। তপথখো, ইবেঙ্গনা ব্রা ভাংনসি।"

মদু তাবদা অমুক হেন্না লাউখৎতুনা গোপালদা ইবেম্মালনা খুল্লম্মী—

"কবি হাইযে, মবাল লৈতবীনে হাইযে। অদুদি নংনা হাইবগা কদাইদগী যাগনি? নুংশি-নুংওনগী বা হাইবাস নিপানা হৌবা তৌনবনি, নুপীনা খক হৌদেনে। ঐস্য খংই রোহিণীনা হায়না হৌবা নত্তেনে। অদুবু মহাক্না যাবগীদমক্কি মাগী মবালদি। সিঃ-ই, নিপা অমগী মতম্বাক্তা নুপী অমনা মোন খাংদুনা লৈবল্লগা অদুম যেংদুনা ইপং পংনা লৈযু হাইবা শাবিবো। কনানা থাজবিগদগেনে; অউবা কনানা নখোইনি নুংশিনদে হাইবা থাজবিগদগে হাইবা?"

"নং পাখৎমল্লেনে, ইবেম্মাল। ঐখোইগা বা তাখোনে।"

"তাবোই তাবোই, নখোইনা ওইদবা পবেং লিবগা ঐনা অসুম হোই হোই হাইদুনা তাগদৌবোবে। ওইথোক্তবনি। (রোহিণীবোমদা) তাউ হাই, লৈশাবী মাইথাবী, নং চৎকে হাইবগা চৎখবো, নৎত্রগা ঐ চৎখবগদবনি। অনিগী মবক্তা অপাম্না অমা হাইযু।"

রোহিণীনা ইনম্মা, ঐ চৎখিগে। হান্নানা কবিগী চৎলান।

গোপালনা অদু তাবদা হাইবকই -

"মাগা কনাস লৈজদ্রবী নুপীমচাসি কদাইদা তাম্লোক্লগে হাইবগে? (কল্লপনা) নং চৎকে হাইবগা চৎচখো। নোহন্না চাউদুনা মা ওইদ্রবা ফাওবা নৎএগা রোহিণীনা লুহোংদ্রবা ফাওবা অসুম থমগান। নংবুসু লৈয হাউনা ফজনা হাইরবিবিবা অসিনি। যাদ্রগা নপাম চৎখিবদা ঐ কবিমতা হাইবোই। অদুগা ইকাই ইকি থাদোক্তুনা হংহীববা, নহাক নপাম চৎলগা যুম অমমক নাইবদি তৌবনু ঐ অসি নং নত্তনা কনামতগী মপুরোইবা ওই লোইদৌবনি।"

"অদুম্না অঙাংদা কবোক পিজবগুম অথুম অথুম্বা ব্রা হাইবগা ঐনা থাজবিগনি হাইযো। ওইথোক্তবনি। মাদি নুমিৎ ফত্তে। ঐ হযেং যুমশকৈশা নুমিত্তা ইপামদা চৎকান।"

অদুম্না হাইবল্লগা ইবেম্মালদু মোহনবু পমদনা ইমুংদা চংখবে। রোহিণীসু চংখবে গোপালনা কোইথোকপা খোকখবে।

---

২

মখোইনা লাউনবদু লৈকাই নক্লবশিংনা তাবমদুনা নুংঙাইবল্লে, অদুগা অমনা অমগী মনাকোংদা তুমিন তুমন্না তৌবদা নত্তনা কবিমতা বেবা লৈতবমখে ঙাংনবম্মী। গোপালদি অদুম ঙাংনবমগনি হাইবসি খংলমদে। অদুনা অদুম থৌশাদবা শাবদুনা কাক্লাইখোইদা কোইরুগে হাইনা চৎলম্মী।

কাক্লাইগা যুবতীগদি মীগী মচিন্দগী মখোইগী খংনা লাউনবগী বাদো খংনবা লোইদঙৈনা তাবমদুনা খামজনবা চৎলুসিবা হাইনা খন্নবম্মী। মতমদদা গোপালনা শুক-শুকথনা চংলক্তুনা কাক্লাইগা মনাক্তা ফল্লম্মী। কাক্লাইগা যুবতীগদু ব্রা পাক হংবা ঙল্লমদে। কাক্লাইনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈবগা হাইনম্মা—

"কবিনো ইবুংঙো, মীন ঙাংনবিবসি চুমব্রা?"

"কবিনিনা!"

"ইবেম্মালনা রোহিণী নখোইনিবু ফাদনা খংনবে হাইনা লৈকাই শবা শল্লে নখোইনা খংনবা

লোইদ্রিঙৌনা।"

"ঙাংগে ঙাংনজসনু। থৌনাইদবগী মথৌবু কনানা খান্বা ঙমগবনো?"

"অদুবু চুমব্রনে। নহালদি ঐনা ফাগ তৌবদা নংনা হাইখিবদাই, ইবেন্দ্রলবু যাম্না নুংশি, নুপী লোনবা ঙম্লোই হাইনা।"

"হাইখি তাদা, হৌজিকসু হাইগনি, হযেংসু হাইগনি। নুমিৎ খুদিংগী, থা খুদিংগী, চহি খুদিংগী ইবেন্দ্রল ঐগীনি, ঐ ইবেন্দ্রলগীনি।"

"শাওনু শাওনু। ইযান্বদি নখোইবু থেমজনগে হাইবনি। অদুবু কবিগীনো ইবেন্দ্রলবু তান্থোকই হাইবিবদি।"

"ঐ তান্থোক্কে। অদুগা মানা চৎকে হাইবদি থিংদে।"

কাহ্নাইনা চিংনববদুনা অমুক হংলম্মী–

"মানা চৎকে হাইবগা হেক চৎহনবা হৌনববা? খামজল্লু। তৌনগনু। নৎত্রবদি ঐখোই ফাওবা বোহিণীগী ব্রাসি চিংনবক্কনি।"

"খান্লম্মীনে, তাদা। ঐদি খামদুনদা লৈবিবনি। যাদি যাহৌদ্রি। ঐসু খংদ্রবনি কদম তৌগদৌবিবনো।"

মখোই অনি অদুম্না ঙাংনবিঙৈদা যুবতীনা হিদাক হাল্লদুনা পুথোক্লগা হাইবম্মী

"ইবুংঙো, ঐবুদি ব্রাবৌগনু। নখোইগী নুংঙাইনবা শিনববা হাইববু থুনা কাইননবা শিনববোইনা থোক্লে। কবিনুংগী ঐনা বোহিণীদা ব্রাবি শাদোক্লুবনো খংদ্রে।"

যুবতীনা লাঞ্জবে ঙাকপিযু হাইবগী ফীভমদা অসুম্না হাইদোক্লকপদুদা গোপালনা কবিমতা ঙক্লমদে যুবতীগা ইবেন্দ্রলগনা তৌবিবনি হাইর্বাসিদি মহাক্না হান্ননা বোহিণীদগা খংলর্বাননা। অদুগা মখোইগী ফনবা অমসুং বোহিণীগী লৌশিং ওইনবা যুবতীনা ব্রাবি শাবনি হাইবসু গোপালনা খংলম্মী। অদনা যুবতীদা কবিমতা শাউবমদে, শাউবগী মহুত্তা অসুম্না হাইবম্মা—

"ইতৈমা, ঐ কবিমতা ব্রাবৌদে।, ইতৈমনা ফননবা শিনবদা থোকখিবনি। অসিগুম্বসি হৌনবনি থবক অমা তৌবগা তুংদা কবি থোক্লগদগে হাইর্বাসিদি ঐখোই মীওইবগী খুত্তা লৈবা নত্তে, ভগবানগী ইচ্ছানি।"

"খংদেদা ইবুংঙো, মীনা নিংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা। ঐবুদি বাবৌগনুবো। ঐহাকসু লাক্লুনা ইবেন্দ্রলদা থেমজল্লগনি। বোহিণীনা মবাল লৈত্রবদি কবিগী মগাক্লা অদুক শাওরুগদগে। থেমজনবা যাগনি। জ্ঞান ইবৈ লৈতবা নুপী নত্তে ইবেন্দ্রলদো।"

অসি হাইবন্নগা যুবতীদো ইমুংদা থবক অমা অমা তৌবা চংখিবম্মী। গোপালনা হিদাক থক্লা থক্লা কাহ্নাইদা হাইবম্মী—

"খংদেনে তাদা, ইবেন্দ্রল হাইবিসি লৌশিং লৈদুনসু নুপীনিদো। বোহিণীবু ঐনা খবা লুনা তৌবা হেক উবদা ব্রা তত্তনা থোক্কদৌবি। অদুনা থুনমক বোহিণীবু থাজখিনবা তৌবনা ফবমাল্লে। নিপা অফবা অমতা যেংবিবকউ তাদখোইসু।"

"যেংসি, ইবুংঙো। অফবা অমা হেক ফংবগা প্রৎ প্রৎ থাজথোকখিসি। মদুনা যাম্না ফবে।"

"নহালনা থাজবা যাবা পোৎনি। অদুদনে তাদা, যুগোৎ চাদবা থোক্লুববদি হাইদুনা ঐনা অসুম খাংদুনা লৈববনি।"

"হোই, নচনমক্তি নত্তবনিনা জুগোৎ চাদবা মীদা শীববসু মীনা নংবু থীনা মঙাংনগনি।"

"মীনা, ঙাংনবদুদি তবাইথোক ওইখবে, মহাক্না ৱানা লৈরুগনি হাইবদু খনবদা তৌবনি।"

"চুম্মিনে নংনা খল্লিবদুসু। মখোই মচিন- মৌপ্না অনিগী অৱা নুংঙাইদি নংগী নথক্তা লোইনা নল্লবনিনা মদু পুম্নমক খন্দবা যাবা পোৎ নত্তে।"

অদুদগী ঙাইহাক লৈবগা মী অমনি লাক্কুনা মখোইগী ৱা ঙাংনবদু তোক্কদুনা তাস শান্নবা হৌবে।

----

৩

গোপালখোইনা তাস শান্নবিঙৈদা যুবতীনা ইবেম্মাল উন্নগে হাইদুনা চৎখিবম্মী। মহাকপু উবদা বোহিণীনা পাখৎলম্মী, মবৰ্মদি মখোই অনি চংদুনা চৈবিবগদবা হাইনা অদুবু চেনবদি যাদবনা অদুম খাংদুনা লৈবম্মী। ইবেম্মালদি যুবতীবু উবদা মথৱাই নুংঙাইতবদ্ কোক্কবা ৱাবি শাগে নিংলম্মী, অদুনা যাম্না নুংঙাইবা অমা মপুক্লিংদা পোক্লম্মী।

যুবতীনা ইতপ তপ্না চংদুনা হংলম্মী

"নখোইদি কবি তৌবি শুক-শুকথবদুনা?"

"ৱা তাদ্রিববা?" হাইনা ইবেম্মালনা ফেৎ লাওনা মমাই হাইদোক্কুনা হংলম্মী। মদু তাবদা বোহিণীনা পাখৎলম্মী অদুগা যুবতীনা নোকমি নোকমি তৌবদুনা হাইবম্মী—

"ইবেম্মা, তাবে লোইনা।তাবদগী ঐ লাক্লিবনি।"

"ঐদি হৌজিক কবিমতা তাববোইদৌবনি, হযেং অসিদা মহাক্না চৎলু যাদ্রগা ঐনা চৎপা শোইদ্রবা পোৎনি।"

"কবিগী চৎলুদগে? নখোইনিমক লৈগনি। ইবুংঙো গোপালসু কৈসু তৌবমদে, বোহিণীসু মবাল লৈতে। মীতনা পংঙাং ঙাংনজবনি। অদুনা নংনা পংথাদা থাজবনি।"

ইবেম্মালনা মহু পানবী লিলগুম্না ফী ফী কান্নদুনা হাইবম্মী—

"অদুদাগা খংদে। ঐগীদি অবোইবা হাইবিবা অসিনি ইচে। মখোই নুংঙাইনা পাঞ্জহৌসনু। ঐদা চৎলগা লোইবে। অঙাং অসি ইচা নত্তেদনা। মহাকপু ইপুবোইবগী মনাওনিপামক্লি হাইনা। ঐনা লুনা তৌজবনি। অদুবু মচেগী শাজৎনা ঐ কবিমতা নুংশিবা ঙমদ্রে। ইচে কবিদৌনি, অসুম ইপামদা চাবসু চাদ্রসু লৈবনা ফগদবা নিংলে। অসিদা মখোইগী মতৌসি যেংলগা খোইদৌদা শাওগৎতুনা তোক্কদৌবি।"

"অদুবু বোহিণীসি লুহোংথোকখবগা লোইবেদনা, নংগী চিংনবা পুম্নমক কোক্লেদনা।"

"কনানা থাজবিগদৌবিবনো, কনানা লৌবিগদৌবিবনো। মী পুম্নমক শক খংলবা অসিবো।"

বোহিণীনা ৱাসি তাবদা মথৱাই পুবা ঙল্লমদ্রে। অদুবু মনম্মনি হাইদুনা ইবেম্মালগী মথক্তা ৱা খুম্বসু ঙল্লমদে। অদুনা তাশোলনা থম্মোইদা থিল্লগা লৌথোকপা যাদদুনা খাংবগুম যাম্না বানা খাংলম্মী। যুবতীনা খুল্লম্মী—

"ঐখোইগী নিপাগা ইবুংঙো গোপালগা মচিন-মনাও ৱা তান্নহৌবি।"

"কবি ৱানিনা?"

"কবি ওইনি, বোহিণীগী নিপা অমা প্রৎ প্রৎ থিনবনি।"

"তৌশিন্নবিবনি। কান্নবোইযে ইচে। হৌজিক ঙাইহাক্তং অযুক্তা নোং হৌবগুম তৌবিবনি। হোবেন

ঙাইহাক্তা ঙাইবে শক ফজবী অসি উবদা পুং সুম হেক সুমখিগদবনি।"

"খংদ্রেদা, ইবেম্হল নংনা মীনা হাইবিবা মখৈ খেৎ-খেৎ হেক খেৎতোকপা অসিদা।"

"খেৎতোকপা নত্তেনে ইচে। ঐগী থবাইদা চাক্লিবা মৈ অসিদি ইচেনা খংদনা তৌববনি। হনুমান্না মথবাক শেগাইদুনা বামসীতা উৎপগুম শেগাইবা ঙস্লবদি ঐস্ থম্মোইনুংগী মৈজা াস উৎকদবনি। অদুদদা ইচেনা খংগদবনি।"

"অদুবুদি নংনা হাইদ্রবসু খংলেনে।"

"ইচে নংনদি খংদ্রবা। মখোই অনিনা অসিদা চৎলিবা শাজক্তি কবি হাইবর্নি, হাইদনা কান্নবা নত্তে। মী অতৈগীসু মবুং-মৌপ্পা লৈবিবনি, ঐখোইগী অসিদা নত্তে হাইনা। অদুগা ঐখোইগাদি পোকমিন্নবা স্বগর্ভবু নৎত্রিনে। মী খ্বাইগী মবুং-মৌপ্পানা চৎলিবা শাজৎকা মান্নদে। অতোনবী-নে, অতোনবীনে। মখোই লীলাদা হাইনবেদনা শেল শিংলক্লবোইদবনা অহলগী অতৈনা নমাতোনগী হাইনা। ভত চংবগুম তৌববা পোৎনি। ইবেম্মা খংদ্রবা?"

"অদু ঐনা হাইবর্সিদি ইযা যাববোইদনা।"

"ইচে ননাওবু বাবৌগনু। ইচেখোই লৌমন্নবসি যাম্না নুংঙাই। অদুবু লাইবক্না তম্ দ্রনা মাল্লে। ঐ নোংমা নিনিদং খোংশাল্লুখিগে— ।"

"ঐ চৎলগে। অদুগা ইবেম্হল ঐনা হাইবিবসি ঙসি অহিং খল্লৌহাই।"

"চৎলো চৎলো ইচে। হযেং অসি কম্মে যেংবা নখোইসু লাকউ।"

অসি তাবগা যুবতীদো মমলক্লে হাইদুনা মযুমদা চৎখবে। ইবেম্হালনা চাক থোংগদৌনবী তৌবি। নোংঙাল্লগা চৎকনি হাইবিবা মহাক্না কৈসু ইতৌ তৌদবগুম চাক ঈশিং খো গদবগী হোৎনবদ্ ে নবা কনামতনা মহাক হযেং চৎখিনি হাইবসি থাজদে।

রোহিণীসু হোৎচন্দুনা হেঞ্জাং শেন্বা যাওবম্মী। মখোই অনি নাবি দোবো দোনোদি শাদ্রগা পোৎ অমা লাল্লকউ কদৌ হাইবদি হাইনবম্মী। অদুদগী ইবেম্হালনা চাক থোংবা চৎখবে অদগা রোহিণীনা মোহনবু লৌবদুনা মাগী কাদা চংদুনা বাখল তৌবম্মী।

মহাক্কী ব্রাখলদি অর্সিনি — ইবেম্হালনা মহাকপু কবিনতা থাজদ্রে। নোংঙাল্লগা শোইদনা চৎখনি। মহাক্না চৎখববদি ইবেম্হালদু মপুবোইবগা নুংঙাইনা লৈহৌগনি। অদুনা মহাক চৎখিবনা খগদবমাল্লে নিংলম্মী। অদুবু কদাইদা চৎকনি হাইনমুক খল্লম্মী। মণিপুবদা মাগা খংনবা কনামতসু লৈতে, পানবাখোইগীদা চৎপা মঙাই। অদসু গোপালনা লাক্লুনা শোইদনা লৌবগনি, পানবাখোইগী মপানসু লৈতাংগদ্রা লৈহন্নিলোইদ্রা খংদে। চৎফম লৈত্রবদি খ্বাই পুন্নমক্কী চংজফম অমা লৈবদুদা হু চাবগা চৎলসিবা হাইনস্ খল্লি। অদুদা মোহনগী চিন্তা লাক্লে। মোহন্না চাওদুনা মী অমা ওইলকপা অদুদদি মমিৎ থিৎনা যেংনিংলম্মী। মোহনদি মহাক্না হন্দোক্কল্লবসু গোপালনা মী ওইনবা যোক্কান হাইবসি মাগী মপাক্লংদা থাজবম্মী। অদুবু কবয়া কদাইদা চৎকনি? আসামদা মাগী মরুপ বমেশ কৌবা দাবোগা বাবুগীদা চৎশিবা হাইনা অমুকস্ খল্লম্মী। অদুবু শোইদনা গোপালনা টেলিগ্রাম তৌদুনা হংলক্কনি।

মবম মযামসিনা ম- * পস্থুংফম খংদ্রদনা ব্রাখলগী ইযাউদা লুপ্তুনা লৈবম্মী।

৪

গোপাল লাক্কুনা চাক চাবসি হাইববদা বোহিণীদু চাবোই হাঁইব। ঙমদদুনা চামিন্নববে। অদুম্না চাবিঙৈদা গোপালনা ইবেম্মালদা হাইবম্মী—

"ইবেম্মাল নংবু ইতৈমা যুবতীনা খাম্বগা কবিমতা যাদ্রে হাইনা?"

"য়াফম থোকপবা। মাগী মাগী থোক্তদুনা তৌবিবনি। মাগী হৌজিক থোক্লবদি খাম্বা যাবা হাইযে, ঐখোইনা খামগে হেক তৌবদা মহু কনবী লিন-গুম ফী-ফী কামদুনা চিক্কে হাইগদবনি।"

"হেবা, মীবু অদুক যাম্না থীনা হাইবা হৌনদে। ঐখোইবু নুংশিদুনা মহাক্লা খান্নবিবনি।"

"হোই হাইগেমখৈ হাইবসনু। নখোই ময়াম পুকচেল খোইজেল তিন্নবা ঙাক্তা লৈহৌদোবেদনা। ঐনা নখোইগী নবক্তা যাওদ্রগা নখোইনা নিংবা থুংজহৌবগনি।"

অদু তাবদা গোপালনা ইবেম্মালসি কবিমতা হন্দ্রি হাইবদুনা তপ্না ভাব যাম্না তাবগী মওংদা হাইবম্মী—

"ইবেম্মাল, নংনা ঐখোইনিবু থাজদ্রবস্ তোক্লো। অদুগা নহাক নিপা অমা বোহিণীগী ফগদৌবা যেংদুনা থিবকউ। মহাকপু অদুম্না তাম্বোকপদি ঐ কবিমতা বেবা লৈতে। অদুগা মফম মবাং খংদনা তাম্বোকপদি যানিংদে। অসি ফাওবদা নংবু যাববোইদবা ? নং ব্রাখল অমুক্তদি তৌ।"

"কাব অমুক তৌকখিগদগে। হৌজিকপু লৈবাক পুম্নমক মবমচৎ খংলবদা কনানা মৌ লৈশাবীসিবু লৌগে লাকপিগদগে।"

'গোপালনা অদুফাওবা অদুম ইতপ তপ্না হাইবম্মী--

"ঐবু ইবেম্মাল নুপীনা ঙম্বনি হাইহনগনু। ঐনা অসুক যাম্না হল্লবদা নংসু খবা মহল্লু। নংগী ঙাক্তা যেংগনু, নপুবোইবগী বদনামসু মযেংউ।"

ইবেম্মালনা ইহল হল্লমদে, অদুম হান্নগী খোম্বাংদা হাইবম্মী---

"কবিনো হনবা হাইবসিবো? বদনাম হাইবনা কবিনো? নশা নশানা অদুম থোকহঞ্জবা বদনামনি। নুপীনবু নিপাবু ঙম্বা হৌনব্রা? নিপানি ঙর্ম্মী হাইদুনা তৌকবদগী ঐহাক ইপাম যৌগদৌবিবসিনিদনা।"

"যাববোইদ্রা ইবেম্মাল?"

"যাববোই, ঐদি হাইখববা পোৎতি তোকপা হৌনদে।"

অসি তাবদা গোপালদো তপথবা যাবমদ্রে, অদুনা হাইবম্মী

"চৎখবো নং হযেংমক—, শোইবা যাদে।"

"চৎকনি, লৈজহৌ নখোইদা নুংঙাইনা।"

বোহিণীদো মহাক চৎকে হাইগদৌবসু গোপালনা খামগনি হাইদুনা চৎকে হাইবা ঙল্লমদ্রে, মখোই অনিনা ঙাংনবদু অদুম তাদুনা লৈবম্মী।

চাক চাবা লোইবদুনা মখোই ময়াম মহৈ মহৈ তুম্নবা চৎখিবম্মী।

বোহিণীসু তুম্বা যাবমদবে। ইবেম্মালগা গোপালগসু তুম্বা যাদদুনা ফমুংদা থবো থবো ওল্লম্মী। মখোইনি তুমদ্রি হাইবা বোহিণীনা খংলম্মী। ব্রাখলনা তুম্বা যাদ্রবসু মশা ফত্তদুনা তৌবদি নত্তবনা অহিং থেংলক্লবদা গোপালগা ইবেম্মালগদু চোকথবক্তুনা তুমথখবে। মখোইনিনা নাখোল্লকপদু তাবগা বোহিণীনা পুং অমবোম তাবদা তপনা হৌগৎতুনা থাউমৈ পোদোন অমা মচিন মৌপ্পাগী কাদা থাল্লম্বদু মোন মযাদা লৌশন্দুনা চে কলম পাইবম্মী।

মতাং অসিদা গোপালগী য়ুম অদু করম তৌনা শারম্বগে হাইবগী মরমদা খরা ইজগে। মহাক্কী য়ুমসি মৈতৈগী কা-তরেৎ শাংবা য়ুমজাও নত্তে, ময়ুংদা কা মরিদমক মাঙ্গোল য়াওনা শাংলগা অৱাংলোমদা শংতপ অমা ওইনা কা অমা তপথোক্লম্মী। কা অসিগা য়ুমজাওগা থোং মচা অমনা ফাওনরম্মী। মসি মাঙ্গোলদগী থিরক্লগা অহুমশুবা কাদুগী মপাদনি। অহুমশুবা কা অসিদা গোপালগা ইবেম্মালগা হিপ্লম্মী মখোইনা তুম্বা মতমদা ফাওনা-থোং অদু হাংদোক্লুনা অদুম থম্লম্মী।

হৌজিক্তি রোহিণীনা চে-কলম পাইরগা তৌরম্বা থবক অদুমুক লিজরগে।

মহাক্না অহানবদা চিঠি শাংলবা অমা গোপালদা অদুগা অতেনবাঅমনা ইবেম্মালদা ইরম্মী। ইবা লোইবগা মমিৎতা পী শিন্থরদুনা চিঠি অনিদুদামুক মাগী নাকলদা হিপ্লিবা মোহন্দা অমুক য়েংদুনা মানা তৌগদৌরিবা থবক্কু তৌশিরা তৌনুশিরা হাইনা খল্লম্মী।

ঙাইহাক অদুম্না খল্লগা মমিৎ কন্না উইশিন্দুনা মকোক্তুনা য়েংলোম ওইরোম অনিরক্তং মকোকঙাওবা মীনা নিকপগুম হাইরম্লগা মাগী থবক পাংথোক্কে হাইনা লেপ্লম্মী। চিঠি অনিদু মখুৎ য়েংনা পাইরগা লোংনা হিপ্লিবা মোহনগী নাকল ৱাংমদা মখুৎ ওইনা শৌরগা তনৌরবা অঙাংগী চেংলৌদু মুয়া য়েংলগা চুপ্লম্মী।

অদুদগী তপ্না থোরক্লুনা গোপালগী কাদা চংলক্লে। ইবেম্মালগা গোপালগদো কন্না তুম্বনা মা-মাদুনা চৎপগী মখোলদু করিমতা তারমদে। গোপালগী মোন ময়াদা চংদুনা কাংখল তপ্না হাইদোক্লগা নুংশা-স্বর থিংজন্দুনা মোন-ময়াদা চিঠি অনিদু থনম্মী। অদুদগী খুয়ারোমদা চংলগা গোপালগী খোং-পাংনা শোকপমক্তি শোকত্রগা বিদায় লৌবগী অয়োল-অরাল ঙাকপিয়ু হাইবগী ফীভমদা খুবম্লম্মী।

অদুদগী তপ্না থোরক্লুনা ইবেম্মালগী ফমুং মনাক্তা অমুক রোহিণীদু চংলক্লুনা মপুক মনুংদা মখাগী ৱাহৈশিং অসি হাইদুনা খুরুম্লম্মী—

"ইনম্মা, নংনা ঐখোয়বু য়োকপিরকপগী লমন শিংবা ঙম্লমদরে, ননাওনিপা লৈহৌরিবা অসিনা হয়েং চাওরগা ঐগীসু য়াওনা পুল্লপ শিংবা হাইবদুনি।"

অসুম তৌদুনা রোহিণীদু মফি অপাবা অমা ইল্লদুনা পুন্সিগী অরোইবা যাত্রা অমা তৌরুরগে হাইনা থোং হাংদোক্লুনা থোরক্লে। মানা থোকখিবা থামম্বা নুমিৎ থোক্লুনা জগৎ পুম্নমক পুন্মম মম্লম্মী।

মদুগী নুমিৎতু থামম্বা ওইবদা নত্তনা লৈচিন নোংফাইনা অতিয়া পুম্নমক কুপখিবনা থৱান-মচাক অমফাওবা উবা ফংলমদে। অমম্বা অসিদা লৈশাবী মচাদুনা থোকচরকপদা লাইনা করি খল্লুরবনো নুংশিৎ কন্না মহাক্না কোম্থোং য়ৌবদা শিংলম্মী। অসিগুম্বা নোং নুংশিত্তা উজাও চাওর চাওরবগী মশা তেকপা য়ুম তেকপদি হৌনশানি। অদুক কন্না শিংলম্মী নুংশিৎ অদু!

রোহিণীদো নুপীমচা ওইবগী মপুক্লিংদা খরা কীবা পোক্লম্মী। অদুবু মাগী থবক পাংথোক্লরোই হাইবগী ৱাখলনা থৌনাফরবা নিপা অমগী পাঙ্গল মাগী মপুক্লিংদা পোক্লম্মী। অদুনা তুংহনবা তৌদনা মহাক্না কোম্থোং লাম্থোক্লকপদা নোংশু তাবা হৌরম্মী। অদুবু মহাক্তি থৌ-ইশা-শাদনা অদুম পানবীখোইগী তান্না চৎলম্মী।

----

৫

রোহিণী য়াওদ্রবা ইমুংদো নোং নুংশিৎ মরক্তা করম তৌহৌরি হাইবা পারিবা মীশিংনা খংনিংলম্বসু য়াই। অদুনা মদুগী মরমদা ৱাহৈ অমনিদং হাইবা থোকপা মাল্লে নিংজৈ।

নোং-নুংশিৎ কন্না শিংলকপদুদা গোপালগী মমাংথোংদু মযা কাবদা নত্তনা গম গম লাউনা হাইজন্দুনা গোপালগা ইবেম্মালগবু তুম্বদগী হৌদোক্লম্মী। গোপালনা ইখং খংনা হৌগৎতুনা থোং থিংজল্লগা ইবেম্মালদা হংলম্মী —

"নং মমাংথোং থিংলমদ্রা?"

"থিংলম্মীনা, ঐনা কাউববরা? নিতিগীদি কাউদ্রগা ঙসি কবম্না কাউবল্লিবনো?"

মখোই অনি অসুম্না ঙক্লবিঙে মতমদা মোহনগী কাবোমদগী মৈবি অমা নুংশিংনা হুন্নকপদু ইবেম্মালনা উবম্মী। মিহুৎথোং হাংদোক্তুনা থনম্বদুদা নুংশিৎ চংলক্তুনা কাংখলদু পাইদুনা পোদোন শম্নকবদগী মৈ হৌবক্লিবনি। মদু উবদা ইবেম্মালনা পাখৎলদুনা 'মৈ, মৈ' হাইনা লাউবম্মী। গোপালনা 'কদাইদা কদাইদা' হাইনা ইবেম্মাল্লোমদা যেংলম্মী। ইবেম্মালদি পাখৎতুনা অদুম চপ লেপ্তুনা লৈখবে, কবিমতা খুম্না ঙল্লমদ্রে। গোপালসু 'কদাইদনোনে হাই হাইদুনা লৌবিঙৈদা মোহন্না হোঃ ইমা হাইনা কপ্লকপদু গোপালগী মনাকোংদা চংলম্মী। মদুদা গোপালনা বোহিণী বোহিণী, অঙাং কপ্লে হাইনা বোহিণী লৈবিমাল্লে হাইদুনা কৌবম্মী। মাব মঙাবক কৌবদা খুম্নকত্রদুনা কবি তৌববনো যেংগে হাইনা গোপালদু মোহনগী কাদা চংখিবদা কাংখল চাক্লুনা লৈবম্না মৈদু উবে। মদুদা বোহিণীগা মোহনগা চাক্লবিনি হাইদুনা লুখুম মৈ চাকতবা অদোমদা যেংবদা মোহনদু কপ্তুনা ফম্লম্মী। গোপালনা বোহিণী কদাইদা লৈবগে হাইবগা কাওখবদুনা অঙাংদু পুথোবক্লগা ইবেম্মালদা পিবম্মী।

ইবেম্মালনা বোহিণীদি হাইনা হংবদা গোপালদু ভাব তাবদুনা যেংবা চৎখিবদা বোহিণীগী চিহ্ন অমতা ফংলমদ্রে। অদুদগী পাখৎলদুনা বোহিণী কদাই চৎখবে হাইনা কপ্পগী খোন্থাংদা লাউবম্মী। মৈনা চাকত্রা যেংউ হাইনা ইবেম্মালনা হাইদুনা গোপালনা অমুক যেংলুবদা মী চাকপগী কবিগুম্বা চিহ্ন অমতসু ফংদ্রে।

বোহিণী কদাইদা লৈবমগনি হাইদুনা গোপালদু কপ্পা হৌবক্লে। মদু উবদা ইবেম্মালদু শাওনিংলম্লে। মপুবোইবদা ঙাংবা হৌবক্লে

"মহাক চৎখববিনি, থোং হাংদোক্লম্বসি মহাক্না ওইবিনি। কদাইদা চৎখবিবনো লৈশাবীনা অহিংদা, যুম মৈ থাবল্লগা। অতৈদি লাইবি কবিসু দোষ লৈত্রবা অঙাংশিবু শিবমগনি। নংনা কপ্তুনা কান্নবা নত্তে। হযেং নোংঙাল্লগা থিসি।"

"মহাক ঙসি অহিং থৌবি যান্দুনা শিবল্লবদি কবম তৌগনি? মসি পুম্নমক ইবেম্মাল নংনা থোকহল্লিবা ঙাক্তনি। নংনা ঐখোইবু থাজববদবু ঙসি অসুম্না থোক্কদবা?"

গোপালনা ঙাংবদগী হেন্না মখুৎ থাবক্লোই হাইবসি খংবনিনা ইবেম্মালনা হাইবম্মী— -

"কবম তৌনি থোকখববা হাইবদুনি। হৌজিক নোং-নুংশিৎ অসিদা কদাইদা থিবনি? নোংঙানবা ফাওবা ঙাইবগা কবি থোক্লবগে যেংবা হাইবদুনি।"

গোপালনা অতৈ গতি লৈত্রদুনা মোহনবু লৌবগা মতম্বাক্তা পম্লম্মী অদুগা মকোক্তা নাল-নাল্লদুনা কবিসু খংদবা অঙাংদুদা চোইবোল লোল্লম্মী-—

"মোহন, নচেনা তৌবিবসি কবিনো, ইযাম্বদি লাম্বা ফংদবেনা' নং নচে লৈতে হাইদুনা কপ্পা তৌগনুকো। ইয়াম্বনা নংবু চাওনবা যোক্কনি। হযেং নোংঙাল্লগা শোইদনা ফংগনিদা, মোহন, নংবু হুন্দোক্তুনা বোহিণীনা কদাইদা চৎপা ঙমগবনো? চৎপমখৈ চৎলুবগা নংবু খাইনবদা খাংবা ঙমদদুনা মবাইনা হঞ্জবক্কনি।"

মোহন্না তিংঙক তিংঙক যেংদুনা লৈবম্মী কবিমতা খুন্নমদে। অদুদগী মোহনবু সুমগে হাইদুনা ফমুংদা

পুশল্লম্মী। মহাকপু থন্নগা মোনখুমগা লোইশিনগে হাইদুনা খুৎ তিংথোকখিবদা মাগী মোনময়াদা রোহিণীনা থনম্বা চিঠি অনিদু ফংলম্মী। করিনো হাইদুনা থাংমৈ পুশল্লক্লগা য়েংবদা রোহিণীনা ইরম্বনি হাইবা খংলে। মদু য়েংলগা পাগে হাইবদি লৈতদুনা অসুম্না খল্লম্মী—

"চিঠি অসি থনম্বা মতমদা ঐনা থেংনহৌদ্রিবা করিগীনো? থেংনরম্লবদিকো।"

মোহনবু ফমুংদা থনম্লগা ইবেন্দ্রলগী মনাক্তা থাউমৈ লৈবদুদা পাগে লাক্লম্মী। চিঠি অমনা ইবেন্দ্রলগী ওইরম্বদুনা 'নংঙোন্দা পিবনি অসি পাউ' হাইদুনা পিরম্মী। অদুদগী মখোই অনি মাগী মাগী চিঠি অদু শেগাইরগা পানরম্মী। অদুদগী লোইরগা অমগীদু অমদামুক পিদুনা পাহল্লম্মী।

গোপালদা ইরম্বা চিঠিগী মরোলদি অসিনি:—

তাদা,

অহানবদা নচন্না নংগী খুয়াখাদা খুরুমজরি।

পাক চাওরবা তাইবং ইয়াইদা অহল লমম্না হুন্দোক্লমদুনা পুনথুংফম খংদনা তাউদুনা লৈরম্বদগী তাদনা থৌজাল হৈবা ঈশ্বরগী ময়াথং লৌদুনা ঐখোইবু খুংগৎতুনা নয়ুমদা পোক্ত পোকমিন্নবা নচনগুম ননাওগুম য়োকপিরি। ইপা-ইমা লৈতে মরি-মতা হন্না য়েংখিবদা ব্রাৎলি হাইদুনা মীওইবগী অৱাবদু নংগী নুংশিবগী নথাদা ওন-থোইদুনা লৈবনা নোংমতসু ফংদে। লমজাউদা কোইঙাওনদুনা চৎকদবা ঐখোইবু নহাক্না মীরক তিলহনগদবগী নশাগী কান্নবা পুম্নমক থাদোক্তুনা হোৎনরি। মদু ঐনা হাইদুনা লোইবা নত্তে।

অদুবু তাদা, মীওইবগী পুন্সিদা অসিনি হাইবা ঙমদে। তুংদা করি থোক্কনি হাইবসি মীওইবা ঐখোইগী ইমিৎ অনিনা উবা ফংদে।

অসুক য়াম্না নুংঙাইরকপা নহাক্কী নয়ুমনি। অদুবু ঐহাক্না নুংঙাইতনবগী মরম ওইরে।

ইনম্মনা তাদবু অসুক য়াম্না নুংশি, মরমদুনা ঐখোইনা পুকচেল তিংদুনা হাইবা করিমতা থাজৌ য়াদ্রে। মসি ইনম্মগী মরাল নত্তে, মপুরোইবা নিংবগী অনিশুদ্রবা খুদমনি।

ইনম্মনা পুন্সিসিদা নিপা অতোপ্পা অমতবু তাদদগী শক্তা কুচুদা মহৈদা লন্দা হেনবা ওইরবসু মাগী ওইগে নিংলুদবগুম তাদনসু ইনম্মবুদা নুংশিহন্নিংই। তাদনদি মথন্তবু পুন্সিগী লোইনবীনি হাইনা লৌই, খল্লি অদুগা হাইসু হাই। অদুবু ইনম্মনা মহাক্কী মপুরোইবা নিংবগী প্রেম্না লাকহৎখিদুনা করিমতা থাজৌ হাইবা য়াদ্রে।

ইমুং অসিদা তাদনা লাৎচরিবা লাই ওইরগা ইনম্মনা ইরাৎচবদু পুক্লিংগী নুংঙাইবা য়াওদ্রে। মসি য়াওদবগী মরমদি ঐহাক্না ওইখরে।

ইনম্মনা মোহনবু কয়া নুংশি ঐবুসু নুংশিরম্মী। হৌজিক মহাক্না মোহনবু লুনা তৌনা তৌনা ঐবুদি য়েংবা ঙমদ্রে। মসি অতৈ মরমদগী নত্তে, মহাক্কী পতি-প্রেমননি।

মরমসিনা ঐনা অসিদা লৈবা চুমদ্রে। নিংথিনা তাদখোইদা হাইরগা চৎকে হাইববু তাদনা ঐবু লুনা তৌবা মরম্না চৎহল্লোই হাইবা খংবদগী অসুম্না লোন্না খোংশাল্লবনি। ঐগী অরোনবসিনা ঐগী মিংচৎ থিবা য়াই, অদুগা তাদগী থৌজালবগী লংলবা খুদম অমদি ওইহৌগনি হাইনা আশা তৌই।

তাদা ঐগীদমক করিমতা খল্লুরগনু। ঐসু পুক্লিংগী নুংঙাইবা অমগা লোইননা চৎলবনি।

অদুবু তাদা, নচনগী ব্রা অমদি ঙাকপিবা তাই। ননাওনিপা মোহন অদু মী ওইনবদি তাদদা হান্নদগী শিন্নরকপগী শিন্নরকপা হৌজিকসু অমুক শিন্নজরিবনি। মাবু চাওনবা য়োকপদা ইনম্মগা তাদগা য়াম্না ৱাবিবা

যাই, মদুগী লমনদি ঐনা শিংবদি ঙম্লবোই, মদুগী তৌবিমল খংবা ফোংদোক্লবগী চপ-চাবা ৱাহৈ ফাওবা ঐগী লৈজদে।

ঐবু অমুক থিবিবক্লগনু। ঐদি থিদুনা ফংগদবা মফমদা চৎলোই; থিদুনা কান্নদ্রবা থিকফম খংলোইদবা মফমদুদা চৎলগা নখোইনা মোহনগা লোইননা নুংঙাইবা পুন্সি লেনবদো য়েংদুনা লৈজগনি।

অসিদগী হেন্না কবিসু হাইজনিঙাই লৈত্রে, মোহনগী মফমদা মানা হযেং চাওবগা মচে ওইবগী ঐনা তৌফম থোকপা ইথৌদু তৌবমদ্রে হাইদুনা বাবৌহন্দনবা হাইবিযু।

তাদগী চবণ-খাদা থৱাই মঙা যাওনা খুকমজবি, হৌর্জিক্তি নচন তোল্লবী বিদায় লৌজবগে ।

ইতি

নচন,

বোহিণী"

ইবেম্চালদা পিবম্বা চিঠিনা অসিনি: -

"ইনম্মা,

নংনা খংলিবা অদুমঙাইদো, ফজনা ফোংনা চৎকে হাইববু তাদনা শোইদনা খামগনি। মবমসিনা লোন্না ৮০ ৩না নংগী মিংচৎতা কালি খবা তৈহল্লে, ৱাবৌগনুকো!

মসুম্না চৎখি হাইদুনসু ঐহাক নখোইগীনি। মিৎকুপ অমতসু নখোইবু কাওবোই।

মোহন নখুত্তা থনম্লে। নুংশিনা যোকপযু, কনা লৈত্রবনি নখোই নত্তনা।

ঙসিগী থৌদোক অসিনা ঐবু চিংনবা কোকপা ঙমদ্রবসু থুনা কোক্লবা ঐনা লাইদা খুকমজবি। নহাক্কী লংলবা নপুবোইবা নিংবগী খুদম অসি ন্নমিৎ থা ফংলিবমখৈ ঐহাক তমজনফম অমনি হাইনা লৌগেকো।

হৌজিক্তি বিদায় লৌবগে। নহাক্কী চবণ খাদা ঐনা খুকমজবসি তবাম্না লৌবিযুকো, ইনম্মা নুংশিবী।

ইতি

নংগী,

বোহিণী"

চিঠি অনিসি পাবগা গোপালগা ইবেম্চালগদু নুংশা-স্বব মপি হোল্লদুনা লৈবম্মী। অদুদগী গোপালনা মশমদা মখুৎ লোনশল্লদুনা হাইবম্মী—

"চিঠি অসিগী অর্থবু বোহিণী নং তাইবং থাদোক্লে হাইবিববা, নৎত্রগা অথুপ্পা কোচিন অমদা নৌপ্পা চাওবা ফাওবা যেংগনি হাইদুনা লৈবিববা।"

ইবেম্চালনা কপ্লদুনা হাইবক্লে—

"ইনম্মগী বোহিণী, পংথবগী লাংদা থুকদুনা ঐনা নংবু চিংনকইদা। অসি য়ৌনা তৌগনি খংলম্লবদি ইনম্মনা নংবু চৎলো হাইবম্লোইদৌবনি। ঐনা ইপুবোইববু ফংবসি নংগী নখুত্তা মাইথীবা ফংবনি। ইবুংঙো, ঐবু ৱাবৌগনু। ঐবু নংনা হাৎকেবা তুপকেবা তৌবা অমা ঐ বোহিণীগীদমক কবিমতা হাইদনা যাগনি।"

"ইবেম্চাল, নুংশিবী ইচন অমা কাইনবগী ৱাবমকসু খাংবা ঙমদ্রবদা নংবুসু অমুক মাংলবদি ঐদি কবি ওইগনি ? চুম্মি, নংগী মবমগীদমক—বোহিণী চৎখিবনি। অদুবু নংঙোন্দা ঐনা করিসু তৌনিংদে। নং মোহনবু চাওনবা য়োকউ। বোহিণীগী মফমদা নংনা লানবা নবাল কোক্কনি।"

অসি হাইদুনা মখোই নোঙানবা ফাওবা বোহিণীবু কৌ কপ্পুনা লেল্লম্মী।

----

## ৬
## পুক্লিং থেমজনবা

নোঙাল্লগা গোপালনা রোহিণী কদাইদা চৎলমগদগে হাইনা খল্লম্মী। পানবীখোইদা চৎলমগদ্রা হাইনা মহাক্লা তন্না চৎতুনা হংলুই। পানবীনা মহাকপু উবদুদা রোহিণীবু থিবা লাক্লিবনি খংলদুনা হাইরম্মী—

"তাদা, ইতা রোহিণীবু থিবা লাক্লিবরা?"

"মানি, ইবেম্মা। নংদি করম্না খংই?"

অদুদগী পানবীনা চৎখিবা অহিংদুদা রোহিণীনা পানবী উনরগা হাইরম্বা ৱারিদু শারম্মী। মহাক্লা অসুম্না ৱারী লিরম্মী।

"তাদা, ইতাদু ঙরাং অহিং অথেংবদা নোং নুংশিৎ মরক্তা লাক্লম্মী।"

"অদুদগী ইবেম্মা করি হাইরম্মী?"

"মহাক মণিপুর থাদোক্তুনা চৎপা তারে হাইরম্মী। অসিসু হাইরম্মী, তাদখোইনা হংলরগা ঐখোইগীদা লাক্লমদে হাইয়ু হাইনা। অদুদা ঐনা কয়া খাম্মী, পাজিসু ইমাসু য়াওনা কয়া খাম্মী। চৎকে হাইরবসু নোংঙাল্লগা চৎলু নোং নুংশিৎ মরক্তা করম্না চৎকে হাইনা খাম্বদু মহাক্লা শুকয়া য়ারমদে। অহিংদুদা তাদখোইদা তাকপা লাক্কদবসু অহিং মতাদুদা ঐখোই কনামতা চৎপা ঙম্লমদ্রে। অদুননি ঐনা খংলিবা তাদনা মহাকপু থিবা লাক্লিবনি হাইবসে।"

"মহাক মণিপুর থাদোক্লগা আসামদা চৎকনি হাইরমব্রা?"

"হাইরমদে তাদা, মফম অমতা তাক্লম্মু য়াদে। মহাক্লা হাইরম্ববু অসিমদি হাইরম্মী—করিগুম্বা মণিপুর থাদোক্লবসু মহাকপু থিবা খংবা তারবদি তাইবংপাল অসি থাদোক্কনি হাইরম্মী।"

গোপালনা মাগী ৱাদু তারগা নুংশাম্বর মপি অমা হোল্লম্মী অদুগা অমুক হাইরম্মী—

"শোইদ্রে, মহাক থৱাই থারগনি। হৌজিক মহাক্লা চৎখি চৎখিবা মাইকৈদা থানানা ৱাই চাইরিবনিনা মহাকনা কদৌঙৈদসু লোৎপা ঙমগনি হাইবসি ঐ থাজদে।"

"ঙসিমক শিরম্লগনি হাইবদি ঐদি থাজদেবো তাদা।"

"ঐসু থাজদে। মহাক লোৎপা য়াবা মফম থিদুনা লৈরমখিগনি। লোৎফম লৈরকত্রবা কালদুদনি মহাক্লা থৱাই থাগদবা। ঐ থানাদা পাও পিরুখিগে অদুগা আসামদা রমেশ বাবুদনা টেলি তৌদুনা হংখিগে।"

"খরা থুনা থিবিরুবনা ফৈ তাদা। লেংলো অসিদা লৈথোক্তুনা কান্নদে।"

অদুদগী গোপালদু থানারোমদা চৎতুনা রোহিণীগী মশক মতৌ লোইনা হাইদুনা থিবিয়ু হাইরুরে। রমেশ বাবুদসু টেলিগ্রোম তৌখরে। অদুদগী ময়ুমদা হল্লক্তুনা অফিস কানবা থৌরাং তৌরিঙৈদা রমেশ বাবুনা এক্সপ্রেসতা মরোল হল্লক্তুনা মখাগী ৱাশিং অসি হাইরক্লে—

"গোপাল বাবু, লাক্তে। লাক্লগা ঐ শোইদনা পাও পিরক্কনি। থানা থানাদসু থিবিয়ু হাইনা রিপোর্ট পিখরে।"

অসুম তৌদুনা নুমিৎ মরিনিরোম গতি লৈত্রদুনা লৈরিঙৈদা রমেশতগী টেলি অমমুক লাক্লে। মরোলদি—

"গোপাল বাবু, রোহিণীদু ঐখোইগীদা লাক্লে হাইরবদি লাকপা কাল ওইরে। অদুবু হৌজিক্ফাওবা লাকত্রি। ফংলবরা ফংদ্রিবরা মরোল অমা খংনিংই।"

গোপালনা ফংদ্রি হাইদুনা মরোল হনখরে। মতৌ অসুম্না থা অমা অনি চংনা থিরকপদা রোহিণীবু ফংনবগী উপায় অসি করিমতা লৈত্রে। মদুদা গোপাল মতে মনাওনা করম তৌনি থোক্লববা হাইবদুনি, মোহনবু চাওনবা য়োক্লগা অব্রাবসি কোকপা হাইবদুনি হাইনা মপুক্লিং থেমজল্লম্মী।

নোংমা ইবেম্মালবু কৌশললগা মোহনবু মতম্বাক্তা থম্বিরগা গোপালনা হাইরম্মী

"ইবেম্মাল, ঐখোইনিগীদি ইচাসু লাইবক্তা অমতা তমদ্রে। অঙাং অসিনা ঐখোইগী ইচা ওইজৌ হাইদুনা তম্লবনি। নহাক রোহিণীবু শাওনিংলবসু অঙাংসিবুদি নুংশিউকো।"

ইবেম্মালনা মরাল লৈরবী অমগুম্না মাইথোং ইতুক-তুকথরদুনা খুম্লম্মী—

"ইবুংঙো, ঐনা পংবদগী রোহিণী চৎখরে। হৌজিক ইবাল মশক খংলবসিনা রোহিণীবু ঐনা নুংশিরক্রে। মোহনবু য়োক্লগা মচেগী মফমদা ঐনা তৌখিবা ইরালদু লাইনা ঙাকপিবা অদুর্দানি ঐনা হৌজিক নিংজবিবা।"

'খল্লুরনু, রোহিণীবু ঐখোইনা অমুক হন্না ফংবা হন্দক মপোক্তা ওইগনি নিংদ্রে। মোহনবু চাওনবা, ময়ামগী মরক্তা মীথোই মীহেন ওইনবা ঐখোইনি থব্রাই হকচাং চংনা হোৎনম্নি।"

অসি হাইবদুনা গোপালনা মোহনদা মুন্না য়েংলম্মী অদুগা ইবেম্মালনা অঙাং মকোক নাল্লদুনা অঙাংগী তিংঙক-তিংঙকপা মাইতাদু য়েংদুনা লৈবম্মী। অদুম্না লৈবিঙৈদা ডাক-পিয়ন লাক্লুনা চিঠি অমা পিরম্মী। চিঠিদু রমেশনা ইবকপনি। মরোলদি:—

"গোপাল বাবু,

'নংগী চিঠি ফংবদা থব্রাই য়াম্না নুংঙাইতে। কনাসু লৈজদ্রবী রোহিণীদু মফম খংদনা মাংখিবদা থব্রাই অসি পুবা য়াদ্রে।

থৌরি য়াদুনা নৎত্রগা হু চাদুনা নৎত্রগা ইশিংদা চোংথদুনা শিরবসু অশিবা মশাদু মফম অমদনি অমদনি হাইবা ফংগদবনি। অদুবু উমংদা লোৎপদা শাকৈনা চাখরবরা কবিগুম্বা চিহ্ন অমতা ফংদ্রে।

মোহন অদু হৌজিক্তি কনাসু লৈত্রবা মরাইবক থিরবা অঙাংনি। মাগী হাইববু ঐখোই অনি মঙাইরে। মাবু চাওনবা য়োক্তবা য়াদে। করিগুম্বা ঙমলোই হাইববসু ঐঙোন্দা থুনা পাও পিরকউ। ইতি—

চান্নথোইববা মরূপ

বমেশ।"

চিঠিদু পাবগা গোপালনা ইবেম্মালদা হাইরম্মী "ইবেম্মা ইবেম্মাল, কাওনুকো মোহন অসি মরাইবক থিরবনি।"

"কাওরোই, ইবুংঙো।"

অসুম তৌদুনা ঙাংনরগা মখোইনি থবক অমা অমা তৌবা চৎলম্মী।

----

## খোংচৎ

### ১

রোহিণীনা থোকখিবা অহিং অমা পানবীখোইদা চংলম্মী হাইবদু নিংশিংবিরিনি। মখোই অনি উনবদা ঙাংনবা ব্রাদি গোপালদা অওইবা অমতা পানবীনা তম্লমদে। মসিগী মরমদি রোহিণীনা মণিপুরদা থুংলবা নুমিত্তা পানবীনা লৈহন্নিংলবসু মপানা য়াখিদবদুদা নুংঙাইখিদবদুনা হন্দক্কী অসিদদি মতেং পাংগে হাইনা

মপুক্লিং চপ যুংলম্মী। মখোইনিনা ঙাংনবম্বদুদি অসিনি —

"ইতা, ঐনা অসুম লৈববদি ইনম্মাগা তাদগা নুংঙাইনা পানবা যাবোইদৌবে। অদুনা থোবক্লবনি।"

"ঐখোইগীদা লৈসিদনা?"

"যাবা নত্তে মদু ইতা। হয়েং নোংঙাল্লকপদা ঐবু তাদনা.লৌবগনি অদুগা ইনম্মদুনা মপামদা থাখিগনি।"

"অদুদি কদাইদা চৎকে হাইবিবা অসুক কীখববা অহিং অসিদা?"

"অহিং অসিদা তৌবিবা নোং নুংশিৎসিদি ঐগী থম্মোইনুংদা তৌবিবসিগা চাংদম্নবদা কবিসু লৈতবনি। ঐ কবিমতা কীদে।"

"অদুবু কদাইদনো হৌজিক চৎকে নিংলিবা?"

"মফম খংদ্রি। অদুগা যৌকবা মফমদগী নংঙোন্দা পাও পিবক্লনি। নং কনামতদা হাইদোক্লনু। হন্দক্তি নহাক্কী মতেং নত্তনা ঐগী গতি লৈত্রে।"

"ঐবু কবি তৌ হাইগে ইতা।"

"অতৈ কবিমতা নত্তে, মোহনসি—"

অসি হাইবদা খৌনাউ খক পল্লদুনা থুক লাউবা মীহুন অমনা ফুক হৌগৎলমদুনা কবিমতা ঙাংবা ঙম্লমদে। মদু উবদা পানবীনা হাইবম্মী

"মোহনদু লৌশন্দুনা থমজিল্লু হাইববা?"

"নত্তে ইতা নত্তে। তাদনা মহাকপু অদুম যোকচগনি। অদুদা নং মবক মবক্তা যেংদুনা মাগী ই পাও থাবিবকউ। ঐ তাইবংপাল অসি থাদোক্কে তৌবনি। অদুবু মোহন্না চাউদুনা মীওইবদু অমুক্তা ইমিৎ অসিনা যেংখিগে তৌবনি। ঐ অদুফাওবা হিংদুনা লৈখিনি, হিংখিনিকো ইতা।"

"হিংদদি। মোহনদি খংহৌবোই হৌজিক জব-জব চাওখৎ লক্কদবা। অদুবু ঙসি অহিং অসিদদি লৈখোদনা, নোংঙাল্লগা চৎলু।"

"মদু ঙাইবা ঙম্লবোই ইতা, ঐ হৌজিকমক চৎলগনি। ঐনা হাইবিবসি নখোইগী খুডাখোইদগা হাইদোকপা যাবা নত্তেকো। নংনা হন্দক তৌগদৌবিবা মতেং অসিদি শিদ্রিবা ফাওবা কাওবোইদবনি।"

"নংগী নখুত্তা শেলগাদি যাওববা?"

"কবিমতা য়াওদে, লমখাংদা নি-নিদুনা ফংলগা চাবা ফংদ্রগা তোকপা হাইবদুনি।"

অসি তাবদা পানবীনা মাগী লৈবন্ম্না লুপা কুনখক পুখো হাইদুনা পিবম্মী। রোহিণীনা লৌবোই হাইববু পানবীনা পুদবা যাদে হাইদুনা পুবম্মী।

অসুম তৌনা পানবী উনবম্লগা রোহিণীনা অকী-অখং থাদোক্লুনা তোংজৈ-মবিল পাংনা অহিং অথেংবা নোং-নুংশিৎ তৌবদুদা চৎলম্মী। নোংঙাল্লফাওবা পোখাবা লৈতনা চৎতুনা চাক লাম্লবা কালদা খোংনাংখোংদগী কবোক খবা লৈদুনা চাব-চাবগা নুমিৎ তাবমদাইদা মোইবাং যৌবম্মী। চুডাচান্দপুবগী লম্বেল অদুরাইদা হাও হনুবা অমা উনবম্মী। রোহিণীনা রা অমতা হাইখিগে হাইদুনা খাম্লম্মী। হাওদুসু লৈশাবী মচা মতু ইপোন- পোনবা অমনা হাইজবদুদা করিনো হাইনা হংলম্মী। অদুদা রোহিণীনা হাইবকই—

"ইপা, নংবু অসিরাইদগী নৎত্রা?"

"মানি ইবেম্মা!"

"ঐ লম যাম্না থাপ্না লাক্লবনি। নখোইগীদা ঙসি অহিংদদি লেকহল্লুবা।"

"কদাইদগীনো?"

"ঐ মিশমি চিংদগী লাকপনি।"

"কদাইদা চৎকদৌরিবা?"

"হৌজিকমক্তি চুড়াচান্দপুর চৎকে লাকপনি। চৎফম খংদদুনা লৈরবনি। নখোইগীদা লৈহনগে হাইরবদি অদুম লৈয়ু হাইরবসু য়াই।"

"চুড়াচান্দপুরদদি কনা কনা লৈ?"

"কনামতা লৈতে। মফমদু হাওরা যান্না ফৈ হাইবা তাদুনা ইম্ফালদা লৈবম্বদগী লৈগে লাক্লিবনি।"

"ফৈ, ঐখোইগীদা লৈগে হাইববসু লৈয়ু, চুড়াচান্দপুবদা লৈগে হাইরবসু লৈয়ু। চুডাচান্দপুরদা ঐগী ইচানুপী অমসু লৈ। নখোইগী লেঙ্গানি। মাগীদা অদুম লৈবা যাগনি।"

অসুন্না হাইনদুনা অহিং অদু হাও হনুবদুগী য়ুমদা লৈবে।

----

২

নোঙাল্লগা বোহিণীদা হনুবদুনা হংলম্মী—

"ইবেন্মা নংবু ঐখোইগী চাকখুমদা চাও হাইবসু য়াদে। চেংপাক খরা মপান থোক্লুনা চাবগা লৈ। ঐখোইগী খুৎ চাবোই হাইবগা সুমাংদা ইপা শং অমা খাজনবিগে থোংদুনা চাউদনা।"

"ইপা, ঐ চেংপাক চাদুনা অসুম লৈখিগে। করি কান্নগবনো, ব্রানবনি শং খা লাক্লুনা।"

"চুড়াচান্দপুব যৌনিংলববা যান্না?"

"যৌনিংলে ইপা।"

"ঙাইখো নমিংদি ইহং হংদ্রি, কবি কৌই?"

"বাধা কৌই।"

"করি জাৎনো?"

"ঐবো?"

"অং।"

"ঐদি অসমীয়া হাইবদুনি, হিন্দুনি।"

"মিশমিদদি করম তৌনা লৈরুরিবা। মখোইগীদুদি ঐখোইগুম্বা হাও ঙাক্তনি। ঐখোইসু আসামদা যান্না থেংনরক্রে।"

"উম, মিশমি হাইবা জাৎতু হাওনি। অদুদা ঐখোইবু পোকপা ইপাদু সরকাবগী থবক মচা অমা তৌবম্মী। ইপা ইমা কনামতা লৈত্রে। অদুদগী ঐহাক ডিমাপুরদা নিপা অমদা ওংই। চহি অনিরোম লৈরগা ঐখোইগী নিপাদু শিখরে। অদুদগী গতি লৈতদুনা অসুম কোইচৎ চৎলকপদা হকচাং নুংঙাইত্রদুনা চুড়াচান্দপুবদা মী অমগী ইমুংদা থবক ইনখাং তৌরগা হকচাংসু হঙ্গৎনবা হাইদুনা লৈগে লাকপনি।"

"ব্রারুনু চুড়াচান্দপুরদা ঐগী ইমাক্তু ওজা ওইরিবনি। মখোইগীদা অদুম লৈয়ু। ঐ হযেংদু থিনবিগে।"

অসি হাইনদুনা নোংঙাল্লগা হনুবসিগা বাধাগা লোইমিন্নদুনা চুডাচান্দপুর তান্না থুংলরে। হনুবগী মচানুপীগী মমিংদি থোৎনু কৌই অদুগা মমাকনিপাগীনা অমুয়াইমা কৌই। অমুয়াইমখোইগী য়ুম যৌরবদা থোৎনুনা

মপাদা হংলম্মী।

"কনানো পাজি অসিদি?"

"অসমীযা নিঙোন্নি। মমিং বাধা কৌই। কনামতা লৈত্রর্বনি। মহাক কোইচৎ চৎতুনা লৈফম লৈত্রবীনি। নখোইগী অসিদা থম্মু, মীনাই ওইনৌ হাইদুনা ইপানা ঙাংনদুনা পুবকপনি।"

অদুদা থোৎনুনা হবাওবম্মী। তলব পীদবা চাবদমক থাকপা নুপী অমা ফংবদা কনানা হবাওবোই? মখোইনা ঙাংনবন্নিবা ব্রাদু বাধাদি খংলমদে। অদুম তুমিন্না তাবম্মী।

থোৎনুনা অমুযাইমদা কৌদুনা হাইবম্মী—

"ঐখোইগী অসিদা নুপী অমা লৈগে লাক্লিবসি উবববা?"

অমুযাইমনা ইমুংদগী থোবক্তুনা য়েংলম্মী, অদুগা বাধাগী মবি-মখোং মকুবোক্তা হংলম্মী। মকুবোক্লা লোইনা তাক্লম্মী অদুগা মৈতৈলোন থোকপনি হাইনা হাইবম্মী।

অদুদা থোৎনুনা বাধাদা হাইবম্মী।

"নংদি মৈতৈসু নত্তনা মৈতৈলোন খংলিবদি কবম তৌননো?"

"ঐ মণিপুবদসু লৈকবে, অদুগা ঐখোইগী পাজিগী মনাক্তা মৈতৈমচা থবকতৌবা য়াম্না লৈবম্মী। অদুদগী অসুম খবা খবা খংবনি।"

"ফৈ ঐখোইগী অসিদা লৈবসি, নুংঙাইনা থমগনি। নংনা তৌগদবা থবক হাইববু ঈশিং খবা শোকপা, শিং খবা চনবা, অদুগা মবক মবক্তা ঐনা ঙমদ্রগা চাক খবা থোংবিবা। অদুদগী হেন্না কবিসু তৌনিঙাই লৈতে। ঐগা লোইনদুনা অদুক কোই লাকপা হাইবদুনি।"

"ফৈ য়াম্না। ঐদি কবিসু হাইদে। নখোইনবু লৈবু লৈহনগনি হাইববদি নখোইনা হাইবদা ইনগনি।"

অসুম হাইনদুনা বাধাদু মীনাই শাদুনা লৈবা হৌবে।

মতুং নিনি ফোনবদা মহাক্লা চিঠি অমা ইদুনা পানবীদা থাবম্মী। মদুদা মহাক্লা লৈবিবা ফীডমদু লিদুনা ইবম্মী। চিঠিগী মবোলদি অসিনি—

"ইতা,

ঐহাক মোহনগীদমক মীনাই শাদুনা লৈবি। মীনাই ওই হাইবদনি, ঐগী ওইবিবী মপু অসি য়াম্না ফৈ, মহাক্কা ঐগসু ইতা শান্নে। মাগী থবক নোম্বদা মতেং খবা খবা পাংবসি মঙাই, অতৈ অব্রাবা থবক অমতা তৌদে। হকচাংগী অব্রাবা য়াওদে। অদুম্লদি ওইবগা ব্রাখল অমদগী অমুক ব্রাই অমুক নুংঙাই। ইনম্মগী মপুক্লিং চিংনবা কোকহনবা ঙম্নবনিকো খল্লুবদা চিংথক অসিদা পুক্লিং নুংঙাইবগী ইহুল অমা হুল্লি অদুগা অমুক মোহন অদো অঙাং ওইনা হুন্দোক্লগ্লেকো খল্লুবদা নুংঙাইতবনা চুড়াচান্দপুব পুম্নমক নুংঙাইবা অমতা যাওদববা খল্লি।

অমগী ব্রাবনা দেহে অসি পুবা য়াদ্রবসু অমগী নুংঙাইবনা অমু মুক শৌদুনা থম্মী। মসিদা ওন্থোইদুনা লৈবিবনি ইতা। হৌজিক্তি নং ঐগীদমক খবা খবা ব্রাবিবা তাই । মবক মবক্তা চৎতুনা মোহনবু য়েংলগা মাগী মপাও অদুগা ইনম্মখোইগী মপাও তাহনবা কাওগনু।

ঐগী মিংদি বাধা কৌই। অদুনা নংনা চিঠি পিবকপদা বাধা হাইবগা থোৎনুখোইগী ইমুংদা পিবকউ।

নংগী—

বোহিণী

চিঠি অসি ইদুনা লৈরিঙৈদা থোংনুনা হোংচল্লদুনা হংলম্মী—

"ইতা নংদি চিঠি কনাদা ইরিবনো। নংগী কনাসু লৈতে হাইবদাই?"

"ইতা নংগুম্বী ইরুপ অমা মিশমিদা লৈহৌই, মঙোন্দনি ঐনা ইরিবসি।"

"চিঠি ইবা লোইরবদি কোইরুসি!"

ফৈ হাইদুনা রাধাগা থোংনুগা মখোইনি কোইবা থোরক্লে। অয়ুক পুং ১১ তাবা কালদা চাকঙন চাবনা নুংঙাইনা তুম্নরবা কালদুদনি। মখোই অনি নুংশাদি কন্না শাবা অদুগা নুংশিংনা নুংশাগী মৈশা কোক্লবা শিংপা অদুদা পংথদুনা লৈরম্বা থব্রাই হকচাংদু তগং তগং তেকখংলম্মী, পুক্লিংদা অব্রাবা পুম্নমক ঙাইহাক্তং কাওথোক্লুনা রাধাদু থোংনুগী মতুং ইল্লম্মী। অসুম চংনা চংনা থোংনুনা হাইরম্মী।—

"ইতা, ঐখোইগী চিং অসি ঈশিং নুংশিং য়াম্না ফবনি। মসিদা লৈরবদি নংগী হকচাংদু ফগনি।"

"হকচাং ফনবা মচাক্তি লৈরবসু পুক্লিং নুংঙাইনবা মচাক ব্রাংলবদি হকচাংদু ফবা য়াদেনে ইতা।"

"নংবু ঐখোইগীদা লৈবসি নুংঙাইত্রা?"

"নুংঙাই য়াম্না। অদুদা ইতা ইপা-ইমা লৈখিদবগী নিপা-নহা কাইনবগী ব্রাবদি মরক-মরক্তা লাক্লুনা মন অসি ওংলৈনে।"

"ইতা রাধা, তাইবংপানবা পুম্নমক অসিঙাক্তনি। কনা অমনা মপা-মমা খাইনৈ, কনামনা মতু-মচা কাইনৈ। মদু পুম্নমক অসুম খন্দুনা লৈরবদি কদাইদগী পানবা য়াগদগে। কাওথোক্লো থোকখরবা হাইবদুনি। মির্শনগী স্কুলদা নুপীমচাশিং ঈশৈ তম্লিবসি অসিদুম য়াওরুসি। মখোইগী ঈশৈ তারগা পুক্লিং থেমজনবা য়াবরা য়েংশি।"

"তারুসি ইতা।"

রাধানা মপুক্লিংগী অব্রাবা কোক্লদরা হাইনা য়াওরম্মী। মিশনদা মখোই অনি চংদুনা য়েংবদা চৌকি অমমমদা ফমদুনা নুপীমচা কুন-কুম্বারোম রাধাগসু চংদুনা মখোইনা তৌরিবদু য়েংলম্মী। মেম অদুনা থোরক্লুনা চুড়াচান্দপুরগী লোন্দা রাধাদু কনানো হাইনা থোংনুদা হংলম্মী। থোংনুনা 'ঐখোইগীদা লৈবনি' হাইরম্মী।

মতাং অদু য়ৌরক্লবদা নুংঙাইবরা হাইববু রাধাদি মথব্রাই নুংঙাইরমদ্রে। মখোই ময়াম লাইরিক তৌরিবদু উরগা গোপালনা মহাকপু নিত্তিগী লাইরিক তাকপিবদু নিংশিংলম্মী; মদুদগীদি মহে মহে মোহনগী ব্রাসু নিংশিংলক্লুনা ইম্ফালদা নুংঙাইনা লৈরম্বা পুল্লিদো ফংলরোই হাইদুনা মথব্রাই নুংঙাইরমদ্রে। অদুম মুন্না ব্রাখলদা লুপ্তুনা লৈবনা শং অদুদা তৌরম্লিবা থবকশিংদুদা করিমতা পুক্লিং চংলমদ্রে। ঈশৈ মতাং লাক্লুনা ঈশৈ শককংলবা অদুফাওবা অদুম ব্রাখলদা মুন্দুনা লৈরম্মী।

রাধানা অদুম তৌরিঙৈদা থোংনুনা মরেংবান্দা নোম্লগা হংলম্মী—

"নুংঙাইত্রা ঈশৈ অসি। অর্থদি খংলিরোই, ঐসু খংদে, মখোই ইংরেজী মরোন্নিনা। অদুবু তাবদা কয়া নুংঙাইখরবনো।"

ঈশৈ হাইবসিদা নুংঙাইতবসি জীব অমতা লৈতে। থোংনুদুনা অর্থদি খংদে হাইববু ঈশৈগী শৈরোই লোইদা তাবদা পুক্লিং তুজুং হরাওরম্মী। তৌইগুম্বসুং রাধাদি ঈশৈগী রস চুম্না গুল্লমদে। মফম অমতদা অসুম্না মান্নদবা পুক্লিংগী মী ময়াম পুন্না থম্লগা নুংঙাইজরিবা মপুনা খনবা ব্রাখলদি খংবা ঙমদ্রে। অদুগা মসুম্না থম্ববুদি মহাক্কী লীলাগী ফজনা ঙকপা উংলি হাইবদি লোইনমক্লা খংলিবদু মঙাই।

থোংনুনা ব্রা হংবদুদা তুমজুবদগী মীকপ থোরকপগুম রাধানা ঈশৈ শক্লি হাইবা খংলম্মী। অদুনা করি

হংলিবনো হাইবা খংদ্রদুনা রাধানা অসুম্না হাইরম্মী—

"করিনো ইতা নংনা হাইরিবো?"

"ঈশৈ অসি নুংঙাইত্রা হাইবনি?"

নুংঙাইতে হাইবদি ফত্তবনিনা নুংঙাই হাইদুনা হাইরগা মনাই ওইরিবী রাধানা মপু ওইরিবী থোৎনুগী পুক্লিং নুংঙাইহল্লম্মী। ওস্তোকপনিদা, মপু-মনাই হাইদুনা চৎলিবা লোন অসি।

অদুদগী মেম অদুনা রাধাদা হংলম্মী—

"ইংরেজী হৈব্রা, ঈশৈ অসি অর্থ খংব্রা?"

রাধাদি গোপালনা ইংরেজী খরা খরা থা মরি-মঙাদং তম্বিরকপদুনদি হৈ হাইবা য়াদবনিনা—"হৈতে, অর্থ খংদে" হাইরম্মী। অদুদগী মেম অদুনা অর্থ হন্দোক্তুনা তাক্লম্মী। মদুদা লাইবু নুংশিগদবনি, মহাক অসি নুংশিবগী অবতারনি হাইবা ব্রাহে অমনি য়াওরম্মী। অদুদা রাধানা ব্রাখল অমা খল্লম্মী—শোইদনা মোহনবু চাওরগা মীওইবা কালফাওবা য়েংবা ফংনবা লাইনা মহাকপু থৌজানবিগনি হাইনা নিংলম্মী। ব্রাখল অসি ফিজিগী লনগুম য়াম্না চেৎনা থম্মোই লকানুংদা লোৎতুনা থম্লগা মথব্রাই নুংঙাইবদু রাধাগী মাইথোং অদুনা মকা লাম্না ফোংদোক্লম্মী। অদুদগী মখোই অনি ময়ুমদা হনখরে।

---

৩

অসোমদনা গোপালনা মোহন অদু চাওনবা য়োক্তুনা লাইরিক তমখৎলকপনা বি: এ: ফাওবা তম্লে। নোংমা পরীক্ষা লোইরদুনা ব্রাইশংলবা মতমদা 'গোপালনা কৌশল্লগা মোহন্দা হাইরম্মী—

"মোহন, তাও। ইয়াম্বদি হৌজিক চহি যাংখৈ তাল্লক্লে। শিরমদাই মতম নকশিল্লবনি। নংবুদা লাইরিক তম্বা লোইদুনা থবক অমা তৌহনবা ঙমদ্রিবা ফাওবা হিংগে হাইদুনা লৈরক্লিবনি। থব্রাইগী নুংঙাইতবা অমনা থম্মোই অসি ফুক্তুনা পুগে তৌরকপা হৌজ য়াল্লবনি। অদুবু ইয়াম্বগী ইবুংঙো নুংশিবা, নুংঙাইতবদুবু ঐনা খামজন খামজন্দুনা লাক্লিবনি। হৌজিক্তি নংনা মী অমা ওইবা ঙম্লগদৌরবনিনা ঐ খাল্লরোই। নহালমখৈ নংঙোন্দা হাইরকত্রিবা ব্রা অমা ঙসি হাইবা তাই। মদুদা ঐনা লানবা কোঙ্গাই য়াওরল্লবসু নং ঐবু ঙাকউ।"

"করিনিনা তাদা, ময়াম্বগী মরালবু মনাওনা ব্রারৌবা হৌনব্রা?"

"ইবুংঙো হায়রগেকো।"

অসি হাইরগা মোহনবু মনাক্তা ফমহন্দুনা মখুৎ ওইনা মশাদু কোল্লগা মখুৎ য়েৎনা মরাইবক্তগী কোকতোনফাওবা নানখৎ নানশিন তৌরগা মিৎ অনিদা পি ওরো-ওরো শিন্থরদুনা মখাগী ব্রাসি হাইরম্মী—

"ইবুংঙো, নং অসি ইয়াম্বগা পোকমিন্নবা নত্তে। ঐগ করিসু থোক্লদে। নহাকপু ঐনা ইনাও ওইজগে হাইদুনা লৌজবনি। নংগী অহল-লমন কনামতা লৈত্রবনি! নচে অমা লৈরম্মী। মহাকসু অহিং অমা নংবু ঐখোই পুম্নমকপু হন্দোক্তুনা চৎখরবনি। মহাক্না ইরম্বা চিঠি অনিখক অসিদা লৈ।"

গোপালনা চিঠি অনিদু ফুরিৎখাওদগী লৌথোক্লগা মোহনদা পিরম্মী। মোহন্না চিঠিদু পারগা মচেনা মাবু লুনা নিংজবগী ব্রা খল্লুবদা য়াম্না কপ্লিংদুনা মিৎলু অনিদগী পি মতুম মতুম শিন্থরম্মী।

চিঠি অদু পারগা ইবেন্মালনা শাওবদগী মচে রোহিণী চৎখিবনি হাইবসি খংলম্মী। অদুবু মশক খংদবী মচে তাম্হোকখি হাইদুনা মাগী মমাশকপী মতৈমা ইবেন্মালবু করিমতা শাওবা ঙমলমদে। মচিন্দদা শাওদবা

নত্তনা মপুক্লিংদা ফাওবা শাওনিংবা য়েংথিবগী ৱাখল অমতা পোকপা ওমলমদে। ওস্থোকপনি প্রেম হাইবসিনা যেক্লবা য়েংথিবা কযাবু মরূপ ওইহনবা ওস্বশে। অদুবু মবাললৈবী ইবেম্মালদি কীবম্মী। অদুনা মোহন্দা চংলদুনা হাইজবম্মী—

"ইবুংঙো, নচে অদু নংনা উবা ফংদ্রিবসি ইতৈমাগী পংবননি। নুপীগী কল্লকচাউবা তিলনা ইতৈমবু হিংচাবী ওলহনখিবম্মী। অদুবু অচম্বী নুপীদি নত্তবী নচে অদুনা ফজনা মাইথিবা পিবমদুনা চংখবে। মঙোন্দগী তমজহৌবা পাবানা নহাকপু ইতৈমানা নুংশিবা ওমলিবনি। ঐবু হৌজিক নংনা তৌগে হাইবদা তৌ, ইতৈমা কবিমতা হাইববোই।"

মোহন্না র্মপ তৈথোক তৈথোক্লুনা ইবেম্মালদা হাইবম্মী—

"ইতৈমা, ঐখোইগী মীওইবগী অসুম হৌনশানি। অদুগাদমক কবিমতা চিন্তা তৌক্লু। ইচেগীদি অসুম থোকউ হাইবা অদুনা থোকখববনি। ইমা ইচা খাইনবা ইচিন-ইনাও কাইনবা অসি ঈশ্বরনা তত্তনা থোকহল্লি। মদুদা মহাকপু তর্মথিদা নুংশিহৈতেদো হাইনা হাইগে হেক তৌদুনা মীওইবা ঐখোইগী লৈ অসি কাংখৎলকপদা অমুক থৌজাল উৎলকই। মদুগী খুদমদি ঐবু তাদগা ইতৈমাগনা নচাগুম যোক্লক্লিবসিনি। ইতৈমা, হৌজিক্তি ঐহাকসু নখোইগী নপান্না চাওবে, মী ওইবা ওল্লগনি। অদূনা ঐবু য়েংদুনা হবাওবা ওমনবা হোৎনবো, ইচেদা তৌখিবা ভাংখিবগীদমক্লি হাইদুনা বাবিবদু থাদোক্লো।"

গোপালনা অদুদগী হাইবম্মী- -

"হৌজক্তি ঐখোই বাকদুনা কায়দে। ননাওনুপানা হাইবিবসিনা চুম্মি। (মোহনলোমদা) ইবুংঙো, ৱা অমগা হংখিগে।"

"তাদা কাঁব বানো?"

"নহাক হৌর্জক্তি লাইবিক তম্বা লোইবে। সবকাবগী থবক তৌগেবা, লল্লোন ইতিক তৌগেবা?"

"তাদা, ঐনা কবি খংই। তাদখোইনা নখোইবু যোকপা ওন্নবা চৎলু হাইবা লম্বেলদা চৎকনি। অদুবু লল্লোন-ইতিক তৌববদি লুপা কদাইদগী লৈগনি। তাদগী লুপাদি ঐনা লাইবিক তম্বদা লোইখবে।"

"নহাক্কী নচেনা থনম্বা লুপা লৈ। পাই অমফাওবা মচি লেংদ্রি। লাখ অমা-মখাইসিনা লল্লোন্নগে হাযববদি ওর্কনি। ইযাম্বনা পাম্বদি লল্লোনবনা পাম্মী। অদুবু নখোই নহাবোল অসিনদি সবকাবগী থবক তৌবা যাম্না পাম্নবদুদা ইযাম্বনা নংনা পাম্বদা তৌজৌ হাইবনি।"

"ঐগীদি কবিসু হাইদে, তাদগা ইতৈমগনা সুম্না ফৈ হাইবদুদা তৌগনি।"

গোপালনা মোহনবু যোকপদা শেল অসুক য়াম্না চংখববা ফাওবা বোহিণীনা থনম্বা লুপাশিংদুদগী পাই অমফাওবা লৌদববদুদা ওক্লদুনা মোহন্না মপুক্লিংদা গোপালবু থাগৎলম্মী। চহি ২০ লোম অসিগী মনুংদা কোইদুনা খবা উবকপা খংলকপসিদা মশাগী খন্দবা মীসি যাম্না তাংনা থোক্লম্মী, অদুবু ওসিদা মহাক্লা মহুৎ পামদনা থৌজালহৈবা গোপালবু উবদা তাইবংপালগী মপুবু থাগত্তনা লৈবা ওল্লমদে। মবমসিনা মহাক গোপালনা লৈযু লৈযু হাইবা মাইকৈদা লৈগে হাইনা নুংশিবনা মপুক্লিং লেপ্লম্মী।

মাগী পাওখুর্মসি তাবদা গোপালনা মথৱাই নুংঙাইখবদুনা হাইবম্মী—

"ইবুংঙো, ইযাম্বনা পাম্বদি লল্লোনহন্নিংই। অদুনা নংনা হৌবগে হাইবা মতমদা হৌবো।"

"তাদা, ৱা অমদি হাইগে ৱাবৌগদবা?"

"হাইয়ু, কবিমতা চিংনগনু।"

"ঐহাক লাইবিক তৌকবগী হকচাং অসি হংগৎত্রি, অদুনা থা মরি মঙাদদি পোত্থাগে, অদুদগী থবক পাইগে।"

"ফৈ, নশা ফনবা হোৎনৌ।"

"তাদা, ঐগীদি হোৎনগনি। অদুদা তাদখোইগীদি হকচাং কবিমতা যেংদ্রবা মাল্লে। অদুনা মাওদবা চুড়াচান্দপুবদবা ছুটি লৌদুনা মতম খবা লৈকসি।"

"নং ঐখোইগীদি খল্লুনু। ঐখোইদি চহি মতাং মতুংইন্না শোন্থববনি।"

"নত্তে, তাদা। মণিপুবদা কনানা তাদগী চহি মতাংদা অদুক যাম্না হকচাং ফত্তবা যাওবগে। চিন্তা যাম্না তৌকববা মাল্লে। ইতৈমসু মতম চাদনা কেনবদৌনা তৌবে। অদুনা ননাওগী বা অসিমতংদি যাবিযু। চিং-মালদা খবা কোইদুনা হকচাং হঙ্গৎনবা তৌসি।"

মখোই অহুম্মক মপুক্লিং নুংঙাইবম্মী, কপ্পা তোক্তুনা লৈবম্মী। অদুদগী গোপালনা নোক্ল নোক্লদুনা ইবেম্হালদা হাইবম্মী—

"ইবেম্হাল, হৌজিক ঐখোইনিগী পুন্সিগী থবক অমা ৱাৎলি কবিনো খংলববা?"

"কবিগী খংদনি। যুম পুনবা নিপাদি লৈবে, লক্ষ্মীদি ৱাৎলি অসি নৎত্ৰা?"

"উম, উম। মদুদি নখোই লক্ষ্মীশিংনা খংফম থোকই। কদাইদগী থিকনি?"

পাখং মথোন কাবক্লবা মোহন্না নুপী থিবগী ৱা হাইবকপদা মথ্বাইদি হবাও, অদুগা ঙাংনবিবদুদা যাওবদি যাদা তুমিন্না তাদুনা লৈবম্মী। ইবেম্হালনা গোপালদা খুম্লম্মী—

"কবিগী বাকনি নুপী থিববু? ইচে যুবতীগা ঐখোইনি চংদুনা সমুদ্র নৈবগুম মাইকৈ পুম্নমক থিগনি। মদুগীদমক কবিমতা ৱাবিকনু।"

অদুদগী গোপালনা মোহন্দা হাইবম্মী –

"ফবে হন্দক পযলা তাবিখতগী ঐ ছুটি লৌবগে, মাওদবা চুড়াচান্দপুবদবা চৎসি হাইবদু নং থৌবাং তৌকবো। কুইবদি যাদে, ঐখোই লুহোংগদৌবিবনি।"

অসুম হাইনদুনা মখোই অহুম কাইনবে।

----

৪

বাধানা মবক মবক্তা পানবীদগী চিঠি ফংই। মোহন্না বি-এ পাশ তৌবে, নুপী থিনবা যৌবাং তৌবে পাও ফংবদা ঙমখৈ লৈতনা হবাওবম্মী। হবাওবা লোইববা কালদা অমুক খল্লম্মী, মহাক্তি মৌপ্বাগী লুহোংবা উবা ফংলবোইদকো হাইনা। মদু খল্লুবদা ফমুংদা থবো থবো ওন্দুনা কপ্পম্মী। কপ্পগা নোকপগা মচিন-মনাও অনিসিনা বাপাবু ওৎপনা মশাদু লাইমন হৌবম্মী। মদু উবদা থোৎনুনা চংলক্তুনা মশা নানবিদুনা ৱা হংলম্মী—

"কবি তৌববগে ইতা বাধা নংবু, নশা ঙমদে খোত্তে হাইনসু তাক্তে। অসুম ফমুংদা ওন্থোইদুনা শুক শুক নৈশন্দুনা লৈবশিবো। কবি তৌববগে হাইযুনে। মাইবা কৌগল্লুবা?"

"কৌহল্লুনু ইতা, ঐ নাদে। থৱাই নুংঙাইতবা অমা লৈবদুনা তৌকবনি।"

"কনানা কবি হাইববগে? ঐবু শাওবিববা?"

"নংবু কবিগী শাওকনি ইতা। নপান চাদুনা লৈবে, মফম মবাং খংদনা মাংলগদবা থবাই অসি নংনা কর্নাবিবে যোকপিবে; অদুগা কবম্মা নংবু শাওকনি।"

"ইতা, নংগীসি ঐঙোন্দা প্রমাণ পাম্বে তৌবিবা মাল্লেদা। শেংনা হাইযু, ঐ নত্তনা নংগী শাওনবা কবি মবম লৈবগে?"

"লৈনে ইতা। অদুবু চহি অসুক যাম্মা লৈবক্লবসি হাইদোকত্রগা নংঙোন্দমুক অদু হাইববদি নংদমক নথব্রাই নুংঙাইবোই।"

"বাধা নংশিমা? ঐগী নুংঙাই-নুংঙাইতবগী ব্রা নংবু খর্নাবিযু হাযববা? হন্দকমুক্লা অবোইবনি। অসিদগী হাইযৃ যাদ্রবদি ঐ নংগা কৌনবোইদৌবনি। ঐখোইনিদা যুমশিদা লৈবদা কৌনদ্রবদি ফবনি। ঐখোইগী নিপা লেতঙৈদগী ঐখোইনি চাবে চামিন্ন হেল্লে হেনমিয়া লাক্লবনি। অদুগা অসি যৌবক্লবদা নংনা অমুক ঐঙোন্দা বা থুপ্প।"

থোৎনুনা মবা নুংশিববা শিখিবগী ব্রা ফাওবা পল্লদুনা তৌবদুদা বাধানা হাইবগে হাইনা হাইবম্মী—

"তাবো ইতা নুংশিবী ঐখোই অনি বামিন্নবা হাইবদুনি। অদুগা নং ব্রা অসি মী অমতদা শাবা য়াদে। মতম লাক্লগা ঐনা লাক্লে হাইবক্কনি। অদুগা ঐনা শিখববা তংদা নংনা কোলহৌববদি মীঙোন্দা শাদোকপদা কবিমত্রা কাইবা লৈত্রে।"

"হাইবোনে নংগী বাদুদুম। ঐনা কনাদমুক শাকখিগদগে?"

"ঐগী ইপুব্রা নিপা অমা লৈ। মহাকপু লোন্না হন্দোক্লম্লগা ঐ অসিদা চেল্লকপনি। মহাক হৌজিক্তি লাইবিক হৈবে, লুহোংগদৌবে। মাগী লুহোংবদা ঐ যাওবোই হাইবগী ব্রাবিবনি।"

"নংগী চিঠি অবোৎপী মযামদুনা হাইবিববা?"

"অং মানি।"

অসি হাইদুনা বাধানা চিঠি মযামদু পুথোক্লুনা থোৎনুনা পাবম্মী অদুগা মাগী মবি-মখোং অশেংবা তাক্লম্মী। মমিং বোহিণী কৌই হাইবসু তাক্লম্মী। অদুদগী থোৎনুনা হাইবকই —

"চৎসিদনা লুহোংবা যাওরুসি।"

"কবম্মা যাউবা যার্গনি ইতা?"

"লোন্না হাওনুবী শাদুনা চৎকনি। কনানসু ঐখোইবু থৌশাবিবোই। ঐখোইনিনা কুম্মে যেংবা শাবদুনা মচি অমদা লেপ্তুনা মখোইগী লুহোংবদু যেংবসু ঙাইদনা।"

"মদুদি যাই ইতা।"

"অদুদি লুহোংগদবা নুমিৎ অদু হংখবোদনা।"

"মদু হংদোক-হংজিন তৌবিঙৈদা লুহোংথোকখিবনা হাল্লবদি কবম তৌগনি?"

"অদুগা হংলুবনু। ঐখোই হংচিৎ অসি অযুক চাক চাবগা চৎসি। নংগী মৰূপ পানবীখোইদা চংদুনা লোন্না হংনবগা ঐখোই মফম অমদা লোৎতুনা লৈসি।"

"ফবে, ইতা থোৎনু। নংগী লমন অসি কবম্মা মতমদা শিংবা ঙমগনি?"

"নংবু কনানা শিংবিযু হাইববগে? অসুম্মা মতেং পাংনবসি ঐখোই মীওইবগী ইথৌনি। নং হৌজিক্তি পোথাবো। ঐসু পোথাক্লবগে, হংচিৎ অসি চৎনবা থৌবাং তৌবসি।"

অসি হাইদুনা মখোইনি কাইনবে।

---

৫

ব্রাহেংবম পানবীনা মবক মবক্তা মোহনগী ই-পাও লৌদুনা বোহিণীদা পি হায়বসি পাবিবা মী খুদিংমক্তা খংবিবে। গোপাল মতৈ-মনাওদু মোহন্না চৎসি হাইদুনা চুডাচান্দপুব চৎকনি হাইবসি তাবদুনা চৎকদবা নুমিৎ হৃমনি ব্রাৎলিঙৈদা পানবীনা গোপালখোইগীদা চৎলম্মী। ইবেন্মলনা বোহিণীগী অমতা ঙাইবম্মী মরূপনি হাইদুনা পানবীবু বোহিণী মাংখিঙৈদগী লুনা তৌবনা অদুগা ইমুং-মনুংগী বা-নুং পুম্নমক শাবনা পানবীনা মদুগী নুমিত্তা চৎখিবদসু যাম্না তবাম্না কৌশলল্লদুনা ফমহল্লম্মী। অদুদগী ব্রা হাইবম্মী—

"ইবেম্মা পানবী, নখোইগী ইকু-ইনেমখোইনা নংবুদি লুনা তৌইদনা?"

"খংদেদা ইনম্মা, অসুম মবৈবিদনা।"

"ফৈ অদুম মবৈযু। নিনি পাল্লগা লোইগদবা পুন্সিনি। ঐনা মদু খংদবদগী বোহিণী মাংখবে। শিখবববা চংখববা খংবা লৈতে। অদুবু হৌজিক্তিনে ইবেম্মা, মাগী অমুক খন্দবে। মোহনগী খন্দুনা অব্রাবা কোক্লবা থৌবাং তৌবে। মোহন্না হাইবিযে ঐখোই চিন্তানা হকচাং অসি ইফৎ ফত্তবে, অদুনা হাব্রা চাবা চৎসি হাইনা।"

"কদাইদা চৎকদৌবি?"

"কদাইদা চৎলুগবনো মফম খংদ্রি। মখোই মচিন মনাওনা ঙাংনবদি নকসুনকপা চুডাচান্দপুবদা চৎসি হাইনবি। মদুদদি ডাক্তাব অমা লৈবদু ঐখোইগসু খংনৈ। মাগীদা লৈকবা যাগনি। অদুগা মাওদদি খংনবা কনামতা লৈত্রে, মমাঙৈদদি ফনা লৈবম্মী।"

"লোইনা ইনম্মসু যাওনা চৎকদৌবিববা?"

"ঐদি চৎলোই হাইবনি। অদুদা মোহন্না ঐখোই লোইনমক চৎতবা যাদে হাইবসিনা ঐসু যাওবা তাবি।"

পানবীনা হিদাক্তু চিংলদুনা ব্রাখল তৌবম্মী। হন্দক মখোইনা চুডাচান্দপুব চৎপসিদা বোহিণীনা মৌপ্পা মোহনবু যেংজহৌনবা তাকপিখিবনা চুম্মী। চহি ২০ লোম থাদোক্লবসিদা মখোইনি মশক খংনবমদবসু যাই, অদুনা চিঠি অমা পিখিবনা চুম্মি খল্লম্মী। মবম অদুনা হিদাক চিংদুনা মঙক খজিক্তং ইস্লোক্লুনা মৈখু কামথোক্লে হাইবগা হাইবম্মী—

"ইনম্মা কদৌঙৈ চৎকদৌবি চুডাচান্দপুবদদি?"

ইবেন্মলনা কবিমতা চিংনদনা হংচিং চৎকনি হাইনা খুল্লম্মী। মখোইনা চৎকদবা নুমিৎসি বাধাগা থোৎনুগনা ইম্ফালদা চৎসি হাইনবা নুমিৎকী নোংমা বাৎলিঙৈদনি। তৌইগুম্বসুং পানবীদি বাধাখোই ইম্ফালদা কাগনি হাইবসি খংলমদে। অদুদগী অমুক পানবীনা হংলম্মী—

"কযা কুইনা লৈগদৌবি আদদি?"

"থা অমবোম লৈগনি হাই। কনানা খংবনো নুংঙাইত্রগা থুনা লাক্লুনা মফম অমদা চৎপা হাইবদুনি।"

"ঐসু চৎনিংঙিদা। ঐখোইগীদি অদুম্ন চৎসি খোৎসি হাইদুনা নোংমতা হাইবা নিপা নত্তে।"

"নখোইগী নিপাদা হাইযুদনা ইবেম্মা, চৎলুসি।"

"কদাইদগী যাবিবক্কবনোদা ইনম্মা? বা মাংদুনা তোক্লবনি।"

অদুদগী ইবেন্মলনা য়ক লুপা যাংখৈবোম পীবা ফখববা অমা পুথোবক্লুনা পানবীদা যেংহল্লম্মী, অদুগা অসিসু হংলম্মী—

"মসিগী ফনেকসে ফব্রা, নখোই নহাবোনদি অসিগুম্বা পামদ্রা?"

"এ: অসুক য়াম্না ফবা ফনেক্তি ঐখোইদি পোকওঁদগী শেৎত্রি। শেৎত্রিবগী হাইরুরবদি পামদে, অদুগা অফববুদি করম্না পামদগবনো? ঐখোইনা লাইরবনিনা ইনম্মা—মসিগুম্বা ফনেক্কাসি মপোকসিমগী শেৎপা ফংলরোইদৌবনি। কয়া কুইরে লৈরুবা?"

ইবেম্কলনা পানবীগী ব্রাদু শংত্রিকশংনা মথব্রাই য়াওনা তারম্মী। অদুদগী অসুম্না খুম্লম্মী—

"ঙরাংদা লৈবনি। ইবেম্মা, ঐ ব্রা অমা হাইগে নং য়াগদরা?"

"করিনো ইনম্মা?"

"ঐখোইদি রোহিণী মাংখিবদগী মাগীদমক থব্রাই চাকপনা হৌজিক ফাওবা কবিমতা কাউবা ঙমদ্রি। কাউনবা কয়া হোৎনৈ। হোৎনবা অমতা ইথব্রাইদা পেনবা লৈত্রে। অদুনা নং রোহিণীগীদমক ফনেক অসি শেৎনৌ হাইববো ইনম্মগী মাই ঙাক্কদরা?"

"অদুক য়াম্না মমল য়াম্বা পোৎ অদু পিগনু। পিগে হাইববসু লুপা মঙা তরাদমক পিবা অমা পিয়ু।"

"ইবেম্মা, অসি মমল য়াম্বা য়াই। অদুগা মাগীদমক খল্লুববদি মসিনা পেনবা নত্তে। ইনম্মনা নংবু লৈতে হাইদুনা পিবা নত্তে, নুংশিবগী পিবনি। অদুনা নং মসি লৌরবদি রোহিণীগীদমক ঐখোইনা ব্রারিবসি খরদা ওইরবসু কোকপা ঙমগনি। অদুনা লৌদবা য়াদে।"

অসি হাইদুনা ফনেক অদু নিংথিনা থুপচল্লগা পানবীনা পুনবা থনম্মী। পানবীসু লৌদবা য়ারোইদৌরি হাইদুনা অদুম খল্লম্মী। মহাক্না হেকহেক লাকপদা রোহিণী কাইনবগী মৈচাক কোক্লবনি হাইদুনা ইবেম্কলনা কবিনো অমা পিবসি তোইবক্লবদা বোহিণী হল্লকপা য়াবনিসে হাইনসু খল্লম্মী। অদুবু রোহিণী মশামক্লদি থেংনদুনা ইবেম্কলগী হোংলিবা পুকচেল মতাসি খংবমক্তি নত্তবনিনা করিগুম্বা য়ারোইদরা খল্লম্মী। অদুমকপু মখোইনা চুড়াচান্দপুর চৎপদি পাও তাকখিগনি হাইনা পানবীনা খল্লম্মী। মতৌ অসুম্না মখোই অনি ব্রারি শাবগা পানবী হল্লক্লে, ইবেম্কলনা রোহিণীবুদি উদ্রে পানবীবুদি উরি হাইবগী ব্রাখলদা কপ্তুনা লৈহৌই।

নুংদাংদা গোপালগা মোহনগা হল্লক্লগা চুড়াচান্দপুব চৎপা হাইবদু শোইদরবরা হাইনা হংলম্মী। গোপালনা মোহন্দা হংউ হাইরম্মী, মোহন-না শোইদ্রে হাইরম্মী। মতৌ অসুম তৌদুনা অহিং অদু লেন্নবা মহে মহে তুম্বা চংখরে।

---

৬

অহিং থেংলবা উন-ব্রাইমুক চীকখরবা মতমদা মং-লৈমনা লেংঙক্লনা ইবেম্কলগী লুতোন্দা শাদোংলরে। ইবেম্কলনা মপুক্লিং নুংঙাইনা মখুৎ লোম্নদুনা লৈগী খুজোক পাইরদুনা মংলৈমদা খুরুম্লম্মী। মংলৈমনা মহাক্কী পূজাদা পেল্লদুনা অসুম্না য়াথং পিরম্মী—

"ইবেম্কল নং ঙসিদি ব্রাররিনি, কোইকসি লাউ ঐগী লৈবাক্তা।"

ইবেম্কলনা মোমোন মোমোন নোক্লদুনা খুম্লম্মী—

"ইবেম্মা, ননাই ঐদি ব্রারকপা কুইরে। নংগী স্না-লৈবাক ফজরবা, কুম্বী-কালেন খাইবা, মতম মতমগী হৈরাং-লৈরাংনা অয়েংবা মীগী পুক্লিং হুরিবা—অদুগুম্বা লমদু অমুক্তা য়েংজরবদি নুংঙাইগনি।"

অসুম্না হাইনদুনা মং-লৈমনা ইবেম্কলবু লাপ্পবা চিংদোন অমদা পুখৎলগা হৈরাং-লৈবাং মনম নুংশিনা শাৎলিবা লমদম অদুগা মদুদা মং-লৈমগী নিতিগী থৌগল্লিবা প্রজা ময়াম অদু খুদোনবীনা থিন-থিন্দুনা

তাক্লম্মী। লৈকোন অমদা পুশল্লগা মং-লৈমনা অসুম্না হাইরম্মী—

"য়েংউসে ইবেম্মাল, মসি ঐগী নিতিগী শান্নফম লৈকোন্নি। লৈরাংশিংনা অয়ুক নুংথিল খাইদনা শাৎচরগা নুংশি-ঈশৈ ঙংদুনা লাকপা খোইমুশিংগা কেনবদি ঐদি তত্তনা উরিবনি।"

ইবেম্মালনা মমিৎ থিংনা য়েংলম্মী। ঙাইহাক লৈরগা লৈশাবী চহিদি ৩৫ রোম শুরবী অমা থোরক্তুনা মখুৎ হৎতুনা মং-লৈমগা ইবেম্মালগবু কৌরম্মী। ইবেম্মালনা কনানো কনানো হাইনা হংলবদা মং-লৈমনা মাগী মতারোইনি হাইনা তাক্লগা মখোই অনি নুপীদুগী মনাক্তা চংলম্মী। নুপী অদুনা মখোই অনিবু হেক উবদা পাখৎতুনা ব্রাম্ভরম্মী। মং-লৈমনা অদুদগী ইবেম্মালদা হাইরম্মী—

"ইবেম্মাল নংবু উবদা ঐগী ইতাসি ব্রাম্ভখরে। নংনা মিৎয়েং কন্না য়েংলুরবরা?"

"কনানো হাইনা মুন্না য়েংলুরে ঐসু।"

অসুম্না ঙাংন ঙাংননা মখোই অনিনা তুরিবা নুপীদুবু জ্ঞান তানবা লাক্লরম্মী। অদুদগী অমুক মং- লৈমনা ইবেম্মালদা হংলম্মী—

"ইবেম্মাল করিগীনো নংনা হিংচাবীগুম তনৌরবী লৈরাংদগী মিহুন লৌরগা হুঞ্জরিবা ঐগী-ইতাবু অদুক য়াম্না কন্না য়েংলুরিবদি?"

ইবেম্মালনা অকীবা অমা য়াওনা পাখৎলদুনা খুল্লম্মী—

"ঐনা শক মানবা মী অমা ওইরবরা হাইনা য়েংলুবনি। মহাকপু অমুক জ্ঞান হুন্দ্ররোইদরা? মাবু উনিংবনা ঐসু লোইরে।"

"অদুদি ঈশিং খরা অসিদা লৈরিবা পুখ্রিদগী পুরকউ।"

ইবেম্মালনা ঈশিং শোকপা চৎলম্মী অদুগা মং-লৈমনা মখুৎ মোল্লবদুনা নুপীদুগী মরাইবক্তা নাল্ল-নাল্লদুনা লৈরাংশিংবু কৌদুনা মিহুন পিয়ু হাইরম্মী। লৈরাং অমনা অদুদা খুল্লম্মী

"ঐখোই পিবা ঙল্লরোই। মশাগীদা খনবা তাইবং-মীগী য়ৌরকফম নত্তবসিদা নহাক্লা ইবেম্মালবু পুশিনবিরক্তুনা তৌরিবা নৎত্রা!"

অদুদা মং-লৈমনা হাইরকই—

"মানি। অদুবু ঐনা নখোইবু মাংহনগে পুরকপা নত্তে। তাইবং মী ওইবগী মথৌদি মশাগীদা খনগদবা নত্তে, মীগীসু খনগদবনি হাইবা তাক্কে হাইদুনা পুরকপনি। হুন্দকমুক্তদি নখোই ঐগী ইতারোইবু থৌজাল্লু।"

অসি হাইরবদা লৈরাং ময়াম্না মলয়া নুংশিৎ নামিবগী মতেং নিরদুনা তপ্পা তপ্পা নোমহৌ নোমহৌ হাই হুমদুনা লৈরাংশিংগী নুংশিরবা স্বর অদু কাদুনা লৈরম্বা নুপীদুগী য়ানুংদা চংদুনা নুপীদুবু জ্ঞান তাহন্নবা হোৎনরম্মী। অদুম তৌরিঙৈদা ইবেম্মালনা ঈশিং পুরক্তুনা লৌব্রাই-লুতোম্দা য়ৈরম্মী। নুপীদুনা ঙাইহাক লৈরগা জ্ঞান তারক্তুনা মমিৎ পাংথোক্লম্মী অদুগা ইবেম্মালদা য়েংলগা হাইরম্মী—

"ইনম্মা নংবু মতম কুইনগী তুংদা উবদা ঐদি অন্না-নুংঙাই য়ান্নখিদুনা ব্রাম্ভরুরে। তাদনা কমদৌরি, মোহননা কমদৌরি?"

ইবেম্মান্না মমিৎতা মেংলবা থম্মোইদগী থোরকপা পীগী ইচেন্না মাংওইনরদুনা থক-থক নিক্লবা চিনবান অনিদুদগী নুংশি-নুংশিরবা ব্রাহে কাংথোক্লম্মী—

"ইনম্মগী নুংশিবী রোহিণী নংবু উদবা কুমজা মশিং য়ান্নক্লে। নংদি মংলৈমগী থৌগল তৌরি হাইবদি ইনম্মদি খংদেনা। মোহন চাওরে, লুহোংনবা থৌরাংলি। নংগী তাদগা ঐগনা নংগী ব্রাবনা তৌফম খংদদুনা লৈরি। মোহনগী লুহোংবা য়াওরুসি।"

"ইনম্মা মংলৈমগী য়াথং নত্তনদি ঐদি করিমতা ঙমদরে।"

মংলৈমনা অদু হাইবা তাবদা অসুম্না খুন্নম্মী—

"ইতারোই, করিগী চৎতনি। ঐখোই অনি চৎতুনা মোহনগী লুহোংবা য়াঁওরুনি।"

অসুম হাইনরদুনা মখোই অহুম মং-লৈমগী লৈকোন-লৈকোন খুদিংদা কোইমিন্নরুবগা রোহিণীবু ঙাইরমখো হাইনা থনন্নগা মং-লৈমনা ইবেন্দ্রলবু ময়ুমদা থিঞ্জিনবিরন্নে।

নোঙাল্লকপদা মং-থাজবী ইবেন্দ্রলনা গোপালগা মোহনগদা মংগী ৱা লিরদুনা রোহিণী অমুক হল্লকখিদ্রা হাইনা শোঞ্জরম্মী। গোপালনা নোক্তুনা তাদমক তারম্মী ৱা করিমতা হাইরমদে অদুগা মোহন্না অসুম্না হাইরম্মী—

"মংবু থাজবদি ইতৈমাখোইদি থাজবা য়াই। চাক তুমদবদগী নিংথিনা তুম্বা য়াদবনা মং মংজবদুবু ৱা ওইনা লৌরুরি। ইচেদু হনবু হল্লক্লবদি ফৈনে ঐখোই পুম্নমক্কী নুংঙাইবনি।"

"খংদ্রেদা, নখোই নিপাসিনা নুপীনা হাইবা অমতা থাজদবসিদা।"

অসুম্না ঙাংনবগা হয়েংদি চুড়াচান্দপুব চৎকনি হাইদুনা শেম শারম্মী।

----

৭

নোংঙাল্লগা চাক ঈশিং চাদুনা গোপালখোই চুড়াচান্দপুর চৎকদবগী থৌরাং তৌবম্মী। মখোইনা যাত্রা তৌদুনা য়ুম কাম্থোক্লকপদা নোং চুরম্মী। মদুদা গোপালনা হাইরম্মী—

"মোহন ঙসিদি যাত্রা ফগদৌবিবা মাল্লে। ঐখোইনা হন্দক চুড়াচান্দপুর চৎপসি হকচাং ফদুনা পুক্লিং যাম্না নুংঙাইনা হল্লকপা ঙমগদৌরিবমাল্লে।"

"করিগীনো তাদা?"

"লাইবৈপাক্তগী অমৃত খিকথরকপসিনা ঐখোইগী যাত্রাসি মঙ্গল ওইগনি হাইরিবনি।"

অসুম্না থাজবিদবা হৌজিককালগী নংহারোলগী মোহন-না গোপালগী ৱাদু তাবদা অসুম্না খুন্নম্মী—

"চুম্মি তাদা, চুড়াচান্দপুরগুম্বা অফবা লমদা চৎকনি হাইরবদি লাইসু মীগী মতেং হেক্তা পাংবনি।"

মখোই অসুম্না লাকপনা মোইরাংগী গাড়ী পৈরিবদুদা থুংলরে। অদুদগী মখোইগা হান্ননা ঙাংনরম্বা গাড়ীদুদা কাখৎলগা মোইরাং মাইগৈ পাংলক্লে।

অসোমদনা করম তৌরি? চুড়াচান্দপুবদা থোৎনুগা রাধাগসু অয়ুক ঙন্তা ইম্ফাল কাগে তৌবদা গাড়ী অমা লাক্কনি হাইবা পাও তারদুনা গাডী লাকপা ঙাইদুনা লৈবা তারম্মী। থুংলগদৌরিবা গাড়ীদি গোপালখোইনা তোংলিবসিনি। যাত্রিক খোম্বা হৈবা ড্রাইভরশিংনা চুড়াচান্দপুরগী মীদা গাড়ী অমা লাক্কনি হাইনা মোইরাংদগী শন্দোক্লম্মী।

নুংথিল পুং ৩ লোম তাবা অদুৱাইদা থোৎনুগা রাধাগা মখোই মখোইগী শম অমমম হাপকদবা পোৎ হাপ্পগা সুমাংদা থেন্দুনা থনম্মী। মখোই অনিনা মাঙগোন্দা মফী-মরোল শেৎলদুনা চৎকদৌবগী শেম শারম্মী। অদুদগী ঙাইহাক লৈরগা রাধানা হাইরম্মী—

"ইতা থোৎনু ঐগী হকচাংসি ইচোক চোকথবগুম তৌইদা। করি তৌগদৌরিবনো?"

"হৌনবনি ইতা, করিগুম্বা মফম অমদা চৎথোক্লমদাইসিদি হকচাংসি চোকথবগুম তুক-তুকথবগুম তৌবনি। ঐখোইনা চৎকদৌরিবসিসু নুংঙাইরবা ৱাখল অমদগীনি। ৱাখলনা নুংঙাইরবা নৎত্রগা ৱারবা, অদু

ওইববদি হকচাং অসি চোকথবগুম ঙমদবগুম তু চুংবগুম তৌবনি।"

"অদু ওইববা মাল্লেনে ইতা।"

মখোইনা অসুম্না ঙাংনবিঙৈদা চুডাচান্দপুব চিংখোংদা গোপালখোইগী গাডীদু থৃংলবে। গাডীদগী কুমথদুনা পোৎচৈ লোইশন খোমজনবগী হোৎনদুনা লৈবিঙৈদা থোৎনুনা গাডী ঙাইহল্লম্বা নিপা অমখক কাবক্তুনা গাডী লাক্লে হাইনা তল্লগা অসুম্না হাইবম্মী —

"গাডীদি লাক্লে। দ্রাইভবদু অসিদা কাবকখিনি হাই। অদুনা নখোই অসুম শেম শাদুনা মবৈখো।"

অদু তাববদা মখোইসু থোং-লুক থিংজন্দনা য়েনখা লুখা যেংদুনা লৈবম্মী। অদুদগী মখোইনিনা থোবক্তুনা শম মযাদা লেপ্লিঙৈ মতমদা গোপালখোই মোহনখোইদু থোৎনুগী কোন্থোংদগী লম ওনামুক থাপ্না যৌবক্লে। কনা কনানো লাক্লিবসে হাইদুনা থোৎনুগা বাধাগনা যেংলম্মী।

ইনক নক্না মৌ অনিখক সুমাং অহাংবা মযাইদা শম অমমম মনাক্তা থল্লগা লেপ্তুনা মখোইবোমদা মুন্না যেংলম্বদুদা মোহনসু নুপী অনিদুগী মাইথোংদা মিৎযেং তাবম্মা। বোহিণীগা মোহনগা মিৎকা মিৎকা চানবদুদা মখোই অনিমক অমনা অমবু শক খংদ্রবসু মং ৱোই হা-বোই মমাংঙৈদা উখিবা কনানো হাইনা নিংশিংর্বদি ঙমদবা ওইনা মুন্না যেংনবম্মী। বোহিণীনা মী অতৈবু কানমতা উবমদে, অদুম্না মোহনসু বোহিণী নত্তনা মনাক্তা লেপ্লিবী থোৎনুবু ফাওবা উবমদে। ইবেম্মালনা শক ফজববী নুপী অমা লেপ্লবসি উববা হাইনা গোপালদা হাইবম্মী, অদুনা গোপালসু বোহিণীবোমদা ফজখবেদা হাইনা যেংদুনা লৈবম্মা।

বোহিণীগা মোহনগদু মুন্না যেংনমনখিদুনা মকোক ঙাওনম শাক্লম তৌবম্মা, অদুদগী মখোই অনিমক্কী মিৎশিংদু কবিনো পাববা অমনা পুংকুপ কুপখিবগুম তৌবনা মিকৃপ অমনিগী মনুংদ লৈমিন্নববিবা মীশিংবু খংপ্রেক খংহন্দুনা লৈমাইথক্তা হাইথুবম্মী।

থোৎনুগা মাগী মনাক্তা লৈবম্বা নিপাদুগনা বোহিণীবু কোংখৎতুনা মাঙ্গোন্দা পুশল্লম্মী। অদুগা গোপালখোইনা মোহনবু লৌখৎতুনা অনকপা যুম থিবকপদা থোৎনুখোইগীদুদা পুশল্লম্মী। মখোই মযাম্না বান্থবিবা মী অনিদু লাক্লবিঙৈদা থোৎনুগী মাগী মযুম হাংদোক্তুনা ঈশিং পুথোক্লম্মা। অদদগী ডাক্তাব কৌকদুনা কম্পাউণ্ডাবগা ডাক্তাবগা অনিনা মী অনিদবু লাক্লবম্মী।

কন্না লাক্লববা মতুংদা বোহিণীনা মোহনগদু জ্ঞান তাবক্তুনা মিৎ পাংথোক্তুনা বাদুনা লৈবম্বা মী মযামদুগী মথবাই নুংঙাইহল্লম্মী।

মখোই অনিদু ফক অমমগী মথক্তা নাকন যেৎলোম ওন্থবোম ওইনা হিপ্তুনা লৈবম্বদুদা অমনা অমবু যাম্না উননিংনা লৈবম্বুনা যাম্না মথবাই নুংঙাইবম্মী। অদুগা শক হংননবগীদমক ৱাদি অমতা ঙাংনবমদে, নুংশিববা মিৎযেংনা অমনা অমবু যেংদুনা লেবম্মী।

মমিৎ পাংলে হাইদুনা গোপালনা মোহন্দা কৌবম্মী

"মোহন, মোহন, জ্ঞান তাববা?"

ইবেম্মালসু কৌবম্মী --

"ইবুংঙো, ইতৈমানা কৌবিবসি তাববা?"

মোহন্না তাবে হাইবা মিৎয়েংদা যেংদুনাদা লৈবম্মী, ৱাদি ঙাংবা ঙল্লমদে। গোপালনা অমুক কৌবম্মী—

"ইবেম্মালনা নংবু কৌবিবসি ভাব তাববা, মোহন?"

যামনা তপ্না 'তাই' হাইনা মোহন্না খুল্লম্মী। অসুম্না হংবদুদা বোহিণীনা নুংশিনা থমজবা মিং তাবদা মশাদা নুংঙাইবনা কনখৎলম্মী। মাবুসু থোৎনুনা 'ইতা বাধা, ইতা বাধা' হাইনা কৌবম্মী। বোহিণীনা ইতা হাইনা খুল্লম্মী অদুগা হাইবকই—

"ইতা, ঙসিদি কবিনো থব্রাই যাম্না নুংঙাইখবেদা।"

"ফৈ, নুংঙাইয়ু।"

গোপালগা ইবেম্মলগদু থোৎনুগা বোহিণীগা ঙাংনবদু তাবম্মী অদুগা ইবেম্মলনা গোপালদা হাইবম্মী—

"ইবেম্মা অসি ঐখোইগী বোহিণীদুগা শক মান্নদ্রা? যাম্না মান্নখবে! লৈপাক চাওর্বাস কযাদা মান্ন-মান্নবা শক লৈবন্নিবনো।"

"মাল্লিনে ইবেম্মল। ঐগী মিহুন মচোং অমা তৌই। ঐখোইগী বোহিণীগী ওইবন্নর্বদি নুংঙাইগনিদা। (থোৎনুবোমদা) কনানো ইবেম্মা নংগী নতাসিবো?"

থোৎনুগা বোহিণীগর্দি গোপালখোইব্ মশক খংলে। হৌজিক থোৎনুনা বোহিণীবু তাকসি হাইনা তৌবদা বোহিণীগী যাথং নত্তনদি হাইদুনা খঞ্জান্নবম্মী। মবমদুনা থোৎনুনা বোহিণীদমুক যেংলগা খুন্নম্মী—

"ঐগী ইতা অসি বাধা কৌই। ঐখোইগা নিঙোন নত্তে। মহাক মিশমি চিংদগী লাকপা অসমীয়া নিঙোন-নি।"

থোৎনুনা অদু হাইবকপদা মোহন্না বা অমা খংনিং নিংশিংলক্লম্মী। পানবীনা অসমীয়া নিঙোন বাধা কৌবা অমা চুড়াচান্দপুবদা লৈবনি চিঠি অমতা পিবিবম্মু হাইনা পিবকই। মহাক্না গোপালদা হাইবম্মী

"তাদা, ইচে পানবীনা পিবকপা চিঠিদু বাধা কৌবী নুপীসিদা ওইববা মাল্লে।"

গোপালনা হাথু হাথু হংলম্মী

"কদাইদা পিবকপা চিঠিনো?"

"ঐগী ফুবিৎখাও যেৎথংবদা যাওর্বরা। ঠিকানা চানববা খবা যেংবিয়ু।"

গোপালনা চিঠি অদু লৌথোক্লগা যেংবদা চানবম্মী। অদুনা বোহিণীদা পিবর্ম্মী। খুদক অদুমক্তদা চিঠি অমা দ্রাইভবনা গোপালদা পিবম্মী। গোপালনা ফাক্লনা যেংবদা মখাগী ব্রাহে অসিদা যাওবম্মী--

"তাদা, থোৎনুগী যুমদা লৈবী বাধা হাইবিদো বোহিণীনি।"

অসি পাবগা গোপালনা মচিনবান্দা নোক্লনা নুংঙাইবা ফোংদোক্লনা লাউবম্মী, "ঐখোইগী বোহিণী ফংলে। ঙসিমক যুমদা হল্লগনি। (বোহিণীবোমদা) বোহিণী নং হৌজিক ফাওবা লৈর্বন্নি।"

"তাদা, ইনম্মা" হাইদুনা মখোইনিদা বোহিণীনা কৌবম্মী। অদুদগী মোহন্না 'ইচে' হাইদুনা ফুক হৌগৎতুনা মখোংদা তুবম্মী; বোহিণীনা 'মোহন, ইচেগী মোহন' হাইনা মখুৎনা মকোক্তা নাল্লম্মী।

অদুদগী মখোই অনি মশা খবা নুংঙাইববদা গোপালনা চৎসি যুম হল্লসি হাইনা চৎকদবগী থৌবাং তৌবে। বোহিণীনা হল্লবোই, ইতা থোৎনুবু থাদোক্লনা চৎপা ঙম্লোই হাইবম্মী। অদুদগী মখোই মযাম থোৎনুবুসু পুবক্লনা ইম্ফাল তান্না কাবকই, মখোই অহিংদুদা যুমদদি চংদবমখৈ কাংলাইখোইদা চংলম্মী। কাংলাইগা যুবতীগনা ঙক্লদুনা গোপালদা হংলম্মী—

"কবিদৌবে তন্না হল্লক্লবদি।"

"বোহিণীবু অমুক চিংদোনদগী খুল্লক্লে।"

# ৱা অমতং

উপন্যাস অনৌবা অমা ফোংবগীদমক ৱাহৌদোক ইনিঙঙাই করিসু লৈতে। অদুবু মরম অমা লৈবনা ৱাহৌদোক মচাসিমা ইজরি। মদুদি, উপন্যাস অসি ইবগী মতম অদু তুংদা সাহিত্য নুঙ্গোইবা কনাগুম্বা অমনা খংনিংলকপা য়াই। লাইরিকসি ইং কুমজা ১৯৪৬ কী চৈযাইদা লেংখিবনি। অদুবু মাগী মমাং থাগী লাইরিক অতৈ হায়া ফোংনিংবদগী মসিবু নমশন্দুনা থমজল্লুরে। হৌজিক মাগী মতাং থোরক্তুনা ময়ামগী মমাংদা পুথোকচরবনি। মৈতৈ সাহিত্য লৈকোনগী লৈরাং-লৈরেল্লক্তা তিনবা য়াদ্রবসু লৈরাং-লৈশীং মথেল অমা হেলহনবা য়াগদরা হায়না নিংবিদুনা মৈতৈ-সাহিত্য লৈকোন্নুংগী নুঙ্গোই-লৈথিবশিংনা নুংশি-মিৎয়েং তাবিয়ু হায়না নিজরি। ইতি ––

ইম্ফাল
তাং ১১/১১/৫১ ইং

তোল্লবা
শীতলজিৎ

# নুংশি ৱাখৈবা

---

১



থিযেটবগী মেনেজবগী কাদা নাবাণসিংনা মেনেজব ওইদুনা কবি কবম্না লীলা শান্নসিগে হাযদুনা লাইবিক খন্দুনা মমাংদা লাইবিক খবা চৈখাইদুনা লৈবম্মী। মনাক্তা বাধাচবণগা চন্দ্রাদেবীগসু চৌকি অমমমদা ফমদুনা লৈবম্মী। নাবার্ণদি তুমিন্না লাইবিক যেংদুনা লৈবম্মী। বাধাচবণনা চন্দ্রাদা ৱাবী শাবা হৌবম্মী- ইবেম্মা হন্দক্তি লীলা খবা নিংথিনা শান্নসি।

মোমোন মোমোন নোক্লদুনা চন্দ্রাদেবীনা খুম্লকই—তাদা, ফনি। অদুদা ৱা অমা লৈনে।

কবিনিনা ইবেম্মা?

ঐখোযদি মখোযগী আ: দু:দাগা খংজবা নত্তে। অদুনা থৱায যাওজববসু লীলা পানবা ঙম্লোইনে।

চন্দ্রাগী ৱাসি তাবদা মেনেজব নাবাণ-না খুম্লম্মী—-কবি ৱানো চন্দ্রা, নংনা তৌগে নিংলবদা কবি হৈতনি। নংদি এক নম্বব এক্ট্রেশনি।

হো হো অদুনি হাযনা বাধাচবণনা ৱা নোৎশল্লম্মী। চন্দ্রাদেবীনা মোমোন নোক্লনা তাবম্মী। নাবাণনা অদুদগী হাযবকই হন্দক্তি বামনা বন চৎপা মতাং অদু শান্নসি। যেংউ, মদুগী লাইবিকসু লৈবে।

অসি হাযদুনা নাবাণনা বান্না বন চৎপা হাযবা লাইবিক অমা বাধাচবন্দা পিবম্মী। চন্দ্রাদেবীনা কনানা লেংবা লাইবিক্লো হাযনা হংলম্মী। অদুদা বাধাচাণনা খুম্মী—-ঐনা লেংখিবা অদুনি।

অদুদি তাদদা যেংহনবগী মবমদি?

যেংহনবা নত্তে, অসুম্না চুম্না পিবনি।

নাবাণনা অদুদগী চন্দ্রাদেবীদা ওন-শন্দুনা হাযবম্মী—-চন্দ্রা, হন্দক্তি যাম্না হৈনা তৌকো। অৱা-নুংঙাই অনিনা পুল্লবা পুকচেল অদু মতম অমতদা উৎকদবনি।

যাম্না ফনি মেনেজব বাবু। অদুক হোৎনদুনা যেংবা হাযদুনি। লাইনা তম্না অমদি লৈবম্লগনি।

নংনা কবিগী ৱাকনি। লাইবিক লেংবা মশামক্লা মানা পামজবা ৱাহে-ৱাতা হাপ্তুনা ইবা লাইবিক্লি। অদুগী মথক্তা মশামক্লা বাম শাগদৌবি, নত্তে নত্তে বামমক ওইদৌবি।

বাধাচবণদা ওনশন্দুনা অমুক মেনেজবনা হাযবকই—বাবু, যেংওই, হন্দক্তি লীলা অসিদা শ্রী থিযেটবগী চহি অমগী শেনফং অমুক্তদা ফংনবা তৌগদৌবনি।

কদাইদগীনোদা মেনেজব বাবুনা হাযবিবিবসিবো? লীলা অমনা লীলা কুন-মুক্কী শেন্তোক থোকহনগদবনি হাযদুদি কনাগী শক্তিনো?

কবিনো বাধাচবণ বাবুনা হাযবিদুবো? নশানা লাইবিক লেংজবে অদুগা অমুকসু নশানা চোংথোক্তুনা মক্ক ওইবা পার্ট লৌদৌবে। অদুদবু?

চন্দ্রানা হাযবম্মী—-মেনেজর বাবুনা ভাব তাবিদ্রে। তাদদি বাম শাবদা মপা লৈতনা শাখিনি। ভাবোক্লা শোইদনা অযোধ্যাগী বাম হাযদু অসিবা হাযনি। অদু হাযগে হেক তৌবকপদা সীতা শাবিবী অদুগী মতৌনা

রাম-সীতাগী মহুত্তা তাদা রাধাগা ঐগদমক উরগনি। অদুদদি মতুংদা অমুক হন্না শান্নবদা কদাইদগী ভাবোক লাকপিগনি হায়গে?

রাধাচরণ-না অদু তাবদা হায়রম্মী—মী চাওরক্লবা হায়ববু ৱা ঙাংবা কয়াদা হৈরবনোসে। হৈয়ু হৈয়ু, অদুম্নদা লীলাদসু হৈবিয়ু, মদুদগী হেনবা করিমতা পামদে।

মখোয় অনিগী ৱাসি তাবদা নুংঙাইরদুনা নারাণ-না নোক্ল নোক্লদুনা হায়রম্মী—

নখোয় অনিগী ৱাসি তাবদা ঐ লীলা য়েংবগা চপ মান্ননা নুংঙাইরে। অসুম্নদা তৌবিউ, শোইদনা ঐগী শেল.তাগনি।

রাধাচরণনা খোইরুম তৌনা ফাগি ওইনা মেনেজরদা হায়রম্মী—মেনেজর বাবুনা পৈশা ফংনি হরাওরি। হেন্না ফংলগা ঐখোয়গী তলবতি করিসু হেনবিদৌবা লৈতে।

মেনেজর নারাণ হায়বা নিপা অসি খিত্তদা থুনা শাওগনবা জাৎনি। অদুনা রাধাচরণগী ৱাসি তাবদা খুন্নম্মী—মদু নখোয়না উফম থোক্কে! ঐগী লীলা লেপ্পা কালদা নখোয় তলব লৌবিদবরা নৎত্রগা তাবিব্রা?

নুংঙাইসি হায়দুনা তৌবনিনা—অসি হায়দুনা রাধাচরণ-না থেমজল্লম্মী। চন্দ্রানা অদুদগী ফুক হৌগৎতুনা হায়রম্মী—ঐখোয়গী ৱা ঙাংনবা লোইরেদনা, য়ুম হন্নবা য়ারেদনা!

মেনেজরনা—য়ারে, কায়নরসি।

## ২

চন্দ্রাদেবীগী য়ুম্নি । রাধাচরণ-না লীলা তম্না চৎসি হায়দুনা হৌবা লাক্লম্মী। চন্দ্রানা ঙাইহাক ফমখিসি হায়দুনা হৌবা লাক্লম্মী । চন্দ্রানা ঙাইহাক ফমখিসি·হায়দুনা অদুগা রাধাচরণ-নসু ফম্লিংদুনা ফমথরম্মী। মখোয় অনি চূরুপ অমমম পায়নরদুনা পুক্লিং-লুপ্না ৱারী-ৱাতাই শারম্মী । রাধানা হায়রম্মী—

চন্দ্রা, থেংস্নবদি মেনেজরনা শাওগনি।

শাওনীংলগা শাওশনু। নিপানবু অদুক য়াম্না কীবা হৌনদেদা!

তৌনু তৌনু চন্দ্রা, মীগী তলব চাক্লরগা—

চন্দ্রাদেবীনা মোমোন মোমোন নোক্লগা রাধাচরণরোমদা য়েংদুনা লৈরম্মী। অদুদা রাধাচরণ-না অমুক হায়রকখি—করিনো মীনা হায়রগা নোক্লুনা লৈরিসিবো? ঐনা হায়বা ৱাসি মুয়া খল্লু, ঐখোয় মীগী মনাইনি, মপু য়ানবা চৎকদবনি।

মপুনি হায়দুনা পংতৌ তৌবা য়াবরা!

করিবুসু তৌগবা, মাসু বিচার -লৈবা মীনি!

চন্দ্রাদেবীনা অদুদগী ইমুং চংস্লগা হিদাক হাল্লকই অদুগা পানা তপ্না-তপ্না রাধাচরণগী মনাক্তা ফমদুনা ৱারী শারম্মী—তাদা শ্রী অসি থাদোক্লসিদো।

কদাইদা য়াওরুনি অমুক?

য়াওদ্রবসু য়াইদনা।

নুংশিং ফাদুনা চাগদ্রা?

চন্দ্রানা মোমোন নোক্লগা শংত্রিক শংনা য়েংদুনা মিৎ য়াওনা নোক্লুনা লৈরম্মী। রাধাচরণসু মাগীদুগা

চপ চাবা মাযথোং উৎতুনা য়েংমিন্নবম্মী।

বাধাচবণনা হাযজবিবসি তশেংবনি মহাক্তি অদুক যাম্না ফীভম ফবা মীওই নত্তে। চন্দ্রাদেবীদি ঈশৈ তৌবীনিনা শ্রী থিযেটব থাদোক্লবসু ঈশৈ-নোংমাই শক্তুনা মবুক থনবা ঙমজবা মীনি।

ঙাইহাক য়েংনবে হাযবগা পানা মতপ অমা চাও হায়দুনা বাধাচবণগী মখুত্তা লাল্লম্মী। অদুদগী চন্দ্রাদেবীনা হাযবকই —তাদা, অদুক তোম্না খনবা হৌনদে। ফন ফৎত্রবসু নিপানি।

অং, নিপানি। অদুবু মীওইবা হাযবসে তম্ফম খংদে চন্দ্রা।

অদুদি ঙাইখো তাদা, কবিগুল্বা . . ... হাযববোইদা।

বাধাচবণনা ঙক্লম্মী। চন্দ্রাদেবীনা খোইকম তৌদুনা লৈবম্মী।

বাধাচবণনা — হাযযু কবিনো?

তুজুংবা ৱানিনে তাদা।

অদুবু হাযযু কবিদৌগে?

হাযকবগা অমুক —

হাযবগা নংগী কাযবা লৈববা চন্দ্রা?

লৈতে, তাদগী লৈনে।

ঐগী অকাযবা, ঐগাদি কাযজসনু।

হুম ফত্তেদা হাযববোইদা।

হাযযুদা ইবেম্মা, হৌবগা তোকপা চুমদে।

চন্দ্রাদেবীনা পানা মতপ অমা তপ্পগা মহাক মথন্তা চাবম্মী। অদুদগী পানা মহি যোৎশল্লগা হাযবকই— তাদানা যাম্না তক্লবদি হাযববা হাযদুনি।

হাযযুনে কবিমতা চিংনগনু।

অমুক চন্দ্রাদেবীনা পানা মহি যোৎশল্লম্মী অদুগা হাযবমই—ৱাদি অসিনিদা, অতৈ কৈসু নত্তেদা।

অদুবু হাযবোনে প্রৎ-প্রৎ।

কবিগুল্বা তাদা, মেনেজবনা ঐখোযগী ইতৌ ....... . ...........

খংস্রবদি হাযবা নৎত্রদো?

উম্ মানি।

বাধাচবণ মবাই লুক্লমদে। অসিদগী হেন্না হাযবা তলবকা ৱা পন্বদদি চিন্তা তৌবম্মী। অদুগা হম্দক্তি নিপা ওইবগী মূর্ত্তি চপ-চানা উৎলক্লে। অসুম্না হাযবকই —

চন্দ্রা, নিপানি হাযবদাই নংনা ঐবু?

হাযখিযে।

মহাক্লা তাম্লোক্লীংলবসু তানশনু, নংবু লেংদ্রবদি।

ঐবুদি লৈহলহৌববদি কমদৌনি?

নং অদুম য়াওহৌ, বেবা লৈতে।

নংনা কদাইদা চৎকদৌবিবা তাদা?

কনানা খংগনি, চৎপসু যাই চত্তবসু যাই।

হোয়দা, মানবু করি তৌজবা ঙমগনো?

অদুদগী চন্দ্রাদেবীনা পানা অমুক তপ্পুনা রাধাচরণদা পিরম্মী মহাকসু অমা তপ্পগা চারম্মী।

চন্দ্রাদেবীনা অমুক ৱা অমা হৌদোক্লম্মী—তাদা অহল লম্মন্না করি হায়নি?

করি হায়রুনি?

ইশৈতৌবী অমা পুরক্লে হায়রোইদ্রো?

হায়রগা মখোয়গীদা চংদবসু ঙাইদনা।

অদুদি উচেকতৌনা কোই-পাই পাইগদ্রা?

পাইসু ঙাইদনা!

ফৈ ফৈ, খন্দি খল্লুকো।

নংবু ঙমগদ্রনে চন্দ্রা?

চন্দ্রাদেবীনা নোক্লম্মী। নোকপগী অর্থ কবিসু নত্তে। রাধাচরণ-না নুপীগী শাজৎ খংনা খংনা মাগী আততায হাযদু য়ৌরক্লবদদি খংদবা শারি নৎত্রগা খংদ্রি হায়না খল্লুবদগী নোকপনি। অদুদগী চন্দ্রাদেবীনা হায়রমই-তাদা, য়েংঙোই, নুপী ঐখোয়দি নিপানা চৎপা মায়কৈদা চৎপনি।

হোয়দা মদুদা লেপ্পুদা।

সীতাবু কবম তৌগে? মাবু কনানা বনদা রামগী তুং-ইন্দবা যাদে হায়গে?

মথন্তনা মপুরোইবগী তুং ইঞ্জবনি।

অদুবু তাদনা ঐবু সীতাগুম্বীনি হায়না খনবা ঙমদ্রি।

রাধাচরণ ইকাইরম্মী। করিমতা খুল্লমদে। তুমিন্না অদুম লৈরম্মী। অদুগা চন্দ্রাদেবীনা অমুকসু হায়রম্মী ঙম্মোই, ঐদি তয়াং-তয়াংবীনি। ইশৈ-তৌবীনি, ঙসি অমা হয়েং অমা ওইরিবনি।

রাধাচরণ হেন্না ইকাইরম্মী। তাবদা তাবম্মী, করিমতা খুন্না ঙল্লমদে। চন্দ্রাদেবীনা অমুকসু হায়থবম্মী - তুং কোইরোই ঐদি, অদুক মতম লেন্নবা নিপাগীদমক পোক্লকপনি ঐখোয়দি।

রাধাচরণ খাংবা ঙল্লমদে। মহাক্না মমাংঙৈদা চন্দ্রাদেবীবু নিংলম্বদু মাইবীদৌনা হায়দোক্লকপদুদা ইকাইবনা উং-উং লাওরম্মী। অদুদগী ইকাইববা মীনা ইকাই খাংবদগী মশাবু কন্থোকপদৌনা হায়রকই- চন্দ্রা, নং শাওরগনু, নংনা পাইবগুম ঐসু পাইগনি। ঐখোয়নি লম্বেল অমত্তগী থুংফম অমতগী মী ওইগনি।

চন্দ্রাদেবীসু অমুক মপুক্লিংদা অকীবা পোক্লম্মী। মানা ঙসি হায়রিবসি য়াম্না হেনমনখ্রে হায়বা খংলক্লে। অদুনা মাগী থম্মোই অদু থক্-থক্ নিক্লম্মী।

করিগুম্বা রাধাচরণনা পুক্লিংদা ৱারৌখিদুনা মতম পুম্নমক্তা চন্দ্রাগী ৱাহৈশিং অসি নিংশিংদুনা লৈপ্তবদি হায়না খল্লম্মী। অদুনা ঙাকপিয়ু হায়বগী খোম্থাংদা হায়রকই—

তাদা, ঐ ঙসিদি য়াম্না হায়খ্রে ৱারৌবা যাদে।

চন্দ্রা, ঙসি নংনা অদুম হায়রমদ্রবদি নশক খংলমলোইদবনি। নং ঐগী কনানো হায়বা ঙসিদি খংলে।

তাদা, সীতা শাবা নত্তে, পুন্সি ঐগীসু ওইগদৌগী শিল্লক্লমাল্লে।

লাইনা তম্বা লাক্কনি ইরেম্মা।

অসি হায়রগা রাধাচরণ-না মখুদাং ঘড়ি য়েংলম্মী। অদুগা থেংখ্রে চৎসি হায়দুনা হায়রম্মী।

৩

লীলা শান্নবা নুমিত্তা চন্দ্রাদেবীদো ৱাখল অমনা লোন্না লাক্নুনা উমশল্লম্মী। সীতা শাবনি হায়দুনা তৌবগা বাধাচবণ মখোযনিগী পুক্নিগী অচৌবা ওইদৌবিমাল্লে হাযবা ৱাখল অকনবা অমনা কন্না চিংলম্মী।

বামনা বন্দা চৎপা তাবে হাযবা পাও ফংবদা বাম-না চৎকদৌবিবনি হাযনা খনবা ঙল্লমদে। বাধাচবণবু শ্রীদগী যাওবা যাদদুনা তাম্মোকপনিকো হাযনা খল্লম্মী।

ৱাখল অদুনা পুববা চন্দ্রাবু যেংবদা ভাবোক্লা শোইদ্রে মিথিলা নীংঙোল জানকীদেবীমক শংশংনা চোংথোবক্কুনা উৎলববনি হাযনা খন্দবা ঙল্লমদে।

বামনা বন্দা চৎপা তাববদি সীতা মাদি কবম্মা কোনুংদা নুংঙাইনা লৈহৌগনি? অসিগী ৱাখল লাকপা মতমদা সীতা ওইবিবী চন্দ্রাদেবীনা খল্লম্মী –বাধাচবণনা বনদা চৎকদৌবি, কবম্মা চন্দ্রা মহাক্তি শ্রীথিয়েটব য'ওদুনা লৈহৌগনি?

লীলা শান্নবা মতমদা চন্দ্রাদেবী মশামক্লা মশাবু চন্দ্রামক্লি হাযনা খল্লে অদুগা ভাবোক্লা চন্দ্রানা সীতা শাবি হাযবা কাউখ্রদুনা সীতামক থোবক্লে হায়না খল্লে।

মনক অসিদা কবম তৌবি? বাধাচবণগীসু চন্দ্রাদেবীগী বাখল অদুমক্লি।

বাখল অমতগী মখা পোন্দুনা তৌথোবকপা অভিনয অদু উবদা ভাবোক্কী অমুক্তং নুংঙাইবা হাযবদু যৌবে।

লীলা লোইবে, ভাবোক মযাম ৱা-ৱা লাউনা নুংঙাইদ', ফজখ্রেদা হাযনা থোক্লখ্রে।

অসুম তৌবিঙৈ তাঞ্জা অসিদা নাবাণ মেনেজবনা গ্রীণ-কমদা চংলক্কুনা বাধাচবণগা চন্দ্রদেবীগা অনিমক্তা ঙাগৎলম্মী অদুগা হাযবকই —ঐনা নহাল হাযদ্রা, চহি অমগী থোকপা শেল লীলা অসিমতনা থোক্কনি হাযনা।

মেনেজবনা উবদি কনানা কক্কনি?

বাধাচবণনা অসুম্না হাযববা মতুংদা অমুক মেনেজবনা চন্দ্রাদেবীদা হাযবম্মী— চন্দ্রা, নং ঙসিদি চন্দ্রা ওইখিদ্রে সীতানি সীতা ওইখ্রবনি।

চন্দ্রাদেবীনা মপুক্লিংদা অকীবা অমা যাওনা মেনেজবগী বাদু তাবম্মী। অদুগা মথন্তা অসুম্না খল্লম্মী— চন্দ্রা চন্দ্রা ওইদ্রে, সীতা ওইখ্রে। সীতা ওইখ্রবী ঐনা চন্দ্রা অমুক ওইবা ফংলবোইদ্রা?

মেনেজবসু তুমিন্না যেংদুনা লৈবম্মী। অদুদগী ঙাইহাক খল্লবগা হন্থবকপা কালদা চন্দ্রাদেবীনা খুন্নম্মী— তাদা, ওজা ফবর্ননি। তাদনা মেনেজব ওইবমদ্রবদি ঐখোযনা কবি হৈদুনা অসুম্না উৎপা ঙমগবনো?

নাবাণনা—অদুদাগা খংদে, হংচিৎ অমুক শান্নগনি। হন্দক অনিবক অসিনা শ্রীগী চহি অমগী শেম্মোক যৌগদৌবিবনি।

ফনি, বামগী কৃপাদগী হোৎনবা হায়দুনি। অসি হাযদুনা চন্দ্রাদেবীনা মফী-মবোন্নচিংবা লৌথোক্কদৌবগী হোৎনবম্মী।

নাবাণ থোকখ্রে। বাধাচবণনা ফী লৌথোক-লৌথোক্লা হাযবম্মী —ঙসিগী মতৌদু হংচিৎ অমুক থোকউ য়াবোই। নংগীদি খংদে চন্দ্রা, ঐগীদি মতুংদা অদুম তৌ হাযবা শুকযা যাববোই।

চন্দ্রাদেবীদি মবম খংলমদে। অদুনা হংলম্মী—কবিগী য়াবোই তাদগীদি? নশানা লীলা হৈবনি, অদুগী

মথক্তা লাইবিকসু নশানা লেংজবনি।

মদু নত্তে মদু নত্তে চন্দ্রা।

অদুদি কবিনিনা?

মদু ইনৎ-নত্তবা অইন্‌বা অমনা ইন্দুনা তৌবনি। মদুদি ঐ নত্তনা ঐনা হায়দোক্তুনা কনামতনা খংলোই চন্দ্রা।

চন্দ্রাদেবী তুমিন্না লৈবম্মী। কবি ওইবিগবা হায়না খল্লম্মী। মহাকতৌনা বাধাচবণনা লীলা থোকপা মতমদা ৱাখল খনববা হায়নসু খল্লম্মী। অদুদগী মহাক্না খুলম্মী।

হোয় চুম্মি, তাদা নত্তনা তাদগী পুক্লুংদগী ৱাখল কনানা খংনি? অদুমকপু —

নোকম্মি নোকম্মি তৌবদুনা বাধাচবণনা হায়বম্মী— অদুমকপু হায়দি নংণ্ডোন্দা হায়দোকউ হায়বিববা?

হুম হায়দে, হায়দ্রবসু মদু খংফম থোকপা মীদি মবাইনা খংজবমগনি হায়দিমা।

বাধাচবণনা ৱাসি তাবদা শক হঙ্গল্লম্মী। চন্দ্রাসু মাদৌনা ৱাখল অমনা পুদুনা সীতা শাবনা পানবা ঙম্লিববা হায়না খল্লম্মী। মহাক্কী থম্মোইনুংদা চন্দ্রাদেবীবু নুংশিবগী মৈ অদু কন্না চাকপা হেল্লম্মী। মৈচাক কনবগা লোয়না লোয়ননা চন্দ্রাদেবীবু মহাক্না অৱাবদা তাহনগদৌনিববা হায়না খনবা হেঞ্জল্লম্মী।

অদুদগী বাধাচবণ-না খুম্লম্মী—-চুম্মি চন্দ্রা নংনা হায়্নিদ। খংফম থোকপা মীদি মবাইনা মদু খংজগনি।

মী অদু কনা ওইবিগবা ? মবাইবক ফংনা ফবিনিদা তাদা।

হোয়, ফৈ হায়না খল্লগা ফবা, ফত্তে হায়না খল্লগা ফত্তবা।

'ফত্তে হায়না খল্লগা ফত্তবা' ৱাহৈ অসি চন্দ্রাগী থম্মোইদা থং লাউনা পাল্লম্মী। অদুগা মানা খল্লম্মী হৌজিক ফাওবা বাধাচবণনা মহাকপু থাজদ্রি হায়না।

অদুদগী মানা তকশি শোল্লম্মী—-অং খংই, নুংশিৎ শিংলকপদা ঙাইবিদুনা চেন্দে হায়বা উনাশুম্না নুপী কয়াদমক নংনা নমিত্তা উজকবে। নৎত্রবদি নোংলৈ নুংশিৎ কয়ানা ফাওবা শম্না অমা ফাওবা লেংহনবা ঙমদবা নুপী লৈ হায়সি মতমগী মতুং ইন্না খংলক্কনি হায়না চন্দ্রাদেবীনা মপুক মনুংদা হায়জবম্মী।

বাধাচবণলোমদা ওনশন্দুনা চন্দ্রাদেবীনা হায়বম্মী— তাদা, হংচৎ অসি নকমন্দ্রা?

নক্লে—-নক্লে, লাপ্লে—-লাপ্লে।

অদুবু হায়বনা চুমদ্রা মেনেজবদা?

মানা হায়গদবনি ঐখোয়না তাগদবনি।

খংদ্রেনে তাদখোয়গী পাখোং অসিনা।

মাগী ৱাসি তাবদা বাধাচবণ নোক্লক্লে অদুগা নোক্না নোক্না হায়বম্মী— মদুনা পাখোং ওইনবদি জগৎ অসি পাখোংগী মহুম্নি।

অদুবু তাদা অমুক্তংদি হায়দুনা য়েংসি?

ঙাইখো চন্দ্রা, নং থবক কয়া চিনবগে?

কবিমতা চিন্দে।

অদুদি কদৌই হংচিৎ শান্নবগা?

হংচিৎ শান্নদ্রগনা কদৌই?

শেল মাংই থুনা ফংলোই।

কনাগী?

মেনেজবগীনিদনা কনাগী ওইনি।

ফবে শান্নবা হাযদুনি—অসি হাযনা হাযনা চন্দ্রাদেবীদু মাগী ফি লৌথোক্লম্মী।

বাধাচবণসু হুই খোংল খোংলদুনা মর্ফামবোল লৌথোক্লম্মী।

মবক অসিদা অমুক মেনেজব নাবাণ অদু নোকখি নোকখি তৌবদুনা চংলক্লম্মী অদুগা ৱা হংলকই—হংচিৎ অসি শোযবা যাদ্রেকো, ঐহাক মী খবদা পাও পিথোকখ্রে। যাম্না ইকাইনবা মফম্নি। শোযববদি মখোযনা ঐবু কবিনি হাযগনি?

অদুদগী বাধাচবণদা ওনশন্দুনা হংলম্মী —বাধাচবণ বাবু ঙসি লীলা নুংঙাইবগী ৱাদি ঐনা ঙসাইনা হাযখ্রে, অমুক হল্লুদুনা কান্নদে। নখোয অনিগী নতৌনা লীলা মহৈ যানবনি। অদু বাধা বাবুগী লাইবিক্কী ৱাদি ঙাংনদ্রি।

লাইবিক্কী বা হাযবদি বাবু?

লীলা যাওবা মীনা ঙাকসু চৎনদে লাইবিকনসু ঙাক চৎনদে। অনিমক ফৎত্রবদি।

মেনেজব বাবুনা হাযবিবিববু লাইবিকসু ফবনা লীলা নুংঙাইখিবনি হার্যবিববা?

অং মানি মদুনি।

য়েঃ, মদু নুংশিবিবগী অদুক হাযবির্বা। ঐনা ইবা লাইবিক্লবু কবি ওইগবনো?

থাঙ্গেশেংবনি।

বাধাচবণ মোমোনদমক নোক্লম্মী কবিমতা হায়বমদে। অদুদগী মেনেজব নাবাণ-না হাযবকই—বাধা বাবু, লীলা মহৈ যাল্লে, হৌজিক্তি লাইবিক্কী দক্ষিণা তৌদনা লৈথোকপা চুমদ্রে। মহৈ যান্দ্রবদি দক্ষিণা পিফম থাক্তে। হঁ হ, মদু হাযবা নত্তে। মহৈ যাল্লবমক্তদা ঐনা খংশন্নদনা লৈবা চুমদে হাযনিমা।

বাধাচবণ অদু তুমিন্না লৈ, ৱা খুমলমদে। মবক অসিদা চন্দ্রাদেবীনা হাযবকই— লাইবিক্কী দক্ষিণা কযা পিবিগে হাযবিবা?

ইতপ-তপ্পা নাবাণনা খুল্লম্মী- ঐনা খনবদি লুপা চামঙাদং পিগে খল্লি।

মদুদি যামদেদনা তাদা।

ইবেম্মা, যামদে, যামদে, চুম্মী নংগা হাযবা। অদুদা ঙসিগাদমক্তনি।

অদুদি তাদনা হার্যবিসদি শান্ন খুদিংগী মমল পিগে অসি নংত্রা?

অং মানি।

অদুদি যাইদনা, কবি হার্যবিবিবা তাদা বাম শাবনা?

বামগীদমক সীতানা দালালি তৌবদি অতোংবদা ওইবসু ঙাইদনা। মদুদা বান্না মখোই হার্যনিঙাই কবি লৈবগে?

মেনেজব নাবাণ না নোক্ল-নোক্লদুনা হংলর্ম্মী—অদুদি বাধা বাবু যানবেদনা?

অহোয যাজবে।

অদুদগী নাবাণ-না ফুবিৎখাওদগী লুপা পুথোক্লুনা পিবম্মী। মদু বাধাচবণনা লৌবদা চন্দ্রাদেবীনা হাযবকই—পৈশা ফংলে। সীতাগী দালালি কাউবা যাদেদো।

অদুদা বাধাচবণ-না লুপা তংখাই অমা দালালিনি হাযদুনা' পিবম্মী।

চন্দ্রাদেবীনা য়ামল্লে হাযদুনা যাবমদে।

মখোয অনি চিংনবিবদু উবগা নোক্ল নোক্লদুনা মেনেজব নাবাণ অমুক থোকখ্রে।

চন্দ্রাদেবীনা অদুদগী হাযবকই— বামগা শেল সীতাগী শেল হাযনা লৈতে।

বাম-সীতাগী মবল!

অসি হাযনবগা মখোয অনি ফাক্ ফাক্ লাউনা নোকমিন্নবম্মী।

অদুদগী চন্দ্রাদেবীনা হাযবম্মী - সীতাগী মবলদি বামনা যেংবিফম থোকই অদুনা ঐগী ওইবসু ঐঙোন্দা থম্বা ঙম্লোই। অদুগা ঐনা সীতা ওইবা তোক্তুনা চন্দ্রা ওইবব-অমা লুপাদুদা ঐগী হক লৈত্রে। মসি কাউনবা যাদে ।

মখোয অনিমক থরায তানা পংনোক্তা নোক্লম্মী । ফাঁবোন লৌথোকপা লোইবগা মযুমদা হনখ্রে।

## ৪

নাবাণ মেনেজবগী মযুমদা মনাওবীসিংহ লাক্তুনা স্নাবী শাবৈ। নাবাণনা মহাকপু তবাম তবাম কৌশল্লদুনা হাযবম্মী —মনাও, হন্দক অনিবক বাম্না বন-চৎপা শান্নবসি ওম্প্লোক্লা মিংচৎ ফংবা অমনি।

মানি মেনেজব বাবু। কুম-অমগী শেম্প্লোক লোইনা থোক্লিবা লীলা হাযবসিদি এগী মুক হাযনীংদাই লৈবি ।

বাধাচবণগী লাইবিক মমলসু অনিবক অসিদা লপা লিশিং অমা পিথ্রবনিদে।

মাগী শেল অদু মপু ওইবা মুন্নবি হাযনা তাই।

কনা কনা—নাবাণনা হাথু হাথু হংলম্মী।

কনা ওইগনি, নাগব নাগবী অনিনিদনা!

হেবা নংগী নাগব-নাগবীগা খংদে। মমিং হেক্তা হাযযুবা।

হুম ফত্তেদা, মীগী মবল থম্বগী স্নাবু ঐখোযনা ইশিল ওইনা ঙাংনদুনা কান্নদে।

মদুদা নাবাণ শাওনীংলদুনা অমুক কয় হংলম্মী—মনাও নং অসিনা তৌবিশে' অমকসু হৌদোক্লগা, হেক্তা মহাযযুবা।

স্নাকায ওইববদি স্নাসি পংঙাং ঙাংবা ফত্তেনে মেনেজব বাবু।

মনাও, নহাক্তি অঙাংনি, নংনমুক ঐঙোন্দা পাওতাক পিদনা কান্নদে। নংদুম ঐগী পাওতাক তাগদবনি।

মনাও-না কীবক্লদুনা হাযবম্মী—মেনেজব বাবু, ঐ হল্লগে, কাইদা চাবোইদৌবি। ঐদি অসুম চুম্না স্নাবী শাবা লাকপনি। অদুদা অসি যৌশল্লক্লবদি ঐ তৌফম খংলোইদৌবে।

নাবাণ বাবু শওনীংবা হেনবদা নত্তনা মপুক্লিংদা চিংনবা পোক্লক্লে। কবিগী মহাক্লা তাবা যাদবা থবকপু বাধাচবণ-না তৌফম থোকই। মঙোন্দা শোযদনা অকাইবা অমা থোক্লকপা তাই হাযনা নাবাণনা খল্লম্মী।

অদুনা মনাওবীদা কল্লপনা হাযবম্মী

মনাও,নং ঐবু নহাক্কী মেনেজবনি হাযবা কাওবমাল্লে!

কাওদে কবিমতা।

অদুদি কবিগী ঐনা হাযযু হাযবগা - '

লীলাগা মরী লৈতবা ব্রাদি ঐনা লীলাগী মেনেজরদা হায়নীংলগা হায়বা য়াই হায়নীংদ্রগা হায়দবসু য়াই।

করি হৌজিক লীলাগী লাইরিক মমলগী ব্রা অদুবু লীলাগা মরী লৈনদে করম্না হায়গেগে?

করি ব্রানোনে মেনেজর বাবুনা হায়রিদুবু?

অওইবনিনে ঐনা হয়রিসি, করিদা মরী লৈনদ্রিবনো?

রাধাচরণগী মখুৎ য়ৌখ্রবা মতুংদগী মাগী মরন্নাই শেল ওইখ্রে। অদুদগীদি মদু লীলাগী শেনগাও শেলদি হায়বা য়াগদ্রা?

খংদ্রে, মনাওবী, নংনা পণ্ডিতকী মওংদা ব্রা ঙাংগদৌগী হোৎনরিবা। ঐখোয়সু ইচম-চম্না অদুক ফংনীংদুনা হংলগা—।

অদুবু রাধাচরণ হায়সিদি ময়ুমদা নুপী লৈবা নত্তেদো!

অদু ঐসু খংইনে। অদুননিনে ঐসু হংলিবা।

মানা নুপী কোয় হায়বদি অফবা ব্রা নত্তেদো। ঐনা ঙসাই চেকশিন্দবদগী ব্রা অকায়বা অমা হৌদোক্লুদুনা তৌরিবনি।

মানি মানি। অদুবু নং ঐবু থাজদ্রা?

করিগী থাজরোই?

অদুদি হায়য়ুদনা কনা কনানো রাধাচরণগী শেল মুন্নরিবদো?

ফবে হায়রগে, অদুগা ঐঙোন্দগী থোকপনি হায়বদি য়াদেকো মেনেজর বাবু।

কনাদা হায়রুগবনো মনাও! ঐখোয় অদুক মীওইবগী হৌনবা খংনীংদুনা তৌবনি। হায়য়ু তাসিনে, কনানোনে মী অদুবু?

চন্দ্রানি ঐনা তাবদি।

মেনেজর নারাণ-না ফাক ফাক নোক্লুনা হায়রম্মী—অদুবুদি ঐসু চিংন চিংনদুনা লৈরিবনি।

করম্না চিংনরিবা?

নহাল দালালি লুপা তঙ্খাই অমা লৌ হায়দুনা রাধাচরণনা পিরম্মী। চন্দ্রাদেবীনা লৌরোই য়াম্মল্লি হায়খি।

মীদি কনামতা মখোয়গী মনাক্তা লৈতে হায়ববু মী তাখিনি হায়বা মতাগুম মনাওবীনা তুমিন্না হায়রম্মী—শোয়দ্রবনি, মখোয় অমতা ওইরবনি।

মেনেজর নারাণনা কল্লপ-কল্লপ্না হায়রম্মী—করি, করি, করি মনাও, অমতা ওইরবনি হায়বা। কয়া কুইরে?

মনাওবীনা থক্-থক্ নিক্লা খুন্নম্মী—ফনা কুইরমাল্লে।

ঐখোয় ইশেল ঙাংনবদি ঙসি ঙরাংদগী ব্রা নত্তে।

রাধাচরণ, রাধাচরণ, মথন্তগী মরাল নত্তে। চন্দাদেবী, নহাক্কী নরালসুনি।

নারাণদু মচিন্বান চিক্লুনা ঙাইহাক মরু-লুকথনা লৈরম্মী। অদুগা অমুক হায়রকই—

ঐগী থিয়েটরদা অসিগুম্বা লমচৎ নাইদবা ! ঐ করিমতা য়ারোই, য়ারোই অদুম্না তৌবা। মখোয় নত্তনা লৈবাক অসিদা মী লৈত্রবরা? লৈ লৈ, য়াম্না লৈ। অপারনি ! ব্রাৎপা নত্তে। তোকচশনু মখোয়নিমক। অদুগা ঐগী অসিদি লমচৎ নাইদবগী মফম ওইবদি ওইহল্লোই। কবি হায়গে মনাও? নংসু মুন্না খন্দুনা য়েংউ।

অদুদগী শাওবনা মমায়-মমিৎ ঙাংশং ঙাংখ্রদুনা প্রী-প্রী পাখৎতুনা লৈরম্মী। মাগী মমাংদা চুরুপ উপু

তাবম্বদুদগী মচৈ অমা লৌথোক্লগা চমগে তৌনা তৌনা অমুক হাযবম্মী—তাউ মনাও, ঐনা হাযবসি কযামুক কায হাযনা নংসু খল্লু। মখোযনা ওক্লগা বদনাম্না ঐঙোন্দা ঐগী থিযেটবদা—শোযদবনি।

মনাওবীনা তপ্না অমুক খুন্নম্মী—মেনেজব বাবু, ঐখোযনা থাংঙৈমক শেংনা উৎ খোৎলুবা নত্তে, অদুক মী মযাম্না অমগা অমগা ভাংনবগী তৌবনি।

অদুবু নুংশিৎ শিত্তনাবা উনা লেংববনে?

মদুসু চুম্মী।

অদুদি কৈদৌনা অমুক—

অদুদা অহানবদা তৌনু-খোৎনু হাযদুনা হাযবিবনা ফৎত্রা?

নাবাণ খবা হন্দবে অদুগা হাযবকই – চুম্মী, অমুক্তং হার্যাবদুনা যেংগে। মতুংদা অসুম তৌশল্লক্লবদি ঐ মখোযবু থম্বা ঙম্লোই। মখোয শোযদনা তোক্কদবনি।

অসি হাযদুনা চুবপ অমুক চিংদুনা কোইযেং যেংলম্মী।

মনাওবী বিদায লৌদুনা মযুম হনখবে।

৫

শ্রী থিযেটবদা নাবাণ-না মযাম তিল্লিবা অদুদা বাধাচবণ যাওববা হাযনা গোংদিদা লেপ্তুনা কোইযেং কোইযেং যেংলম্মী।

মানা থিবা মী উবদুনা হাযবকই—

বাধাচবণ বাবু ঐগী কাদা অমুক্তা লাকপিউবা।

যাম্না ফনি।

মেনেজবগী কাদা চৌকি অমমমদা নাবাণগা বাধাচবণগা ফম্মী। নাবাণ না বা হৌনকই- বাধা বাবু, বা অমা হংনীংই।

হংবিউ কদৌগে?

অদুদা . . ........... . চিংনা চিংনা নাবাণনা পাক হাযদোকপা ভুমদদুনা তৌবম্মী। অদুদগী অমুক হাযবকই—ঐনা হাযদৌবিসি ব্রা যাম্না লুবাদা।

অদুদনে বাধা বাবু, ইমিৎনা উবা খংবা নত্তে, না-না ভাবনি। অদুসু কযা যাম্না অচম্বনো হাযবা যানা তাবা নত্তে।

অদুবু কদৌগে হেক্তা হাযদোকপিউ।

বাধা বাবু অশেংবা খুম্বিউদনা?

বাধাচবণ তাবদমক তাবম্মী কবিমতা খুন্নমদে। অদুদা নাবাণ না অমুক হাযবকই শেংনা খুম্বনা ফৈ। নত্তনা ফৈবেং তুবেং তৌববদি ঐদি শাওবগী লোই-খম্বা নাইবোইদবনি।

মাগী ব্রাসি তাবদা বাধাচবণ-না খল্লম্মী —

কবিনো মসিনা তৌ শাবিসিবো। মাগী থিয়েটব যাওই হাযদুনা মীগী অথুপ্পা বাস্ ভাংনা যাদে হায বিববা। মদুদি কদাই য়াগদগে?

অদুদগী ফোংনা হাযবকই—মেনেজব বাবু, কবি ব্রানো অদুদা হান্না হার্যবখে। কবম্বা নুমিত্তা ঐনা

মীনম্বা ৱা হায়খিবা লৈবগে?

লৈতে চুম্মি। ঐ নোংমতসু মীনম্বা বা বাধা বাবুনা ঙাংবা তাখিদে। অদুদা ওসি ঐনা হংদৌবিবা ৱাসিদি অচুম্বা পাউখুম ফংগদবা ফংলোইদবা হায়না যাম্না চিংনৈ।

কবিমতা চিংনবিগনু, ঐ অসি শক্তি ওনবা যাই, পুকচেলদি হান্নগীগুম লৈবি।

নাবাণদু মপুক্লিংদা নোক্লম্মী। ওম্ভোক্লা কন্না চাওথোকচবা শাবিদা হায়না খল্লম্মী।

অদুদগী ইতপ-তপ্পা হায়বকই —ফবে, অদুদি ঐ হংলগেকো?

যাম্না ফর্নি।

মীনা অসুম হায়বগী হংর্বনি। ঐদি কবিসু খংবা নত্তে।

কবিনোনে যাম্না চিংনবিবিবা অসিবো। হেক্তা পাক হায়বিযুনে।

মীনা হায়নে বাবু নহাক্কা চন্দ্রাদেবীগা অনি অসি ......................

মখা তাগে তৌবকপদা বাধাচবণ-না খুল্লকই— যেঃ, যেঃ, অদু ওইবেকো। হায়সন্ কদৌগে।

অদুবু অচুম্ববা?

কবিগীনো মেনেজব বাবুনা অসুক মুন্না হংবিবিসিবো?

অসি তাবদা নাবাণ অদু শাওবপ তৌবম্মী। অদুবু শাওর্বদি ফত্তে খনবদা হায়বকই---ঐগীদি হংফম থ্যাকই অদুর্নানে।

ওঃ, অদুদি চন্দ্রাদেবীগা প্রেম-লাংদা থুবা মী অমবা মেনেজব বাবুবো?

নাস তাবদা মেনেজব নাবাণ শাওবা ফাবা ওল্লমদে। অদুনা খোন কল্লপ্পা মায ঙাংনা হায়বকই— অদুগুম্বা বা অদু অনিবক হন্না হায়নু বাধা বাবু। ঐ লমচৎ নাইদবা চৎকে হায়দুনা শ্রী লিঙ্খৎপা নত্তে।

বাধাচবণসু মপা চানা শাওবল্লে। অদুনা অসুম্না খুল্লম্মী— অদুদি শ্রী থিয়েটর্বগী নুপী অমতা মযুম পানবা ধাদে হায়বিববা?

নাবাণ কবিমতা খুমদে। তুমিন্না লৈবম্মী। অদুদগী বাধাচবণনা অমুক হায়বম্মী—লীলা যাওবগীদমক তলব ফংর্বনি। যাওদ্রগা জেলদা লৈবদি লৈবোইদনা। তলব ফংদে অদু মঙাইদনা?

অদুদি বাধা বাবুনা হায়বিসিদি ঐনা তাবকপা ৱা অসি শোযদ্রে হায়বনিদনা।

অং মানি, অং নত্তে।

কবি পাউখুম্লো অদুবু, মানি, নত্তে।

অদুগী অর্থ খংনীংববা বাবু?

খংনীংই।

অদুদি তাউ।

চন্দ্রাগা ঐগা নুংশিনবগী হায়কুবদি চুম্মি। অদুগা মী মচাদুমা বদনাম তৌর্বাদি পামদবনা 'অং নত্তে' হায়বনি।

বদনাম ! কবিগী ইকাইবিবা?

মেনেজব বাবু, নশাগী বদনাম ওইনি হায়দি কীবগা অতোপ্পা মীগী বদনামদি কীদবা? কবি ধর্ম্মনো? ঐখোয অনি নুংশিনবদনি। অদুনা অওইবা ওইখিনি হায়সু খংদ্রি। খংদ্রিঙৈনা মযাম্না ঙাংনবা হৌবিববদি কনাগী অমাংবনো, মযামগীবা, চন্দ্রা ঐখোযনিগীবা?

অদুননিনে ঐনা হংলিবা। চুমদবা ওইববদি মীৱা ঙাংনবিবশিং অদুগী মৱা তাবোই।

মখোয় অনিমক তুমিন তুমিন লৈনবে, অদুগা হনসু হম্ভনবক্লে। অদুদগী বাধাচবণনা হাযবকই—

মেনেজব বাবু, ঐদি মীনম্বা ৱা ঙাংলোই হায়খিবদুনি। শোযদবনি ঐখোয অনি নুংশি থৌবী অমনা পুল্লবনি। অদুদা মহাক্তি নুপীমচানিনা ইকাইদুনা কবি হাযগদগে খংদে।

ঐ মঙোন্দদি কবিমতা হংলোই।

মদুসু মেনেজব বাবুগী খুসিনি।

হুম্ ঐ হংলোই, মা যাম্না ইকাইগনি। অদুগা ঐনা অসি হংবগী মবমদি অতে কবিসু নত্তে অসিনি।

হাযবিযু।

ঐনা চন্দ্রাবু মাগী পুন্সি অসি ঐগী শ্রীগীদমক যুম পান্দবমখৈ লৈযু হাযবা নত্তে। বাবুখোযনা তৌবিবা কর্ম্ম অদু হুবান-লান্না হাযদুনিদো। হাযন খোৎনা তৌদুনা ফোংনা লুহোং-কৈহোং তৌদুনা লৌন লৈনববা অমা ফৈদো। মদু নত্তনদি মীনা তাবগা খংলগা নখোয অনিদবু বদনাম তৌবগা তোক্লোইদো। মীগী মচিন পাযদুনা মেনবা ঙম্বা নত্তে। বদনাম অদু শ্রী হাযবদি ঐ যাওনা শরুক যাদবা যাবক্লোইদো। অদুনা বাধা বাবুবু লোন্না অসিদা কৌশন্দুনা তান্নসি হাযবনি।

তপ্পা বাধাচবণনা হংলকই—অদু ওইববদি ঐবু কবি তৌজৌ হাযবিবা?

মসি যাদি যানীংলোই, যাববদি মসি ঙম্বা অসি তৌনুসিবা বাধা বাবু, কবি খনবগে?

ঐ হৌজিক কবিমতা খনবা ঙমদে বাবু। মতুংদা ..... . .

অসি হাযবগা বাধাচবণ মখা তাথবমদে। নাবাণ না ইঙক-ঙক্লা যেংদুনা লৈবম্মী।

বাধাচবণনা অমুক হংলকই—

মসিদা ঐখোযনা ঙমদদুনা তোক্ত্রবদি মেনেজব বাবুনা কবি তৌবিগে হাযবা?

ইচিন-ইবৈ অসিনা পনবা ঙমদ্রে।

অদুক যাম্না লুনা খনবিগনু মেনেজব বাবু, অপাম্বা অমা হেক্তা তৌবিযু। ঐখোযগাদমক বদনাম ফংবদি চুমদে। ঐ হেকমক হাযজগে। ঐখোযবু শ্রী থিযেটবগী সার্ভিস্ তোকউ হাযবা নৎত্রনে?

নাবাণনা মানি-নত্তে অমতা হাযবমদে, অদুম তুমিন্না লৈবম্মী।

বাধাচবণনা মহাক্কী তুমিন্না লৈবদুগী অর্থ লৌনীংবা লৌদুনা লৈবম্মী।

কনামতগী মচিন্দগী ৱা অমতা থোক্লমদে। কা অদু ইচিক চিকলম্মী। মদুগী তুংদি কনি ওইবদগে হাযবা বাধাচবণদি খংলম্মী অদুগা নাবাণদি লেপফম খংলমদে।

ঙাইহাক তুমিন লৈনবগা বাধাচবণনা চৎলগে হাযদুনা লীলাতম্বা কাংবু মবক্তা চৎখবে।

## ৬

মদুগী নুমিত্তা লীলা তম্বা কাযনবগা বাধাচবণ মযুম হল্লমদ্রে। ৱাখল অকম্বা অমনা বজ্র তাবমুক ৱানা খন দুনা মশাদু লুমথাবম্মী। অদুনা মশাদু শ্রো-শ্রো চিংদুনা চন্দ্রাদেবীখোইবোমদা থুংলুবে।

চন্দ্রাদেবীনা বাধাচবণগী শুকথবা মাযথোং অদু উবদা মপুক্লিংদা অকীবা অমা পোক্লম্মী । মখোয অনি ফক অমদা ফম্মিন্নবদুনা লৈবম্মী। চন্দ্রাদেবীনা চুকপ অমা থকউ হায়না পিবম্মী অদুগা বাধাচবণগী মায়থোং অদু মিৎ-কুপ্তবমখৈ যেংদুনা লৈবম্মী।

বাধাচবণনা চুকপ অদু লৌদুনা চন্নগা নুং শা শোব মপি শাংলবা অমা হোল্লম্মী, ব্রা কবিমতা হাযবমদে, তুমিন্না অদুম লৈবম্মী।

চন্দ্রাদেবীসু যাবিবা মখৈ কবিমতা হংদনা লৈগে নিংলম্মী। তৌবগীদি কবি মবমগী বাধাচবণনা মাযথোং মকশিনবা হাযবদু যাম্না খংনীংলম্মী।

চুকপ অদুমা থক্কুম-থক্কুগুম তৌদুনা লোইথোকখ্রে। অদবু চন্দ্রাদেবীনা বাধাচবণগী ব্রাহৈ অমতং তানবা নোঙ্গৌবীনা নোং ঙাইদুনা লৈবগুম লৈবম্মী।

কবিমতা হৌদোক-লক্কুবা অদুদা খাংবা ঙমদ্রদুনা চন্দ্রাদেবীনা বা হৌবক্লে। মানা হংলম্মী—তাদা, কবি তৌবে, তুমিন্না লৈববদি?

বাধাচবণনা ব্রাদু তাবদা নুংশা-শোব মাপ অমতং হোল্লম্মী। খুম্বদি কবিমতা খুম্লমদে।

অদুদা অমুক চন্দ্রাদেবীনা হংলম্মী — তাদা, যেংবদা যাম্না নুংঙাইত্রে, কবি তৌববগে?

অদুদসু বাধাচবণ কবিমতা খুমদে। চন্দ্রাদেবীনা অমুকসু ইতপ তপ্না হংলকই —ঐ অসি তাদা নংগী অবাবা শকক যাবা মীনি হাযনা খনবা ঙমদ্রা? হাযযুবা কদৌগে?

নুংবংনগে মতৌগুম লৈবম্বা বাধাচবণ লেংদবা ঙমলক্লে। অদুনা খুম্লকই —ইবেম্মা, নং লৈনে' নং লৈ হাযবদুনা নংঙোম্দা অব্রাবা শকক যাহন্নিংদে।

কানিগীনো তাদা?

নুংশিবগী মথৌদি নুংঙাইহনবনি।

মানি, অদুনা ঐসু নংবু নুংঙাইহনবা যাববা যেংগে তৌবনি।

মানি, অদুনা ইবেম্মা ঐসু নংগী নুংঙাইবা থুগাইনীংদে।

তৌনু তাদা, ব্রা লোৎকনু।

অসি হাযনা হাযনা চন্দ্রাদেবীনা চুকপ অমমুক পিবম্মী। বাধাচবণনা মদু লৌবগা চন্নম্মী।

বাধাচবণ না তপ্না তপ্না হাযবম্মী— ইবম্মো, নংগী নবা তাদ্রে, ঐ ইথন্তনা ঐখোযনিগী ব্রা হাযদোক্লম্লে।

মনুংসু মপানসু চন্দ্রাদেবীদো নুংঙাইতবদি লাইবদুনা নুংঙাইজবম্মী। অদুনা হাযবকই -

কবি ব্রানো তাদা?

হাযবোবা চন্দ্রা?

অহোয তাদা।

ঙসিদো—

অং—

মেনেজবননে চন্দ্রা,

অং—

ঐখোয অনিগী ব্রা তাবে হাযবকই।

অদুবু কদৌগে?

অদুদনে ঐনা হায়দোক্লম্লে, চুম্মি হাযনা।

ফৈ কদৌগে?

নংগী ইকাইনি ইকাইবোই হাযবগী ব্রাদি খাক্লমদ্রে।

খাক্তসনু, কবিগী খাক্লুনি।

নং শাউবা যাদে হায চন্দ্রা। অচুম্বা ব্রা লোৎনীংদদুনা তৌবনি।

চন্দ্রাদেবীনা খল্লম্মী—মহাক হৌজিক ফাওবা মপুং-ফানা বাধাচবণগী ওইদ্রি, অদুনান মঙোন্দা শাওবা যাদে হাযবিবা অসি।

বাহৈ অসিগুম্বা তাবগী লাইবকথীবা অসি কনাগীনো হাযবা মফম খংলমদে।

চন্দ্রাদেবীনা অদু তাবদা খুল্লকই- শাওফম থোক্তে, অদুগা শাওসু শাওনীংদে।

চুকপ চিংনা চিংনা বাধাচবণনা অমুক নুংশাশোব মপি অমা হোল্লম্মী। মৈখু শাংনা কামথোক্লগা চন্দ্রাদেবীদা অমুক ব্রা হাযবকই --

চন্দ্রা, ব্রা অসিনা লোইদ্রি।

কবি ব্রানো হাযবদু চন্দ্রাদেবীনা খংবা শাবম্মী,অদুনা মোমোন মোমোন তৌবদুনা খুল্লকই -

ঐ খল্লি তাদা, তাদনা ব্রা তম্বদা চিংথবি হাযবা।

তমগদবদি লোইবে, অদুদা নংঙোন্দা

ব্রা লোইবা ঙমদনা চুকপ তাম্থি কম্থোকপগা লোইননা মখৎ কন্না কল্লম্মী, অদুগা তুমিন্না অদুম লৈবম্মী।

চন্দ্রাদেবীনা হংলম্মী—তাদা, ঐঙোন্দা কবি হাযগদৌদবা'?

হুম, হাযববোইদা চন্দ্রা'

চিংনগনুদা তাদা।

চিংনবা নত্তে'

অদুদি কদৌববা'?

ঐগী ইথৌ নত্তে।

চন্দ্রাদেবীদু ব্রাসি তাবদা মবুক্লিং থোইবাংলম্মী অদুগা শাওসু শাওনীংলম্মী। অদবু মাগী শাওবা অসি নুংশিবদগী পোকপনি। অদুনা বাধাচবণদা কবি থোইদোকপা অকিবা পোকপা যাবা নংলমদে।

শাওবপ তৌনা চন্দ্রাদেবীনা হাযবকই – তাদা, ইথৌ নত্তে হার্যসিবো কবিনো? ঐগা মবি-লৈবা থবক্তো তাদগী নথৌ নত্তবা লৈত্রে হাযবা মতম কুইববনি। অদুগা..........

চন্দ্রা, নখোযগীদি ইমা লৈবি।

চুম্মি লৈবি, মমা-মপা লৈবা নুপীনা মাগী মথৌ-পুম্বা মাগীনি হাযবা নিপা অতে পা অমদা শিন্নে হাযবা ধর্ম্ম অদুদি কদাইদা মাংখবে'?

চন্দ্রাদেবীগী ব্রাহৈ অসি তাবদা বাধাচবণ নুংঙাইবা খবা ফংজবম্মী। অদুগা মানা হাযনীংবা বা হাযবদা অপনবা অমতা লৈবোইদৌবিববা হাযনা খল্লম্মী।

চন্দ্রাদেবীনা হাযবম্মী— তাদা, মেনেজব বাবুনা ঐখোয অনিবু তাম্থোক্কনি হাযনা নৎত্রা'?

মানি চন্দ্রা —যাম্না তপ্না হাযবম্মী।

কেৎলে, যাম্না ফবে।

হাযগনু চন্দ্রা অদুম্না।

হাযনি তাদা, নপান্না হাযবা ফংলির্বানি। মাগী থিযেটব যাওদবা যাই। নিংনন ইশান্না মর্ণদি মানা পিবা চম্বা নত্তে।

চন্দ্রা—

তাদা - -

যাম্না তপ্না চিংনা চিংনা অমনা কৌবস্যা অদুগা অমনা খোম্থাং মপা চানা খুল্লস্যা।

চন্দ্রাদেবীনা অদুদগী ঙাইহাক তুমিন লৈরুবগা হায়বকই —

তাদা হয়েংমক তোকপগী ব্রা হায়দোকউ।

খম্থখো, চন্দ্রা। কবিস্ লৈত্রবা ঐহাক্কীদমক।

হোয তাদা, নহাক অসি অহল লমন লৈতে, নবল নথুম মবাং কাযবা গী [illegible]। অদুব্ নংগী নবল অমা লৈনে, মদু ঐদনা যাম্না পাম্বা অদুগা নংদনা যাম্না পিবা [illegible] পাস্ পানাংবা।

চন্দ্রা, নিনিগী পুন্সিনি, বস বিলাসতা পংলুপ লুপ্পা চুমদে। ভৃংগী বাখল তৌ।

ঐবু অমুক চাং যেংবিবন্। কযাবক যেংলে, অদুমক্তদা [illegible] ওইবগী থগ্মোইদ [illegible] পনবা নাইদ্রববা?

চাং নত্তে চন্দ্রা, অওইবনি।

কবি অওইবা তাদা?

ঐগী ভৃং ইনবদা নুংঙাইবা মচেৎ অমা ফাওবা ফংলোই।

ফংদসনু নংগীদমক্তা।

মদ ঐস্ যেংবা ঙম্মোই নংগীদমক্তা চন্দ্রা।

অদননিনে তাদা নতুং ইান্নংবা বুদ্ধি থেনবী ঐনা।

বাধাচবণ তুমিন্না অমুক লৈবস্যা। মহাক্লা হাযদোকপদা [illegible] বানম পল্লমব [illegible] চন্দ্রাদেবীনা মশা মথন্তা বদ বদং হায়দোক্লস্লে। অদুদা মহাকসু মপান নাইদবা ন [illegible] অমা ফংলস্যা। মা [illegible] নাংবা থুংলম্লে। অদুদগী মাসু চৎলমদাইগী ফীভম শেম শাবগ হায়বকই

শোযদ্রে অদুদি চন্দ্রা?

শোযদ্রে তাদা।

অসি হাযবল্লগা বাধাচবণ মথুল্লোমদা পাংখিবস্যা। চন্দ্রানা মেনেজববু মপুক্লি[illegible] ইতনা লৈহৌই।

৭

নোংঙাল্লগা চন্দ্রাদেবীগী যুমদা মমা নমণীনা মঙোন্দা [illegible] ইবেস্যা [illegible] হালস্ লীলা তম্না চত্তবে, কবিদৌবে। ঙবাং বাধাচবণ লাক্লমবদি কবি হাযবস্যা। লীলা তম্না লা[illegible]

নত্তে, মহাক লাক্লমবদি লীলাগী নত্তে।

অদুবু নখোযগী লীলাবু তোক্লববা?

তোক্তে, কদাইদগী লীলা লেপ্পা ইমা! মখোযগী নাবাণ মেনেজব নবু লীলা [illegible]

অদুদি কবি তৌবে?

কবি তৌবে হাযদি ইমা?

নংবুদি হন্দক যাওহন্দ্রববা হাযনিমা।

যাওহল্লি, ঐনা য়াওবোইদৌবিবনি।

বমণীনা শাওবপ তৌনা হাযবকই কবি, চণ্ডাল নুপীসিগা, 'ঐনা যাও[illegible] বনি' হাযযে। কবি

তৌদুনা লৈগে হাযবিবা। শেল খবা খবা ফংবদুনা নবুক থন্না চাজবা ফংলিবনি। অদুগা .........

অদুদগী বমণীনা হিদাকপু থন্বাল শাবা অমা পাযবদুনা প্রোক প্রোক চিংলম্মী। চন্দ্রাদেবীনা মোজা অমা লোল্লদুনা নোকমি নোকমি তৌবদুনা তাবম্মী। মমানা চৈনিবা মবম অদুবুদি মানা লীলা তোকপগী মবম্না হেন্না লুবম্মী মঙোন্দদি। অদুনা মমা খংদবীনা পংঙাং ঙাংবদু খংদদুনা ঙাংলিবনি হাযনা কবিমতা শাওনীংলমদে।

বমণীনা ঙাইহাক হিদাক থক্লুবগা অমুক হাযবকই— তৌনুকো, ননীং পংতম তমগনু চন্দ্রা, ঐদি হাযবিবিসিনি, চবা হেঞ্জগনি।

ইমানা হাযবিসিবো, লীলা যাওদ্রবদি শেল থোকফম লৈত্রে হাযবিববা?

অদু ওইবসু তৌবকপা শিল হাযবা অমা লৈদনা চন্দ্রা।

ইমা, লীলা যাওবসি পৈশাসু মফংই। অদুবু ব্রাই যাম্না চিল্লিনে।

কবম্না চিল্লিবা চিঙ্খিবীসিগা?

লীলা যাওববদি মীনা শক খংই। যুমদা মী লাকই, ফীদা থাদবা যাদে, হিদাক হানবদা শেল কযা তিংই। অদু খংদ্রা ইমাবু?

খবা মবাকচবা হাযদুনিদনা অদুবুদি।

অসি হাযবগা বমণীনা হিদাক্তু প্রোক-প্রোক অমুক চিংলম্মী। চন্দ্রানা মোজা লোন্না লোন্না হাযবম্মী কান্নপোৎ নত্তে ইমা। ঐ ঙম্মবোই ওক্তবীশিংদা মিংচনবা।

কবি? কবি হাযযে চন্দ্রা। ওক্তবী ওইযু হাযনা ঐনা নঙোন্দা নেক্লববা? মমানা মচাদা লম্লেল শেবান্নবা চৎলু হাযবা হৌনববা?

অসি হাযবগা বমণীদু কপ্পুনা লৈথোকখ্রে। চন্দ্রানা মমাগী মপ অদু মহাক নোক্লনবা তাবিবনি হাযনা খং দুনা তৌ শাবিসে হাযদুনা ফাক ফাক নোক্লম্মী।

মচানুপীনা উশিৎ-থওইদনা নোকপা অদুদা ইকাই-নুংশ যান্ন-না বমণীনা হাযবকই-—চাওববনিনা ঐনা হাযবা ইনবিবা পোৎ নত্তে। ননীং তৌবোনে, চণ্ডাল নুপী ইকাইদবী। অহল লমন কীদবীসিগা!

চন্দ্রাদেবীসু ব্রাহৈ অসিনা তেঞ্জে অতুম্বনা থিনবগা মান্ননা শাওনীংলম্মী। অদনা অসুম্না খুন্নকই— নহোযগুম্বী অহল-লমন্না হাযবা ইন্দৌগী শককপুদি মপোক মপোক্কী নবক তাবনা হেন্না ফৈ।

ঐনা নংগী কবি ফত্তনবা হাযবে। নিংতম্বী!

নংনা ঐবু লীলা যাওহনবিদুনা ............ হাযবোই, ঐদা তোকচবগে।

কবি তৌবগে হাযযুনে। ঐনা নঙোন্দা কবি তৌ হাযবগে হাযবা!

নংনা পাখংমচা মশা-নানবা চংহন্নবা থৌবাং শিল্লিনে।

ঐনা লাও লাও হাযনা কৌকববা। লৈবাক্কী চৎনবীনি হাযদুনা কোইজবদুবো? নমান্নবা নবুংঙো নবেম্মগী ইমুংসু অদু মঙাই। ঐ-নংগীদদা তৌববা? চণ্ডালনুবীশিগা। অর্দুদি কবিগী বাপাচবর্ণদি নংনা তবাম তবাম তৌবি। নং মাগী নুপী ওইববা?

ওইবে কদৌগেগে?

চন্দ্রাদেবীনা অসুম্না শাওনা হাযবদুদা বমণীসু মপা-লৈতনা শাওবম্মী । অদুদগী হাযবকই—

অদুদি চৎচখবো। নব্রা-নপুবোইবগা, ঐদি নংবু অসুম থাকপদি লুখ্রাবী পাঙ্গল শোনবীনিনা ঙম্মোই।

কংনা লৈবন্নবা মর্ত্যদা মতম-কুইনা ৩প তৌববা ভগীরথনা ভাগীরথী গঙ্গা পুথবকপগা মান্নবা ব্রাহৈ

অমা ফংবদা চন্দ্রাদেবী শাওবন্না পুম্নমক পূমকাও কাওখিদুনা ইংলবা-নুংঙাইবা অমগী মযাইদা তাবগা চপ মান্নবন্মী।

বমণীনা তেংথাদুনা লাই-খুযা তানখ্রবা মতম কুইনা কাউকববা মপুবোইববু কৌবদুনা নচা নুপীগী তৌবিবা মতৌ অসি যেংও লাও হাযনা কপ্লম্মী।

মানা কপ্লগী খোল অদুনা চন্দ্রাদেবীবু কবিমতা লেংহনবা ঙম্লমদে। চন্দ্রাদি নুংঙাইবা ৱাখল অমদা নুংবংননা লুপ্তুনা লৈবম্মী।

বমণীনা হিদাকপু অদু পাযবদুনা মপী তৈথোক তৈথোকনা ইমুংলোমদা চংখিবম্মী। চন্দ্রাদেবীনা ৱাখলদা অদুম তাওদুনা বিভোলা চুদুনা লৈহৌই।

৮

নাবাণগী যুম্নি। মাগী যুম অদু মৈতৈগী যুমজাও কা মচানি। মাঙ্গোন কাদু ফমেনগা নাকথগদা ফক্লা খাজল্লম্মী। ইমুংগী কা মবি অদুসু কাখল কাখল থাদুনা থনম্মী।

মাঙ্গোন অদু উখোং খুদিংগী লাই অমমম থেৎলম্মী। থোংজাও মথক্তা অবাংখা থুংনা ফল্লাং অদু কুপ্তুনা মোইবাংগী থম্না থোইবীগী ফী শাবা অদৃগা ফুবালা হনুবদা সেনু অচানবীনা পানা পিজবনচিংবা যেকপা লাই শাক্তনা লাইযেকপা মীগী তুবি মহাই ফজবগী খুদম উৎতনা লৈবম্মী।

যমফম ফক্তা যুন্দ্রে খেৎপা মখোংদা হিদাকপু পোবাবা অমা মাংদা থাবদুনা নাবাণ ফমদুনা হিদাক থক্লম্মী।

বাধাচবণনা খোংথাং তপ্না তপ্না থাংদুনা মাঙ্গোলবোমদা চংলক্লম্মী। নাবাণনা কৌশন্দুনা মনাক্তা ফীদা শন্দুনা বাধাচবণবু ফমহল্লম্মী।

কনাগুম্না মশক খংদবা নিপা অমনা বাধাচবণদা হিদাক হান্দুনা পিবম্মী। নিপা অসি নাবাণগী মনাই নতে। লৈকাই অদুগা অসুম কোযবকপদা নাবাণগী নুপীনা হিদাক খবা লান্থোকপিবম্মু হাযদুনা লান্থোক্লম্মনি। নতাক অদুম মখোযনা ফম্বদুদা যাওবম্মী।

বাধাচবণনা হিদাক অদু পাযখৎলগা বা হৌদোক্লকই - মেনেজব বাবু, ঐ ঙসিদি ৱা অমতা হাযজগে লাকপনি।

নাবাণনা হিদাক চিংনা চিংনা খুম্লম্মী কবি ৱানো বাবু?

চন্দ্রাগীদি খংদে, ঐদি বাবুনা নহাল তার্কাপবা মতুং ইন্না তোকচবা তাবে।

নাবাণ কবিমতা খুম্লমদে; হিদাক অদু অদুম চিংদুনা ৱাখল খন্দুনা লৈবগুম তৌবম্মী।

মাগী ৱাদি ঐনা লোইথোকপা ঙমদে।

কবিগী ঙমদ্রিবা বাধা বাবু?

মানা মমা লৈবিবনিনা .....

হৌজিক-কালগী নুপীবো মমা মপা হাযবা লৈববা?

মদু ঐ হাযফম খংদে।

ফবে, অদুসু ওইবসনু, বাধাবাবু। নহাক্কী ওইববদা নহাক্লা মাগী বিধি-বিধাতা নত্তবা?

মদু মতমগী মতুং ইন্না মবাক্কনি বাবু।

বাধা বাবুদি মবম অমগী তোকপা তাবি, মবম অদুগীদমক চন্দ্রাসু তোকফম থোকই।

মদুসু মেনেজব বাবুগী রাখলনি।

চুম্মী চুমদে হাযযুনে বাধা বাবু, ঐতনা পংহায হাযবা যাবনা।

চুম্মী মেনেজব বাবুনা হাযবিদুসু।

নাবাণনা মাগী বা চুম্মী হাযদুদা মথোই কাবদুনা হো হো হাযদুনা ফাক্-ফাক্ নোক্লম্মী। অদুগা মখাসু অমুক তাথবম্মী --

ঐখোয অসি পংপং পংবা নত্তবনি, ওইদবসু পংঙাং ঙাংদবনি।

বাধাচবণনা হাযবম্মী—কদাইদগী পংগবনো? অসুক যাম্না চাওববা থিযেটব অমগী মেনেজব ওইবিসিবো ফাগিবা!

নাবশণনা নোক্লম্মী জয ওইবগী মনোক্তা ........ অদুগা অমুক হাযববই--ফলে, বাধা বাবুনা হাযবা ভমদ্রবানিনা! মাগীসু পাও অমা তাবদি তৌববোই। মঙোন্দা অদুম হাযবিবো, মাসু যাওনা তোকপা তাই হাযনা।

বাধাচবণনা তুমিন্না লৈবম্মী। ঙাইহাক লৈবগা অমুক খুন্নম্মা মদু ঐনা হাযববদি মহাক্না অসিদা লাকপদা হাযবিযুদা। নৎত্রদি, ঐনা হাযজিন্দুনা তোকহনববা হাযনা খনগনি।

নাবাণনা খুন্নম্মী - ফৈ অদুসু, মহাক লাক্লগা হাযবা হাযনুনি। মাবুদি ধন্নগা বাধা বাবুবু থমদ্রবদি ইথন্তা লাঞ্জবে হাযনিমা।

বাধাচবণ অদু মাগী রা হাযগদবা লোইবদুনা চৎলগে হাযবদুনা হৌগৎখ্রে। নাবাণসু অদ ফদুনা লৈহৌবে।

ঙাইহাক লৈবগা বমণী লাক্লম্মী। মহাক লাকপদা নাবাণনা কীবম্মী ...... কর্ণগুণ সত্য পালন তৌগে নীংলম্বা অদু কাযবগদ্রা খল্লম্মী।

অদুমকপু তবাম্-তবাম্না কৌশন্দুনা হাযবম্মী—

কবি থবক্কী ইন্দোন-না লেংলকপবু?

ইবুংঙো, নুপীমচাদুনা কাবি কবিনো পংঙাংদা ঙাংই। কবিগীনো মবম খংনীংদুনা লাকপ..

তপ্না নাবাণনা হাযবকই—কবি হাযগে চন্দ্রানা?

মানা হাযনে ইবুংঙো, লীলা যাওদ্রে হাযনা!

উম মাগা বাধাচবণগা মখোযনি যাওদ্রে।

বমণী মপুক্লিংদা পাখৎলম্মী। অদুগা হাযবকই—

কবিগীনো তোক্লিবদি ইবুংঙো?

নাবাণ পাক রা খুন্নমদে, নীংজিং-মাংজিং তৌবম্মী। মতৌ অদু বমণীনা মুন্না যেংলম্মী। নাবাণনা চুকপ অমা চন্নগা হাযবকই- ইন্দোন, মখোযগী বাসি কযা জুগোৎ চাদেদা, ঐ হাযদোক্লিংদে। মখোয মশাদা অদুম হংলগা অদুম খংবিকদা!

মবণী নুংশাসোব মপী অমা হোল্লম্মী। মাযথোক মকশিল্লম্মী। নাবাণসু শক হন্থনা চুকপ থক্কুনা লৈবম্মী, বা মখা তাবমদে।

বমণীনা অমুক হাযবকই—ইবুংঙো, মবম্দি খংদ্রেদনা?

হন্থবা মাযথোংদা মোমোন-নোকপা চিনবান্দগী নাবাণ-না খুন্নম্মী— ইন্দোন, মখোযগী ব্রা অসি ফজবা নত্তেনে। হাযযু হাযববা?

হাযদোকপিউদা হেক্তা, পাপীশিংদুগী রাবু।

নাবাণ-না হাযবকই—ইন্দোন্না পংতক্তা তক্লবনিনা হাযববা হাযদুনি। মখোয অনীসে নুংশিনবা মাল্লে। বাধাচবণদি মশানা ফাওবা যাবল্লে, মীনা ঙংনবগী হেন্দোক্লা। অদুদা ঐডশ তোকপিবো হাযখ্রবনি।

বমণী অদু খোইদৌ যাম্না শাওগৎলম্মা। নাবাণদা দোষ তৌবদি যাবমদে, অদুনা তুমিন্না মবুক্লিংদা মচাগা মথা ওইদৌবিবা অদুগবু যাম্না থীনা চৈবম্মা।

ঙাইহাক লৈবগা হাযবকই—মখোযগী মবালনা মপোৎ ফাদুনা ফংজবনি। হৌজিক কালগী নহাশিং অসিনা ইবুংঙো, ইন্দোন্দি হঞ্জবগে, মবম অসিমতং খংনীংদুনা লাকপনি।

ফনি ইন্দোন।

৯

বমণী খোংথাং থুবম্মী। প্রৎ-প্রৎ লাক্লুনা মযুমদা থুংলবে। মচানুপী চন্দ্রাদেবীবু চৈব-চৈবদুনা ইমুংদা চংলকই। চন্দ্রাদেবীসু অদুম তাবম্মী, উত্তপ্তা ভাংবা ব্রাগুম বমণীগী বা অদু চন্দ্রাগী মনাকোংদা চংনা চংনা চংলমদে।

চন্দ্রাদেবীগী মনাক্তা বাধাচবণসু লৈবম্মী, মদু উবদা বমণীগী শাওবদু শরুক অনী-অহুম হেল্লম্মী। ফংনাক্তা চংদুড়া হিদাক হাল্ল হাল্লদুনা চবে, চবেং ঙাংলম্মী। লোইবদুনা হিদাকপুদা ঙাম্থক অদু পানশল্লগা প্রোক প্রোক্ চিংনা চিংনা চন্দ্রাদেবীবোমদা ওনশন্দুনা ঙাংলকই—

হায ইকাইদবী, লৈশাবীনা নিপা-থিবা, নুপী ওইবগী ইকাইবা হাযদু মচেৎ অমতা য়াওদ্রববা?

চন্দ্রাদেবীনা খুন্নম্মী—কবিনোনে তৌজশাবিশিবো। নংদি ফজবেদা, লেম্মে হায, মীমাং পোমাং কবিমতা বিচাব লৈতবদুদি লেল্লেনে যাম্না।

বমণীদু মচাগী পাওখুম তাবদা অমুক হেন্না শাওনীংলম্লে। অদুনা হাযবকই—কবি, নংনা ঐবু মীমাং-পোমাং বিচাব লৈতে হাযযে। নংদনবু ব্যভাব তৌজবনি। ঐদি মাবুদি কবি তৌজকনি, কবি থোক্লে হাযগে। কাবগী ইকাইজকনি।

চন্দ্রাদেবীনা খুন্নম্মী --তুমিন লৌবিবো খিত্তা। ওকচবে। চৈবগা কোক্কনি হাযব্রা। থোকখ্রবা পোৎপু।

মশা পুম্নমক ফীভম পৈনা থমদুনা মমায অদু পৈবপ তৌনা বমণীডা হাযবকই—হিঃই, হিঃই, থোকখ্রবা পোৎপু। থেমজন্বা হৈবিবেদা। হোযনে নংনা ঐবু পোকপনিনে। মী ইবেন-বোক হাযসিদি। নংনা নুমিৎ থা উবা হানবনিনা, চুম্মীনে। মাযথাবীসিগা। ইকাইগে, তুমিন লৈগেদি হাযদ্রগা ঐগী চিন্ থক্তা মানামুক তন্-খুম খুম্মিনেসে।

ইমা নং য়াদ্রেদনা? অঙাওবীশিবো কবিনো? মাগী লীলাদু যাওদ্রগা কদৌনি হাযগে?

চবা হেঞ্জনি হায়নি।

চন্দ্রাদেবীনা খোল লাওবপ তৌনা হাযবকই—

ঐবু থাকপিনবদি লৈবে। নংগীদুম অমা থাকপিনবা থিজৌ।

নং খবা থিবিবম্মু, ঐখোয়দি হৈজদে খংজদেনে। ইচাদি নিপা ফাবা হৈখ্রবপোৎনিদা।—যাম্না শাওনা

ব্রাহৈশিং অসি রমণীনা হায়রম্মী।

অদুদগী হিদাকপু অমুক চিংলম্মী। মখোয় মমা-মচা অনীগী খৎনরিবদু রাধাচরণ তুমিন্না তারম্মী। ব্রা ঙাংবা য়াওরমদে হায়বদনি, মবুক্লিংদদি ইকাইবা শাওনীংবা অনী য়ান্নরম্মী। নুপীগা চিল্লোক্লনা ঙাংনবা ফত্তে হায়দুনা হন্থদুনা লৈরম্মী। নৎত্রবদি হায়দি নিপা মমান্নবগা ওইরবদি শোয়দনা মহাক ব্রা খুমগদবনি।

মহাক্লা খল্লম্মী, রমণীনা ব্রারিবসি মহাক্লা কোকহনবা ঙম্মী। অদুবু চন্দ্রাদেবীনা য়াগদ্রা খংদে। মবুক্লিংদা খল্লকপা ব্রাদু হায়রগে হায়রগে তৌরকপদা করিগুম্বা অমনা খক্-খক্ পন্দুনা চিন্‌বান্থোং য়ৌরকপা ঙল্লমদে।

চন্দ্রাদেবীনা মবুক্লিং চপ লেপ্পল্লে। মাগী তৌগদবা করিনো হায়বা মহাক তশেংনা খন্দুনা থমজরে।

রমণীগা চন্দ্রাদেবীগা অনীগী মপুক-মপুক্তা মৈজাও হৌনবা মচাক পিক-থন্না হাঞ্জন্দুনা লৈরম্লে। হৌজিক ঙাইদুনা লৈরিবা হায়ববু মৈরিক অমতং চুনবা মতমগা চুনগদবা মীগা অনীদা ঙাইরে।

রমণীদু হিদাক থকপা লোইরদুনা হিদাকপু থল্লগা মফি মরোল হোংদোক্কে হায়না তৌরম্মী। লোইরগা অমুক ব্রা হৌদোক্লকই—ইবুংঙো, নংশু ঙসাইমখৈ লৈরিবনি। করি তৌগে হায়রিবা, নিপা থৌদাং য়েংদুনা নুপী মচা অসি পুগে হায়রিব্রা? নৎত্রগা নব্রাচনি নমা-নচা চরা হেন্দুনা লৈজহৌ হায়রিব্রা?

তুমিন্না অদুম্মক লৈগে খল্লম্বা রাধাচরণ য়ারক্লে। অদুনা হায়রকই—ঐদি করিসু হায়বা লৈতে, অসুম্না ফনি হায়দুমা তৌবিয়ু।

অদুদি ফরে, নখোয় অনীনা থোকপা কদাইদনো স্বর্গদরা পাতালদরা চৎখ্রো, ইনাক নকপিররনু। মচারোমদা— হায় হিংচাবী চৎচখ্রো, নপুরোইবগা লোয়ননা। পাৰ্ব্বতী য়াওদনা শিব মথন্তা লৈবা য়াদে। ঙসিদগী হৌনা নমা লৈ হায়বা কাওখ্রো। ঐ নংগী কনাসু নত্তে।

চন্দ্রাদেবীনা করিসু খুল্লমদে। অদুগা মপুক্লিংদদি মমানা হায়রিসি শাওবগী ঙাক নত্তে, শোয়দনা মাগী পুন্সিগী থোক্তবা য়াদ্রবা অমা ওইদৌরিবনি হায়না খল্লম্মী।

মায়গৈ-শলাই মশক খঙদনা কারকপা মথোন অদুনা লমজিংখ্রবা মী অদুদি কনানা ইপা কনানা ইমা কনাগী অঙাং ওইরিঙৈদগী ওন্-থোইনা লৈমিন্নরকপা মরূপ-মপীজা অপুম্বা কাওবদু চন্দ্রাদেবীসু ঙসি অদুম তৌখ্রে। অদুনা মমানা চৎলো হায়বসি গুরুনা শিষ্যদা ব্ৰহ্মবিদ্যা ফংজৌ হায়না বব পিবগুম থোক্লম্মী।

ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরবা চন্দ্রাদেবীনা রাধাচরণদা হায়রকই —অদুদি চৎনবা তৌরসি, ঐ ফীরোন লোইশল্লুরগে।

অসি হায়দুনা চন্দ্রাদেবী হৌগৎখ্রে। রাধাচরণনা তুমিন্না লৈরম্মী। রমণীসু মচানা তৌরিবা মতৌদু য়েংদুনা লৈরম্মী, করিমতা হায়রমদে।

## ১০

রাধাচরণগী ব্রায়ুমনি। ফক্লাং অদু লৈক্রেক চৎপদগী হেন্দোকখ্রদুনা লৈপাকপু ইয়াও য়াওরমদ্রে হায়বা য়াই। কদাইদগী য়াওগবনো চহি তরারোম শুরবা য়ুম্নি। য়ুমথক অদুনা মনুংদা লৈবা মীগী হকচাং ফহন্দবা য়াদে মতাগুম মিহুৎথোং মরি মঙা নুংশিৎ-নুংশা চংনবা ফাৎপা মতাগুম্মী। থোংসু ফক্তা সম্থি লৈঙোই তৈদুনা শুদ্ধ তৌবদগী হেন্দুনা কন্নবসু তৌরম্মী। অদুসু চহি তরাগী পোৎনিনা মিৎয়েং মুন্না তাবা নুংঙাইবা পোৎ নত্তে।

য়ুম অসি চন্দ্রাদেবীনা চংলকপদা ভক্তনা মন্দির চংবগা চপ মান্ননা তৌরম্মী। থায়না সীতাদেবী

নীংশিংবিয়ুদনা' পঞ্চবটী বন্দা অন্না-অনং মযামদুবু নুংঙাইবগী মওং অতোপ্পা ওইনদমক খল্লম্মী। চন্দ্রাদেবীসু নুপীনি। মাসু অখাং কন্বগী মশক খংদবা যাব্রা?

অসিগুম্বা যুম অসিগী মনুংদা বাধাচবণনা চকগী মোম্পাক অমা মী খংখিনি মতাংগুম ঙবোং অমুবা চহি অমা ফানা ফীগু হিদাক মনম ফংদ্রিবা অমনা কুপ্পগা হিদান মচা অমগী মথক্তা তাদুনা লৈবম্মী।

অসি উবদা চন্দ্রাদেবীগী মপুক্লিংদা তুক্কচবা পোক্লম্বা .... পোক্লমদে। মাগী থম্মোয অদুদা তুক্কচবা কৌবা পাপকী পুকচেল অদু মফম ফংলমদে। ম্না-কোনুংগী মোম্পাক মোন্তেক্লা কদৌনি, মদুদগীবু হেনবান হাযনা চন্দ্রাদেবীনা খল্লম্মী।

পুখম কযা লৈবম্মী পাবিবা মীশিংনা খংনীংলিনি। অদু ওইববদি হাযজগে, অবেংবা মীবু নুংশি হৈতে হাযবিবা যাদে। পুখম লৈবমদে, নুংতোঙ্গোৎ অনী লৈবম্মী। অচৌবা অদুদা চাক থিবগা চাবম্মী।

অসিগুম্বা লনগী মপু ওইবম্বা বাধাচবণ অদু অমবোমদদি কবি তৌবম্মী, অদুক তাবিযু। ফেজোম মবোল ফুবিৎ মবোল খোংউপ জাৎ অনী অহুম মাবক তিন্বা যানবা অদুদি থৌবাং তৌবম্মী। অদুদা নত্তনা ঘড়ি ফাওবা মখুদাংগী লৈতেং হাপ্লম্মী।

লমজাও থোকপদা ফজবগা লোইবে, যুমদা চফু-মীবাং থাংববো মীনা উবিবা পোংলা। অদু নৎত্রবদি মথোন-কাবকপা মহৈ কদাইদা যানগদগে?

চন্দ্রাদেবীনা ইমুং অদুদা খোংদাবগা মপু ওইবগী পুকচেল অদুনা ফন-লাওনা চোংশন্দুনা মাবু তাপ কাই। ফাবদা নত্তনা অদুদগীদি ইমুং-মনুং লোইশনবগী থবক পাইযু হাযদুনা অইনবা অমসু যাওবম্মী।

পুজাবীনা মবুংঙোগী সেবাগীদমক লুক হৌবা হৌনবনি। থবক অতৈ অতৈ লোইবগা চন্দ্রাদেবীসু বাধাচবণগী সেবাগীদমক চাকখুম নাক্তা পুজাবীগী আসন্দা ফমদুনা লক্ষ্মীদেবীগী মূর্ত্তি লৌবম্মী।

লুক-কৎপা মতম ওইবদুনা চন্দ্রাদেবীনা বাধাচবণবু কৌশল্লম্মী। মহাক্লা চা-লুক মাংদা থাবগা ফমদুনা আচমন তৌগে তৌবকপদা বাখল অমা খল্লম্মী, অদুদগী আচমন তৌনা তৌনা ব্রা হাযবকই—চন্দ্রা, ঙসি নং নৎলমদ্রবদি নুং-তেঙ্গোত্তা চাবমগদবনি।

চন্দ্রাদেবীনা মোমোন মোমেন নোক্লম্মী। অদুগা হাযবকই—চাদুম চাবো, লোইবগা ব্রাবী শাওবা।

বাধাচবণনা হুকুম ইল্লম্মী। অদুবু ঙাংনীংঙকপনা হুকুম কুইনা ইনবা ঙল্লমদ্রে, অদুনা হাযবকই—-

চন্দ্রা'

কবিনো?

নংগী পুখম তেঙ্গোৎশিং অসি নহোযগী ইমাগী কবিমতা থনমদ্রব্রা?

থনম্মী, ঐনা মহৌশা চাবদু ফাওবা থনম্মী।

অসিদি কনাগীনো?

চন্দ্রাদেবীনা নোকমি নোকমি তৌবদুনা খুল্লকই—

ঐখোযগীদি ইমা-ইপানা তৌবিবোই খংদুনা ঐনা ইশানা অউনপোৎ খবা ঙমজবা লৈদুনা থমজবনি।

ওঃ অদু ওইবেকো। অসি হাযনা হাযনা বাধাচবণ চাক চাবম্মী। অদুদগী অমুকসু হাযবকই—

চন্দ্রা!

কবি ওইববনো।

ঙসিদি নম-হায তৌবেনা।

মা-ই মা-ই যুগ লাক্লুদি খাম্বা য়াববা ?

মখোয অনী থরায তানা নোক্লম্মী। অদুগা বাধাচবণনা অমুক হাযবকই— চন্দ্রা, ঐখোয অনীগী নুংশি-পাম্বীদগী উহৈ অমতং পাল্লবদি মাই-পাজিগা হাযদুনা নমহাযগী যুগ লোইহনবা যাগদবনিদো। কবি হাযগে।

চন্দ্রাদেবীনা কবিমতা খুন্নমদে। অদুদগী বাধাচবণনা অমুক হাযবকই— ঙাইখো অতৌদি লাইবি চন্দ্রা, নং শাউগদবা ৱা অমা হংগে হাযবো ?

হৌজিক্কা খৎনবা হৌবগে হাযব্রা ?

নত্তেদা খৎনবগী ৱা নত্তেদা।

অদুদি কবিগী শাওকনি হাযগে?

হাযবগেদো।

হাযযুনে।

ঐনা অসুম খন্‌বদা চন্দ্রা নংসি থম্মোই কনখ্রেদা।

থম্মোই-মেংবা হাযদুদি নুপীগী মৰন্নি। অদুবু ঙসি বাধাচবণনা চন্দ্রাদেবীদা ওন্ন তৈননা চালান তৌবকপসিদা মতীক চাবা পাওখুম্মিংলম্লে। অদুবু মবম হান্না খংনীংলম্মী, অদুনা হংলম্মা -

কবি তৌবগে ঐনা?

নংনা তৌববুবা?

অহোয।

নমা অপোকপীদুবু হুঞ্জেকপা ঙল্লিসি হৃদি কনবা নৎত্র' ?

চন্দ্রাদেবীনা ৱাদু তাবদা মোমোন তৌনা নোক্লগা খুন্নম্মী— মীগী মমাগী মথাদগা এচান মূল্লকপা নিপানদি থম্মোই কন্দ্রগা ঐখোয় নুপীনা কবম কনগদৌবিবা?

বাধাচবণনা অদু তাবদা নোক্লম্মী, অদুগা হাযবকই-- নখোযনা যাদ্রবদবু ঐখোযনা নমদুনা পুবা যাব্রা ?

যানবা শিল্লিবা নিপানা।

কবম্না শিল্লিবা চন্দ্রা কবম্না ?

লৈবাক্কী চৎনবী শেম্বা-লেংববু নিপাবা নুপীবা? নুপীনা শিল্লগবু মখোযগী নুংঙাইতনবা শিনগদ্রা ? নিংথৌ কনানা ওই -নিপানা নৎত্রা, অংম অথৌ ফম্নাইবা কনানা ওই—নিপা নংগ্রা ?

বাধাচবণ অদু চাক চাবম্বদগী ফাক ফাক নোকথোক্লক্লে। অদুদগী অমুক কপ্পেম্নবা খোন্দাদা হাযবম্মী- অদুবু নখোয নুপীনা নপাং পাংজদদুনা তৌবান।

কনানা ঐখোয নুপীসে পাংই হাযবগে। পাংদবগীদমক নাথ-পোবো ননম-পোবো হাযদুনা খাংজবিসিনি। অসিনা হৃদি কনবনি হাযদি যাদে।

থেমজনবগী খোনদাদা বাধাচবণনা অমুক হাযবকই— হোযদা নিপা ঐখোযসু পান্দল-লৈ হাযদুনা পংচাও চাওথোকপা য়াদেদা। নহোয নুপীগী অথাং-কনবা হাযবদু ঐখোয নিপাগীদি যাম্না ৱাংলি। হুম ৱাৎপদা নত্তে লৈজদবনি হাযবদুম য়াবিবনি।

অদুদগী বাধাচবণসু চখোম অবোইবা অনী-অহুমদু হুক্লগা হৌগৎলম্লে।

## ১১

নোঙাল্লগা বাধাচবণগী মৰুপ শ্রীথিযেটবদসু যাওবা চন্দ্রহাস লাক্লম্মী। চন্দ্রহাসতু চন্দ্র-থানা থাঙ্গৈশেংবা নোকপনি। নুমিৎ চুপ্পা মায়থোং মকা লামদুনদা লৈবনি। শুকথবা হাযবদু নোংমতসু মশক খংদে হাযবা যাইমা।

চন্দহাসনা নোক্ল-নোক্লদুনা চংলকই অদুগা চন্দ্রাদেবীবোমদা প্রৎ-প্রৎ চংদুনা হাযবম্মী-

নুপী পোকচমন মহৈ য়াঞ্জবেদনা?

চন্দ্রাদেবীনা হঙ্গোইবা মী অমা নৎলমদে। মাগী ব্রাতাসিগী হাযকুববদি তথি-তথিনা নৎত্রগা কবেম্লনা তযাং-তযাংনা চন্দ্রানা খুম্লিংলম্মী। অদুদা মহাক্লা নৌনা মৱা-মপুবোইবগী মযুমদা লাকপদা ঙাইবিবর্বনিনা নোক্তমক নোক্লম্মী কবিমতা খুন্নমদে। নোকপদু ফাওবা মখোন থোক্লমদে— মাগী ব্রাখ-কফোই মরু মানবা যা অঙৌবা মযামদুদা উৎলগা তোক্লম্মী।

অদুদা চন্দ্রহাসনা অমুক হন্না হংলম্মী

হাযযুনে হায, র্মসিনা ইবি-লিখৎলদুনা তৌবিসি। নৌববনিগা হাযদুনা। নংবু কনা লৈদুনা ইকাইবিবনো। নিপা হাযবা নশানা অপাম্বা খঞ্জর্বনি।

চন্দ্রাদেবীনা অদুম তাদমক তাবম্মী, কবিমতা হাযবমদে।

অদুদগী চন্দহাসনা বাধাচবণ কদাইদা চৎখবে হাযনা হংবদা চন্দ্রানা খুন্নম্মী—

আঃ যেন খাদা চিন শেংই।

এঃ যাহৌ যাম্না থেংলেদা। ঐসু থেংলে হাযববনি।

মখোয অনী অসুম্না ঙাংর্নবিঙৈদা বাধাচবণসু লাক্লনা মাংগোন্দা মখোযগী মনক্তা যাওববে।

চন্দহাসনা ইহি-হিগৎনা হংলকই -

বাধা, নংনা চন্দ্রাসি লাইৱা তৌশল্লব্রা?

ইতপ-তপ্পা বাধাচবণনা হাযবকই— কবিগী লাইৱানো?

মবোল থোক্তেনে।

অদুদা বাধাচবণনা নোকমি নোকমি তৌবদুনা খুন্নম্মী--

হেবা, চন্দা নংসিমা, সতীদি নিপা অতোপ্পা অমগা ৱা ঙাংনবা যাদে হাযদুদি নং কাউনব্রা?

হোযনে, লাইৱা অদু নংনা মঙোন্দা তম্বিবমাল্লেনে! নিতিগীদি ঐ হেক উবদা মহ পানবী লিলগুম ফী ফী কাম্বনি। অদুবু ঙসিদি ইতুক-তুকথবদুনা।

বাধাচবণনা শক হঞ্জিন্দুনা হাযবকই --

অং চুম্মি। মাগী তুকথবগী মবমদি অতৈ কৈসু নত্তে।

কবিনিনা অদুদি।

বাজসিংহাসনদা ফমগদবী মানা লাইব খাংপোকশংদা লাকর্পদি তুকথদনা কদৌবা যাগনি?

মবক অসিদা চন্দাদেবীনা হাযবকই—হাযহৈদে, ঐগুম্পী কবিসু লৈত্রবী ইশৈ-নোংমাই তৌবিবু মীগী বাজ-বাজেশ্ববীগা প্রমাণ তৌবা হৌনদে।

লাইববগী অদুক নংনা ইশৈ তৌজবনি, শক্কী হাযকুবদি ইন্দ্রগী মহাবাণী শচীদেবীনা ইকাইদুনা লোৎলে হাযবদুনি।

—ৱাহে অসি চন্দ্রহাসনা হায়বম্মী।

চন্দ্রানা ইকাইদুনা অদুম তুমিন্না লৈবম্মী।

অদুদগী চন্দহাসনা বাধাচৱণদা হায়বম্মী —

বাধা, ঐ ৱা অমা হায়গে, মীনসু লোইবে নহোয়না তৌবিবা থৌদৌ অসি ঙাংনবনা।

কবি কবিদি ঙাংনৈ ?

কবিবু কান্নগবনো তম্মুদনা। অদুগী শক্তকপুদি ঐ ৱা অমা হায়গেসে।

হায়য়ুনে, কবি ৱানো।

নংগী লুপা লিশিং অমদি লৈবিদনা।

লৈবি।

সে, অদু ওইববদি মদুদগী চনিবা-চহুমলা কাইথোক্লো, কোললিক খবা লৈশল্লি, অদুগা যুম কৈ খবা শেমসি।

যুমদি লৈবনিনা মশেমগনি কৈদি লৈতেবো।

হেবা ফাগিমুক তৌবনু বাধা।

বাধাচৱণনা অদুদগী হায়বকই—ঙাইখো, চন্দ্র, ঙবাং লীলাগী কাংবুনা ঙাংনদ্রা।

কবি কান্নদগে অদুবু হংলুদুনা। মখোয়দি পেঞ্জববনি। নাবাণনা অমুক হেনথ্রে।

নাবাণনা কবি হায় চন্দ্র ?

মানা হায়ববো ?

অং নাবাণনা কবি হায়গেনে?

মানা হায়যে, নুং তেংগোৎ চাদুনা লৈবা নিপাদুদা চন্দ্রা হায়দুনা লৈনীংলিববু কাবগীনো অর্সিনি।

বাধাচৱণনা ৱাহৈশিং অসি তাবদা উং উং লাউনা শাওবম্মী। অদুবু মানা শাওদুনা কদৌনি সাক্ষী ওইবিগদবা মীনদি মাগী মরূপ ওইবদ্রে। অদুদগী হায়বকই চন্দ্র, নংনা খবা ফননা শিল্লম্মু। লুপা অসি পুথো। ঐদি তৌফম খংদবে।

চন্দ্রহাস অদু লুপা খবা পুবগা কৈথেল কাখ্রে, অনৌবা এনৌবীগী পোৎ লাংবা।

মখোয় অনীদা ঙাইববা কালদদি চন্দ্রাদেবীনা বাধাচৱণদা হায়বম্মী —মখোয়গী শ্রী অসিদা শিবদি পেন্নিদা। মাগী নাবাণ হায়ববা কবি হায়যে মানা হায়জবা শাববু। মানা নীংবু পৈশা খবা পাইবগা পংঙাং ঙাংবা যাদৌগুম্না।

বাধাচৱণনা শাওবদি হন্তবমদে হায়ববু তপ্না হায়বকই অদুম্না হায়গনু চন্দ্রা, শ্রীথিযেটবগী মপান্না নংবু ঐনা ফংজবনি। মখোয়গী লীলাসি হিংনবা লাই খুকম্মু, ঐখোয়গী পূর্ববাগগী নাবী কাওদনাবা।

অদু ওইদুনসু মখোয়গী নাবাণ নুংশিদেনে।

মাগী মপান্ননিনে নংবু ঐনা ফংলিবা। চো চো থবক ইন খাং তৌকচো।

চন্দ্রাদেবী থবক অতে অতে তৌবা চৎখ্রে।

বাধাচৱণনা চন্দ্রাদেবীবুদি খামজল্লম্মী, অদুগা মশাবুদি খান্না ঙল্লমদে। শাওনীংবনা মপা লৈবমদ্রে। লমন শিংনীংলম্মী, অদুবু কবম হায়না শিংগনি?

মথৱাই নুংঙাইতবনা মাসু লৈফম খংলমদে। চুকপ অমা চল্লদুনা ৱাখলগী ইযাযদা তাউদুনা লৈবম্মী।

মানা অসুম ফম্না ফম্না মং মংবদুগী হাইবগ খবদি অর্সিনি—মখুত্তা লৈবিবা শেল অসিনা লৈবিবমখৈ চন্দ্রা মখোযনি পানবা যাগনি। অসিনা ৰ্চি-চাহোনদৌনা অসুম লোইবকপনা পুংলোই লোইবা নুমিত্তা কবি তৌনি? মতমদুদা শোযদনা নাবাণ মেনেজবগী যাকাদা তাগদৌবিবনি। মতমদুদদি মীনা নোক্লবগী ৱাদি থম্মু থমগ্রদুনা মখোয অনীনা ৱানা খাংগদৌবিবদুনি—অদুনা হেন্না লুখ্রে। কবন্না শিল পাইবগা কৃষ্ণ সেবা ফংগদগে?

ওন্থোকপনি, নহালমখৈদি বাধাচবণ অদু অসিগুম্না ৱাখল অকবা অমতা খল্লমদে। হৌজিক্তি চন্দ্রাদেবী ফংবগী নুংঙাইবা হেঞ্জল্লকপগা লোযননা বাবগী মকমসু হেয়া হেন্না লুমশল্লম্মী।

খন্বমখৈ খল্লুবগা ঈশ্ববনা তম্না লাক্কনি হাযদুনা ৱা লেপ্লম্মী।

## ১২

থা অমগী মতুংদা। বাধাচবণ নুমিৎ চপ যুংবা মতমদা থবক থিকই হাযদুনা হল্লক্লম্মী। মানা লাকপদা চন্দ্রাদেবীদু মপী তৈথোক্লনা চাকখুমদা লৈবম্মী।

নুংশা মবক্তা ৱাবকপা অদু নুপীগী ফীভম উবদা কাউবদুনা কপ্লিবদুগী ৱাখল খল্লক্লে। মৈখু চংদুনা কপ্লিববা হাযনসু খল্লম্মী। অদু নত্তনা মবম অকীবা কবি অমা লৈবমদগে হাযনসু খল্লম্মী।

মুন্না ঙাইহাক লেপ্তুনা যেংলগা হংলকই—

চন্দ্রা কবি তৌবে নংনা কপ্লিবো?

কৈশু তৌদে —হাযনদমক খুল্লম্মী।

কৈশু তৌদনসু নপী তাবা হৌনববা? মৈখু চংলববা নংত্রগা নমিৎ নাববা?

চন্দ্রাদেবী খুল্লমদে। অকীবা অমা মবুক মনুংদা লোৎতুনা লৈবম্মী। মানা মবম অচুম্না হাযদোক্লগা কবিগুম্না চৈবিগদবা হাযনা কীবনি। মবম অসিনা যাবিবমখৈ তাক্লোই খল্লম্মী।

অদুবু বাধাচবণসু মাগী নুপীবু অৱাবদা তাবা উবগা মবাইবক্কীনি হাযদুনা হুন্দোক্লনা থম্লিংনবা মী নৎলমদে। ঙম্বমখৈ মহাক অৱাবা মবম খংদুনা কোকহন্নবা তৌগে নীংই। মবম অসিনা মহাক্লা অমুক তন্না হংলকই — হাযযু কদৌবগেনে হায? নপীদু অবেম্বদা তাহনবা হৌনব্রা?

কৈশু তৌদেদা, ইকদুম লুজকবো, চাক লোইবে।

বাধাচবণনা খবা কল্লপ তৌনা হাযবকই—

ঐবুদি লুজকনি। নংনা কপ্লিবো কবিগীনো হাযনিমা। ঐঙোন্দা হাযদুনা কান্নদে অসিবা? নহাক্কী অৱাবা কোকহনবা ঙম্না মী নত্তে হায়দুনা তৌবিব্রা?

হুঃ নত্তেদা, মদুগী নত্তে অওইবা।

মদুগী নত্তে হাযসিবো, অদু ওইববদি হাযযুদনা কবিদৌবে।

যাবোইদৌবে হাযদুনা চন্দ্রাদেবীনা থেমজনবগী সুবদা হাযবম্মী-—হোবেন তপ্না চাক-কা চাবা লোইবগা হাযগেনে। হৌজিক নুংশা মবক্তগী হল্লক্লগা পোত্থাসু পোত্থাদনা ৱা অমুক খন্নদুনা লৈবা ফত্তে।

থেমজনববা হাযববু অমুক হেন্না লুমশল্লম্লে। ইংলগা পোত্থাবগা হাযবা—তপ্না হায়গে হাযবা ৱাতাসিনদি ৱা অবাইবা নত্তে হাযবা বাধাচবণদু খন্দবা ঙল্লমদে। থোইনদুম কীবম্লে।

অদুনা কবিমতা ঙাইনীংলমদ্রে, যাবিবমখৈ থুনা খংনীংলদুনা বাধাচবণনা হাযবকই—

থুনা হৌজিকমক খংনীংলে, ঙাইবগা ঙল্লবোই। হায়যু কবিগীনো চন্দ্রা।

চন্দ্রাদেবীনা মাগী বুদ্ধি থেল্লিদা হায়না খল্লম্মী। যৈথোক্লবা হাযববা হাযবো যৈশিন্নবা থোকখ্রে৷ নুংশিবগা লোযনবা য়াথংনা কনবনিনা চন্দ্রাদেবী ব্রা লোৎপা ঙল্লমদে, অদুনা হায়বকই—

ঐ নঙোন্দা হায়নীংদদুনা তৌবনি। অদুবু মহাযবগে।

কবিগী হাযনীংদ্রিবা?

অতে কৈশু নত্তেদা, ঐখোয়গী ইমাদু যাম্না কন্না নাবে, ঐব্ শোল্লকই হাযযে।

নহোই ইমা নাবগী পাওবু ঐঙোন্দা তম্লিংদবা। ঐনা তাবগা শাওনি, অসি নৎত্রা?

চন্দ্রাদেবী কবিমতা খুল্লমদে। উযান্দা খাবৈনা ক্রোক ক্রোক ওৎতুনা লৈবম্মী।

বাধাচবণনা অদুদগী হাযবকই—চৎলুদনা, নংবু উননীংই হাযবদি। শিবমদাইদা উননীংদুনা তৌবিনি। অনাববু যাবোইদৌবি হাযববা?

হো অদুম্না তল্লম্মী।

ঐবুদি লাকউবা হাযবমদবা? লাকউ হাযদ্রবদি চৎলুবা চুমদে।

কদৌই হাযগে?

ঐনা হোবেন চৎলুবগা মথব্রায নুংঙাইতদুনা অনাবা হেঞ্জনখ্রবদি ফত্তেদনা।

কৈশু হেঞ্জল্লোই।

লাকউ হাযবম্ববা নে।

ঙসাই ইচে তোম্বীনা হাযবম্বদি ঐখোয অনীবু লাকউ লৌখৎকে হাযবম্মী।

লৌখৎপা, শিবমদাইদা লৌখৎপা।

অসি হাযবগা বাধাচবণনা খল্লম্মী—নহাল কল্লিঙৈদা ওইববদি ফগদবনি। মখোয অনীনা পিবম্বা চেনাখোন্না নাবদগী শিগদৌবিবনি। আইনন' থিংবা ঙমদবা মীহাৎ হাযবদো চন্দ্রাগা মাগনা তৌবিবনোকো খল্লুবদা মথব্রায পুবা যাবমদে। মীগী মচানা নুপী থি, মনেম মকু মপা-মমাগী মথব্রায শোকহন্দবা, অদুগা বাধাবচবণগী লাইবক্তি ওল্লোকপনি।

ঙাইহাক খনবমখৈ খল্লুবগা হাযবকই—চন্দ্রা, চাক প্রৎ প্রৎ চাবসি, অদুগা চৎসি অনাবগী সেবা খবা ফংহৌববা যেংলুসি।

মানা যাম্না কীনা খল্লম্বা ব্রাদু ইলাই-লাইনা তৌবম্বসিদা চন্দ্রাদেবীদো মমা নাবগী ব্রাববা মথব্রায় অদুদা নুংঙাইবা খবা ফংজবম্মী। থবক প্রৎ-প্রৎ লোইশন্দুনা চৎনবা থৌবাং তৌগে নীংলম্মী।

বাধাচবণসু মফী মবোল হোংদোক্তুনা ইকজনবা থৌবাং তৌখ্রে।

চাক চানা চানা বাধাচবণনা হাযবকই— চন্দ্রা, নহাক্তি খংব্রা, নহোয়গী ইমানা নাবিবসিগী মক্নদি ঐখোয অনীনিদো।

মানি। অসি থোক্কনি হাযদি খংদেদো।

নংদি লাইবদুনা ঐ ফাওবা খংলমদে। ঐখোযগী পুন্সিসি অসুম্না খংদবদা ওইদুনা তোক্কদৌবিবনি। ব্রাকবনু চন্দ্রা, নং ঐগী লাইবক্কনি। পীতৎ-পাতৎপগা পীতৎ-পাতৎপীগা হাযদুনি। নংনা ঐঙোন্দগী অমতং হেনবনি। মান্নদ্রবদি ঐখোযনি কুইনা তিন্নবা যাবোই। মদুনা য়ানবা লাইনা থৌজানবনি হায়না খনসি।

ইমা হাযসে লক্ষা হাযদুনসু যাবক্তে। কদৌগনো হায়না হুন্দোক্লম্বনি। অদুবু ব্রাদবা নুংশিদবা ঙল্লক্তো

ইমাসু মচাবু কাউবা ঙমদে।

কদাইদগী চন্দ্রা, মমা-মচাদি লাইরদুনা মপা-মচা ফাওবা অকাউবা কয়াগী মরক্তা ইশিং ইচাও লাকপগুম্না মখোয়গী নুংশিবদু ফুং-ফুং অমু-মুক হৌরক্লিবনি।

থাদোকপা ঙমদবা নুংশিবা। অসিবু করি মতৌনো?

চন্দ্রা, মসি প্রেম নত্তে, মায়াগী কাম হায়দুনি। ঐগী ঐগী হায়সিনা অকনবা য়োৎহ্লিং ওইদুনা ঐখোয়বু মায়াগী কৈশুম শংদা পুন্দুনা থম্লবনি।

মায়া হায়সিবু করিনো?

কনানা খংনো। তাইবংপানবগী অওইবা মশক কাওহন্দুনা নুংঙাইবা মতেক-মতেক পিরগা অমুক অমুক অৱাবদা লংথবা ওইরমাল্লে। মায়ানা কমদৌরি, চন্দ্রা? মতমবাক্তা অঙাং অঙ্গোদৌনা হাই-হাইদুনা শান্নরি নোক-খেবা শারি। মদুদগী মায়ানা মচিং লাক্কুনা য়াম্না ৱাংনা লংখৎলি, অদুদা ঐখোয়না অমুক কপ্লুনা ঙসাই নোক্লম্বদু কাউই। উরেদনা ঐখোয়না অঙাং পম্লগা মরক-মরক্তা লং-লংদুনা শান্নবদো।

চন্দ্রাদেবী করিমতা হায়রমদে, তাবদমক তারম্মী অদুগা মরক মরক্তা মপী তৈথোক্লম্মী।

## ১৩

মাঙ্গোন্দা মী মরি মঙা মমায় শুকথদুনা হিদাক্তি ঙাম্থক অমমম পায়রদুনা ৱারী শাদুনা লৈরম্মী। মখোয়না শারিবা ৱাদো মরূদি রমণীগী অনাবগী মরমদনি।

ইমুংদনা লপ্লেন কাগী ফম্মেন্দা মাইবনা পুক শুদুনা রমণী লৈরম্মী। মাংশোক্লোমদা ফক অমদা মরূপ-মপাং খরসু ফমদুনা অনাবীদুবু য়েংলম্মী।

রমণীনা কন্না কন্না নাহেরম্মী। মরক মরক্তা চন্দ্রা হায়না খংহায় খংহায়সু শোল্লম্মী। কনানা কদাইদা ফম্মী হায়বা ভাব তারমদে।

অসুম তৌরিঙৈ মতমদা চন্দ্রাদেবীনা মমাগী খুয়াদা চংদুনা খা-থংবা নাকলদা ফমগে হোৎনরম্মী। মানা খুয়া য়ৌরকপদা ইখং খংহৌদনা রমণীনা ইচা লাক্লৱা হায়না লাউরকই।

চন্দ্রানা ইমা ঐ লাক্লে হায়না খুল্লম্মী। প্রৎ-প্রৎ হোৎচন্দুনা মমাগী মথা মনাক্তা ফল্লম্মী। মমিত্তা পীগী ইরা চেল্লম্মী । ঙসাই মখৈ জ্ঞান তারুদবদু জ্ঞান হন্থরক্লুনা রমণীনা মচাদা হায়রম্মী——ইমাগী ইবেম্মা, ইয়ানিপাদি লাক্লা, ঐবু উননীংদরা?

অসিদা ফমদুনা লৈ।

রমণীনা মমায় অৱাং ওন্দুনা য়েংলম্মী, ময়ানিপাবু উরদুনা হায়রকই——ইনেমগী ইবুংঙো, ইচা অসি নখুত্তা শিন্নরল্লগে। ঐদি নখোয়গী নরক্তা লৈয়ু হায়না তমদ্রে। নংনা চন্দ্রাবু লুনা তৌবিয়ুকো, থাদোক্কনুকো।

রাধাচরণনা তপ্পা তপ্পা হায়রকই——ইমা ইবেম্মা, চন্দ্রাগীদমক করিমতা খনবিগনু। ঐগী থৱায়না হিংলিবমখৈ মাবু ঐনা থাদোকপা তৌরোই।

ঙাইহাক অসুম্না ৱা ঙাংনরগা রমণীদু অমুক তুমিন্না লৈখরে। ময়ামসু ৱা ঙাংলমদে, অনাবা পোত্থারিমাল্লে হায়দুনা। অমুক মিৎ পাংথোক্লগা চন্দ্রানা ফম্বা মায়কৈরোমদা য়েংলকই, শংত্রিক শংনা য়েংলগা হায়রকই——

ইবেম্মা নং লৈরিবোরে? নখোয় অনীদি য়ুম শংবিনবা অমতসু লৈহৌরিরোই। অমা চৎলগেরা? হুম, চৎখিনু। ঙসিদি ইমা য়াম্না থৱায় নুংঙাইরে। নখোয় অনী ঐবু চাক থোংদুনা পিজরমখো। অদুগা চৎকে

হায়রসু চৎলু।

চন্দ্রাদেবীদু মমাগী সেবা তৌবিনবা মী অমতা লৈতে হায়বা উরম্মী। লৈকাইগী য়ুম লোন্নবা মীনা মমা মচাগুম্না চংদুনা সেবা তৌবনি। অদুনা খুন্নকই—ইমা, ঐখোয় চৎখিরোই, ইমা নাবা ফৎত্রিফাওবা লৈখিনি।

রাধাচরণনা মমা মচাগী রাদু তাদুনা অদুম লৈরম্মী, করিমতা হায়রমদে। মাইবনা রাধাচরন্দা ওনশন্দুনা হায়রম্মী—ইবুংঙো, নখোয় চৎপ্রনু। নহালমখৈ লৈকাইগী মীনা সেবা তৌরকইবনি। অদুনা নখোয় লৈরবদি মখোয়সু খরা পোত্থাজরগনি। ননেম্বোক্লা চাক চাগে হায়রিসি থোংনবা থৌরাং অদুক তৌদনা।

য়াম্না ফনি।

চন্দ্রাদেবীদু মমাগী মনাক্তগী চৎথোক্লীংলমদে। যমদূতকী মখুত্তগী মমাবু মুনবা য়াগদৌগুম শংদুনা অদুম লৈনীংলম্মী। মদু উবদা রাধাচরণসু অদুম চন্দ্রাবু লৈহন্নীংলম্মী। অদুনা রাধাচরণনা হৌগৎতুনা চাক চখোম অমতং থোংনবা হোৎনরম্মী।

রাধাচরণনা চাক থোংনা থোংনা খল্লম্মী—তৌরিসিবু মিতাখমদা হায়দুরা? ঐনা থোংলিবা চাক অসিবু চাবা নংগদৌরিব্রা? ফীভম অসি য়ৌপ্রবদা চাক চাগে হায়বসিবু চানীংবনা মতৌরব্রা নৎত্রগা ঐবু লৌখৎকে তৌরিব্রা?

মতৌ অসুম তৌরিঙৈদা লৈকাই মী খরনা ব্রা অমনিগা ঈ মপুন খরগা পুদুনা থুংলরে। মদু রাধাচরণনা মপান্দা খুৎচুম হৈদোকপা থোকপদা উরুরে। মদু উরুবদগী নোংমৈশিংজংনা পান্‌বগুম্না রাধাচরণগী জ্ঞান পুম্মাং মাংলম্মী। অদুদগী ইমুং চংলগা হন্থরক্তুনা খল্লম্মী চাক প্রৎ-প্রৎ লোইবা তাই! চৎত্রিঙৈদা চাক চখোম অমতং তাবা নংনবা!

অসি খন্দুনা মৈ কন্না থাগৎতুনা হোৎনরম্মী। চাক মুল্লে থিরগে হায়দুনা পুখম পুশল্লম্মী। অদুদগী চাক থিবা লোইরগা ঙমু অরৌবদু মল্লম্মী। লোইরদুনা গিলাস অমদা ইশিং হৈরগা রাধাচরণনা পুখম অদু থাংগৎতুনা অনাবগী মনাক তাননা পুরগে হায়না খোংথাং অনীদং থাংবদা ঙাইরিঙৈদা মাইবনা হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ হায়না খংলাও লাওরম্মী। চন্দ্রাদেবীনা ইমা ইমা হায়না কপ্লকই। অদুদগী পাখং মরিখক চংলক্তুনা রমণীগী খুয়া লুখুমদা চংলম্মী। মওং ময়াম অসি উবদা রাধাচরণ অদু মখুত্তা পুখম তেঙ্গোৎ অদু অদুম পাইদুনা চপ লেপ্তুনা ইঙক ঙক্লা লৈরম্মী।

মতৌ অসুম তৌদুনা রমণী ময়ুম থাদোক্তুনা চৎখরে।

## ১৪

অঙম-অঙম্বা তৌদুনা রমণীগী শোরাৎ লোইরে। চন্দ্রাদেবীনা শিন্থরম্বা পী ইরাশিং অদুনা গঙ্গাগী ইচেনবু হেনগে তান্নরমবগুম তৌরম্মী। অদুবু মখোয়গী অরা-অনা অনংবনা পন ওইদুনা পীগী ইচেনদু থিংলম্মী। চন্দ্রাদেবীনা মমাবু নুংশিদবা ঙাকসু নত্তে, জগৎকী মী পুম্নমক্না চেল্লিবা পুকচেলনি।

রাধাচরণসু মনেম্বোক লৈতবদা নুংঙাইরমদে। অদুক য়াম্না তোইনা তিন্নবসু নত্তে, অদুগা চন্দ্রাদেবীবু লৌঙৈদগী নোংমতসু মনেম্বোকপু উবা ফংখিদ্রবনি, শিবা নুমিত্তদা উনখিবদু মঙাই। অদুবু নক্লবা খরা হেনবগীদমক থব্রায় রাবা, নুংঙাইবা হেনবা হৌনবদু রাধাচরণসু মনেম্বোক্কীদমক রারম্মী।

অদুবু মখোয়গী হিংনবা রাখলনা মরু ওইরক্তবা য়াদে।

মতৌ অসুম তৌনা নুমিৎ মরিনি মঙানি লেপ্লে। নোংমা মখোয় অনী ফমদুনা লৈরিঙৈদা রাধাচরণনা

হায়বম্মী—চন্দ্রা হিদাক খরা থকসি। ব্রাখল অমতা খনগে।

চন্দ্রাদেবীনা মোমোন তৌনা নোক্লগা হাযবম্মী—ব্রাখল অমতা নৎত্রবসু মঙা তরা থোক্লা খল্লু, কদৌগে?

চবোদা চবেং চবেং ঙাংলিসিবু। চৎলু, হিদাক্তুম থুনা হাল্লকউ।

হোয, হোয শোয়দনবা ......

চন্দ্রাদেবী ইমুংদা চংখবে।

মনাওবীসু কোয়বা লাক্লম্মী। মা লাকপা অদুদা বাধাচবণনা মনাক্তা ফমহল্লম্মী, অদুগা ব্রা হাযবকই — কবম তৌবি মনাওবী, কবি কবি লীলা তৌবি।

কবি হাযগদৌনো খংদ্রেদা!

কবিগী খংদ্রিবা, নংবু লীলা তোক্লব্রা?

তোক্তে।

অদুদি ....

লীলাদি পংশান-মশান্নে; অদুদা....

কবি তৌববা?

নংবু যাওদ্রবদা লীলা ওইবা যাব্রা?

কবিগী যাদনি, ঐ ইথন্তনা লীলা ওইবা যাব্রা? মী অদুক যাম্মিববু...

, নং যাওদবদি নথন্তা যাওদবা নত্তেদো ...

অসি তাবদা মখোয অনী অদু নোকমিন্নবম্মী। মবক অদুদা চন্দ্রাদেবীনা হিদাক হান্দুনা পুথোক্লম্মী। মনাওবীবু উবদা চন্দ্রাদেবীনা হাযবকই—

তাদা কোযথোক্তনা কোযবকইদা, কবি থবক লৈবনো?

অসুম নখোয উদবা কুইবে হায়দুনা লাকপনি। লাকহন্নিংদ্রা?

কবিগী ... ঐখোযগীদি ইবাইবক ফবনি।

বাধাচবণনা হাযবম্মী—ঙাইখো, নখোযগী ব্রাদু তোকখো। মনাওবী নংসু লাক্লে, ঙসিদি ব্রা অমতা তান্নসি।

কবি ব্রানো?

কবিবু ওইনি, ঐখোযগী লৈত লাইবগী ব্রানিদনা।

লীলা অমুক যাওগে হাযবিব্রা?

হুঁ হুঁ মদু নত্তে। সেঃ ঙবাং নুংদাং চন্দ্রা ঐখোয়নি ঙাংনবা। ঙাংনবা নত্তে, ঐনা মঙোন্দা হাযবনিমা। মহাক ইশৈ তৌবো, অদু নৎত্রবদি ঐনা থবক অমা তৌনীংঙাই লৈতবনিনা ...

ফৈ কদৌগে?

অদুদা মানা যাদেনে।

কবিগী যাদ্রিবা ?

চন্দ্রাদেবীনা অদুদগী খুন্নকই—

কবিগী য়াকনি? নুপীনা নিপা থাকপা হৌনব্রা? নিপানা থাকপদি থাকপনি।

মনাওবীনা নোক্ল-নোক্লদুনা খুন্নকই—

হেবা ইবোশা নংশু—নংবু মৈতৈ চনু নৎত্রা। মৈতৈ নিপা নুংঙাইয়ু, নুজা ঐনা ফৈজাগে, পোৎলুম কোকখোন নাদুনা, লমদম কোইনা শেন-তানগে—হায়নবদাইনে? তাদ্রিবা খক্। আসামদা জগোই শাবদুম চৎলুবা।

কবিগী চৎচকুগবনো। ঐবু ইশৈ তৌবীনি হায়দুনা পংঙ উৎশিত্তনা ঙাংবিনুদা তাদা । শেমগৎপিবা, যোকপিবা, শেন্নবিবা য়াওববদি অচৌ-অশাংগী মচা-মশুগুম পুন্সী লেনবা ঙমজগদবনি।

যেঃ যেঃ, ইবেম্মা নং শেবান্ননা চৎখবে। ঐনা হায়বনা অমা নংনা খনবনা অমা। তাউ ঐ অদুক হায়গে—

কবিনো হায়বিয়ু—

সেঃ মুন্না তাউকো, ভাব তাউ, ইবুংনা হায়দৌবিবদি অসিনি হায়বা।

হায়বিয়ু হায়বিসিনি।

নুপী নখোয়দি নপুবোইবগীদমক লৈবনি, নপুবোইবগীদমক শিগদৌবিবনি। লাই নিংবগী মহুত্তা নপুবোইববু পেন্নবা তৌ, লাই ফংগনি হায়বিবনি। মদু তৌবদা অচোপ অবেম, অন্না-নুংঙাই, ইকাই-ইকি— কবি হায়নি থন্নায় ফাওবা থাদুনা হোৎনগদবনি। মাগীদমক্লিবু হায়ববদি ... নখোয়নি শাওগদবা? শাওবোই হায়ববদি হায়গে।

শাওবোই শাওবোই হায়য়ুনে, নন্না নবৌশিং লৌগে হায়বগীদমকপু ন্না তান্নবিবনি।

অদুদি সেঃ হায়গে তাউ... নপুবোইবগীদমক্লিবু হায়ববদি —হায়বদি নপুবোইবশিংনা চানিঙাই লৈতদুনবু ওইববসু নৎত্রগা ঙাওদুনবু ওইববসু বেশ্যা খল্লু হায়বদা নপুবোইবগীদমক নপুবোইবগী যাথং ঙাক্কদবনি। অদুবু .....

মখোয় অহুম্মক ন্না লাউনা নোক্লম্মী। মনাওবীনা মখা তাথবম্মী—

অদুবু চন্দ্রা ইবেম্মা, কনাগুম্বা নিপা অমতনা মাগী নুপীবু অদুগুম্বা নত্তবা চৎলু হায়বা নত্তে। নংবু জগোই শাও হায়বদি মৈতৈশিংসু খবা খবা তৌনৈ হায়বননি। মদু অচৌ অশাংশিংনা তৌদ্রবসু, ঐখোয় লাইববুদি মখোয়না থিংবিদে।

চুম্মী তাদা, লাইববগীদি অচোপ অবেম লৈতে। অদুমকপু অপংবা মীগী ওইনা তৌই জগোই শাবা থবক অসি। অপংবী লুখ্রাবীগী অদুগা নুপীগী খুদোনবীদা পুবা নিপাগী মচা মশুশিংনা জগোই শাহনবনি। অদু নৎত্রবদি নিপা অমতনা মতুগী ফনেক যোমদুনা পুদবনি। মদু পুবিবদুদি কবম্বা নিপানো খংব্রা ...

হায়য়ু, হায়য়ু, ...

মদুদি নুপীনা লৌবা নিপানা পুজবনি, নুপীনা নাইকবা নিপাদি তৌখিদে অদুম্মা।

অদুদি কলাবিদ্যা চাওখৎনবা হায়দুনা জগৎ পুম্বনা তৌবিসিদি অবেম্বা তাবে? বাধানচিংবী সখীশিংনা ইশৈগা জগোইগা অনীনা মখোইগী লৈজবা লন হায়বদুনি হায়বদুনা শ্রীকৃষ্ণগী মপুক্লিং হুবিসি কম্দৌবে?

মদুদি কদৌগে, মপুবোইবগীদমক্লি। ঐসু অসিদা ইশৈ শক্কে জগোই শাগে, ভাবোক অদু ইবুবোইবদনা ওইববদি কদৌগে শাগেনে জগোই, শক্কেনে ইশৈ।

খংদ্রেদা, কবিনো হায়গদবা, অমা হায়বে ময়াদা অমা হায়বে ময়াদা। বাধা নংসু নিপানি। নুং হেক থুগাইকবা, চিংনুং চৎতুনা নমিত্তা লাইবিকসু খবা মউই, ঠিকাদার অমগী লাইবিক শুবা মোহবী মচা অমা ওইবসু মযাই।

খংদেনে মনাও, ঐসু মদু খল্লিবনি। অদুদা ঐনা লংফৈ চংখ্রগা মা মথন্তা লৈবা ঙমহৌগদবা খল্লিবনি। মীসু তাংইদো। অৱাৎপগী অৱাৎপা ঙাক্তা ইনাও অমা লৈদুনা লৈমিন্নহৌগনি হাযবসু লৈতেদো। ইশেন অমসু লৈতেদা' লুখ্রেনে খনবদা।

মনাওসু চৎলগে হাযনা হৌগৎতুনা হাযবল্মী—খন্নখো, থোকপা অমা লাক্কনি, ঐখোযনা তম্বা ঙম্বা নত্তে, লাইনা শিল্লককদৌবা ঙাক্তনি। পংৱাসু বাকনুদা। ঐ চৎলগে ঙসিদি লীলা তম্বা চৎপা তাবি।

অসি হাযদুনা মনাওবী চৎখ্রে। বাধাচবণগা চন্দ্রাদেবীগা অনীদু ৱাখলনা শুমহৎতুনা লৈহৌই।

## ১৫

চযোল অমা লৈবগা মক্তপ চন্দ্রহাসকীদা বাধাচবণ কোযবা চৎলল্মী। চন্দ্রহাস অদু লাইবিক অমা পাদুনা লৈবল্মী। বাধাচবণবু উবদা লাও বাধা কদাই চৎলুই হাযনা কৌশল্লল্মী। বাধাচবণনা অসুম কোযবকপনি হাযনা চংদুনা চন্দ্রহাসকী মনাক্তা ফল্লল্মী, অদুগা অমুকসু হংলল্মী—

কবি লাইবিক্লো পাবিবদু?

মমিং কবি কৌই?

হেবা, ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবগী 'চোখেব বালি' হাযদুনি।

নুংঙাইব্রা?

জগৎকী অফাওবা কবিনা লেংবনিদনা। কবিগী নুংঙাইতগনি।

ঐবু অমুক্তং পানীংঙিনে।

পাও কদৌগে। ঐ অমুক্তদি লোইথোক্লকখিগেদনা। ঐদি নহাল নখোযগী শোনাৎ নুমিত্তগী অমুক্তসু লাকপা ঙমদ্রে। কবম কবম তৌবি। চন্দ্রাখোযগী অদুম হুন্দোক্লব্রা?

হৌজিকমক্তি শো লোন্দুনা থল্লি। যুম অদু শিদোক্কদবা মফম খংদে।

ইংখোল অদু যোন্থোকপনদুম হেন্না ফৈ। কবি খল্লি নখোযনিদি।

যোন্থোকপদি ফৈ হাযববু মদুগী অমুক বেজিস্টাব তৌবা হাঃ নামজাবি তৌবা হাযবদা হনগৎ হন্দা চৎপদুনা হেন্না তনখ্রে।

অওইবনি মদুনদুম হেন্না তনখ্রে। থা মবি মঙাদি হেকমক মচংগনি। মতা চাদ্রগা চহি মবি মঙাদুম চংবা যাই। অদুমকপু অবৈবা মীনা হোৎনজকবগা লোইবে, নখোযগীদি দলিল অমা ইবিনগা অদু মঙাইদনা।

কদাইদগীনো চন্দ্রহাস নংনা হাযবিসিবো? নুপীনা ইখ্রোল যোনবদি কোর্টতগী সার্টিফিকেট অমা লৌবা হাযবা অমমুক তৌবি। থবক মথাং যামখ্রে। মদুগীদমক হোৎনবিঙৈদা অসোমদা চানবা পৈশা অমনীদং তানগদবদু কাযদৌবি। ঐ ৱা অমা তান্নসি লাকপনি।

কবি ৱানো?

চন্দ্রাসু ইশৈ তৌদুনা মতম খবা ঐবু থাকউ হায়বা যাদ্রে। মাবু ঐনা থাক্কদবনি হাযবে।

চুমদ্রা মানা হাযবিবদু। নুপীনবু ....

ইবোশা নংসু ... নুপীনা থাকপা ইমুং কযা লৈবি মণিপুব অসিদা। অযাম্বা শরুক্তি নুপীনা থাকপনি হাযবা যাই। যেংউ লৌবুক্তা কুল্লে নুপী নিপা অনিমক কুম্নবি, কৈথেলদা ফল্লে নুপীনা - নিপা অমতা যাওব্রা?

চুম্মিনে অদুসু। ঙল্লবদি নিপানা থাকপনা ফৎত্রদো? নংদি নপাঙ্গলসু থেক তেকমখৈ কাল্লি। কুলি ওইবসু

ঙস্মী। চিংদা কাদুনা শিংচনবা ঙস্মী, তুরেলদা কুমদুনা খুহ্লম্না ঙস্মী। লৌব্রাই কুমদুনা পোৎচৈ লৌরুরগা ইম্ফালদা থারবসু হেন্দোক্লা ঙস্মী। চন্দ্রাদি ফীরোন শাবদি হৈত্রা?

করিমতা হৈতে। পিশক পিকঙেদগী মমানা ইশৈ তৌহন্দুনা লাকপনিনা শিল অমতা পানবা ঙমদে।

উম্ চুম্মি, লুখ্রানা য়োকপা হায়বদুদি অদুনি। লাইরবগী লাইবক্তা গতি করিমতা তমদবনি। মানা ইশৈ তৌ হায়বা য়াদবদি করিগীনো?

করি ওইনি, ইকাইরে অসিনি। ঐনা শোন্দুনা করিমতা ঙমদ্রবদি মাসু ময়াগদৌবা। ইমুং মনুংগী থবক্লা নুপীগীনি অদুগা মপান ইপানগীনা নিপাগীনি অসিনি।

চুমদ্রা, মনা হায়রিবদুসু।

ঐগী মীচং অমতা লৈখিদ্রে। নহাল মনাওবীসু নুং থুংগায়রু হায়রম্মী।

নংগী মীচং লৈতবা নত্তে। নংগী ফীভমগী মতীক চাবা পাওতাক পিবনি। নংবু নতেং পাংবদি ঙমদে।

তৌবদি গতি ইলৈমক লৈত্রবনিনা অমদি তৌবা মতাই। অদুগা কুলি ওইবদি মণিপুরদদি ইকাই। আসামদা চৎতুনা তৌরুবা তাই।

চন্দ্রাসি মথন্তা হুন্দোক্লমগদরা?

মাসু য়াওনা পংচৎ চৎখ্রবা হায়দুনি।

থংদ্রেনে রাধা, লাইরবগী লম্বেল খুইনে। অহল্-লমন্না হায়নাবদাইদো নহাল মপোক্কী তৌজমলনি হায়না।

অদুদগী মখোয় অনি তুমিন্ তুমিন্ লৈনরম্মী। চুরুপ অমমম থকমিন্নদুনা ঙাইহাক পোত্থানরম্মী।

রাধাচরণ অদু বুদ্ধি তারমদ্রে। ব্রাখলনা মপুক্লিংদু থুন্নম্মী। অদুদগী অমুক ব্রা ঙাংলকই।

চন্দ্র, নং খরদি মতেং পাংবা তাইদো।

করিনো, হায়য়ু,

ঐনা লংফৈ, চৎপা তারবদি খরচা খরদি চংগনি। অদু নংঙোন্দগী খরা পুবা তাইদো।

পুবা নৎত্রবসু খর থোকপা মতেং পাংগনিদা ঐসু।

হুঁম নংগী লমন্ য়াম্না তোন্শল্লে। ঐ শোয়দনা শিংনবা হোৎনগনি।

শিংবিয়ু কৈসু হায়দে। শিংগে শিংউ, শিংঙোই তোকউ অদুবুদি। নংগী চৎপা চৎতবা অদুদা লেপ্নখো। হাওব্রা চাবদুম চৎলুসি, চৎসি।

ফৈ।

অসি হায়নদুনা মখোয়নি হাওব্রা চাবা থোকখ্রে।

নুংদাংব্রাইরম হাওব্রা চারুরগা রাধাচরণ অদু ময়ুম তান্না হল্লকই। চন্দ্রাদেবীনা থাওমৈ থাঙ্গৎতুনা তুলসী সেবানচিংবা তৌরম্মী।

লোইরগা ফুংনাক্তা নাকল য়েৎলোম ওইরোমদা মখোয় অনী ফমমিন্নদুনা লৈরম্মী। রাধাচরণনা হিদাক থরুম্মী অদুগা চন্দ্রাদেবীনা হেঞ্জাং মল্লম্মী।

হিদাক ঙাইহাক থক্লগা রাধাচরণনা হংলম্মী—

চন্দ্রা, এলাং কেংঙোইরা নংনা মল্লিবদু?

অং মানি। চানীংদবরা হংলিববু?

চানীংবা চানীংদবা কবি লৈবগে? অফংবা খবা চাবগা লোইবে। লাইববনবু অহাও-হাওতা খংব্রা? নংদুম চানীংদ্রগা তোকউ।

ঐবুদি চানীংদুনা মল্লিবনি।

ফৈ অদুবু ওইবদি।

অদুদগী বাধাচবণ অদু হিদাক থক্তুনা অমুক তুমিন্না লৈবম্মী। চন্দ্রাসু হেঞ্জাং অদুম শেন্নম্মী।

বাধাচবণনা অমুক হংলকই— চন্দ্রা, ঐনা অসুম খল্লুবদা নংফৈ চৎপা তাবে।

কদাইদা চৎকনি?

আসামদা চেক শাবা চৎপা হাযদুনি।

নংদি চেক শাবা হৈববা ইবৃংঙো?

কনাসু হৈদুনা পোল্লকপা নত্তে, তম্নগা যেংলগা হৈবক্কনি।

তম্নিঙৈদা শেল ফংগদবা?

জুগালি ওইনা ফংবসু ঙাইদনা।

ঐসু যাওনা চৎকেদনা?

নং যাওনা চৎপা তাই, ঐখোনিগীনি গযবা কনামতা লৈতে হৌজিক মৈতৈ লৈবাক—ম্না লৈবাক খাসদা। শিবে চংলে ঐখোযনি পুলপ লৈমিন্নবা ফৈ।

আসামদা কবিসু লৈত্রবা মীনা ঠিকাদাব ওইদুনা শেল যাম্না ফংনৈ। ঐখোযসু ঠিকা অম-অনী ফংবা ঙম্মোইদবা?

লাইনা তম্নবদি ফংবসু যাই। অদুবু শেল হান্না পুথোক্লীংঙাই লৈতেনে।

তোয পুথোক্লীংঙাইবু লৈববদি ঐখোযগী অসিন্নাইদসু ঠিকা তৌবা যাই। মিলিটাবীগী ঠিকানি হাযদুনা কয তৌনবি, পৈশা কযা ফংনবি, ঐখোযদি অমতসু যাওদে।

ন্না অমদি লৈনে হায।

কবিনো?

চিংনুংদা নুং থুগায়বদুম যাওর্কসিবা?

হৈনগদবা?

চন্দ্রা নংবুনা হেন্না ঙকখবে।

কবিগী?

হৈনবা হৈনদবা হাযবসি লৈদি লৈ - অদুবু লাইববগীদি হৈতবা লৈতেনে।

অদুগা তৌরুদনা!

ফৈ, হযেং অসি ঠিকাদাব অমতং উনন্দগে।

চন্দ্রাদেবীসু কবিমতা হাযবমদবে। হেঞ্জাং শেন্না লোইবদুনা চাক থোংবা চংলৰ্ম্মী।

বাধাচবণনা হিদাক থক্তুনা ন্নাখল তৌবম্মী। ন্নাখল খনবা মখৈ খল্লগা অদুম তুমথবম্মী। চন্দ্রাদেবীনা ইশৈ ঙংল ঙংলদুনা চাক থোংলম্মী।

১৬

নোংঙাল্লে।

বাধাচবণ যাহৌবদুনা ফমফম ফক্তা হিদাকফু অমা চিংদুনা ব্রাখল তৌবগা হাযবকই—

চন্দ্রা, চন্দ্রা লৈব্রা?

ইমুংদগী চন্দ্রাদেবীনা খুল্লকই—

কবি ওইববনো?

ঐ লেপ্লে হায, ঐ লেপ্ল-পোৎনি।

চন্দ্রাদেবীনা ইমুংদগী থোবক্লগা হাযবকই—

কবিনোনে লেপ্পা হাযবো?

চিংনুংদা নুং থুগাযবা।

চন্দ্রাদেবীনা মোমোন তৌদুনা নোক্লগা হাযবকই—

ফবে কদৌগে নিপা থৌদাং যেংলুবো।

ফৈজোম-ফুবিৎ খবা পুথোবকউ।

চন্দ্রাদেবীদু ইমুংদা চংখবে অদুগা ফীবোন পুদুনা অমুক কনা ঠিকাদাবনো উনদৌর্নিদি?

ফুবাম্না হাযব্রা কবিনো নিংথৌজম মচাদো।

কদাইদা লৈবনোনে?

ভদ্রা-লৈকাইদা লৈ হাযনে।

অসি হায়বগা বাধাচবণ অদু ফীবোন শেৎলদুনা থোকখিবম্মী অদুগা চন্দ্রাদেবীনা মঙ্গল ওইবক্লবা লাই নীংদুনা লৈহৌই।

ভদ্রা লৈকাইনি।

লৈকাই অসিদা লৈবা মীদি ফুবাম্নাগী থবক তৌদুনা মাচঙ্গাক চাবনা অযাম্বা ঙাক্লনি। মখোয লোইনা শেল মতীক চানা ফংনবম্মে। মাসু ফুবাম্নাগী মযুম মশক শংদদুনা একাগাডী তোংবা নিপা অমদা হংগে তৌবম্মী। অদুদা খবসু হঙ্গোইবম্মী, কবিনা- গাডী তোংলিন্দু বোলি গাডীনি, মচুসু শংই, নিপাদুনা খোংগ্রাও অচোনবা অমা উপ্লম্মী, অদুগা মান্নদনা ফী অমগী কোট অমা লিংলদুনা ব্রাব-ক্লালিটিগী ঘডি অমা মখুদাংদা শিবম্মী, খোংউপনা ঙবাং নহান্দা লৈবা মাষ্টব সার্ভিস্ মার্কাগীনি —মচুসু কোনানি। ইংবেজী মতেক লোনবা মৈতৈবোল মতেক লোনবা মীনি। মচিনবান্দা চুরুপ অমা থক্লদুনা লৈবম্মী।

অদুমকপু বাধাচবণনা হংদ্রবদি মফম খংলবোই হাযদুনা নিপা অদুদা হংলম্মী--

বাবুবু ব্রা অমতা হংজগেবা!

কবি ওইবনো?

ঠিকাদাব ফুবাম্না হাযবদুবু কদাব্রাইদনো?

অসিদা উবিবা কোম্প্লোং অহুমগুবা অসিনি।

একাগাডী তোংবা নিপা অদুনা ফজনা পাওখুম খুম্লকপা অদুদা বাধাচবণসু মথব্রায নুংঙাইবম্মী। প্রৎ-প্রৎ চৎতুনা ফুবাম্নাগী মযুমদা চংলম্মী।

ফুবাম্নাদু ব্রাহেংবম লৈকাইদগীনি। লানজেনবদগী ভদ্র লৈকাইদা লৈবম্ননি। মখোযগী মাঙ্গোম্দা মরূপ-

মপাং অমনি ফল্লম্মী। বাধাচবণবুসু কৌশন্দুনা মখোযগী মবক্তা ফমহল্লম্মী। ফুবাম্নানা হংলকই—

কবিনো ইবুংঙো নংনা লাকপবো?

কাংপোকপীদা বাবুগী ঠিকা তৌবি হাযনা তাজে, অদুবু ননাই ঐখোয যাওজবা যাগদবা?

যাওবা হাযদি?

অসিদগী থবক শুনবা মী থাজনবীবা লৈববদি ঐ যাওজগে তৌবনি।

মী থাজনবদি লোইখবে। অদুমকপু ইবুংঙোবু ঐনা থাজনবা ঙমগনি। ঙসিদি অদুসু যাববোই। হংচিৎককা যাগনি?

অহোয।

কবি থর্বক্তি হৈ।

নুং থুগাযবা চিং ককপর্নচিংবা হৈজগনি।

ফৈ, অদুদি হংচিৎ অদু লাকউ। ঐ গাউদা থানবা হোৎনগে।

অদুদগী ফুবাম্নানা হান্না ফম্নল্লিবা মী অমদা হাযবকই-

তা মাধব, তেবসিং অসিবু কবম তৌগদগে?

তেবসিং কবম তৌগদগে হাযদি?

ইফং ফংদ্রে হার্যনি।

কদাইদগী ফংগদগে? ডিলাবনি হাযদুনা তৌবিবসি লোন্না টিন অমদা লুপা যাংখৈ ল্ম্ফু পিদুনা যোল্লে। ঐখোযদি কবিমতা ফংদবে।

দাবোগাসু কবিমতা থিজন্দ্রব্রা নৎত্রগা শেল চাবব্রা নৎএগা মখোযনা থৌনা ফদনা অসুম তৌবিববা কবম তা খংদবে।

কনানা খংবনো লাইসু মীসু চপ মান্নবনি, অদুনা ঐখোযনা অসুক যাম্না ৱাবিবনি।

হোযনে হাকুম তৌই চেং মক অমতা হেক ফংদে। মখোযগী ডিলাবনি হার্যাবসি ঐদি খংদে মখোযগী আসবাইনা ঙাংনববু যাম্না লাইববনি হায লাইববা হাযবণ অযুক চাবা নুংদাং হেল নুংদাং চাবগা অযুক হেল তৌবম্বনি হায। অদুবু মখোযগী মতু মচাসি কবিনো সনানা সেব অমনি ওইনা লিক শিবিবা নাথাং যাল্লিবা।

হোয ফজবা মপাল শাৎপা হাযদুনিদনা।

অদুদগী মদন কৌবা নিপা অমনা হাযবকই—

হোয খবগী মখৈ তৌজবা হাযবদুনি। ঐখোযনা এস, ডি, ও গা মান্নদুনা বিল হেন্না শাবগুম্বনি।

মাগী ৱাসি তাবদা মযাম্না মঙোন্দা মমায ওনশন্দুনা যেংলম্মী —ফুবাম্নানা কবি বানো হাযনা হংলম্মী—

বাধানা—মদুম্না ঠিকাদাবনা বিল হুবাল্লে হাযদুনা মযাম্না ঙাংনবসিনা কলিকাতা চৎপা মীশিংনা ঠিকাদাব অপংবদা পোৎ হাকসি হাযর্নাববসিনি।

কনামতা শাওবমদে। মাধবনা হাযবকই —

মদুদি শোইদ্রবা পোৎনি। একাগাডী বেলিনি হাযনা তৌবিসি লুপা চানিপাল নৎত্রবদি লৈত্রে। ইমানা পোকচৈগী হান্না তোংদবা ঐখোযসু ইন্দ্রবদি চৎত্রবা হান্না অসিদা লুপা লিশিং তবামাথোই পিদুনা লৈবে। ঠিকাগীনি হাযদুনা পিবা থাও অদুনা ঠিকাগী থবক্তদি শিজন্নদ্রদুনা লীলা ঙাকপা জগোই ঙাকপা চৎপদা শিজন্নবি। ঐমক তৌববনি।

অদুদগী ফুবাম্নানা হায়বকই—

হোয়নে, খংনা খংনা হু চাবা, উনা উনা থি নেৎপা হায়বদুনি। ঐমকসু নহাল চনমগী গৌব লীলা ঙাকপদা লুপা লিশিং অমবোম থাদোক্লন্নে।

মাধবনা হায়বম্মী—

পাপতা তানবা শেলদি প্রায়শ্চিত্তা চৎপনি হাদাইদো। অসুম তৌদুনা অচাইবী শেল খুনবা ঐখোয়দি অসুম্না চাইথোকপা হায়বদুনি।

মখোয় ময়াম নোকমিন্নে। অদুদগী বাধাচবণসু ময়ুম পাংনা হল্লক্লম্মী।

১৭

ময়ুম যৌবে হায়বগা বাধাচবণ অদু চন্দ্রাদেবীবু কৌবদুনা হায়বকই—

চন্দ্রা, চন্দ্রা।

কবি ওইববনো?

ঐ হংচিৎ চৎপা তাবে। মখোয়গী গাড়ী অদু হংচিৎ থাগনি হায়বকই।

চন্দ্রাদেবীদু কবিমতা খুল্লমদে, তুমিন্না শক হঞ্জন্দুনা লৈবম্মী। অদুদগী ইমুংদা চংখবে, বাধাচবণনা মফী মবোল হোংদোক্লুনা মাঙ্গোন্দা লৈবম্মী।

ঙংইহাক লৈবগা চন্দ্রাদেবীদু হিদাক ঙাস্তক অমা ফু-ফু কাম্লদুনা লাক্লম্মী' অদুগা হিদাকফুদা পাল্লম্মী। অদুগা মপুবোইবদা যেংলদুনা হায়বম্মী-—

চৎপদি শোয়দনা চৎলনি, নুং থুগাইবব্ হৈগদবা?

নংনা মদুদা হংদুনা লৈবে। কবিগী হৈর্তনি। ঐবু নিপা নৎত্রা?

নিপাদি ওই হায়ববু মহৌশানা তৌবা তৌদবা—

মদুগীদমক নং কবিমতা ব্রাগনু।

চন্দ্রাদেবীদু ইমুংদা চংখবে। চাক থোংদুনা লৈবম্মী। বাধাচবণনা হিদাক থক্লা থক্লা ব্রাখল তৌবম্মী।

মানা অদুম্না লৈবিঙৈদা মাগী মরূপ চন্দ্রহাস অদু লাক্লম্মী। মখোয়নি ফম্মিন্নদুনা ব্রাবী শাবম্মী। চন্দ্রহাসনা হায়বকই—

বাধা নং হংচিৎতি ঐগী থবক অমা তৌবিবা তাই।

কবি থবক্লো, যাম্না লুবা জাৎলা? ঐদি হংচিৎতি কাংপোকপিদা চৎপা তাবি।

কবিগীনো, চৎতবা যাদ্রববা?

যাই যাদে হায়বা তাইযে।

কবিগী চৎকদৌবিবা।

বাধাচবণ অদু খুমগনুসিবা খল্লম্মী, কবিনা ইকাইবা মচেৎ অমতং যাওবম্মী। অদুবু মরূপকী মফমদা ইকাইবা কবিনো হায়না খল্লম্মী, অদুনা হায়বম্মী—

কবিসু নত্তেদা। লাইববনিনা নুং থুগাই-লাকাইরুশিবা হায়না তৌবনি।

অদুসু অকবা থবক্কি। অদুবু ঐগী থবকসিমতদি তৌবিববদি নুংঙাইনিদা।

কবি থবক্লোনে নংগীবু?

সিনিনে—ঐখোয়গী পাজিখোয়না ঐবু নুপী অমা থিবিদৌবগী তৌবে।
ফৈ কদৌগে, মপা-মমানা মচাগীদমক তৌবিফম থোকই।
ঐনদি পামদে।
পামদে হায়বদি—নুপী থিনীংদে হায়ববা নুপীদুবু পামদে হায়ব্রা?
নুপীদুবু পামদে হায়বনি।
অদু ঐবু কবি তৌ হায়বিবা?
নংনা তৌগদববো বাধা?
অং ঐনা কবি তৌবা?
ঐখোয়গী পাজিখোযনা হায়বিবা নুপীদুগী মযুমদা খবা চৎপিক হায়বা।
চৎলগা কবি তৌদৌবিবা?
চন্দ্রহাস হায়বদু অঙাওবনি, বুদ্ধি নামা শেফাৎপনি হায়বিক্।
নংদি ঙাওস্ ঙাওদবদা?
অদু ওইববসু—
মীনম্বা ঙাংবা তাইদো?
মৰূপকীদমক .......
কবি কান্নবা অদুনা?
ঐখোযনিমক্কী কান্নবা লৈ।
কর্বিনিনা?
ঐগী কান্নবনা পামদবা পোৎ ঐগী ওইদ্রে ....
ঐগী কান্নবনা ....
নংগী কান্নবদি বাধা অসিনি—
হায়যু.....

মৰূপ অমনা মৰূপ অমগী অকী-অখং মীনম শোবিবা কবিমতা বিচার লৈতবা মখৈ থবক তৌবা—মদু হৈববদি সখ্য-প্রেম ঔডাইবা হায়বদু ওইগনি। কৃষ্ণগীদমক পাপ পুন্য তৌবদা কবিমতা অকাইবা লৈতে। কৃষ্ণপ্রেম মখল মযামদুগী মবক্তা সখ্য-প্রেম হায়বদু মশক খংবা ঙমগনি—নংনা ঐগীদমক তৌবিবদি।

বাধাচবণদু ৱা কবিমতা ঙাংলমদে, তুমিন্না অদুম তাবগা ৱাখল খল্লম্মী।

অদুদগী হায়বকই—
নখোয়গী পাজিখোযনা ঐবু কবি হায়গনি?
হায়গে হায়বা মখৈ হায়জশনু—মৰূপকীদমক নংনা খাংগদবনি মদু।
উম, চুম্মি। অদুবু ঐদি হংচিৎ অসি চৎনীংই। হয়েং অদু নংগীদমক চৎলুগে হায়ববু যাবোইদবা?
যাবদি য়াই, অদুবু লৈপাকপোকপা নুমিত্তা অৱাং কাবদি তৌহৈদে হায়নৈ।
মবক অসিদা চন্দ্রাদেবীদু থোবক্তুনা লৈবম্মী। মখোয়নিগী ৱাদু তাবদা মকোক তাহৌদদুনা হংলম্মী—
কবিনো লৈপাকপোকপগা হায়ববু?
বাধাচবণনা খুল্লম্মী—

নংগী নখৌ কবি লৈবগে, তৃমিন-লৈযুবা?

চন্দ্রহাসনা অদুদগী হায়বকই—

হংজসনু কদৌগে?

অসি হায়বগা চন্দ্রাদেবীদা চন্দ্রহাসনা ব্রা লোইনা হায়বম্মী। অদুদগী বাধাচবণনা হায়বকই—

চন্দ্রা, ঐ হংচিং অসি কাংপোকপি চৎলবোই, মতুংদমুক চৎপা হায়বদুনি। খংদে ঐদি, নংনা ফগদৌবা অমা তৌ।

চন্দ্রহাসনা হায়বকই—

নংগী কাংপোকপি চৎপা হায়দুদি কদৌগে, ঐনা গাডী অমা থৌবাং তৌবিবা যাই। শগোলশেল নুমিত্তা চৎলো।

ঙাইহাক ব্রাবী অমা অমা শাবগা চন্দ্রহাসসু মযুম হনখবে। বাধাচবণনা মরুপকীদমক তৌবা হায়বদুনি হায়না খন্দুনা লৈহৌই।

১৮

নোংঙাল্লে বৈপাকপোকপা নুমিৎনি।

অদুদগী নোংঙানবা অমমুক থুংলবে যুমশকৈশা লাক্লে। মরুপকাদমক চাং যেংবা তাবে।

অযুক পুং ৮ তাবা কান্দা চন্দহাস লাক্লে। বাধাচবণনা হায়বকই –

নং লাক্লবোইবে। ঐসু চৎকে হায়দুনা ফীবোন শেৎপা হৌবল্লিবর্সিনি।

যাম্না নুংঙাইবে বাধা, নংনা হন্দক তৌগদৌবিবা থবক আর্সাদি ঐগী পুন্সিগী মমল নাইদবা থবক অমান। মসিগী লমনদি শিংবদি লাইবদুনা পুক্লিংনা ফাওবা খনফম থোক্তে।

চবোদা, কবিগী লমন শিংবনো। ঐনা নংগী নংনা ঐগী থবক তৌবনি।

মবক অসিদা চন্দ্রাদেবী থোবক্তুনা হায়বকই–

ঙাইখো, তাদা, নখোযনা নুপী অদুবু অদুক যাম্না তাথিলবিবা কর্নিগীনো?

মাবু মশক ফজদে মগুণ লৈতে হায়বা নত্তে চন্দ্রা, নুপী হায়বসি পুন্সিগী লোযনবীনি, ঐগী অবা নুংঙাই পুমিন্নগদৌবিবনি। অদুনা ঐনা খনবা নুপীতনা ঐগী ওইবা যান্দবনি। নৎত্রবদি –

অহল-লমন্না যাবা নুপী হায়বসি ফনা ফবনিদা তাদা।

চন্দ্রহাসনা মোমোন নোক্লদুনা হায়বকই –

ফবসু যাই,মদু য়াদবা তৌদে। অদুবু ইশানা মশক খংনা খঞ্জবনা ফৈ হায়বনি।

নুপীদি খনবা ঙমদেদো ইকাইবদগী।

কবিগী ঙমদনি, নখোয অনী অসি নশা নশানা খঞ্জবা নওবা।

অদুনা ঐখোয অনী অসুক য়াম্না ব্রাবিবসি খংদ্রা।

লাইববগী ব্রাবনি, থম্মোই তিন্নবদি মপুং ফানা তিন্নবনি।

চন্দ্রাদেবীনা হাইফেৎ নোক্তুনা তাবম্মী, কবিমতা খুল্লমদে। বাধাচবণ অদু মফী শেৎপা লোইবে অদুনা মখোযনীগী ব্রা অদুদা যাওবক্লে।– মাগী মাগী কর্ম্মফল চাজবনি। কনামনা অহল লমন যাবনা ফৈ, কনামনা মদু নত্তে। অসিমনা ফৈ হায়না কবিসু হায়নীংঙাই লৈতে।

চন্দ্রাদেবীনা অমুক চন্দ্রহাসতা হংলম্মী —

নিংনবা ইপাক্কী তাওমিন্নবী কনা লৈববগে?

খোইকম তৌনা নোক্লম্মী। চন্দ্রহাসনা খুন্নম্মী—

কনাসু লৈত্রি, হযেং লৈববা কালদা য়ুমদা অমা লৈববদি মদুনা অপাম্বা লম্মেল চৎপদা পন ওইবগনি—অদুননি।

লৈববিনিদা। ঐঙোন্দা হাযনীংদদুনা তৌবিবনি।

লৈত্রি নবক তানি, নং থাজদবা তৌগনু।

অদুদি কদৌগে হেক লৌশিনবিয়ু হাযকবিবসি। হযেং লৈবু লৈমিন্নববদি নুংশিগনিদা।

মদুসু ওইবকপা যাই লাইগী নোংদমদগী। অদুবু মদু হৌজিকমক্তি পামদ্রিনে। অনাবদা হিদাক পিজবগুম্না চাবা তাইনে।

অনাবা ফববদি কয়া নুংঙাই—অদুদি খক খনবিদ্রা? পোকঙৈগী অমুক্তা না-যেকপা তৌবিদ্রিববা?

মখোয় অহুম্মক চপ মান্ননা ফাক ফাক নোক্লম্মী। অদুদগী চন্দ্রহাসনা হাযবকই—

কান্নপোৎ নত্তেদা চন্দ্রা, থৱায়না পামদবা হাযবসি যাম্না লুবনি। ঐ হযেং নুপীগা খাইনবা হাযবদু তাল্লিনে।

নুপী লোনবদি তল্লোইদা!

চন্দ্রহাসতু নোক্লম্মী। বাধাচবণদা হাযবম্মী। নং ৱা অমুক তাদুনা লৈগনু, চৎলোনে। ঐ অসিদা ঙাইদুনা লৈবমগে, থুনা লাকউ।

বাধাচবণ অদু চৎখবে। চন্দ্রহাসনা চন্দ্রাদেবীগা ৱাবী শাদুনা লৈহৌই। চন্দ্রাদেবীনা হিদাক হানবা চংখিবম্মী। অদুদগী থোবক্লগা হিদাক পিবগা ফমদুনা বাবী শাবম্মী অদুগা হাযবকই—

চুমদেদা তাদনা তৌবিসি?

কবিগী চুমদ্রিবা? বাধাবু ঐনা শিজন্নদুনা নখোযগী থবক কাযবে হাযববা?

মদুগীদুদি কবিগী কাযকনি?

অদুদি কবিগী চুমদ্রিবা?

খংদেদা তাদা মী-মীগী ৱাখলনি।

চন্দ্রহাসনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈবগা হাযবকই—

চন্দ্রা, থাঙ্গৈশেংবনি, ঐগী হৌজিক কনামতা লৈত্রি। হান্না অমা লৈবম্মী। মহাক মীগী ওইখবে। মদুদগী ঐ ৱাশক্তুনা নুপী অমতা থিবোই হাযবনি।

কবিগীনো অদুক যাম্না শাথিনা তৌবদি। নুপীদুনা লৌনম্বা তৌবম্নববা?

তৌবমদে, তৌবমদে, চন্দ্রা। মাগী ফত্তবা ৱা অমতা লৈতে, মীগী মচিন্দা মাগী ফত্তবা তাবগসু ঐ খাংবা ঙমদে। নংনা হায়বগী খাংলবনি, নৎত্রবদি—

অদুদি কবম তৌবিবনো?

মহাক অদু মপা-মমা যাওনা নমদুনা ফাদুনা পিশ্রে। নিনি লৈবগা ঐঙোন্দা চিঠি অমা পিবকই। চিঠি অদু ঐগা থাদোক্লবা লৈতে। অসিদা লৈবিবসিনি। মসি কনামতদা হাযদোকপা লৈতে। নংশুম্বা ঐগীদমক ৱাবিবা মীদদা হায়বনি। চিঠি অসি তানীংববা?

তানীংই, পাবিবকউ।

চিঠি অসিনি!

ইবুংঙো,

মাইনু পেমচা ওইসিবা খনববু আত্মাঘাত তৌবা ফত্তে হাযদুনা নহাক্লা তাকপিবা অদুনা ঐ হৌজিক ফাওবা হিংজবি। ঐ হৌজিকমক চেষ্টোবক্তনা নতুং ইল্লকপা ঙম্মী; অদুবু ঐগীদমক নুংশিদুনা লৈববা ঐনসু থম্মোইতনা নুংশিবা হাযববু নহাক্তনি খল্লবা নংঙোন্দা লুখাক খুল্ল হাযবদি মপোকসিনা লৈবিমখৈ ঙম্মবোই। তাইবংপালগী মপান্দা লেংলিবা যৈথায থিংগাই মযাম অসিনা যৌবা ঙমদবা থম্মোইতনা যৌবা লমদা নংগী থম্মোইগা ঐগী থম্মোইগা তিন্নবদি শিদ্রি ফাওবা ঐনা ফংগনি হাযনা নীংই। ঐনদি কাউবা ঙমদ্রবসু নহাক্লা ঐবু কাউদুনা নুজা মবাইবক ফবী অমগী থম্মোই-মপু ওইবিববদি মদুনসু থোইনা হেন্না নুংঙাইজগনি। পাম্মুবা, পাম্মুবা ! ইতি

থম্মোইতনা নংগী ওইবিবী।

চিঠি অসি পাবা লোইবগা চন্দ্রহাসনা নুংশাশোব মপী হোল্লম্মী। চন্দ্রাদেবীসু মমিৎ তবং তবং যেংদুনা লৈবম্মী। অদুগা অসুম্না হংলম্মী—

তাদসু মাগুম্না থম্মোই অদু মঙোন্দা পিবগা লোইবেদনা?

লোইবে, মদুনা লোইবে চুম্মি, চন্দ্রা। অদুবু ঙমদ্রিনে।

তাদখোযগী অহল-লমন্না নমদুনা নুপী অসি থিবর্বদি কবম তৌগনি?

অদুদি ঐসু চন্দ্রা মাগুম্না গতি লৈবোইদৌবি। অদুনা ঙসি বাধাবু হাযদোকহন্নাখিবনি।

হাযদোকপা চৎখিবদুনা কবি তৌনি তাদা? অহলশিংনা যাদ্রগা লোইবে।

অদুনা ইশাবু বুদ্ধি শেবাৎপা মীনি হাযহনখিবনি।

অদুম্না হাযযু হাযবিখ্রববা তাদা?

হাযখ্রে চন্দ্রা?

নুপীগীদমক্কি চন্দ্রা।

নুপী হাযবসিগী কবি গুণ লৈদুনা?

নহাক নশামক্লা নুপী অমা ওইনা ওইনা নখোযগী নগুণ খংদ্রিববা?

খংদে তাদা।

হাযবিযুবা ঐনা খংবদুখক্তং?

হাযবিযু তাদা।

হাযগে তাও অদুদি। নখোযগী নগুণদি অসিনি—নুংশিবা হাযবা ভগবানগী ওইবিবা, সংসাব অসি শেম্বগী মরু ওইবা কাবণ ওইবিবা পোৎ অদুগী পোক্লফম লমদমদি নুপী নখোযনি।

অদুদি তাদা অসুক যাম্না মমল নাইদ্রবা পোৎ অমগী মপু ওইবিবী নুপীনা মপোৎ অদু মনীং তম্না শিজন্নবা ঙমজদবা কবিগীনো?

মদু অতৈ কবিসু নত্তে চন্দ্রা, নুংশিহৈত্রবা নিপা কাংবু অমনা নখোয়বু মাযাবিনী হাযদুনা যুম-পান্দে। মখোযগী তমথিরবা আইন্না নখোয়বু পুন্দুনা থম্বনি। অদুদগী অমুক কাংবু অমা লৈবি সংসাব অসিদা লৈবিবা পোৎপুদা পাম্মী পোৎতুবু পিবিবা মপুদুবু কাওই। অদুনা ঙাইহাক পুঙ্গোইগী নুংঙাইবা পিবিবা পোৎলম অসিগী ৱাখলনা থুমহৎতুনা মপা-মমা ওইবিবা কাংবুনা অপাম পামদা খাইবিবনি। মীওইবনা মশাগী ঙাইহাক

নুংঙাইনবগীদমক তুবেল থৈবগুম্বনি। ইচেলদুমক্তি থিংবা ঙমদে।

অদুদি তাদা মাগীদমক পুন্সি অসিমা অসুম লৈবগে খল্লেদনা ?

খনবদা নত্তে লেপ্পবা পোৎনি চন্দ্রা ?

ঈশ্বরগী নোংদমদি মতমগী খোংলৈদি কাওগদ্রা তাদা?

কাওবা ঙমদে চন্দ্রা, নমথেকপবু ঙম্মোই ইতিক নত্তে। অদুবু হোৎনবদি হোৎনদবা যাববদো চন্দ্রা?

অদুদি ঙাইসি ঐখোযগী নিপানা কবি পাও পিববা?

ফৈ ঙাইসি। হিদাকসি ঙাম্বক অমতগা পিথকখোদনা চন্দ্রা ?

যাম্না ফনি।

অসি হাযদুনা চন্দ্রাদেবী চংখবে। মবক অদুদা বাধাচবণসু লাক্লে। নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবদুনা চন্দ্রহাসনা হংলম্মী—

বাধা, কবম তৌবক্লে।

কবম তৌনি অঙাওবা? নংবু থোইনা শাওদে অদুগা ঐবুসু থোইনা থাগত্তে, নখোযগী পাজিবুদি লোইহৌবে মীনম্বা ঙাংই লৌনম তৌই হাযবগী শাওবনা।

অদুবু পিববোইদৌবগী কৈদাদি তৌবনবা?

তৌবে। অঙাওবদা কবম্না মচা থাজবদগে হাযহৌই।

অদুগা হোবেন চৎতুনা পিববোই হাযনা হাযদোক্কনি হাযহৌই।

সাবাস বাধা, নংনা বাবিবা মহৈ যাল্লে। অদুদি নং কদৌঙৈ চৎকেগে, হোবেনমক থিনবিউ হাযববা?

হুম হোবেনদি তোক্লো হযেংসি—

ঙহাইহাক খল্লগা অমুক হাযবকই

ফৈ হোবেনমক থিনবিবো।

ফবে অদুদি ঐ চৎলগে।

অসি হাযবগা চন্দ্রহাস চৎখবে। চন্দ্রাদেবীনা হিদাক হাল্লপগাদু কবিমতা থকখিদবে।

## ১৯

চাক চাবা লোইবগা ফুবাম্নাখোইদা বাধাচবণ চৎলুবে। গাড়ী থুংলদবে হয়েং চৎলো হাযদুনা হাযবক্লে। মদুনা হেন্না ফবমল্লে হায়দুনা বাধাচবণসু লাক্লে।

মানা য়ুম যৌবা কালদা চন্দ্রহাসনা গাড়ী অমা পুবক্লুনা থুংলবে অদুগা হাযবকই—

নং থিনগে হাযদুনা গাড়ী পুবক্লবনি। চৎপা যাববা ?

মাগী ৱাসি তাবদা বাধাচবণনা মোমোন তৌবদুনা হাযবকই—

ঠিকাদাবগী গাড়ীদু ঙসি থাদ্রে হযেং থুংলগনি হাযবে। মদুদা চৎপনা ফগনি হাযনা নিংই।

অদুদি গাড়ী অসি থাদোকখবগে।

অং ফবে চন্দ্র।

অসুম তৌদুনা মখোয কাযনবে।

নোংঙাল্লগা।

ঠিকাদার ফুরান্নাগী গাড়ীদা তোংদুনা রাধাচরণ কাংপোকপী যাত্রা তৌখরে।

চৎলমদাইদা রাধাচরণনা চন্দ্রহাসতা চন্দ্রাদেবীবু শিন্নরম্মী। মরক মরক্তা মতম শংবা কালদা খর খর য়েংবীয়ু হায়রম্মী।

কাংপোকপী য়ৌরগা থবক পায়বা হৌরে। পুন্সিদুদা অহানবা থবক ওইরবসু অদুক য়াম্না লুবা নত্তবনিনা চিং ককপদু য়াওবা হৌরে।

পুং অমরোম থবক শুরবা মতুংদা নুংশাশোর মপি হোল্লদুনা পোত্থারম্মী। থবক শুমিন্নরিবা অতৈশিংনা রাধাচরণগী মতৌ অদু উরগা নোক্লুরম্মী। কদাইদগী মশা নানবা বাবু অমা লাক্লগা কুলি শাররিসিবো হায়না হায়নরম্মী।

হিদাক ঙাম্বুক অমরোম পোত্থারগা রাধাচরণসু ইকাইরদুনা থবক অমুক পায়খৎপা হৌরম্মী। ৱাবা অসুম হেল্লক্লে, কপ্লাক থক্ থক্ নিক্লক্লে, মখুৎ অনী অদু নিকপনা মী খ্বাইগী খুত্থা অমুক্তা কায়বা নুং অদু মাগীদি মরি-মণ্ডারক থাবফাওবা কাইরক্লে। অদুদগী মফম মরাং খংদনা শিৎ নাম্বুদুনা মখাদা ওস্থরে।

ময়াম থবক শুরিবশিংদুনা হোৎচন্দুনা কোইশল্লম্মী। কনামনা ঈশিং চাইরম্মী, কনামনা হুমাই হুন্নম্মী। কোম্বুংদা থবক শুরিবা মীশিংনা লৈরিবা য়ুম অমদা মাবু পুশল্লম্মী।

মখোয়গী মরক্তা মাইবা য়াওরমদুনা রাধাচরণবু লাক্লরম্মী। ঠিকাদারগী মহুৎ পুরিবা অদুনা এস্, ডি, ও, ওনদুনা ডাক্তরগী থৌরাং তৌরম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা ডাক্তর লাক্লুনা য়েংলরে। অশোকপা মফমদা হিদাক থাদুনা ফী য়েৎলে, হিদাক পিথক্লে অদুগা কোন্না পিথক্লবসু থনম্লগা ডাক্তরসু হনখরে।

রাধাচরণসু হস্থরে।

হস্থরবসু নুমিৎ নিনি হুমনি থবক শুবা ঙম্মোইদৌরি। অদুগী মথক্তা মী অমা মাগী সেবা তৌদুনা লৈবা তারে। মসি উবদা ঠিকাদারগী মীদুনা খল্লম্মী—থুনমক ময়ুম পুথোকপা য়াবগা গাড়ীদা হাপ্পুনা পুখিবনা ফৈ।

নুমিৎ হুমনি শুরে। গাড়ীদা হাপ্পুনা ইম্ফাল থোকপা য়ারে। অয়ুক ঙন্তা নুমিৎনা নোংপোক মাইকৈ ঙাল্লবা কালদা রাধাচরণদু মমিৎ পাংলম্মী। মশা খরা নুংঙাইরদুনা ময়ুমগী ৱাখল খল্লম্মী। চন্দ্রাদেবী অদু করম্না মথন্তা লৈরীগবা অদুগা মানা হন্দক শিরম্না থোক্লবদি চন্দ্রাদেবীগী করি ওইগবা হায়দুনা খল্লম্মী। মতৌ অসুম তৌরিঙৈদা ঠিকাদারগী মী অদু লাক্লুনা হায়রকই—

রাধা নহাক ঙসি গাড়ীদা য়ুম হল্লো। আদা অনাবা য়েংবনা ফগনি।

য়াম্না ফগনি বাবু।

য়াম্না ফগনি হায়নদি হায়রম্মী হায়ববু রাধাচরণ অদু চৎনীংলমদে। ময়ুমদা ডাক্তর কৌদুনা লাইয়েংনবগী শেঙ থুম কদাইদগী লৌরুগনি। মাগীনি হায়বা নিপা মতেং পাংবা য়াবা অমতসু ময়ুমদা লৈহৌদে। অদুনা করিমতা চৎনীংলমদে।

অদুবু চৎতবদি য়াদে। অমরোমদা মীঙোন্দা নৈগদবগী শরুকপুদি ৱারসু শিরসু শিনা ময়মুদা হনবনা ফগদরা খল্লম্মী।

মতৌ অসুম্না রাধাচরণ গাড়ী থাবা মতম ঙাইদুনা লৈরম্মী। মরক অসিদা মাবু সেবা তৌবা নিপা অদু লাক্লুনা মনাক্তা ফম্লম্মী অদুগা হায়রকই—

ইবুংঙো, ঙসিদি চৎপা তারেদনা? হোয়দা, মদুনা হেন্না ফগনি। য়ুমদা সেবা তৌবগা লংফৈদা তৌবগা মান্নবা নত্তে।

অহোয তাদা।

ঐবুসু নতুং ইন্দুনা থিল্লু হায়বি। অদুগা অমুক হন্না ঙসিমক হল্লকপা তাবি।

তাদদি কদাইদা লৈ?

ঐদি ব্রাহেংবম লৈকাইদা লৈবনি। ৬দ্র লৈকাইদা লানজেন্দুনা লৈবি। ঐখোযগী নুপী-অঙাংশিংদুসু কবম্না চা-থক্লিবা মফম অমতা খংদবে। অদুসু অমুক্তং য়েংবা তাবি। ঙবাংদি জাপানগী বোম থাদবম্মী হায। থোইদোকপা অশোয় অঙামদি যাওবম্মোইদবা নিংই।

ঙবাংবু বোম থাদবা তাদা?

অং ইবুংঙো অদুম্না ঙাংনবি। কবিনো সাইবেনদি মবি মঙাবক তোইনা তোইনা খোংই হায। থাদবদি অমুক্তমক থাদবম্মাল্লে।

বোম তাবগী পাও তাবদা বাধাচবণ অমুক হেন্না পাখৎলল্লে। মথন্তা ঙাইববী চন্দ্রাদেবীদুবু কবম হাযনা লৈবমদগে? মাবু হিংলমখিগদবা হাযনা খল্লম্মী। মহাক শিগনি হায়বদি মপুকনিংদা থাজবা লৈবমদে। কবিগুম্বা হিংলম্নবসু মপুবোইবগীদমক ব্রাবল্লোইদবা অসি হাযনসু খল্লম্মী। কাংপোকপী যৌনা থাবক্লবা মী অমতং লৈজবসু নত্তা নুপীমচাদুনা কবম্না লেল্লিগবা হাযনা বাধাচবণনা যাম্না ব্রাবম্মী। মবম অসিনা মযুম চৎনীংবা হেল্লম্মে।

মনাক্তা লৈবিবা নিপাদুনা মঙোন্দা মুন্না যেংলগা হাযবকই —

, কবি খল্লি ইবুংঙো? যুমগী ব্রাবা?

মানি তাদা।

ঙসি যৌগনিদনা। গাডীদা চৎপনিনা ঙাইহাক্তদা য়ৌগনি। ব্রাক্রনু। নথব্রায ব্রাববদি নশা ঙমদবদা হকচাং অদু যাম্না চোকথগনি।

চুম্মি তাদা। কযা ব্রাৎলিবগে গাডী লাক্কদৌবা?

গাডীদি অসিদা লৈ। ড্রাইভব অদু কনি কবি তৌবিববা নৎত্রগা গাডী শেংদোক্লিববা অমা তৌবিমাল্লে। লোইবক্লগনি।

অদুদি লোইবগা হেক্তা চৎলগনিদনা?

চৎলগনি।

যাম্না ফবে তাদা। তাদসু যাওবিগনি হাযবদি যাম্না নুংঙাইজবে। ঐগীদমক যাম্না ব্রাবিবেদকো।

কবিসু ব্রাবা কৌদে। ঐসু যুম যেংনীংই। অদুদি ঐ ফী-বোন হোংদোকউখিগে। ঙাইহাক পোৎথাবম্মু। ফগনি। তাদা।

অসি হায়দুনা নিপাদু চৎখবে। বাধাচবণ-না মিৎকুপ অমবু চহি অমগা মান্ননা মশীং থিদুনা লৈহৌই।

মরক অসিদা ঠিকাদাবগী মীদুগা দাবোগা বাবু অমগা লাক্লে। মখোয অনীনা চংঙক্লনা বাধাচবণদা মুন্না যেংলম্মী। অদুদগী ঠিকাদাবগী মীদুনা হায়বকই—

ইবুংঙো বাধা, নহাকপু বাবুনা থিবিযে।

কবিগী ওইববনো?

দাবোগানা অদুদগী হংলম্মী—

নহাক্লা ইশৈশকপী চন্দ্রাদেবীগী নিপা হাযবদু?

মাগী থম্মোইগী লৈরাং ওইরিবী অদুবু ইলায়-লায়না ইশৈশকপী হায়বদুদা মথৱায় নুংঙাইরমদে। অদুবু শক্লুরবনিনা করি তৌগনি। তৌবগীদি রাধাচরণনা খঞ্জরম্মী—চন্দ্রাদি মশানা ইশৈ শকপী ওইজবা নত্তে, মমানা শকহঞ্জবনি মাসু মমাগী য়াথং ইন্‌বদনি। অদুদগী খুন্নম্মী—

মানি অহোয়!

ঙরাং নখোয়গী ময়ুমদা নংবু হংলুরে।

কনাদা?

নংগী নয়ুমদা!

ঐগী য়ুমদা কনা লৈরম্বগে?

শ্রীমতি চন্দ্রাদেবী শকহেনবী লৈরম্মী!

করেম্নবা খোঙ্খাংদা ওইরবসু চন্দ্রাদেবী হিংলিবোইরে হায়বা তশেংনা খংজবা ফংবনা মথৱায় য়াম্না নুংঙাইজরম্মী।

অদুদগী দারোগানা হায়রকই—

রাধা নংগী নথক্তা কেশ অমা লৈ। নং চেনখরে হায়দুনা থিবা লাক্লিবনি।

করি কেশ ওইরবনো?

নংনা চন্দ্রহাসকী করি ফত্তবা তৌরুরে।

ইঙক ঙক্লদুনা ৱাদু তারম্মী। মাগী মরূপ চন্দ্রহাসকীরা কনা অতোপ্পা অমগীনো হায়না মপুক্তা মওল মওল খল্লম্মী। অদুদগী হংলম্মী।

ঐনা করি তৌরে হায়বগে?

মানা লৌগদবা নুপী অদুগী ময়ুমদা নংনা মাগী ফত্তবা হায়জন্দুনা লুহোংবা থুগাইরম্মী হায়।

অদুগী কেশ-রা?

মানি।

কনানা তৌরকপা ওইরবনো—চন্দ্রহাস মশামক্লরা?

নত্তে, মপাননি।

মপানা তৌবা কেশনি হায়বদুদা মপুক্লিংদা খরা নুংঙাইরম্মী। চন্দ্রহাসনা মাগী উকিল ওইরবা য়াইদনা হায়না খল্লম্মী। হৌজিকমক চন্দ্রহাস অদু মনাক্তা লৈরম্লবদি নুংঙাইগদবনি, করিনা হৌজিক ইম্ফাল চংপদা ময়ুমদা চংবা য়ানবা উপায় লৈগদবনি।

অদু থোকত্রবনিনা থোক্ল-থোক্লবা থেংনরনি হায়দুনা রাধাচরণ অদু শেম শাদুনা লৈরম্মী।

দারোগানা হায়রকই—

রাধা, নহাক হৌজিক ফারবনি। অদুনা ঐখোয়গী গাড়ীদা তোংদুনা চৎপা তারে। ইম্ফাল য়ৌরগা জামিন পিদুনা নয়ুম হনবসু য়াগনি।

রাধাচরণ অদু হাইফেৎ নোক্লম্মী। জামিন ওইবিনবা কনা অমতা লৈজবসু নত্তে। য়ুমদি হাজত্তা অদুম ওইবা হায়দুনি।

মখোয় গাড়ী তোংদুনা ইম্ফাল মায়কৈ পাংলক্লে। লৈহৌরিবা ময়াম অদুনা হায়নরম্মী —শোয়রোই করিগুম্বা অমা তৌরমগনি। নৎত্রবদি মাগুম্বা বাবুনা ঐখোয় কুলি মরক্তা কুলি শাবা য়াবা পোৎলা।

মরম মুন্না খংদবনা মী অমবু মী অমনা কয়া শেরান্নবা লৌনরম্মী!

## ২০

নোংঙাল্লে!

চন্দ্রাদেবীসু অহিং তূম্বা য়ারমদবনা নুমিৎপুদি মানা হান্না য়াহৌরম্মী। দারোগানা রাধাচরণবু করি তৌবিরিগবা হায়না চিন্তা তৌবদু অয়ুকসু অদুম তৌরম্মী। ইমুং-মনুংগী থবকতি তৌদি তৌই হায়ববু মপুক্লিং অদুক য়াম্মা চংলমদে। থবক অমুক তৌরম্মী অদুগা মরক্তা অমুক অমুক খংলেপ-খংলেপ লেপ্লি।

কনা লৈদুনা মাগী অৱাবা কোকপিয়ু হায়জগনি। মবুং মৌপ্বা অমতসু লৈরমদে অদুগা নিপা ময়ুম য়েংই কনামতা লৈরমদে, মাগা রাধাচরণগা মখোয় অনীদগী হেন্না লৈজরম্বা নত্তে।

গতি লৈত্রবীনা ওইফম থোকপা নুপী নুজা ফীভম কলম্মা থোকহনবা ঙম্বা নত্তে। মাগী পুক্লিং ঐখোয়দা পাল্লগদদা মাগী অৱাবা মশক খংবা য়াই।

মতৌ অসুম্মা ৱাখলদা লুপ্তুনা লৈরিঙৈ মতমদা চন্দ্রহাসতু লাক্লম্মী। মহাকপু ফমহল্লগা মনাক্তা ফমদুনা ৱা হংলম্মী—

তাদা, পাও তারবরা?

তারে, চন্দ্রা। অদুনা ঐ লাক্লিবনি।

করিগীনো দারোগানা থিরবা? তাদগী মিংসু পল্লম্মী।

ঐনা নহাল রাধাবু পাখোন শিরুবদুগীনি।

করি তৌরবা?

ঐখোয়গী পাজিনা রাধাগী মথক্তা কেশ তৌরে।

অদুগী ফাগদৌরিবা তাদা।

ঙরাং ফারবনি চন্দ্রা, নহাক ৱারুগনু ঐনা শোয়দনবা তৌগনি।

চন্দ্রাদেবীদু করিমতা খুন্নমদে, তুমিন্না লৈরম্মী, বজ্রনা থারবা মীগুম নুংবংননা তম্বা-থোক্তুবা ৱাখল অমদা তাওদুনা লৈরম্মী।

অদুদগী চন্দ্রহাসনা হায়রম্মী—

চন্দ্রা, চন্দ্রা....

তাদা।

নং ঐবু ৱরৌবরা?

করিগী ৱারৌরুগনি? অদুবু.......

ৱাদবদি ঙমদে, নৎত্রদো?

মানি।

য়াম্মা চীংনা হায়রম্মী। মপী ইরা চেম্থরম্মী, তেংথানবা খোলদি থোক্লমদে; তৈথোক্কে হায়বসু খল্লমদে। ইকাইবসু তৌরমদে। মপুরোইবগীদমক মপী মপুং ফানা শিন্থজবা ফংবদা কনাগুম্বী নুপী নুজানা উরবদি কলকপদুম ফংনা শিন্থরম্বা পীদানি।

চন্দ্রহাসসু ৱা ঙাংলমদে। চন্দ্রাদেবীনা মপুরোইবগীদমক শিন্থরিবা গঙ্গামুক শেংলবা পী অদুদা ভাবনা ইরুজদুনা মাগী থম্মোই অদু নুংঙাইবা অমগী মথক্তা তাওরম্মী।

ঙহাইহাক লৈরগা অমুক চন্দ্রহাসনা হংলম্মী—

চন্দ্রা !

তাদা !

নং ঐবু য়াম্না ৱারৌরগনিদো।

কদাইদগীনো তাদা! তাদগীদমক মহাক্না তৌবদি ঐনা তৌবগুম্বনি, ঐনা তৌবমক্তি হায়না খল্লিবনি। তাদগীদমক মানা অৱাবদা তাই হায়বগীদমক নত্তে, মানা অৱাবদ তাবদুদা ঐনা ৱাজবতনি।

ৱাখল তৌবদগী পোত্থানবা হোৎনৌ চন্দ্রা। ঐ লৈরি, ঐনা ঙম্বমখৈ মাবু অৱাবদগী কন্নবা হোৎনগনি।

তাদা, নৱাহৈ অদু তাবদা য়াম্না নুংঙাইজরে। হোৎনবোই হাযববসু অদুগা হোৎনরগা ঙমদ্রবসু ঐনা কবিমতা ৱরৌবা তৌবোই। মাগা ঐগা মাগী মরুপকীদমক অদুগা মাগী ওইবনা ঐগীসু মরুপ ওইবিবা তাদগীদমক ঐখোয়নিনা পুন্সিগী মচেৎ অমতং অৱাবা তাবদি পুক্লিংনা ৱাবিদ্রগা লোইবে। মাসু মরুপকীদমক হবাও হবাও লৈজরমগনি, ঐসু মাগী মরুপকীদমক হৱাও হবাও লৈগনি।

ঙাইহাক তুমিন্না লৈরম্মী। অদুগা অমুক হায়রম্মী—তাদা, মহাক্না ফাদোক তাদুনবু পুন্সি চুপ্পা তাগদবা লৈববা? চহি অম-অনি মঙাইদনা। ঐসু মাগা কায়নবগী মৈচাক খাংগদবা চহি অম-অনী মঙাই। হৱাল্লবসু নত্তে। চিনথিরুববসু মরূপ অমগীদমক থিরুবনি, কলক যেংথিদুনা তৌগে হায়না তৌরুবা নত্তে।

চন্দ্রহাস অদু ইকাই-নুংশি য়ান্নরম্মী। মানা খল্লম্বদি চন্দ্রাদেবীনা যাম্না শাওখিদুনা মহাক মথোং মবম খংলোইদবা নিংবনি। অদুবু ওন্থোকপা অমা থোকপসিদি হাযনা মহাক্না খল্লম্মী।

অদুদগী হায়রম্মী—

নহাক চাক-ঈশিং থোংনবা থৌরাং তৌরুরো। নংনা ঐবুসু মীপাইহন্দ্রবনিনা নংসু মীপাইদবমখৈ লৈনবা খবা হোৎনৌ। ঈশ্বরনা কবি তম্বগে য়েংনবা অমুক্তা চেল্লুখিগে।

অসি হায়দুনা চন্দ্রহাস হনখরে।

চন্দ্রাদেবীদি?

চন্দ্রহাসপু দোষ তৌরমদে। অদুবু মপুবোইবগীদমক অৱাবা মপুক্লিংদগী তাম্থোকপা ঙল্লমদে।

অদুনা খল্লম্মী—

থানাদা চৎলুসিরা? মীনা কবি হাযগনি অসুক য়াম্না নহা ওইনা করম্না নুপী মানা থানাদা কারুনি। মপুবোইবগীদমক নুপীনা ইকাই-ইকি থাদোকফম থোকই হায়বদুদি মীনদি হায়নবিরোইদবা? মদু হায়নবিবা মীসু মরৈগনি। হায়বিরোইদবা মীবু কীবগীদমক তোকপদি করি কান্নগনি ? থানা কাবগনা করি কান্নগদৌরিবা? মহাক লাক্কুনা মপুরোইবগীদমক হংলৈ হায়বা তারগা ৱাধাচরণ-না হরাওরোইদরা'? মানদি মপুরোইববু থাদোকহনবদি ঙমগদরা? মদুসু মফম খংদে। অদুগা অমুক বাধাচবণনা মাগী নুপীবু অদুম্না থানা কারক্কুনা মীমাং ফৌবদু মপুক্লিংদা খাংবা ঙমগদবা? ঙমদ্রবদি মদুদা হেন্না অৱাবা হেল্লোইদরা?

ৱাহং পরেং অসি অমগী মতুংদা অমমম লাক্কুনা চন্দ্রাদেবীগী পুক্লিং অদু ওৎপা হৌরম্মী, পোলেপফমদি অমতসু খংলমদে।

অমুক খল্লি, অমুক পী শিন্থে, অমুক মপী তৈথোকই, খুদাং পীফম কন্না নাইরম্মী। য়েংবিনবা, নুংশিবিনবা, ৱামিন্ননবা কনামত মনাক্তা লৈরমদে।

কনাদা ৱারি শারগা অৱাবা কোকথোক্কনি?

অৱাবা অসি মানা তানশঞ্জবা লনগুম মথন্তগী ওইদুনা লৈবম্মী। মাগী নুংঙাইবা মীওোন্দা খাইবা যাদবগুম অৱাবসু খাইফম লৈবমদে?

বাধাচবণদি?

মাগী অৱাবদি হাজতকী ফক্লাং মবিদুদগী নাম্থোক্তুনা কনামতদা তাহন্নবা উপায় লৈবমদে। মাসু অদুম মথন্তা মথন্তগী ৱাখলদা ঔবাইদুনা লৈবম্মী।

মাগী জামিনদি? কনাবু জামিন ওইহনগনি? মানা খনবদা অমতা লৈবমদে। চন্দ্রহাসতবুদি খল্লম্মী। অদুবু মপানা মাবু থিংলবদি মানা কবিসু তৌবা ঙম্মোই।

অসুম্না খল্লিঙৈদা চন্দ্রহাসতু লাক্তুনা দাবোগা বাবুদা ৱা হাযবম্মী—

বাবু!

কবিনো চন্দ্রহাস?

বাধাচবণসি কেশ তৌদ্রিফাওবা জামিন্দা থাবা য়াবোইদবা?

কবি যাদনি? অদুবু—

কদৌববা?

জামিন ওইগে হাযদুনা কনামতা চোংথোবক্তে অদুগা মানসু অমতা পিগে হাযদে। ঐনা ওইগদবা?

বাবুনবুদি কদাইদগী ওইবা যাগদগে?

অদুনিনে চন্দ্র, মাগী জামিন লৈতেনে।

ঐনা ওইবদি যাবোইদবা?

নংনা?

অহোয।

নংনা কবম ওইগনি?

কবি তৌবগে?

নখোইগী পাজিনা নংগীদমক কেশ তৌবগা নংনা কবম্না জামিন ওইগনি?

অদু ওইববসু বাবু ঐ মাগী জামিন অসি ওইজগে।

দাবোগা অদু ইঙক ঙক্লম্মী। পৃথিবীগী অঙকপা মশীং হেনগৎকদৌববা তৌবিসিবো হায়না খল্লম্মী। অদুদগী নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবদুনা দাবোগানা কবেম্নদুনা হাযবম্মী—

চন্দ্র, নংদি জামিন ওইবা যাবা মী নত্তে।

কবিগীনো বাবু?

নংদি বুদ্ধি শেবাংলবনি হায়বি। ডাক্তবনা পবীক্ষা যেংখিদবনি। অদুদগী ডাক্তবনা বুদ্ধি চোইদে হাযববদি জামিনককা ওইবা যাগনি।

কবেম্নবনি হায়বা খংলমদে মৰূপকীদমক ৱাবনা। অদুনা চন্দ্রহাসনা হাযবম্মী—

ডাক্তবনা পবীক্ষা য়েংলবদি যানিদনা?

যানি, অদু ওইববদি চন্দ্র!

অদুদি য়েংহল্লুখিগে।

অসি হায়রগা চন্দ্রহাসতু প্রৎ প্রৎ থানা থাদোক্তুনা ডাক্তবখানাবোম পাংলম্মী।

দাবোগনা ইশি-শিনা নোক্লুনা লৈহৌই। অদুদগী বাধাচবণগী মনাক চংদুনা ৱাবি মযাম অদু তল্লম্মী। অদুগা হায়বকই—

কবিগীনো বাধা, চন্দ্রহাসনা নংগী জামিন ওইগে হায়বিবসি?

বাধাচবণনা মকোক্তগী ৱাবি পুম্বা দাবোগাদা তল্লম্মী। দাবোগাসু অহানবদদি নোক-নোক্লুনা তাবম্মী, অদুদগী তুংদা ওইবক্লিবা দশা অসি উবদা নুংশা শোব মপী অমা হোন্দুনা মাগী ফমফম তান্না চংদুনা ৱাখল তৌবম্মী, অদুগা মপৃক্লিংদা হায়বম্মী—

তাইবংপাল, নহাক্কী নমিং অমদি অঙকপা কৌই।

## ২১

ডাক্তবখানানি!

চন্দ্রহাসনা নুংশা শোব তফিং-তফিং হোল্লদুনা ডাক্তবখানা যৌবম্মী; অদুদগী কোযথি থিবদুনা ডাক্তব অমা উনবে। মহাক্কা তান্নদুনা ডাক্তব সাহেবকী মনাক্তা যৌবে।

মশানা ঙাওসু ঙাওদনা ঙাওদে হায়বা সার্টিফিকেট পিযু হায়বসিদি খবদি বুদ্ধি শোয়বনি হায়না লৌবা তাই হায়না লেপ্পবম্মী। অদুমকপু পবীক্ষাদি যেংদুনা খংদোকপনা ফৈ হায়দুনা সাহেবকা ডাক্তব মচা অনিদুগনা যেংলম্মী। মদুদা মখোইনা কবিসু অকাইবা অমতসু থেংনবমদে।

অদুমকপু ঙক্লদুনা ডাক্তব সাহেবনা হংলম্মী—

কবি তৌগদৌবিবনো নংনা সার্টিফিকেট অসি লৌবগা?

ঐ থানাদা মক্দপ অমগী জামিন ওইগদৌবনি।

অদুবু নংবু কনানা অঙাওবনি হায়বগে?

দাবোগানা হায়বে।

কবিগীনো—মানা কবম খংলিবা?

কেশ অমদা ঐবু অঙাওবনি হায়জল্লম্মী হায়দুনা মক্দপ অদুবু ফাবিবে।

কনানা তৌবিবা কেশনো?

ঐখোযগী পাজিননি।

নখোইগী পাজিননি হায়বা?

অহোয়।

কবি?

অসি হায়বগা ডাক্তব সাহেব অদু ইঙক ঙক্লা লৈবম্মী। অদুদগী অমুক হংলম্মী।

নখোইগী পাজিনা কেশ তৌবগা নংনা জামিন ওইবা? অদুগী মথক্তা নংগী ফৎতবা হায়বম্বগীদমক তৌবিবা কেশনি।

ঐগী ফত্তবা হায়দুদি ঐনা হায়হনবনি।

কবি?

চন্দ্রহাসতু তুমিন্না লৈবম্মী। ডাক্তব সাহেবনা অমুক হংলম্মী—

কবিগীনো নংনা অদুম্না মাবু হায়হনবদি?

ঐগী নুপী পামদবা অমা ঐখোয়গী পাজিনা লৌবিনি হায়না তৌবনি। অদুদা ঐনা রাধাচরণবু থাদুনা ঐ অসে বুদ্ধি চোইরবনি নুপী পীবা য়াবা নত্তে হায়না হায়হনবনি।

অদুনা ওইরে নংনা মাগী জামিন ওইগে হায়রিবা?

মানি হোয় সাহেব।

ডাক্তর সাহেবনা ব্রাখল তৌরম্মী। মানা চন্দ্রহাসপু বুদ্ধি চোইদে হায়রবদি রাধাচরণ অসি দশা তাগদৌরি। অদু নৎত্রগা চন্দ্রহাসনা জামিন ওইবা য়ারোইদৌরি। বুদ্ধি চোইদে হায়বদি অচুম্বনি। অচুম্বা ঙাংবগীদমক্তি করি তুংদা থোক্লগদগে হায়বা খনফদে। অদুবু দশাদি শোয়দনা তাগদৌরি। অসুম্না খন্দুনা ডাক্তর সাহেবনা তৌফম খংদদুনা লৈরম্মী।

অসোমদনা করম তৌরি? চন্দ্রহাসনা সার্টিফিকেট অদু ফংনীংবনা লোইরমলে। পিরো হায়দুনা থৌজনবা ঙল্লমদবগী অদুক লৈরম্বা হায়দুনি।

অদুদগী খাংবা ঙম্মন্দ্রদুনা চন্দ্রহাসনা হায়রম্মী—

সাহেব খরা থুনা পিবিরবদি ..........

ডাক্তর সাহেবতো খুল্লমদে, অদুম ব্রাখল খন্দুনা লৈরম্মী।

অদুদগী অমুক চন্দ্রহাসনা হায়রম্মী—

ব্রারৌবিবদি য়াদে, সাহেব, খরা থুনা পিবিবা য়াররোইদরা?

ডাক্তর সাহেবনা নোকফেৎ তৌরদুনা হায়রম্মী—

চন্দ্র, ঐ ব্রা অমা হায়গে।

করি ওইরবনো?

ঐ সার্টিফিকেট পীবা ঙম্মরোই।

করি তৌরবা সাহেব—মী অমদুদি ব্রারগনি।

হৌজিক ব্রাসনু মতুংদা ব্রাদনবা।

অদুদি পিবিদবা তারে?

পিররোই চন্দ্র।

মরম অমতদি খংজনীংইদা।

মরম খংনীংবরা?

অহোয় খংজনীংই সাহেব।

তাও, অদুদি। নংবু পরীক্ষা য়েংবগীদমক দারোগানা নৎত্রগা কনাগুম্বা অঙম্বা অমতনা ঐঙোন্দা ইরক্তে। অদুনা ঐনা সার্টিফিকেট পিবা ঙম্মোই। অদুগা অসিমদি খংউ, নহাক বুদ্ধি চোইদে।

ঐহাক বুদ্ধি চোইদে। অদুবু সার্টিফিকেট অমা য়াওদ্রবদি য়ারোইদৌরি। অদুদি ঐ চৎচরগে সাহেব।

ফরে, চৎলো।

অসি হায়দুনা চন্দ্রহাসতু থানা তান্না অমুক চৎলম্মী অদুগা দারোগাগা অমুক উন্নরমই। দারোগানা হায়রকই—

চন্দ্র, করিনো অমুক লাক্লবদি?

বাবু, সার্টিফিকেট পিয়ু হায়বদি য়াদ্রে।

ফবে কদৌগে?

অদুগা বুদ্ধি চোইদে হায়বদি হায়বকই।

ডাক্তরনা হায়দ্রবসু ঐসু খংইনে চন্দ্র, নহাক বুদ্ধি চোইদে হায়বা। অদুবু নংবু জামিন ওইহনবদি ঐদি সুকয়া য়ারোইনে।

কবিগীনো?

নংবুদি ঐখোয়না কেশতা নখোযগী পাজিগী সাক্ষী ওইনা পুথোক্কে খল্লিযে।

অদুগীবা?

অং মানি। নংবু........

ঐনা কবিগুম্বা যাদ্রবদি —?

নংনা য়াদবা য়াগদবা? হুকুম ইন্দবগীদমক নথক্তা কেশ অমমুক চালাইগনি।

মদুনা হেন্না ফবে।

ফববসু ফৎত্রবসু মদুগী ৱা কোন্না লাক্কনি।

অদুদি ঐ চৎচবগে।

ফরে চৎলো।

অসি হায়দুনা চৎকে তৌবম্মী। অদুদগী অমুক হঞ্জল্লগা হায়বম্মী —

বাবু, রাধাচরণ অদু অমুক্তগা উনজবদি যাবোইদবা?

যানি।

অসি হায়দুনা চন্দ্রহাসপু রাধাচরণগী নাক্তা পুরম্মী। অদুগা দাবোগানা হায়বম্মী—

বাধা, নংবু চন্দ্রহাসনা উননীংই হায়।

রাধাচরণনা চন্দ্রহাসতা হায়বম্মী—

চন্দ্র, কবি হায়গদবা লৈ?

যাম্না লৈখরে, অদুবু খরতমক হায়বমগে।

কবিনো চন্দ্র?

ঐগীদমক নং ৱাবেদকো?

ৱাদে চন্দ্র, মদু নং খক খল্লুগনু।

ঐনা জামিন ওইগে তৌবসু বাবুনা যাদ্রে।

ঐ খংই চন্দ্র, ঐ খংই।

ঐসু ঙম্বা মখে হোৎনদুনা যেংখিগে। মরূপ-পু কনবা ঙম্বা, নত্তে ঐগীদমক অৱাবা তাববা মীবু হায়বনি বাধা।

হোৎনকনু, ৱানবনি চন্দ্র।

নংদি চন্দ্রাগী ৱাদি খংলিবোইদো।

মসি হেক তাবদা রাধাচরণ অদু খংহৌদনা মপী তারম্মী। অদুগা হায়বম্মী—

চন্দ্র, মা করম তৌবি?

মপুরোয়বনা অৱাবা তাববদা নুপী মখোযনা নুংঙাইবা লৈগদরা? মাসু অদু মঙায়।

নংনা মাবুদি থেমজনবা ঙমদ্রববা?

খবসু মঙন্মী, অদুবু ঐগী কবি ইতিক লৈ। ঐগী হায়ববু মাঙোন্দা অরাবা পীবদনি, মদু কোকচনবা ঙম্বদি ঙম্বা নংত্রে বাধা। অদুমকপু ঐনা মাবু ঙসি থেমজল্লম্মী।

নংনা নীংথিনা তাকউ চন্দ্র, মরূপ নহাক্না ঐগী ইহুৎ শিন্দুনা লৈবম্মী। মাগী অরাবা কোকপা ঙমগনি।

বাধা!

কবিনো চন্দ্র?

বাধা!

নুংশাশোব মপী অমা চন্দ্রহাসনা হোল্লম্মী অদুগা হায়বকই

বাধা!

চন্দ্র!

নং রাবেদকো!

নংসু রাবেদকো চন্দ্র!

বাধা!

চন্দ!

মমিৎ মমিৎ অদু ফীনা তৈথোক্তুনা অমনা অমবু থাদোক্লবম্মী। দাবোগানা মরূপ অনীদুগী মতৌ যেংদুনা ঃঙক্ত তঙক যেংদুনা লৈহৌই।

## ২২

চন্দ্রহাসখোইগী মযুম্নি।

মখোইগী পাজিগী মিংদি অঙৌবা কৌবম্মী।

যুমজাও কা মঙানা শাবনি। তুম্নৌনা কুপ্পা যুম্নি। মাঙোন্দা ফমফম ফক অমদা ফমদুনা হিদাক-ঙান্থক অমা থক্তুনা তুলসীবুংবোমদা মাইওন্দুনা লৈবম্মী অঙৌবা অদু।

মচা লাকপা উবদুনা হায়বম্মী—

কনানা কবি তৌবে চন্দ্র?

কবিসু তৌদে।

কবিসু তৌদে হায়বদি? নমাই নমিৎ অদু ইতুক তুকথবন্দম তৌইদা, কবিগীনো?

অঙৌবনা খল্লম্মী—-বাধাচবণ মাগী ফত্তনবা হায়বদি মিত্রদ্রোহ তৌবসিদি মচা চন্দ্রহাসনা নুংঙাইফম থোক্তে। অদুনা কেশ অসি থুনা তৌহন্দবা যাদে।

অসি হায়দুনা খল্লগা অমুক মচাদা হায়বম্মী—

চন্দ্র, রাকনু, মরূপহাংপা পাপী অদুগী মতিক ওকপা শাস্তি শোইদনা ঈশ্বরনা পিরগনি।

কনানো মরূপহাংপা হায়বদি পাজি?

কনা ওইনি অপংবা, বাধাচবণনিদনা।

মাদি ঐগী মাংনবা কবিমতা তৌদেনা!

কবি তৌদনি, নংবু বুদ্ধি শেংবাংলে হায়বদুবু অফবা থবক্নি হায়গেবা?

মানা নত্তে পাজি।

কনাননিনা বাধাচবণ হাযদি?

বাধাচবণনা ঐগী ফত্তনবা হায়বা কবিমতা লৈতে।

অদুদি কনানা হায়?

ঐদনা ঐবু ফত্তে হাযজবনি।

কবি—কবম্না?

ঐনা বাধাচবণবু খবা হাযবিক হাযনা নেকপনি।

কবিগীনো?

ঐনা নুপীদুবু পামজদেনে।

অহল-লম্মন কীবদি খংদ্রা?

কীব মবম্না মীনম্বা ঙাংদুনা হাযহল্লুবিবর্দুনি।

অদুবু নংনদি মহাযবো, মাদি ঐবু কীদবা কবিগীনো?

কী ঙম্মোই হাযজবনি।

অদুদি—

অদুদা পাজি, ঐনা তকমনবনা থোকপনি।

মীহুন হম্বৃবগা অঙৌবনা মচাদা অমুক হাযবকই—চন্দ্র, ইপা ৱা হাযগে তাও, নং বাধাবু থাদোকহনবা পামববা?

পাম্মী পাজি।

অদুদি ইপানা হায়বা ইল্লুদনা।

কবিনিনা?

নং হন্দক্কী নুপীসি লৌ, ইপাগী মাই ঙাকউ। অদু ওইববদি বাধাবু থাদোকহনগে।

চন্দ্রহাসতু কবিমতা খুন্নমদে। মপানা হাযবা ইল্লবদি মকপকী অৱাবা কোক্কনি। ইন্দ্রগনা মানা মাগী অপাম্বা থবক তৌবা ঙম্মোইদৌবি।

মকপকীদমক্কি, মপানা হাযবসি ইল্লসিবা হাযনমুক নীংলম্মী।

অদুবু—

চন্দ্রহাসনা হন্দক্কী ‘অদুবু’ হাযবসিগী পাওখুম খুম্বা ঙম্বগী পাম্বে কবিমতা মবুদ্ধি অদুনা পুথোকপা ঙল্লমদে। মমাই-মমিৎ উং-উং লাওবম্মী, তৌফম খংলমদে।

মপানা অমুক থেমদুনা হাযবম্মী—

চন্দ্র, নং অমুক্তা খল্লু। অবতাব শ্রীবামচন্দ্রদসু মপা দশবথকী মমাই ঙাক্কুনা চহি তবাগা মবি উমং-ৱামংদা চৎখিবম্মী, সীতাবু হুবানখিবনা লাল ৱানা থেংনখি, বাবণবু শাগৈগা লোইননা তুম্না হাৎতুনা কয়া ৱানা মপাগী সত্য ঙাকখি।

পাজি, ঐদি অবতাব নত্তে।

নৎত্রবসু ইপাগী মাই ঙাকপদি ঙম্মী নহাকসু

ঐনা পামদববু কবম্না ..........

পুদা পুবকসি, অসুম লৈজগনি, নংনা মাই অমুক-ফাওবা ওনশনদ্রবসু কবিমতা বেডা লৈতে। ইপাগী মাই ঙাকপা হায়দুদা থোকসনু। অদুদা নত্তনা নংগী মরূপসু অৱাবদু কোক্কনি।

য়াম্না ফরে পাজি। অদুদি হৌজিকমক বাধাবু লৌথোকপিকবো।

মানা হন্দক যাবসিনা মপাগী মমাইসু ঙাক্কনি অদুগা মরূপকী অৱাবসু কোক্কনি। যাদ্রর্বদি মথন্তগী কান্নগনি। অমগী কান্নববুদি অনীগী কান্নবনা হেন্না ফৈ হাযনা খল্লম্মী।

## ২৩

বাধাচবণগী ময়ুমদা।

বাধাচবণগা চন্দ্রহাসকা মখোইনি ফম্মিন্নবম্মী, হিদাক থক্ত্নুনা ৱারি শানবম্মী।

চন্দ্রাদেবীনা নুমিৎ তবেৎনি চাদ-থক্ত লৈবনা অনাবা হাযবদু মপুং ফানা নাবমলে। বাধাচবণনা মাসু মশা ঙমদবা মবন্না চন্দ্রাদেবীগী সেবা তৌবা ঙম্মমদে। থবো থবো ওন্দুনা অদুম লৈবম্মী। মাইবা কৌনবা মীসু শেলসু লৈবমদে। হিদাক লৈদুনা পিঙ্গদৌবসু শেল লৈবমদে।

ফনবু নোক্লীংই লাইববগী দশা!

বাধাচবণনা চন্দ্রহাসতা হাযবম্মী—

চন্দ্র, নংনা হন্দক তৌবসি নুংঙাইখ্রে, নৎত্রবদি চন্দ্রাবু শিদ্রিঙৈদা উনবা ফংবা হাযবদু লাইনা তল্লমলোই।

কবি ৱানো বাধা' নংনা অবেম্বদা ঐগীদমক ৱাবদি খন্দ্রা'?

ঙাইখো চন্দ্র নংগী লুহোংববু কদৌঙৈ হোংবা তাবে।

ঙাইখো ঐগী ৱা তোকখো, নহাক্কী চন্দ্রাগী লাইয়েংনবা তৌখিসি।

মাগীদি ঈশ্বরগী নোংদম হাযবদুনি।

মাইবা মাইবী কৌশিনে—নৎত্রদি

মদুগীদমক নং ৱাকনু। ঐনা তৌজগনি। নংগী লুহোংনবগীদমক হোৎনর্সিদা। ঐসু যাওবা ঙমদবে হকচাংসিনা ঙমদবনে। অদুগী মথক্তা চন্দ্রাসু থাদোকপা য়াবা ফীভম নত্তে। নংগী হন্দক্কীর্সিদি—

মরম অসিদা চন্দ্রাদেবীনা কৌবক্লম্মী, অদুদগী রাধাচবণনা হাযবকই—

কবি তৌবে? লাক্লে, লাক্লে।

চন্দ্রহাসনা অদুদা হায়রম্মী—

নং হৌগৎকনু, ঐ হংলুগে।

অসি হায়রগা চন্দ্রহাসতু চন্দ্রাদেবীগী মনাক তান্না চংলম্মী অদুগা হংলম্মী- -

করিগীনো চন্দ্রা নংনা রাধাবু কৌবদি'?

চন্দ্রাদেবীনা মিৎ তবক তরক য়েংলদুনা হাযরকই—

ঐদি কৌদেনা, করম্বা কালদা কৌখি? অয়ো ইমা!

মমায় অদু হঙ্গৎ-হন্দা হাইরম্মী, শুন্দ্রংদা মমিৎ অদু যেংলম্মী শংত্রিক শংনা। চন্দ্রহাসনা কৌরম্মী—

চন্দ্রা, চন্দ্রা!

করিমতা খুল্লমদে, অদুম য়েংদুনা লৈবম্মী। অদুদগী অমুক মথন্তা শোল্লম্মী·—

অয়োঃ..... ৱারেদা! ইমা নংবু .........

চন্দ্রহাসনা হংলম্মী—

চন্দ্রা, কবি হাযগে, ইবেম্মা নংবু ভাব তাওনে? কৃষ্ণ শোল্লু অদুগী শরুকপুদি।

চন্দ্রাদেবীনা অদুদগী শংত্রিক শংনা যেংলগা হাযবকই-

মহাকপু কদাইদা লৈবগে?

বাধাবুবা ইবেম্মা?

কবিসু খুন্নমদে। বাধাচবণবু হংলির্বনি গ্গযবা মিৎয়েংদা যেংদুনা লৈবম্মী।

ঙাইখো, ঐবু কৌবক্কে।

অসি হাযদুনা চন্দ্রহাসতু মপান্দা থোক্লগা বাধাচবণদা হাযবম্মী -

বাধা, নং ঙমগদবা অমুক্ত হৌগৎলকপা?

ঙমগনি, ঐ লাক্কে হাযবম্মু।

অসি হাযদুনা বাধাচবণ অদু হৌগৎতুনা চন্দ্রহাসকী তুং ইল্লম্মী। চন্দ্রাদেবীগী মনাক যৌবগা বাধাচবণনা হাযবকই —

চন্দ্রা, ঐবু কৌববা?

চন্দ্রাদেবী অদু খুন্বা ঙম্মমদে। মমিৎ অনীদু তবং তবং পাংদুনা কৌবি হাযবা তাকপগুম্না যেংদুনা লৈবম্মী। অদুদা বাধাচবণনা অমুক হংলম্মী--

কবি হাযবগে নংবু, ঐ লাক্লেনে চন্দ্রা?

আ-আ......

ঙাইহাক অমুক লেপ্লম্মী। অদুদগী অমুক হাযবকই—

ঐবু থাজদ্রেনে, মাইবা অমতদি কৌবিযু।

বাধাচবণ অদু মবোল থোক্লমদে, ইখং খংহৌদনা মমিৎতগী পী ইবা শিন্থবম্মী। অদুবু চন্দ্রাদেবীনা উখ্রবদি ফত্তে হাযদুনা মমাই নানশন্নবা শাদুনা মপী অদু তৈথোক্লম্মী।

চন্দ্রাদেবীনা অমুক হাযবম্মী—

মাইবা অমতদি কৌবা ঐবু, তৌবি মতৌসি য়াম্না ব্রাবেদা।

চন্দ্রহাসনা অদু তাবদা হেক খুন্নম্মী

বাধা নংদি ঙম্মোই নশা অদু ঙমদবনা। ঐ কৌকগে। অসি হাযদুনা চন্দ্রা মাইবা কৌবা চৎখবে। বাধাচবণনা নুপীগী নাক্তা ফমদুনা মশা নানবিবম্মী। মৈগা মান্নববা হকচাং অদু থেংনকবদা বাধাচবণগী থম্মোইনুং যৌনা মৈশা ফাওবম্মী। অদুদগী থুক থুক লাউবা মীহুন চোংবা হৌবম্মী। অদুমকপু লাই নিংশিংদুনা খবা হন্থবগা হাযবম্মী—চন্দ্রা, নংদি ব্রাববিনিদা ইবেম্মা!

কংলবা উপান্না ঈশিং চাইবিবদগী মযোল অমুক চোংবগুম্না চন্দ্রাদেবীদু বাধাচবণগী খোল অদু তাবদা মথব্রাই হবাওবম্মী, অদুগা লোইননা মশাসু খজিক্তং পোত্থাজবম্মী। অদুনা মপুবোইবদা ব্রা হাযনীংলম্মী অদুগা হাযবম্মী—

নংবু তাবিববা?

তাবি কবিনো হাযযু।

ঐ শোনবনা লোইবে।

'উম'.....

নুংশা শোব শাংনা বাধাচবণদু 'উম' হাযবম্মী।

নংগী সেবা তৌবা ঙম্মোইদৌবমাল্লে ঐবু।

চন্দ্রা! ৱাখল শেবান্নবা খনগনু। লাই নীংউ। মানা নংগী যাইফনবা শিনবিবক্কনি।

হবে কৃষ্ণ হবে কৃষ্ণ কৃ.... কৃ.....

হো অদুনি। মাদনা নংগী মতেংনি ইবেম্মা।

ঙসিদো—

অং....

ঙসিদো....

হাযযুনে চন্দ্রা।

ঐখোযগী ইমাদু লাক্লম্মী। অদুগা .... হাযবম্মী ......

কবি হাযবম্মী?

লাক্লো নং যাম্না ৱাবে হাযবম্মী ইমানা।

অসি হাযবগা চন্দ্রাদেবীনা হিক-হিক কপ্লম্মী। অদুদা বাধাচবণনা হাযবম্মী—

কৈদৌনা কপলিবনো চন্দ্রা ? নমং নহাদা পংউ উবগা। খল্লুনু অদুগী শককপুদি কৃষ্ণদুম শোল্লু।

কৃষ্ণ—হবে কৃষ্ণ .....

নংগী মাইবা কৌবা চন্দ্রহাসতু চংখ্রি। থুনা লাক্লগনি।

অসি হাযবগা মনমদা তপ্না তপ্না নানবিবম্মী। চন্দ্রাদেবীনা হাযবকই—

ঈশিং যাউম অমতা থক্লেবা।

বাধাচবণনা লংচাক-উতোং অদু মযাদা হাপ্লম্মী অদুগা চন্দ্রাদেবীনা চুকপ-চুকপ চিংলম্মী অদুগা মঙক হাইদুনা ওক্লে হাযবা তাক্লম্মী।

বাধাচবণনা অমুক হংলম্মী—

ওক্লববা —খবমুক থকখিগেবা? চাক্তি চানীংদবা?

হুম্।

খিত্তং চাদুনা যেংসিদনা। থোংলুগে, ঙাইহক্কনি।

হুঁ, ঐ কবিমতা চানীংদে। নংগী চানবদুম থোংউচো।

অসি হাযবগা চন্দ্রাদেবীদু নাকল-লোমদা অমুক চেপ্লম্মী। অদুগা 'হবে কৃষ্ণ' হাযনা শোল্লম্মী।

বাধাচবণনা মনাক্তা অদুম ফম্মম্মী। অদুগা মশম ইফা ফানা লৈবিবদুদা যেংদুনা লৈবম্মী।

ঙাইহাক মখোয অনিমক তুমিন্না লৈমিন্নবম্মী। মতম অদুদা বাধাচবণনা খনবদি অসিনি—

কবম্না তৌসিগে তৌবি মতৌ অসিবো। নিপানি হায়না লৈবগা পৈশা মনামতস্ থোকপা ঙমদে। নুপীসিনা অসুক য়াম্না কন্না নাববসিদা মাইব মাইবী হিদাক-লাংথক কবিমতা তৌবা ঙমখিদ্রবানিকো। অদুগী মথক্তা ঐগী ইশাসিসু ঙমদে। কবিনো ঐগী দশা অসিবো? কযা কুইনা ৱাগদৌবিবা? ঐগীনি হাযবদা কনা অমা লৈত্রবা, মাগীনি হায়বসু য়েংবদা উখিদ্রবা —ঐখোযনিদা ঙাইববা! পোকপদগী নুংঙাইবা ফংদ্রবা মপোক— কবম্না মতমদা কোক্কদৌবিবা! ঐগীদা লাকঙৈদগী নুংঙাইবা ফংজদ্রবীনিকো। শিবমদাই ফাওবা হিদাক মবিক

অমা ফাওবা পিজদুনা মাসু ঐসু নুংঙাইবা মচেৎ অমতা ফাওবা ফংদববনিকো' তোল্লিদা, লাইববা, নুংশিবদা হৈজবা নুংশিবদদি মহৈ যাব্দবা' শিবমদাই অসি ফাওবদা ননিং মচেৎ অমতা ফাওবা থুংদ্রবনিকো ইবেম্মা'

অদুদগী অমুক কপ্লম্মী। মপী তৈথোক্লুনা চন্দ্রাদেবীদমুক যেংলম্মী। চন্দ্রাদেবীনা মশাদুমুক ওম্থোবক্লুনা মাবু যেংবা ঙম্লবা ফীভমদা লৈবম্মী। মপুবোইবগী মতৌ অদু উবদা নুংশিবনা হাযবম্মী—

নংসু কপ্লীববা? ঐবু শিবগদবা

হাযনু হাযহৈদে। নংনা কবম্লা খংবগে চন্দ্রা?

অদুদি নং কবিগী নপী তৈথোক্লম্মী?

ঐ কপতে, মিৎ নানবনি।

নং কপ্তে, চুম্মী নং কপ্তে। ঐদি অঙাংনি, কবিসু খংপোল্তে।

অওইবনিনে চন্দ্রা, ঐ কপ্তেনে, মিৎ অসি হাকচদুনা গোইবনিনে হোৎপনিনে। নংসিমা.....

তোক্লগে, হংলবোই, ঐ হংলবোই। বা.... অমতদি হাযগেবা'

হাযযু চন্দ্রা হাযযু। নৱাহৈ অদুদা তাগে লৈবিবনি।

ইবুংঙো, ঐ নংগী সেবা মতোল লোম্মমদবে, ৱাবৌগনুকো'

কবি ৱানো চন্দ্রা, ঐসু নংগী ননিং থুংনা সেবা তৌবা ঙমদে' নিপানি হাযজবতনি, মীথিবোং ওইনা পোক্লবনি।

ঈশিং খিত্তা থক্কেবা।

বাধাচবণনা ঈশিং ইল্লম্মী। যাম্লা ৱানা ঈশিং অদু চন্দ্রাদেবীনা থক্লম্মী।

নুংশাশোব মপী অমা হোল্লগা অমুক হাযবকই—

ঐনা হানগদৌবমাল্লে, তাদ চন্দ্রহাসতু লাকত্রে।

খংদে, মাবু কদাই যৌগ্রবনো, যৌবক্লে।

মঙোব্দা ৱা অমতা হাযবিযু।

কবি ৱানো, ঐ হাযগে।

তাদদো মথৱাই যাম্লা ৱাববনি।

কবিগী ৱাকনি?

মাগী মবমগীদমক ঐখোযনা দশা তার্বনি হাযনা।

মদুগীদমক মানা ৱাবা চুম্ববা, ঐখোযগী ইবাইবক্লা থোকচববু, ঈশ্ববগী খুজিন্নি, মদুদা মাবু খুৎলাই ওইনা শিজন্নবদনি।

ৱাগনু খনগনু হাযনা খবা হাযবিযু।

হাযগে চন্দ্রা শোযদনা হাযগনি।

অদুদগী মফম ইখং খংহৌদনা চন্দ্রাদেবীদু লোংথোক্লম্মী অদুদগী মমিৎ অনীদু লাউনা পাংলম্মী। শংত্রিক শংনা মফম খংদনা যেংদুনা লৈবম্মী। মযা অদু ঈল্লম্মী।

মদু উবদা বাধাচবণনা থগৎলদুনা 'চন্দ্রা, চন্দ্রা' হাযদুনা কৌবম্মী।

মবক অদুদা চন্দ্রহাসনা মাইবা পুদুনা চংলক্লম্মী। বাধা বাধা হাযদুনা কৌবম্মী অদুগা হাযবম্মী—

মাইবা পুবক্লে বাধা। নং হৌগৎলু।

রাধাচরণ অদু ৱা ঙাংলমদে। যন্ত্রগুম্না ইতপ -তপ্না হৌগৎলম্মী অদুগা ইখং-খংহৌদনা চন্দ্রাদেবীগী মথক্তা অমুক তুথরম্মী।

চন্দ্রহাসনা করিনো তৌরিবসিবো হায়না ঙক্লদুনা মাইৎদা হায়বম্মী।

ওজা, অনাবগী মীহুন অমুক্তা য়েংবিয়ু।

মাইবনা চন্দ্রাদেবীগী মীহুন য়েংবা মতমদা থিবা খংলমদরে। অদুগা হায়রকই—

লোইবে ইবুংঙো। হরে কৃষ্ণ!

লোইরে হায়বা, লোইরবা! চন্দ্রা, লাইবক থিবা নংগীবা ঐগীবা?

অসি হায়দুনা চন্দ্রহাসতু কপ্লম্মী।

## ২৪

পাক চাওরবা লমহাংদা মথন্তা চাজবা শমুক-কুম রাধাচবণ অদু মথন্তা লৈরম্মী। লমহাংদা মানা নুপীগীদমক শিন্থজবা পী অদু উবিনবা কনামতসু লাক্লমদে। চন্দ্রহাসনা অদুক মরক মরক্তা লাক্লুনা থেমজল্লবদি ময়াওই, কপমিন্নসি য়াওগে হায়বদি মাসু য়াওবমদে।

ধর্ম্মগী ৱা, মীওইবগী পুন্সিগী হৌনসা, শাস্ত্রগী বচন—অসিনচিংবা চন্দ্রহাসনা বাধাচবণগী নাকোংদা ঙংলম্মী।

অদুবু সঙ্গ ইতৌ তৌদবা নত্তে। মীওইবা শিবা নাইবনি খংলম্মী। খংনা খংনা চন্দ্রাদেবীগীদমক খন্দবা ঙম্মমদে।

মতম খরা মশা ঙম্লমদবদগী ফগৎলক্লে। অদুবু কনাগীদমক্লো মানা হিংদুনা লৈনীংগদবা? চন্দ্রাদেবীগীদমক কপ্পিনবা লৈবোই হায়বা মতাগুম ঈশ্বরনা মাবু থম্লম্লিমাল্লে।

মানা নিংজবদি স্বর্গদবু ওইরে নবক্তবু ওইরে মখোয় অনী পুল্লপ পুন্না লৈজবা অদুনি। অদুবু হেক থোকপা য়াববা?

মতৌ অসুম্না কয়া কুইনা মহাক নুপীগীদমক খাংখিনি, চাদথক্ত লৈপাকথক্তা ওন্দুনা লৈখিনি?

মণিপুবদা লৈরুদুনা কবি তৌগদগে হায়না খনবা হৌরক্লে।

আসামদা চৎপা হায়দুনি হায়না লেপ্পল্লে। নোংমা জয় কৃষ্ণ হায়দুনা যাত্রা তৌবগে খল্লম্মী।

অদুম্না লৈরিঙৈ কালদুদা মাগী মৰূপ চন্দ্রহাস লাক্লম্লে। তবাম তবাম্না কৌশন্দুনা চন্দ্রহাসপু ফমহল্লম্মী। অদুগা হায়রম্মী

হন্দক্তি চন্দ্র নং ঐবু ৱারৌবা য়াদে।

করিগী?

ঐ ৱা অমতা হায়গে।

করিনো হায়য়ু রাধা।

চন্দ্রানা চৎলমদাইদা......

মপী ওরো ওরো শিন্থরম্মী—হিক্লা হিক্লা কপ্লম্মী।

চন্দ্রহাসনা হংলম্মী—

চৎলমদাইদা কদৌবা—

বাধাচৰণদু মপী তৈথোক্লম্মী, অদুবু তৈথোকপগা মপী তাবকপগা তাবকপনা মহেল্লম্মী। ৱা ঙাংবা ঙম্লমদে। অদুদা চন্দ্ৰহাসনা হাযবম্মী।

বাধা, ওকয়ে, তম্মু কবি হাযবম্বা চন্দ্ৰানা?

হিক হিক লাউনা বাধাচৰণনা খুল্লম্মী—

মানা চৎলমদাইদা হাযবম্মীনে—

অমুকসু কপ্লম্মী, মখা তাথবা ঙম্লমদে। ঙাইহাক লৈবগা অমুক হাযবম্মী—

নংঙোন্দনে চন্দ্ৰ—হাযবিযু হাযবম্মীনে

কবি হায়বম্মী?

মাগীদমক ঐগীদমক নহাক ৱাবা তৌকনু হাযবম্মী।

উম, ঐ খংলে। ঐনা ৱাগনি হাযবা চন্দ্ৰানা খংই। শিবমদাইদা উনবা ফংলবোই হাযদুনা নংঙোন্দা পাওমেল্লম্বনি। মাগী নীংবা থুংগদবা খংদে বাধা। ঐগী দশানা নখোইনিগী দশা তাবনি—চন্দ্ৰাগী থৱাই মাংবনি। অদু খংবা ঐনা ৱাবোই হাযবা ঙমপোৎতে।

নত্তে, চন্দ্ৰ, মদু নত্তে। মাগী মপুক্সি তেনবনা শিখিবনি। মতম তেনবা মীওইবগী পুক্সিনি। ৱাকবনু চন্দ্ৰ। অদু ওইববদি মাগী আত্মাদা নত্তনা ঐ ফাওবা নুংঙাইগনি।

ৱাদবা ঙম্মবা লাই খুকমসি বাধা।

বাধাচৰণ অদু কপ্তুনা লৈবম্মী। মপী তাবিবমখৈ শিম্বগে নিংজবম্বনি।

চন্দ্ৰহাসনা অমুক হায়বকই—

নহাক হৌজিক কবম তৌগে নিংলি বাধা?

মফম খংদে কবিমতা লেপত্ৰি।

নংনা কপ্তুনা লৈবদি কপফমদি থোকই। অদুবু থবক অমা তৌনবা থৌবাং তৌবনা চুম্মী। খবা কপলে ওক্লে।

লাইনা তম্বনি চন্দ্ৰ। মানা খকহন্নিংবা মতমদা ঐগী পী অসি খক্কনি। মানা শু হাযবা কালদা শুবা হাযবদুনি। ঐনা তম্বা ঙম্বা পোৎ নত্তে।

নংনা হায়বিদুসু চুম্মী। অদুবু মানা ঐবু থাবক্লিবসি নংবু থেমজল্লু হায়না থাবকপনি খনবদি যাদ্ৰা?

বাধাচৰণ অদু তুমিন্না লৈবম্মী, ৱা অমতা হায়বমদে।

চন্দ্ৰহাসনা কবি গতি লৈত্ৰদুনা তঙক তঙক য়েংদুনা লৈবম্মী। ফুবিংখাওদগী চুকপ অমা লৌথোক্লুনা চমগে তৌনা তৌনা অমুক হায়বম্মী—

ঐখোই অনী কলিকাতাদা চৎলুসিদনা? ঐ শেল পুথোক্কে। লল্লোন্দুনা য়েংসি, নংগীসু ঐগীসু খবা কান্নববা য়েংসি।

অসি হায়বগা চুকপ অদু চুপ্লম্মী অদুগা বাধাচৰণদা চুকপ অমা থকউ পিকম্মী। বাধাচৰণনা চুকপ অদু থক্লা থক্লা ৱা অমতা খুমদবমখৈ অদুম লৈবম্মী—

অদুদগী চন্দ্ৰহাসনা হাযবম্মী—

তাউ বাধা, ঐনা নংবু চৎলুসি হাযবদি অসিনি—

কবিনিনা?

ঐনা নংবু শেল পিদুনা মতেং পাংবা যাই—নংনা অদুম ফমদুনা চাবা যাই। অদুবু নহাক থবক অমতা পাইদ্রবদি চিন্তাদা তৌদুনা লৈবা তাবে। অদুনা চিন্তা তোক্লবা চৎলুসি হায়বনি।

মদুসু চুম্মি। অদুগা ঐনা ঙম্লিবমখৈদি নংঙোন্দগী ওত্তুনা চাবদি চুমদে। অদুবু ....

অদুদগী চুকপ থক্লম্মী।

চন্দ্রহাসনা অদুদগী হায়বম্মী—

কবিগীনো অদুবু হায়বদি?

ঐহাক হৌজিকমক কবিমতা তৌনীংদ্রনে চন্দ্র। অদুননিনে।

যেংউ, বাধা, কপ্পুনা লৈবা যাদে। চন্দ্রাগী থাগী কর্ম্ম ফীবোই অসিনচিংবা শেল চংবা কযা লাক্কনি।

মতম্না কনাবুসু ঙাইদে। ঙাইববা?

ঙাইদে চন্দ্র, চুম্মি ঙাইদে।

অদুদি কবি কান্নগনি অবেস্বদা ফমদুনা' মাগীদমক পী শিন্থদুনা মাগী থবক শোবোইদবা? অদুগী শরুকপুদি মাগীদমক কপ্পা তোক্তুনা খবা হোৎনবনা ফৈ।

পীগী ইবাদি কৎপা যাদ্রা মাগীদমক।

লৈবাক্কী চৎনলোন হাযবা অমা লৈনে বাধা।

চৎনলোন'

উম, মযাম্না চৎনবা ঐখোয চৎতবা যাদেনে।

অদু চৎত্রগা কবি কাইবা?

মযাম্না তিন্নবিবোই নোক্লগনিনে বাধা'

তিন্নবিবোই নোক্লগনি হাযবা। ফনদুম ফৈ। মযাম্না ঐগী অব্রাবদি পুবিববা?

পুবিবোই কৈসু, মযামদি নোক্লবা হৈবদনি। অদুবু ইন্দবদি যাদেনে।

ইন্দবদি যাদে হাযবা। চন্দ্রানা শাওগদবা?

কবিগী শাওবোই?

শাওবোইদা, মানা ঐবু যাম্না নুংশিজবনি।

নংনা মদু খংববা?

খংই চন্দ্র খংই, মাগী আত্মাগা ঐগী আত্মাগা শম্নবদি তৎতে।

নং ঙাওবে বাধা?

ফৈ, ঙাওববসু মাগীদমক ঙাওজবা ঙম্লবদি'

মাগীদমক ঙাওদবনা ফৈ বাধা। মুন্না খল্লু, মহাক্না নংবু শাওগনি। মাগী প্রেত অদু লানবা ঙমদ্রবদি নংনা কবিমতা তৌবিদবনি হায়দুনা শাওগনি। নংনা মাবু নুংশিদে মানা নংবু নুংশি হাযববসু।

কবিগী নুংশিদনি, নংনা হায়বগা হেকমক য়াগদবা?

য়াদ্রবসু তোকউ, মাগী আত্মানা শান্তি ফংনবা ইপা-ইপুনা তৌনবকপা কর্ম্ম তৌবদি চুম্মি।

ইপা ইপুনা তৌনবকপা । চুম্মি চন্দ্র, ঐ নংনা হায়বা ইল্লগে। চৎসি কদৌঙৈনো, কলিকাতা চৎসি।

অসি হায়বা তাববদা চন্দ্রহাসনা নুংঙাইবম্মী। অদুদগী বাধাচবণনা অমুক হাযবম্মী—

চন্দ্র, ললোনবা হায়বসি অমাঙ-অতোঙ অনী লৈদো। মাংলবদি ঐদি শেনফম অদু কুপখৎনবা লৈতে।

অদুনা চৎলবোই। ঐগী ইরাইবক্তি, চন্দ্রাগী মবাইবক্তি। লাইদা কৎপা কৎতবা লাইনা তম্বা লাক্কনি।

য়াম্না ৱানা থেমদুনা য়ারক্লগা অমুক কর্দাইদগীনো অকায়বা ৱাখল অমা লাক্লে। মসিদা চন্দ্রহাসনা তৌফম খংলমদে, য়াম্না লুবা ৱাখলদা তাওদুনা লৈরম্মী। করি তৌবগা কবম্বা ৱাহৈ হায়রগা বাধাচরণগী পুক্লিং ওনগদগে খনফম থোক্লমদে। অদুবু অমুক হায়রম্মী—

ঙাইখো রাধা, নংবু ঐনা শেন-মাং কুপ্লীউ হায়বরা?

নংনদি হায়রোই খংই, হায়রোই হায়দুনা কুপ্তবদি ঐসু চুমদে।

নংগী ফীভম অসিনা মদু খনবা মতম নত্তে, থোইদোক হেন্দোক্লা নংগী নথক্তা অরূম্বা অমা তাববা মতমসিদা।

অরূম্বা তারবসু য়াংনা পুনবা থৌবাংলগা লোইরে।

করম হায়না য়াগদৌরিবা?

মিংকী পীদা কংলগা লোইরে। অদুগা মরক অসিদা লাইনা ঐগী ইতিক থোকপা লম্বেল অমা পিবক্লগা লোইরে।

চন্দ্রহাসতু ঙাইহাক খম্থরম্মী, অদুগা অমুক হায়রম্মী—

বাধা নং ৱা অমদি হায়গে।

করি ৱানো?

ঐ ইথক্তা চংপসু ফত্তে। মী অমা পুবা তারি! মী অদুদা ঐনা অৱামল শোইদনা পিগনি। মী অদু নং ওইববদি কমদৌই?

রাধাচরণ খুল্লমদে। চন্দ্রহাসনা হায়বম্মী—

হায়যুনে অদুম্না চংপদি চংনীংদরা?

চন্দ্র, ঙসি তোক্লসি, কোন্না অমুক খন্নসি। নংসু হল্লো থেংখবে। ঐ অমুক্তা খলহৌখিগে।

চন্দ্রহাসনা নুংশাশোব মপী অমা হোল্লগা হৌগংলম্মী। 'চংলগে অদুদি' হায়রগা ময়ুম পাংনা চংখিরম্মী।

বাধাচরণ না মথক্তা খন্দুনা লৈহৌই।

## ২৫

চয়োন অমা হৌখরে। রাধাচবণদু মাগী চন্দ্রাদেবীগী ৱাখলদা অদুম খন্দুনা লৈবম্মী, মশাগী চানবা থক্লবা করি থবক তৌদুনা তানগনি হায়বা কবিমতা খল্লমদে।

নোংমা হিদাক ঙাম্বক অমা চিংলদুনা ৱাখল খন্দুনা অসুম্ন লৈবিঙৈদা নিপা পাখং অনিখক লাক্লম্মী। মখোই অদু মশক উখিবগুম্বদি তৌই, অদুবু মমিং মথাদি বাধাচবণনা খংলমদে। অমগী মমিংনা মণিহাব কৌই, অমদুনা গৌরহরি কৌই।

মখোইনিদু রধাচরণনা ফিদা থাদুনা ফমহল্লগা হংলম্মী—

করি থবক্কীনো ইবুংঙোখোইনা লেংবিবকপবু?

মণিহারনা খুল্লম্মী—

তাদা, ঐখোয়গী লৈকাই মচা খরা তিন্নদুনা থিয়েটর পার্টি অমা লিংখৎলুবে। অদুবু অফবা এক্টর অমতসু য়াওদে। তাদবু ঐখোয়গী ইরক্তা য়াওবিযু হায়জগে লাকপনি।

রাধাচরণনা খুমথ্রিঙৈনা গৌরহরিনা নোংশল্লম্মী—

তাদা, হায়বদি হঙ্গোই, তাদবু ঐখোইনা লীলা শান্নবা খুদিংগী লুপা য়াংখৈ য়াংখৈদং তৌজগে।

রাধাচরণনা হায়রম্মী—

মৈতৈ মচানা তৌবা লীলা হায়বসিদবু তুং কোইবা শুকয়া য়াদেদা ইবুংঙো। ঐনা হায়বসি শাওদি শাওনু। তুং-কোইনা তৌবা উদেনে। অদুনা লুপা য়াম্না পিবা খিত্তা পিবগী ব্রাদি থমবু থমখো। ঐনা অসুম খনবদা লীলাদু য়াওবা ঙম্মোই নিংইয়ে, করিনা ঐনা লাইরবা মী অমনিনা, অদুগী মথক্তা নতৈমগী ফীরোই-নুংলোই লাক্ষদবা খিত্তা ঙাইরে। অদুনা খরা নোমখোত্তবা য়ারোইদৌরি।

ব্রাসি তাবদা মণিহারনা হায়রম্মী—

তাদনা হায়রিবদুসু য়াম্না চুম্মি। অদুবু ঐখোইগীসি অহল হৈশিংবা লুচিংবা অমতা য়াওদ্রি। থব্রাইদা য়াওজবনি। তাদনা শিনবিরগা মতম কুইনা তৌবা য়ানবা খুজিল শিনবিউ হায়জরিবনি।

ঐদি শিনবা হৈবা পোৎ নত্তে, অদুক য়াওজগদবনি। অদুনা ইবুংঙো, ঐবু কৃপা তৌবিয়ুদা, ঐ য়াওজররোইদা। গৌরহরিনা অমুক হায়রম্মী—

ঐখোইগীসি তাদনা ওজাসু ওইবিগদবনি। নৎত্রবদি লীলা অসি ওইরোইদৌরিবা পোৎনি ওজা লৈতদুনা। অহানবা হৌদোকপিবা অসিমদি খরা য়াওবিরমদবা য়াদে। ঐখোয়গী অহল-লমন খরা য়াওরিবসি য়াওজবা হায়দুনি। ঐখোয় নহারোল ময়াম্না হা সেক্রেটরী ওইদবা য়াদে, মেনেজর ওইদবা য়াদে হায়দুনা ওইজবতনি। থবকতি মথোং মরম খংবা অমতা য়াওদে। অদুনা.....

মণিহারনা অদুদগী হায়রকই—

হায়সু হায়নি, ঐখোইগী আশা অসিমতদি থুংহনবিয়ু হায়বু করি হায়গে তাদা।

রাধাচরণদু খল্লম্মী, য়াওসিরা য়াওনুসিবা করি হায়না পাওখুম খুমগদগে খংলমদরে।

নিপা অনীদুসু তকপা হৈবনা মপা লৈতবগুম তৌরম্মী।

অদুদগী মণিহারনা অমুক হায়রম্মী—

তাদা, ওজা ওইবিবগীসু অদুগা এক্টর অমা ওইবিবগীসু দক্ষিনা কৎচগনি।

অদুদগী রাধাচরণনা খুন্নম্মী—

ঙাইখো ইবুংঙো, নখোই অনীনা হায়রিসিবু চান্ননা হায়রবা জাৎলা?

মানি। মখোইনিমক খুন্নম্মী।

অদুদি ফরে ইয়াম্বা ব্রা অমা হায়গে।

মণিহারনা খুন্নম্মী—

হায়বিয়ু তাদা।

এক্টর অমা ওইবা হায়দু ঐ ওইরগে। অদুগা ওজাদি নখোইনা মী অতোপ্পা অমা থিরুরো। ঐদি তম্বি-লাকপিবদি অদুক য়াম্না হৈতে। করি হায়গে'?

ওজাসু ওইবিরবদি ঐখোয়গী নিংবা পুংথুংমক থুংগদবনি। অদুবু ফরে, এক্টরবু ওইবিগে হায়রবদি ঐখোয়না থোকপা ওজা অমা থিরুবা হায়দুনি।

হোয়নে ইবুংঙো, অদুম্না তৌসি।

অদুদি তাদা হোরেনদগী লাকপিরো। ঐখোয় হল্লগে। চৎসি গৌরহরি।

অসি হাযদুনা মখোই অনী চৎখবে। বাধাচবণ অদু মবুক মনুংদা কৃষ্ণবু কৌদুনা খুকমজবম্মী।

অসুম্না লৈবিঙৈসিদা চন্দ্রহাস লাক্লম্মী। মনাক্তা হোৎচন্দনা ফম্লগা হাযবম্মী—

বাধা, নং ঐনা কলিকাতা চৎসি হাযসি যাদ্রেদনা?

খংদ্রেদা, চন্দ্র, নংনদি ঐবু নুংশিবগী মহাইবা, তৌজিকমকসু নংনা থাক্লুনা চাবি।

মদুগী ৱা নত্তে। ঐনা নংঙোন্দা লুপা অমনিদং পিবসিন্ নংনা শিংথানকদুনা কবি কান্নগনি? মতুংগী পনজাও অমা লৈবি, মদুগী খল্লু।

চন্দ্রহাসনা ফীবোইনচিংবা শোনবিবা ঙম্মী, শোনবিগেসু নিংই। অদুবু মদু মৎক্তদদা নিংবদগী হেন্দোক্লুনা চিন কাংথোকপা ঙল্লমদে।

বাধাচবণনা খুল্লম্মী—

চন্দ্র, ঐ লীলা যাওগে হায়খ্রে। ঐনা হৈনবা থবক অসি তৌবনা ফগদবা নিংই।

কদাইদা?

মখোইগী মণিহাব গৌবহবি অনিদ্ হৌজিক্তা লাক্লম্মী, হনখিবদা ঙাইবি। মখোইগী লৈকাইগী অদুদা থিযেটাব পার্টি অমা লিংখৎলে। অদু ঐবু খবা যাওবিযু হাযবম্মী। ঐসু যাওগে হাযদোকখ্ৰে।

চন্দ্রহাসত্তু খবা শাওবপ তৌনা নোর্কমি নোকমি তৌবদুনা হাযবম্মী—

নংগী লীলা যাওবদুনা কদৌনি? অদুনা পুক থনবা যাববা? ললোনবা হাযসিদি যাম্না থংনাবিবনি। হৌজিক্তা মতমদা অমুক হেন্না দুনা দুনা ফংলিবনি। মসিবু নংনা খংদুনা লৌববদ্ মঙাই।

বাধাচবণসু খংলিবনি। অদুবু মবল লৈবা মীনা ললোনবদ্ ফত্তে হাযনা মর্বাক্নদা খব খল্লমদে। মাশুম্না শেল মাংখ্রগা ফুগৎপা ঙম্মোইদৌবা মীনা কবিমতা পাম্না তৌনদে। বাখল অসিদা খন্দনা লৈবম্মী।

চন্দ্রহাসনা চুকপ অমা বাধাচবণদা পিবম্মী অদুগা অমনা মহাক্না থক্লম্মী। মখোইনমক চকপ চিংদুনা অদুম লৈবম্মী, কনামতা ৱা ঙাংনবমদে। চুকপ অদু তঙ্খাই অমমম হেন্না চিংলবা কালদা চন্দ্রহাসনা হাযবম্মী

চুম্মি, বাধা, মা-মানা হৈনবা অদ্ তৌবনা। অদুবু ৱা অমদি লৈ হায।

কবিনো?

কলিকাতা-দিল্লীগুম্বা সহব অচৌবগী মতৌদি ইম্ফালনা তম্বা নমিৎ খবগাদি যাগদবা, মতম শাংনদি যাবোই।

থিযেটবগা হাযসিবুবা যাবোই হাযববু?

অং মানি বাধা।

কদাইদগী যাগবনো। অমুক তৌ— অমুক লেপ —অসুম্না সুম তৌগে হাযবদি খংদে। মতম পুম্নদা তৌবদি কদাইদগী যাগবনো।

নংদি মদু খংনা খংনা......

খংনা খংনা তৌবসি ইথৱাইনা পাম্না হাযদুনি। অদুগনে চন্দ্র অসিমসু লৈ --

কবিনো—-

মীওইবগী পুন্সিদা অসিনা লেপ্পবনি হাযবসি ইলৈ লৈতে। ললোনবসু খংদে তমসু খংদে মতম চুপ্পদা তৌবা যাবদি থোক্তেদা।

অদুবুদি ঐখোযগী পুন্সিবু অবেপ্পনা? কনামনা নহা ওইর্বি শিখিবোই যাববা—-কনামনা অহল ওইবে

শিজবগে হাযবা য়াববা? ফবে, ঐদি হংচিৎতু কলিকাতাদা চৎলুগে। নংসু লীলাদু য়াওদুনা অরাবা ব্রাখল তোকপা যাববা যেংলম্মু।

হোয অদুম্মা তল্লিমাল্লে চন্দ্র ঐগী লাইনক্তা।

ফবে দুদি বাধা, ঐসু চৎমিন্ননবা মী থির্কখিগে। হযেংমুক উন্নসি।

ফবে, থিকবো।

অসি হাযদুনা বাধাচবণনা চন্দ্রহাসপু থাদোক্লম্মী। মাসু হৌগৎতুনা ইমুং মনুংগী থবক ইনখাং তৌবম্মী।

## ২৬

মণিহাবখোইগী থিযেটব হোলনি। হোল অদুগী মমিং ইবাং শং কৌই। মমিং অসি থোল্লমদাইদা নুমিৎ নিনি চংনা ব্রাখল খন্নবগা থোনখিবনি। অমনা সংস্কৃতগী শব্দ লৌথোক্তুনা থোনসি, খবমনা ইংবেজি লোন্দা থোনসি হাযনবম্মী। মদু পুম্নমক ইপাম পামদে হাযবা কাংবু অমা লৈবম্মী, পামদবা কাংবু অসিগী মশিংনা হেল্লম্মী। হেনবদা নত্তনা মখোইগী লৈকাইগী লুচিংবা অহল ওইবপ তৌবা অমসু কাংবু অসিগী মবক্তা যাওবম্মী। মানা শিখাং খাংনা মৈতৈ লোন্দা থোনবনা ফৈ হাযবম্মী।

অদুদগী অমনা হাযবম্মী——

লীলা শান্নফম অসি সংস্কৃত তা বঙ্গমঞ্চ কৌই। বঙ্গগী মৈতৈ লোনদি ইবাং হাযবনি। ইবাং হাযবা ব্রাহ্মেসি বঙ্গদগী ওন্থবকপনা মদুদি লোন পোকপগী মবম থিবা মীনা খংজগনি। ওন্থবকপা ওইবসু ওইদ্রসু অর্থদি মান্নর্বনিনা অদুগা সংস্কৃত পাম্বা কাংবুগীস্ সংস্কৃত শব্দ 'বঙ্গ' হাযবসিগা হাইফেৎ মান্নবনিনা ইবাং-শং হাযনা থোনসি খল্লি।

মাগী বাসি তাবদা অমনমুক নোৎশন্দুনা হাযবকই——

ঐসু ইবাং শং হাযবা মিংদাসি ফনা পাম্মী। পিশ্রিবা মবমসিদা নত্তনা ঐনা হাযনীংবা মবম খবসু লৈবি। হাযজৌ হাযববা?

মযাম্না হাযযু হাযযু হাযবকই। অদুদগী মানা হাযবকই

অদুদি তাবিযু। ঐখোই মীওইবগী পূন্সিসি ইবাংনি। অদুক লাংজবনি। মতম খবা লাংজবগা স্বাই মাংখিগদবনি। মসি কাওথোক্তুনা নত্তবা লম্মেল চৎতুনা পুন্সিসি অমবনি হাযনা খনব' অবানবা ব্রাখল অদু তাক্লবা এক্টব এক্ট্রেশ ঐখোইনমুক ইলাং লাংনা ভাবোক্তা কাওদনবা তাক্কদৌবিবনি। অদুনা ইবাং তৌফম শং অসিদা পুন্সি অসি ইবাংনি হাযবদু ইবাং তৌদুনা তাকপগীদমক অসিবু ইবাং-শং কৌশি হায়না হৌদোকপিবকপদি ঐদি যাম্না নুংঙাইজখবে।

অদুদগী অমনা অমুক হায়বকই——

ইবাং শং হাযবা ব্রাহ্মেসি যাম্না কৈদামা ওইনা তৌইদা। মীনা তাবদা ইবাং তৌবা হাযবসি ঐখোযবু যাম্না তযাং তযাং খনখিবা তাইদা। অদুগা অহল অমল লীলা যেংনীংবা যাওবল্লবসু মিংদাদু তাবদা হঙ্গোইদুনা যেংদদনা তোকখিনি।

মাগী ব্রাসি তাবদা ঙসাইগী অহল ওইবা লৈকাইদুগী লুচিংবা ওইনা লৈবিবদুনা হায়বকই——

হঙ্গোইদুনা যেংদবা হাযবা? অদুবুদি তোকচশনু কদৌগে। মখোইনা মশা অমমম্না ইবাং-মতুম অমা ওইনা ওইনা তাৎ তৌজবগীদমক তোকচবদি তোকশনু। ঐসু অহলনি। মীযাই চল্লবনি। লীলা তৌবসি ইবাং

তৌবনি খংনা খংনা ঐসু য়াওবিবনি। ইবাং-শং হয়বা মিং অসি যাম্না ফত্রবা পোৎনি। অদুগী মথক্তা মীগী মবোলদা থোল্লবদি অঙাং নুবী মবোল খংদবা জাত্তি অর্থসু খংলোই। মসিদি মীপুম খুদিংনা খংলগদবনি। যাম্না ফখবে।

মযামসু অদুনা যানবল্লে। অসুম্না মখোইগী হোল অদু ইবাং শং থোন্দুনা শংগাখি।

শংগাবগী লীলা অহানবা শান্নবসি কবি শান্নসিগে হায়দুনা মখোয় মযাম ঙাংনবম্মী। মণিহাবনা অদুদগী হায়বকই—

ঐখোযগীসি ঐনা অসুম খনবদা বামনা বন চৎপা মতাং অদু শান্ননীংই। লাইবিক অসি তাদা বাধচবণনা লেংবনি। অদুগী মথক্তা শ্রীথিযেটবদা শান্নখিবদা শেল যাম্না ফংখি।

গৌবহবিনা অদুদগী খুন্নকই—

যাম্না ফবে অদুনা ফগনি।

অসুম্না ঙাংনবিঙৈদা বাধাচবণ অদু লাক্লম্মী। মানা ফমথববা কালদা মণিহাবনা লীলাগী লাইবিক খন্নবগী ব্রাদু হায়বম্মী।

মদু তাবদা বাধাচবণ থুক লাওবম্মী অদুগা ছন্দ্রাদেবীগী মুর্ত্তি অদু মমাংদা চপ লেপ্পম্মী, অমমবদা লৈবগুম্না কবিমতা উবা ফংঙমদে। পুক্লিং খবা য়াংনবা লাকপবা হায়ববু ওন্ন-তৈননা থোক্লমলে।

মানা অদুম্না খল্লিঙৈদা মণিহাবনা অমুক হায়বম্মী

তাদনা বামসু শাবিবা তাই। শ্রীথিযেটবনা ফংখিবা শেনফং অদু ফংনবা ঐখোইসু তৌনীংই।

বাম শাবা মহাক ঙমগনি, সীতা শাবী কনানা চন্দ্রাদেবী ফংবা ঙমগদগে খল্লম্মী। মানা খনবদি চন্দ্রাদেবীবু লীলা যাম্না হৈবীনি হায়না খনবা নত্তে। মঙোন্দা অতৈ নুপী অমতনা চন্দ্রাদেবীনা হৈহন্নিংবগুম হৈহনবা ঙম্মোই খনবগীনি।

অদুনা বাধাচবণনা হায়বম্মী—

ঐ ব্রা অমা হায়জগে।

মযাম্না হংলম্মী—কবি ওইববনো?

ঐনা লেংবা লাইবিক অমা লৈ, মদুসু বাম-সীতাগী ব্রাবিনি।

মযাম্না কবিনিনা হায়বম্মী।

মানা খুন্নম্মী—

বামনা সীতাবু বন্দা থাখিবা মতাং অদুনি।

অহল অমনা হায়বকই—

কবিগীনো ইবুংঙোনা মতাং অদু শান্ননীংবদি?

ইকাই ইকি থাদোক্লুনা বাধাচবণনা খুন্নম্মী—

বামনা বন চৎপদা ঐগী নুপীনা সীতা শাবম্মী। হৌজিক্তি মহাক লৈতবে। মহাক লৈতবগী ব্রাখলনা ঐ ইশাসি পুবা ঙমদদুনা লৈবি হৌজিক। মতাং অসিদা মা খাইনবগী ব্রাগা চান্নবা সীতাগা কাইনবগী মতাং অদু ওইববদি ঐহাক লীলাদু হায়বদি বাম শাবদু নিংথিনা শাবা ঙমগদবা নিংই।

চুম্মি ইবুংঙো মদুসু ব্রা অমনি, নৌনা খাইনবদা ঙাইবিবনিনা।

মণিহাবনা অদুদগী হায়বম্মী

অদুদি লাইরিক অদু হযেং পাইবিবক্লো। পার্ট য়েন্নদুনা সংগাবা নুমিৎ অসিদা শান্ননবা থৌবংংলসি।

বাধাচরণসু মানা হায়জবা যাবদুদা যাম্না নুংঙাইবম্মী। অদুদগী মানা খল্লম্মী—চন্দ্রাদেবীগা খাইনবগুম্না সীতা কাইনবগী মতাং অসি শোইদনা ফজনা উৎপা ঙমগনি। ষ্টেজদা কাদুনা সীতা কাইনবগী ৱাখল খনবদু চন্দ্রাদেবী কাইনবগী মীহুন অদু হুন্দুনা থোক্লর্বদি ভাবোক্লা নুংঙাইবে হায়বদা নত্তনা মশামকসু অৱাবগী নুংশা-মপীগা লোইননা মপান নাইদ্রবা নুংঙাইবা অমগী মথক্তা তাওবা ফংগনি—অসিনি মানা খল্লুবম্না।

অদুদগী মানা মণিহাবদা হায়বম্মী—

নুপীদি নোক্লেদনা।

মাবু শ্রীথিয়েটাবদা যাওদ্রববা?

যাওবি। অদুবু ঐখোয়গী অসিদসু যাওগে হায়না যাবে।

শ্রীমতি শকতা কুচুদা যেংলে চন্দ্রাদেবীদগী কবিমতা হম্বুবমদে। মপুং ফানা মথোনকাববী মকাফন্না শাকাইজববী লৈবাংগুম শাৎচবম্বী শ্রীমতিনি। পাখং শানৌ কযাগী থৱাইবু হুদুনা লৈজবম্বী মহাক্লি। শ্রীথিয়েটাবগী মেনেজব নাবাণতনা লিক্লি মনুংদা মখুম চেৎনা খুমদুনা থমম্বা লৈবাংগুম্না থনম্বগী চিংদা শাৎপা ইঙেনলৈগুম মাগী মনম তান্নজবকপা খোইমু লাবাশিংনা মনম ফংদদুনা মহৈ য়াঞ্জদবনি।

লীলাদি তৈবা?—বাধাচবণনা হংলম্মী।

লীলাসু কবিগী লৈর্তনি। চন্দ্রাদেবীমকপু হেনবা ঙমদ্রবসু মাগদি কবিগী মান্নদগনো?

লীলাদদি বাধাচবণগা শ্রীমতিগা পান্নবদি মণিমুক্তা অনী মফম অমতদা থম্বগুম্বনি। অদু বাধাচবণগী থম্মোইদদি চন্দ্রাদেবীনা লৈজবম্বা মফম অদু শ্রীমতি লিশিং অমা লাক্তুনসু যাবা নত্তে।

মানা অসুম খঞ্জবম্মী।

মদুগী নুমিৎ অদু ময়ামসু কাইনবম্লে। বাধাচবণসু ময়ুমদা লাক্লম্লে।

## ২৭

নোংঙাম্লে!

নুংদাং ৱাইবম লাইবিক অমা মখুত্তা পায়বদুনা বাধাচবণ অদু লীলা তম্বা ইবাং-শং তান্না চৎলম্মী। ময়ামসু তিল্লম্লে।

মহাক হেক থুংবদা পার্ট যেন্নদুনা লীলা তম্বা হৌবে। শ্রীমতিসু লৈবম্মী।

লীলা তম্বা লোইবগা শ্রীমতিনা বাধাচবণদা হায়বম্মী—

তাদা ঐখোয়না তৌজবসিদি অদুক তৌজবা হায়বদুনি। ইনম্মখোই য়ৌবা ঙম্বা নত্তে। তাদগী নপান কন্না তাংবা তাইদো!

ইবেম্মা, কবি ৱানো? শ্রীমতি দেবী এক্ট্রেস হায়দুনা ম্না লৈবাকসি ধবনি চৎখ্রবনি। ঐগী ইপান তাংবা হাযবা কবি লৈবগে। ইবেম্মগীদুম নপান তাংগদৌবিবনি।

তাদা অযুক অযুক লাকচৌ হায়ববা তাদা লেংবিবক্কে হায়ববা খবা তিন্নদুনা ঔবাইবনা ফগনি নিংজৈ।

ঐ লাকউ হায়বসু যৈ। কবিসু বেবা লৈতে।

অসুম তৌনা মখোইনি ৱাবি শারিঙেদা শ্রীথিয়েটাবগী মেনেজব নাবাণ লাক্তুনা থুংলবে।

ময়াম্মা তরাম তরাম্মা নারাণবু কৌশন্দুনা ফমহল্লম্মী। মানা ফম্লগা শ্রীমতিরোমদা য়েংদুনা হায়রম্মী শ্রীমতি নংবু চন্দ্রাদেবী য়ৌবা ঙমগদরনে?

কনানা খংবনো, লাইনা তম্বা হায়বদুনি।

ঙস্মোইদা, চন্দ্রাদেবীখোই হায়দুদি করি হায়রুনি তম্বদা থোকপা নত্তে।

অদুক হোৎনবা হায়দুনি।

রাধাচরণদু তুমিন্না তারম্মী। নারাণগী ৱাদু তাবদা মহাকপু করেম্নরিবনি হায়না লৌরম্মী। অদুবু ৱা অমতা হায়বা ঙম্মমদে।

নারাণ-নমুক রাধাচরণদা হায়রম্মী—

রাধা বাবু য়ুম হনবদা ঐগা হনমিন্নসি। ঐ ৱারি অমতা শানীনীংই।

য়াম্না ফগনি।

মণিহারনা হায়রকই

লীলা নুংঙাইনা শান্নবা ঙম্নবা পাওতাক খরা পিবিরম্মুদনা মেনেজর বাবুনা লেংলক্লিঙৈসিদা।

ঐনা করি পাওতাক পিগনি ?

অসি হায়রগা নারাণ অদু ফুরিংখাওদগী চুরুপ অমা লৌথোক্তুনা চন্নম্মী। অদুদগী অমুক হায়রম্মী—

রাধাচরণ বাবু য়াওরবদা কনানা করিমুক তাক্কনি। হন্দক ইরাং-শংনা রাধাচরণবু ফংবদি লাইবক য়াম্না ফবনি।

মাগী ৱাসি তাবদা ময়াম্মা হন্নাওদুনা মোমোন মোমোন তৌদুনা নোক্লম্মী। মণিহারনা মবুক্লিংদা হায়রম্মী—

অদুনা ওইরে নংনা রাধাচরণবু তান্থোকখিবা!

অদুদগী ময়াম পূমক্লমক থেংলদুনা কাইনরম্লে। নারাণগা রাধাচরণগা মখোয় অনীদু হনমিন্নরম্মী। অসুম চৎনা চৎনা নারাণনা হায়রম্মী—

রাধা বাবু, ঐ লাল্লে। নোংমতং লাক্তুনা লাল্লে হায়না হায়জরগে তৌববু তাঞ্জা ইচা চাদে।

করি ৱানো মেনেজর বাবু? ঐগী ইরাল ঙাক্তনি।

রাধা বাবু, ঐ খংই, নুংশিগী ইচেল থিংবা ঙম্বা জগত্তা পোক্তে। ঐগুম্বা করিসু লৈত্রবা জীবদি লায়রদুনা—। থিংবা ঙমদ্রবা ইচেল অসি লৈবা মরম্না মীওইবনা তানবদা ৱারবা ঈশ্বরগী খুয়া তান্না চেনশনবা ঙম্লিবনি। অপংবা ঐতনা পংখল খনবনি। রাধা বাবু, নং ঐগী ইনাওগুম্বনি, অদুনা ঐনা পুন্সিসিদা খংজবা খরা হায়গে। নংনা ঐবু নয়াম্বমক্লি খন্দুনা তাবিয়ু। নংনা হেন্না খংলিবনি, অদুমকপু মহায়গে। নুংশিবগী মৈজাও হৌরক্লবদা মাবু থিংবদি লাইরদুনা থিংগে চংবা মী পুম্নমক মমাই কাহৎতুনা হল্লিবনি। ঈশিংগা প্রমাণ তৌরবসু নুংশিবদি ঈচাও অমগুম্বনি। মহাক্লা চেনশল্লক্লবদা কনাগী মতিক লৈ পন শাদুনা থিংনবা! য়ুম কৈ পুম্নমক পুম-লাক লাক্তুনা থুমহল্লিবনি। নুশিং নোংলৈগা প্রমাণ তৌরবসু করম্বনো হায়ববু মদু লাকপদা মী পুম্নমক হায়মা হায়মা হায়দুনা লাউনরিবনি। অতিয়াগা চাদম্নরবসু নুংশিবা মাতনা পাকপা চাওবা হেল্লিবনি। চাওরে হায়রিবা পৃথিবী অসিনা কদৌগনি, নুংশিবা মাগী মতমবাক্তা কুন্দুনা লৈবদমক ঙমজৈ।

ঙাইহাক অমুক লেপ্লম্মী, নুংশাশোর মপী অমমুক হোল্লম্মী। অদুদগী অমুক হায়রম্মী—

মপান নাইদ্রবা নুংশিবা—মীওইবগী লোন্না ফোংদোকপদা ৱারবা অসিগুম্বা নুংশিবা—অসিগী ইয়াইদা

তাওববা মীবু ঐনা যেংথিকবা পংবা উৎপদনি। ঐবু ব্রাবৌগনু বাধা বাবু, ঐবু ঙাকপিবা ঙম্মবোইদবা'?

কবি ব্রানোনে মেনেজব বাবু?

ঐ লাল্লে। ঐবু ঙাকপিযু হায়বোই, ঙাকপিবা যাব ইবাল নত্তে। ঐগী পাপনা চন্দ্রাদেবীগা মমা শিখিবনি, ঐগী ইপাপনা চন্দ্রাদেবীনা শিবমদাইদা ব্রানা শিখিবনি।

বাবু, ঐ ব্রা অমতা হাযজগে?

হাযযু, বাধা বাবু, কবিনো'?

মেনেজব বাবুনা খল্লিবা ব্রাখলদু থাদোকপিযু। ঐ ঐগী কর্ম্ম ফল চাজবনি, কনাগীসু দোষ লৈতে।

বাধা নংনা ফজবতগী হাযবনি অদুম্না। ঐগী ইপাপননি। যেংউ, শ্রীথিযেটাবগী শ্রীদি নখোয অনীনা ওইবম্বনি। নখোইনা চৎখিঙেদগী শ্রীকদাইদনো লোৎখ্রে।

মখোইনিমক তুমিন্না লৈমিননবল্লে। অদুম চৎনা চৎনা বাধাচবণনা খঞ্জবর্ম্মী- -

চন্দ্রাদেবী,ঐগী চন্দ্রা, ঙসি মেনেজব নাবাণনা ঐঙোন্দা হাযজবিবসি নংঙোন্দা হাযজববদি ঐগী থবাই অসি কযা নুংঙাইগবা। অদুবু ইবেম্মা, নংগী নগুণবু ঐ ইথলমক তাজৌ হাযনা তমখ্রবোইদো! মীওইবগী আত্মা শিদে হাযবদাই! নংগী আত্মাদি তাবিনিদো! নংনা নাবাণবু ঙাকপিনীংববা ঙাকপিনীংদববা? অদুবু ইবেম্মা নংগী ওইনা ঐনা নাবাণবু ঙাকপিবগেকো! মাগী থম্মোইদা নিংঙমদবগী মৈচাক হৌবিবসি নুংচবসনুকো!

' অদদনীমুক নাবাণনা হাযবর্ম্মী

বাধা বাবু, ঐ যাম্না তোল্লবা ভিক্ষা অমতা নিগে। নং পিবিযুকো!

কবিনো মেনেজব বাবু।

শ্রীথিযেটব অসি শ্রী লৈতবনা যেংবা যাদবে। ঐগী ইচা লৈতে নুপী লৈতে, কনামতা লৈজদে। শ্রী ওইবিবা নংগা নখুত্তা শ্রীথিযেটাব পিজবগে। ঐগী নুংশিহৈতবা পুকচেল অসিগী প্রাযশ্চিত্ত ওইজশনু। নংনা মসি লৌবিযু, লৌবিবা অদু ঐনা নিজবা ভিক্ষানি, ভিক্ষাসি হাপ্পিযু হাযবু কবি হাযগে?

কবি ব্রানো মেনেজব বাবু, ঐনা মদু লৌদুনা লোইবা ঙম্বা পোৎলা। ইতিক-ইগুণ লৈতে থিযেটব অমগী মপু ওইনবা।

তৌনু বাধা, ঐগী থম্মোইনুংদা চাক্লিবা মৈ অসে নংনা কোকহনবিযু। চন্দ্র' লৈবল্লবদি নখোয অনীনা মসিগী মপু ওইদুনা লৈবগদা অমুক হেন্না পেনজগদবনি। অদুবু অপংবা ঐনা মদু ফংবা ঙমজদবে। চন্দ্রা মুৎখ্রবসু চন্দ্রাগী আত্মা লৈনবা মন্দিবগুম্না শ্রীথিযেটাব অসি লৈশনু। নং লৌকো।

অসি হাযবগা অঙাংমচাদৌনা হিক্লা হিক্লা কপ্লর্ম্মী। অদুগা অমুক হাযবর্ম্মী

বাধা বাবু, চন্দ্রা লৈত্রে, শ্রীনা নংগী চন্দ্রানি।

বাধাচবণ অদু কবিনো তৌবিসিবো হাযদুনা মফম মবাং খৎলমদে। তুমিন্না লৈবর্ম্মী। ঙাইহাক লৈবগা হাযবিবা অদুনা ওক্লে হাযনা বাধাচবণ খুন্নর্ম্মী।

অদুদগী মখোয অনীগী খাইনফম যৌবদুনা মহৈ মহৈ মযুম পাংনা চৎনবর্ম্মী।

## ২৮

ইবাং-শং সঙ্গাবা নুমিৎনি।

সীতাদেবীনা বন্দা চৎপা মতাং অদুনা লৈবাং ওইদুনা মযামগী মফমদা লৈনম পিবম্মী।

বাধাচবণনা শ্রীবামচন্দ্র শাবদি মাপা লৈতনা ফবম্মী। শ্রীমতিনা সীতা শাবসু মাপা লৈবমদে হাযবা যাবম্মী। মতৌ অসুম মখোইনিনা ইবাং-শংগী মথৌ শংলম্মী। শেন যাম্না তাবম্মী। মখোইসু মাগী মাগী শেনফং শুনা ফংজবম্মী।

লীলা লোইবদুনা মযাম হন্নখববা কালদা শ্রীমতিনা লাক্লুনা বাধাচবণগী নাক্তা লেপ্লম্মী অদুগা হাযবম্মী—

তাদা, তাদগী নপান্না ঐনা ঙসি লীলা থোকচবা ঙম্বনিদো।

শ্রীমতি, কবিনো নংনা ঐবু লাইগুম পংথাদা থাঙ্গৎপসিবু? ঐনা কবি হৈগনি হাযগে!

অসি হায়না হাযনা নোক্লম্মী। অদুগা শ্রীমতিনা হাযবম্মী—

তাদা, ঙসিদি ঐখোইগী যুম তান্না থিনবিবম্বা তাইদো।

ফৈ, ইবেম্মা।

মখোই অনিনা অসুম ঙাংনবিঔেদা মাণহাবনা চংঙক্লুনা মনাক্তা লেপ্লম্মী অদুগা হাযবকই—

ঙসিগী মতৌসিদি তাদা, ঐখোইদি নুংঙাইজবনা লোইখ্রেদা।

মোমোন মোমোন নোক্লদুনা শ্রীমতিনা খুল্লম্মী—

কবিগী ওইববনো বাবু?

মী পূম্নমক লীলা নুংঙাইখবেদা হাযনা হাযনখবে। অসি কনাগী মপান্নসু নত্তেদো! তাদগা অদোমগগী নপান্ননিদো।

হে ওম্থোকপা, ঐখোইনবু কবি লৈজদুনা। তাদগীদি খংদে। ঐদি কবিসু হৈজ-খংজবা নত্তে।

বাধাচবণনা হায়বম্মী—

অদুদি ঐখোই যুম হনবা যাবেদনা? কদৌঙৈমুক হনসিগে লীলাসি।

তাদনা খনবিযু। ঐখোইদি ইযা যাই। অদুবু ঐনা নিংবদি হংচিৎ অসি তনহন হেক হনবা, অদুনা হেন্না পাম্মী।

অসুম্না মনিহাবনা হাযবম্মী। বাধাচবণনা খুল্লম্মী—

ফৈ ঐগীদি বেবা কবিমতা লৈতে। অদৃদি ঐখোই চৎলগে। চৎসি ইবেম্মা থিনবিবম্মু হাযবদি।

অসুম্না মখোই অনী হনমিন্নবক্লম্মী। চৎনা চৎনা শ্রীমতিনা হাযবম্মী—

তাদদি লুক হাববৰা?

চাদ্রি ইবেম্মা।

কনানা থোংলমগনি?

ঙসিদি চবা হেল্লগনি ইবেম্মা। মীবোন লৈতবসিদি অসুম্না খবা চা খবা চাদা লেল্লি।

অদুদি ঐখোইদা হাখ্রসিদনা।

নখোইগী চাক্তি লোইবল্লগনি। ঐগীসু হাপ্লল্লোই।

লোইজবমসনু কদৌগে? তাদনবু হাগে হায়ববদি ঐনমুক থোংবসু ঙাইদনা!

নখোইগী পাজিনা যৈগে হায়বক্কনি।

ঐখোইগী পাজিবু ফত্তবা মীনি হাযগেবা তাদা। কবিসু তৌবোই, পিঞ্জ-পিথক য়াম্না ফবনি।

অদু ওইবসু চাবোইদা ঙসিদি। ঐ নোংমা চাগে।

হোয ঐখোইগীদা চাবদি হেঞ্জাং হাওবোইদা।

অদুম হাযনুনে ইবেম্মা। লাইববা মচা ঐখোয়না কবম্না হেঞ্জাং অহাওবা চাকগনি। অফংবা অমা চাবগা লৈবিবনি।

ঙাইহাক চংমিন্নবম্মী, ব্রা অমতসু ঙাংনদবমখৈ। অদুদগী শ্রীমতিনা হায়বম্মী—

তাদা ব্রা অমতা হংজগেবা?

হংউ কবিদৌগে?

ইনম্মা লৈতবদি কুইদ্রি হাযববু তাদা ব্রাদনবা নুপী অমা থিবা পাম্মী।

ইবেম্মা, মী পুম্নমক্লা অদুম্না হায়বিবনি—ঐ ব্রাবনি ব্রাবননি হাযনা। অদুবু চন্দ্রাদু অমুক হন্না লাকউ যাববোইনে।

কদাইদগীবুদি য়াদগে। অতে অতোপ্পা অমা থিগদবনিদনা।

থব্রাইসিনদি মাদবু হায়বি। অতে অমনা মা শাবদি য়াবোইবো!

কবিগীবু যাদগবনো। তাদনা যাহনগে হায়বগা লোইবে।

অসি হাযবগা শ্রীমতিদু নোক্লম্মী। অদুগা অমুক হায়বম্মী—

তাদা শক্তা কুচুদা ইনম্মমক ওইবা ঙমদ্রবসু তাদগী সেবা তৌবদদি ইনম্মগী মতুং ইনবা ঙম্বী লৌনিদা!

হোয লৈবম্বসু য়াই। অদুদা ঐনা কবম তৌনা মামক্লি হানা লৌবা ঙমগনি ইবেম্মা?

তাদা ওম্থোক্লা থম্মোই কনবিগ্রেদা।

ননম্মনা কলহনখিবনি।

ইনম্মনা সেবা তৌবদু কাওদনবা হাযদুনা মহুৎ শিনবা ওইনা লৈবদি যাবোইদবা?

নোকমি নোকমি তৌবদুনা বাধাচবণনা হায়বম্মী

কনানবু লৈবিবগবনো! ঐনা মাবু চন্দ্রা হাযনা কৌকবদা মানা মবাইনা শাওদুনা কুমমৈ ওইগনি।

লৈনে তাদা, লৈনে।

কনানোনে শ্রীমতি নংনা ঙাংজ-শাবিসিবো?

হায়যুবা তাদা?

হাযগে হায়যু হায়য়ুনে।

ননাও তোল্লবী ঐনিনে।

কবিনো শ্রীমতি ঐবু অমুক লীলা তোকহনবিবগবো?

ইনম্মগীদমক লীলা তোকপদি যাবগা ঐগীদমক তোকপদি কবি তৌই হায়বগে?

বাধাচবণ কবিমতা খুম্লমদে। অদুদা শ্রীমতিনা অমুক হাযবম্মী—

তাদা কদৌবিবে তুমিন্না লৈবিববদি শাওবিবববা?

শাওদে শ্রীমতি। ঐ জ্ঞান মল্লে।

অশিববুদি নুংশিদবা কাউবা ঙমদে। অদুমকপু হিংদুনা লৈবা ঐখোযগীসু খবা মখনবিযুদা। ঐখোই অসিসু তোল্লবীনি খন্দুনা নুংশিবিবা য়াবনিদা।

তুমিন লৈয়ু শ্রীমতি। ঐ লাংদা থুবা লাকপা নত্তে। নংবু চুম্না থিনবিবা লাকপনি।

খরা শাওরপ তৌনা হায়রম্মী—

নহাক নিপা নৎতবগী তৌবনি। অদু নৎত্রবদি ...

শ্রীমতিসু করি খল্লুরবনো অদুম শাওমিন্নরল্লে অদুনা হায়রকই—

তাও, তাদা, মৈনাক্তা ঘী থম্বা শৌদোকপনি। তাদনা ওইবরা ঐনা ওইবরা খংদে। অদুবু নুপী ঐখোইবুসু তগুপ তরাইনা খনগনু। ইনম্মা চন্দ্রানা নুপী ওইরবদি ঐসু নুপীনি। মহাক্না নুং পেৎহনবা ঙম্লবদি ঐসু ঙমবনি। মীনা নোঙ্জে হায়বগী মতিক পংচাও চাওথোক্কনু।

শ্রীমতি হস্থৌ, ঐগী পুন্সিনা লৈরিবমখৈ খুবৈ অমতং ফাওবা চন্দ্রাগী ৱাখলদগী লৈথোকহনবা ঙম্মোই।

হস্থৌ হায়বা, ঐবু হস্থৌ হায়বা। চন্দ্রাদেবীনা নোংলৈ-নুংশিংকুম কন্না শিংতুনা উজাও-উরেল ফুকপা ঙম্লবদি ঐসু করিগী ঙমদনি? ঐ হস্থুরোই, নিপা, চাওথোকপা নিপা নংবু ফংদ্রিমখৈ হস্থুররোই।

নংবু নুপী নৎত্রবরা শ্রীমতি, ইকাইবা মচেৎ অমফাওবা লৈত্রবরা?

নংদি নিপা নৎতবরা। নুপী অমগী থম্মোইদগী থোরকপা খোলবু তানীংদবা করিগীনো? নংনা চন্দ্রাদেবী নুংশিবদি করিগীনো, মাগুম্বী নুপী অমবুদি নুংশিবা হৈত্রগা? থম্মোই অমতদা পুকচেল অনী চেনবা, ওইথোক্তবনি। ইকাই ইকি থাদোকউ ঐনা থাদোকপগুম।

শ্রীমতি, শ্রীমতি, নং মতোইনরা?

মানি।—অসি হায়রগা রাধাচরণগী মখোংদা তুরম্মী।

রাধাচরণ খোং থাংবা য়ারমদে। নোংলৈ-নোংথাংনা য়ৈবগুম্না লূন্নবা ৱাখল অমনা থনুং-মানুং পুম্বা পুমশিন শিন্না খংনন নম্থখি। মল্লবা অহিং অমুক হেন্না মমশল্লকখি। ঙাইহাক্তংগী মনুংদা মাগী থম্মোই লাইয়ুমদা য়েকপগুম লৈরিবা চন্দ্রাদেবীগী শকফম তরু-তরুবী তনৌ-তনৌবীদু লেপ্পুনা লৈবা নোংথাংগুম্না তরং তরং উরম্মী। তাইবংদা মং মংবগুম্না থম্মোইগী মপু ওইরিবী চন্দ্রাদেবীগা ৱা ঙাংনরকখি। চন্দ্রাদেবীনা মোমোন মোমোন নোক্লদুনা হায়রকই—

ইবুংঙো, নুংশিখোং-না ওইবা নংগী থম্মোইনি। তাইবং মীকপ থোরকপী নুপী-নুজাশিংনা মীহৌনরবা মতমদা থৱাই পেন্না থকচসনু হায়না লোইরিবা নুংশি খোংনি; কাউরবরা? ইখৌলাংলবা নুপা অমা, নুজা ওইবী মাগী ইকাই-ইকি পুম্না থাদোক্তুনা নখুয়াদা ওল্লোইরিবীদো কাউরবরা? শ্রীমতিগী থম্মোই, ইকংলকপদা নত্তনা ওলাংথাগী য়াক্লবা মৈচাক খাংঙমদ্রবা থম্মোই মাগীনি। থীল্লগনু, খিকপিরো থুনা নংগী নুংশি লাইজদু।

রাধাচরণ কন্না য়ারমদে। হায়রকই—

করি ৱানো চন্দ্রা! নবুংগী থম্মোই চাংয়েংগে হায়না নংগী আত্মানা চোংথোরকপরা?

নত্তে, নত্তে! মদুম্না খক খনগনু। হৌজিক চাংয়েংবা তাঞ্জা নত্তে। ঐহাক চাংয়েংগে হায়বা নত্তে। শিব-চংবা মতম পুম্বদা নংগী পেন্নবদা লৈজনীংবী ঐহাক্তি। মীরল্লেন্দা তৌগদবা সেবাদি ঙম্মমদরেদো। অদুনা ইহুৎশিনবী অমা ফংজবগী নুংঙাইবদি করিমুক হায়গনি? শ্রীমতি চন্দ্রা ঐগী শায়োন্নি। ইবুংঙো নং ঐ অমতনি। শ্রীমতিগা নংগসু অমতনি। করিগী কাউবগে?

করম্না করম্না চন্দ্রা? তৌগনু লৌনম, ইথাকোন্দা ইশাইগোন্দা নংবু কোনবা ফংদরে। অদুবু নংগী থম্মোই-খোংগী নুংশি-লাইজদি ঐগী থম্মোই-খোংগী ইরন্নি।

চন্দ্রাদেবীগী শকফম খংমাং মাংখি, রাধাচরণ জ্ঞান অমুক হস্থুরকই। মখোং অনীবু চেংনা কোঞ্জরিবী

শ্রীমতি নুজাগী মতৌ নিংশিংলকই। ৱাখনগী অরেপ্পা লৈরমদে। মরাই লূকথরদুনা ঙাইহাক য়েংই। অদুদগী লূকথরদুনা তপ্পা তপ্পা মখুৎ অনীনা শ্রীমতিগী মশগন্দা পায়দুনা কোনখৎপিরম্মী। অদুগা হায়রকই—

শ্রীমতি! ইবেম্মা! ঐ অসে তোল্লবা মীনি। ঐবু নংনা খল্লিবা মওং অদু ঐগী ইরাইবক ফবনি। অদুবু অহল-লমনশুরিবী নংনি। থাজ-য়োঙ্গফম চানা থাজগে নিংবা অহল-লমন লৈরিদো। পম্মৌকোন্দা পোমশাৎননা নহাকপু শাৎহল্লগা লেন্নজগে খল্লিবা মখোইনি। পুক্লিং তাবা মী ঙাইহিবা মখোইনি। মদুগী থৌদাং পাংথোক্কে হায়না পেৎনা নৌনা নাওয়োকচরকপা অহল-লমনগী মযাথং করি ওইরমগনি হায়বা খনফদবরা?

শ্রীমতি মপী-ইরা শিন্থদুনা লৈরম্মী, ৱা করিমতা ঙাংজবা থোক্লমদরে। ঙসাইমখৈ মচিন্দা কবোক পোকপমখৈ ঙাংলম্মী মহাক অদু কপ্লদগী হেন্না করিমতা তৌজবা ঙমলমদ্রে। লীলা হৈবী ৱাঙাং থৌবী শ্রীমতি মশাগী আততায় তারবদা তুফক তুফাই চনখবে।

অদুগা ঙাইহাক লৈরগা রাধাচরণনা হায়রকই—

ইবেম্মা শ্রীমতি, মসিদা ফজদরে। অউবা অমনা উরগা কবিনো হায়নরগনি। মসি লমজাও-সড়ক্লি। চৎসি য়ুম হল্লসি। ঙসিনা লোইবা নত্তে, মঙা-তরারক হন্না খন্নবা য়াই।

খোংথাং তপ্পা তপ্পা থাংনরক্নে। শ্রীমতিনা ফীজিনা মপী চদুম চদুম তারকপদু য়ারম্মী। ৱা ঙাংনিংই, অদুবু ইকাইবা হায়বা নুপী-নুজাগী মহৌশা ওইববা গুণ অদু হৌজিক্তা মঙোন্দা তোংলরে; য়াম্না লূম্না খাংনা খাংনা চৎপনা খোংথাং কন্না হাইগৎপা যাবমদে।

বাধাচরণসু নিপা খোংথাং থাংলমদ্রে। মাসু ৱাখল-নুংদুম অমা কোকথোং নাবম্মী। অদুবু অরেপ্পা নাইদনা খোংশাল্লকপনা শ্রীমতিগী ময়ুম মপান নকশিল্লে।

নকশল্লকপা উবদুদা শ্রীমতিনা নংহৌবরোই মতাগুম থৌনাদি ৱাৎলপ তৌনা খোম্থাংদি পীগী ইবাদা লীশাং নাইনা চেম্থবকপগুম নৌরপ নৌরপ তৌরগা হায়রকই—

তাদা, থম্মোইনা পামজবগী হায়রুবদি হায়নিঙঙাই লৈতবনি। অদুবু তাদনদি—

শ্রীমতি, খল্লুখো য়ুমদা হল্লগা! থুদ্রিঙৈদা মঙারক তরারক খলহৌবনা চুম্মি। নুংশি-লাংদা থুবদি অন্নাবগী মশক্লি।

তাদা, ঐগীদি লোইববনি। ঙসিমকপু নুতুং ইনগে নিংজবম্নি। লাইবকথিবনা নিংবা থুংদবনি। তাদসু নিপানি, নুপী নুজা পাঙ্গল শোনবীনি, নশাইগোন্দা তাংজগে, ইপুম্সিগী পাম্বে ওইবিয়ু হায়জবিবসি থুংহনবিদবা তৌবিনু।

শ্রীমতিখোইগী কোম্থোং য়ৌরে। ৱা ঙাংনবা লেপ্পরে। ময়ুম-মাঙ্গোন কাদুনা মী হৌদোক্নে। শ্রীমতি ময়ুম চংনা চংনা হায়রকই—

তাদা, ঐ লৈহৌরগে, হয়েং অসি অয়ুক্তা ঐ লাকচগে, থৌরাং লোইহিবিরল্লো।

অদুদি ঐ হল্লগে।

অসি হায়রগা রাধাচরণ শ্রীমতিখোইগী কোন থাদোক্তুনা ময়ুম পাংলক্নে। খোংথাং থুবা য়াদে। মখোইনি কায়নরমদাইদা শ্রীমতিনা হায়রকপা ৱাদুদা খন্দুনা লাক্লম্মী। ময়ুম চংলে মফী মবোল হোংদোকই, ভাব ইতা তাদে, মহৌশাগী ওইবা স্বভাবনা অদুম হোংদোকপনি।

ফমুংদা চংলে, তুম্বা য়াদরে। ৱাখন্দা তাওদুনা লৈরে। শ্রীমতিগী মখুত্তগী কবম্মা নাম্থোক্কনি হায়বসিতনা

মাগী ৱাখল্লি। খল্লকই—

হৌজিক কমদৌবা। অমবোমদা নুপী নুজা অমগী ভিক্ষা, অমবোমদা চন্দ্রাদা তিনখ্রবা থম্মোই। শ্রীমতি মাসু অমবোমদা খল্লুবগদি চন্দ্রাগুম্বী নুজানি। নুপীমচা ওইবিবী মহাক্না ইকাই শেঙ্গোই হাং নুংশি ইচেম্বফম থিবকপা ঐনা লাইনা পঙ্খিংবা! নুংশিহৈত পুকচেল চেন্দে কবম হায়গনি? শক যেংই ৱাত্তেদো, গুণদা যেংই নোপ্তেদো। শ্রীমতি মাগী মশকপু থী কৌবদা হায়নিংদে। অদুবু—

মথা তাবা ঙম্মমদে। লৌশিং চাওবা নিপানি; বাধাচবণ নিপাদি লৌশিং থেনবা ওইবগ্নে। অমুক খল্লকই—

শ্রীমতি মানা পংহায় হায়জবনি। অহল-লমন লৈবি। মানা মনীং পংতম তম্বা ঙম্বা নত্তে। অদুদি কবি কান্নবা ঐনা ৱাখল খন্দুনা?

মীহুন হম্বুবগ্নে, মথন্তা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবগ্নে। অদুবু শ্রীমতিনা 'হয়েং অয়ুক থৌবাংলগ্নো' হায়বকপা ৱাদুদি অমুকমুক লোৎলুবগা ঐ লৈবিনে হায়বা মতাগুম বাধাচবন্দা নিংশিংহল্লম্মী। অদুনা অমুক খন্দবা যাবমদে। খল্লকই—

কনাগা তান্নবগা থোক্কনি? চন্দ্রহাসকা। মাদি ঐগী মীচং চংলোই। মাগী ৱাখন্না অমনি। অদুদি—

মথা তাবা য়াবমদে, মীহুন পীং পীং চোংবা লেপ্লমদে। মানা যেংলকপদা লন্বী খুবম্মী। নুংশি লমদম পাক-চাওই। হাযনৈ, মাগীদি অসুম অসুম খুজল্লকপগুম তৌনক্লে। যেংখি-যেংখিবদা মম্বা অসুম হেল্লক্লে।

অহিংগী তাংলৌ ৱাইশল্লক্লে। তুম্বদি মিৎনকক্লা অমফাওবা উইশিনবা যাবমদে। শ্রীমতিগী ৱাখল খনববা হাযববু চন্দ্রাদেবীগী ৱা অমুক খল্লক্লে। মখোই অনিনা পাল্লম্বা পুন্সি মতেক অদুগী বা নিংশং-নিংশংলগা চন্দ্রাদেবীবু মমাংদা উবগুম তৌবম্মী। হন্দকমুক্তি লম্লেল-লমখাংদা ঙসাই উখিবা মাযথোং অদু নৎলমদবে। মতম্মগা অমম-অঙাল শিন্নমবদাইনি। উচেক-ৱাযানা মাযকৈ নিন্না খোংগদবগী মশা-মউ খিংনবকপা মতম্নি। মসিদা মোমোন নোকপা মনোক্লা লৈতেংলবা, কনাগুম্বা উপায লৈত্রবা অমদা নুংশিবিবা উৎপা মাযথোং অদু পুবদুনা চন্দ্রাদেবীনা ইঙ্গিৎ উৎলম্মী—

লাক্লো চৎসি। অসি নত্তনা শ্রীমতিগী নুংশি-ইবৈ নাম্থোকপা ঙম্মোই। চেল্লক্লো। ঐগা তুমিন্না—মতম অসিৱাইদা—তুমখুন হুন্নবিঙে অসিদা। থীনফদে, নৎত্রবদি মীকপ থোক্লবগনি'

বাধাচবণ অমম্বদা লৈবম্বনি, মঙাল ফংলে। উবিবা মঙাল অদুনা পবীং চুম্না মিৎলম শেন্লম্মী। থৱাই মঙা যাওনা য়েংখিবনা ফক্লাং কাচিন অমদা কোইবপ তাবা লৈ পবেং অমা থবাক থবাক যান্দুনা লৈবা উবম্মী। লীবি লীবি শিৎপা মালংবনা হুমজল্লক্পুনা লৈপবেংদু চন্দ্রাদেবীগী খুৎ য়ৌনবা হাযজল্লম্মী।

বাধাচবণনা খল্লকই—

শোয়দ্রে, চন্দ্রাদেবীনা লৈপবেং অসি হুক্কুনা ঐগা অমুক লৈমিন্নবসি হাযববোই!

হায়বকই—

চন্দ্রা, চন্দ্রা, ইবেম্মা, ঐগী নিংজমল ফংলেদো। নংবু অমুক হন্না ফংবা তাবেদো' নুংশিবী! কবিগী ফংনবোই? নং ঐ—ঐ নং!!

তাইবং মালং শেবাৎখিবগুম ঙাইহাক পুঙ্গোই লৈরুবে। অউবা মী য়াওবল্লবদি বাধাচবণবু তুমথখবে হায়নবমগনি। মমিৎ পাংজে হায়বদু মঙাই, ঙসাইগী মঙান্না ওইবিবা মিৎলম অদুগা লৈপবেং অদুগা নত্তনা কবিমতা খংলমদ্রে।

নোংঙাল্লে। নুমিৎ তবং তবং হন্দোক্লে। শ্রীমতি তুম্বা যাবমদবনা য়াহৌ ওন্না হৌদুনা নুংশি-চেংলৌ খোংলিবকই। তফিং তফিং খোংথাংলম্মী। বাধাচবণখোইগী কোম্থোং যৌবে। সুমাং থেলোং মীগী মীঙাক্তা পুংঙৌ ঙৌবম্মী। মীহুন পীং পীং চোংই। নুংশাসোব কন্না থিংদুনা ঙাংনবম্বা থ্রা তাবম্মী। মনাকোংদা চংলম্মী —বাধাগীদি যৌবিনা লৈপবেং ওইখবে।

ইকাই-ইকি চেনখবে, শ্রীমতি পোমশাংনবী নিপা মবায অমগী থৌনা ফংখবে। অদুবু থম্মোইদি ইংনা তপ্পা পেৎলবা নুংশিকোন অদুম মওইবম্মী।

লৈপবেংদা যাল্লিবা বাধাচবণগী কাযদোংফম ওইবিবা পামেল মাগী মখোংদা নুংশি-লমন শিংনবা পীগী ইবা শিল্থখি।

লোইববা






## অজিংকী লাইরীকশিং

উপন্যাস : ...কপা, ইমা, রোহিণী, নুংশি য়াথেবা।

য়ারী-মচা : লৈকোয়ুংদা, লৈনুংশি।

শৈরেং : কেতুকী, বাল্মীকি, ইথৌলাংবা, শকুন্তলা, শৈরাংবা (১বা শরুক)

অতে অতেঃ

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ

২। শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা (মৈতৈলোন্দা)

৩। শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা (মূল অমসুং মৈতৈলোন্গী অনুবাদকা লোয়নবা)

৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শায়োন্ - শৈথন্

৫। Friends' English to Manipuri Dictionary

৬। Friends' Pocket Dictionary, (English to Manipuri)

৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (আদিলীলা) খণ্ড ৯ (মাপল)

৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (মধ্যলীলা) খণ্ড ১৯ (তরামাপল)

৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (অন্ত্যলীলা) খণ্ড ৬ (তরুক)

১০। গীতিকাব্য

ফংফম : ১) পাইওনিয়র্ ট্রেডিং কোং
বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড, ইম্ফাল।

২) মুরলীগোপাল সিংহ,
কৈশামথোং তোপ লৈরক, ইম্ফাল।